# ꯚꯥꯔꯇꯀꯤ ꯀꯥꯕ꯭ꯌꯁꯥꯁ꯭ꯇ꯭ꯔ

# ভারতকী কাব্যশাস্ত্র

প্রো এলাংবম দীনমণি






রাজ পব্লিকেশন্স

[illegible]

১। [illegible]
২। [illegible]
৩। [illegible]
৪। [illegible]
৫। [illegible]
৬। [illegible]
৭। *লাইরেল মরীম্বোং* (১৯৯১)
৮। *কেগে মখোঙদা সার্টিফিকেট* (১৯৯৫)
৯। *লাইকিশি* (১৯৯৭)

শৈরেং

১। *চোইজাইনববা* (১৯৭২)
২। *লুবিবদি* (১৯৮৭)
৩। *কুম্বং শাববা পবেং* (১৯৯৫)

খোঞ্জেল কূম্মৈ

১। *তবঙ খোংনাং চাউথোইবা* (১৯৭৩)
২। *বন্দ কৈথেল* (১৯৯৫)
৩। *খোঞ্জেল লীলা অহুম* (১৯৯৮)

ফম্বাক কূম্মৈ

১। *খোঙসনা* (১৯৯৪)
২। *কাপখাযবমদাই* (১৯৯৪)
৩। *ব্লাকং উপু* (১৯৯৮)

ꯚꯥꯔꯇꯀꯤ ꯀꯥꯕ꯭ꯌꯁꯥꯁ꯭ꯇ꯭ꯔ

# ভারতকী কাব্যশাস্ত্র

এলাংবম দীনমনি



রাজ পব্লিকেশন্স

২০০৯

*Bharatki Kavyashastra*, a study of Indian poetics in Manipuri by Prof E. Dinamani published by Dineshwar Elangbam for Raj Publications, Maibam Chingmang, Nambol, Manipur, India, Pin–795 134 in 2009, Second Edition.

অহানবা ফোঙবা : ১৯৯৯

অনীশুবা শেমদোক্লবা খৃৎনম, ২০০৯

রাজ পব্লিকেসন্স, মাইবম চীংমাঙ, নম্বোল, মণিপুরগীদমক্তা দিনেশ্বর এলাংবমনা পুথোকপা



ISBN 978-81-908761-0-0

লূপা ৩০০

প্রিন্টিং এন্দ পব্লিশিং দিবিজন, রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালদা দি টি পি তৌরগা কংলা প্রিন্টর্স, গবর্ণর রোদ, পাউনা বাজার ইম্ফালদা নম্বা।

# অনীশুবা খূৎনমগী ৱারোল

সাহিত্যগী মতাংদা নোংপোক্লমগী হায়বদি ভারতকী মশাগী মীৎয়েং অমা খৃষ্টগী অহানবা/অনীশুবা চহীচাদগী লৈরক্লি। মসি সাহিত্যবু পামজবা মরুওইনা সাহিত্য নৈনবা পাম্বশিংদি খঙবদা য়াম্লমক কান্নবনি। মহৈরোয়গীদমক্তদি খঙদবা য়াদবা অমা ওইনা লৈরিবনি। সংস্কৃত হিন্দীনচিংবদি শম্নবা কোইনা থোক্লবা মহৈরোয়দা মতেং খজিক্তা ওইরবসু পাংবা ঙম্নবগী ৱাখল অমদা ইখিবা লাইরিক অসি চহী মাপনমুক্কী মতুংদা অমুক হন্না পুথোকচরি।

হীবমগী মচাক্তি হায়বদি টেক্সতি, হান্নগী অদুমক্লি অদুগা ফুটনোটনচিংবা রেফরেন্স পীবগী মতাংদদি, চানবিবকপশিংনা পীনবিরকপা পোথি লৌজরগা, অপাবগী পোৎলূম হম্বহন্নবগী মীৎয়েংদা, থস্ফম ওহ্নোকচবে। মফমদং ঙনবনি মচাক্তি হান্নগীদুনি। খুদোং চারিঙৈদা বানাননচিংবসু শেমদোক্লবা হোৎনজৈ।

খূৎনম অসিগী থবক পূম্নমক্তা শক্লাইরবা সাহিত্যকার ইনাও বি এস বাজকুমারনা চাউববা থৌদাং লৌবিখি। ইনাওবু নীংশিংজৈ। অয়াবা অমদি অঙম্বা মতেং পীবদা হালেংবা লৈত্রবা মফম-মপাং কয়াবুসু কাউজদে। খূৎনম অসি পুথোক্লবা ঈনশিনবিরকখিবা লোয়ননা খরা শেমদোক শেমজিন তৌনবা তাকপিবকখিবা পূম্নমকপুসু ঈকায়খুম্নজরি।

ইম্ফাল — এ. দী

দিসেম্বর ১৫, ২০০৯

# ৱাহৌদোক

*ভারতকী কাব্যশাস্ত্র* অসি নৌনা শামিন-নামিন ফংনীংবশিংবু মীৎয়েংদা থম্মগা পুথোকচবনি। য়ারিবমখৈ লায়থোকহন্নবা, নকশিন্না থোক্কদবা খূদম প্রমাণ পীদুনা হোৎনবনি। হাপ্তুবা য়াদবা সংস্কৃতকী পরেংশিং অর্থ হন্দুনা হাপ্পি। মতাং খরদদি হেক্থনা খঙনীংবা নৈননীংবশিংগী ওইনা চাউরাকপা অর্থদমক হনবসু য়াওখরে। খূদম-প্রমাণগী মতাংদা পরেং খর-খরসু শেমদুনা হাপ্পা য়াওই। অকক্লবা অর্থ পুবা ৱাহৈশিং (টার্ম) সংস্কৃতকী ওইনা অদুম্মক থম্মে। করি করিগুম্বা মতাংদা মণিপুরীগী ওইবা খরসু, য়াগদ্রা হায়না য়েংবগী মওংদা শীজিন্নরি। ৱাহৈশিং অসি অর্থগা কোন্ননা থংনবা লামায়দা পীরি। বানানগী মতাংদদি কন্না হোৎন-হোৎননা মরম অমা নৎত্রগা অমদগী ই-কার, ঈ-কারনচিংবা ওন্নখিবা খরা অদুম্মক য়াওরে। লায়নম মখল অমনি। মথংগী খূৎনমদা (লৈরক্লগদি) শেমজিন্নবা পোরম থম্লি।

চহী চা কয়া লীশাং শীৎনা চত্থরকপা ওইবনা কাব্যশাস্ত্রগী মতাং কয়াদা যুগ পুবা পণ্ডিত কয়াগী খেন্নবা মোত কয়া লৈ। পৌনা পৌনা খেন্নবশিং শম্পৎ শম্পৎনা উৎলগা ময়াম্না য়ানরিবা মশক অদু থম্নবা লাক্লরি। কূপথনা লৈখ্রবা ৱাফমশিংদি লামথরুদরে, খজিক্তমক উৎলগা তোক্লে।

লুখ্রবা অমদি কূপখ্রবা হীরম্নি। মরূ-মরূ ওইবা অপৌবা খরদং লৌখৎলগা পরীং অমদা থম্নবা লাক্লজবনি। অনকপা অমদি অথাপ্পগী অখণ্ড অহৈ কয়া অমদি লাইব্রেরী কয়াগী মতেং লৌখি। পূম্নমক্কী তৌবিমল কাউজদে লাইগুল্লবা পণ্ডিতশিংনা হায়রম্বসি ইশাগী লোন্দাদা হায়রগে খল্লকপদনা খঙলক্তে অখণ্ডবা য়াওরকপা মতাংদনা হায়বা হৈরক্তে। ওনথোকপা লাংফম্নি। নৌরিবশিংগী খল্লমদ্রবদি ইরাল লণ্ডশিনবগী থৌরম অসি পায়খৎলম্মোইদবনি।

ইম্ফাল, $\qquad$ এলাংবম দীনমনি

মে, ১৯৯৯

# শেমগৎপা ৱাহৈশিং

অচৌবা চপশিনবা = বিগ ক্রঞ্চ
অচৌবা পোকখায়বা = বিগ বেং
কবি থৌওং = কবি-কর্ম
কাঙবু/কাঙলূপ = সম্প্রদায
কাঙলোন/পথাপ = নিযম, সিদ্ধান্ত
কাচিন = এঙ্গল
খূৎহৈবা = কলাকাব
চাকলোয = বুজাবী
চৈবাক্লোন = দণ্ডনীতি
থৌওং/থৌদৌ = কর্ম
নৈন-মীওই = আলোচক
নোংবাল শাবা = খল নায়ক
মঙল = মগুণ/শক্তি
মপোক্কী পীথোবকপা = প্রতিভা
মালেম মপোক = লৌকিক
মায়চৌ = পণ্ডিত
ৱাখল মালঙ = কল্পনা
ৱাপু = বাদ/ইন্টবপ্রিটেশন
শক্তম = কনসেপ্ত/মূর্তি
শক্তাক ৱা (ৱাবোল) = পবিভাষা
হকথেংনবা = অনুভব
হোৎনবা = অভ্যাস

# হীরম লামায়

*অনীশুবা খূৎনমগী ব্রাহৌদোক*
*অহানবা খূৎনমগী ব্রাহৌদোক*
*শেমগৎপা ব্রাহৈশিং*

## অহানবা তাঙ্কক
# কাব্যশাস্ত্রগী মশক

**কাব্যশাস্ত্র করিনো ঃ**

পথাপ নাইবা মওংদা পৈশিন্দুনা থম্মবা কবিগুম্বা হীবম অমগী লৌশিং-জ্ঞান পূম্নমক্তু শাস্ত্রনি। কাব্য হাযবসিমক্তবু, হাযবদি সাহিত্য হাযনা খণ্ডনবিবা মীওইবগী খূৎশেমগী ওইবা পোৎলম অসিমক্তবু, কবি নৎত্রগা অইবা অদুনা নীংজবিবা খঞ্জবিবা ৱাখল অদু ইদুনা ফোঙদোকপদনি। কবিদি নীংলক-নীংলকপদু শেম্বা লৈশেম্বা মহাক অদুগা চাংদম্নবিবনি—'কবির্মনীষী পবিভূঃ স্বযম্ভূ' (*উপনিষদ*)। কবি মাদি কনাগীসু মখা পোন্দনা নীংতম্না ফোঙদোকই অমদি নীংতম্না অপাম্বা মওংদা শীংথাদুনা ই। অদুম ওইনমক অনীং-অনীংবা, পাম্মক-পাম্মকপা অদু ইনীংবা মওংদা পঙইদা ইবা যাদে; মীওই পুন্সিগী সমাজগী ওইবা লীচৎকী ৱাফমসু লৈবি। কবি ফনমক ওইদুনসু তাইবং লোনচৎকী ওইবা, ময়াম্না যানববা অমদি যানবগদবা নিযম খবদি লৈ নৎত্রগসু লৈফম থোকই। মথন্নতা চীংনুং-মানুংদা, উমং-ৱামংদা লনাইতগী ওইবা পুন্সি অমা কনাসু উদনা লেনখ্রগদি ৱাফম অমনি; মদুদদি ফি থোংবু থোংলবসু শেত্তদুনা তোকথোক্লবসু কনাসু কবিসু হাযবিনবা লৈতে। অদুবু কবিদি সমাজদা ময়ামগী মবক্তা অপূনবা মীযামগী চঙদবা যাদ্রবা কাযাৎ অমা ওইনা লৈবি। লৈবসু তাবনি। অদুনা অপূনবগী ওইনা পুথোকপা যাবা, মযামগী ওইনা কান্নগদবা, ফজবা অমদি অচুম্বা মশক শোয়দনা য়াওগদবা মওংদা ইবা তাবনি। তাইবং মীওইবদি অমম্বা ফাওবদা ইকাযবা তাবনি। মীগী যাইফনবা খনবা তাবনি। কবিগী খূৎশেমদা য়াইফ পাউজেল য়াওবা তাই। মসিগীদমক্তদি নিযম খবা, পথাপ মযাম লৈবা তাই। কবিগী মফোঙদোক নৎত্রগা মাগী খূৎইগীসু নিয়ম লৈবা তাই, লৈবি, লৈতবা অদুসু লৈহনবা তাবনি। পুন্সি খোঙচৎকী পোৎলম খূদিংমক্কী নিযমগী লীক্লম অমা লৈ। মালেম অসি নিয়ম অমগী মনুংদা লৈবি; নুমিৎকী ইমুং-মনুং লীক্লম অমদা লৈ লৈদুনা চৎলি। ব্রহ্ম অসিমক

লীক্লমগী পথাপ নাইবা খোঙচৎ অমদা উংলিবনি হায়না থাজবা তাই। অসিগুম্মদনা, সাহিত্যগী মতাংদসু তাইবং লীচৎকী মীৎয়েংদগী, কমদৌনা ইগদগে কমদৌনা ফোঙদোকপা ফবগে অনীংবা অখনবা ময়াম অদুগী মনুংদা করি করিবু কমদৌনা ইদুনা ফোঙদোক্লগা ফগদগে অমদি চান্নগদগে হায়বগী মায়কৈরোমদা সাহিত্য শূবশিংনা মমাঙঙৈদগী হৌনা খন্দুনা অমদি খন্নদুনা লাক্লি অমদি চখরি। চৎপসু সাহিত্য হায়বা অসিনা লৈরিবমখৈদি চখিগনি। ওনবা—ওল্লকপা হায়বগীনা মশানা তাজরবা ৱাফমনি। ওনবদি পূম্নমক ওনবা তাবনি। পথাপকী, হায়বদি নিয়মগী ওইবা মায়কৈদি শোয়দনমক লৈবনি। অসুম্না কাব্যদা পথাপকী ৱাফম লৈ। পথাপশিংনা শাবা, কাব্য ইবা অমদি কাব্য হকথেংনবগা মরী লৈনবা, থায়নগী অমদি হৌজিক্কী কাব্যগী ওইবা থৌওং ময়াম শীংথাবা লৌশিংগী শক্তম অদুনি কাব্যশাস্ত্র হায়রিবসি। শাস্ত্র অসিদা সাহিত্য নৎত্রগা কাব্যগী থৌওংশিংগী পথাপকী শরূক নৈনদুনা কাব্য হায়বসি করিনো, কমদৌনা ওইফম থোকই অমদি মসি কমদৌনা শেমগৎলি হায়বদি ইদুনা ফোঙদোকই হায়বগী মতাংদা নৈনৈ। সাহিত্যবু কূপ্না নৈনবনি।

মতাং অসিদা পনহৌগদবদি মালেম অসিদা পোৎনা হান্না লৈরগা মমিং-মথা অমদি মদুগী নৈনবগী মওংদি কোন্না লাক্কদবনি। কাব্য অসি মমিং অমা পীনদ্রিঙৈ, মশক খঙনবা লাক্লদ্রিঙৈগী মমাঙদগী অদুম্মক লৈরম্মবা তাবনি। মওংবু, ইহান হানবা মহাকাব্যনি হায়না শীংথানরিবা মহর্ষি বাল্মীকিগী *রামায়ণ* অসি মহাকাব্য করিনো কমদৌই কমদৌফম থোকই হায়বগী পথাপ লৈত্রিঙৈ হায়বদি শেমদ্রিঙৈগী মমাঙদগী, য়াম্না মমাঙদগী হান্ননা ইখ্রবনি। তুংগী মীনা, মীরোলনা কাইনথংদা মহাকাব্যনি হায়না মিংথোন্দুনা নৈনরকপনি। অদুনা, ময়েক্কীদি *রামায়ণ*গুম্বা পোখোক কয়া মথং মথং থেংনরকপদগী অসি অসি মচল য়াওরবদি মহাকাব্যনি হায়বগী পথাপ কোন্না শেম্মকপনি। ঙসিসু নহানৱাই লৈরমদবা মমিং-মথা থোনবদা মোত তোঙান তোঙানবা লৈরিবা সাহিত্যগী ওইবা য়াবা মচল কয়া উরক্লি। পোকপদি পোক্লবনি; থিংলুবা শীল্লুবা য়াবা নত্তে। মমিং অমদি মসিগী মতাংদা লৈফম খোকপা নিয়মদি মতুংগী অখণ্ড-অহৈদা লৈরে। তৌবগীদি সাহিত্য শূরিবা অমদি শেম্মিবা কবিদি নীংথিবা উবা অমদি ফোঙদোকপদা মপাম্থোংগী ঙমখৈনা ক্রক লাকশিনবা য়াদবনিনা হান্ননা অমুক শেমখ্রবা নিয়ম অসি মতম অমদি মফমগী উচনগী মতুং ইন্না ওল্লকই। হাপতোক-হাপচিন ককথোক-ককশিন তৌবসু তাবনি। কাব্যদি কলানি; কাব্যকারগী খূৎশেমগী পোখোক্লি অদুগা খূৎশেম হৈবা মীগী পামজবদি তাইবংনিনা খেন্নে।

মসিমকসু কোন্ননা শেম্মকপা নিযম অমনি।

**কাব্যশাস্ত্রগী তঙাযফদবা ঃ**

কাব্যশাস্ত্র (নৎত্রগসু সাহিত্যশাস্ত্র) অসিবু কান্নবিব্রা? সাহিত্যগী লমদাংনা মসিগী তঙাযফদবা কবি লৈ? হাযনবা য়াওই, শাস্ত্র অসি কাব্যদি শেমনীংবা হায়বদি শৈবেং, ব্রাবেং, লীলাদি ইনিংবা, ঙস্বদি ঙমদ্রবা, হোৎনকুবগা মায় পাক্তবা নৎত্রগসু পাক্কদবা মাল্লক্তবা কাঙবুনা নিয়মগী নৈনববোমদা হোৎচিল্লকই, অদুনা মশাগী ওইবা সাহিত্যগী চাংয়েংদা মায়থীববা মীওইগী কন্থা-হৈথানবা ঙমখে য়াৎপগী কান্নদবা থৌদৌনি। মসি তশেংনা অপনবা পীবমক্তি ঙম্মবোইদবা অদুগা খবদি হঞ্জানবপ তৌনবা যাবা, শোইনাইববা ব্রাখল হাযবদুনি। চুমদে। সাহিত্যদি মযামগী, লৈবাক্কী অমদি মীওই অপূম্বগী লননি। পূন্না লৈমিন্নবিবা সমাজ অসিদা, পেংমক চোইখিবা নৎত্রগদি ইশাগীতা খনবা, অপাম অপাম্বতা ফোঙদোকনীংবা পাম্বে অমা হেক্তা ফোঙদোকপা যাবোই। কাব্যগী লমথুংদা মীওইবা কাঙলূপকী যাইফনবগী অমদি নুংঙাই-যাইবী মবাং ক্ষাযবগী ব্রাফম চপ চানা যাওবি। মথন্নতা অমম্বা লোকনুং-মানুংদা তীন-কাঙ চাদুনা হিংলুবগীদি খঙদ্রে; অদুগা অহুমদং তিনবা মফমদা থোকপা তাববদি ফনমক তৌনীংদবা লৈবগসু মযামগী যেংদুনা ফি খজিক্তা ওইববসু শেমজিনবা তাবনি; অপাম্বা মওং অমদা হেক্তা থোবক্তবা তাবনি। 'তাবনি' হায়বিবসি নিয়মনি। লাচনবা চন্দবগীনা ব্রাফম অমনি পথাপকী ওইবা লীচৎ অসি ময়ামগী ওইনা ফম্মিন্নবা চৎপা তাবনি। লাউনিংই হায়দুনা লাউবদি মচিং-মশোনগী ওইনা পঙলাউ লাউজবা যাই। অদুগা ঈশৈ ওইনা তাহনগে হায়ববদি, খঙনবু ওইববসু খঙঙুদনবু ওইববসু সুবগী পথাপ খবদি ইনবা তাই। পূক্রিংদা ফাওবকপা ইহুল অমা তম্লিংবা মওংদা হেক্তা তম্বা যাবা নত্তে; তম্বা যাবা-যাদবগী, মওং তাবা পাম্বেগী মতা চপ-চপ চাবা ব্রাহে-ব্রাতাগী ব্রাখল তৌবা তাই; য়ামদ্রবদা চৎনবিবা লোন্দাগী ব্যাকবণ অমদি ইনবা তাই। সাহিত্য শাস্ত্র হাযবিবসি সাহিত্যগী ব্যাকবণনি। ব্যাকবণদা মাযচৌ ওইবা ওইদবগীনা ব্রাফম অমনি, ঙাঙবা ফোঙদোকপদদি মযামগী ওইনা য়ানবা নিযম অমা ইনবা তাই। কাব্য-শাস্ত্র অঙাংগী শান্নপোৎ নত্তে; চপ চাবা পুন্সিমক যাওববা শান্নপোৎকুম্না নুংঙাইবা, কান্নবা অমদি ফজহল্লবা শান্নপোৎ শেম্নবগী চঙদ্রবা য়াদ্রবা, খূৎশেমগা অপাননা মবী লৈনবা পোৎলমনি। মযামগী লীচৎ ব্রাংমা লান্না শেম্মক্কদবা মওং-মবীল নাইদবা লৈঙাক্লোন চঙখিদ্রবা মফোঙদোককুম অপাম্বা মওং অমদা হেক্তা ইবক্কদবা, ফাজোই-চোই ফাহে-হৈবকপগুম হৈথদুনা পূমচাই চাইখিগদৌবা

সাহিত্য-মহে-মবোংবু নীংথিজনা মতম অমদি মফমগা চান্ননা ফিবান নীংথিনা খোপ্লা মওং তানা পৈননবগী মওং অদু শাস্ত্রনা উৎপনি। অচুম্বা অশেংবা ঙাক্তনা য়াদ্রি নীংথিবা ফজহনবা হাযবা অমসু তঙাযফদ্রি; অচুম্বা অমদি নীংথিবতনসু যাদ্রি সাহিত্যদি ময়ামগী পোৎলমনিনা অপুনবগী ওইবা কান্নবা অমসু পীদবা যাদে। অচুম্বা, কান্নবা ফজবা–'সত্যম শিবম সুন্দবম'গী পনথুং পোবম অমা লৈতবমক যাদবনি। অসিগুম্বা হক্লবা, লূম-লূম লাউববা পনথুং অসি তানবদা ফৈনা যুংনা তাউদুনা পাইবা য়াবোই, নিয়ম অমগী মখাদা–হান্না লৈবববু ওইববসু কোন্ননা শেম্মক্কদববু ওইববসু–মতা চাবা পথাপ অমদি ইনবা তাই; মওং তানা চৎপা তাই। মতা চাদবা খোঙচৎতি চূপ্লি যাওদ্রবা অযাংবা, মঙল লৈবা, মতম ফনা ঈনখৎলক্লিবা শগোলগুম্বনি। অঙাওবা নীংতমদুনতা লৈবা শগোলদি লাকপা চঙই। ফোঙদোক্লীংবা ইনীংবগী কল্লবা মঙলগী ইলবু লৌনম্বাল নমথেক্তুনা মহে-মবোংগী লৌফম কযা মাঙহন-তাকহনখিদনবা নীংথিজববা কান্নববা অমহিকসুং অচুম্বা ওইববা ঈথেগী লীক্লম অমা ফাৎপা তাই। সাহিত্যগী মতাংদা লীক্লম অসি শোযদনমক্কী চঙই। লীক্লমগী পোথি লাচল্লিবা লৌশিং মপৈ ওইবিবা কাব্যশাস্ত্রসি সাহিত্য-মহাও লূপশিন্না লৌজবখক্তংনা মথৌদাং ওইনা লৈবিবা খবগীদি খঙলবসু খঙদ্রবসু কাযদে; লোযননা কবি ফাওবদি খঙলুদ্রবসু যাম্লা হেন্না কাযবদি নত্তে; অদুগা কাব্য মশক খঙলগা খঙলিবদু মশক তাক্লবা সাধনা তৌবিবা সাহিত্য নৈনদুনা শূবিবা কাঙবুগীদি চঙদবা যাদ্রবা খূৎপাযনি। অমবোমদসু অমুক কবি ওইবা হাযবসি প্রতিভা (মপোক্কী পীথোবকপা মঙল) খক্তনা যাবক্তে। কাব্যগী লমদাংদদি লৌশিংগী মপান নাইদে, কাব্যদা চঙদবা কলা লৈতে; ভবত মুনিগী লোন্দাদা হাযবগা–"অসিগুম্মবা লীলা অসিদা যাওদ্রবা কবিগুম্বা লৌশিং, কবিগুম্বা খূৎশা হৈবগী থৌওং, কবিগুম্বা কলা, কবিগুম্বা মহে-মশিং, কবিগুম্বা যোগ নৎত্রগা কবিগুম্বা থৌদৌ (কর্ম) অমত্তা লৈতবনি।" মসিবু *নাট্যশাস্ত্র*দা অসুম্না হাযবি —

**ন তত্ জ্ঞানং, ন তত্ শিল্পম্, ন সা বিদ্যা ন সা কলা।**
**ন স যোগো ন তত্ কর্ম, নাট্যেস্মিন্ যন্ন দৃশ্যতে।।**

(*নাট্যশাস্ত্র*, ১/১১৭)

লৌশিং মযাম কলা মযাম অসি কবিদা লৈবা তাবনি। সাহিত্য ইবগী শাস্ত্র অসি যাম্নমক পাক চাউবা হীবমনি। লম অসোমগী চাউববা লীকলম অমা ওইবিবা কাব্য শাস্ত্রগী জ্ঞান অসি কবিদা লৈবা তাববদি লোযননা মওং চুম্না শেংনা শীজিন্নববদি মঙোন্দগী থোক্লক্লিবা পোথোক অদু চোযনৌদা নূংযাই হৎপা নৎত্রগনা শাবেংসু থোংবা থাউসু

থাকপা ওইবা শোযদ্রবনি। কবিসু তম্বা খঙবা হৈবা তাবনি। প্রতিভা সনা মতুমবু হোৎনবা (অভ্যাস) হায়বসিনা নীংথিববা ফজববা চৎনবকপী নৎত্রগা অনৌবা মওংগী লৈতেংপোৎ শাবা তাবনি। কলাগী পোৎলমদি লৈতেংদবা যাদে। ফজখ্রবা লৈ অমা নীংথিববী কনাগুম্বী অমগী নাত্রোন মখুনদা থেৎপা ফজবোই। সাহিত্য-মীওইনা তঙাযমক ফদনা খঙফম থোকই।

সাহিত্য পাদুনা নৎত্রগা লীলা য়েংদুনা বস চূপচবতনা মথৌ ওইবা মীদদি শাস্ত্র অসি খঙদবা কাযদে। থোং-থাক্তুনা পুথোবকপা মথেল অমা হাউই-হাউতে খঙলগা লোইবে। ব্রাবী অমা ফজে, লীলা অমা মওং তাই নৎত্রগসু শৈবেং ব্রাবেং অমা থমোযদা পাল্লি অসিনচিংবসি হকথেংনজবতনি। তশেংবসু সাহিত্য অসি অপাবশিংনা পাবগা নুংঙাইজনবা অমদি মদুদগী নুংদা কান্নবা ফংজনবা ইবনি। চুম্নগী নিযম ঙাক্লবা, শীগংননা থোক্কদবা পথাপ মযাম ঙাক্লবা ইবদি নত্তে। নিযম খঙদ্রবসু ব্রাবীদা ব্রাহে-ব্রাতাদা লূপশিনবা অদুগা মপূং ফানা নুংঙাইবনা মখোয়গী লমথুংনি। খঙলুবগা শাস্ত্রগী মাযকৈবোমদা হৌবদগী লৈশীনখিদুনা তুকা থিবিঙৈদা মপূং ফানা নুংঙাইবা ঙমদবসু য়াবি। অদুমকপু মচল খবা, লোযননা শেম-শাবগী পথাপ খবা খঙঙবদি চাকলোয (পূজাবী)গী মঙল (মগুণ) মশক খঙনীংলকপগুম কবিবু মশক খঙনীংলকই। ফজবা মচা পোক্লিবী মমাগী মবমদা খঙবা চুম্মী। খঙঙুদ্রবসু কায়বদি নত্তে হাযববু কবি মশক খঙলবদি মাগী সাহিত্য অদু ময়েক শেংবা হেল্লকই। কবিগা মাগী পোখোক্কদি তৎন-থানবা যাদ্রবা মবী লৈনৈ। নিয়মগী হকচীনবা কায়াৎশিংদা মনুং হুনজিন্না চঙলুদ্রবসু মবম-মওং খঙবদি সাহিত্যগা কবিগা পূন্না খঙদুনা হেন্না কান্নবা ফংনৈ। পোৎ মশক খঙবা, মী মশক খঙবা হাযবসি চাওখৎপগী খূদমনি। অপাবসু শাস্ত্র খঙবা ফৈ; অইবসু খঙফম থোকই, প্রতিভা অমদি লাইবক্তদা থাদোকপা চুমদে, ফাগি নত্তে; অদুগা নৈনবা পাম্বা মীওইগীদি কবি হাযকবনি দোক্তবনা শব্দ পোলাং খঙদবা য়াদবগুমবনি; লাইবিক মযেক চৎত্রবদি পুযা লাচনবা সুকঙম ঙম্মোই। শাস্ত্রগী জ্ঞান লৈতবা তাবগনা নৈনদবা তাবনি—ঈবোইবা হৈবগা হৈতবগা পূল্লপ ঈবাকমিন্নদনবা।

**কাব্যশাস্ত্রগী মমিংশিং ঃ**

**ক্রিয়াকল্প ঃ**

মহর্ষি বাল্মীকিগী, হৌজিক ফাওবদা ফংবা ইহান হানবা মহাকাব্য ওইবিবা

*বামাযণ* গী 'উত্তৰকাণ্ড'দা শ্লোক অমা য়াওবি। বামগী বাজসভাদা লবকুশগী ঈশৈ তাবা মীওই মখল মখলগী ব্ৰাফম পল্লি। সভা অদুদা পণ্ডিত, পুবাণ হৈবা, ব্ৰাহৈগী মবম খঙবা (গ্ৰামাবিযান), খোন্থোক্কী লৌশিং লৈবা, কলাগী মীওই কযা তিল্লি। মখোয অসিগা লোযননা যাওবি—'ক্ৰিযাকল্পবিদশ্চৈব তথা কাব্যবিদো জনান্' (*বামাযণ*, ৯৪বা অধ্যায, শ্লোক ৭শুবা)—হাযবদি ক্ৰিযাকল্প নীংথিনা খঙবা অমদি কাব্য হৈবা।

মসিদা পল্লিবা কাব্যবু মনুং হুঞ্জিন্না খঙবা (ক্ৰিযা-কল্পবিদঃ) অমদি কাব্যবু ইচম চম্না হৈবা (কাব্যবিদঃ) অনী অসিগী মনুংদা অহানবগীসি কাব্যগী মবমদা নৈনবা খঙ-হৈববা মীওই হাযবদি আলোচক অদুবুনি। অদুনা ক্ৰিযাকল্প অসি আলোচনা নৎত্ৰগা সমালোচনা হাযবদি শাস্ত্ৰবুনি; কাব্যগী ব্ৰাফমগী মতাংদা পল্লকপনিনা কাব্যশাস্ত্র শোয়দনা ওইবে। মসিদা চিংননীংঙাই লৈতে। মসিগীসু মথক্তা ক্ৰিযাকল্প অসি কলা ৬৪গী মনুংদা অমা ওইনা কামশাস্ত্রদা পল্লি। বাৎস্যাযননা *কামশাস্ত্ৰ*দা পল্লিবা ক্ৰিযাকল্পগী অৰ্থ অসি *কামশাস্ত্ৰ*গী টীকা (কন্মেন্টবি) ওইবিবা য়শোধবা কৌবা অমনা ইবা (চাউ: ১৩শুবা চহীচাদা) *জযমঙ্গলা* কৌবা লাইবিক্তা কাব্যালংকাব হাযবদি কাব্যশাস্ত্র ওইনা তশেংনা হল্লম্মী—'ক্ৰিযাকল্প ইতি কাব্যকবণবিধিঃ কাব্যালংকাব ইত্যৰ্থঃ।' *কামশাস্ত্র* গী মতমসি চাউবাক্লা খৃ: তুং ৩শুবা চহীচানি। *বামাযণ* গী মতমদদি গযবদি লিববা মতমদা সাহিত্য নৈনবসি লৈবে মমিংনা ক্ৰিযাকল্প কৌবম্মী হাযবসিদি শোযদ্ৰে। হৌজিক ফাওবদদি মিং অসিনা খ্বাইদগী লিবনি।

## অলংকাব শাস্ত্র ঃ

ভাবতকী ওইনা মফোঙদোক্তা অলংকাৰ (লৈতেং)গী ব্ৰাফম অসিমদি খ্বাইদগী লিবা শৈবেংনি হাযনা লৌনবিবা *ঋগবেদ* দা অদুম্মক য়াওববনি। অলংকাবগী মফম অসি ব্ৰাঙাঙদা খূৎইদা, হাযবদি মফোঙদোক্তা চপ চানা অদুম্মক লৈবক্লবনি। ভবত মুনি (১বা/২শুবা চহীচা)গী *নাট্যশাস্ত্র* দা, ১৭শুবা অধ্যাযদা অলংকাবগী ব্ৰাফম নীংথিনা পনখ্ৰবনি। মফোঙদোক্তা লৈতেং তঙায় ফদ্ৰবনি হায়বসিমদি হান্নদগী যানবক্লিবনি। অদুগা মাযচৌ ভামহনা (৬শুবা চহীচা) মহাক্কী নৈন-লাইবিক *কাব্যালংকাব* দা 'ব্ৰাহৈগা অৰ্থগা অনীসি তিন্নবগা কাব্য পোক্লকই'—'শব্দাৰ্থৌ সহিতৌ কাব্যম্' (*কাব্যালংকাব*) হাযনা যাম্না শক্তি—মঙল লৈবা মোত অমগা লোয়ননা অলংকাবনা কাব্যগী থৱাযনি হাযনা লেপ্লকপদগীদি অলংকাব অসিনা কাব্য মপূম ওইবা যাবগী মওংদা চখুনবকখি। অদুনা কাব্য নৈনববু অলংকাব শাস্ত্ৰনি হায়না

ভামহগী তুংদা লাকপা উদভট (৮-৯শুবা চহীচা?), বামন (৯শুবা চহীচা) অমদি রুদ্রট (৯শুবা চহীচা)না লৌই। উদভটকী লাইরিক অসি *কাব্যালংকার সারসংগ্রহ* কৌই। মায়চৌ অসি ভামহগী ভক্তনি। মহাক্লা *ভামহ বিবরণ* কৌবা ভামহগী লাইরিক্কী টীকা অমসু ইরম্মী। বামননা নৈনবগী লাইরিক অমসু ইরম্মী মমিংনা *কাব্যালংকারসূত্র* কৌই।

কাব্য মশক তাকপদা অলংকার অসি কূপ্না নৈনৈ। মতুংদা রুদ্রটনা মাগী নৈনবগী লাইরিক পুথোকই; মমিংনা *কাব্যালংকার* কৌই। লাইরিক অসিদা কাব্যগী মচলশিং কূপ্না নৈনৈ। মতুংদা লাইরিকশিং অসিগী টীকা থোক্লকই। মথক্কী মায়চৌশিং অসিগী মমাঙদা অদুগা ভামহগীনা হেক মতুংদা লৈরম্বনি হায়না থাজনরিবা কাব্য নৈনবা মীওই দণ্ডী (৮শুবা চহীচা)না *কাব্যাদর্শ* কৌবা কাব্যশাস্ত্রগী লাইরিক ইরম্মী। মসিদা কাব্যগী কায়াৎশিং মমুৎ তানা নৈনৈ। লাইরিক অসিগী টীকাশিং তুংগী চহীচাশিংদা থোক্লকখি। দণ্ডীনা অলংকাব অসিনা কাব্যগী থৱায়মক্লি হায়না য়াবদি ঙমদ্রবসু মসিমক কাব্যদা চঙদবা য়াদ্রবা কায়াৎ অমনি হায়নদি য়াখিবনি। তুংদা লাকপা নৈনবা মীওই কয়ানসু অলংকার অসি চঙদবা য়াদ্রবা পোৎচঙ ওইনা লৌরকই। ময়াম অসিনা নৈনবিবসি কাব্যনি অদুগা নৈনরিবা অসিগী মমিংনা কাব্য অমদি অলংকার অনীগী মরীদনি। মসিনা তাকপদি অলংকারগী যুগনি হায়না খঙনরিবা হায়বদি খৃষ্ট তুং ৭, ৮ অমদি ৯শুবা চহীচাশিং অসিদা শাস্ত্র মখল অসি অলংকারশাস্ত্র হায়না কৌনরম্মী অমদি খঙনরম্মী হায়বা ৱাফম অসিনি। তশেংবদি ভামহনচিংবা মায়চৌশিংনা লৌরিবা অমদি শীংথারিবা অলংকার অসি চুম্নগী লৈতেং হায়বদি ৱাহৈগী লৈতেং অমদি অর্থগী, লোযননা অনী পূনবা (উভয়) অসিখক্তা নত্তে; অলংকার হায়বা মমিং অসিনা কোনশিল্লিবসি ভাবতকী সাহিত্য নৈনরোলদা ঙসি ফাওবা য়ানরিবা 'রস'গী মতাং ফাওবা যৌবির্বনি। সাহিত্যগী লম্‌দা লৈবিবা ফজবা নীংথিবা পূম্নমক অসি অলংকারগী মনুংদা থম্মকইবনি। মায়চৌ বামনদি অসুম্না হায় –'*সৌন্দর্য়মলংকারঃ*' (*কাব্যালংকার*, ১/১/২)—অলংকার অসি নীংথিবগী শক্তম-খূদম্লি হায়বা যৌনা হায়রম্মিবনি। কাব্যগী শাস্ত্রবু অলংকাবশাস্ত্র হায়না কৌনরম্মবনি।

## সৌন্দর্য়শাস্ত্র (নীংথিৱগী শাস্ত্র) ঃ

লমদম অসিগী সাহিত্য নৈনবশিংনা কাব্যগী মপান অমদি মনুংগী নীংথিবদা থৱায় য়াওরকই। মতম খূদিংমক্তা নীংথিবা ফজবা হায়বা পোৎ অসি নৈনদুনা থিদোক্লবা কন্না

লাক্লবকই। অলংকাবনচিংবা ময়াম শীজিন্নবক্লিবসি ময়েক্কীদি নীংথিবা হাযবা পোৎলম অসিগীদমক্তনি। দণ্ডীনা অকনবা খোল্লাউ অমগা লোয়ননা, ৮শুবা চহীচাদা হায়খ্রবা ৱাফম্নি—“কাব্যদা ফজহল্লিবা লম্বেলশিংবু অলংকাবনি হায়না খঙনৈ।” —‘কাব্যশোভাকবান্ ধর্মান্ অলংকাবান্ প্রচক্ষতে’ (*কাব্যাদর্শ*, ২/১)। মায়চৌ অসিগী মতুংদা রুদ্রটনা ‘ফজবা’ অমদি ‘অলংকাব’গী মবী অসি পনখ্রবনি—‘সৌন্দর্যমলংকাব’ (*কাব্যালংকাব*) মথংগী চহীচাদা মাযচৌ অভিনবগুপ্ত (১০-১১শুবা চহীচা)না ফজবা হায়বসি কাব্যদা যাওদবা সুকয়ামক য়াদ্রবা মচলনি হায়না কন্না হায়বি। নৈনবা মীওই অসিনা কাব্যদা ফজবগী মতাংদা অসি ফাওবা হাযবি—“থক্তোবকপা খোঞ্জেল (ধ্বনি) গী পাম্বৈ লৈজবগসু গুণ অলংকাবগী মতা চাবা মওং চপ চানা যাওববা নীংথিজবা ৱাহৈগা অর্থগগী হকচাং শক্তম্নববা ৱাহৈ পবেংশিং অদুবু কাব্যনি হাযনৈ”—‘গুণালংকাবৌচিত্যসুন্দবশব্দার্থশবীবস্য সতি ধ্বননাত্মনি কাব্যব্দপতাব্যবহাবঃ’ (*ধ্বন্যালোক-লোচন*, লা ১৭)।

শেংলবা ৱাফমনি, ৱাহৈ ৱাতাগী অমদি অর্থগী লৈতেং কয়া হাপ্পুনসু, মগুণ কয়া লৈদুনসু মতা চাবা নীংথিবা হায়বসিমা যাওদ্রবদি হামচৎনৈ। ফনমক অচুম্বা লৈদুনসু যাবিবমখৈ যাম্বা মওংদা কান্নবা যাওদুনসু নীংথিবা হাযবসিমা ৱাৎলবদা কাব্য ওইবা যাদে। থোইবীনা খম্ববু অহানবা হেক উবদা অহানবা মীৎযেংগী নুংশিবা ফীভম শীংথাবদা “থোইবীদি লূদা চঙলবা লীন অমগা মান্নবে; লৈথোক লৈশিন যাদ্রে” হায়বদা শীগঙনবি; ফজবক্লিবদি—

লূ-দা চঙবা লীলহাগুম মহি ময়াই চমখরে॥
লৈথোকসিসু ঙমদবে লৈসিনবসু য়াদরে॥

(*খম্ব থোইবী শৈরেং*, অঙাংহল, লা: ১০)

হাযনা শীংথাবকপদনি। কাব্যদা ফজবা যাওদবা সুকয়া যাদবনি হাযবসি অভিনবগুপ্তগী মোৎনি। মহাক্তি নীংথিবা অসিমক কাব্যগী, কলাগী থৱাযনি হায়না লৌই—‘চাকত্বপ্রতীতিঃ তর্হি কাব্যস্য আত্মা’ (*লোচন*, লা. ৩৩)। কাব্যগী খ্বাইদগী মকওইবা পোৎলম নীংথিজবা হায়বসি পোৎশক অমত্তদা য়াওবা নত্তে কাব্য মশাগী কায়াৎ খূদিংদা হায়বদি ৱাহৈ, পবেং, অলংকাব, গুণ, বৃত্তি অসিনচিংবা—পূম্নমক্তা মওং তানা মফম চানা চানা, চেঙপোৎনা মাইবেল তোপ্পগী মওং নত্তবা মওংদা হাপ্পা তাই। কাব্যদা য়াওফম থোকই। অসিগুম্বা ‘থোকই’ হায়বসিগী থাজবদা মায়চৌ অভিনবগুপ্তনচিংবনা মায়পূননা কাব্যগী কায়াৎশিংবু নৈনখি। ফজবা

নৎত্রগা নীংথিবা পোৎলম অসি কদায় কদায়রাইদা কবম কবম্না মওংদা য়াওগনি হায়বগী নিয়মগী ওইবা মওংগী নৈনবা মখল অমা খণ্ডলকখি। অসিগুম্না ফজবগী মওং নৈনবা কাব্যগী শাস্ত্রবু ফজবগী শাস্ত্র হায়বদি সৌন্দর্য়শাস্ত্র হায়না খণ্ডনবকখি।

অদুবু মমিং অসি কাব্যশাস্ত্রগী মওংদা চান্নবকখিদবে। মবম কয়ামুক লৈবা য়াই। অদুবু খ্বাইদগী চাউবা অমদি খ্বাইদগীসু মকুওইবা অমদি, ফজবা হায়বসিদা খূৎহৈবগী অতৈ পোখোকশিং, হায়বদি কলা অতৈগী রাসু কোনশিনবা যাবক্কদৌবি। ঈশৈ, লাই যেকপা, শক্তম শাবা অসিনচিংবা থোৎ-নৌবা খূৎশেম হায়বদি ললিত কলাশিংদসু নীংথিবা অসি চঙলকপা তাবনা পাক-শনমন্না থোক্লবে। অদুগা সৌন্দর্যগী মওংদদি কলা অপূম্বা নৈনবা যাবক্কদৌবে। অদুগা কাব্য কলা অসিদি কলা অতৈগা মান্নবা নৎত্রি। মান্নহন্নবা তৌবসু য়াবোই কলাগী শাদোং ওইবিবা পাম্বেসু খেন্নে। অদুনা চাউমন্না থোকপা মমিং অসি কাব্যগা চান্নদে; মপাগী কোট মচা অঙাংনা লীৎপদৌনা তৌই। মবম অসিদগী মিং অসিমসু ইতিহাসতা লৈবদগী পঙহেন হেন্দবে।

**সাহিত্যশাস্ত্র নৎত্রগা কাব্যশাস্ত্র ঃ**

কাব্যবু সাহিত্য কৌবগী ইঙ্গিৎতি ভামহনা (৬শুবা চহীচাদা) পীখ্রবনি— 'শব্দার্থৌ সহিতৌ কাব্যম' (ৱাহৈগা অর্থগগী লোযনবা মওং অদু কাব্যনি) 'সহিত'তগী শেম্মক্কদবা ৱাহৈ 'সাহিত্য' হায়বসি ভামহগী মতম অমদি মদুগী মতুংদসু অদুম্মক লৈবম্বদি তাবনি। অদুবু হৌজিক হৌজিক কাব্য (লিটবেচব)গী অর্থদা শীজিন্নবিবা অসিদি বাজশেখব (১০শুবা চহীচা)না মহাক্কী *কাব্যমীমাংসা* দা ইহান হান্না ময়েক শেংনা শীজিন্নবম্বা অসিদগী ওইবমগনি হায়না, হৌজিক ফাওবদদি, অতৈ থোইদোকপা ফংদ্রিবনিনা, থাজবা তাই। য়ায়াবব হাযনা মশানা কৌজবা বাজশেখবগী নৈনবগী লাইবিক অসি য়াম্লা থেঙনা ২০শুবা চহীচাগী হৌবকপগী অদুৱাইদতা (চাউবাক্লা ১৯১৯ গী অদুৱাইদা), থেংনদুনা পুথোক্লবকপনি। লাইবিক ওইনা গায়কৱাড ওবিয়েন্টেল সেবিজ, বডৌদানা ফোঙলকপনি। লাইবিক অসি শব্দক ১৮ থোক্লা ইবম্বনি হায়নৈ। হৌজিক ফংলিবসি *কবিবহস্য* হায়না মিংথোনবা অহানবা শব্দক অদুদনি। লেমহৌবিবা অতৈদি ফংনদ্রি। বাজশেখববু অফাওবা লীলা ইবা অমা ওইনদা খঙনবম্বনি। 'সাহিত্য' হাযবিবা ৱাহৈ অসিমকসু বাজশেখবনা নৈনবা হায়বদি শাস্ত্রগী অর্থদা পুবক্লবা মতাংদা শীজিন্নবম্বনি। মহাক্লা মশাগী মমিং অমা ওইবিবা য়ায়াবব অসিগী লেঙদ্রবা মোত ওইনা ইবম্বনি—'পঞ্চমী সাহিত্যবিদ্যা ইতি

য়ায়াববীযঃ'। *কাব্যমীমাংসা* গী মতুং ইন্না মঙাশুবা সাহিত্যবিদ্যানি হায়বসি য়ায়াববগী মোৎনি। পল্লম্মিবা 'সাহিত্যবিদ্যা' অসি সাহিত্যশাস্ত্রনি; 'বিদ্যা'গী অর্থ অমদা পুবিবসি বেদ মবি, অঙ্গ তব্ধক, মীমাংসা, ন্যায, ধর্ম্মশাস্ত্র, পুবাণ আযূর্বেদ, ধনুর্বেদ, গান্ধর্ববেদ অমসুং অর্থশাস্ত্রনি। বাজশেখবগী তুংদা লাকপা নৈন-মীওইশিংনা ৱাহৈ অসিবু মযাক লৈনা শীজিন্নবকই। ভোজবাজ (১১শুবা চহীচা—১বা তং.)না ৱাহৈ অসিগী মনুংদা য়াওবিবা অর্থগী শক্তম মযেক শেংনা লৌখ্রবনি। মথং মথং অসুম শীজিন্নবকপনা রুয়যক (১২শুবা চহীচা—১বা তং.)না *সাহিত্যমীমাংসা* অমদি বিশ্বনাথ কবিবাজ (১৪শুবা চহীচা—১বা তং.)না *সাহিত্যদর্পণ* হায়না মিংথোনবা নৈন-লাইবিক পুথোক্লক্লে। লাইবিক অনী অসি চক পুবা শাস্ত্রনি হায়না লৌনবিবনি। অসুম্না সাহিত্যশাস্ত্র হাযবা ৱাহৈ অসি বাজশেখবগী মতমদগী চত্থবক্লি। হৌজিক ফাওবা পন্নবি। মযাম্না পাম্লনা তৌবিবা মমিংনি। ভাবতকী ওইবা সাহিত্যগী লীকলম অমা কায়দনা চত্থবকপা ১৮শুবা চহীচা ফাওবা মমিং অসি লৈখিবনি। হৌজিকসু লৈবি।

সংস্কৃত লোন্দগী থোক্লককখিবনি হাযনবিবা ভাবতকী আর্য-কাঙলূপকী লোল অয়াম্বদসু ৱাহৈ নৎত্রগা মমিং অসি অসুম চৎনৈ। ক্রিয়াকল্প হাযবসিদি শীজিন্নখিদবে। সৌন্দর্যশাস্ত্র, অলংকাবশাস্ত্র অদুম্মক খবা খবদি শীজিন্নবি। যাম্লমক পাক-শন্না শীজিন্নবিবসি 'কাব্যশাস্ত্র' নৎত্রগা মসিগী চপ চাবা শাইওন ওইবিবা 'সাহিত্যশাস্ত্র' অসিনি। হিন্দী, বাঙ্গালী, কাশ্মিবী, গুজবাতী, বাজস্থানীনচিংবদা মসিমক্কী অর্থদা আলোচনা, সমালোচনা, সমীক্ষা অসিনচিংবা খবসু শীজিন্নৈ। অদুম ইখঙ মখঙনৈ। রূপ, সিদ্ধান্ত, আলোচন অসিনচিংবা খবসু 'সাহিত্য'দা তপশিল্লগা অদুম শীজিন্নবি। অর্থদি সাহিত্যশাস্ত্রনি।

### মণিপুরীদা নৈনবা ঃ

মণিপুবীদদি সাহিত্যশাস্ত্র নৎত্রগা কাব্যশাস্ত্র অদুক হাক্লা কন্না চৎনদে। সাহিত্য নৈনবা হায়বসি হৌজিক কন্না চৎনবি। মসিগা ঈবোয়নবদা সংস্কৃত, হিন্দী, বেঙ্গলীনচিংবা শম্লবা কাঙবুনা আলোচনা, সমালোচনা, সমীক্ষা, মীমাংসা, সিদ্ধান্ত অসিনচিংবা শীজিন্নৈ। ইংলিশনচিংবা পামজবা কাঙবুনা ক্রিটিসিজম, ইস্থটিক্স, পোইটিক্স অসিনচিংবা শীজিন্নৈ। মবক অসিদা মৈতৈবোনগী ওইনা থোনবা পাম্বশিংনা নৈনবা, কাঙলোন, মিংশেল, লৈতেং অসিনচিংবা কন্না শীজিন্নবা লাক্লবি। ইযা য়ানবদৌনা তৌবি। তং তাবা অমদি লৈতবদৌনা তৌবি। তৌবসু নৈনবগী

কাঙলোনগী কবিগী ৱাফম অসি য়াম্না থেঙনা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যনা য়াকায়রক্কবা (খৃ. কু. ১৮৫০গী মতুংদা) মতাংদতা মমী তম্মকই। অঙাংহল, কমল, চাউবনা সাহিত্য সেবা তৌরকপগী মতাং অদুৱাইদা ভারতকী ওইবা নৈন-পরীংগী ৱাখল লাকখি। সাহিত্যকার চাউবগী 'খম্ব-থোইবীগী ৱারী মহাকাব্য' (*জ্যোতি* চেফোঙগী শকাব্দ ১৮৭০ গী লমদা থাগী মশীংদা অহানবা ফোঙখিবা) হায়না মিংথোনবা ৱারেং অসিনা, হৌজিক ফাওবদদি ভারতকী ওইবা নৈনরোল য়াওবা মচলনি। মসিসু মরীক চূম্মবা শাস্ত্রগী ওইবা মীৎয়েং য়াওবদি নৎত্রি।

লাঞ্জাওনা নৈখায়করবা মতুং, ভাবত-নীংখা তম্বগী মতুংদগীদি মণিপুবী সাহিত্য অসি মীৎয়েং অনীদগী নৈনবা *হৌবক্লে*—নোংপোক্লোমগী অমদি নোংচুপ্লোমগী মহৈ-মশিং (ইজুকেশন)গী ফল শোযদনা ওইগনি। ফীভম অসি কুনশুবা চহীচাগী অবোইবা তংখায কন্না হুইথবকপগী, হৌজিক হৌজিক্কী মতাং অসিদদি মওং অমদা চখনববি। সাহিত্যগী মচল অমবু অমনা নোংপোক্কী মীৎযেংদা য়েংলগা অমনি হায; অতোপ্পা অমনা নোংচুপ্লোমগীদা পানশিল্লগা অমনি হায়। কনা কনাগুম্বদি অনীমক্কী অপূনবা মীৎযেংদা যেংলকপসু য়াওই। অঙাংহলগী *খম্ব-থোইবী শৈবেং* বু মহাকাব্যনি হায়বসু যাওবি অদুগা এপিক (epic)কী মীৎয়েংদা কন্না নৈনবসু মশীং যাম্মী। অদুগা পোৎ অনী অসিদি—মহাকাব্য অমদি এপিক—মশক অমত্তা ওইবা নত্তে। ৱাখল চাউবা অমদি ৱাংবা মীওইনা ইবনিনা মান্নবা কোঙ্গায় অনীমক্তা য়াওদবদি য়াবোই। অদুবু মওং-মতৌ, চাউ-শাংবা মান্নে হায়দনা হামেংবু য়াওনি হায়বদি যাবোই। খেন্নবদুনসু মহাকাব্যনা মহাকাব্য অমদি এপিকনা এপিক কৌরিবনি। চুম্মী, য়াই; মচল অমবু তোঙান তোঙানবা মীৎয়েংদা য়েংবা কায়দে। মশক খঙনবা সাধনানি। য়েংনীংবা মওংদা য়েংবগী অধিকার খূদিংমক্তা লৈ। তৌবতবু চৎনবী পথাপ মাগী-মাগী লৈবনিনা, শাস্ত্রগী ওইবা তারবদি, তোঙান-তোঙান্না ময়েক শেংনা মচা খাযবা লীকলম অদুদা য়েংবা চুম্মী। পোখোক অমা হায়বসি তাইবং-খূৎশেম ওইবনিনা শেম্মিবা মী অদুগী নাৎ (সংস্কৃতি) মপূমগী ফল শোয়দনা লৈগনি। নোংপোক্কী নাৎকা নোংচুপকীগা অনীগী মরক্তা চাউর-চাউরবা ঈপাক লৈরি। খেন্নবা থম্বসিসু চাওখৎপগী খূদম অমনি। *খম্বা-থোইবী শৈবেং* বু এপিক-মহাকাব্যনি হায়বা ফরোই। মীগা নোংশাগা পূনবগী নোংশামী নৎত্রগা মীনোংশাগী শক্তম লৈরম্বা চক অদু হৌখ্রে; চৎখ্রে। হলহল্লক্তবা ফৈ। সাহিত্যগী মচল খূদিংমক শাস্ত্রগী মীৎয়েংদা য়েংদবা সূপয়ামক য়াদ্রবনি হায়বগী ৱা লৈতে। *মাধবী* বু তুকা থিদুনা য়েংলগা অপাবগী

থম্মোয়দগী কোখোক্তুনা বাসমণ্ডল ফুনবদা হাপখিবা ঙম্মোই। মালেমগী কাঞ্চি খূদিংমক নীক্লক্কনি।

তৌবগীদি ইয়ান যানশিন্নবগী ফীভম অসি মালেম সাহিত্যসিনা, মালেম কাঙদ্রুম অসি পীকশিল্লক্লবনা, অমত্তা অসুম অসুম ওইশিল্লকপা অমদি মসিগা লোয়নবদা, মণিপুবী মশাগী নৈন-কাঙলোন অমা লৈজবক্তবা অসিদগী লাকখিবনি। মৈতৈবোনগী মশাগী সাহিত্য যাম্না ব্রাংনা লৈজবক্লি হাযবসিমদি ফক্লাংদা কাং কাপ্পনি। লুবিবদি মসি নৈনবগী লীকলম অমা, ভাবতকী কাব্যশাস্ত্রগুম্বা নোংচুপকী ইস্থটিক্স নৎত্রগা পোইটিক্সতৌনা তৌবা পথাপকী পবীং অমা লৈবক্তবা অসিনি। লাইবিকসি ইবিবনা খনবদদি পথাপ কন্না হিংলকপা, হৌন-লোনচৎতা না-বু কাযবা যাদবা নিংথৌগী কোনুংনা খৃ. কু. ৩৩ হাযবদি লাচল্লবা নিংথৌবোনগী অহানবা মৈদিংঙু নোংদা লাইবেল পাখণ্ডবগী মতমদগী হৌনা লেপ্তুনা শেন্নবক্লিবা মৈত্রবাক্লিনা কাঙলোনদি শোযদনা লৈবমগনি; থম্বসু থম্বিবমগনি। যামদ্রবদা চীম্থাংদদি লাচনদুনা লৈবমগনি। নুতিগী পুন্সিগী চন্নবা মতাং ফাওবদা 'গদবনি' অমদি 'বোইদবনি' হাযবগী পথাপ থম্নবিবা কাঙলূপ অসিনা মশাগী অপূনবগী ওইবা সাহিত্যগী মতাংদা কাঙলোন থম্নম্লোইদবগী মবম লৈতে। মবম কযামুক্তগী ফংদ্রিবগী ব্রানি। মৈত্রবাক্কী পোৎ কযা ফংগন্দে।

**কাব্যশাস্ত্রগী খোঙহৌ অমদি ঈচেল ঃ**

**খোঙহৌ ঃ** লৈবাক অসিগী অবিবা, যাম্না লিবা অমদি খ্বাইদগী লিবা মীওই-কাঙলূপতি লাই অমদি লাইবৈবাক্তা চেৎনা থাজবকপনিনা থৌদোক-ব্রাথোকশিং অসি লাইশিংগা ইশম শম্নবকই। সাহিত্যশাস্ত্র ইহান হান্না পোকখিবগী মতাংদসু লাই অমদি লাইবৈবাক্কা মবী থম্বা উই। নৈন-মীওই বাজশেখব (১০শুবা চহীচা)না মাগী লাইবিক *কাব্যমীমাংসা* দা শাস্ত্র অসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মচীন্দগী অহানবা ওইনা হৌবকখিবগী ব্রাফম পল্লি। কৃষ্ণনা ব্রহ্মানচিংবা মাগী সেবক ৬৪দা তাকপা; ব্রহ্মানা মাগী ব্রাখন্দগী পোকপা মচা-মনাইশিংদা অমুক তাকপগী ব্রা যাওবি। ব্রহ্মাগী মচা-মনাইশিংগী মনুংদা শাস্ত্র মযাম খঙবা হৈবা, সবস্বতীগী মচা, কাব্যপুরুষ কৌবা অমা য়াওবি। ব্রহ্মানা মঙোন্দা শিন্নবদগী শাস্ত্র অসিবু শব্দক ১৮ থোক্লা খাযদোক্লগা মাগী সেবক (মহৈবোয়) ১৮দা অমমমতা ওইনা কাব্যপুরুষনা মমুৎ তানা তম্বিখি। সেবক ১৮ অসিনা মখোযগী গুরুনা তাকপিবা মতুংইন্না মীযামদা শন্দোক্লবা কাব্যগী শব্দক ১৮দা লাইবিক ১৮ ইখি

(বাজশেখব, *কাব্যমীমাংসা*, লা: ১ নৎত্রগা বলদেব উপাধ্যায়, *ভাবতীয় সাহিত্য শাস্ত্র*, ১বা খণ্ড, লা: ৭)। কাব্যপুরুষকী মহৈবোযশিংগী মনুংদা *নাট্যশাস্ত্র* ইখিবা ভবত মুনিসু যাওবি। ভবত মুনিগী মতম অসি খৃ. তুং অহানবা অমদি অনীশুবা চহীচা ওইনা লৌনৈ (*এনসাইক্লোপেদিয়া ওফ ইন্দিয়ান লিটবেচব*, ভো: ১, সাহিত্য একাদমী, ১৯৮৭, লা: ৪৪৭; ডা. এস. কে. ডে, *হিষ্ট্রি ওফ সংস্কৃত পোইটিক্স*, ১ বা, লা. ৩২; ডা. কাণে, *সাহিত্য দর্পণ* গী ব্রাহৌদোক, লা: ৮)। চক মতা অসিদা লৈবমগদবা গুরু কাব্যপুরুষকী ব্রাফম অসি (ব্রাবী অসি) খূদম-প্রমাণগুম্বগী মাল্লি।

আর্য্যশিংগী খ্বাইদগী লিববা শৈবেং *ঋগ্বেদ* দা অলংকাব যাওবা পবেংশিংদি থেংনৈ। নিঘণ্টু—বেদগী ব্রাহৈশিংগী ডিক্সনাবীনি অমদি নিরুক্ত—নিঘণ্টুদা পীবিবা ব্রাহৈশিংগী অর্থবু ব্যাখ্যা তৌদুনা তাকপা লাইবিক্লি—লাইবিকশিংদা উপমা অলংকাব অমদি মসিগী পোৎচঙ অমদি মখলশিংগী মবমদা নৈনবম্বা থেংনৈ। মসিদগী খঙবদি নিরুক্ত অমদি নিঘণ্টুগী মতমদগী চাউবাক্লা খৃ. মাঙ কুম ৬০০ মুক্কী অদুব্রাইদগী অলংকাববু পথাপকী ওইবা মনৈনা অমদা নৈনবা হৌখ্রে হায়বসিনি। মালেমগী ওইনা ইহান হানবা ব্যাকবণনি হায়না থাজনবিবা, ঋষি পাণিনি (খৃ. মাঙ কুম ৫০০)গী *অষ্টাধ্যাযী* দা উপমা অলংকাববু শাস্ত্রগী ওইবা মীৎয়েংদা কূপ্না নৈনবা থেংনবে। ব্যাকবণ হাযবসিমক্তবু পথাপকী ওইবা মীৎয়েংদা লোল নৈনবনি। অলংকাব অসি লোনগী চাউববা মচল অমনি। অদুমকপু অখন্নবা অলংকাব খবা মশক মওং মমিংনচিংবা নৈনবনা কাব্য নৈনবা হৌবে হায়বদি যাদ্রি। হোয, মমী খবদি তস্মে হাযবদি শোযদ্রে।

বাল্মীকিগী *বামাযণ* অসি ভাবতকী ওইনা (সংস্কৃতকী) ইহান হানবা মহাকাব্যনি হাযনা লৌনৈ। মালেমগী খ্বাইদগী ফজবা শৈবেংশিংগী মনুং চল্লিবা কাব্যনি। মসি ইখিবগী মরূগী ওইবা ইহুলদা থম্মোয শোকপা অব্রাবা অমা যাওবি। ঈরুজরুবা কাবকপদা মমাঙমক্তদা শাদানবা অমনা, উগী ফৈবাদা তোংদুনা চীল্লোক্লবা পামজবিবা ক্রৌঞ্চ অমদি ক্রোঞ্চী (ঙাংনু থঙ্গোং) চেক্লা অনীগী মনুংদগী লাবা অসি কাপথদুনা হাৎতোকপিবে। হিংহৌবিবী অমোম্মা কায়না মৈশা লাংদুনা ওন্ন-থোইনা খাঙবদু উরুবদা মহর্ষিনা শাদানবা নঙদদি নুংঙাইবা ফংলনু হাযদনা শাপ তৌবকই। শাপ অদু নীংথিজববা ফজববা শৈবেংগী পবেং ওইনা থোবকপনি।

**মা নিষাদ প্রতিষ্টাংত্বমগমঃ শাশ্বতীঃ সমাঃ।**

**যৎক্রৌঞ্চমিথুনাদেকমবধীঃ কামমোহিতম্।।**

**(হে শাদানবা, হক্তিন ঈথৌ ঈরাংদা শুমহৎলবা**

**ঙানু থঙ্গোং অমা হাত্তোকপিন্নবা নঙদি নুংঙাইবা ফংলনু।)**

খল্লুবা তৌদনা মথন্নতা শৎ হেক্তা থীধবকখিবনি। শাপ তৌকৰগা মথংদা ভাব তানা শব্দোক্লা হায়বগী মওংদা শৈবেংগী পবেং অমুক থোবকখি—

**সমাক্ষরৈশ্চতুর্ভির্যঃ পাদের্গীতো মহর্ষিণা।**

**স্যোঽনুব্যাহরণাদ্ ভূয়ঃ শোকঃ শ্লোকত্বমাগতঃ॥**

**(বাল্মীকি, *ৰামায়ণ*, বালকাণ্ড, ২/৪০)**

**(মহর্ষিগী শকখিবা ময়েক মান্নবা পবেং মরি-মরিগী**

**অৱাবা (শোক) শৈরেং (শ্লোক) হন্না হন্না শাফোঙই।)**

পবেং অসিদা পল্লিবা 'শোকঃ' (থম্মোয় শোকপা অৱাবা) অমদি 'শ্লোকঃ' (শৈবেংগী পবেং) অনী অসি চুংশিন্নদুনা থম্মোযদা পানবা অৱাবগী ইহুলনা শৈবেং হায়বদি কাব্য ইহল্লকপগী ৱাফম মহাকবি অসিনা হায়বি। কাব্য কবম্না কবিদগী পোক্লকই হায়বসিগী মতাংদা মহাকবি অসিনা নৈনবা হৌই হায়না থাজদুনা বাল্মীকিবু ইহান হানবা নৈন-মীওইনি হায়না লৌনবসু কোঙ্গাইনি—আনন্দবর্ধনগী *ধ্বন্যালোক*, ১/৮ দা অমদি কালিদাসকী *ৰঘুবংশ*, ১৪/৭০ দসু য়েংবিবা যাই। পূমচুম্মক চুম্মবা ৱাফম নৎত্রগসু তুংদা লাকপা মণ্ডল লৈবা সাহিত্য শূবশিংনা বাল্মীকিদগী থৌইনশিন ফংদুনা মহাকাব্য মথং মথং পুথোক্লবকপগুম নৈনবগী লাইবিকসু ইনবকই হায়না থাজনবা চুম্মী। অদুমকপু *ৰামাযণ* দি মহাকাব্যদগী হেল্লবা মহা-মহাকাব্য কৌনিংলবা শৈবেং লাইবিক্লি। নৈনবগী ৱাফমদি তশেংনা চখববা নৎত্রি। চুম্মী নৈনবগী মব্দ হুল্লে হায়বদি শোযদ্রে।

কাব্য নৎত্রগা সাহিত্য নৈনবগী ইহান হেক হানবা লাইবিক্তি, হৌজিক ফাওবদা ফংবগী মনুংদা, ভবত মুনিগী *নাট্যশাস্ত্র* অসিনি। *নাট্যশাস্ত্র* গী তাঙ্কক ৩৬তা নৈনবিবা ৱাফমসি নাট্য নৎত্রগা নাটক হায়বদি লীলাগা মবী অপা-অপাননা লৈনবা ঙাক্তনি। অদুবু মসিগী মনুংদা পথাপকী ওইবা মওংদা নৈনবক্লিবা অলংকাব, ছন্দ, বস অসিনচিংবা ময়াম অসিদি কাব্যগী মচাক ঙাক্তনি। সাহিত্যমক নৈনববনি; মমিংদবু লীলা নৈনবগী থোল্লি হায়বতনি। তৌবসু লীলা হায়বিবসিদা কলা পূম্নমক য়াওববগী ৱাফমদা লৈববনিনা কাব্য কলাসু অদুম্মক যাওবা তাববনি। অদুগীসু মথক্তা অমুক, হৌবকপগী মতাং অসিদা কাব্যশাস্ত্র অসি লীলা নৈনবা নাট্যশাস্ত্রগী মনুংদা চলহনখবে। হৌজিক ফাওবদা লাইবিক ওইনা ফংদ্রিবগী ৱানি ভবত মুনিগী মমাঙদসু লীলা নৈনবগী লাইবিক খবা লৈদ্রবনি।

পাণিনি (খৃ. মাণ্ড চহী ৫০০ মুক)না মাগী লাইবিক্তা শিলালি অমদি কৃশাশ্ব কৌবা লীলা নৈনবা মীওই অনী পল্লম্মী। পানিনিগী লাইবিক অর্থ হল্লম্বা পতঞ্জলি (খৃ. মাঙ ১৫০-২০০ কুম মুক)নসু লীলাগী অভিনযগী মবমদা পল্লম্মী। লীলা হায়বা মচল অসিদি খৃষ্ট মমাঙগী চহীচা কয়াগী মমাঙদগী লৈবক্লবনিনা নৈনবসু চপ চানা হৌবম্মগদবনি হায়না খনবা তাবনি। অদুমকপু মপূং ফাবা চপ চাবা লাইবিক্তি থেংনদ্রিবনিনা খূদম প্রমাণদি লৈত্রি। পূম্নমকসি য়েংলুবগা মীসু লাইসু য়ানগদবা যেংদুনা হায়বা তাববদি খৃষ্ট মতুং অহানবদগী অনীশুবা চহীচাগী মনুংদা ইবম্বা য়াই হায়না থাজনবিবা ভবত মুনিগী *নাট্যশাস্ত্র* অসিনা কাব্যশাস্ত্রগী অহানবা লাইবিক মপূমনি অসিনি।

মথক্তসু পনখ্রে, *নাট্যশাস্ত্র* অসিমক্তি লীলা হায়বদি নাট্য নৈনবগী শাস্ত্রনি। মতাংসিদা পনবা য়াবদি চাউবাক্লা ভামহ (খৃ. ৬শুবা চহীচা) ফাওবসিদা কাব্য অসি নাট্যশাস্ত্রগী মনুংদা নৈনৈ। ভবত মুনিগী মমাঙদা লৈবম্বশিংনা পল্লম্বশিংসু মব্দওইনা লীলাগীদা ওইনা তৌই। অদুনা কাব্যশাস্ত্র অসি লীলা নৈনবগী মনুংচন্না লৈবম্মী হায়বা তাই। মসিনা অহানবা মতাংগীনি। অনীশুবা মতাংনা ভামহ অমদি মাগী মতুংদা লাকপা নৈন-মীওইশিংনা কাব্যগী মগুণ অসুম নৈনবকপনা নাট্যশাস্ত্রসি কাব্যশাস্ত্রদগী তোঙান্না লৈবদৌনা তৌববে। হায়বদি নাট্য অসিগা কাব্যগা পোৎশক তোঙান তোঙানবা ওইনা তৌখ্রে। অনীমক তোঙান তোঙানবা ওইনা নৈনবা শাস্ত্র অনী ওইবে। আনন্দবর্ধন (৯শুবা চহীচা) ফাওবদা শন্দোক্লা চখে। অহুমশুবকপা ওইনা চাউবাক্লা বাজশেখব (১০শুবা চহীচা) অসিবাইদগী সাহিত্য অসিগী মনুংচন্না লৈবা নৎত্রগা থম্বা ওইবকই—নাটক। অদুনা নাট্যশাস্ত্র অসি সাহিত্যশাস্ত্রগী শব্দক ওইনা লৈবকই। ঙসি ফাওবা ফীভম অসি চথবি। দৃশ্য কাব্য অসি সাহিত্য মপূম অসিগী শব্দক অমা ওইনা অদুম্মক লৌনবি। মীগা লাইগা শমুবিঙৈগী রা, কোন্না ইবকপা লাইবিকশিংদা, মমাঙদা লৈবম্মী হাযবগী ব্রাফম, লোয়ননা বাল্মীকিগী মহাকাব্যদা কাব্য নৈনবগী যাওবিবা শব্দক মচেৎ-মচা, পূম্নমকসি খূদম প্রমাণ অমদি লমথুংগী মীৎয়েংদা হৌবকপগী নৎত্রগা হৌবমদাইগী অধিবাসনি, কর্টেন বেজবগুম্বনি হায়না লৌদুনা লাই ওইববা কাব্যপুরুষতা শিন্নথোকখ্রগা অতাবীগী ওইবা মীৎয়েং অমদা ভবত মুনিগী *নাট্যশাস্ত্র* অসিনা কাব্যশাস্ত্র নৎত্রগা সাহিত্যশাস্ত্রগী ফংলবা অহানবা লাইবিক্লি হায়না লৌবা তাবনি। নৈনবগী শেংলবা লাইবিক্লি।

**ঈচেল** ঃ ভাবতকী কাব্যশাস্ত্রগী লমদাং অসি, চপ চানা খণ্ডনববগী মতুংইন্না

চাউরাক্লা খৃষ্ট তুং অনীশুবা চহীচা হায়বদি, ভরত মুনিদগীনা, তরানিপানশুবা চহীচা ফাওবা হায়বদি পণ্ডিতরাজ জগন্নাথ (১৭শুবা চহীচাগী ১বা তংখায়) অমদি মাগী মতুংগী পণ্ডিত বিশ্বেশ্বর অমদি পণ্ডিত নরসিংহ (অনীমক ১৮শুবা চহীচা) ফাওবদা লীক্লম অমা কায়দনা শন্দোক্লা লৈরি। তরামাপনশুবা চহীচাদগীদি সাহিত্য নৈনবগী লমদা ভারতকী ওইনা লৈবা তোপতোপ্পা শক্তম অসি লেঙদনা চপ লেপ্পবা ঈচেল অমগুম্না লৈবদৌনা তৌরে। হান্নগী লৈজরকপা লীক্লমগী পথাপতা নৈনবা, ব্যাখ্যা তৌবা করি হায়রিবনো হায়না অর্থ হনবা খরদি হৌজিক ফাওবা চত্থরি। অওনবা মচা-মচা খরসু অদুম থোক্ল রক্লি। অদুমকপু ভরত্তগী ভামহদা, ভামহদগী আনন্দবর্ধনদা, মতুংদা অমুক রাজশেখরদা, ভোজরাজ (১১শুবা চহীচাগী ১বা তংখায়)দা বিশ্বনাথ কবিরাজ (১৪শুবা চহীচাগী ১বা তংখায়)দা খংচাউ খংচাউ চাউখৎলকপা অমদি চক পুবা মায়ওন অমমমদা চেষ্টরকপগী মওং অদুদি লৈরকখিদরে। মরম কয়ামুক লৈ অমদি লৈবসু য়াই। অমখক্তি নোংচুপ্লোমগী সাহিত্য অমদি সাহিত্য নৈনবগী শক্তম কন্না মঙল লৈনা পাক শন্না চঙশিল্লকপা অসি ওইবা য়াই। কায়বা নত্তে সাহিত্যবু মীৎয়েং কয়ামুক্তগী হেন্না মশক খঙনবা হোৎনবনি।

খৃষ্ট তুং অনীশুবা চহীচাদগী তরানিপানশুবা ফাওবদা লৈরিবা ভারতকী কাব্যশাস্ত্রগী ইতিহাসকী ওইবা খোঙজেল অমা মখাগী অসুম্না শন্নপ্না নৈনবা খুদোংচাগনি। নৈনবদা লায়নবা মখাগী তাঙ্কক মরি অসিদা থম্বা কান্নগনি।

অহানবা তাঙ্কক—ভরত্তগী ভামহ্ ফাওবা
(চাউরাক্লা খৃষ্ট কুম ২০০দগী ৬০০ ফাওবা)
অনীশুবা তাঙ্কক—ভামহদগী আনন্দবর্ধন ফাওবা
(৬০০তগী ৮০০ ফাওবা)
অহুমশুবা তাঙ্কক—আনন্দবর্ধনদগী মম্মট ফাওবা
(৮০০দগী ১০০০ ফাওবা)
মরিশুবা তাঙ্কক—মম্মটতগী জগন্নাথকী মতুং ফাওবা
(১০০০দগী ১৭০০; ১৮শুবা চহীচা ফাওবা)

তাঙ্ককশিংদা য়াওরিবা মশাগী তোপতোপ্পা মঙল (মগুণ) অসুম্না নৈনবা য়াই—

**অহানবা ঃ (ভরত-ভামহ)**

ভরত মুনিগী *নাট্যশাস্ত্র* গী মমাঙগী লাইরিক অসি ঙসি ফাওবদি ফংনদ্রি। আর্য্যশিংগী খ্বাইদগী লিরবা শৈরেং *ঋগ্বেদ* দা অলংকার য়াওই; নিরুক্ত অমদি

নিঘণ্টুদা উপমা অলংকারগী মতাংদা নৈনবা খরা থেংনখ্রে; নিঘণ্টুগী অইবা য়াস্কনা গার্গ্য কৌবা ব্যাকরণ ইবা মীওই অমনা উপমা অলংকারদা চঙবা পোৎচঙশিংগী মতাংদা পীরম্বা ৱাফমসু পল্লম্বা লৈরি; পাণিনি (খৃ. মাঙ চহী ৫০০-৬০০)গী *অষ্টাধ্যায়ী* দা অলংকারবু খরগা কূপশিন্না নৈনরম্বসু থেংননরে। ইহান হানবা মহাকাব্য *রামায়ণ* দা 'শোক' অমদি 'শ্লোক' অনী চুংশিন্নরগা মহাকবি বাল্মীকিবু অহানবা নৈন-মীওইনি হায়না লৌনবগী ৱাফমসু তগৎ-তগৎ তেক্লি। অদুম্মক ওইদুনসু হায়খ্রিবশিংসিদা অলংকার মশক তাকপা অমদি থম্মোয়গী ওইবা ইহুলনা কাব্য ইরকই হায়না ব্যাখ্যা তৌনবা নত্তনা কাব্যবু মপুম ওইনা নৈনবগী মওংদি য়াওদ্রি। কাব্য নংত্রগা সাহিত্য নৈনবনি হায়না তশেং তশেংনা পল্লমদ্রগসু ভরত মুনিগী *নাট্যশাস্ত্র* দদি কাব্যগী পোৎচঙ অমদি কাব্যগী মঝওইবা কায়াৎ হায়বদি অশম্বা মওং অমদা, থৱায় ওইবনি, হায়না লৌনবক্কদবা 'রস' অসি করিনো কমদৌনা পোকই নংত্রগা থোকই, মসিদা কবি কবি কাযাৎ মঝওই হায়বনচিংবসিদা শম্না শম্না, অদুমদি ওইববদা কূপথনা নৈনবি। কাব্য হায়বা অসি চপচাবা পোৎশক্কা লোয়ননা ভবতকী মতমদা (মসিগী মমাঙদসু) লৈববনি। তৌবতবু কাব্য অসি নাট্যগী মনুংদা লৈহনখিবগী ৱাতনি। *নাট্যশাস্ত্র*গী ১৭শুবা অধ্যায়দা নাট্যগী লক্ষণ পীবগী মতাংদা ভবতনা অসুম্না পল্লি—

**জ্ঞেয়া হ্যনুক্তসিদ্ধিশ্চ প্রিয়ং বচনমেব চ।**

**ষটত্রিং শল্লক্ষণান্যেবং কাব্যবন্ধেষু নির্দিশেত্।।**

**(ভরত, *নাট্যশাস্ত্র*, ১৭/৫)**

**(অনুক্তসিদ্ধি, নুংশিবা ৱাহে-ৱাতা।**

**কুস্ত্রতরুক অসিনা কাব্যগী লক্ষণ লেপ্পনি।)**

মসিদগী খঙবদি কাব্য লৈরে কাব্যগী পোৎচঙসু লেপ্লে হায়বসিনি। তৌবতবু নাট্যগী লক্ষণ পীবগী মনুংদা চনখিবগী ৱাদনি। অদুনা কাব্যশাস্ত্রগী অহৌবগী তাঙ্কক অসিদা কাব্য অসি নাট্যশাস্ত্রদা চলহন্দুনা নৈনখি। অদুনা কাব্যশাস্ত্রগা নাট্যশাস্ত্রগা অনীসি অমত্তা ওইনা লৌরমখি হাযবসি শেংলে। নাট্যগী মনুংদা চঙদবা করিগুম্বা মখলগী কলা লৈতে হাযনা লাউথোক্লম্বা ভবতকী নাট্যশাস্ত্রদা কাব্যশাস্ত্র য়াওবকপা অঙকপা নত্তে; মশানা তাবনি। ভবত মুনিবু কাব্যশাস্ত্রগী অপোকপনি হায়বদা চান্নগনি। *নাট্যশাস্ত্র* গী অধ্যায় ৩৬কী মনুংদা ৬শুবা অধ্যায়দা রসকী মতাং পাক শন্না নৈনবি; ৭শুবা অধ্যায়দা ভাবশিংগী হায়র্বদি রস পোকপা নংত্রগা থোকপগীদা চঙবা পোৎচঙশিং নৈনবি; ১৩শুবদা রসকা চান্নবা খোঙচৎ;

১৫শুবদা ছন্দগী, ১৬শুবদা বৃত্তিগী ১৭শুবদা ৱাঙাঙ হায়বদি লোন্দাগী—মসিদা অলংকাব, কাব্যদোষ, কাব্যগুণগী ৱাফম পাকশন্না নৈনবি; ২০শুবদা দশরূপককী লক্ষণ, ২১দগী নাটকতা লৈবা সন্ধি মঙা অমদি মসিগী মওং; ২৮দগী ৩৩ ফাওবদনা ঈশৈ-নোংমাইগী মতাং ময়েক শেংনা নৈনবি। হায়বিবা হীবমশিং অসিদি সাহিত্যগা মবী অপাননা অমদি নাকোযননা লৈনবনি। ভবত মুনিগী ৱাখল অমদি মোংশিং মৌলিক ওইবা (ওবিজিনেল) ঙাক্তনি। তৌবতবু কাব্যগী মচলশিং অসি লীলাদা তেংবাংহন্নবা লৈবা পোৎলম ওইনা লৌখি অদুগা বসকী মহাও অসি লীলাদগীদা ফংবা ওইনা লৌখি। মতমগী লীচৎননি হায়বা তাই। অদুবু ভবতকী তুংদা, কাইনথংদা লাকপা ভবতকী টীকাকাব (কমেন্ট ইবা) লোল্লট (?), শঙ্কুক (খৃ. তুং ৯শুবা চহীচা), ভট্টনাযক (৯-১০শুবা চহীচা), অভিনবগুপ্ত (১০-১১শুবা চহীচা) অসিনচিংবা মমিং লৈব-লৈববা নৈন-মীওইশিংনা ভবত মুনিনা পীবন্বা অশূপ্পা মোত কয়াবু মানা মানা য়েংবা মীৎযেংগা লোয়ননা অর্থ হন্দুনা কাব্যগী মতাংদা মচং ওইব-ওইববা পথাপ শেম্মকখি। কোন্ননা শেম্মকপা সম্প্রদাযশিংগী মনুংদা 'বস সম্প্রদায়' হায়বসিগী অমদি সম্প্রদায় অদুগী মনুংদা লৈবা বাদ মবিগী যুম্ফম অমদি শঙলেন ওইনবগদবা লাইতাক-লাইৱা ঙাক্তা ইবন্বা ভবত মুনিনি। কাব্যশাস্ত্রগী মানস সবোবব ওইবা মীওইনি। মহাক্না পুথোক্লন্বা বস মখল নিপান ঙসি ফাওবা ফেৎ হাইদনা লৈবি—

> শৃঙ্গারহাস্যকরুণা রৌদ্রবীরভয়ানকাঃ।
> বীভৎসাদ্ভুতসংজ্ঞৌ চেত্যষ্টৌ নাট্যে রসাঃ স্মৃতাঃ ॥
>
> (ভরত, *নাট্যশাস্ত্র*, ৬/১৫)

ভবত মুনিদগীনা ভামহ ফাওবগী চহীচা মঙামুকসি কাব্যশাস্ত্রগী ইতিহাসতা ইহাঙ হাঙনা লৈ। তুংদা ইনবকপা লাইবিকশিংনা কাশ্যপ, ব্রহ্মদত্ত অমদি নিন্দস্বামী হাযবা নৈনবা মীওই খবা ভামহগী মমাঙদা লৈবন্বা য়াবগী ৱাফম থেংননৈ। অদুবু মখোয়না ইবন্বা লাইবিকশিংদি থেংননদ্রি। মবক অসিদা ভামহনা মেধাবিকদ্র কৌবা নৈন-মীওই অমগী মমিং পন্দুনা মহাক অসিনা উপমা অলংকাবগী দোষ তবেৎখক পীবন্মী হায়না মাগী লাইবিক্তা ইবি (ভামহ, *কাব্যালংকাব*—২/৩৯, ৪০)। হায়বিবা মেধাবিকদ্র অসিগী মোত কয়া নমিসাধু (১১শুবা চহীচা) কৌবা অমনা লৌথোক্লুনা মাগী লাইবিক্তা পল্লি। মীওই অসি লৈবদি শেংলে। অদুবু মানা ইবন্বা লাইবিক হৌজিক ফাওবদি থেংনদ্রি। থেংনবকখিবা য়াবি। অহানবা তাঙ্কক অসিদা কাব্যশাস্ত্র অসি নাট্যশাস্ত্রগী

মনুংদা লৈরি। তুংদা লাক্কদবা নৈনরোল কয়াগী মরূ লিংবা হৌরবসু মরু ওইনা অলংকারনচিংবা লোম্দাগী হায়বদি ফোঙদোকপগী ওইবা ফজবগী শরূকপুনা হেন্না থল্লায় য়াওনা নৈনরি। শম্না হৌরকপা মতাং হায়না খঙনবা য়াই।

**অনীশুবা ঃ (ভামহ-আনন্দবর্ধন)**

কাব্যবু কায়াৎ ময়াম খায়দোক্তুনা নৈনবা হৌবসি ভামহনা অহানবনি। মাগী নৈনবগী লাইরিক *কাব্যালংকার* অসি কাব্য মপূমগী ওইনা নৈনবা অহানবা কাব্যশাস্ত্রনি। মহাক্কী মতম অসিদগী লীলাগা কাব্যগা, হায়বদি সাহিত্যগা তোঙান্নবা হৌরকই। পরিচ্ছেদ হায়বদি পন্দুপ তরূক য়াওবা মাগী *কাব্যালংকার* অসিদা মথংশিংনা কাব্যগী হকচাং, অলংকার, দোষ, অচুম্বা লেপ্পা (ন্যায়নির্ণয়) অমদি ৱাহৈ-ৱাতাগী মতাং (শব্দ-শুদ্ধি)—হায়রিবা হীরম মঙা অসি পাক শন্না নৈনদুনা উৎলি। মাগী তরূকশুবা পন্দুপতা ৱাহৈগা অর্থগা নৈনবগী মতাংদনি ওসিগী লাইৱাদৌনা পন্নরিবা ‘শব্দার্থৌ সহিতৌ কাব্যম্’ অসি য়াওরিবা। কাব্যগী মশক লাকশিন্নবা লাক্লবদা ভামহনা হায়রিবা ৱাফমদি ৱাহৈগা অর্থগা চুংশিন্নরগা কাব্য পোকই; কাব্যদা গুণ অহুম—ওজ, মাধুর্য অমদি প্রসাদ চঙই; বক্রোক্তি হায়বসিনা অলংকারগী লেমফু ওইবা শরূক্কি অমদি ভরত মুনিনা পীরম্বা কাব্যগী দোষ তরা (ভরত, *নাট্যশাস্ত্র*—১৭/৮৭তা য়েংবিয়ু) গী মথক্তা অনৌবা খরা লৈ হায়বসিনি। মৌলিক ওইবা ৱাফম ঙাক্তনি।

ভামহগী হেক মতুংদা পনবা য়াবা মীওইসি দণ্ডী (৮শুবা চহীচা)নি। মহাক্না *কাব্যাদর্শ* ইরম্মী। লাইরিক অসিদা পন্দুপ অহুম য়াওই। অহানবদা কাব্যগী পোৎচঙ, মখল, ৱারেংগী মখল অনী—আখ্যায়িকা অমদি কথা, রীতি গুণ অমদি কবি অমদা চেনগদবা গুণ শীংথাই। অনীশুবদা পরিভাষা (দিফিনিশন)গা কোন্ননা অলংকার ৩৫গী মশক তাকপা য়াওরি। অহুমশুবদনা পাউখোং (প্রহেলিকা) ১৬কী মওং অমদি দোষ মখল ১০গী মরমদা নৈনৈ। মহাকসি কবি অমসুনি; *দশকুমারচরিত* কৌবা ৱারেংগী লাইরিক অমসু ইরম্মী। কাব্যশাস্ত্রগী লমদা মফম চাউনা লৈবা মীওইনি। মতুংদা ভট্ট উদ্ভট (৮-৯শুবা চহীচা)না *ভামহ বিবরণ* গা *অলংকারসার-সংগ্রহ* কৌবা অমগা নৈনবগী লাইরিক অনী থম্বিরম্মী। অহানবগীসি ভামহবু শন্দোক্না তাকপনি। অনীশুবগী অসিদা পন্দুপ তরূক খায়দোক্লগা অলংকার মখল ৪১গী মশক খূদমগা লোয়ননা শন্দোক্না তাকই। মাপলশুবা চহীচাদা চক পুবা নৈন-মীওই বামনগী *কাব্যালংকারসূত্র* থোক্লকই। শরূক নৎত্রগা পন্দুপ মঙা য়াওবা লাইরিকসিদা ১বদা

কাব্যগী পন্থুং নৈনবগা কাব্যগী থৱাযদি বীতিনি হায়না অকনবা মোত ফোঙদোকই। 'বীতিবাত্মা কাব্যস্য' হায়দনা লৈবা মীশক্লি। অনীশুবদা পদ, ৱাহৈপবেং অমদি অর্থদা লৈবা দোষ উৎলি। অহুমশুবদা অলংকাবগা গুণগা তোঙান্না লৌদুনা পাক শন্না নৈনৈ। মবিশুবদা অলংকাব মশক তাকই; অদুগা মঙাশুবদনা লান্না শীজিন্নবা ৱাহৈগী মওং নৈনবগা চুন্না শীজিন্নবগী মওং কূপ্না নৈনৈ। বস অসি কাব্যগী য়াম্না চাউববা মচল অমনি হায়না যাখিবা নৈন-মীওইনি। মমাঙগী মীওইশিংনা অলংকাবনা পূন্নমক ওইবগী ৱাফম অসি বামননা যাদে। অলংকাবদি কাব্যদা ফজহনবগী মচাক অমনি থৱাযদি বীতিনি হায়না লৌখি। তোপতোপ তাবা মোংনি।

মথং মায়চৌ রুদ্রট (৯শুবা চহীচাগী ১বা তংখায)না *কাব্যালংকাব* ইবকখি। মতুংদা লাকপা নৈন-মীওই কযানা হন্না হন্না পন্নবা মঙল লৈবা লাইবিক্লি। পন্দুপ ১৬না শাবা লাইবিক অসিদা কাব্যগী মওং-মতৌ, শব্দালংকাব মঙা, বীতি মখল মবি, অনুপ্রাস বৃত্তি মখল মঙা, অর্থালংকাবশিং, দোষ, বস মখল তবা, নাযক অমদি নাযিকাগী মখল অমদি কাব্যগী মখল পুথোক্কুনা নৈনৈ। অলংকাববু বৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎযেংদা মখল খাযদোক্লবা লাক্লখি। কাব্যদা বস লৈবগী ৱাফমদা কন্না থাজে। কাকু বক্রোক্তিবু শব্দালংকাবনি হাযনা থাজখিবা নৈন-মীওইনি।

চহীচা মাপলশুবগী অবোইবা তংখাযদা কাব্যশাস্ত্রগী লমদাংদা চক পুবা নুপা অমা থোক্লকই—আনন্দবর্ধন। মাগী লাইবিক *ধ্বন্যালোক* অসি কাব্যশাস্ত্রদা অনৌবা মাযওন অমা পুবকখিবা পথাপকী পবীং অমনি হাযবা যাই। ভাবতকী কাব্যশাস্ত্রগী ইতিহাসতা মাপলশুবা চহীচা অসি চাউববা উবোংগী চক অমনি। সনাগী চকনি হাযবা যাই। চহীচা অসিবু মঙাল তাহল্লিবা খ্বাইদগী মঙল লৈবা লাইবিকশিংগী মনুংদা *ধ্বন্যালোক* অসি অমনি। মতাং অসিদা কনাগুম্বনদি অসি যৌনা হায়বা ফাওবা য়াওই—

> **The 9th Century A.D. was an outstanding period in Sanskrit poetics, for, it saw the birth of many important theoretical works. Out of them the place of eminence easily goes to Dhvanyaloka of the famous aesthetician Anandavardhana. This can be reckoned as the most important work in the entire history of Sanskrit poetic theory.**
>
> **(G. Vijayavardhana, *Outlines of Sanskrit Poetics*)**

লাইহিবক অসিদা অধ্যায় নৎত্রগা শব্দক মবি য়াওই। অহানবা অধ্যায়দা ধ্বনিগা মবী লৈনবা মমাঙগী মায়চৌশিংগী মোত ময়াম লৌখত্তুনা নৈনৈ অদুগা মতা চাবা-চাবা মবে পীদুনা শীথবসু তৌই। অনীশুবদনা ধ্বনিগী মখলশিং খায়দোক্তুনা মচা খাযনা খায়না নৈনৈ। মসিগা লোয়নবদা গুণ অমদি অলংকাবগী মবমদা নৈনৈ। অহুমশুবদা ধ্বনিগী শব্দকপু অমুক্কা কূপ্পা খায়দোক্তুনা নৈনবকই। নৈনবকপগী মতাংদা কাব্যগী অর্থ লৌবদা ব্যঞ্জনা হায়বদি হায়বিবা অর্থ অদু নত্তবা থক্তোবকপা হাযবদি, হাযবনা অমা হায়বগা খঙবনা নৎত্রগা লৌবনা অমা লৌবগী মওং অমা অনৌবা ব্রাফম ওইনা পুথোবকই। সাহিত্যদদি হাযবিবা অসি য়াম্নমক মক ওইহবনি হাযবসি পুখৎলকই। মবিশুবদা ধ্বনিগী লমথুং কূপথনা নৈনৈ। ধ্বনিগী পাম্বৈনা কাব্যদা নুংঙাইহবা লৈবিবনি হাযবা মাযকৈবোমদা চঙশিল্লকই। তুংদা লাকপা নৈন-মীওইশিংনা *ধ্বন্যালোক* না হৌদোবকপা ব্রাফম কয়া মখল মখলগী অর্থ হন্নদুনা যাবক্লি। যানীংদবা যেৎপা কাঙবুসু মথোবকই। অদুবু কাঙবুদুসু মমিং থোনবা খোৎপদা যাদবগী ব্রানি আনন্দবর্ধননা হাযবা ব্রাফম খবদি নাকোযননা অদুম যাই।

আনন্দবর্ধন অসি বস হাযবা মালেম-মপোক (লৌকিক) অসিগী নঞ্জবা লাইবৈপাক্কীগুম্বা নুংঙাইহবগী মশক ওইবা কাব্যগী মচল অসিবু চপ চানা য়াবা মীওইনি। বস-সিদ্ধান্ত (বসকী পথাপ) অসি কাব্যদা পুশিল্লক্তুনা মসিগী মবমদা পাক শন্না শন্দোক্তুনা নৈনবা সাহিত্যশাস্ত্রীনি। (মশামক কবি অমসুনি; কাব্যগী লাইহিবক কযামুকসু ইবম্মী; মদুগী মনুংদা *অর্জুন-চবিত, দেবী-শতক, বিষমবাণলীলা* অসিনচিংবসি মমিং যাম্না লৈবনি।) বস চূপ্পগী ব্রাফম শন্দোক্লা তাক্লবা লাক্লবদা ধ্বনি-সিদ্ধান্ত হৌদোকপনি। অসিদসু নত্তনা কাব্যদা অলংকাবগী অমদি বীতিগী ব্রাফমসু মওং-মতা চানা যাবগা লোযননা ব্যাখ্যাসু তৌই। শম্না হায়ববদা আনন্দবর্ধননা কাব্যগী কায়াৎ অপূম্ববু নৈনদুনা কাব্যবু মশক নীংথিনা তাকই। মাপলশুবা চহীচা অসিদা নোংপোক্লোমগী কাব্যশাস্ত্রগী মশক অমা লেপ্পবনি। মশক লেপ্পগী তাক্কক হায়না খঙনবা যাই।

**অহুমশুবা : (আনন্দবর্ধন-মম্মট)**

অহুমশুবা তাক্কক অসিদা মকওইনা মমাঙদা লৈখিবা থোকখিবা লাইহিবকশিং কন্না অমদি পাক শন্না নৈনবকই। *নাট্যশাস্ত্র* অমদি *ধ্বন্যালোক* পু অর্থ হন্দুনা যাম্না কন্না নৈনবা মীওই অমা থোক্লকই—অভিনবগুপ্ত (১০-১১শুা চহীচা)। মশামক অচৌবা শক্লাইহবা দার্শনিক অমনি। সাহিত্যগা দর্শনগা চুংশিন্ননা নৈনবম্বা মীওইনি।

মহাক্লা সাহিত্য নৈনবগী লাইবিক অহুম ইবন্সী—*ধ্বন্যালোক-লোচন*, *অভিনব ভাবতী* অমদি *কাব্যকৌতুক বিববণ*। অহুন্মক টীকা ঙাক্তনি। অকোনবগী অনীসিমদি ফংদ্রি। *ধ্বন্যালোক-লোচন* অসি আনন্দবর্ধনগী লাইবিকপু নৈনবনি। মসিদা বসশাস্ত্রগী মতাংদা ফংবা মমাঙথক্কী নৈন মীওইশিংগী মোত কয়া য়াওবি। মপূং ওইবদি ধ্বনিগী ব্রাফম য়ানীংনা নৈনবনি। *অভিনব ভাবতী* দা ভবত মুনিগী অশূপ্পা অকুবা ব্রাফম কযা শন্দোক্লা তাকই। বসকী ব্রাফমদা থাজজবা মীওইনি। কাব্যদা বস অমদি ধ্বনি মপূং ওই হায়না ব্যাখ্যা তৌবম্বা মীওইনি। তবাশুবা চহীচা অসিদা য়ায়াবব হায়নসু খণ্ডনবা বাজশেখব (১০শুবা চহীচাগী ১বা তংখায)না *কাব্যমীমাংসা* ইবকই। লাইবিক অসি শব্দক ১৮দা ইবনি। হৌজিক ফাওবদা 'কবিবহস্য' হায়না মিংথোনবা অহানবা শব্দক অমত্তমক ফংলি। ফংলিব্রা শব্দক অসিদা কবি অমদি আলোচক (নৈম-মীওই)কী মশক, মাগী মখল, কাব্যগী মখল, বীতিগী ব্রাফম, কাব্যগী হৌবকফম (কাব্যয়োনি) ব্রাহে অমদি অর্থগী মওং অসিনচিংবা কূপ্পা নৈনৈ। কাব্যশাস্ত্রবু 'সাহিত্যশাস্ত্র' কৌবা অহানবা মীওইনি। তবাশুবা চহীচা অসিদা ধনঞ্জযগী (১০শুবা চহীচা) *দশরূপক*, ভট্টনাযক্কী (৯-১০শুবা চহীচা) *হৃদয-দর্পণ* (ফংদ্রবা), কুন্তককী (১০-১১শুবা চহীচা) *বক্রোক্তিজীবিত* পুথোবকখি। ধনঞ্জয় অমদি ভট্টনায়ক অনীসি আনন্দবর্ধনগী ধ্বনি-পথাপপু যাদবা মীওইনি। কুন্তককী *বক্রোক্তিজীবিত* (মপূম ওইনদি ফংদে)কী অফংবা পন্দুপ অনীদা কাব্যগী লমথুং, সাহিত্যগী শক্তম অমদি বক্রোক্তি হায়বসি কবিনো হায়বা শুগায়না তাকই। কাব্যগী থব্রায়দি বক্রোক্তিনি হাযবা পথাপ অমা পুথোক্লম্বা মীওইনি। কাব্যদা বস, ধ্বনি, অলংকাবনচিংবা মচল ময়ামসি লৈ হায়বা মহাক্লা য়াখি। তৌবতবু পূম্নমক অসি বক্রোক্তিগী মনুংদা চলহনবগী ব্রাদনি। কাব্যশাস্ত্রগী ঈচেলদা অনৌবা ঈনোৎ অমনি। তবামাথোইশুবা চহীচাদা থোক্লকপা নৈন-মীওইশিংগী মনুংদা মহিমভট্ট (১১শুবা চহীচাগী ১বা তংখায়)সু শীংথাবা যাবনি। মহাকসি আনন্দবর্ধন অমদি কুন্তকপু (হায়বদি ধ্বনি অমদি বক্রোক্তিগী পথাপপু) সুকয়া যাদবা নৈন-মীওইনি। মহাক্কী লাইবিক *ব্যক্তিবিবেক* অসি ধ্বনি অসিবু মপূম ওইনা শীথনবা ইখিবনি। লাইবিক্কী মমিংমকসু ব্যক্তি (= ব্যঞ্জনা); বিবেক (= নৈনবা) হাযনা থোনবনি। পন্দুপ অহুমগী লাইবিক অসিদা, অহানবদা ব্যঞ্জনাবু ময়েক শেংনা শীথবগা হায়বিবা ব্যঞ্জনা অসি লক্ষণা অলংকাব ওইবদনি হায়না লেপ্লি। অনীশুবদা মতা চাদবা (অনৌচিত্য) হাযবসি কাব্যগী মকওইবা দোষনি হায়বা উংলি। লোইশিল্লকপদা মত চাদবা হায়বসিগী

মখল খায়দোক্নুা উৎলি। অহুমশুবদা আনন্দবর্ধনগী *ধ্বন্যালোক* তা য়াম্বগী মওংসি চখে। মসিদা ধ্বনি নীফুখক্কী খুদম লৌখৎলগা মখোয়সি অনুমান (ভাবনা শাবা)গী মখলনি হায়বা উৎলি। লাইবিক অসিবু অমুক তুংদা লাকপা কয়য়ক (১২শুবা চহীচাগী ১বা তংখায়)না ময়েক শেংনা অমুক শীথবকই। মহিমভট্টগী মতুংদা লাকই ক্ষেমেন্দ্র (১১শুবা চহীচাগী ২শুবা তংখায়)। মহাক্না ইবম্বা লাইবিক *ঔচিত্যবিচাব-চর্চা* দা কাব্য নৈনবগী লমদা ঔচিত্য-পথাপ (ঔচিত্য সিদ্ধান্ত) পুশিল্লকই। ঔচিত্যগী ৱাফম অসি তশেংবদি ভবত মুনিগী *নাট্যশাস্ত্র* দা পনখ্রবনি। ভবতনা হায়বদি মতা চাবা চাবা মওংগী ৱাফম্নি। ক্ষেমেন্দ্রনা লৌবিবদি মতাচাবগী মওং অসিনা কাব্যগী থৱাযনি হায়বসিনি। নৈন-মীওই অসিগী অনীশুবা লাইবিক *কবিকণ্ঠাভবণ* হায়বসিদনা কবিগী মগুণ অমদি থৌদাং, কবি মখল, কাব্যগী গুণ অমদি দোষ তাকই। কাব্যদা ধ্বনিগী থৌদাং চাউনা লৈ হায়না য়াবা মীওইনি। চহীচা অসিদা ভোজবাজ (১১শুবা চহীচাগী ১বা তংখায়)না *সবস্বতীকণ্ঠাভবণ* অমদি *শৃঙ্গাব প্রকাশ* ইদুনা মমাঙথক্তা লৈখিবা মক-মক ওইবা মোত ময়াম চুংশিন্নদুনা থম্লবা লাক্লে। *শৃঙ্গাবপ্রকাশ* হায়বা চাউখ্রবা পন্দুপ ৩৬ থোকপা লাইবিক অসিদা বসকী মতাং পাক শন্না নৈনৈ। মশাগী ওইবা তোপতোপ তাবা মোত অমদি, শৃঙ্গাব বস অসিনা পূম্নমক্কী মপৃংনি হায়বসিনি। মহাক্কী শৃঙ্গাব অসি ইচম চম্বা শৃঙ্গার নত্তে; মহাক্না লৌবদা শৃঙ্গাব অসি 'অভিমানাত্মক'নি হায়না লৌবনি। অনৌবা ৱাফম্নি।

তবামাথোইশুবা চহীচা অসিগী মাকমৈদা য়াম্না লুবা, তোঙান তোঙানবা নৈন-মীওই কয়ানা ১৮শুবা চহীচা ফাওবদা টীকা লাইবিক ৭০ ইনবক্লবা *কাব্যপ্রকাশ* হায়না কৌবা নৈন-লাইবিক ইবা মম্মট (১১শুবা চহীচাগী ২শুবা তংখায়) থোক্লকখি। লাইবিক অসি টীকা ৭০না অর্থ হল্লবা ফাওবদা ময়েক শেংনা খণ্ডনদ্রি, খণ্ডবগী লোইবা নাইদ্রি হাযনবি। পন্দুপ তবানা শাবা লাইবিক অসিগী ১বা পন্দুপতা কাব্যগী লমথুং, পোৎচণ্ড অমদি মখল অহুম শীংথাই; ২শুবদা শব্দ-শক্তি মশক তাক্নুা নৈনৈ; ৩শুবদা শাব্দী ব্যঞ্জনা নৈনৈ; ৪শুবদা ধ্বনিগী মখলশিং অমদি বসকা ভাবকগী ৱাফম পাক শন্না নৈনৈ; ৫শুবদা গুণীভূত ব্যঙ্গ্য কাব্য হাযবা অমা শেমদুনা মসিদা চণ্ডবা ব্যঞ্জনা অসি অনৌবা মখলগী শব্দ-শক্তিনি হায়বসি উৎলি; ৬শুবদা চিত্রকাব্য কবিনো তাকই; ৭শুবদা কাব্যগী দোষ ময়াম পাক শন্না তাকই। তশেংবদি 'অদোষৌ' হায়বা পদগী ব্যাখ্যা তৌবনি। ৮শুবদা 'সগুণৌ' হায়বা পদ অসিগী ব্যাখ্যা তৌই। মম্মটনা কাব্যগী পবিভাষা অসুম্না পীবম্বনি—'তদ্‌দোষৌ শব্দার্থৌ সগুণাবনলংকৃতীঃ পূণঃ ক্বাপি।'—দোষ চেন্দবা

গুণ চেনবা অমদি করিগুম্বদা অলংকার য়াওদবসু য়াবা ৱাহৈগা অর্থদুগনি (কাব্য হায়বসি)। মম্মটকী মতুংইন্না গুণ মখল অহুমদনি—মাধুর্য, ওজ অমদি প্রসাদ। (ভরত মুনিনা মখল ১০ অদুগা বামননা ২০ নি হায়না লৌখিবা গুণ অদুনি)। মাপলশুবদা শব্দালংকার নৈনৈ অদুগা অরোইবগী ১০শুবদা অর্থালংকার। মম্মটনা মাগী মতম ফাওবদা লৈরিবা কাব্যগী পথাপ ময়াম অদু খোমজিল্লগা নৈনদুনা মশাগী ওইবা কাব্যগী শক্তম পীনবা সাধনা তৌরম্বনি। মহাক্কী লাইরিক অসিদগী হৌরগা কাব্যগী ঈচেল কয়া চেন্থবকপা হৌখি হায়না থাজনরি। মম্মটতি ধ্বনি পথাপপু য়াম্না য়াবা মীনি। ধ্বনিবু শাথীনা য়াদবা ভট্টনায়ক অমদি মহিমভট্টগী ধ্বনি শীথবা ৱাঙাঙশিংবু কক কক্কুনা থাধখিবা চক পুবা নৈন-মীওইনি।

অহুমশুবা তাংকক অসিদা, হায়বদি আনন্দবর্ধনদগী মম্মট ফাওবগী, চাউবাক্লা চহী চনীমুক্কী মনুং অসিদা, ধ্বনিগী সিদ্ধান্ত (পথাপ) অসি লাইখায় অমা তানা থম্বা ওল্লে। তাঙ্কক অসি লাইখায়গী তাঙ্কক হায়না খঙনবা য়াই।

**মরিশুবা ঃ (মম্মট-জগন্নাথ অমদি মতুং)**

মম্মটনা ১১শুবা চহীচাগী অরোইবা তংখায়দা ধ্বনিগী পথাপ অসি মপূং ফানা লিংখৎখ্রবনি। মতুংদা লাকপা টীকাকাব ৭০না 'রসধ্বনি' হায়বা পাক চাউববা, কাব্যগী থৱায় ওইবা যাবা ধ্বনিগী মখল অমদা কন্না থাজবক্লিবনি। মতুং অসিদা ১২শুবা চহীচাগী অস্বায়দা য়ামদ্রবদা শব্দক খরা হাপচিল্লম্বা য়াবা *অগ্নিপুবাণ* কৌবা মতমগী জ্ঞান অমদি বিজ্ঞানগী বিশ্বকোষ (এনসাইক্লোপিদিয়া) অমা থেংননরি। শ্লোক ১১০০০ য়াওবা, মখল কয়াগী পোৎলম মশক তাকপা চাউখ্রবা বিশ্বকোষনি। মসিগী পন্দুপ ৩৩৬তগী ৩৪৬ হায়বদি, পন্দুপ তরাদি অলংকার শাস্ত্র হায়বদি কাব্যশাস্ত্রগী মচল ওাক্তা শীংথাদুনা মশক তাকপা শরদ্রক্লি। হায়বিবা পন্দুপ তরা অসিদা কাব্যগী লক্ষণ, কাব্যগী মখল, কলা আখ্যায়িকা অমদি মহাকাব্যগী মশক তাকই। মথংদা অমুক লীলাগী মতাংগী ওইনা নাটক মখল, প্রস্তাবনা, অর্থপ্রকৃতি মঙা, সন্ধি মঙা নৈনদুনা মশক তাক্লি। মথংদা অমুক রস নৈনরগা নায়ক নায়িকাগী মখল মশক তাকই। মথংদা রীতি মখল মরি (—পাঞ্চালী, গৌড়ী, বৈদর্ভী, লাটী) বৃত্তি মখল মবি (—ভারতী, সাত্বতী, কৈশিকী, আরভটী)বু কূপথনা নৈনৈ। মতুংদা অভিনয় মখল মবি (—সাত্ত্বিক, বাচিক, আঙ্গিক, আহার্য) মশক তাকই। মথংদা শব্দালংকার (মরুওইনা অনুপ্রাস, যমক অমদি চিত্র) অমদি অর্থালংকার নৈনদুনা মশক লেপ্লি।

ইরোয় লোইৎবদা কাব্যগী গুণ অমদি দোষ মশক তাক্লুনা নৈনৈ। তশেংবদি *অগ্নিপুরাণ* অসি অকক্লবা মীৎয়েং অমা ফোঙদোকপা নৎত্রগা নৌনা পুথোকপা নৈন-লাইরিক অমা নত্তে; মতম অদু ফাওবদা (১২শুবা চহীচা—চাউরাকপা) খঙনরিবা ময়ামগী ওইনা য়ানবা ব্রাফমশিংনা সাহিত্যগী মচলশিংবু মশক তাকপনি (হায়বদি এনসাইক্লোপিদিয়ানি)। মসি করম্বা মতমদগী কনানা ইখিবনো নৎত্রগা ইবা হৌখিবনো হায়বসি খঙনদ্রি। এম. ৱিন্টরনিট্জনদি ১১শুবা চহীচা ফাওবদা লৈরিবা মওংসিদা ইবা লোইরবগী মওংদা লৌই (এম. ৱিন্টরনিট্জ, *এ হিষ্ট্রি ওফ ইন্দিয়ান লিটরেচর*, ভো: ১, কলকত্তা বিশ্ববিদ্যালয়, ১৯২৭)। কাব্যগী পথাপ য়েংবা য়ারবা লাইরিক্লি। তরানিথোইশুবা চহীচাগী অহানবা তংখায়দা মায়চৌ রুয়য়ককী *অলংকারসর্বস্ব* পুথোবকই। (অসি নত্তবা মাগী লাইরিক মরিসু পন্নরি—*সহৃদয়লীলা*, *সাহিত্যমীমাংসা*, *ব্যক্তিবিবেক টীকা* অমদি *কাব্যপ্রকাশ সংকেত*) লাইবিক অসিদা অইবনা কবি অমদি রসিক (হায়বদি কাব্যবু মুন্না খঙবা)কী মখল, বৃত্তিনচিংবগী পোৎচঙ, কাব্যদোষ নৈনবা, গুণ নৈনবা, অলংকার মশক তাকপা, রস অমদি ভাব নৈনবা, কবি অমগী থোইদোকপা মগুণ অমদি আনন্দ হায়বসিগী শক্তম ময়েক শেংনা নৈনদুনা উৎলি। রুয়য়ক ধ্বনি-পথাপকী মতুংইনবা নৈন-মীওইনি। লাইরিক্কী অহৌবদা মাগী মমাঙদা লৈরম্বা মায়চৌশিংগী মোত ফজনা নৈনৈ। অলংকারগী মতাংদা য়াম্না পাক শন্না নৈনৈ; লোয়নবদা মানা অচৌবা অলংকার অনী—বিকল্প অমদি বিচিত্র পুথোক্লম্মী। লাইরিক অসিগী টীকা মথং মথং ইনরকখি। তবানিথোইশুবা চহীচা অসিগী অরোইবা তংখায়দা মায়চৌ হেমচন্দ্রনা *কাব্যানুশাসন* ইদুনা মসিদা মথংশিংনা কাব্যগী লমথুং, পোৎচঙ অমদি ব্রাহৈগো অর্থগগী মশক, রস অমদি মখল, দোষ, গুণ, শব্দালংকার, অর্থালংকার অসি নৈনদুনা তাকই। পরাবৃত্তি হায়না কৌবা অনৌবা অলংকার অমা পুথোক্লম্মী। লাইরিক অসিদা মমাঙগী লাইরিকশিংগী মোত ময়াম মতাং চানা চানা লৌশিন্দুনা উৎলি, অর্থ ফজনা হল্লি লোয়ননা ব্যাখ্যা খরসু তৌই। চহীচা অসিমক্তদা রামচন্দ্র কৌবা মায়চৌ অমনা লীলাতগী ওইবা *নাট্যদর্পণ* কৌবা অমা ইরম্মী। হায়রিবা মতম অসিদা নাট্যশাস্ত্র অসি সাহিত্যশাস্ত্রদগী তোঙান্না লৈরে। পনবা য়াবা অমনা ভরত মুনিনা *নাট্যশাস্ত্র* দা কাব্য অসি থমদুনা নৈনৈ। মায়চৌ ধনঞ্জয়না (১০শুবা চহীচা) মাগী *দশরূপক* লাইরিক্তা নাট্যগা কাব্যগা পূনশিন্না নৈনরি। ধনঞ্জয়গী মতমদা সাগরনন্দী (১১শুবা চহীচা)দসু *নাটকলক্ষণ রত্নকোশ* ইদুনা নাটকক্কা কাব্যগা পূন্না নৈনরি। নাট্যশাস্ত্রদা কাব্যশাস্ত্রগী

শরূক অদুম চল্লি। কাব্য অসি নাটক নৈনবদা য়াওরি। অদুবু তোঙানবা পোৎশক অমমমদৌনা তৌবা হৌরে। হৌজিক রামচন্দ্রগী *নাট্যদর্পণ* অসিদা কাব্যদগী তোঙানবা মচল অমা ওইনা নৈনরি। লাইরিক অসিগী পন্দুপ মরিদা নাটক, প্রকরণনচিংবা লীলাশিং, বৃত্তি-রস-ভাব-অভিনয় অমদি রূপককী ওইবা লক্ষণ পাক শন্না নৈনৈ। ময়েক্কীবুদি নৈনরিবা হীরমদি কাব্য নাটক অনীমকনি। অদুবু হীরম শেন্নরিবা মশেন্না (thematic treatment) অসিদা য়েংলুবা তারগদি অনী অসি তোঙান তোঙান লৈনরে। মওংদি রামচন্দ্রগী *নাট্যদর্পণ* অসি রূপক্তমক খাইদোক্লগা নৈনবনি। নাট্যশাস্ত্রগা কাব্যশাস্ত্রগা তোঙান তোঙান্নরবগী মওংদা লৈবে। মসিদা মথংগী চহীচা তরামরিশুবদা বিশ্বনাথ কবিবাজগী *সাহিত্যদর্পণ*দা অমুক পূনশিল্লক্কনি। পূনশিনবা মওংদবু—নাট্য অসি কাব্যগী মনুংদা হায়বদি নাট্যশাস্ত্র অসি কাব্যশাস্ত্রগী মনুংদা লৈরক্কনি। অসিদগীদি মথক্তা কাব্য অসি নাট্যগী মনুংদা লৈবস্বনা অমুক তোঙান্নরকই অদুগা মতুংদা অমুক কাব্যগী মনুংদা নাট্য চল্লকই। মীৎয়েংগী ৱাফমনি।

মরক অসিদা ১২শুবা অমদি ১৩শুবা চহীচা অসি কাব্যশাস্ত্রগী লমদা অচৌবা খংথেক থেকপা খুনীংথেক লৈত্রগসু মমাঙথক্কী পণ্ডিতশিংগী অচৌ-অচৌবা অকন-অকনবা মোত ময়ামগী ব্যাখ্যা পাক শন্না তৌনৈ। অনৌবা অলংকাব কয়া পুথোক্লে। ছন্দগী মতাংদা নৈনরকই। নুংঙাইবিবা ৱাফম অমনা, মতাং অস্বায়দা কাব্যগা লোয়ন-লোয়ননা কবিবুসু নৈনরকই অদুগা কবিগী শিক্ষাগী (মহৈ-মশিং তম্বা) মতাংসু পাক শন্না নৈনরকই। তৌবগীদি হৈ-শিংবা খূৎশেমগী পোথোক ওইরিবা কাব্যবু শেম্মিবা কবিগী থৌদাং অসি খ্বাইদগী চাউবনিনা কবি অমা ওইবদা চঙবা মগুণগী মরমদা অপা-অপাননা নৎত্রগসু অদুম নৈনরক্লিবনি। তশেংবদি কাব্যশাস্ত্র অসিমক কাব্য শেম্বগী পথাপ নৈনবনি; পথাপ শেম্বনি, হাপতোক-হাপচিন, তেমথোক-তেমশিন তৌদুনা শেমদোকপনি; অমমুক শেম্নবা লাক্লবনি। মসিনসু কবিদদি শিক্ষা ওইরবনি। অদুমকপু অপা-অপাননা কবি অমা ওইবা তারবদি অসি অসি খঙগদবনি হৈগদবনি তৌগদবনি হায়বগী মতাংদদি খরা পনবা খোৎপা নত্তনা কন্না নৈনবসি তৌনরমদে। তরামাথোইশুবা চহীচাগী অরোইবা তংখায়দা ক্ষেমেন্দ্রনা কবি-শিক্ষাতগী ওইবা তোঙানবা লাইরিক অমা—*কবিকণ্ঠাভরন* ইবনি। তোঙানবা লাইরিক অমা ওইনদি অহানবনি। মতুংদা মায়চৌ কয়ানা কবি শিক্ষাগী মতাংদা মায়পূননা নৈনরকই। তরানিথোইশুবা চহীচাদা বাগভট (১২শুবা চহীচাগী অহৌবা)না মাগী *বাগভটালংকার* দা অহৌবা পন্দুপতা কাব্যবু পুথোক্লিবা মীওইগী

প্রতিভা, হৌবকফম অমদি অভ্যাসকী মতাংদা পাক শন্না নৈনবরকই। বাগভট অনীশুবা (১৪শুবা চহীচাগী অহৌবা)না মাগী *কাব্যানুশাসন* দা অহানবা পন্দুপকী পুথকমক্তদা কবি অমদি মাগী মতমগী ব্রা শীংথাদুনা কবিদা মতম অমদি মফমগী লৌশিং য়াওবগী ব্রাফম নৈনবি। অসুম্না কবিগী মশক মওং মগুণ অমদি মহৈগী ব্রাফম অপাননা পাক শন্না নৈবকই।

কবি-শিক্ষাগী মবমদা পন্নবকপা ইনবকপদি কুইববনি। খ্বাইদগী হেন্না শীংথানবা লাইবিক অমদি *কাব্যকল্পলতা* নি। মীওই অনী চঙনা ইবনি। অবি সিংহনা শব্দক খবা ইবগা অমবচন্দ্র (১৩শুবা চহীচাগী অবোইবা তংখায়)না লোইশিনখনি। খঙনবদি অমবচন্দ্রগী মিংদা খঙনবে। অমবচন্দ্রগী লাইবিক অসিগী থৌইনশিন্দগী তুংদা লাকপা মায়চৌ *দেবেশ্বব* (১৪শুবা চহীচাগী ১বা তংখায)না মমিং ফাওবা হাইবপ মান্নবা *কবিকল্পলতা* ইখিবনি। কবিগী শিক্ষাগী ব্রাফম কূপথনা অমদি পাক শন্না নৈনবনি। লাইবিক অসিগী টীকা কয়া মথং মথং ইনবকখি। মতুং অসিদা জয়দেব মাযচৌনা (১৩শুবা চহীচাগী ময়াইব্রাই) *চন্দ্রালোক* কৌবা নৈন-লাইবিক পুথোবকই। হায়বিবা মীওই অসি *গীতগোবিন্দম* মহাকাব্য ইবম্বা জয়দেব অদু নত্তে। পন্দুপ তবাগী লাইবিক অসিদা অহানবদা, কাব্যগী লক্ষণ, কাব্যগী পম্বুং, ব্রাহৈগী মখল মওং, অনীশুবদা কাব্যদোষ, অহুমশুবদা লক্ষণ হাযনা কৌবা কাব্যগী কায়াৎ, মবিশুবদা গুণ তবাগী ব্রাফম, মঙাশুবদা শব্দালংকাব মঙা অমদি অর্থালংকাব চামগী, তরুকশুবদা বস ভাব, বীতি বৃত্তি মঙাগী, তবেৎশুবদা ব্যঞ্জনা অমদি ধ্বনিকাব্যগী মখলশিং, নিপানশুবদনা গুণীভূত ব্যঙ্গ্যগী মখলশিং, মাপলশুবদা লক্ষণা অমদি অবোইবা তবাশুবা পন্দুপতা অভিধাগী মতাংদা পাক শন্না নৈনৈ। *চন্দ্রালোক* কী তোপতোপ্পা মগুণ অমনা শ্লোক অমত্তদা অলংকাবগী লক্ষণসু অদুগা মদুগী খূদমসু অদুম পীবা অসিনি। তুংগী মায়চৌশিংনা লাইবিক অসিগী টীকা ইবকখি। হৌজিক ফাওবদা টীকা তব্দক থেংনবে। মতুং অসিদা ১৪শুবা চহীচা হৌবকপা ফাওবদা নৈন-মীওই বিদ্যাধবগী *একাবলী* অমদি বিদ্যানাথকী *প্রতাপরুদ্রয়শোভূষণ* পুথোবকখ্রে। লাইবিকশিং অসিদসু অনৌবা ব্রাখল্লোন য়ক-য়ক লাউবীদা পুথোক্লবদি তৌদে; মথক্কী পণ্ডিত মায়চৌশিংগী ব্রাখল্লোনদা তোংলগা কাব্যগী ব্যাখ্যা তৌবা ওইনা তৌই। পাক শন্না মশক তাকপগী মওংনি।

তবামবিশুবা চহীচাগী অহানবা তংখায় অসিদা মশাসু কবি চপ চানা ওইবা মহাকাব্য, নাটকনচিংবা ইবম্বা, লোল ময়াম হৈবা পণ্ডিত বিশ্বনাথ কবিবাজনা মহাক্কী

ফাওববা *সাহিত্যদর্পণ* হায়না মিংথোনবা নৈন-লাইবিক অসি পুথোবকই। তাঙ্কক তবানা শাবা লাইবিক্লি। অহানবা তাঙ্কক্তা কাব্যগী মশক অমদি মসিগী মখল নৈনৈ। মখলগী মতাংদা শ্রব্য অম্সুদি দৃশ্য খাযদোক্নুনা নহানবাই কাব্যগা ৰূপককা তোঙান তোঙান লৈবগুম তৌবা মচল অনী অসি সাহিত্যগী মনুংদা তশেংনা থম্লে। কাব্যগী হাযবদি সাহিত্যগী মনুংদা নাটক হাপচিল্লে। মথক্তা পনখ্রে অহানবদা কাব্য অসি নাট্যগী মনুংদা লৈরম্মী। মথংদা অনী অসি তোঙান তোঙান লৈবম্মে। মতুং অসিদা নাটক অসি দৃশ্যকাব্য ওইনা লৌদুনা কাব্য হাযবদি সাহিত্যগী মনুংচন্না থম্মে। বিশ্বনাথ কবিবাজ যৌবকপা মতাংসিদা মযেক অদুম শেংলে। অনীশুবা তাঙ্কক্তা ৱাহে অমদি পবেংগী ৱাফম নৈনৈ। শব্দশক্তি অহুমগী ৱাফম পাক শন্না নৈনৈ। অহুমশুবা তাঙ্কক্তা বস, ভাব অমদি নায়ক-নাযিকা মখল অমদি মসিগা মবী লৈনবা হীবম কযা শন্দোক্লা নৈনৈ। মবিশুবদা ধ্বনি অমদি গুণীভূত ব্যঙ্গ্যগী মবমদা শীংথাই। মঙাশুবদা ব্যঞ্জনাগী পথাপপু মযেক শেংনা লিংখৎলে অদুগা ব্যঞ্জনাবু য়াদবশিংগী মোৎশিংবু শীথনবা লাক্লবে। তরুকশুবা তাঙ্কক্তা নাটককী লক্ষণ পীবে অমদি মসিগী মখল খায়দোক্লে। তবেৎশুবা তাঙ্কক্তা কাব্যগী দোষশিং অমদি নিপানশুবদনা গুণশিং পাক শন্না নৈনবে। মাপলশুবদা বীতি মবি—বৈদর্ভী, গৌডী, লাটী অমদি পাঞ্চালী—অসিবু নৈনৈ। তবাশুবা তাঙ্কক্তনা ৱাহে অমদি অর্থ অনীগী অলংকাবগী মতাংদা পাক শন্না নৈনৈ। লাইবিক অসিগী মথক্তা মম্মটনা ইবম্বা *কাব্যপ্রকাশ* কী টীকা অমসু ইবম্মী; মমিং থোনখি *কাব্যপ্রকাশ দর্পণ*। *সাহিত্যদর্পণ* গী টীকা মবি লৈ।

তবামবিশুবা চহীচাগী হৌবকপা তবাহুমদোইশুবা চহীচাগীনা লোইবকপা অসিৱাইদা নাট্যগী মবম পাক শন্না শন্দোক্লা নৈনবকখি। শাবদাতনয (১৩শুবা চহীচাগী অবোইবা) পণ্ডিতনা *ভাবপ্রকাশন* কৌবা লাইবিক অমা পুথোবকই। হীবম মবিদা কন্না পাক শন্না নৈনৈ—ভাব, বস, ৱাহে-অর্থ অমদি ৰূপক। পন্দুপ তবাদা মথংশিংনা ভাব, বসকী মশক, বস মখল, নায়ক অমদি নায়িকাগী মশক, নায়িকা মখল, ৱাহেগা অর্থগা লৈনবা মবী, নাটককী ইতিহাস অমসুং মসিগী পোৎচঙ, ৰূপককী মখল তবা (দশৰূপক), হুকচাংগী শাথেক্কী মখল অমদি নাট্য-প্রয়োগ নৈনৈ। লীলাবু কাব্যগী মনুংচন্না পাক্তনা নৈনবা মতাং য়াওবি। শিঙ্গভূপাল (১৪শুবা চহীচাগী অহানবা তংখায়)না *বসার্ণবসুধাকব* কৌবা লীলাগী মতাংদনা হেন্না কূপ্না পাক শন্না নৈনবা লাইবিক অমা ইবকই। অচৌ অচৌবা পন্দুপ অহুম্না শাবা লাইবিক অসিদা অহানবদা নায়ক অমদি নায়িকাগী শক্তম অমদি মগুণগী মতাং শাংনা নৈনৈ;

অনীশুবদা বস পাক্লা নৈনৈ অদুগা অবোইবদনা ৰূপক (লীলা)কী বস্তু হায়বদি ৰাবী অমদি থৌদোক-ৰাথোক্কী মতাং য়াম্লমক পাক শন্না নৈনৈ। অসুম্না লাইবিক অসিদা নাটকতা খ্বাইদগী মরুওইবা মচল ওইবিবা নেতা (নাযক হায়বদি পাত্রশিং), বস অমদি ৰাবী পবীংগী মতাংদা কূপ্না অমদি পাক শন্না নৈনবি। খা-থংবা ভাবততদি ধনঞ্জয় (১০শুবা চহীচা)গী *দশৰূপক* হাযবা নৈন-লাইবিক অদুদগী শিঙ্গভূপালগী *বসার্ণবসুধাকব* অসিবুনা হেন্না পায়্নে। (শিঙ্গভূপাল খা-ভাবতলোমগী মাযচৌনি।)

মতম অসিৰাইদা, ১৩শুবা চহীচা লোইবকপা অমদি ১৪শুবনা হৌবকপা, মাযচৌ ভানুদত্তনা *বসমঞ্জবী* কৌবা লাইবিক অমগা *বসতবঙ্গিণী* কৌবা অমগা, অনী ইদুনা পুথোকই। অহানবগী *বসমঞ্জবী* অসিদা মথংশিংনা নাযিকা মখল, নাযক মখল, নাযককী মৰূপ, সাত্ত্বিক ভাব নিপান অমদি শৃঙ্গাব মখল অনী অমদি বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গাবগী অবস্থা তবাগী মবমদা পাক্লা নৈনৈ। লাইবিক্কী শৰূক অহুমগী অনীদি নায়িকা মখল নৈনবদা লৌশিল্লি। নাযিকা অমদি মসিগী মখল নৈনবা খ্বাইদগী চাউবা লাইবিক্লি। অনীশুবা *বসতবঙ্গিণী* অসিদনা ভাব, বিভাব, অনুভাব, সাত্ত্বিক ভাব, ব্যভিচাবী ভাব, শৃঙ্গাব বস অমদি অতৈ বস অমসুং স্থাযীভাব অমদি অবোইবদা বসতগী পোক্লকপা মীৎযেংশিংগী মবমদা নৈনৈ। ভানুদত্তনা বস-পথাপ (বস সিদ্ধান্ত)পু শৌগৎতুনা মশক মুন্না তাকই। *বসমঞ্জবী* লাইবিক্কী টীকা তবামাথোই তুংদা লাকপা নৈন-মীওইশিংনা পুথোবকই।

তবামঙাশুবা চহীচা লোইবকপা অমদি তবাতৰূকশুবগীনা হৌবকপা মতাংদা ভক্ত কবিসু ওইবা নৈন-মীওই ৰূপ গোস্বামী থোবকই। মহাক অসি বেঙ্গলগী চৈতন্য মহাপ্রভুগী হেক শিষ্যনি। নৈনবগী ওইবা লাইবিক অহুম—*নাটকচন্দ্রিকা*, *ভক্তিবসামৃতসিন্ধু* অমদি *উজ্জ্বলনীলমণি* ইবম্মী। অহানবগী অচৌবা লাইবিক অসিদা নাটককী কায়াৎ ময়ামগী মশক অমমমতা লৌখৎতুনা নৈনবনি। ভবতকী *নাট্যশাস্ত্র* অমদি বিশ্বনাথ কবিবাজ (১৪শুবা চহীচাগী ১বা তংখায়)গী *সাহিত্যদর্পণ* গী লীলাগী মচলশিংগী মতাংদা মোত খবা খবা খেন্নবা লৈ। অনীশুবা *ভক্তিবসামৃতসিন্ধু* (খৃ তুং ১৫৪১দা ইবা) অসিগী শৰূক মবিদা মথংশিংনা—ভক্তিগী মশক, ভক্তিগী মখল অহুম (হায়বদি সাধনভক্তি, ভাবভক্তি অমদি প্রেমাভক্তি), মথংদা বিভাব-অনুভাব-সাত্ত্বিকভাব-ব্যভিচাবিভাব অমদি স্থায়ীভাব পাক শন্না নৈনবগা ভক্তিবসকী মশক; মথংদা ভক্তিবসকী অখন্নবা মশক (মসিদা শান্তভক্তি, প্রীতভক্তি, প্রেযোভক্তি, বৎসল ভক্তি অমদি মধুব ভক্তি বস পাক শন্না মশক তাকই), অবোইবদা নক্লবা যাবা বসশিং,

য়াদবশিং লোয়ননা রসাভাস য়াম্না শাংনা নৈনদুনা থম্মী। ভক্ত পণ্ডিত অসিনা ভক্তিরসনা মপূংনি অতৈদি মসিগী মশাশিংনি হায়না চপ য়ুংনা থাজখি। ভক্তিরসকী লমদদি লাইরিক অসি এনসাইক্লোপিদিয়াগুম্বনি। অহুমশুবা *উজ্জ্বলনীলমণি* অসিদা মধুরশৃঙ্গার রস হায়বসিবু য়াম্না শন্দোক্লা তাকই। রস মখল অসিগী কায়াৎ পুম্নমক শুনা নৈনরে হায়বা য়াই। অনীশুবা লাইরিক হায়বদি *ভক্তিরসামৃতসিন্ধু* বু হেন্না মপূং ফাহন্নবা ইবা ওইনা তৌই। ভক্তি ঈহৌগী সাহিত্যগী লমদা রূপ গোস্বামীগী চাউরবা মফম লৈ। ভক্তিগী ওইবা মচল অসি মখা পুথরকপা ওইনা কবি কর্ণপুরনা (পোকপা ১৫২৪, বেঙ্গলগী নদিয়া জিলাদা) *অলংকার কৌস্তুভ* কৌবা নৈন-লাইরিক পুথোরকই। রূপ গোস্বামীগুম্না তোপতোপ তাবদি নত্তে। ভক্তিরসতদা তাশীন্দুনসু লৈতে কাব্যগী কাযাৎ মযাম শোক্লা নৈনৈ। তরাতরূকশুবা চহীচা লোইবা অদুগা তরাতরেৎশুবগীনা হৌবকপা তাজীনগী অদুদা (চাউ. ১৬০১) খা-ভারতলোমগী দার্শনিক পণ্ডিত অপ্পয় দীক্ষিতনা ৱাহে অমদি অলংকারগী লমদা নৈন-লাইরিক অহুম পুথোক্লকই—*বৃত্তিবার্তিক, কুবলয়ানন্দ* অমদি *চিত্রমীমাংসা* । অহানবগীসি পন্দুপ অনীখক্তগী ওইবা লাইবিক মচানি। অভিধা অমদি লক্ষণাগী মতাংদদমক নৈনবনি। মপূং ফানা ফংদ্রিবা মাল্লি থাজনবি। অনীশুবা *কুবলযানন্দ* অসি অচৌবনি অলংকাবদদা নৈনবনি। মসিদা অনৌবা অলংকাব ২৪ পুথোক্তুনা, মশাগী ওইনা, নৈনবম্মী।

অলংকাব শাস্ত্র নৎত্রগা সাহিত্য নৈনরোলগী পরীং অসিদা য়াম্নমক হক্লবা মণ্ডল (মগুণ) ঈবোয়ননা তরাতরেৎশুবা চহীচাগী ময়ায়ৱাইদা পণ্ডিতবাজ জগন্নাথ থোক্লকই। (মথক্কী অপ্পয় দীক্ষিতকী মতমগা অমত্তনি) মতম অদুগী দিল্লীগী নিংথৌরেল শাহজহাঁনা জগন্নাথতা 'পণ্ডিতরাজ' হায়বা মিংথোলসি পীখিবনি। মহাকসি তৈলঙ্গ ব্রাহ্মণনি। হায়নবা লৈ মহাক্লা যবণ চনু লুহোংলুই। মসিদগী মাবু সমাজনা ঈস্থোকখি। মহাকসি বেদান্ত, অতৈ দর্শণশিং, পূর্বমীমাংসা, ব্যাকরণ য়াম্না হৈবা ময়াম্না য়াম্নমক ইকায়খুম্নবা সমাজদা মফম থোইদোকপা অমা লৈবা মায়চৌনি। মানা মীওইবগী *ধর্ম* হায়বদি লীচৎতা য়ূম্ফম ওইরগা যবণ চনু লুহোংবা অসিদা করিগুম্বা মখলগী দোষ অমত্তা লৈতে, মহাক মরাল লৈতে হায়বসি উৎননবা *গঙ্গালহরী* (মহাক মশানা ইজবা গঙ্গাগী মণ্ডল শীংথাবনা মপূং ওইবা কাব্যনি) অসি নীংথিনা থীদুনা গঙ্গাগী ঈমায় হাইগৎলক্তুনা জগন্নাথনা ফমদুনা থীরিবা মফমদু তান্না চণ্ডশিল্লকখি অদুগা দোষ লৈতে হায়বসি ময়ামদা উৎখি হায়না হায়নবা লৈ। য়াম্নমক কন্না থাজবা য়াবা ৱাফম ওইদ্রগসু য়ামদ্রবদা থোইদোকপা মণ্ডল অমা লৈবা মীওইনি

হায়বা ফাওবদি চুম্মগনি। দিল্লীগী কোনুংদা মতম খবা শাহজহাঁগী মচা অহল দাবাশিকোহদা সংস্কৃত তম্বিখি। মতমদুগী সবকাবনা চপ চানা য়াবা মীওইনি। অচৌবা কবিনি; কাব্য কয়ামুক ইবম্মী, পনবা য়াবা খবদি—*গঙ্গালহবী, করুণালহবী, অমৃতলহবী, ভামিণীবিলাস, আসফবিলাস, জগদাভবণ, প্রাণাভবণ, যমুনা-বর্ণন* অসিনচিংবনি। মাগী মতমদা লৈমিন্নখিবা অপ্পয় দীক্ষিতপুদি শাথীনা য়াদবা মায়চৌনি। অনী অসি য়াম্নমক য়ানদে।

*বসগঙ্গাধব* হায়বা লাইবিক অসিনি নৈনবগী লম অসিদা য়াম্নমক পাম্নবিবা, তুংগী মীওইনা হন্না হন্না পন্নবিবা, ব্যাখ্যা তৌনবিবা, হৌজিক ফাওবদা লোইবা লৈত্রিবা, পণ্ডিতবাজনা থনম্লিবসি। মসিদনি 'বমণীযার্থপ্রতিপাদকঃ শব্দঃ কাব্যম্' হায়দনা শূপচিল্লগা শুংজিন্দুনা ময়েক শেংনা কাব্যগী লক্ষণ পীবন্লিবা। মসি হায়নবা লাক্লবদনি জগন্নাথনা মাগী মমাঙদা লৈবিবা যুগ পুবা মায়চৌশিংগী লাইতাক ব্রাগুম্মবা মোত পূম্নমক পাক শন্না নৈনবিবা। কাব্য মশক তাক্লবা মতুংদা মায়চৌ-অশৈবসিনা প্রতিভা হায়বদি পীথোবকপা মঙল অসিনা কাব্যগী মপূং ওইবা যূম্ফম ওইনবগা কাব্যবু থাক মবি থোক্লা য়াখোক্তুনা খায়দোকই—উত্তমোত্তম কাব্য, উত্তম কাব্য, মধ্যম কাব্য অমদি অধম কাব্য। মতুংদা বসকী কাযাৎ শুনা পাক শন্না নৈনৈ। মসিনা লাইবিক্কী অহানবা শব্দক্তা নৈনবনি। অনীশুবদনা অহৌবদা ধ্বনি মশক তাক্লগা মসিগী কূপ্প-কূপ্লবা মখল খায়দোক্তুনা নৈনৈ অদুগা অভিধা অমদি লক্ষণাবু মচা খায়না নৈনৈ। মতুং তাবকপদা অলংকাব মথং মথং খূদম কযা প্রমাণ কযামুক্তা লোয়ননা মশক তাক্লকই অমদি নৈনবকই। লাইবিক অসিদা খূদম প্রমাণ ময়াম পীবি, পূম্নমক অসি মহাক মশানা লেংজবা ঙাক্তনি। মসিসু অচম্বা থৌদৌ নৎত্রি, মীচম অমনা পাক হেক লেংবা য়াবা পবেং ময়াম নৎত্রি। অলংকাব ৭০ কূপ্পা নৈনবদা লাইবিক অসি লোইবে। শব্দক অনীখক্তগী ওইবা লাইবিক্লি। মপূং ফাদ্রবা ফাওবদা ফংলিবা খবা অসিদি মতীক-মঙল লৈ; ভবতকী *নাট্যশাস্ত্র* গুম, আনন্দবর্ধনগী *ধ্বন্যালোক* কুম অমদি মম্মটকী *কাব্যপ্রকাশ*কুম চক পুবা লাইবিক্লি।

পণ্ডিতবাজ জগন্নাথ ধ্বনি অমদি বসনা কাব্যগী থৱায় ওইবনি হায়না অবোইবীদা পুখৎলম্বা নৈন-মীওইনি। অসুম পুখৎলকপদা ধ্বনিবু য়াদবা কাণ্ডবুবু অয়াবা মওংদা ওম্মিবমখে শীধে। মহাক্লা কন্না তাথীবিবসি মাগা মতম মান্নবা অপ্পয দীক্ষিতনি। মাবুদি তথী-তথী তনা-তনা তৌবগা লোয়ননা শীধখিবনি। শীধবা অমদি য়ানীংদবা ফোঙদোকপদা মায়চৌ জগন্নাথ য়াম্না থৌই; ব্যবহাবদি ইকায় কায়দনা চং ফংবীদা হায়বগী

খুৎইদা ইবা হৈ। মমাঙগী পণ্ডিতশিং—আনন্দবর্ধন, মম্মট অসিনচিংবগী মোত ফাওবা শীধবা য়াওই। অদুবু তাথীবদি তৌদে। অপ্পয় দীক্ষিত ওইরে মানা খোয়দৌ লংখৎলিবসি। অপ্পয় দীক্ষিতনা পুথোক্লম্বা *চিত্রমীমাংসা* কৌবা অলংকারগী লাইরিক অসিবু শীধনবগীদমক্তা *চিত্রমীমাংসাখণ্ডন* কৌবা লাইরিক অমা ফাওবা ইরিবনি। অপ্পয় দীক্ষিতনা মোত লৌজরুবা, য়াজনীংবা রুয়্যককী *অলংকারসর্বস্ব* লাইরিক ফাওবা তনা-তনা শীধবদা চিংনবা লৈখিদে। লনাইগী ওইনা অপাননা য়াম্বুবগী লৈখোন চঙই। অনীগী মরক্তা লনাইগী ওইবা য়েংথীনবগী ঋাখল লৈনরম্বা য়াই হায়না থাজনরি। অনী অসি ব্রাহ্মণ, পণ্ডিত, কবি, মায়চৌ, দার্শনিক ওইবনি। অদুবু মীনিনা মীগী শাজৎ চৎনরকপা ওইরম্বা য়াই। অদুমকপু খরা থীনা খণ্ডণ তৌই হায়বদনি অচুম্ববুদি থাদোকপা নৎখিদে অদুগা সমাজবুসু চপ চানা ইকায় খুম্নখি। *রসগঙ্গাধর* লাইরিক্কী টীকা অনীদং ফংই—নাগেশ ভট্ট (১৮শুবা চহীচাগী অহৌবা)না ইবা *গুরুমর্মপ্রকাশিকা* (১৭১২দা ইবা) কৌবা অমগা অতোপ্পা অমনা *বিষমপদী* কৌবা অমগা। অকোনবগী অসিমদি কনানা ইরম্বনো হায়বা তাংদাংবা খণ্ডনদ্রি।

পণ্ডিতরাজ জগন্নাথকী মতুংদা সাহিত্যশাস্ত্রগী লাইরিক ইবা খবসু থোক্লকই—আশাধর (১৭শুবা চহীচাগী ২শুবা তংখায়), পণ্ডিত বিশেশ্বর (১৮শুবা চহীচাগী ১বা তংখায়), নরসিংহ কবি (১৮শুবা চহীচা) অসিনচিংবা। মখোয়না মশাগী ওইবা লাইরিকসু ইরম্মী অদুগা মমাঙগী লাইরিকশিংগী টীকাসু খরা ইরম্মী। মখোয়গী মশাগী ওইবা শাস্ত্রদা য়াম্না হেন্না নৌবা, চক পুবা য়াবা ঋাফম ইয়াও য়াওদে; হান্না মমাঙগী অচৌ-অচৌবা ঋাফমশিং মশক তাকপগুম্বা টীকামক নৎত্রগসু শব্দোক্লা তাকপগুম্বা অর্থ হনবগুম্বা ওইনা তৌরে। বিশেশ্বর পণ্ডিত (১৮শুবা চহীচা)না ইবা *অলংকার-কৌস্তুভ* কৌবা নৈন-লাইরিক অসিনা *রসগঙ্গাধর*গী হেক মতুংদা খ্বাইদগী ফরবা ওইনা লৈরি। কনাগুম্বা নৈন-মীওইশিংদি লাইরিক অসি পণ্ডিতরাজ জগন্নাথকী খুৎই মওংদা ইবা খ্বাইদগী ফবা অমদি অরোইবা লাইরিক্লি হায়বা ফাওবা য়াওই (বলদেব উপাধ্যায়, *ভারতীয় সাহিত্যশাস্ত্র,* ১বা শরুক্তা য়েংবিসি)। কাব্য মশক তাকপা, পোৎচঙ নৈনবা অমদি মমাঙগী মায়চৌশিংবু মেঙনা থোৎনা খণ্ডন তৌবা অসিনা মপূং ওইবা হীরম ওইনা তৌরে। লুনা থোকপা কাব্যগী মশকপু মীয়ামদা লায়না খঙহন্নবা সাধনা অমসু উই। অসিঋাইদসু কাব্যগা নাটক্কা (রূপক) অনী অসি কাব্যগী মখল ওইনা লৈখ্রে।

তরানিপানশুবা চহীচা অসিদা সংস্কৃত হায়বা ভারত অপূম্বগী লৈবাক্কী লোল

ওইবা অসিদা লৈবাক অসিগী লৈহাওদা পোক্লকপা অমদি চখবিবা সাহিত্যগী লমদাং নৈনবগী মওং অসিমা মপূং ফাববা তাঙ্কক অমদা লৈবে। ভবত মুনিগী মতমদগী থিজিন্দুনা লৈখায় তা-তাদুনা লাকপা কাব্য নৎত্রগা সাহিত্য নৈনবগী মশক অমা ভামহ (৬শুবা চহীচা), দণ্ডী (৮শুবা), বামন (৯শুবা)না মতাং-মতাংগী ওইনা শবদক খবা খবা য়ানবক্লবা অদুগা আনন্দবর্ধন (৯শুবা), অভিনবগুপ্ত (১০-১১শুবা), ভোজবাজ (১১শুবা) খোয়নচিংবনা মপূং ফানা শাগৎলবা অদুগা মম্মট (১১শুবগী ২শুবা তংখায়), *অগ্নিপুবাণ* দা (১২শুবা), শাবদাতনয় (১৩শুবা), বিশ্বনাথ কবিবাজ (১৪শুবা), পণ্ডিতবাজ জগন্নাথ (১৭শুবা)না খোমজীন তাশিল্লবা মতুংদা তৃশেং তশেংনা লৈববে। ভাবতকী কাব্যশাস্ত্রগী চপ চানা মপূং ফাজববা লীশাং শীৎপা শক্তম অমা লৈবা শেংলে। শক্তম অসি শাগৎপদা চহী লীশীং অমগা চাতবেৎ চঙলিবনি; ইচম চম্বা অবাযবা থৌওং নত্তে। কনা-কনাগুম্বনদি সংস্কৃত কাব্যশাস্ত্রগী ঈচেল অসি চপ লেপখ্রবদৌনা লৌবা য়াওবি। মসি জি. বিজযবর্ধনগী *আওটলাইন্স ওফ সংস্কৃত পোইটিক্স* অমদি এস. কে. দেগী *হিষ্ট্রি ওফ সংস্কৃত পোইটিক্স* নচিংবা লাইবিক্তা থেংনৈ। ঈচেল অসি লেপখিবা নত্তে। তবামপলশুবা চহীচাদগীদি যুবোপকী সাহিত্য অমদি নৈনবোলগী চাউববা ঈচেল অম্না চেনশিল্লক্লবসু ভাবতকী ওইবা নৈনবোল সংস্কৃত লোন্দমক নৎত্রগসু অতৈ লোনশিংদা অদুম চখবি। মওংবু হিন্দীগীদা ডা. শ্যামসুন্দব দাস (১৮৭৫-১৯৪৫), বাবু গুলাব বায (১৮৮৩-১৯৬৩), আচার্য বামচন্দ্র শুক্ল (১৮৮৪-১৯৪০), ডা. নগেন্দ্র (১৯১৬-)নচিংবনা ভাবতকী কাব্যশাস্ত্রগী পবীংবু মখা পুথদুনা চখবি। হৌজিক ফাওবদা বসকী অমদি ধ্বনিগী পথাপ অসি পূম্নমক্লা যানবিবা ওইনা চখবি। বস পোকপা নৎত্রগা থোকপগী মতাংদা অনৌবা অর্থ হন্নবা লাক্লবি। বসকা ধ্বনিগসি অমত্তনি হাযনা লৌদুনা বস-ধ্বনি পথাপ ওইনা কন্না চখবি।

অসুম্না মবিশুবা অমদি অবোইবা তাঙ্ককী চহী চাতবেৎ-চানীপালসিগী মনুংদা ভাবতকী সাহিত্যশাস্ত্র অসি মওং চপ চানা তাবে। তাঙ্কক অসিদা নৈন-মীওই কযানা কাব্যগী তোঙান-তোঙানবা কাযাৎশিং লৌখৎতুনা মব্দওইনা অলংকাব অমদি বস পাক শন্না নৈনবকখি। শাবদা তনয়গুম্বা খবনা নাটক অমদি বসকী মতাংদা নীংথিবা পথাপ পুথোকখি। ৰূপগোস্বামীনা ভক্তিবস নৎত্রগা মধুববস পুথোক্তুনা ব্যাখ্যা তৌই। খবনা, বাজশেখবনচিংবনা কবি অমা ওইবদা চঙগদবা মগুণ অমদি মহৈ-মশিংগী মতাংদা ৱাখল কযা ফোঙদোক্লম্মী। ক্ষেমেন্দ্রনা ঔচিত্য-পথাপকী লীক্লম য়াৎলম্মী।

হেমচন্দ্র, বিশ্বনাথ, জয়দেবনচিংবা মায়চৌশিংনা কাব্য-পথাপকী মপুমগী ওইবা ব্রাফম পাক শন্না নৈনদুনা উৎপা লাইবিক ইবে। লোইশিল্লকপা মতাংদা জগন্নাথ অমদি বিশ্বেশ্বরনা কাব্যশাস্ত্রগী অপূনবা শক্তমবু নীংথিনা মপান খোপ্তুনা লাইখায় তাববা মওং অমদা লাহ্নোক্লম্মে। অবোইবা তাঙ্কক অসিদা অনৌবা ব্রাফম খবা পুথোক্লবকপগা লোযননা মমাঙগী তাঙ্ককশিংদা থোক্লকখিবা চক পুবা লাইবিক কয়াগী টীকা ময়াম অমা অতৎপা লৈতনা ইনবকই। মখল মখা কয়াগী ওইবা ব্যাখ্যা মনম-মনম তৌনবকই; অদুনা ব্যাখ্যাগী চাউববা মতাং অমা ওইনা লৈবকই। টীকাশিং অসিসু মাযচৌশিংগী মশা মশাগী ওইবা তোপতোপ তোপতোপ তাবা মীৎয়েং ঙাক্তনি চুম্নগী অর্থ হনবা ঙাক্তা নত্তে। ব্যাখ্যাশিং অসিনা কাব্যশাস্ত্রগী শক্তম শেন্বা অমদি লেপ্পদা তঙায়মক ফদনা চঙলবা পান্বে ওইনা লৈবনি। লোযননা কাব্যগী মতাংদা লৈবা লুব-লুববা লীক্লমশিংবু মীয়ামদা লায়না ময়েক শেংনা খঙহল্লি।

য়াবিবমখৈ শূপচিন্না হায়ববদা ভাবতকী কাব্যশাস্ত্রগী লেম্ফুগী ওইবা মব্দদি বস-ধ্বনি অসিনি। বস অসি ধ্বনিদা অদুম্মক য়াওববনি; অনী অসি শেল ময়েক অমত্তগী মমায অনীগুম্বনি—অমত্তনি। আনন্দবর্ধননা হৌদোক্লম্বনি। ভবততগীনা মহাক্কী মমাঙ ফাওবসিদা বস, অলংকাব অমদি বীতিগী পথাপ শেম্মে। মঙোন্দগী হাযবদি আনন্দবর্ধনদগীনা মম্মট ফাওবগী মতাং অসিদা ধ্বনি হৌদোকপা অমদি ধ্বনিবু যানীংদবা কাঙবুবু শীধদুনা ধ্বনি-পথাপ অসি খুভম চেৎনা থম্মে। মতুংদা মম্মটতগী পণ্ডিতবাজ জগন্নাথ ফাওবগী মতাং অসিদা ধ্বনি অসিনা লেম্ফুগী ওইবা মব্দনি হায়বগী যূম্ফমদা সাহিত্যশাস্ত্রদা কাব্যগী কায়াৎ পূম্নমক য়াখোক্তুনা থম্লবে। ফীভম অসি ঙসি ফাওবা চথবি; মযামগী ওইবা য়ানববা মোত ওইনা লৈবে। শুংজিল্লগা, হেক ঙম্মিবমখৈ শব্দোক্লা ফোঙদোক্লবা লাইতাকব্রাগুম্না পণ্ডিতবাজ জগন্নাথনা মাগী *বসগঙ্গাধব* লাইবিক্তা যেক্লম্মবনি—‘বমণীয়ার্থপ্রতিপাদকঃ শব্দঃ কাব্যম্।’ পীক্লা উববগী ব্রানি পবেং অসিগী ব্রাহে-পদ অমমম ময়েক শেংনা মতা চানা অর্থ তৌনবা লাক্লবদা *নাট্যশাস্ত্র*মুক চাউবা লাইবিক অমমম থোকপা য়াগনি। ভাবতকী কাব্যশাস্ত্রগী মপুং ওইবা মচল যাওববা মন্ত্রনি।

তবামাপলশুবা চহীচা হৌবকপদগীদি ভাবতকী কাব্য নৈনবগী ঈচেল অসিগী মথক্তা নোংচুপকী মনৈনসু চঙশিল্লক্লে। কাব্যগী মশক তাকপা অমদি ব্যাখ্যা তৌবদা মখল কয়াগী মীৎয়েংসু লাকপা হৌবে। ঙসি ফাওবদা চখনবি। মসিগীনা ব্রাবী অমদা লৈখ্রসনু।

## অনীশুবা তাঙ্কক
# কাব্যগী শক্তম (Concept)

**কাব্যগী শক্তাক ব্রায়েল ঃ**

কবিগী মপূং ওইবা থৌদাং অমখক্তি কবিগুম্বা অমা মালেম-মপোক অসিগী ব্রাংমগী ওইবা মওংদা শীংথা-শৈথাবনি—'লোকোত্তরবর্ণনা-নিপুণং কবিকর্ম' (মম্মট, *কাব্যপ্রকাশ*)। কবিনা বস অমদি ভাবকী ব্রাখল লৈশেম্মী। মবম অসিদগী কবিবু বেদশিংদা লৈশেম মপুগী থাক্তা থম্মি—'কবির্মণীষী পরিভূঃ স্বয়ম্ভুঃ।' *ধ্বন্যালোক* তসু কবিবু জগৎ শেম্বা প্রজাপতিমক্কা চাংদম্নদুনা থম্বনি—

**অপারে কাব্যসংসারে কবিরেকঃ প্রজাপতিঃ**

**য়থাস্মৈরোচতেবিশ্বং তথেদংপরিবর্ততে।**

**(থম্নাইদবা কাব্য মালেমগী মরক অসিদা কবিমক প্রজাপতি অমনি**

**মহাক্না পাম্বা মওংদা লৈকোয় মপূং অসি শেম্বনি।)**

অসিগুম্মবা কবি অসিনা তৌবিবা থৌদৌ নৎত্রগা ইবিবা মওং অসিবুনি কাব্য হায়বিবসি। অসিগুম্বা কাব্য অসিগী শক্তম লাক্লনবা ভাবতকী (হায়বদি সংস্কৃতকী) নৈন-মীওইশিংনা খৃষ্ট কুম অহানবা নৎত্রগা অনীশুবা চহীচাদগী তবানিপানশুবা ফাওবদা সাধনা তৌদুনা লাক্লি। ইহান হেক হানবা নৈন-মীওই ভরত মুনি (১বা/২শুবা চহীচা)না লীলা নৈনবগী মতাংদা, লীলাগী ওইবা মীৎযেংবু যুক্ষম ওইহল্লগা কাব্যগী মশক অসুম্না তাকই—

**মৃদু ললিত পদাঢ্যং গূঢ়ং শব্দার্থহীনম,**

**জনপদসুখবোধ্যং য়ুক্তমনৃত্যয়োজ্যম্।**

**বহুকৃতরসমার্গ সন্ধিসন্ধাণয়ুক্তম,**

**স ভবতি সুভকাব্যম্ নাটকপ্রেক্ষকণাম্।।**

**(ভরত, *নাট্যশাস্ত্র*)**

হায়বদি, থোৎপা নৌবা ফজবা ৱাহৈশিংগী খূৎশেম (রচনা) অরুবা ৱাহৈ অরুবা অর্থ য়াওদবা, মীয়াম্না লায়না খঙবা, অচাবা মরম-মরৈ য়াওবা, জগোইগী থৌরাং য়াওবা, মখল মখলগী রস হাপ্পা য়াবা অদুগা ৱারী পরীংদা সন্ধিশিং চপ চানা ইনবা অদু লীলা য়েংবা ভাবোকশিংগী য়াইফনীংঙাই ওইবা কাব্যনি।

কাব্য হায়বসি লীলাগী মনুংদা থম্মরিঙৈদা য়েংলম্বা মীৎয়েংনি। নাটক অসি কবি-থৌওংনি (কবি-কর্ম) হায়না চপ চানা লৌরিঙৈগী শক্তাকনি। ভরত মুনিনা হায়রিবসি তশেংবদি লীলাবুনি, হায়বদি মাগী শক্তাক অসিনা কোনশিল্লিবসি দৃশ্যকাব্যদনি; শ্রব্যগী মতাংদি ইশোকমক শোক্তবা নৎত্রগসু পোৎলম অদু মাঙদা সুকলৈমক লৈত্রিবগুম তৌরে। অদুবু পূম্নমক্কী মীৎয়েং ৱাখল চিংশিল্লিবা খূৎশেম হায়বদি খূৎই, থোৎপা নৌবা ৱাহৈ অমদি অর্থ অমদি রসকী ৱাফম অসিদি তুংদা লাকপা শক্তাক (পরিভাষা) ময়ামগী লেঙদ্রবা, তঙায়মক ফদনা চঙলবা পোৎচঙ ওইনা লৈবনি। ভরতকী মতুংদা লাকপা অলংকার পথাপ (অলংকার সিদ্ধান্ত)কী অহৌবা মায়চৌ ওইরিবা ভামহ (৬শুবা চহীচা)না কাব্যগী কায়াৎ ময়াম নৈনবা য়াবা মওংদা শব্দোক্না নৈনরুরগা হেক য়ারিবমখৈ শুংজিল্লগা লাইখায় তারম্বনি—'শব্দার্থৌ সহিতৌ কাব্যম' (*কাব্যালংকার*)।

ৱাদবু ইতেন তেন্না ৱাহৈগা অর্থগা তিন্নবা, নৎত্রগা লোয়নবা, নৎত্রগনা চূংশিন্নবা মওং অদু কাব্যনি হায়না ইরম্বনি, মসি ভামহ মশাগী মীৎয়েংদগী শব্দোকপা তারবদি পায়শিল্লগা খূদাপ ওইরিবসি হুল্লগা ফৈদোম ওইরক্লিবনি। ভামহনা পল্লিবা ৱাহৈ অমদি অর্থ অসি ইচম চম্বা ব্যাকরণগী ওইবা নৎত্রগা ৱাহৈ পূক্কৈদা পৈদুনা লৈরিবা অদু নত্তে; অনী অসিদা অলংকার পূম্নমক ৱাহৈগী মওং মতৌ অয়াম্বা য়াওরবনি। লোয়নবা নৎত্রগা চূংশিন্নবা হায়বা ইথোকপা ফোঙদোকপগী মওং ফাওবা ফোঙদোকপনি। অলংকার সম্প্রদায় হায়না খঙনগদবা কাঙলূপ অমগী নৈন-মীওইশিংনা মথং মথং পুখৎলকপা অলংকার অসিদি চুম্নগী ৱাহৈ অমদি অর্থগী লৈতেংদমক ওইবা অদু নত্তে য়াম্নমক পাক চাউখ্রবা চঙদবা য়াদ্রবা ফজবা অমদি নুংঙাইবা হায়বসিগী ফীভম ফাওবা কোনশিন্না ব্যাখ্যা তৌরম্মীবনি। শম্না হায়রবদা অলংকার কাঙবুনা কন্না পল্লিবা অলংকার মখলশিং অমদি মওংশিং—'রসবত্, প্রেয়ঃ উর্জস্বী' অমদি 'সমাহিত' হায়বশিং অসিদা রসকী মওং অদুম য়াওরিবনি। অসিগুম্বা মখলগী অলংকারগী ফীভম অসি অর্থ লৈবা ৱাহৈশিংদগী থোক্লকই হায়বগী ৱাফম্নি। ভামহনা মহাক্কী লাইরিক্তা বক্রোক্তি (অখোয়বা ৱাঙাঙ) অসিবু অলংকার পূম্নমক্কী

হৌফম মক্দনি হায়না পল্লম্মী। হায়বিবা বক্রোক্তি অসি ইবগী, হায়বদি ফোঙদোকপগী মওং (শৈলী) হায়বনি। মসি তশেংবসু মবৌ লৈবা মওংদা, হায়বদি তশেং তশেংবা অর্থদা ৱাহৈশিং শীজিন্নবগী মহুত্তা হায়বনা অমা হায়বগা খঙবনা অমা খঙবগী মওং তাক্লম্বনি। মসি মাগী 'সহিতৌ' হায়বা পদ অসিদা ফুমদুনা য়াওবগী লৈখোন লৈ।

ভামহগী শক্তাক (পবিভাষা) অসি য়াম্নমক পাকমন্না থোকই। মবমদি ৱাহৈগা অর্থগা চুংশিন্নবগী মওং অসিদি চাং অমদি থাক্তা খেন্নবগী ৱাদনি খূৎই (বচনা) খূদিংমক্তা হাযবদি শাস্ত্র, ব্যাকবণ, দর্শণনচিংবদসু অদুম্মক যাওবি। বস পূম্নমক্তা লৈ। খূৎই পূম্নমক্তি কাব্য নত্তে। কাব্যগী খূৎইদি তোপ্পা লৈ। ভামহগী শক্তাক্কী ঙমখৈ মনুংদদি লৈ হাযববু চপ চানা, হাযবদি উচন চপ চানা থম্বদি ঙমদে; হিক্নোম হিক্নোম লাউনা লৈ।

নিপানশুবা চহীচাদা ইবকপা *কাব্যাদর্শ* লাইবিক্তা অইবা দণ্ডীনা কাব্যবু অসুম্না মশক তাকই– 'শবীবংতাবিদিষ্টার্থব্যবছিন্নাপদাবলী'—হাযবদি কাব্যগী হকচাংদি অপাম্বা অর্থ লোযনবা ৱাহৈপবেংনা শাবনি। মসিসু ভামহগী ৱাহৈগা অর্থগগী পূনশিন্নবা মওং অদুগী ৱাখল্লোনদা যূম্ফম ওইবনি। হাপচিল্লক্লিবা অমত্তুংদবু 'ইষ্টার্থ' হাযবদি পাম্মিবা অর্থ অসিনি। ৱাহৈগা অর্থগা অনীসি থোং মান্ননা লৈববতদা পাম্মিবা অর্থ থোক্কনি হাযবগী মওং অমা যাওবি। ৱাফম অমনা, দণ্ডীনা পীবিবা ৱাফম অসিদা অপাম্বা অর্থ পীবা ৱাহৈশিং অসিনা শবীব হাযবদি হকচাংনি হাযবিবনিনা হকচাং অসিদা যাওবিবা অর্থ অসিনা আত্মা ওইবগী ৱাফম মশানা ওইবা তাববনি। অদুনা মাযচৌ অসিনা কাব্যগী হকচাংগী ৱাফম হৌদোক্নুনা হকচাংদা য়াওগদবা থৱায-আত্মাগী ৱাফম, অপাননা পন্দ্রবসু উৎলে। মসিমক নৈন-মীওই অসিগী অখন্নবা থৌওং ওইববনি। তৌবগীদি মহাক্কী কাব্যগী শক্তম অসিসু অলংকাবদা যৌশিন্দুনা লৈবনি। অসিসু পাকমন্না থোক্লি।

ভামহ অমদি দণ্ডীগী ৱাহৈ অমদি অর্থগী চুংশিন্নবগী শক্তাক-লীক্লম অসিগী মখা তাবকপা ওইনা রুদ্রট (৯শুবা চহীচা)নসু *কাব্যালংকাব* দা কাব্যবু অসুম্না শক্তাকই– 'ননু শব্দার্থৌ কাব্যম্' হায়বদি নীংথিজবা ৱাহৈগা অর্থগগী পূনশিনবা মওংদু কাব্যনি হাযবনি। থোৎপা নৌবা নীংথিজবা ৱাহৈ অমদি অর্থবু কাব্যগী চঙদবা যাদ্রবা মচল অমা ওইনা লৌবনি।

'বীতিবাত্মা কাব্যস্য'—বীতিনা কাব্যগী থৱাযনি হাযনা চাউববা ৱাফম অমা বামননা (৯শুবা চহীচা) মাগী *কাব্যালংকাবসূত্র* দা হায়বকই। কাব্যদা বীতিগী ৱাফম

অসি ভামহ্গী মমাঙদগী অদুম্মক খঙনবক্লবনি। ভামহ্ অমদি দণ্ডীনসু বৈদর্ভী অমদি গৌডী হায়বা রীতি অনীগী মতাংদা পনখ্রবনি। বামননা অহুমশুবা রীতি পাঞ্চালী কৌবা অমা পুথোক্লপনি। রীতি হায়বিবা পোৎ অসিদি করিনো? বামন মশামক্লা শব্দোকপনি 'বিশিষ্টা পদরচনা রীতিঃ, বিশেষো গুণাত্মা' ৱাহৈশিংগী তোপতোপ্পা মরেংশিন অদু রীতিনি অদুগা ৱাহৈশিংদা তোপতোপ্পা তাববা মওংসিদি গুণশিংনা মবম ওইদুনা পোল্লকই। মহাক্লা গুণ অসি ৱাহৈগী তবা অদুগা অর্থগী তবা, পূন্না গুণ মশীং কুন পুথোক্লুনা নৈনবকই। গুণশিংগী মনুংদা কান্তি হায়বা অমা য়াওবি, মসিদা রস অসি কাব্যগী মনুংদা লৈবা পোৎলম অমা ওইনা লৌবকই। মমাঙগী নৈন-মীওইশিংনা রস অসি কাব্যদা মপানথোংগী ওইবা পোৎলম অমা ওইনা লৌবম্বনি। বামননা মনুংগী ওইবা মকওইবা মচল ওইনা লৌবকই। বামনগী শক্তাক অসি রীতি অমদি গুণদা য়ুম্ফম ওইবা খৃফোঙদোক হাযবদি ৱাহৈ লেংশিনবগী মওংদা হেন্না মমল লৈহনবগী মওংনি। ইথোকপগী নৎত্রগা ফোঙদোকপগী মওং—রীতি অসিনা থৱায ওইনা লৌবকপনি। ৱাদবু রীতি হাযবনি, মপূং ওইনা ইবগী মওং হাযজবনি। বামনগী মতুং ইন্নদি মসিনা কাব্যগী মচল পূন্নমক কোল্লে হাযনা লৌবনি। অদুমকপু মাগী শক্তাক ৱাবোল অসিনা কোনশিল্লিবসি মপাম্বোংগী ওইবা মচলদনি। রীতি সম্প্রদায়গী অপোকপা ওইনা কাব্যশাস্ত্রগী পৰীংদা মফম চাউনা লৈবা নৈন-মীওইনি। খবা পীক্লা থোকপা শক্তাক্লি।

ধ্বনি পথাপ্পু হৌদোক্লম্বা আনন্দবর্ধন (৯শুবা চহীচা)না রসপু মপূং ওইবা মচল ওইনা লৌদুনা হাযবনি—"মহাকবিগী মপূং ওইবা থৌদৌদি রস, ভাবমকপু কাব্যগী মকওইবা অর্থনি হাযনা লৌদুনা মানা ফোঙদোক্লিবদুগা চান্নগদবা ৱাহৈ অমদি অর্থগী রচনা তৌবা ওইগদবনি। রস-অর্থদগী কাব্য-নিবন্ধণগী চৎনবী অসি ভরতনচিংবদা ফংই। রস অসি কাব্য অমদি নাট্য অনীমক্কী জীবণভূত ওইবনি।"

> অয়মেব হি মহাকবের্মুখ্যো ব্যাপারো য়ত্ রসাদীনেব মুখ্যতয়া
> কাব্যার্থীকৃত্য তদ্ব্যক্ত্যনুগুণত্বেন শব্দানামর্থানাঞ্চোপনিবন্ধম্। এতচ্চ
> রসাদিতাৎপর্য়েণ কাব্যনিবন্ধণং ভরতাদাবপি সুপ্রসিদ্ধমেবেতি।...
> রসাদয়ো হি দ্বয়োরপি তয়ো (কাব্যনাট্যয়োঃ) জীবিতভূতাঃ।
>
> (*ধ্বন্যালোক*)

মসিদা আনন্দবর্ধননা ৱাহৈ অমদি অর্থবু ফোঙদোকপগী মপাম্বোংগী ওইবা পাম্বৈ ওইনা লৌবগা রসপু মপূং ওইবা মচল হায়বদি থৱায় ওইনা লৌবি। মহাক্লা

অমুক মখা তানা হায়বম্বদা 'সাবভূত অর্থ স্বশব্দশিংদা হায়দুনা ফোঙদোকপগী মহুত্তা মঙাল ওইনা ফোঙদোক্লবদি তোপতোপ্পা মখলগী মফজ অমা লৈবকই'—'সাবভূতো হি অর্থঃ শ্বশব্দানভিধেয়ত্বেন প্রকাশিতঃ সুতাবামেব শোভামাবহতি' (*ধ্বন্যালোক*) হায়বসিনি। নৈন-মীওই অসিনা মায়পূননা হায়বিবসি অচাবা ৱাহৈ অমদি অর্থগী বচনাদা বস অসি মঙাল ওইনা ফাওবকই অসিনি। বস অসি থক্তোবকপা খোঙ্খাং ওইনা ফাওবকই হায়বনি। ধ্বনি পথাপতা য়ুম্ফম ওইবগা হায়বকপা ৱাফম্নি। ভবত মুনিনা হৌদোকপা বসকী ৱাফমবু শৌগৎতুনা ধ্বনিগী ৱাফম পুশিল্লক্তুনা ব্যাখ্যা তৌবনি। ৱাহৈ অমদি অর্থগী পাম্বৈনা বস থক্তোবকই হায়না লাইখায় তাবনি।

*ধ্বন্যালোক* কী টীকা ইবম্বা দার্শনিক অভিনবগুপ্তনসু (১০-১১শুবা চহীচা) আনন্দবর্ধনগী ৱাফম অসি কন্না শৌগৎলি। নৈন-মীওই অসিনসু ৱাহৈগা অর্থগবু কাব্যগী হকচাং অমদি ধ্বনি অসিনা থৱায় ওইনা লৌই। অদুবু ৱাহৈ অমদি অর্থগী মতাংদা পাক চাউনা কনখিবনা মখোয় অনীগী শক্তাক-ৱাবোলশিংসু পাকমন্না থোকই। মশক্তি নীংথিনা তাক্লে।

ৱাহৈ অমদি অর্থগী পবীং অসিদা পণ্ডিত বাজশেখব (১০শুবা চহীচা)না ৱাহৈগা অর্থগা অনীগী চুংশিল্লবা শক্তমবু সাহিত্যনি হায়না চপ চানা হায়বে। 'সাহিত্য' হায়বা ৱাহৈ অসি কাব্যগী অর্থদা বাজশেখবনা ইহান হান্না শীজিন্নবম্বনি। ৱাহৈ অসিগী অর্থগী শক্তমবুদি ভামহনা 'শব্দার্থৌ সহিতৌ' হায়না পন্দুনা পীখিবা কুইবে (৬শুবা চহীচাদনি)। অদুবু 'সহিত' হায়বা ৱাহৈদগী ভাববাচক 'সাহিত্য' হায়বা ৱাহৈ অসিদি বাজশেখবনা পুথোকপনি নৎত্রগা শেম্বনি। সাহিত্য হায়বসি কাব্যগী অর্থদা, কাব্যশাস্ত্রগী ইতিহাসতা নৈন-মীওই অসিনা মাগী *কাব্যমীমাংসা* দা ইহান হেক হান্না কৌটিল্যনচিংবা মাযচৌশিংনা যাত্তুনা থম্বা বিদ্যা মখল মবি—হায়বদি অন্বীক্ষিকী, ত্রয়ী, বার্তা অমদি দণ্ডনীতি—অসিগী মচি ওইবা মঙাশুবা মখলগী বিদ্যানি হায়না মযেক শেংনা হাযবি—'পঞ্চমী সাহিত্যবিদ্যা॥ সা হি চতসৃণামপি বিদ্যনাং নিষ্‌পন্দঃ।' সাহিত্যবিদ্যাগী অর্থনা—'শব্দার্থ—যোর্যথাবত্‌ সহভাবেন বিদ্যা সাহিত্যবিদ্যা', হাযবদি ৱাহৈ অমগী অর্থগী তশেংবা মওংদা লোযনবগী ৱাখল (যথাবত্‌ সহভাব) পূনশিনবগী ফীভম যাওবা বিদ্যাদু সাহিত্যবিদ্যানি হাযনা লৌবনি। অদুমকপু তশেংবা লোয়ননবগী ৱাখল (য়থাবত্‌ সহভাব) অসিনা কবম কবম্বা মবী তাক্লিবনো হাযবসিমদি ময়েক শেংদে। মসিনা পুবিবা ৱাখল্লোনসি কবি ওইবা যাবগে হায়বদি বাজশেখবনা হায়দ্রে। কবম-কবম্বা মবীনো হায়বগী মতাংদা ভোজবাজনা (১১শুবা

চহীচাগী ১বা তংখায়) মাগী *শৃঙ্গাবপ্রকাশ* তা ৱাহৈগা অর্থগগী মবী অসি ১২ পীবম্মী। মবীশিং অদুদি (১) অভিধা, (২) বিবক্ষা, (৩) তাৎপর্য্যম্, (৪) প্রবিভাগঃ, (৫) ব্যপেক্ষা, (৬) সামর্থ্যম্, (৭) অন্বয়, (৮) একার্থীভাবঃ, (৯) দোষহানম্, (১০) গুণোপাদান, (১১) অলংকাবয়োগঃ অমসুং (১২) বসাবিয়োগ। মসিবু *শৃঙ্গাব প্রকাশ* তা অসুম্না হায়বি–'কিম্ সাহিত্যম্? য়ঃ শব্দার্থয়োঃ সম্বন্ধঃ। স চ দ্বাদশধা, অভিধাবিবক্ষাতাৎপর্য্যমপ্রবিভাগঃ ব্যপেক্ষাসামর্থ্যম্ অন্বয়ঃ একার্থীভাবঃ দোষহানম্ গুণোপাদান অলংকাবযোগঃ বসাবিযোগঃ।।' ভোজবাজনা পীবিবা ১২ অসিগী মনুংদা অহানবগী নিপান অসিমদি ৱাহৈ অমদি ৱাহৈ পবেংগা অনীগী শক্তিগী মতাংদনি; ব্যাকবণগী ওইবা মবীনি। অকোনবগী মবি অসিদি কাব্য নৎত্রগা সাহিত্যগী ওইবা মবীনি। কাব্যগী পোৎচঙগা অপা-অপাননা মবী লৈনবা অর্থনি। অকোনবগী মবি অসিনা পুবিবা ৱাবোলদি 'দোষহান' হায়বদি দোষ চেলহন্দবা; 'গুণোপাদান' হায়বদি গুণ চেলহনবা; 'অলংকাব যোগ' হাযবনা ফজহন্নবগী ওইবা লৈতেং যাওবা অমদি 'বসাবিয়োগ' হাযবনা বসকা খেন্নবা লৈতবা মবী হাযবনি। ভোজবাজনা বস ফোঙদোকপা ৱাফমদা কাব্যগী মব্দ লৈবগী মওং অমা হাযবনি। মহাক্লা কাব্যবু অসুম্না মশক তাকই–"দোষ চেন্দবা, গুণ যাওবা, অলংকাবশিংনা লৈতেংবা অমদি অবাযবা কাব্য শেমদুনা কবিনা মিংচৎকা লোয়ন-লোযননা নুংঙাইববু ফংই।"

**নির্দোষং গুণবত্ কাব্যম্ অলংকারৈরলংকৃতম্।**

**রসান্বিতং কবিঃ কুর্বন্কীর্তিং প্রীতিং চ বিন্দতি।।**

**(*সরস্বতীকণ্ঠাভরণ*)**

ভোজবাজগী মীৎযেংদা, কাব্যদা গুণ, অলংকাবশিং অমদি বস চেনবা মইদা অখন্নবা শাফ্ পীবনি, লোয়ননা দোষ চেন্দববু মচল অমা ওইনা লৌবনি। কাব্যগী মনুং অমদি মপানগী পোৎচঙদগী যেংবনি।

মায়চৌ কুন্তক (ভোজবাজগা মতম অমত্তনি)নসু সাহিত্যবু পাক চাউনা ব্যাখ্যা তৌদুনা কাব্যগী মশক তাকই। নৈন-মীওই অসি বক্রোক্তি পথাপ হাযবদি সম্প্রদায় হৌদোক্লম্বা শাস্ত্রকাবনি। মশাগী লাইবিক *বক্রোক্তিজীবিত* তা সাহিত্য হায়ববু কবিনো, মসিদি ৱাৎপসু নত্তবা হেনবসু নত্তবা ৱাহৈ-অর্থগী পূক্লিং শুমহৎপা (মনোহব) অমদি নীংথিজবা (শোভাশালিতা) পবেং লেংশিনবগী মওং অদুনি হাযনা শব্দোক্লা তাকই।

**সাহিত্যমনয়োঃ শোভাশালিতাং প্রতি কাপ্যসৌ।**

অন্যূনানতিরিক্তত্ব-মনোহারিণ্যবস্থিতিঃ ॥

(বক্রোক্তিজীবিত)

মখা তাবকপদা কাব্যবু অসুম্না মশক তাকই—

শব্দার্থৌ সহিতৌ বক্রকবিব্যাপারশালিনি।

বন্ধে ব্যবস্থিতৌ কাব্যম্ তদ্‌বিদাহ্লাদকারিনি ॥

(বক্রোক্তিজীবিত)

হায়বদি, কবিগী নাকোয়ননা ঙাঙবা মওংনা (বক্রব্যপাব) লৈতেংবা অমদি ভাবোক্তা নুংঙাইবা পীবা ৱাহৈ-অর্থ তুমাগী অপূনবা মশক্লা পবীং নাইনা লেংশিল্লক্লবা মতাংদা কাব্য হায়বসি ওইবকই হায়বনি। কুন্তকনা মীৎযেং থম্মিবসি কোইথোক্তুনা ইবা, নুংঙাইবা পীবা লোযননা অর্থ পুবা ৱাহৈ অসিনি। কোইথোকপা অমদি নুংঙাইবা হাযবদি বস অসিনা নৈন-মীওই অসিগী মশাগী ওইবা ৱাখলনি। সাহিত্য নৎত্রগা কাব্যদা মব্দ ওইবিবনি। ৱাহৈগা অর্থগা অনীসিগী চূংশিন্নবদু সাহিত্য হাযবনি হাযবসিমা শোযদ্রে। কুন্তককী ৱাফম অসিদা ফজবিবা মতাং অমনা 'অন্যূনানতিবিক্তত্ব' হায়বদি তাবসু নত্তবা হেনবসু নত্তবা হাযবসিনি। বাহৈগা অর্থগা খল চপ মান্ননা পুবগী ৱাফম্মি। নাকোয়ননা ফোঙদোক্লদৌবিবা ফজবা অমদি নুংঙাইবগী মশক ওইবা অর্থদু চপ চাহনবা হাযবনি। ফজববা ৱাফম্মি। অদুমকপু ৱাহৈগা অর্থগা চূংশিন্নবসি কবন্মা মওংদা চূংশিন্নবা (তিন্নবা) তাবনো হাযবগী ৱাফম অমদি লৈ। মতাং অসিগী ওইনসু কুন্তকনা ফজবা হাযবসি ফংননবা বাহৈগা অর্থগা অনী অসি যেক্লবগী মওংদা নত্তবা মব্দপ মশেল নুংশি-চান্ন-চিন্ননা— 'পবস্পবস্পর্ধাধিবোহঃ যা পবস্পবস্পর্ধিত্বম্।'—তিন্নবদৌনা পূনশিন্নবগী ৱাফম হাযবম্মী। কুন্তকনা মাগী লাইবিক্তা পবীং অমা ওইনা তৌবম্মা ব্যাখ্যাগী ওইনা সাহিত্যবু মশক নীংথিনা লেপ্পবা সাধনা তৌবম্মে।

তবামাথোইশুবা চহীচাগী অবোইবা তংখায়দা মাযচৌ নৈন-মীওই মম্মটনা মাগী *কাব্যপ্রকাশ* তা কাব্যগী পোৎচঙ মযাম অমা শোক্লা শুংজিনবা য়াবমখৈ শুংজিল্লগা শন্দোকপগী লোইবা নাইবোইদবা মওংগী শক্তাক ৱাবোল অমা পীবকই—

তদদোষৌ শব্দার্থৌ সগুণাবনলংকৃতীঃ পুনঃ ক্বাপি।

হাযবদি, দোষ চেন্দবা, গুণ থন্না যাওবা অমদি কবিগুম্বা মতাংদা অলংকাব য়াওদ্রবসু যাবা ৱাহৈ অমদি অর্থ অদু কাব্যনি হায়বনি। খবা শন্দোকপা তাববদা—

(১) কাব্য অসি ৱাহৈগা অর্থগগী অপূনবা শক্তম শব্দার্থৌ—অমনি হায়বসিমা

পূন্নমক্না য়ানরবা ৱাফম্নি। ভামহগী 'শব্দার্থৌ সহিতৌ'দগী হৌরগা যুগ পুবা মীওই কয়ানা, মওংবু, রুদ্রট, বামন, ভোজরাজ, মম্মট মশা অসিনচিংবা,ময়াম্না ৱাফম অসি য়াদুনা লাক্লবনি। তশেংবনি সাহিত্য হায়বসিদা ইরিবসি ৱাহৈ ঙাক্তনি; ৱাহৈশিং অদুগী অর্থদগী মখল মখলগী নুংঙাইবা পোক্লিবনি। অদুনা অর্থ চেনবা ৱাহৈশিংনা সাহিত্য হায়বা হকচাং অসিগী কায়াৎ ওইরিবনি। সাহিত্যগী মচল অমদা তৌরিবা লীলা অসি ৱাহৈগীনি।

(২) মম্মটকী শক্তাক অসিগী হেক অহৌবদা তাপ ফোঙদোক্লিবসি 'অদোষৌ'—দোষ চেন্দবা, হায়বসিনি। কাব্য হায়বসিমক্তবু মীনা ইবনিনা খণ্ডনা নৎত্রগা খণ্ডদনা অশোনবা অশোয়বা হায়বদি দোষ খরা হেক্তা লৈরকই। থাদোক্কদবা দোষ কয়ামুক ভামহনা পল্লম্মী। মাগী শক্তাক ৱারোলদদি পল্লম্বা নত্তে। অদুবু মাগী লাইরিক্কী মনুংদদি দোষ ময়াম অমা নৈনরম্মী। বামননা ইহান হান্না শক্তাক ৱারোলদা, মখা চত্থরকপদা হায়রকই—'স দোষ-গুণালংকার-হানাদানাভ্যাম্' (*কাব্যালংকারসূত্র*) হায়বদি, গুণ-অলংকার য়াওহনবা অমদি দোষ খত্তোকপা অসিনা কাব্যদা ফজবা পোকহল্লি হায়বনি। ভোজরাজনসু মাগী শক্তাক ৱারোলদা 'নির্দোষং' হায়বদি দোষ চেন্দবগী ৱাফম্না হান্না হৌই। অসুম্না কাব্যদা দোষ খরা নৎত্রগা খরা হেক্তা লৈবদগী ফজবা ৱাৎপদা কাব্যগী অশোয়বা লৈ হায়বসি নৈন-মীওই কয়াদা ফাওরবনি। অসিগুম্বা মওংগী দোষ অসি য়াওদবা হায়বসি কাব্যদা মরূ ওইবা মওং অমনি, হায়বদি কাব্যগী চঙদবা য়াদ্রবা মচল অমা ওইনা লৌবনি। মম্মটনা মপূং ওইবা মচল অমা ওইনা লৌরিবসু দোষ লৈতবা নৎত্রগা চেন্দবা হায়বসিনি। দোষ মখল য়াম্না লৈ (অমদি লৈরকপসু য়াবনি)। মখল খূদিংমক্কী দোষ অমত্তা য়াওদবনি মম্মটনা পাম্মিবসি।

মীওইপোক্লি, সুকলান হেক লান্দবা, পূমশেং শেংলবা হায়বদুদি তাইবং অসিদা লৈবা হৌনদে; লোয়ননা পোৎশক অমগী পোৎচঙবু দোষ লৈতবা হায়বসিনা ওইবা হৌনবা নত্তে হায়বগী থাজদবা বিশ্বনাথ কবিরাজ অমদি পণ্ডিতরাজ জগন্নাথনদি 'অদোষৌ' পল্লিবসি মতা চাদে হায়না য়ানীংদবা উৎলি। অদুমকপু দোষ লৈহন্দবদি ফবনি। দোষ মচা-মশু খরা লৈবদি মীওইবা জীবগী খূৎশেম ওইবনিনা, লোয়ননা পূমশেংমক শেংলবা হায়বদুদি পাম্মবসু থবক ওইনা পুথোকপদি ওইথোক্তবনিনা, কায়দে হায়বসি খনবা চুম্মী। থাদসু মায়হীং কারি। মায়হীং অসিসু করিগুম্বা মতাংদদি ফজবদুম হেনগৎহল্লকপা য়াওই। মম্মটনা আলোচক অমা ওইনা পাম্বদি, তমজনফম হায়বদুগী থাক অমদা দোষ চেন্দবা হায়বসি কাব্যগী মতাংদা থোকহনবনি। তমজনফম

হায়বসিদি তমজনফম্মি। বলদেব উপাধ্যায়গী ৱাফম নীংশিংবা য়াই—"মম্মটকী কাব্যলক্ষণদি তমজনফম অমদি হেক নোকশিন্ননীংলোইদবা মওংগী মায়কৈদা মায়ওনশিনবনি অদুনা মীৎয়েং অসোমদগী ৱাফম অসি তশেংনা লৌশিনবা যাবনি" (*ভাবতীয সাহিত্যশাস্ত্র*, ১বা, নন্দকিশোব এণ্ড সন্স, বাবাণসী, ২শুবা, ১৯৬৩, লা: ৪২১)।

(৩) মথংদা মম্মটনা পল্লিবসি গুণ অমদি অলংকাবগী ৱাফম্মি। কাব্যদা গুণ হাযবা মচল অসি চঙদবা য়াদ্রবা পোৎলম অমনি। ৱাফম অসি নৈন-মীওই পূন্নমক্লা যানববনি। বামননা ইহান হান্না গুণ অসি ফোঙদোকপগী লমদা চঙদবা ইয়ামক যাদ্রবনি হায়না থাজবা উৎখি; পনখি—'অখন্নবা তোপতোপ তাবা পবেংসিমক বীতি কৌই মসি অখন্নবা গুণনা থৱায় ওইবনি'—'বিশিষ্টা পদবচনা বীতিঃ বিশেষো গুণাত্মা' (*কাব্যালংকাবসূত্র*)। কাব্যগী মতাংদা গুণ কযামুক লৈ। ভবত মুনিনা ইহান হান্না গুণ তবা পীবম্মী। গুণশিং অদুদিদি —শ্লেষ, প্রসাদ, সমতা, সমাধি, মাধুর্য, ওজ, সুকুমাবতা, অর্থব্যক্তি, ঔদার্য অমদি কান্তি (*নাট্যশাস্ত্র*, ১৭/৯৫)ভবতনা পীবম্বা গুণশিং অসি মাযচৌ দণ্ডীনসু যাবি। গুণ তবা অসি বৈদর্ভীবীতি (বৈদর্ভ লম্বেলগী মফোঙদোক)গী থৱায় ওইবা পোৎচঙনি হাযনা লৌই। দণ্ডীগী মমাঙদা লৈবম্বা ভামহনদি গুণ অহুমদমক—মাধুর্য, ওজ অমদি প্রসাদ পল্লম্মী। গুণ অহুম অসি তুংদা লাকপা মম্মট, হেমচন্দ্র, বিশ্বনাথ কবিবাজনচিংবা নৈন-মীওইশিংনা য়ানীংনা পল্লম্মী। বামননা গুণবু ৱাহৈগী অমদি অর্থগী ওইবা মখল অনী থোক্লা খায়দোকই অদুগা ৱাহৈগী তবা অমদি অর্থগী তবা পূন্না কুন পুথোক্লম্মী। মখল অসিমক্তি তুংগী মীওইশিংনা যানখিদে। ভোজবাজ য়ৌবকপা মতাংদদি গুণগী মখল অসি য়ূম্ফম অহুমদগী—বাহ্যগুণ, আন্তবগুণ অমদি বৈশেষিকগুণ—যেংলগা মশীং কুনমবি শুবকই। অসুম্না মওংদা, মশীংদা অমদি অর্থ হনবদা মোত খেন্নবা লৈববসু সাহিত্যগী ৱাহৈ পবেংশিংদা গুণ হাযবা পোৎলম অমা য়াওবে হায়বসিমদি পূন্নমক্লা য়াবে। হৌজিক ফাওবসু যানবি। অসিগুম্বা গুণ অসি চঙদবা যাদ্রবা মচল ওইনা মম্মটনা পনবনি। অলংকাবসু চঙই। অলংকাব অসিমক্তি খবা কোমথোক্লা, যাওবদি ফবা অদুগা যাওদ্রবসু যাবগী মওংদা হাযবনি। অলংকাব মখল-মশীং অসি ৱাহৈগী (শব্দালংকাব), অর্থগী (অর্থালংকাব) অমদি অনী পূনবগী (উভয়ালংকাব) হাযবা য়ূম্ফম অহুমদগী য়াম্না পীনৈ। ভবতকী *নাট্যশাস্ত্র* দা অলংকাব মবিদং—অনুপ্রাস, উপমা, ৰূপক অমদি দীপক (*নাট্যশাস্ত্র*, ১৭/৪৩) পীবম্বনা অসুম অসুম

হেনগৎলকপনা অপ্পয় দীক্ষিত (১৮শুবা চহীচাগী ১বা তংখায়)গী লাইবিক *কুবলযানন্দ* দদি ১২৫ শুবকখ্রবনি। (হৌজিক ২০০মুক শুববনি) মশীংগী মখলগী ব্রা নত্তবদা কাব্যদা লৈতেং—অলংকার অসি চঙই হাযবসিদি অতাবীগী ফীভমদা যানববনি। অসিগুম্বা অলংকাব অসি পন্দবা য়াদবনা পল্লবনি। পনবা খূৎপনদবু যাওবদি ফবা অদুগা যাওদ্রবসু কাযবা নত্তবগী মওংদা পল্লি। লৈতেং অসি য়াওদবা কাব্যগী পবেংশিং পীক থন্না লৈবি। চম্না ফজববা পবেংনি—

**শনরিক পবেং নুংশিবগী,**

**হক্তোক্কুনা নুংশিবগী ঙকশমদগী,**

**য়েক্লবদা শিবিবা ঙন্নবা,**

**প্রেমিক কৌই নুপাদো অশেংবা।**

**(কমল, *লৈ-পরেং*, 'বিশ্ব-প্রেম')**

কমলগী পবেংশিং অসিদা অলংকাব হন্দুনা নমদুনা থিকদ্রবসু থম্মোযদা পানবা শৈবেংগী ফজবা যাওদে হাযবা যাবোই। অদুনা অলংকাবনা কাব্যগী পূন্নমক নৎত্রি। অলংকাবনা কাব্যগী আত্মানি হাযবা সম্প্রদায় লৈতবদি নত্তে। অদুফাওবদা সম্প্রদায অসিগী 'অলংকাব' অসি ইচম চম্বা অলংকাব—লৈতেং—দা ঙমখৈ ওইবা নত্তে যান্নমক পাক চাউবা অর্থদা লৈবনি।

মাযচৌ মম্মটকী শক্তাক ব্রাবোল অসি নীংথিজববা, কোনশিনবা যাবা মচল মওং মখৈ কোনশিন্নবা লাক্লববা মওং অমনি। অদুমকপু 'অদোষৌ'—দোষ চেন্দবা—হাযবসিদা পাকমনবা লমদাং অমা কোনশিল্লি। দোষ হাযবসি কবিনো কবম্বা মওং অমদি মখল ওইগদৌবিবনো হাযবা ব্রাফম লাকই। লোয়ননা অকক্লবা দোষ তাক্তে। লুবিবনা পাক চাউবা কাব্যগী লমদাংনিনা মহাও পাম্বা খেন্নবা লৈবা ভাবোক অমদি আলোচক মশীং য়াম্না লৈবনিনা অমদা দোষ ওইবদু অমনদি গুণ ওইনা লৌবকপসু যাবিবনি। মসিগা লোয়ননা বস নৎত্রগা নুংঙাইবা হাযবসিগী ব্রাফম অসিমা ফুমদুনা নাকোযননা থম্বদি থম্বনি অপাননা পনবদি তৌদ্রে। অদুনা মপূং পূংফা ফাববা হাযবদুদি ওইদ্রি। তুংদা লাকপশিংনা মম্মটকী শক্তাক ব্রাবোল অসিগী মতেং শোযদনমক লৌবগা অব্রাৎ-অপা কযা অমা হাপচিন মেনশিন্নবা লাক্লবকই।

পবীং অসিদা পনবা য়াবা মাযচৌ অমনা জয়দেব (১৩শুবা চহীচাগী ১বা তংখায়)নি। মাগী লাইবিক *চন্দ্রালোক* তা কাব্যবু অসুম্না শক্তাকই—

**নির্দোষ লক্ষণবতী সবীতিগুণ ভূষিতা।**

সালংকাররসানেক বৃত্তি ৱাক্‌কাব্য নামাক্‌।।

হায়বদি, দোষ চেন্দবা, লক্ষণ শুনা য়াওবা, রীতিগুণনা লৈতেংবা, অলংকার রস ময়াম অমদি বৃত্তিশিং য়াওবা ৱাহৈ পরেং অদু কাব্য কৌই। *চন্দ্রালোক* কী মায়চৌ অসিনা কাব্যগী পোৎচঙ ওইনা পল্লিবসি দোষ চেন্দবা, লক্ষণ য়াওবা, রীতি, গুণ, অলংকার, রস অমদি বৃত্তি অসিনি। ইকোন কোন্না পল্লিবা বৃত্তি হাপচিল্লকই। 'বৃত্তি' হায়বদি থবক-থৌওং নৎত্রগা থৌদৌ হায়বনি। করিগুম্বা ৱাফম অমা ফোঙদোক্লবা পাত্রশিংদা তৌহল্লিবা নৎত্রগা কবি অইবা মশানা অসি-অসি তৌই হায়দনা শীংথারিবা মওং অদুবুনি। অভিনবগুপ্তগী ৱাহৈদা হায়রগা—'কায়বাঙ্মনসাং চেষ্টা এব সহ বৈচিত্র্যেণ বৃত্তয়ঃ' (*অভিনব ভারতী*) হায়বদি নাটককী পাত্র অমদি কাব্যগী নায়ককী হকচাংগী, ৱাঙাঙগী অমদি পূক্লিংগী তোপতোপ্পা মতৌগী অপূনবা থৌওং অদু বৃত্তিনি। শম্না হায়রবদা, করিগুম্বা অখন্নবা ফীভম অমদা লৈবা মীওইগী হকচাংগী কায়াৎশিংগী, ৱাঙাঙগী অমদি পূক্লিংগী ওইবা থৌদৌ নৎত্রগা থৌওংশিংগী মওং অদুবু হায়বনি। মওংবু অশোনবা অমবু অকনবা মীফত্ত অমনা লাকচনা তৌবিবা মতাংদা কনাগুম্বা অমগী নুংদা শাউনিংবা পোকই, মদুগা চাননা অশাউবা ফোঙদোক্লবগীদমক্তা মায়-মীৎ ঙাংশিলহল্লি, পিশুম শূকই, চীনবান থক-খা চিংই নৎত্রগনা অমদি লোয়নবদা চৈ থাংবগী ৱা ঙাঙই। মসি পূম্নমকসিদগী কনাগুম্বদু শাউরে হায়বা খঙনৈ। অসিগুম্বা থৌওংশিং অসিনি বৃত্তি হায়রিবসি। বৃত্তি অসি ভরত মুনিগী মতমদগী মখল মরিনি হায়না য়ানরক্লি—ভারতী, সত্ত্বতী, কৌশিকী অমদি আরভটী। অমমমগী অমুক মখল মচা-মচা মরী-মরী অমুক্তা কূপথনা লৈরি (বলদেব উপাধ্যায়, *ভারতীয় সাহিত্যশাস্ত্র*, ২ বা, লা: ১৮০-২১৩)। মওং-মতৌদা অমদি মশীংদা খরা হেন্দোক-হেঞ্জিন লৈরবসু নৈন-মীওইশিংনা বৃত্তি অসি লীলাদা অমদি কাব্যদা য়াওই অমদি য়াওগদবনি হায়বসিদি য়ারবনি। অসিগুম্মবা বৃত্তি অসিবুনি জয়দেবনা পল্লিবা বৃত্তি অসি। *চন্দ্রালোক* কী শক্তাক ৱারোলসু পূম্নমক্তা পূময়া য়ানরবা হায়দুমক্তি নত্তে। মাগী 'নির্দোষ'—দোষ চেন্দবা হায়বসিগী মতাংদা মোত মান্নদবা, য়ানীংদবা অমদি পনবা কান্নে-কান্নদে য়েৎনবা অদুম লৈরি। অদুমকপু ফনা ফজনা তাক্লবনি হায়নদি লৌবা য়াবনি।

শূপচিনবা য়াবমখৈ শূপচিল্লগা হায়বা য়াবা মখৈদি ফনা ফজনা হায়রে হায়না লৌনরবা, মম্মটকী শক্তাক ৱারোল 'তদ্‌দোষৌ শব্দার্থৌ সগুণাবনলংকৃতীঃ পুনঃ ক্কাপিঃ'—অসিবু বিশ্বনাথ কবিরাজ (১৪শুবা চহীচাগী ১বা তংখায়)না হেক য়ারিবমখৈ

য়ানীংদবা উৎক্তি। মম্মটনা থৌনা পীশিনখিবগী ৱাফম অহুমদনি—দোষ চেন্দবা, গুণ চেনবা অমদি কবিগুম্বা মতাংদা অলংকাবসু য়াওবা। বিশ্বনাথনা দোষ চেন্দবা হায়বসি শৈবা হৌনদে, দোষ হাযবিবসিসু ময়েক শেংদে; গুণ চেনবা হায়বসিদসু গুণ হাযনবিবসিদি ৱাহৈ অমদি অর্থগী লীচৎ অমনি অদুনা বসগীসু লীচৎ (ধর্ম) ওইবনি, মসিনা মপূং ওইবা য়াবোই অমদি অলংকাব হাযবসিসু ৱাহৈ অমদি অর্থগী মশক নত্তে বসপু ফূক্কৎনবা পাম্বে অমত্তনি; অদুনা মাগী শক্তাক মওং অসি যৌদে, মপূং ফাদে হায়না লৌই। মায়চৌ অসিনা মাগী *সাহিত্যদর্পণ* দা কাব্যগী মশক অসুম্না তাকই—'বাক্যং বসাত্মকম্ কাব্যম্'—হাযবদি বস চেনবা পবেংদু কাব্যনি হাযবসিনি। নৈন-মীওই অসিনা পল্লিবা 'বাক্য' অমদি 'বস চেনবা' হাযবা পদশিং অসিদা ভবত মুনিগী মতমদগী মশক তাক্লবক্লিবা বস অমদি ভামহগী মতমদগী হাযনবক্লিবা শব্দার্থ পূন্না হাপ্লবনি। বস হায়বিবা পদ (হায়বদি পবেংদা ৱাহৈ শীজিন্নববা ৱাহৈ) অসি যাম্নমক পাক চাউবা, মসিগী অর্থ হন্ননবা অমদি মশক তাক্লনবা লাক্লনবদা চক পুবা নৈন-লাইবিক কয়া থোকখ্রবনি। হৌজিক ফাওবদা বস পোকপা নৎত্রগা থোকপগী মতাংদা পোখি-পোবম তোঙান তোঙানবা কাচিন্দগী পুথোক্লবা হোৎননবি হাযবা যাবি। বসকী পোৎচঙ নৈনবতদা অকবা লম্বেল চৎপা তাবগী মওংদা লৈবিবা, বিজ্ঞানগী নৎত্রগা অঙ্কগী ফোবমুলা অমগুম্বা ওইনা লৈবিবনি। মাগী 'বস' অসিনা কোনশিল্লিবসি বস পোকপা নৎত্রগা থোকপা, মসিদা চঙবা মচলশিং, বসাভাস, বসাভাব, ভাবোদয, ভাব শবলতা, ভাব সন্ধি অসিনচিংবা ময়াম অসি যাওবিবনি। বিশ্বনাথনা 'বস্যতে ইতি বসঃ' হাযদুনা নুংঙাইবা পীবসিনা বসকী হৌফম্নি হায়না লৌখিবনা ভাব, ভাবাভাস, বসাভাস অসিনচিংবসি লৌশিল্লবনি। বিশ্বনাথনা কাব্য অসি বস অমদি বসকী কাযাৎশিংগী ঙমখৈনা কোয়শিন্দুনা থম্মি হাযখি। ফজববা শক্তাক ৱাবোল ওইনা লৌনবি।

সংস্কৃত কাব্যশাস্ত্রগী লীক্লম অসিদা চক পুবা অবোইবা নৈন-মীওইনি হাযনা লৌনবিবা পণ্ডিতবাজ জগন্নাথকী শক্তাক ৱাবোলসু ফজদবা নত্তে। মানা হাযবনি—'বমণীয়ার্থপ্রতিপাদকঃ শব্দঃ কাব্যম্।' (*বসগঙ্গাধব*) হায়বদি, পূক্লিং শুমহৎপা অর্থবু হাযবিবা ৱাহৈদু কাব্যনি, অসিনি। নৈন-মীওই অসিসু ৱাহৈ অমদি অর্থগী অপূনবা নৎত্রগা চূংশিন্নবা মওং অসিবু শোয়ফদ্রবা পোৎচঙ ওইনা লৌবনি। মানা পল্লিবা অর্থগী মতাংদা হাপ্লিবা 'বমণীযার্থ' নীংথিজবা ফজবা অদুগা পূক্লিং শুমহৎপা অর্থ হায়বা পদ অসি য়াম্নমক পাক চাউবনি। মসিনা কোল্লিবসি আনন্দবর্ধনগী

'লোকোত্তর আহ্লাদ', বামনগী 'সৌন্দর্য', দণ্ডীগী 'ইষ্টার্থ' অমদি কুন্তককী 'বক্রতাজন্য আহ্লাদ' অসিনচিংবসি য়াওই হায়বা য়াই। *চন্দ্রালোক* অমদি *সাহিত্যদর্পণ* নচিংবদা পনখিবা 'রস' অসিদি পণ্ডিতরাজ জগন্নাথনা পন্দে। পদ ওইনা পন্দে হায়বগী ৱানি মাগী *রসগঙ্গাধর* হায়রিবা লাইরিক অসিদা কন্না নৈনরিবসি রসনি অদুগা মসিগী কায়াৎ পুন্নমক্লি। মাদি রসনা মপূংনি হায়না লৌবা মায়চৌনি। অদুনা মাগী 'রমণীয়তা' হায়বদি পূক্লিং হূবগী মওং অসিদা রসকী ৱাফম ফুমদুনা য়াওরে হায়বসি শোয়দ্রে। অর্থদা শান্নবা মওংনি। মসিদা ধ্বনি হায়বদি থক্তোরকপা অর্থগী মওংসু নাকোয়ননা য়াওবি হায়বা য়াই। *রসগঙ্গাধর* দা পণ্ডিতরাজনা মমাঙদা লৈখিবা নৈন-মীওইশিংনা পীবন্না কাব্য-শক্তাক ৱারোলশিং নীংথিনা নৈনৈ। মশানা থাজজবা অমদি য়াজনীংবা বস অমদি ধ্বনিগী ৱাখল্লোনগী মমি য়াম্নমক শেংনা লৈ। মাগী 'রমণীয়তা' অসিদা হৃদযানুবঞ্জন হায়বদি থম্মোয় মকা লাম্না নুংঙাইবগী হায়বদি, শম্না হায়রবদা, রসকী মাযকৈদা থিন্দুনা তাক্লম্নবগী ৱাফম য়াওরে।

পণ্ডিতরাজ জগন্নাথকী মতুংদদি, তরানিপানশুবা চহীচা ফাওবগী (অমদি মতুংদসু) মতাং ফাওবদা মায়চৌশিং থোক্লক্তবদি নত্তে, অদুমকপু, চক পুবা অমদি শক্তাক ৱাবোলগী লমদা খূনীংথেক ওইবা য়াবা ইবৈ লৈরক্তরে। অয়াম্বনা হান্নগীশিং অদু নৈনবা ওইনা তৌরে। লেপ্পদি নত্তে।

ভরত মুনিদগী পণ্ডিতরাজ জগন্নাথ ফাওবদা, হায়বদি, অহানবা অনীশুবা চহীচাদগী তরাতরেৎশুবা ফাওবদা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা মায়চৌ ময়াম অসিগী ৱাখল্লোন পূল্লপ অসিদা ভারতকী ওইবা সাহিত্য নৎত্রগা কাব্যগী শক্তম (কনসেপ্ত) অমা ময়েক শেংনা উবা ফংনীংঙাইনি। য়াম্নমক পাক চাউবা লমদম ওইবনা মফম-মতম, মীওই-মীতৌ, ঈশিং-নুংশিৎ, ফিজেৎ-চাকচা, য়ূম্লে-কৈবৈ অমদি মমালোল খেন্নজরবসু সাহিত্য হায়বা কলা অসিগী মতাংদদি লমদমসিগী অপূনবগী ওইবা লোল সংস্কৃততা ময়ামগী ওইবা অপূনবা ঈচেল অমা লৈ। সাহিত্য কলাবু অপূনবগী অমত্তা ঙায়রবা লননি হায়বগী মতাগুম নৈনরম্মিবা মায়চৌশিং অসি মফম অমত্তদগী মতম অমত্তগী নত্তে। কাশ্মীর অসি কুইরবা মতমদগী পণ্ডিত মায়চৌশিংগী কেন্দ্র ওইনা লৈরম্মী। নৈন-মীওইশিংগী মনুংদা দণ্ডী (৮শুবা চহীচা) খা-ভারতলোমগীনি; উদ্ভট ভট্ট (৮শুবা) কাশ্মীরগীনি; রুদ্রট (৯শুবা) কাশ্মীরীনি; আনন্দবর্ধন (৯শুবা) সু কাশ্মীরীনি; রাজশেখর (১০শুবা) বিদর্ভ লৈবাক্কীনি (ময়াইথংবা ভারত); রুয়য়কসু কাশ্মীরীনি; হেমচন্দ্র (১১-১২শুবা) গুজরাতকীনি,

বিদ্যাধব (১৩শুবা) উবিষাদগীনি; বিদ্যানাথ (১৪শুবা) আন্ধ্র প্রদেশতগী (?) নি; বিশ্বনাথ কবিবাজ (১৪শুবা) উৎকলদগীনি; ভানুদত্ত (১৪শুবা) মৈথিলীনি; রূপগোস্বামী (১৫-১৬শুবা) বেঙ্গলীনি; অপ্পয় দীক্ষিত (১৭শুবা) খা-ভাবতলোমগীনি অদুগা পণ্ডিতবাজ জগন্নাথসু তৈলঙ্গ ব্রাহ্মণনি। হায়বিবা তোঙান তোঙানবা লমগী তোঙান তোঙানবা মমাবোল লৈজবা মীওইশিং অসিনা সাহিত্য অসিবু মশক লেপ্পবা সাধনা তৌখিবনি। পাক চাউববা হিংলক্লিবা পোৎলম অমা ওইবনিনা কাব্যবু অশূপ্পা শক্তাক ৱাবোল মচা অমদা অবোইবা ওইনা ফাজিন্দুনা থম্বা ওইথোক্কে; 'মুণ্ডে মুণ্ডে মতির্ভিন্না'—কোক অমগা কোক অমগা মোত খৈন্নে—হায়বদুনি মানা মানা য়েংলুবা মীৎযেংগী মতুংইন্না উরুবা খঙলকপনি। অদুমদি ওইববদা সাহিত্য হেক হায়বকপদা ভাবতকী ওইবা শক্তম অমদি, মাযচৌশিংগী মোত মযামসিগী যূম্ফমদা, শংশংনা ফাওবা উবা ঙম্মকই। শমজিন্না অসুম্না উবকপা য়াই—

১। ৱাহৈ অমদি অর্থ—পুম্নমক্না য়াববা ৱাফম্নি, সাহিত্য হায়বসি অর্থ মতা চানা য়াওবা ৱাহৈ শীজিন্নদুনা ইবনি। খূৎশেম—কলা খূদিংমক মাগী মাগী পান্বে লৈ—ঈশেগীনা সুব, লাইযেকপগীনা লৈই, লাই শাবগীনা লৈবাক-নূং-উ; অসুম্না সাহিত্যগীনা ৱাহৈ-অর্থ।

২। থক্তোবকপা ফজবা মঙাল—হায়বনা অমা হায়বগা খঙবনা অমা খঙবা হায়বসি সাহিত্যগী লীচৎনি; নীংথিবা ফজবা হায়বসিমা কাব্য অসিগা মপূম ওইনা শাগোন্নদুনা লৈববা মচল অমনি। মঙাল তাবা হায়বসিনি। কনাগুম্বী অমা মমীৎ মমায়, মনাতোন মযা হাযবদি কাযাৎ খূদিংমক অমমমতা ওইনা য়েংবদদি ফজবা অদুগা পূনশিল্লগা মপূম ওইনা যেংবদদি ইযাং যাংবা ইচাং-চাংবদৌনা তৌবা পীক থন্না থেংননবি। কনাগুম্বী অমনা মাগী কাযাৎ খূদিংদি মযামগী ওইবা থাক্তগী হেন্দবা অদুগা মশাদু পূল্লপ য়েংবদদি চূং ফীবাল চানা, হেক উবদা মী মশাদু নত্তবা মীদুগী অকোযবদা ফাওবা মঙাল অমা লৈবা পূক্লিং হূবা শক্তম অমা উবকপা যাওবি। মসিবুনি মঙাল তাবা নৎত্রগা লৈবা হাযবিবসি। সাহিত্যগী ৱাহৈ অমদি অর্থগী মতাংদসু মঙাল অসি তঙায় ফদবনি। মঙাল অসি থোবক্লবনি শীজিন্ননবিবা লৈতেং, হাপ্পবিবা গুণ, থম্নবিবা লীচৎ। ৱাহৈ মযামদু লেংশিন্দুনা পুথোকপসিদনি মঙালগী মশক ওইবা অর্থ অমা নীংথিজবগা ঈবোযননা ফাওবক্লিবসি। লেংশিনবা, শেমজিন শাজিনবগী থৌওং অসিদনি লৈশেম্বগী মওং চঙলক্লিবা। পৈদুনা লৈবিবা ৱাহৈ পূক্কে অসিদগী চান্নবা চূনবা খল্লগা হেন্দ-ৱাত্তবগী মওংদা লেংশিনবা অসিদনি কবিগী হৈ-শিংবা লৈবিবসি।

কবি প্রতিভাগী ৱাফম লাক্লিবসি অসিব্রাইদনি। থোৎপা নৌবা, কনবা শোনবা মতা চাবা চাদবগী মবী লৈনবিবসিসু মসিদনি।

৩। দোষ লৈতবা—মফম-মফম, মতম-মতমগী ওইনা দোষকী মশক-মওং খেন্নবা ফনা লৈদুনসু দোষ হায়বা অমদি শোযদনা লৈগনি। দোষকী শক্তম মখল-মখা যামগনি। জীবনিনা শোযদবা লান্দবা ঙস্বা হৌনদে। থিবু থিগে হাযববদি দোষ লৈতবা পোৎ অমত্তা লৈবোই। তশেংবদি গুণ দোষ হাযবিবসি মফম-মতমগা মবী লৈনবা পোৎনি। অদুমকপু সাহিত্যগী লমদা মচা-মচাগী ওইবদি য়াবিবমখে মীবায়ববসু অপনবা ওইগদবা অচৌবা দোষ লৈবি। হাযবিবশিং অসিদি যাওহন্দবা তাই হায়বগী ৱাফম অসি তঙায় ফদবনি। অচুম্বা ফনা লৈদুনসু থাশিদা থাবল ফহনবা যাবোই, মবল লৈবিবনি কেবিবনি হায়দনা সনা মতূম অচৌবা অমা খূবাক মযায়দা থম্মগা চৎপা যাবোই। দোষনি। দোষ শুকচেন চেন্দবা হাযবদুমদি ওইবা যাববোই। অদুবু যাবিবমখে হন্থনবা সাধনাদি তৌবা তাই। কবিগী প্রতিভাদা লৈবা ৱাফম্নি।

৪। বস—ভাবতকী ওইনা সাহিত্যদা মীৎয়েং হেক হায়বকপদা পূম্নমক্কী নুংদা ফাওবিবসি বস অসিনি। বস ভাবত নৈনবোলগী চাউববা অমত্তা ঙায়ববা খূদোলনি। বস হাযবসি কবিনো, কবি কবিনা শাই, মসি কমদৌনা পোকই নৎত্রগা থোকই হাযবনচিংবগী মতাংদা মখল-মখা যাল্লবা মোত মবী-মবী ভবত মুনিদগী লৈবক্লবসু 'বস' হাযবা পোৎ অসিমদি মখল খূদিংমক্কী মীওইনা য়াববনি। বস হায়বিবসি নুংঙাইবা হাযবনি। লমথুং কোঙ্গায লৈবা তাববসু সাহিত্যগী মপূং ওইবা শাগোন্নবিবা পম্থুংদি 'নুংঙাইবা' হাযবা অসিনি। বস অসি হেক খাইদোকখিবদা, ভাবতকী বাখল্লোন্দদি, লেমহৌবিবসি উক্রোঙনি; জগৎমক ওইববা ফাওবদা বস যাওদবা সাহিত্যদি 'অচৌবা চপশিনবা' (big crunch) অদুগী মালেম ওইগনি। বস যাওদবা সাহিত্য অমগী মশক ভাবতকী ৱাখল মালঙ (কল্পনা)দা লৈবোই।

৫। আত্মা—থৱায—ভাবতকী মাযচৌশিংগী শক্তাক ৱাবোলশিং অসিগী নুংগী ওইবা ৱাখল্লোনদা সাহিত্য অসি মীওই-শক্তম (কাব্য পুরুষ) ওইনা য়েক্লি। মীওইবগী হকচাং লৈ অদুগা হকচাং অসিদা থৱায় (আত্মা) লৈ। অনী অসি পূল্লগা অহিংবা মী ওইবকই। ৱাহে-অর্থনচিংবসি সাহিত্যগী হকচাংগী শক্লি হায়না লৌনবে। থৱায়দি কবিনা ওইবা তাবে? মসিগী পাউখুম অসি ভবত মুনিদগী হৌবদুনা লোম্না কযা ফোংনা কয়াসু, অপাননা ময়াম অমদি নাকোয়ননসু কোঙ্গায় অমা খুম্নবক্লি। তোঙান তোঙানবা মীওই কাঙলূপনা বস, অলংকাব, বীতি—নৎত্রগা গুণ-বীতি, ধ্বনি, বক্রোক্তি অমদি

ঔচিত্য অসিগী মনুংদা অমনা থৱায়নি হায়দুনা কন্না কন্না মোত ফোঙদোক্লবি। অদুমকপু মশক মমিং খবা খবা তোঙানবগী ৱাদনি বস হায়বা নুংঙাইবগী শরুক অসি তঙায়ফদনা লৈ হায়ৰসিন্নদি য়ানবে। ভাবতকী ওইবা মীৎয়েংনি।

মায়চৌ ময়াম অসিনা হায়বম্মিবা ময়াম অসিনা পূন্না ফোঙদোক্লিবা শরুক অসি–থক্তোবকপা মঙালদা ফাওবকপা বসনা থৱায় ওইবা, গুণ চেনবা, দোষ লৈতবা শুমহৎপা অর্থ চপ চানা শাগোন্নবা ৱাহৈগী পবেংশিংদুনি কাব্য হাযবিবসি হায়বসিনি।

**কাব্যগী মখল ঃ**

সাহিত্যগী মায়চৌশিংনা মমাঙঙৈদগী হৌনা কাব্যগী মখলগী মতাংদা পূক্লিং অদুম চঙলকই। ভবত মুনিগী মতমদা কাব্য, হায়বদি সাহিত্য অসি, নাট্যগী মনুংদা য়াওবা বাচিক অভিনয়, হায়বদি ৱাঙাওগী ওইবা অভিনয় (এক্টিং)গী মনুং চন্না লৈবম্মী। অদুনা কাব্য অসি পূল্লপ পূনশিন্দুনা লৈবম্মী। ভামহ (৬শুবা চহীচা)না মহাকাব্য অমগী পোৎচঙ (লক্ষণ) নৈনদুনা যেংনবা কাব্য (দৃশ্য কাব্য)দগী তানবা নৎত্রগা পানবা (শ্রব্য) কাব্য অনীগী পোবম যাৎলকই। বামন (৯শুবা চহীচা)না অমুক নিবদ্ধ (হাযবদি নিয়মদা ফাজিল্লবা হাযবদি লীলা মহাকাব্যগুম্বা) অমদি অনিবদ্ধ (মুক্তক হাযবদি শৈবেং মচা-মচাগুম্বা) হাযনা খাযদোক্তুনা যেংলম্মী। মাগী মোৎতা সন্দর্ভকাব্য হাযনসু কৌবা নিবদ্ধগী মনুংদা দশরূপক হায়বদি লীলা মখল তবা অসিনা অথোইবনি হাযনা লৌই—'*সন্দর্ভেষু দশরূপকম শ্রেষঃ*' (*কাব্যালংকাবসূত্র*)। ধ্বনি-পথাপকী অপোকপা ওইবিবা আনন্দবর্ধননা ধ্বনিগী য়ূম্ফমদা কাব্যবু ১। ধ্বনি কাব্য, ২। গুণীভূত ব্যঙ্গ্য কাব্য অমদি ৩। চিত্র কাব্য হায়দনা অহুম থোক্লা খাযদোক্তুনা য়েংলকই। নৈন-মীওই মম্মট (১১শুবা চহীচা)না মখল অহুম অসি পাক চাউনা খূদম কযামুক্কা লোযননা নৈনৈ। বিশ্বনাথ কবিবাজ (১৪শুবা)না *সাহিত্যদর্পণ* দা কাব্যবু শ্রব্য অমদি দৃশ্য হায়না খায়দোক্তুনা পাক শন্না নৈনৈ। নাট্যগা কাব্যগা অনী অসি চাং মান্ননা পাক শন্না নৈনবসি লাইবিক অসিনি হায়বা যৌনা হায়নবা যাওই। পণ্ডিতবাজ জগন্নাথ (১৭শুবা চহীচা)না প্রতিভাবু কাব্যগী হৌফম লেম্ফূ ওইনা লৌবগা কাব্যবু মখল মবিদা য়াৎতুনা থম্মী—১। উত্তমোত্তম, ২। উত্তম, ৩। মাধ্যম, অমদি ৪। অধম। মওং অসি তবানিপানশুবা চহীচা ফাওবা চখবনি।

মখল খায়বগী য়ূম্ফম অনীখক উবা ফংই। অমনা নুংগী ওইবা ফজবগী হাযবদি বমনীয়তাগী নেম্বা ৱাংবগী থাক অমদি অনীশুবনা মপানগী শক্তম (স্বরূপ) হায়বদি ইবগী মওং; শম্না হায়ববদা ফোঙদোকপগী পাম্বে (টেক্নিক)গী মওং। হৌখিবা

নৈন-মীওইশিং অয়াম্বগী খায়দোকপগী যূম্ফম অসি অহানবগীসিনি। লোইনমক্তি নত্তে।

অহানবগী ফজবা নীংথিবগী থাক অসিদা কাব্য অসি অহুম থোকই—১। উত্তম কাব্য নৎত্রগা ধ্বনি কাব্য, ২। মধ্যম কাব্য নৎত্রগা গুণীভূত ব্যঙ্গ্য কাব্য অমদি ৩। অধম কাব্য নৎত্রগা চিত্র কাব্য। মসিগী মনুংদা পণ্ডিতরাজ জগন্নাথনদি উত্তমোত্তম হায়বা অমগা হাপচিনবা পামখি। অদুবু তুংদা লাকপশিংনা কয়া য়ানীংদে। জগন্নাথনা লৌবা যূম্ফমসু কবিগী প্রতিভানি। তৌবগীদি নেম্ব-ৱাংবগী মওং অসি কবিগী প্রতিভাগী মখা পোনবনি।

১। উত্তম কাব্য (ধ্বনি কাব্য) —আনন্দবর্ধননচিংবা মাযচৌশিংনা ধ্বনি হাযবদি থক্তোবকপা অর্থ হাযবদি, হাযবনা অমা হাযবগা খঙবনা নৎত্রগনা লৌশিনবনা অতোপ্পা অমা লৌশিনবা যাবগী মওংদা ইবা কাব্যনা খ্বাইদগী ৱাংবা কাব্যনি হায়না লৌই। লীলা, ৱাবী, শৈবেং মচা নৎত্রগা অশাংবা—অমা হেক্তা ওইবা যাই ধ্বনি অসিনা চাং যান্নমক হেন্না যান্না যাওববা উত্তম কাব্য ওইবে। কালিদাসকী *অভিজ্ঞান শকুন্তলম*, অঙাংহলগী *খম্ব-থোইবী শৈবেং*, তোংব্রাগী *ককখ্রবা কোকযাম*, অম্বিবগী *নুমিৎ কাপ্পা* অসিনচিংবা উত্তম কাব্যনি। মখল অসিগী কাব্যগী মনুংগী অর্থ অসি ব্যঙ্গ্যার্থগী মতেংনা লৌবনি। ব্যঞ্জনা শব্দ শক্তি হাযবদুগী মিত্রংনি হাযবা যাই।

২। মধ্যম কাব্য (গুণীভূত ব্যঙ্গ্য কাব্য) —মসিদা ব্যঙ্গ্যার্থগী চাং হন্থনা লৈ। বাচ্যার্থ হাযবদি ৱাহৈগী অর্থ অদুগা চাং হাইবপ মান্ননা লৈ। ৱাহৈ পবেংশিং অদুনা ফোঙদোক্লিবসি ৱাহৈগী অতা-অতাবী অর্থ অদুগা লোয়ননা হাযবনা অমা খঙবনা অমা খঙবগী মওংগী অর্থ অদুসু মান্ননা য়াওই। হাযবদি ৱাহৈ অমবোমদা হাযবগা, পাবদা নুংঙাইবিবদু হায়বদি বস ফংলিবদু কাব্য অদুগী অর্থনে অদুগা থক্তোবকপা অর্থনে অনীসি চাং অমদা মান্ননা লৈবা মওংদগীনি। অঙাংহলগী *জহেবা*, চাউবগী *লবঙ্গলতা*, মৈত্রম বীবগী *বীব টিকেন্দ্রজীৎ*, সমবেন্দ্রগী কবিতা অযাম্বা মখল অসিগী কাব্যনি।

৩। অধম কাব্য (চিত্র কাব্য) —বসকী ৱাফম মব্দ ওইদবা ৱাহৈগী অতা-অতাবী অর্থদা মপূং ওইবা ৱাফম ফোঙদোকপা মখলগী কাব্যনি। কমলগী ‘খোঙ্গুমমেল্লে’ কবিতা, তোংব্রাগী *মনি-মমৌ*, চাউবগী ৱাবেং (বচনা)শিং মখল অসিগী কাব্যগী খূদম্নি। পোৎলম শীংথাবনা মব্দ ওইবা খূৎই অযাম্বা অধম কাব্য ওইগল্লি।

**ইবগী মওংগী যূম্ফম ঃ**

ইবগী মওংগী যূম্ফমদা কাব্যগী মখল যাম্না কূপ্না খাযদোকপা চৎনবল্লি। অনী


দৃশ্য (যেংনবা)
শ্রব্য (পানবা/তানবা)
রূপক
উপরূপক
মসিগী মখল ১০ লৈ)
(মসিগী মখল ১৮ লৈ)
পদ্য
(শৈরেং)
গদ্য
(ৱারেং)
চম্পূ
(অনী পূনবা
(মসিগী মখল যাম্মী)
উপন্যাস
ৱারী মচা
লমকোয় ৱারী
রচনা
পুন্সি ৱারী
উপন্যাসিকা
অসিনচিংবা
প্রবন্ধ
(ৱারী মপুঙ যাওবা)
মুক্তক
(মকক-মকক)
মহাকাব্য
খণ্ডকাব্য
রসময়
সূক্তিময়
পুরাণগী
লোক
মচলগী
সামাজিক
ইতিহাসকী
(মহাকাব্যগা
মান্নবা যাই)

তৌবগীদি মতাং অসিদা পীবিবা মখলশিং অসিদি অবিবা অমদি য়াম্না লিখিবা নৈনবোলদা তশেং-তশেংনা হেক্তা য়াওববা নত্তে। মসিদি ১৮শুবা চহীচা অমদি মসিগী মতুংদা বৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েং অমদগী খায়দোক্লবনি। সাহিত্যগী মচল (বিধা—genre) হায়বসিমক্তবু হান্নদগী লৈবক্লবা অমা নৎত্রগা খবা অদুদা কক্ লেপ্তুনা লৈবা নত্তে। অনৌবা কয়া মনম-মনম থোক্লকই; হান্নগীসু মাঙখিবা য়াওই; চান্নবা পুংমূৎ মূৎখিবমক নৎত্রগসু মশক মওংদি অদুম ওল্লকই। সাহিত্য অহিংবা পোৎনি। অহিংবদি মশক ওনবা তাবনি। লৈবমদবসু লৈবকপা তাবনি। ৱাবীমচা হায়বা মচল অসি হান্না ভবত মুনিখোয় ভামহখোয় লোযননা পণ্ডিতবাজ জগন্নাথখোয়গী মতমদা লৈবম্বা নত্তে; ১৯শুবা চহীচাদা পোক্লকপা মচলনি। হৌজিক অসিদদি সাহিত্য অসি মালেম (globe) অসিগী মান্নববা কলা অমা ওইববনি। ঐগী-মীগী-মাগী হাযবা থম্নবক্তবা চক ওইববনি। অদুনা হৌজিক হৌজিক মাঙদা লৈবিবা মচল অসি থম্ফম অমা য়াত্তুনা লোইনা থম্নববনি। অদুনা নহানৱাইগী মখলশিং অদুগা হৌজিক লৈবিবা অসিগা পূল্লপ লৌশিল্লগা খঙবা অমদি নৈনবদা খুদোং চান্নবা সাহিত্যগী মখল অসি অসুম্না থম্বা য়াই—

**দৃশ্যকাব্য অমদি মখলশিং ঃ**

হায়নবা অমা লৈ –'কাব্যেষু নাটকম্ রম্যম্'—কাব্যশিংদা নীংথিজবসি লীলানি। মবম ইবৈ লৈতনা হেক্তা হায়নবা নত্তে। মীৎ অমদি নাকোংগী ওইবা পাম্বৈগী মতেংনা থৱায় মকা লামহনবা নৎত্রগনা যাইবী মবাঙ কাযহনবগী পোবম অসি লীলাতনা য়াংপা ঙম্বনি। মতৌ তমদুনা চপ চানা মালহন্দুনা ভাবোকপু অতোপ্পা মপোক্কী ওইবা মালেম অমদা পুবা অসি লীলাগী অমত্তা ঙাযববা লমথুংনি। লীলাগী মতেংনা বিভাব অমদি ব্যভিচাবিভাব শেমদুনা ভাবোক্কী মশাদা যাওবা স্থাযী ভাবপু বস তান্না ফুক্কৎহল্লি হায়বসিমা শোয়দ্রবনি। ভাবতকী সাহিত্য নৈনবোলনা য়েৎনবা লৈতনা য়াববা ৱাফম্লি। কবিগুম্বা ঊৎপা পাম্বা ৱাফম অমগীদমক পাত্রনা মতৌ তমদুনা ভাবোক্কী মমাঙদা ৱাবীগী থৌদোক ৱাথোক পবীং অমা লাম্থোকপদু নাটকনি। অভিনযনা মতৌ তমগদৌবিবা মীওই (থোইবীনচিংবা) অদুগী শক্তম লাকই হায়দুনা রূপক (হাযবদি শক্তম লাকপা) হাযনসু কৌনবনি। নট (পাত্র)না তৌবা থবক্লি নাট্য হাযনসু খঙনৈ—'অবস্থাऽনুকৃতিঃ নাট্যম্' (ধনঞ্জয, *দশরূপক*)। ঊৎননবা ইবিবা কাব্যদু দৃশ্য কাব্যনি। কাব্য অসিবু অমুক

থোক্লা খাযদোকই—ৰূপক অমদি উপৰূপক। অৱাংবা মখলগীনা ৰূপক খবা নেম্বনা উপ-ৰূপক হায়বনি।

**ৰূপক ঃ** ৰূপক হায়বসিদা লীলা মখল তবা লৈবি।

**নাটকং সপ্রকরণং ভাণঃ প্রহসনং ডিমঃ।**

**ব্যায়োগসমবকারৌ বীথ্যঙ্গেহামৃগা ইতি॥**

**(ধনঞ্জয়, *দশরূপক*)**

মখোয অদুদি নাটক, প্রকবণ, ভাণ, প্রহ্সন, ডিম, ব্যাযোগ, সমবকাব, বীথি, অঙ্ক অমসুং ঈহামৃগ অসিনি।

**নাটক**—ৰূপক হাযনা খঙনবা উৎনবা নৎত্রগা যেংনবা কাব্য অসিগী মখল অমনি। নাট্য হায়নসু খঙনৈ। হৌজিক্তদি নাটক হাযবগা লীলা পূম্নমকপু হাযবদি 'ৰূপক' হাযবা মপূম অসিগী অর্থদা শীজিন্নববনি। ভবত মুনিনা 'লাই, হিংচাবা অমদি যূম-কৈ লিংদুনা ইমুং-মনুং ওইনা পাল্লবা মীওইনা তাইবং অসিদা পাঙলিবা মথৌ-মশিন পূম্নমক্কী মতৌ তম্ববু' অমদি 'অৱা-নুংঙাইবনচিংবা মীওইবগী মওং-মতৌ কযাবু হকচাংনচিংবগী অভিনযনা উৎপবু' নাট্য কৌই হাযনা পল্লি।

**দেবতানামসুবাণাং বাজ্ঞামথ কুটুম্বিনাম্।**

**কৃতানুকবণং লোকে নাট্যমিত্যভিধীয়তে।**

**য়োহয়ং স্বভাবো লোকস্য সুখদুঃখসমম্বিতঃ॥**

**সোহঙ্গাদ্যভিণয়োপেতঃ নাট্যমিত্যভিধীয়তে।**

**(*নাট্যশাস্ত্র*, ১/১২০)**

মখা তাবকপদা মাযচৌশিংগী মোত মতুংইন্না মসিদা অফাওবা ৱাবী অমা অঙ্ক মঙাদগী তবা ফাওবা যাওই; হীবম, থৌদোক-ৱাথোক পবীং, নেতা হাযবদি পাত্র অমদি বস যাওই; সন্ধি মঙামক অর্থ প্রকৃতি মঙামক, কার্যগী অবস্থা মঙামক যাওই; অমদি বৃত্তি মবিমক হাপ্লী; ধীবোদত্ত নৎত্রগা মতীক মগুণ লৈবা নুপা অমনা মৰূ ওইবা মী ওই, মহাকসি নিংথৌ নৎত্রগা বাজর্ষি নৎত্রগা অবতাব মীওই ওই; শৃঙ্গাব, বীব নৎত্রগা করুণ বসনা মপূং ওই অতৈসু হাপ্লী হাযনা লৌনবি। খূদম—*অভিজ্ঞান শকুন্তলম, ইবেম্মা, অনী থোক্লা চিংখাযবে থম্মোয*।

**প্রকরণ** --ৱাবী মখল মালঙগী (হাযবদি কল্পনাগী)নি। মন্ত্রী নৎত্রগা ইনাক-কৈবাক খুনবা মীওই—মৰূওইনা ব্রাহ্মণনা মৰূওইবা নুপা পাত্র (নায়ক) ওই। শৃঙ্গাব বসনা মপূং ওই। (অতৈদি নাটক্কীগা মান্নবে)। খূদম—*মালতী মাধব*। মণিপুবীদা

লৈতে।

**ভাণ** —অঙ্ক (হায়বদি এক্ট) অমত্তগী লীলানি। পাত্রসু অমখক্তমক য়াওই। পাত্রনা অমখক্তমক ওইবনিনা ৱাৱী-ৱাতাই শাবদা মথন্নতনা ৱাহং পাউখুম তৌজবা নৎত্রগা শকউদবা অমনা তবঙদগী ঙাঙলকপগা ৱাৱী শাবা ওইনা তৌই। মীনম-সোবিবনা লীচৎ ওইবা মায়া হৈবা মীওইগী লীচৎ য়েকপনা মপূংনি। বীব অমদি শৃঙ্গাব বসনা মক ওই। নোক্লবা ওইনা তৌবা লীলানি। খূদম—ভাবতেন্দু হবিশ্চন্দ্রনা ইবা *বিষস্য বিষমৌষধম* পনবা য়াই। মণিপুবীদদি লৈতে।

**প্রহসন** — অঙ্ক অমত্তমক য়াওবা, অনেম্বা, মীনম-সোবি তৌবা মীওইগী লীচত্তা যূম্ফম ওইবা হীবম অমদা ইবা লীলানি। ৱাৱী ভাবনা শাবা হায়বদি, ৱাখল মালঙদা শাগৎপনি। আবভটী বৃত্তি য়াওদে; বিষকম্ভকসু হাপ্তে। প্রবেশক হায়বদুসু যাওদে। হাস্যবসনা মপূং ওইবা নোক্লনবগীদমক্তা শান্নবা লীলানি। কন্নেম্নবগী মওংসু চঙই। পাত্র য়াম্বা যাই বস অতৈসু মশা ওইনা হাপ্লে। মুখ অমদি নির্বহণ সন্ধিদমক যাওই। খূদম—ভাবতেন্দুগী *বৈদিকী হিংসা হিংসা ন ভবতি* । প্রহসনগী মওং নৎত্রগা মখল অহুম লৈ—শুদ্ধ, বৈকৃত অমদি সংকব।

**ডিম** — অঙ্ক মবিদা ইবা লীলানি। পুবাণ অমদি ইতিহাসতগী লৌবা ৱাৱী অমদা শাগৎপা থৌদোক-ৱাথোক পবীংনি। বিমর্শ সন্ধি নত্তনা অতৈ মবি হায়বদি মুখ, প্রতিমুখ, গর্ভ অমদি নির্বহণ চপ চানা যাওই। নাযকনা ধীবোদ্ধত হাযবদি ঈংবা তপ্পা নুপা থোকপা তৌবতবু চালাক তৌবা মায়া হৈবা নমথাক লৌনম তৌবা মীওইনা ওই। হাস্য অমদি শৃঙ্গাব বসনা মপূং ওইবা য়াদে। অতৈনা ওইবদি যাই। বৃত্তি অনী—সাত্ত্বতী অমদি আবভটী শীজিন্নে। অশাংবা লীলানি। খূদম—সংস্কৃতকী *ত্রিপুব-দাহ* । মণিপুবীদদি লৈতে।

**ব্যয়োগ** — অঙ্ক অমত্তগী, অদুবু শাংবদি শাংবা লীলানি। অফাওবা, পুবাণনচিংবগী ৱাৱীদা শাগৎপনি। নোংমগী মনুংদা থোকপা থৌদোক ৱাথোক পবীংদা শেম্বনি। সন্ধি অহুমদমক—মুখ, প্রতিমুখ অমদি নির্বহণ যাওই। ধীবোদ্ধত নায়কনি। শৃঙ্গাব অমদি হাস্যনা মপূং ওইবা বস ওইদে; অতৈনা ওইবা যাই। সাত্ত্বত্তি অমদি আবভটী হাযবা বৃত্তি অনীসি লৈ। নুপী পাত্র যাওগন্দে নুপা পাত্রশিংনা অযাম্বা মতাংদা শান্নগল্লি। বীবনা অযাম্বা মতাংদা মপূং ওইগল্লি। খূদম—*ধনঞ্জয-বিজয়,* ভাবতেন্দু হবিশ্চন্দ্রগী । মণিপুবীদা লৈতে।

**সমবকাব** — অঙ্ক অহুমগী লীলানি। লাইগা হিংচাবগা অনীগী ওইবা পুবাণগী

অফাওবা ৱাবীদা য়ুম্ফম ওইবা থৌদোক-ৱাথোক শীংথাবনি। অশাংবা লীলানি; সন্ধি মবি হায়বদি মুখ, প্রতিমুখ, গর্ভ অমদি নির্বহণ য়াওই; লেমহৌবিবা বিমর্শ অসি য়াওবা য়াদে। ধীবোদাত্ত অমদি ধীবোদ্ধত নায়ক ওই। নায়ক মশীং অসি ১২ ফাওবা য়াই। মপূং ওইবা বস বীবনি। লান যান্নবগী মতাংনা অনম্বা উৎলি। বৃত্তি অনীনি—আবভটী অমসুং সত্বতী। খূদম—*অমৃত-মন্থন*। মসি *নাট্যশাস্ত্র* দা ভবতনা পল্লম্বগী ৱানি, লীলা ওইনা ফংবদি নৎত্রে। মণিপুরীদদি লৈতে।

**বীথী** — অঙ্ক অমখক্তগী অতেনবা লীলানি। ভাবনা শাবা, ৱাখল মালঙগী ওইবা ৱাবীদা শাগৎপনি। শৃঙ্গাব অমদি বীব বসনা মপূং ওই। থোৎপা নৌবা অমদি নুংশি নুংওনদা থৱায় য়াওবা নায়ক—ধীবললিত ওইগল্লি। পাত্র অনীদগী হেন্দে। ৱাবী ৱাতাইদা নোংথক্তগী ঙাঙলকপা (আকাশবাণী) শীজিন্নে। কৌশিকী বৃত্তিদা ইবনি। খূদম—*লীলা মধুকব*। মণিপুরীদা চপ চাবা লৈতে।

**অঙ্ক** — অঙ্ক অমখক্তগী পঙশাং শাংদবা লীলানি। পাত্র নৎত্রগা নায়কতি মগুণ লৈবা, অফাওবা পুবাণনচিংবগীনি; থৌদোক ৱাথোক খবসু অফাওবা ওইবা যাই। তৌবতবু ৱাবী মপূংদি ৱাখল মালঙগীনি। করুণ বসনা মপূংনি। মুখ অমদি নির্বহণ সন্ধিদমক য়াওই। লাই-হিংচাবগুম্বা অশেংবা জগৎতগী লাপখিবা মীওই ওইগন্দে, লৌকিক হায়বদি হকথেংনবিবা পুন্সি অসিগী মীচম ওইগল্লি। সাত্বতী বৃত্তিনি। খূদম—*শর্মিষ্টা-যযাতি*।

**ঈহামৃগ** — অঙ্ক মবিনা শাবা অশাংবা লীলানি। হীবম নৎত্রগা ৱাবী মপূং অসি ইযান য়ানশিন্নবা ওই। পাত্র থৌদোক-ৱাথোক ইতিহাস—পুবাণগী খবসু ওই ৱাখল মালঙগীসু অদুম যাওই। নায়ক ধীবোদাত্ত ওই অদুগা নুংশি-নুংঙোনদা থৱায য়াওই। অদুনা শৃঙ্গাব বসনা মপূংনি। মীগা লাইগা তিন্নবা যাদবগী নিযমনা হায়বদি মীবল্লেনগা লাইবল্লেনগা তিন্নবা যাদবগী পথাপ্তগী নায়ক অমদি প্রতিনাযককী পোবম শাগৎলি। তাইবং মপোক্কী ওইবা নায়ক অমনা লাইবেম্বী অমা নুংশিজবা, মাবু ফংনবা তানবা, লাই ওইবনিনা ফংবদি যাদবা অনীমক শিবদি নত্তবা উৎপা লীলানি। মুখ, প্রতিমুখ অমদি নির্বহণ—হায়বিবা সন্ধি অহুমসিদমক যাওই। খূদম—কবি বৎসবাজ (১২শুবা চহীচা)না ইবা *রুক্মিনিহবণ*। মণিপুরীদদি লৈতে।

**উপৰূপক** ঃ মথক্কী ৰূপক মখল তবা অসিদা চন্দবা থৈদোক-থৈজিন তৌবা মান্নদবা, য়েংননবা উৎননবা দৃশ্য কাব্য কযামুকসু লৈবি। লৈবিবা ময়াম অসি মখল ১৮ থোক্লা খায়দোক্লুনা থম্নে—নাটিকা, ত্রোটক, গোষ্ঠী, সট্টক, নাট্যবাসক,

প্রস্থানক, উল্লাপ্য, কাব্য, প্রেক্ষণক, রাসক, সংলাপক, শ্রীগদিত, শিল্পক, বিলাসিকা, দুর্মল্লিকা, প্রকরণিকা, হল্লীশ অমসুং ভাণিকা অসিনি। হায়রিবশিংসিগীসু মখোয় মখোয়গী তোঙান তোঙানবা পোৎচঙ অদুম লৈ, অদুবু মতাংসিদা শন্দোক্তরে।

তরানিপানশুবা চহীচা ফাওবগী মনুংদা ফংবা লীলাশিং অসি রূপক তরা (দশ রূপক) অমদি উপরূপক্ত ১৮ অসিগী মনুংদা চল্লবনি। মসিগী মথক অসিদা, লেপ্পা লৈতবা অমদা কক পন্দুনা থম্লদবা লীলানিনা মওং অনৌবা কয়াসু থোক্লকপা তাবনি। তরামাপলশুবা চহীচাদগীদি সংস্কৃতকী য়াৎথোক্লবা লীলাশিং অসি নত্তবা কয়ামুক লাক্লবনি। মরম মতীক চানা অদুম লৈ। লাকসু লাকখিগনি। দৃশ্য কাব্য অসি সাহিত্য কলা ওইবনিনা মতাং অমত্তদা লেপ্তুনা লৈবা য়ারোই। মণিপুরী য়াওনা ভারতকী লোলশিংদা চৎনরিবা অনৌবা দৃশ্যকাব্য খরা অসুম্না থম্বা য়াগনি—

১। **অঙ্ক অমগী লীলা** —একাঙ্কী নাটক নৎত্রগা ৱান-এক্ট প্লে হায়নসু খঙনৈ। অঙ্ক অমখক্তগী (দৃশ্য—সীনদি অমদগী হেনবসু য়াই) অতেনবা, চাউরাক্না পুংখায়মুক্কী মনুংদা শান্নবা য়ানবা ইবনি। থৌদোক-ৱাথোক য়াম্না য়ামদনা পাত্র পওয়াম য়ামদনা উৎপা পাম্মিবা ৱাফম মচা অমখক্তমক উৎপনি। কার্যগী অবস্থা মঙা নৎত্রগা নোংচুপ্লোমগী লীলা মইগী হীরম লাম্থোকপগী ফীভম মঙা হায়বদি—Exposition of Initial Incident, Growth of Rising Action, Climax, Denoument অমদি Catastrophe—অসি সুনা য়াওদে। খজিক্তং, তেন্না মশক তাক্লম্লগা শৎ হাইগৎলক্লগা চরম সীমা হায়বদি ক্লাইমেক্সকী মতাংদা খংলোই লোইশিল্লি। মসিদা ৱারী শাগৎপগী লমচৎ য়েক্তুনা পুখৎপগী মফম লৈতে। থৌদোক নৎত্রগা উৎলিবা ৱাফম অদুনা মরু ওইবনি। ঈশৈ অমা শৈরেং মচা অমা থীবগুম্বনি। পীকপা তেনবগী ৱাদনি মশানা মপূং ফাজবা লীলানি। লীলা অচৌবা মপূম অমগী অঙ্ক অমদি নত্তে। ফাগী, করেম্নবা অমদি লক্লবগী ওইবা মওংগা য়াম্নমক চান্নবা লীলা মওংনি। অকক্লবা রস লৈতে। খূদম—জি সি তোংৱাগী *মপা শাবা*।

২। **লীলা মচা** —লঘু নাট্য নৎত্রগা শোর্ট প্লে হায়নসু কৌই। অঙ্ক মশীং অমদি অউৎপা (শিন নৎত্রগা দৃশ্য) মশীংগী অথিংবা অপনবদি লৈতে অদুবু য়ামদে। চাউরাক্লা মিনিট ৪৫দগী পুং অমগী মনুংদা শান্নবা য়াবা অতেনবা লীলানি। ভারতকী লীলাগী শক্তমদা (কনসেপ্ট) য়েংবদা কার্যগী অবস্থা মঙা, সন্ধি মঙা লোয়ননা অর্থ প্রকৃতি মঙা অসিগী মনুংদা য়ামদ্রবদা অনী অনীদগী তাদনা য়াওই। মঙা মঙামক শুনা য়াওবসু কায়দে। অকক্লবা হীরম লৈতে মখল খূদিংমক্কী পাম্বে শীজিন্নবা য়াই। তৌবদি উৎলিবা

ৱাফম, পান্দম নৎত্রগা মেসেজ অমত্তনি নৎত্রগা য়ামদে। অহৌবা, ময়ায় অমদি অবোইবদা হেন্না মীৎয়েং থম্মী অদুগা লীলা লোইশিনবগী মহৎতা লেপ্পনা হেন্না পক্লবা লৈ। ৱাবী মশা য়াওনবগী মফম লৈতে। অয়াম্বা মতাংদা চবম সীমাগী মতাংদা লীলা লেপকল্লি। ৱাবেং, শৈবেং অমদি অনী পূনবগী মওংদা ইবা য়াই। মপাম্ন্থোংগী মীংকী কূম্মেদগী নুংগী মশক উৎপদনা হেন্না চান্নবা লীলা মওংনি। হীবম খূদিংদা তেনশিনবা পীকশিনবা লীলা মখলনি। অদুগা অচৌবা লীলা অমগী মচেৎ ওইবদি নত্তে; মশানা মপূং ফাজববা লীলা ইবগী মওং অমনি। খূদম—কাহাইলালগী *তম্ন-লাই*।

৩। **লম্বী লীলা** —স্ট্রীট প্লে নৎত্রগা নুক্কড হায়নসু খঙনৈ। লম্বেলগী মতাই অমদা, লমলোং ফাংবা মফমদা, কৈথেন্দা নৎত্রগা গাডী থাফম্নচিংবা মী পূনফমদা ঙাইহাক্তং চাউবাক্লা মিনিট ২০ মুক্তংদা মী খবদনা শান্নবা লীলা অতেনবা অমনি। মী তিল্লিঙৈদুদা কবিগুম্বা ৱাফম মচা হায়বদি মেসেজ অমা পীহৌনবা থৌদোক অমা নৎত্রগা যাম্না য়ামদনা উৎপনি। সমাজ—মীযামগী ওইবা লীচৎতা অকাযবা অতোয়বা লৈবদু অপূনবগী ওইবা য়াইফ থৌবমগী ওইনা চুমথোক্লবা শেমদোক-শাদোক্লবা পাউজেল অমা পীহৌবনা মকওইবা লীলানি। মসিদা অউৎপা নৎত্রগা অঙ্ক মচা অমদা থৌদোক উৎলি। ৱাহৌদোক অতেনবা অমা পীববা প্রয়ত্নগুম্বগী খোঙথাংদা মপূং ওইনা শাগৎলগা চবম সীমা হায়বদি ক্রাইসিসতা লীলা থোক হেক্তা লেপখি। লীলাগী ঝঞ্জ ময়াম চঙদে। ফিজেৎ-লৈতেংগী মতাংদা পূক্লিং কা হেন্না চঙবগী ৱা লৈতে। থৌদোক অমদি ৱাবী-ৱাতাইদংদদা মপূং ওইনা পুখৎপনি। ফম্বাক্কী কান্নবা লৈতে। মতম মতমগী ওইবা মযামগী লোন্দা শীজিন্নে। শন্দোকপা, খঙহনবা প্রোপেগন্দানা মকওইবা খূৎইনি। অৱাংবা সাহিত্যগী মচলদি ওইদ্রি। শুমাঙ লীলা মচা অমগুম্বনি। খূদম—এলাংবম দীনমনিগী *মরূপকী হিসাব*।

৪। গীতি-নাট্য —ঈশৈগী ওইবা মফোঙদোক্তা ইবা অশাংবা লীলানি। মসিবু ঈশৈ-লীলা হায়বদি যাদে মবমদি 'ঈশৈ-লীলা' হাযবগা হৌজিক হৌজিক খঙনবিবদি ঈশৈ যাম্না য়াওবা শুমাঙ লীলাগী মওং অমবুনি। মসিদা ৱাবী-ৱাতাই পূম্নমক মখল মখলগী বাগ অমদি বাগিনীদা শক্কদবা ঈশৈগী ওইবনি। মসিদা নাটক অমদা চঙবা পূম্নমক—ৱাবী, হীবম, অঙ্ক, কার্যগী অবস্থা, অর্থ প্রকৃতি সন্ধিনচিংবা লোইনা য়াওই। রূপক অমদি উপরূপকশিংদা য়াওবা য়াবা মচলশিং হাপ্পা য়াই। অকক্লবা মশীং মওংদি লৈতে; মসিননি রূপক অমদি উপরূপককী কাখন্দা থমদ্রিবা। ঈশৈদি নুংগী ওইবা ভাব চোল্লপ চোল্লপ ফোঙদোকপনিনা লীলা অসিদা মপূং ওইনা উৎলিবসি নুংগী ওইবা

ভাবনা চাং য়াম্না হেল্লি। হকচাংগী শাথেক্তা হায়বাদি অভিনয়দা জগোইগুম্বা জগোইমক নংত্রগসু চোলোম নংত্রগা মোত থোকপগুম্বগা হেন্না চান্নে। ডাইলোগ য়াওবিবনিনা বেলেমকসু ওইবোই। মসি শৈবেং লীলা হায়না কৌবা য়াই। লীলাগী মচল অমা ওইবিবা ঈশৈনা তঙাইফদবা মপূং ওইবা কায়াৎ অমা ওইখিবনি। উৎথোক্লবা মহাকাব্য নংত্রগা খণ্ডকাব্য অমগুম্বনি। নোংচুপলোমগী লিবিকেল ড্রামাগুম্বনি। ষ্ট্রীরমগী চপ ককপা মওংদি লৈত্তে অদুমকপু হৌজিক লৈবিবা অয়াম্বদি পুযা-পুবাণগুম্বগী ওইনা তৌই। অইবসি ঈশৈগী মবমদা খঙবা চঙই। পাত্র খূদিংমক ঈশৈ শকপা তাই, অনৌবা মচাওখৎকী পাম্বে শীজিন্নদুনা 'প্লে-বেক'কী মতাংদি থম্বা য়াই হায়ববু মদুনা বস চূপ্পদদি লকক তৌগনি। লীলাদদি মানবা হাযবা অমসু থাদোকপা য়াবা নত্তে। খূদম— মণিপুবীদদি লৈতে; হিন্দীবোমগী পণ্ডিত উদয শঙ্কব ভট্টনা ইবা লীলা অহুম— *মৎস্যগন্ধা, বিশ্বামিত্র* অমদি *বাধা* পনবা যাই।

**৫। খোঞ্জেল লীলা** —বেডিও প্লে, বেডিও নাটক নংত্রগা বেডিও লীলা হাযনা খঙনবনি। যেংবগী মহুত্তা পাত্র, পোৎ, অঙ্ক, দৃশ্য, অভিনয অসিনচিংবা পূম্নমক অসি খোঞ্জেলতগী পাম্বেনা লোইনমক ফোঙদোকপনিনা খোঞ্জেল লীলা কৌবনা মতা চঁায়। লীলা মপূম অসিদা মীৎকী কবিগুম্বা লমদাং অমত্তা শীজিন্নদ্রবনিনা মযেক্কীদি দৃশ্য কাব্য ওইদ্রবনি। অদুমকপু উৎতুনা ফোঙদোকপগী মওংদা ইবা লীলানিনা লীলাদি ওইবি। লীলাগী মওং অমনি হাযনা লৌবমক তাবি। ফম্বাক লীলাগী খূৎইগা যাম্না চাউনা খেন্নবা লৈ। মীৎ উদ্রবা মীওই অমদা কমদৌনা কদায় ফাওবা খঙহনবা য়াবগে হাযবসিদা যুম্ফম ওইবগা ইবগী খূৎই অমা চঙলি। পূম্নমক ব্বাবী ব্বাতাই অমদি খোঞ্জেলগী পাম্বে হাযবদি সাউন্দ ইফেক্ট হাযবসিতগী মতেংনা ফোঙদোকপা তাবনিনা 'দিবেক্তবগী ব্বাবোল' ফাওবদা '—গী খোঞ্জেল' হাযবগুম্বসি শোযদনা হাপ্লা তাবি—থোঙ থিংজিনবগী খোঞ্জেল, তুশিনবগী মখোল, চূবদপ মৈখূ কামথোকপগী মখোল—অসুম্না। ফম্বাক লীলা অমদগী উৎপা যেংবগী শব্দক মখৈ খাইদোকখ্রগা অতৈদি লীলা অমগী পোৎচঙ পূম্নমক চঙই। ফোঙদোকপগী খ্বাইদগী চাউবা পাম্বেদি ব্বাবী-ব্বাতাইনি। সাউন্দ ইফেক্টনা খবা মতেং ওইনববসু মপূংদি ব্বাবী-ব্বাতাইনি। পাত্র পুশিল্লকপা অমদি মশক তাকপা ফাওবা মসিনা তৌবা তাই। ময়া ফজবী নুপী অমগী নোকপদা বাশী লৈবদু লীলাদা কান্নবগী উৎপা তাববদি 'যাদা বাশী লৈবীনি' হাযবনচিংবা ব্বাবী-ব্বাতাইদা ফোঙদোকপা তাবনি। অঙ্ক অমদা উৎপা খাযদবা যাই তাংকক নাইনা 'মবক্কী খোঞ্জেল' হাযবগুম্বনা পনখৈ য়াৎলগা লোইবে। ফম্বাক লীলাদদি লান, সমুদ্র, মৈজাও, শা-কৈনচিংবা ময়াম অমা

উৎপা ঙমদবগী খুদোংচাদবা লৈবদু খোঞ্জেল লীলাদদি লৈতে। অচাবা অমানবা খোঞ্জেলনা পূন্নমক খঙহনবা য়াবগী খুদোংচাবা লৈ।

খোঞ্জেল লীলাগী, শাংবা-তেনবগী য়ূম্ফমদা মশক অহুম উবি—মিনিট তবামুক্তদগী পূংখাযমুক ফাওবগী অতেনবা অমা, পূং অমা অমমখায়মুক্কী অশাংবা অমা অমদি নুমিৎ কযানিগী নৎত্রগা মথং মনাও নাইনা সেবিয়েলদা চখবগী মওং অমা। অহুম্মক্কী মপূং ওইবা পাম্বৈ চপ মান্নৈ অদুমকপু সেবিয়েলগী ওইবদদি লাম্বোকপগী পাম্বৈদা অওনবা খবা লৈগনি। সেবিযেলদা থমগদৌবিবা তাঙ্ককশিং অসি অমমম্না দৃশ্য নৎত্রগা অঙ্ক অমমমগুম উৎকদবা ৱাফম অমা মশাগী ওইনা মপূং ফাজববা, হৌফম লেপফম মতা চাবা, অতাবা ভাবোক্তা মখাগী মতম খবা কান্নবগা লাক্কদববু খঙনীংনা ঙাইথনীংননবা মফোঙদোক অমদা থম্বা তাবি। উৎকদবা মশা মচা-মচা খবা হাপ্লবসু মদু মপূমগী ওইবা লমথুংদা মায ওনশিনবা অমমম ওইহনবা তাই। বস অমা নৎত্রগা মযাম নুমিৎ কযানি চঙনা পীবা তাবনিনা অকুবা কোঙ্গায থেংনবা তাবনি। মযেক্কীদি মতাং খূদিংমক চপ চানা চানা বস পীববা ওইহল্লগা মপূম ওইনগী অমুকসু অবোইবদা পীবা তাবনি। অদুনা অতেনবা লমজেলগী পাম্বৈ শীজিন্নবগা লোযননা মবাথোনগী মওং অমসু পাযদবা যাদে। হৈ-শিংবা অমা চঙই, খূদম—জি সি তোংব্রাগী *তাইবংজাম্বগী ইমুং*।

৬। **শৈরেং লীলা** —দিবেক্তবগী ৱাবোল, উৎপগী মওংনচিংবগী নত্তনা ৱাবী-ৱাতাই পূন্নমক শৈবেংদা ইবা মখলগী লীলানি। ৱাহৈ পবেংশিং শৈবেং (ৱাবেং নত্তবা)গী মওংদা ইবগা লোযন-লোয়ননা পূক্লিংগী ইহুলবু ৱাখল-মালঙ—কল্পনাগী চাংনা হেন্না ফোঙদোকপা তঙায় ফদবনি। ৱাহৈগী ফম্ফম হোংবা অমদি 'না', 'বু'গী মশীং নাইবা ছন্দগী মফোঙদোক ঙাক্তনা শৈবেং ওইবা নত্তে। অশেংবা শৈবেংদি ৱাখলগী মালঙনা মখল কযাগী শক্তম লৌবা পূক্লিংগী ইহুলদা য়ৈবা অমসু চঙলি। ৱাবেংগী পবেংনা অতা-অতাবীদা চাং হেন্না যৈবা মতমদা শৈবেংগীনদি শকপান্দবা শক্লাইদবা মনীংথিজবা অমদা লমজিংবনি। ফোঙদোক্তবা শব্দক্লা হেন্না ফোঙদোক্লবদা শৈবেংগী লৈখোন চঙবনি। লৈখোন অসি চঙলবা ছন্দ পাল্লবা ৱাবী-ৱাতাইনা লীলা শেম্মকপদা শৈবেং লীলা ওইবকই। লীলাগী মচল পূন্নমক নৎত্রগা যাম্না যাওবা তাবনি। গীতি-নাট্যগা মসিগা খেন্নগনি। মসিদদি বাগ-বাগিণী কয়াগী ঈশৈ শকপনা মপূং ওইদে; য়াম্মবদা কবিতা থীবগী মওংদগী হেন্না চঙহন্দবা যাই। ঈশৈনা থৱায় ওইবা নত্তে। অভিনয়দসু চোলোম নৎত্রগা মোংকী মওং লৈবোই। মতাং মতাংগী

ওইনা জগোয় ঈশৈ হাপ্পদি য়াই অদুবু মসিনা মপূং ওইবদি নত্তে, খূদম—হাওবম তোম্বগী *তান্না;* ধমবীব ভাবতীগী *অন্ধাযুগ*।

৭। **চাংয়েং লীলা** —হীবম অমদি লাম্লোকপগী মতাংদা হান্নগী চৎনবকপী (পবম্পবা নৎত্রগসু ট্রেদিশনেলগী ওইবা) মওং গীগা মতাং খবদা চাউনা চাউনা খেন্নবা অনৌবা মওংগী লীলানি। হীবমদা অমদি মফোঙদোক্কী পান্থৈ (টেক্নিক)দা অনী থোক্লা তৌবা চাংযেং অমগী মওংদা চথবনি। মসিদা নাট্যশাস্ত্রগী চৎনবকপা পথাপ কয়া নীংঙাইবা লৈতনা থুগাইবকই। মসিদা অকক্লবা নায়ক লৈবক্তবা, ৱাবী লীশাং শেংনা লৈবক্তবা, থৌদোক-ৱাথোক লেংশিনবদা নীং তম্মকপনা কার্যগী অবস্থাশিং অর্থ প্রকৃতিশিং অমদি সন্ধিশিং য়াওদবগুম তৌবকপা, য়াওবদসু মথং-মনাও ইবৈ লৈবক্তবগী মওং লৈ। হান্নগী হীবম, পাত্র অমদি বসকী থাজবা থাদোক্তুনা উৎপা পাম্মিবা ৱাফম অদুদং মক ওইনা লৌদুনা অতোনবা মতমগী মনুংদা কবিগুম্বা মওং অমদা পীবম্মগা চবম সীমাগী মতাংদা লীলা থোক লেপথোকখিবগী মওং অমা লৈ। মফম-মতম হায়বদি নাক যেৎকী মতাংদা ইযান য়ানশিন্নদুনা ওইবা যাবা হায়বা লীলাগী মগুণ অদুনা ইথন্মক থমদববোমদা চথবনি। থৌদোক—ৱাথোক পবীংদা থৱায় য়াওদবনিনা ভাবোক কুইনা যাদে তেনগল্লি; লীলা মচা ওইগল্লি। অখন্নবা ভাবোক খবগীতা ওইনা তৌবা লীলানি। চৎনবকপী (ট্রেডিশনেল) লীলাগী মাযোক্তা লৈদুনা শীংনবমক্তি নত্তে অদুমকপু য়াম্না চাউনা তৈনৈ, খূদম—পুখ্রম্বা শামুগী *অঙম্বগী কা*।

অতৈ-অতৈ—দৃশ্য কাব্যগী মনুংদা থম্বা যাবা খবসু লৈবি—শুমাঙ লীলা, টি ভি প্লে, ফিল্ম স্ক্রিপ্ত অসিনচিংবা। মখোয় অসিদি হৌজিক ফাওবদি কাব্য ওইনা লৌশিন্নদ্রি।

**ভাবতকী মীৎযেংদা লীলাগী মচল ঃ**

লীলা অমদা চঙবা মচলশিংগী মনুংদা ভবত মুনিদগী হৌবগা জগন্নাথ (১৭শুবা চহীচা) ফাওবগী নৈন-মীওইশিংনা মতাং মতাংগী ওইবা মোত কয়ামুক মথং মথং ফোঙদোক্লম্মী। ভবত মুনিগী মীৎযেংদি য়াম্নমক পাক চাউই; 'অসিগুম্মবা নাট্য অসিদা য়াওদবা কবিগুম্বা জ্ঞান, কবিগুম্বা খূৎ-শা হৈবগী থৌদৌ (শিল্প) কবিগুম্বা কলা মহে-মশিং, য়োগ নৎত্রগা কবিগুম্বা মথৌ-মশিন (কর্ম) অমত্তসু লৈতে' হাযবা যৌনা হায়বম্মী—

**ন তজ্জ্ঞানং ন তচ্ছিল্পং ন সা বিদ্যা ন স কলা।**

**ন স য়োগো ন তৎকর্ম নাট্যেঽস্মিন যন্ন দৃশ্যতে॥**

**(*নাট্যশাস্ত্র*, ১/১১৬)**

লেঙলি পাল্লিবা পূম্নমক অসি দৃশ্য কাব্যগী মনুংদা লৈবগী য়া ওইনা লৌবনি। পূম্নমক্কী শক্তম লাকপদু (মতৌ তম্বা) রূপকনি, হায়বদি নাট্যনি হায়না লৌববনি। নাট্য (নাটক) অসি রূপক মখল তবাগী মনুংদা ইহান হানবা মখলনি অদুগা অমুক পাকথোক্লবা অর্থদা মসি হায়বগা রূপক হায়বদি দৃশ্য কাব্যবুসু খঙনবে। 'কৃতানুকরণং'—তৌবিবা থৌদৌ পূম্নমক্কী মতৌ তম্বসি নাট্যগী মচলনি হায়বসি ভরত মুনিগী শেংলবা মোৎনি (*নাট্যশাস্ত্র* ১/১২০-১২২)। মায়চৌ অভিনবগুপ্ত (১০-১১শুবা)নসু 'উবিবা কল্পনানা শাবা অমদি লেপ্তুবা হোৎনবগী বিষয ওইহল্লগা অশেংবা অমদি শেংদবা অনী য়ানশিন্নবা মওংগী ফজবা মওং অমা য়াওহল্লগা মযামবু নুংঙাইহন্নবা ইবিবা দৃশ্য কাব্যদু নাটকনি' হাযনা কন্না হাযবনি। মসিবু *অভিনব ভারতী* দা অসুম্না হায—'প্রত্যক্ষ কল্পানুব্যবসাযবিষযো লোকপ্রসিদ্ধঃ সত্যাসত্যবলক্ষণা ত্বাত্ যচ্ছন্দবাচ্যৌ লোকস্য সর্বস্য সাখাবণতযা স্বত্বেন ভাব্যমানশ্চর্ব্য মাণোঽর্থৌ নাট্যম্।' লীলা নৈনবম্বা, *নাট্যদর্পণ* ইবম্বা বামচন্দ্র (১২শুবগী অনীশুবা তংখায)নসু 'অঙকপা মনুংঙাইনা ভাবোকপু জগোয শাহল্লিবা (হাযবদি লৈদুনা-হুমদুনা পুবিবা) খুৎইদু নাটকনি'হাযদনা হাযবি—'নাটকমিতি নাট্যতি বিচিত্রং ব্যঞ্জনাপ্রবেশেণ সভ্যানাং হৃদযং নর্তযতীত নাটকম্' (*নাট্যদর্পণ*)। ভরত মুনিগী মতুংদা রূপক-লীলাগী মবমদা নৈনবম্বা লিববা মীওই অমদি ধনঞ্জয (১০শুবা চহীচাগী ২শুবা তংখায)নি। ভরতকী *নাট্যশাস্ত্র* অসি অঙকপা ফংনা চাউবা অমদি শন্দোকপা লাইবিক্লি। মযাম্না পাক-পাক হাইজিনবা ঙম্নবা নত্তে। ধনঞ্জযনা *দশরূপক* কৌবা, যাম্না শমজিনবা অদুগা মচি ওইবমখৈদি কোনশিল্লিবা, নৈন-লাইবিক অমা ইবনি। লাইবিক অসিদা তাঙ্কক (অধ্যায) মরি অমদি কাবিকা চহুম্মুক যাওই। দর্শন, ব্যাকবণ, অলংকাব শাস্ত্রনচিংবা শাস্ত্রশিংগী শৈবেং ওইনা ইবা ব্যাখ্যাবু কাবিকা হাযনা খঙনৈ। অহানবা তাঙ্কক্তা সন্ধি মখল মঙা, অনীশুবদা মখোযগী কাযাৎশিং অমদি নাটকক্কী বস্তু হায়বদি য়াবী পবীং, নাযক-নাযিকা মখল, নাটকক্কী বৃত্তি মবি অমদি মখোয়গী কাযাৎশিং, অহুমশুবদা নাটকক্কী মখল তবাগী কাযাৎশিং অমদি মবিশুবদনা নাটকক্কী বসক্কী মতাংদা মরুওইবা য়াফম নৈনদুনা তাকই। তুংগী মীওইনা চপ চানা য়ানবিবা লাইবিক্লি। লাইবিক অসিদা নৈনবম্বগী মতুংইন্না নাটক (হাযবদি দৃশ্য কাব্য নৎত্রগা রূপক)তা

চঙদবা যাদবা মচল অহুম পল্লি—বস্তু, নেতা অমদি বস। মীওই অসিদি ময়াম্না য়ানবিবনি। মাগী—'বস্তু নেতা বস স্তেষাং ভেদকঃ'বু (হায়বদি বস্তু নেতা বস অসিনা মবম ওইদুনা রূপক মখল অসি ওইবনি) তুংগী মীওইশিংনা পোৎচঙ অহুম অসিগী মনুংদা মচল ময়াম অমা থমদুনা নৈনবকই। ১৭-১৮শুবা চহীচাগী মতুংদদি হেন্না পাক শন্না নৈনবকই। মতাং অসিৱাইদদি নোংচুপলোমগী শক্তম (concept)গা লৈবিবা লীলাগী পোৎচঙ তকক—ৱাবী পবীং, পাত্র, ৱাবী ৱাতাই, মফম-মতম, শৈলী অমদি লমথুং অসিগা ইযান য়ানশিন্নববে। য়ানশিন্নবা কাযবা নত্তে। মদুগীসু মথক্তা ৱাখল চাউবশিংদি মান্ননা খল্লি হায়গুম্মদনা নোংপোক অমসুং নোংচুপকী মায়চৌশিং অসিগী ৱাখলগী মায়ওন অদুম্মক মান্নে মমিং অমদি ব্যাখ্যাদা খেন্নবগী ৱাতনি। পোৎতি অমত্তা ওইববনিনা, হৌজিক্তি, পোৎচঙসু মান্ননা অদুম্মক লৈববে।

অদুমকপু নোংপোক্কী ওইনা লৈবা মশক অমদি অদুম্মক লৈবি। মসি মশক মুন্না খঙবা চুম্মী। যাম্না কূপথবা মীৎয়েং খবা যাওবিবসিদি যেংবা তাই। নোংপোক্কী ওইবা মীৎযেংদা রূপক (নাটক নৎত্রগা দৃশ্য কাব্য)তা মখাগী পোৎচঙশিং অসি মকুওইবা মচল ওইনা চঙই।

বস্তু —বস্তু হায়বসি কথাবস্তুনি। ৱাবী হায়বনি। ৱাবী অসিনা যাঙলেন শব্দ ওইবগা লীলা শাগৎপনি। তেল্লপ তৌবা মপূম ওইবা ৱাবী অমা তঙায়মক ফদনা চঙই। হায়বিবা ৱাবী অসিগী মশক অহুম লৈ—প্রখ্যাত (অফাওবা, ময়াম্না খঙনববা), উৎপাদ্য (ৱাখল মালঙ হায়বদি কল্পনানা শাবা) অমদি মিশ্র (ইযান যান্নবা—প্রখ্যাৎকা উৎপাদ্যগা)। ইতিহাস, পুবাণ অমদি চীন্থাংদা লৈবা মযাম্না ইখঙ খঙনববা—পান্থোইবী নোংপোক নিংথৌগী, খম্ব-থোইবীগী, সমুদ্র মন্থনগীনচিংবগী অসিগুম্বসি প্রখ্যাৎ বাবীনি। অঙাংহলগী *ইবেম্মা*, তোংব্রাগী *মনি-মমৌ* গী ৱাবীশিং ভাবনা (কল্পনানা) শাবনি। উৎপাদ্য ৱাবীনি। *নবসিংহ* (ইবুংঙোহলগী), *বীব টিকেন্দ্রজীৎ* (বীবগী)গী ৱাবীশিং মিশ্র হায়বদি যানশিন্নবনি। লীলা অমদা ৱাবী অসি অমদগী হেনবা য়াই। হায়বদি মপূং ওইবা ৱাবী পবীং অমা অদুগা মসিদা অপাননা নৎত্রগসু নাকোয়ননা মবী শোয়দনা লৈনবা ৱাবী মচা-মচা অমা নৎত্রগা খবা। (য়াওদবসু যাই) মপূং ওইবা ৱাবী পবীং অসিবু আধিকাবিক কৌই অদুগা মচা-মচা অসিনা প্রাসংগিক। আধিকাবিক ৱাবী অসি অমদগী হেনগন্দে অদুগা মসি লীলা অদুনা উৎপা পাম্মিবা ৱাফম হায়বদি লমথুং (উদ্দেশ্য) অদুগা শোয়দনমক মবী লৈনৈ। লমথুং অসিবু ফল হায়নসু খঙনৈ। লীলা

খুদিংদা ফল লৈগনি। ফল অসি নেতা (হায়বদি নায়ক)না ফংবা ওইনা লীলাদা উৎপা তাবনিনা আধিকারিক কথাবস্তু অসি মহাক্কা শোয়দনমক মরী লৈনফম থোকই। অদুনা ফল ফংবগী মীৎয়েং অসি বস্তুবু মখল অনী থোক্লা খায়দোক্লিবা মখায়দোক অসিদা চঙই। প্রাসংগিক কথা বস্তু অসি অমুক্কা অনী থোক্লা খায়দোকই—পতাকা অমদি প্রকরী। পতাকা হায়বসিনা মপূং ওইবা আধিকারিকা শাংনা, লোইবা ফাওবা লোয়নবা য়াই, মতাং মতাংগী থোক্লকুনা অদুম চৎমিন্নবা মশা ওইবা ৱারীদুনি। প্রকরী হায়বসিনা মরক্তা মতম খজিক্কমক লৈরম্বা করিগুম্বা থৌদোক-ৱাথোক অমখকপু মমায় খজিক চুম্লম্মগা শৎ লোইশিনখিবা মশা মচা অদুবু খঙনৈ। মওংবু খম্ব-থোইবীগী ৱারী মপূম অসিদা খম্ব-থোইবী অনীগী ৱারীনা আধিকারিক বস্তুনি; কবোরোমগী মতাংগীনা পতাকা অমদি কুঞ্জমালাগী মতাংনা প্রকরী ওইরবনি। *রামায়ণ* দা রামগী ৱারীনা আধিকারিকনি; হনুমানগী ৱারীনা পতাকা অমদি জটায়ু, অহল্যা অসিনচিংবনা প্রকরীনি। মতাং অসি ফাওবগী ওইনা কথাবস্তুগী মখল অসি অসুম্না নীংশিংবা য়াই—




**দৃশ্য অমদি সূচ্য ঃ**

ফম্বাক্তা পুথোক্তুনা উৎপা উৎতবগী য়ুম্ফমদা লীলাগী ৱারী পরীংদা মশক অনীখকসু লৈরি—দৃশ্য অমদি সূচ্য। দৃশ্য হায়বদি উৎপা য়াবা উৎলবা শরুকপু হায়বনি। মসিনা লীলা অমগী ৱারী উৎপগী মপূং ওইবা মশক্তি। সূচ্য হায়বদি সূচনাদমক হায়বদি পাউদমক পীদুনা খঙহনবগী মওং অদুনি। মপূং ওইবা থৌদোক-ৱাথোক মথং মথং তাপ-তাপ উৎপনা ৱারী শাগৎপনি। মরকসিদা উৎপা য়াদবা নৎত্রগসু কান্নদবা নত্ত নৎত্রগনা উৎলুদ্রবসু য়াবা থৌদোক-ৱাথোক কয়া অমা লৈরি। হায়রিবা অদুদি পাত্র অনী ৱারী শাবদা নৎত্রগসু সূত্রধারনা ঙাঙদুনা নৎত্রগসু ঈশৈনচিংবা শক্তুনা অমদি অয়াবা পান্থে অমা শীজিন্নরগা পাউ ওইনা পীদুনা ভাবোক্তা

খঙহন্নগদবা মতাংসু লৈবি। মসিবুনি সূচ্য হাযবিবসি। পাম্থোইবী পোকপগী থৌদোক উৎপা কান্নদে; পোকখ্রে হায়বগী পাউদং পীবা য়াই। কংসগী কৈশুমশঙদা দেবকী বাসুদেবগী মচা নিপানমক পোকপা উত্তবা য়াই; অঙাং তবেৎমক হাৎপা উৎপা কান্নদে। সূচনা—পাউ পীবগা য়াবনি। অদুনা উৎকদবা শব্দকপু দৃশ্য অদুগা পাউনা খঙহন্নগদবনা সূচ্য হায়না খঙনবনি। কথাবস্তু অমদা কবিবুনা উৎপা কবিবুনা পাউ ওইনা থম্বা হাযবসিদি অইবগী হৈ-শিংবদা লৈবে। মবক অসিদা ময়াম মমাঙদা উৎলোইদবা থৌদোক-ব্বাথোক কয়াসু লৈরি। উৎপা য়াদবা কয়া থম্মিবসিগী যূম্ফমদি মযামগী লৈবাকমচা তাবা চৎনবী অমদি উৎনবগী পাম্বেনা ওইনবনি। উৎপা যাদবা অমদি উৎলোইদবা ব্বাফমগী মিং পবেং পন্নে। বিশ্বনাথ কবিবাজ (১৪শুবা চহীচা)না মাগী লাইবিক *সাহিত্য দর্পণ* দা পীবা, উৎলোইদবা অমদি শন্দোক্লোইদবা পল্লিবা ব্বাফমদি—লাপ্পা কৌবা, শিবগী মতাং, লাঞ্জাও, নিংথৌ অমদি লৈবাক্কী মাযোক্তা হৌবা লালহৌ, লুহোংবা, চাবা, শাপ, মাংথোকপা, হাৎপা, হকতিন্নবা, যা তেকপা, খুজিন তৎপনচিংবা ইকাযনিংঙাই ওইবা মশক, হকতিন ঈবাংগী মওং, তূম্বা, চীন চূপ্পা, নগবগী অকোয়বা, ঈকজবা অমদি তৈবা-খোৎপা, অসিনচিংবা অসিনি—

> দূরাহবানং বধো যুদ্ধং রাজ্যদেশাদিবিপ্লবঃ।
> বিবাহো ভোজনম্ শাপোৎসর্গো মৃত্যু রতম্ তথা।।
> দন্তচ্ছেদ্য নখচ্ছেদ্যমন্যদ্বীডাকরম চ য়ত্।
> শয়ণাধবপানাদি নগরাদ্ধবরোধনম্।।
> স্নানানুলেপনে চৈভির্বর্জিতো নাস্তিবিস্তবঃ।
>
> (বিশ্বনাথ, *সাহিত্য দর্পণ*)

মথক্কী ব্বাফমশিং অসি হৌজিক্তি যাম্না কোম্না লৌনবে; ইউৎ মউৎনবে। অওনবনি। ১৭-১৮শুবা চহীচা ফাওবদদি লীলাদা উৎপা যাদবগী নিয়ম ওইনা লৈবনি। মফম মতমদা যূম্ফম ওইবা ব্বানি। উৎপদা ফজদবা অমদি খুদোং চাদবা থৌদোক-ব্বাথোক উৎপদা সামাজিক হায়বদি ভাবোক্তা লকক তৌবা পোকহন্দবগী ব্বানি।

কথাবস্তুগী মনুং অসিদা 'পতাকাস্থানক' হাযবা মতাং অমগা লৈবি। কবিগুম্বা মতাংদা তুংদা থোক্কদবা খবা মাঙজৌননা খঙহনবগী পাউ পীবগী মওং অমা লৈবকপা যাওই। মওংবু, পাত্র অমদা মফম অমনা কবিগুম্বা অমা খল্লিঙে ঙাঙলিঙৈদা অতোপ্পা অমা লাক্লগা অতোপ্পা অমা হাযববা ঙাঙলবা মসিদা তুংদা ওইবক্কদবা উৎকদবা থৌদোক-ব্বাথোক্কী ঈঙ্গিং অমা তৌবা অসিবুনি। নৈন-মীওই ধনঞ্জয় (১০শুবা)না

মাগী *দশরূপক* তা পতাকাস্থানকপু অসুম্না মশক তাকই—

ওইবক্কদবা বস্তুগী মান্নবা ৱাবী নৎত্রগা মান্নবা বিশেষণগী পান্থৈনা অন্যোক্তি (মান্ননা লীচৎ লৈবা মতাংদা হায়বিবা ৱাফম অদুমক নত্তবা অতোপ্পা অমদা থিন্দুনা ঙাঙবা ৱাঙাঙ)গী মওংদা পাউ পীবগী মওংদু পতাকাস্থানক কৌই—

প্রস্তুতাগন্তুভাবস্য বস্তুনোऽন্যোক্তিসূচকম্।

পতাকাস্থানকম্ তুল্যসংবিধান বিশেষণম্।।

(ধনঞ্জয়, *দশরূপক*)

সূচ্য হায়বদি লীলাগী ফম্বাক্তা চপ চানা উৎপদি নত্তবা খঙহন্দবদি য়াদবা, নৎত্রগসু উৎপদি য়াদবা অদুগা ৱাবীগী মতাংনদি খঙহন্দবা যাদদনা খঙহনবগী মওং অসিগী ময়াম্না যানববা মশক নৎত্রগা পান্থে খবা লৈ। পান্থৈশিং অসি লীলা ইবদা মতাং মতাংগী ওইনা শীজিন্নৈ। মথং মথং শন্দোক্লি—

(ক) বিষ্কম্ভক – অঙ্কগী নৎত্রগা দৃশ্যগী হৌবকপদা থোকখ্রবা নৎত্রগসু থোক্লক্কদবা থৌদোক-ৱাথোক খবগী ৱাফম খঙহনবগী থবক অসি নাটকতা তৌনৈ। মকুওইবা, নায়ক নায়িকানচিংবা পাত্রশিংনা খঙহনবগী থবক অসি পাঙথোক্কে। ময়ায় ওইবা থাক্কী পাত্রশিং অমদি অনেম্বা য়াম্না মব্দওইবা নত্তবশিংনা থবক অসি তৌই। ময়ায় ওইবা মকুওইবা পাত্র শীজিন্নবা বিষকম্ভকপু 'শুদ্ধ' অমদি অনেম্বা পাত্রশিং শীজিন্নববুনা 'মিশ্র' নৎত্রগা 'সংকীর্ণ' হায়না খঙনৈ। শুদ্ধ বিষকম্ভকতা অৱাংবা লোল—সংস্কৃত শীজিন্নৈ অদুগা মিশ্র নৎত্রগা সংকীর্ণ বিষকম্ভকতনা সংস্কৃতকা প্রাকৃত লোনগা ইয়ান য়ানশিন্নৈ। মতম শাংনসু লৌনদে।

(খ) চূলিকা – কবিগুম্বা মতাংদা পাউ পীবিবা পাত্রশিংনা ফম্বাক্তা, ময়াম মমাঙদা থোক্লকপগী মহুত্তা মনুংদগী (হায়বদি গ্রীনকমদগী) ঙাঙদুনা অমদি ঙাঙনদুনা ভাবোক্তা খঙহনবগী মওংসি শীজিন্ননৈ। মওং অসি চূলিকা কৌই। মসিসু মতম শাংনা চত্থদে।

(গ) প্রবেশক – মসিসু বিষকম্ভককুম্বনি। তৌবতবু প্রবেশক অসিদি অহৌবদা থমদে অচৌবা অঙ্ক অমা লোইবকপা অচৌবা অমগীনা হৌবকপা অনীগী লাংদাইদা থম্মী। অয়াম্বা মতমদা অনেম্বা পাত্র অমদি অনেম্বা লোন্দা শীজিন্নৈ। হৌখিবগা লাক্কদবগা অনীসি শমজিন্নহনবগী মওংনি।

(ঘ) অঙ্কাবতাব – চত্থবিবা অঙ্ক অদু মতাং অমদা লেপ্পুবগা মথংগী অঙ্কদা অমুক মখা চত্থবকপা মওংদা চত্থবকপবু অঙ্কাবতাব কৌই। হায়বদি অঙ্ক অসিদা লৈবিবা পাত্রনচিংবদু মপান্দা থোক্লুবগা অমুক হঞ্জিল্লক্কুনা মখোয়গী অভিনয় অদু মখা

চখদুনা ৱাবী মখা পুথ্নবা হোংনৈ। অককক্লবা অখন্নবা পাত্রগী ৱা লৈতে অদুগা খবা হেন্না শাংবসু য়াই।

(ঙ) অঙ্কমুখ নৎত্রগা অঙ্কাস্য – অঙ্ক অমগী লোইৱকপদা লাক্কদবা হায়বদি মথংগী অঙ্কদা উৎকদৌবিবা মীওই অমদি হীবমগী পাউ পীবগী মওংনি। মওংবু পাত্র অনী অসুম ৱাবী শাবন্থদগী অমনা–'এ হয়েংদি ইবুধৌ থাংজিংগী লাইমাঙদা খম্বগা থোইবীগা জগোয় শাগনি হাযবনি য়েংঙুসিদো' হায়বদা অঙ্ক লোইশিনখ্রগা মথংগী অঙ্কদা লাইমাঙদা জগোয় শাবগী মতাং উৎপা অসিগুম্বনি। পাত্রগী থাক থোইনা লৈতে। শাংবদি যাদে।

মথক্তা নৈনখ্রিবা সূচ্যাশিং অসি লীলা অমদা লোইনমক য়াওগদবনি হাযবগী ৱা লৈতে। কথাবস্তূ অদু মওং তানা মযেক শেংনা লাম্থোকপদা শীজিন্নবা য়াবা অসিমখৈ লৈ হাযবগী ৱাদনি। অনৌ-অনৌবা পাম্বে কযা লাকপদগী হৌজিক্তি কযা শীজিন্নদ্রবনি। অদুমকসু ৱাখল্লোনগী ওইনদি লীলাদা চঙবা মচল ওইনা অদুম্মক লৈবি।

বস্তূগী মতাং অসি লাম্থোকপদা হায়বদি ৱাহৈ অমবোমদা হায়বগা, লীলাদা বাবী অসি মপূম ওইনা উথোকপদা নিয়ম ওইনা শীজিন্নবা ৱাফম –কার্য়গী অবস্থা মঙা, অর্থ প্রকৃতি মঙা অমদি সন্ধি মঙা লৈবি। অমমমতা ওইনা শন্দোকপা মশক মখাদা পীবি।

**কার্য়গী অবস্থা ঃ** কার্য় হাযবদি ৱাবী অদুগী ফল হায়বনি। মসিবু প্রয়োজন হাযবদি লমথুং নৎত্রগা পম্বুং, নত্ত নৎত্রগনা পান্দম হাযনা হাযনবনি। শন্না, লীলা অদুদা অইবনা পীবা পাম্মিবা পাউজেল অদুনি। ৱাবী অদুগী ফলনি। ফল অসি ফংনবা থৌদোক-ৱাথোক মথং মথং মবী-মবী অঙ্ক অমদি অউৎপা (দৃশ্য) খাযদোক্তুনা লাম্থোকপা তাবনি। শন্না, থৌদোক্কী পবীং অমা ৱাবী হৌবদগীনা লোইবা ফাওবদা হাযবদি ফল ফংবা ফাওবদা শেমগত্তুনা লাম্থোকপা তাবনি। পবীং অসি তাংথক নাইনা পুখৎলবতদা মায় পাক্লবা অশেংবা লীলা ওইগদৌবিবনি। তাংথক্কী ওইবা মওং অসিবুনি স্যচৌশিংনা কার্যগী অবস্থা হাযবদি পম্বুং তানবগী ফীভম হায়বিবসি। অবস্থা অসি ৱাবী মথং মথং পুখৎপদা মঙাখক শোয়দনা চঙই–আবম্ভ, যত্ন, প্রাপ্ত্যাশা, নিযতাপ্তি অমদি ফলাগম—

**অবস্থাঃ পঞ্চ কার্য়স্য প্রারব্ধস্য ফলার্থিভিঃ**

**আরম্ভয়ত্নপ্রাপ্ত্যাশানিয়তাপ্তিফলাগমাঃ ।।**

**(ধনঞ্জয়, *দশরূপক*)**

আরম্ভ – প্রারম্ভ হায়নসু কৌনৈ; অহৌবা হায়বনি। অহৌবগী তাংথক্লি। ৱারী হৌরকপগী মতাংনি। মতাং অসিদা নায়ক্লচিংবদা ফল অদু ফংবগী ৱাখল ফোঙদোকই। লীলা অদুগী ফল করিনো হায়বসি মতাং অসিদা ফোঙদোকই। লীলা অদুগী লমথুং, পনথুং নৎত্রগা উৎকদৌরিবা ৱাফম অদু করিনো হায়বা শম্না অমদি নাকোয়ননা ফোঙদোকপনি। মসি লীলাগী অহৌবা অঙ্কদা, দৃশ্য অমা নৎত্রগা খরদা (দৃশ্য লৈবা তারবদি) ফোঙদোকহৌবা তাবনি। অতাবীনি। করম্বা মওংদা চখরক্কদবা লীলানো হায়বদু খঙহলহৌবা তাবনি। ফললোমদা পান্দম লাকপনি। মতাং অসিগী অকক্লবা অঙ্ক, দৃশ্যনচিংবা লৈবা নত্তে। শাংবা য়াই তেনবসু য়াই। শম্বদি ফৈ। তাল্লিবা ফল অদু উৎপতনি।

য়ত্ন – প্রয়ত্ন হায়নসু কৌনৈ। হোৎনবা হায়বনি। ফংগদৌরিবা কার্য হায়বদি ফল অদু ফংননবা মখল কয়াগী হোৎনরকপা মহোৎনা অদুবু হায়বনি। অঙ্ক মথং মথং অমদি দৃশ্য মখল মখলদা থৌদোক-ৱাথোক মথং মথং মরী মরী পুখৎলকপনি। অশাংবা তাংথক অমনি।

প্রাপ্ত্যাশা – ফল অদু ফংনবা লাক্লরকপদা অপনবা থিনগাইবা কয়ামুক লৈরকই, মশানা তাবনি। মূক্লরকপা অমা লীলাদা উৎপা তাবনি। হোৎনবদা লৈরকপা অপনবা ময়াম অসিনা মরম ওইদুনা ফল অদু ফংবগী মতাংদা পল্লেপফম অমা খঙদনা লৈরকপা মতাংনি। ফংগনি ফংলোই হায়বগী য়েৎনবা মূক্লবা তানফম্লি। ফংবা ফংদবা অনী য়ক লাউনা মূকখায়নবগী তাংথকনি। লীলাগী অয়াম্বা শরূক কোনশিনবা লমদাংগী তাংথকনি।

নিয়তাপ্তি – মূক্লবদা অপনবা পূম্নমক মরায় চায়থরক্তুনা ফল অসি ফংগদৌরে হায়বগী পল্লেপফম খঙবা মতাং অমা লৈরকই নৎত্রগনা থম্মকই। ফংলবা য়ারে হায়বগী মতাংনি অদুগা ফংবমক্তি নৎত্রি। মূক্লবদা লৈরম্বা অপনবা পূম্নমক মথং মথং মাঙখিদুনা ঙাইহাক্কী মতুংদদি ফল অসি ফংলগনি হায়না লেপ্লবা মতাংনি। প্রাপ্ত্যাশাগী খোঙফমদদি নায়ককী পূক্লিংদা চিংনবা অমা লৈবনি। মতাং অসিদদি লৈত্রে। ফংবদা লেপ্লে।

ফলাগম – পাম্মিবা ফল অদু ফংলবা মতাংনি। ধনঞ্জয়না মাগী *দশরূপক* তা হায়রম্বনি–'সমগ্রফলসম্পত্তি: ফলোয়োগো য়থোদিতঃ।'–ফল পূম্নমক ফংলবদু ফলয়োগ (ফল ফংবা/ফলাগম) কৌরে। মসিদা ধনঞ্জয়না ফল পূম্নমক–সমগ্রফল–হায়রিবসিগী মরম লৈ। মরক্তা ফল মচা-মচা মচেৎ-মচেৎ মতাং মতাংগী ওইনা

ফংবসু য়াই। ফলাগমগী, অবোইবা মতাং অসিদদি মপূম ওইবা লমথুং অদু পূল্লপ ওইনা খোমজিন-তাশিল্লগা ফংলবগী ৱানি। মপূং ফাবা নত্তবা ফল মচা-মচা ফংখিবগী মতাংদুদি নিযতাপ্তি হায়রা তাঙ্কক অদুগী মনুংদা থমগনি ফলাগমদা থম্মোই। লীলাগী পাউজেল ফংলবা পূল্লোই লোইববা মতাংনি।

পনবা য়াবা মতাং অমনা নৌংচুপ্রোমগী লীলা নৈনবা (ড্রামাটোলোজী) অদুনসু লীলাগী সবজেক্টকী ডিভলপমেন্টতা ষ্টেজ (থাক) মঙাখক পল্লি— Exposition of Initial Incident, Growth of Rising Action, Climax. Denouement অমদি Catastrophe। মসিগা নোংপোক্লোমগী মঙা অসিগা মান্ননা অ.. মক লৌবা য়াই।

**অর্থ-প্রকৃতি ঃ** ফোঙদোক্লিবা অর্থগী লীচৎপুনি। লীলাবু (নাটক) ফলগী মাযকৈ তম্না পুবিবা পাম্বে (উপায) অদু অর্থ প্রকৃতি কৌই। কার্যগী অবস্থাশিংদা যাওবিবা অর্থ হাযবদি অবস্থাদা উৎলিবা অর্থ অদুগী মওং নৎত্রগা পাম্বে অদুবু হাযবনি। অবস্থানা থৌওং (ব্যাপাব)গী ফীভম অদুনি। অর্থ-প্রকৃতিনা থৌওংগী ফীভম অদুদা ফোঙদোক্লিবা অর্থগী বিধি অদুবু হাযবনি। মসিগীসু মশক মঙা লৈ—বীজ, বিন্দু, পতাকা, প্রকবী অমদি কার্য। হাযবিবা মঙা অসিসু ৱাবীবু ফল তান্না পুবদা ফোঙদোকপা মওংগী শক্তক্লি। হাযবদি শমজিন্না হাযববদা কার্যগী অব... অমনা লৈবিবা মতাং অদুগী থৌদৌ-থৌওং হাযবদি শীংথাবিবা উৎলিবা থৌদোক-ৱাথোকশিং অদুনা পূন্না পীবিবা অর্থ অদুবু হাযবনি। অর্থনা ৱাবীগী শক্তক নৎত্রগা মতাং উৎপগুম্বা হাযবনি। অবোইবগী ফল ফংলিবসি ফোঙদোক্লিবা অর্থশিংগী মওং অদুদগী ফংবনি।

বীজ — হাযবদি মক্ত, উহৈ-ৱাহৈদা যাওবা মক্ত হাযবনি। লীলাদা উৎলিবা আবম্ভগী মতাং অদুদা লৈবা পোৎলম অমনি। অহৌবগী মতাংগী থৌদোক-ৱাথোকশিংনা পীবিবা অর্থগী মশক অদুনি। লীলাগী মক্তগুম্বনি। মসিনা পোকখাযবক্লবদা লীলা-পাম্বী ওইবক্তদৌবিবনি। পাম্বীদা অমুক মহৈ (উহৈ) যানবগুম্না ফল লাক্তদৌবিবনি। লীলাগী অহৌবদা পীক্লা খজিক্তংদা উৎলিবা, ফল ফংবগী মবম ওইবিবা অমদি ৱাবীদা মওং কযামুক্তা যোকখৎলিবা মচাক (তত্ত্ব) অদুবু বীজ কৌই হাযনা ধনঞ্জযনা হাযবি—'স্বল্পোদ্দিষ্টস্তু তদ্ধেতুর্বীজং বিস্তার্যনেকধা' (*দশরূপক*)। লীলাদা ৱাবী মপূমগী মক্ত হুনবগী মওংনি। বীজগী মতাং অসিদা লীলাগী ফল ফুমদুনা লৈ। অহৌবদা অবোইবা ফুমদুনা থম্বগী মওংনি।

বিন্দু — মবক্তা মতাংগী ওইনা লাকপা ৱাবী লোইবা অদুগা মপূং ওইবা ৱাবীদি অমুক মখা চত্থবা, অনীগী তাইনফম মতাং অসিৱাইসি বিন্দু ওইববনি। বিন্দুনা ৱাবী অমগা-অমগা শম্নহল্লি। ধনঞ্জয়না হায়বনি—কবিগুম্বা অতোপ্পা ৱাবী মশা অমদগী খায়দোবক্তুনা মপূং ওইবা ৱাবীদু অমুক শমজিন্নহল্লগা মখা চত্থবগী মবম ওইনা লৈবকই, মসিবু বিন্দু কৌই—'অবান্তবার্থবিচ্ছেদে বিন্দুবচ্ছেদকাবণম্।' (*দশরূপক*)। বিন্দু হায়বা অর্থ-প্রকৃতি অসি থাউ মবীক অমনা ঈশিংদা তাবগা শব শন্দোকখিবগুম শন্দোকই। বিন্দু হায়বিবসি অপাম্বা পম্বুং অমা ফংবগা তৎলি অদুগা ৱাবীগী শব্দক মচেৎ খায়দোকখিবা মফম অদুদা অমুক শমজিন্নহল্লি। অদুনদি বিন্দু অসি লীলাগী ৱাবী পবীং অমদা অমদগী হেন্না যাম্না য়াওবা যাই। ৱাবী মপূংগা মশা মচা-মচা ওইবশিংগা খাযদোক্লদুনা মবক্তা মতম খবা লেপ্পুববা ৱাবী মপূং অদু মখা চত্থবকপগী শব্দক লৈবা মফমদা বিন্দু হায়বসি লৈবগী ৱানি। ৱাবী মশা মচা-মচা যাম্না যাওবিবগী মতীক বিন্দুগী মতাংসু য়ামগনি। অতেনবা লীলাদদি—ভান, প্রহসণগুম্বা—মসি লৈতবা যাই। (সন্ধি নৈনবকপদা য়েংসি।)

পতাকা — মপূং ওইবা ৱাবীগা শাংনা কুইনা ঈবোযননা চৎমিন্নবা অদুগা মপূং ওইবা ৱাবী অদুবু (আধিকাবিক) ফল তান্না পুবদা অচৌবা মতেং ওইবিবা মশা ওইবা ৱাবীগী মশক অসি পতাকা অর্থ-প্রকৃতি কৌনৈ। ধনঞ্জয়না 'সানুবন্ধং পতাকাখ্যং'—ঈবোযননা চৎমিন্নবা ৱাবী মচা ওইবদুনি—হায়না মশক তাকই। লীলা খূদিংমক্তা যাওদবা সুকযা যাদে হায়বা লৈতে।

প্রকবী — অতেনবা কুইদবা মতাং অমগীদা মপূং ওইবা ৱাবী পবীংদা য়াওবকপা অমুক তিন্নশনখিবা ৱাবী মচা-মচাগী মতাংদু প্রকবী কৌই। মসি 'দেশ-প্রদেশ অমত্তা হেন্দোক্তনা লৈ' হায়বদি মফম মতাং অমগীদমক যাওবনি হায়না *দশরূপক*না হায—'প্রকবী চ প্রদেশমাক্।' (ধনঞ্জয়, *দশরূপক*)।

কার্য — কার্য় হায়বদি ফল নৎত্রগা পম্বুং হায়বনি। নাযকনা মাগী লমথুং তাল্লিবদু ফংবা মতাং অদুবু কার্য় অর্থ-প্রকৃতি কৌই। মতাং অসি মপূং ওইবা ৱাবী অদুগী অবোইবা শব্দক ওইবনি। লীলা লোইবদুনা হায়গদবা ৱাফম হায়ববা উৎকদবা ৱাফম উৎলবা, ফল ফংলবা মতাংনি। অদুননি ধনঞ্জয়না কার্য় অসিমক প্রয়োজন (লমথুং-পম্বুং)মক্লি হায়না লৌবিবা। মথক্তা নৈনখ্রিবা অর্থ-প্রকৃতি মবি অসি অবোইবগী কার্য অসি ফংননবগীদমক্তা শীনবা অমদি শেম-শাবনি হায়না লৌবা তাই।

হায়বিবা অর্থ প্রকৃতিশিং অসি লীলা অমদা অইবনা ময়েক শেংনা ইদুনা

ফোঙদোক্লুনা য়াৎলগা থম্বা পোৎলম নত্তে। মসিদি ৱাবীগী খোঙয়াঙদা অসিগী মতাং অসিৱাইদা অসি অসিগী মতাং লৈ হায়দনা ৱাখলগী ওইবা পথ্থে অমা য়াৎপগী ৱানি। অইবসু ভাবোকসু মওং অসিদি খঙবা ফৈ। ভাবোক্তি খঙদবসু য়াই অইবদি মওং অসি খঙবা চুম্মী। লাম্বোকপদা মায় পাকপা অবাযবা থবক নত্তে।

সন্ধি ঃ চুংশিন্নবা হায়বনি। কার্যগী অবস্থাগা অর্থ-প্রকৃতিগা অনী অসি পূনশিনবা চুংশিন্নবগী ৱাফমনি। মপূং ওইবা অবোইবা ফল তানবগী মবক মবক্তা মসি ফংননবা লাক্লবকপদা, মবকী ফল মচা-মচা ফংবগী মতাং শোয়দনা লাক্তবা য়াদে। মযামসু ওইগনি। মসি ফংবগী মশক অসিনি সন্ধি হাযবসি। লীলাগী বস্তু অমা ফল তান্না পুখৎপদা কার্যগী অবস্থাগা অর্থ-প্রকৃতিগা ঈবোয়ননা অদুম্মক চৎমিন্নে। মখোয় অসি পূনশিন্নবদা সন্ধি ওই অমদি সন্ধি অসি মঙানি হাযনা ধনঞ্জয়না তাকই —

**অর্থপ্রকৃতযঃ পঞ্চ য়ঞ্চাবস্থাসমন্বিতাঃ।**

**য়থাসংখ্যেন জায়ন্তে মুখাদ্যাঃ পঞ্চ সন্ধয়ঃ।**

**(ধনঞ্জয়, *দশরূপক*)**

সন্ধি হায়বিবসিসু মীৎনা শঙশঙ হেক্তা উবা মফম মতম চপ চানা কক্লুনা উৎপা যাবা, উৎলবা পোৎলম নত্তে। ৱাবী অদু নীংথিনা মায় পাক্লা বস মতাং মতাংগী পোকহন্না ভাবোক্তা লাম্বোকপা মতাংদা ৱাবী পবীংগী থৌদোক-ৱাথোকশিংগা, থৌদোক-ৱাথোকশিং অদুনা থোকহল্লিবা অর্থগা অনী অসি উচন চানা চানা লেংশিন্দুনা উৎফম থোকই অদুতদা ৱাবী হাযবদি বস্তু অদু নীংথিনা লাম্বোকপা ঙম্মী হায়বগী ৱানি। মসিগীদমক্তা কার্যাবস্থা মঙাগা অর্থ-প্রকৃতি মঙাগা চুংশিন্ননা লৈহনবগী শকউদবা মচল অমা সন্ধি হায়দুনা নিযম ওইনা থম্বগী ৱানি। ধনঞ্জযনা ব্যাখ্যা ওইনা অমুক হায়বদা, কবিগুম্বা প্রয়োজন অমগা মবী লৈনবা ৱাবীগী মতাংশিংবু কবিগুম্বা অতোপ্পা প্রয়োজন অমগা মবী লৈনহল্লকই; মবী অসি সন্ধিনি—'অন্তবৈকার্থসম্বন্ধঃ সন্ধিবেকান্বয়েসতি।'— হায়না *দশরূপক*তা হাযবি। মসি মঙানি— মুখ, প্রতিমুখ, গর্ভ, বিমর্শ (অবমর্শসু হায), অমদি নির্বহণ (উপসংহাবসু হায)।

মুখ — প্রাবমভ কার্যাবস্থাগা বীজ অর্থ-প্রকৃতিগা অনীগী চুংশিন্নববু মুখ সন্ধি হায়না খঙনৈ। মতাং অসিদা বস মখল কয়ামুক পোকহনগদবা অদু মব্দ হুল্লি। ধনঞ্জয়না সন্ধি অসিগী কাযাৎ (অঙ্গ) তবানীথোই য়াৎলি—উপক্ষেয়, পবিকব, পবিন্যাস, বিলোভন, যুক্তি, প্রাপ্তি, সমাধান, বিধান, পবিভাবর্না, উদ্‌ভেদ, ভেদ অমদি কবণ।

প্রতিমুখ — প্রয়ত্ন কার্য়াবস্থাগা বিন্দু অর্থ-প্রকৃতিগা চুংশিন্নবদু প্রতিমুখনি। সন্ধি অসিগী মতাংদা ফল (প্রয়োজন—লমথুং) অদু অমুকসু উই, অমুকসু হেক উদে, হায়বদি ফংগদবসু মাল্লি অমুক ফংলোইদবসু মাল্লকই, তথক তথকপা মওংদা লৈ। *দশরূপক* ইবনা ফল ফংবগী ৱাসু উবা অমুকসু উদবা মতাংনি—'লক্ষ্যালক্ষ্যতযোদ্‌ভেদস্তস্য প্রতিমুখম্ ভবেত্'—হায়না তাক্লম্মী। কন্না মূল্লবকপা মতাংনি। মসিগী কায়াৎ তবাহুমদোই লৈ—বিলাস, পবিসর্প, বিধূত, শম, নর্ম, নির্মদ্যুতি, প্রগমন, নিবোধ, পর্যুপাসন, বজ্র, পুষপ, উপন্যাস অমসুং বণসংহাব। শাংবা তেনবা অমদি যাম্বা যামদবগী ৱাদনি লীলা অমদা হোৎনবা অসিদি যাওদবা সুপয়া যাদবনি।

গর্ভ — কার্যাবস্থা প্রাত্যাশাগা অর্থ-প্রকৃতি পতাকাগা চুংশিন্নবা মতাংনি। বীজ হাযবদি মরূ অদু অমুক মাঙখিবা অদুগা মদু হন্না হন্না থিবকপা মতাংনি। মস্বাযগী শরূক অসিদনি ফল ফংবগী লম্বেলদা অপনবা অথিংবা কযামুক লৈনা লৈনা ফল অসি (পম্থুংবুনি) ফংবদি শোয়দ্রে হাযবগী আশা অমা থম্মক্লিবসি। যাম্না তেনবা লীলাগী অতেনবা ৱাবী পবীংদদি পতাকা (মশা ওইবা ৱাবী) যাওদবা যাবকই। অদুনা প্রাপ্ত্যাসু শমজীনখিবা য়াই। অদুনা গর্ভ সন্ধি অসি তঙাযমক ফদবা হাযবদু ওইবক্তবা যাই। মসিগী মশক তবানীথোই লৈ—অভূতাহবণ, মার্গ, রূপ, উদাহবণ, ক্রম, সংগ্রহ, অনুমান, তোটক, অধিবল, উদ্বেগ, সম্ভ্রম অমদি আক্ষেপ।

বিমর্শ/অবমর্শ — নিযতাপ্তিগা প্রকবীগা চুংশিন্নবা মতাংনি। সন্ধি অসিদা ফল ফংবগী পাম্বে লাযথোবকই; অদুবু অপনবা হঞানবা মচা অমা নৎত্রগা খবা লৈবনা চান্নবা ফংলবা হাযবদুদি নৎত্রিবনি। খুনু মখোঙদা শম লৌবগুম্বনি। কুইগদবদি নৎত্রবনি। মসিগী কাযাৎ তবাহুমদোই লৈ—অপবাদ, সম্ফেট, বিদ্রব, দ্রব, শক্তি, দ্যুতি, প্রসঙ্গ, ছলন, ব্যবসায়, বিবোধন, প্রবোচনা, বিচলন অমদি আদান।

নির্বহণ/উপসংহাব — ফলাগম অবস্থাগা কার্য-প্রকৃতিগা অমত্তা ওইনা পূল্লবা খ্বাইদগী মরু ওইবা ফল নৎত্রগা লমথুং অদু ফংলবা মতাংনি। লীলা লোইববা মতাংনি। *দশরূপক* তা অসুম্না তেমশিল্লি—

**বীজবন্তো মুখাদ্যর্থা বিপ্রকীর্ণা য়থায়থম্।**
**ঐকর্থ্যমুপনীয়ন্তে য়ত্র নির্বহনম্ হি তত্॥**

**(ধনঞ্জয়, *দশরূপক*)**

হায়বদি, হৌজিক ফাওবদা ইচাই চাইনা লৈবম্বা কথাবস্তুগী বীজ (মরূ) যাওবা

মুখনচিংবা অর্থবু পন্থুং অমগীদমক্তা পুল্লপ খোমজিন তাশিল্লকপা নৎত্রগা অমত্তা ওইনা থম্মকপা অসি নির্বহন সন্ধিনি—অসিনি। লীলাগী মপূং ফাববা মতাংনি। মসিগী মতুংদদি সুপ্পগী 'ভবত-বাক্য'দমক ওায়বে। সন্ধি অসিগীসু কায়াংশিং লৈ; মশীং তবামবি ওই। মখোয়দি—সন্ধি, বিবোধ, গ্রথন, নির্ণয়, পবিভাষণ, প্রসাদ, আনন্দ, সময়, কৃতিভাষা, উপগূহন, পূর্বভাব, উপসংহাব অমদি প্রশস্তি—অসিনি। (সন্ধিশিংগী অকুপ-অকুপ্পা মখল নৎত্রগা কায়াংশিংদি শব্দোক্তে।)

কার্যগী অবস্থা, অর্থ-প্রকৃতি অমদি সন্ধি হায়বিবসি, মথক্তসু মতাং মতাংগী ওইনা পনপ্রে, হেক্তা শঙশঙ উনা 'অঙ্ক', 'দৃশ্য' হাযনা থাবদৌনা ইদুনা থম্বা নৎত্রগা ফোঙদোকপা নত্তে, ৱাবী পবীংবু মওং চুম্না মায় পাক্লা লাম্বোক্তুনা ফল হাযবদি লমথুং অদু ময়েক শেংনা ফংননবা ৱাখল্লোনগী ওইবা নিযমনি। অহুম অসিনা মতা চানা পূনশিন্নবগা লীলাগী বস্তুবু তাংথক নাইনা মচা খাযনা বসকী অশেংবা নুংঙাইবা অদু পীদুনা ফোঙদোকপা তশেংনা ঙম্মবনি। কার্যগী অবস্থানা কার্য হায়বদি লমথুংদা মবী লৈনৈ; অর্থ প্রকৃতিনা কথাবস্তুগা অমদি সন্ধিনা লীলা ইবগী মইগা। অহুমগী অমগা অমগা মবী থম্নবসি অসুম্না নীংশিংবা যাই—

| | কার্যাবস্থা | অর্থ-প্রকৃতি | সন্ধি |
|---|---|---|---|
| ১। | আবম্ভ/প্রাবম্ভ | বীজ | মুখ |
| ২। | যত্ন/প্রযত্ন | বিন্দু | প্রতিমুখ |
| ৩। | প্রাপ্ত্যাশা | পতাকা | গর্ভ |
| ৪। | নিযতাপ্তি | প্রকবী | বিমর্শ/অবমর্শ |
| ৫। | ফলাগম্ | কার্য | নির্বহণ/উপসংহাব |

ৱাফম অমনা নৈনবগী মতাংদা পন্নবদা সন্ধিদমক পল্লগা পল্লিবা সন্ধিদুগী মবী লৈনবা অবস্থা অমদি প্রকৃতিগী মমিং পন্দবা য়াই। অসিদি অদুম্মক যাওজববা পল্লুদ্রবসু য়াববা মচলনি। হায়বদি 'মুখ' সন্ধি লৈবে হায়না হায়বদা 'আবম্ভ'গা 'বীজ'গা অনী অসি অদুম্মক লৈববনি, হায়কদ্রবসু য়াবে। অদুনা মহাকাব্য নৈনবগী মতাংদা সন্ধি মঙা য়াওই হায়না পল্লিবদুদা (মহাকাব্য নৈনবদা য়েংসি) কার্যগী অবস্থাশিং অমদি অর্থ-প্রকৃতিশিং অদুম্মক য়াওববনি। অদুনা সন্ধিগা মবী লৈনবা মচল অনীসিসু ঈবোয়ননা শাফা ওইবা তাই।

নেতা/পাত্র ঃ লীলাদা শোয়দনা চঙবা বস্তু, নেতা অমদি বসকী মনুংদা বস্তুগী মতাং নৈনপ্রে। মথংদা নেতা হায়বদি পাত্রগী মতাং নৈনবি। শক্তম লাংবা মীওই

হায়বদি পাত্র হায়রিবসি চণ্ডদবা য়াদ্রবা অমনি। মীওই অসিদা তাংলগা লীলা অসি শাগৎলিবনি। মক ওইবা নৎত্রগা মপূং ওইবা নুপা শক্তম লাংববু নেতা নৎত্রগা নায়ক কৌই। লীলাগী বস্তুবু হৌবদগী লোইবা ফাওবা পুদুনা চৎলি হায়বগী নেতা কৌবনি। নায়ক হায়না ময়াম্না খণ্ডনবা হেল্লি। লীলাগী অবোইবা ফল ফংলিবসি নায়ক অসিনি। ব্রাবীগী নাক-য়েৎ পূম্নমক মাবু কোয়শিন্দুনা লৈ। নায়কী মহৌশাগী ওইবা লীচৎ (প্রকৃতি নৎত্রগা স্বভাব)কী য়ূম্ফমদা মখল মবি লৈ—ধীবোদাত্ত, ধীবপ্রশান্ত, ধীবললিত অমদি ধীবোদ্ধত। ধীব, হায়বদি ঈংবা তপ্পা হায়বসিমদি নায়ক মবিমক্কী মান্নবা গুণনি; ভাবতকী ওইবা শক্তম (কনসেপ্ত)নি। ভাবতকী শক্তমদি মতম পূম্নমক্তা তমজনফমগী থাক্তুদা পান্দম লাকপনি।

ধীবোদাত্ত — ঈংবা তপ্পা পূকচেল য়াম্নমক চাউবা মীওইনি। মণ্ডল (শক্তি) লৈবা লোয়ননা ঙাকপিবা হৈবা, ঐনি হায়বগী চাউথোকচবা (আত্মা গৌবব) নোল্লুকপা অমদি পোঙবা লৈতবা হাযবা গুণ অসি চেনবা মীওইনি। বাম, যুধিষ্ঠিব, খম্বগুম্বনি।

ধীবপ্রশান্ত — ঈংবা তপ্পা, পেনথোকপা অমদি পেনবীহৈবা মীওইনি। অব্রা-নুংঙাই অমাঙ-অতোংদা পূকচেল চাং অমদা অদুম লৈবা থম্মোয় চেনবা লীচৎকী মীওইনি। থম্মোয় থোৎলি। *মালতী-মাধব* লীলাগী নায়ক মাধবকুম্বনি।

ধীবললিত — ঈংবা তপ্পা, থম্মোয যাম্না নৌবা মীওইনি। নুংঙাইবা থিজবা, কলা-বিদ্যাদা যাম্নমক থব্রায় যাওজবা মীতানি। নুংশি-নুংঙোন্দা য়াম্নমক খোয়দাজবনি। *শাকুন্তলম* গী দুষ্যন্ত, *বত্নাবলী* গী উদযন নিংথৌগুম্বনি।

ধীবোদ্ধত — ঈংবা তপ্পা থৌনা শক্তি লৈবগা লোয়ননা মাযা হৈবা, থোক খবসু অদুম মতৌবা মীতানি। পোঙজবা মশাবু থাগৎচবা শাউগনবা অমদি শাথিবা মীওইনি। বাবণ অমদি মেঘনাদগুম্বনি।

ভাবতকী সাহিত্যদা হৌবদগী শৃঙ্গাব হাযবদি নুংশি-নুংঙোনগী লমদা থব্রায় য়াওবকই। (মালেমগী সাহিত্যগী ওইনসুনি) শৃঙ্গাব বস অসিনা বস পূম্নমক্কী মকোক-মপূংনি হায়বা মীওই—নৈনবা অমদি ইবা—যাম্না লৈ। মসিবু বসবাজ ওইনা লৌদুনা য়াম্না পাকথোক শন্দোক্না নৈনবক্কি। (বস মখল নৈনবদা য়েংবিযু।) মসিদগী শৃঙ্গাবিকতাবু যূম্ফম ওইহল্লগা নায়ক অসি মখল মবি থোক্না খায়দোক্লে—দক্ষিণ, ধৃষ্ট, শঠ অমদি অনুকূল। নায়িকা অমদগী হেন্না লৈবা নায়কনা মাগী নায়িকা পূম্নমক চপ মান্নন নুংশিনা তৌববদি মাবু দক্ষিণ নায়ক কৌই। নায়িকা নৎত্রগা নায়িকাশিংগী মফমদা ইকায়বা হঙ্গোইবা নৎত্রগা চিংনবা লৈতনা লোয়নবিবদু ধৃষ্টনি। য়াম্না হৈশিংবা

নাযিকা অমদনা নুংশিবগী লীচৎ চৎলুবদু অতোপ্পী অমদনা মবাল লোৎনবা লাক্লবা, খঙলবা ফাওবদা থূপ্লবা অদুম লাক্লবা নায়কতু শঠ হায়না খঙনৈ। মাগী নায়িকা অমত্তদা (লুহোংদুনা লৌববী নৎত্রগসু চান্নবী) মাগী নুংশিবদু লেঙদনা থম্বা অতে লাম্মুদবা নায়কতু অনুকুল নায়কনি। মখল খূদিংমক অমুক উত্তম, মধ্যম অমদি অধম হাযদুনা থাক অহুম অহুমদা থম্মী।

নাযক অমগী নুপী নৎত্রগা নুপীশিং নৎত্রগসু মাগী চান্নবীশিংবু নাযিকা হাযনা খঙনৈ। লীলাগী ৱাবীদা মপূং ওইবা মীওই ওইদ্রবসু যাই। নায়িকাগী মখল য়াম্না পীবম্মী। জাতি নৎত্রগা শাওং-শাদাগী যূম্ফমদা নাযিকা মখল মবিনি—পদ্মিনী (থম্বালগুম্বী), শঙ্খিনী (মোইবূংগুম্বী), চিত্রিণী (লাইগুম্বী) অমদি হস্তিনী (শামু অমোমগুম্বী)। মানা মানা পাঙথোক্লিবা, নুংশিবগী লমদা, থৌদৌ (কর্ম)গী মতুংইন্না অহুম লৈ—স্বকীয়া (মশাগী নুপী), পবকীযা (অতোপ্পগী নুপী) অমদি সামান্যা (ওক্তবী)। চহী হাযবদি অহল-নহা ওইবগী মওংগী মতুংইন্না অহুম লৈ—মুগধা (মপূং মবৈদি ফাববা ঈবাংদি যাওদ্রিবী), মধ্যা (মযাযগী, ঈবাং * ববী) অমদি প্রৌঢ (লিশিল্লক্লবী—অয়াম্বা মতাংদা চহী ৩০দগী ৫০ ফাওবদা লৈবী)। ফীভম অমদি নাক-যেৎকী অকোয়বগী ফীভমগী মতুংইন্না মখল নিপান লৈ—স্বাধীনপতিকা (মপুবোইববু খূদুমদা থম্বা ওম্বী), বাসকসজ্জা (মযূম-মকৈ অমদি মশা লৈতেংদুনা নাযকপু ঙাইবিবী), বিবহোৎকন্ঠিতা (নাযক অদু শোযদনমক লাক্লনি হাযনদি থাজজবগা হৌজিকমক্তি লাক্তবদগী লাঙতক্লনা ঙাইবিবী), খণ্ডিতা (নায়ক অদু অতোপ্পী অমগীদা অহীং লেল্লুবগা অয়ূক মনাক্তা লাকপদা তথী-তথী তনা-তনা ঙাঙবী), কলহান্তবিতা (নাযককা খৎনথোক্লুনা তোঙান লৈহৌবগা কোন্ননা তকশী শোন্দুনা লৈবী, বিপ্রলব্ধা (নাযককা উনসি হায়নবা মফমদা চৎলগা লৈবমদবদগী ৱাববী), প্রোষিতপতিকা (নাযকনা লংফেদা লৈখিবদগী ৱাজবী) অমদি অভিসাবিকা (নাযকপু হাযনবা মফম অমদা উনবা চৎলিবী)। খম্বনবা লীচৎকী মীৎয়েংদগী খায়দোকপা মখল অহুমসু লৈবি—ধীবা (নায়ককী মশাদা অতোপ্পী অমগী খূদম ফংবদা কবেম্নদুনা শাউবা উৎপী), অধীবা (খূদম ফংবদা তপথবা ঙমদদুনা শাউববী) অমদি ধীবাধীবা (খূদম থেংনবদা কবেম্লনা অমদি অমুকসু অপাননা ঙাঙদুনা শাউবা উৎলিবী)। ফনা ফজনা কূপ্লবা মখল অসিনসু পেনফাত্তবা মীওই লৈবা যাবি। মীৎয়েং মখল মখল অমদি মখল মখল কযাসু শীংথাবা য়াওনবি।

নায়ক নায়িকাদা নত্তনা লীলা অমদা পাত্র য়াম্না য়াওবনি। তেংবাংবা মকওইবা ঙাক্তনি। খবা হেন্না মকওইবা, পনবা তাবা খবগসু, মসিগী মনুংদা লৈবি। মখাদা নৈনবি।

প্রতিনায়ক — নেতা নৎত্রগা নায়ককী মাযোক্তা লৈবা মীওইনি। খলনায়ক হায়নসু খঙনৈ। লীলাগী ব্রাবী পবীংদা মাগীসু চপ চানা মফম লৈ। বস্তুগী থাক মথং মথং পুখৎলকপদা অপনবা ওইবিবা মূক্লবা অমা থম্মকলিবসি অসিননি। নায়ক অমগুম্না মক ওইবনি হায়না লৌবা য়াই। নোংবানগুম্বনি। খম্বগা লাম্বা পাবিবা নোংবাননি। অচম্বা নত্তে। মহাকসি নায়ক মীওই মবিদুগী মনুংদা ধীবোদ্ধত মীওই ওইনা য়েক্লে। য়াওদবা য়াদবা ওইনা লৈ।

বিদূষক — বিদূষক হাযবসি বাম, খম্বা, তোম্বা হাযবগুম্বা পাত্র অমগী অককক্লবা মিং নত্তে; নায়ক, খলনায়ক হাযবগুম্বা পাত্রগী মওং-মখল অমনি। মসি ফাগী পুবা, চাগনবা, লৌশিং চাউবা অমদি ঙাঙবা শকপদা বেবা হাযবা লৈতবা, নায়ককী যাম্লমক চান্নববা, অচিৎ-অকোম মনুং হুনজিন্না খঙবা মীওইনি। সংস্কৃত-লীলাদদি ব্রাহ্মণ ওইগল্লি। শৌবা, শোইবোনগুম্বনি। তৌবতবু শৌবাখোয়দি নোংবানগী মাযকৈদা লৈ। বিদূষকতি নাযকা লোযননা লৈবনি। অমত্তমক য়াওগল্লি। লীলাদা মাগী মমিং অমা অদুম লৈ। *শাকুন্তলম* গী বিদূষককী মমিং মাঢব্য কৌই; *বত্নাবলী* গীনা বসন্ত কৌই।

পীঠমর্দ — নাযককী মব্দপনি। বিদূষককুম্বদি নত্তে। মাদি চীংলেম্বা, নায়ককা লোযনবা মব্দপ অমনি। প্রাসংগিক বস্তু হাযবদি মশা (মচা অচৌবা) ওইবা ব্রাবীগী মকওইবা পাত্র ওইগল্লি। নাযকপু থাক মথং মথং পুখৎপদা মসিগী চাউববা থৌদাং লৈ। মসিবু পীঠকেলি হায়নসু খঙনৈ। খম্বগী মবাই থোকপা ফৈবোইজাম্বগুম্বনি। পীঠমর্দ অমদগী হেনবা য়াই। সংস্কৃত লীলাদা নায়ককী মব্দপ অসি মখল মবি খায়দোক্তুনা থম্নৈ।

সূত্রধাব — লংলা পায়বা মী হায়বনি। লীলা হৌবকপদা থোবক্তুনা মঙ্গলাচবণনচিংবা থীবা পাবা নৎত্রগা ফীবাল চিংখত্তুনা হৌবগী থবক তৌবা পাত্র অমনি। লীলাগী মনুংদা হায়বদি বস্তুদা য়াওবা মীদি নত্তে। লীলা হৌদোকপা মীনি।

স্থাপক — অসিসু লীলাগী মনুংদা য়াওবা পাত্রদি নত্তে, লীলা পানখৎপদা সূত্রধাবগী মতেং পাংবা লীলা হৌদোকপা শাম্নগদবা লীলাদুগী মতাংগা চান্নবা-চূনবা ফিজেৎ শেত্তুনা থোবক্তুনা শাথেক্লচিংবা খবা উৎপা মীওইনি। সূত্রধাবগা ব্রাবী শাবসু

য়াই, ৱা ঙাঙদবসু য়াই। নুপা ওইগন্নি।

অভিনয় ঃ

ভরত মুনিনা শব্দোক্লা তাক্লম্বগী মতুংইন্না 'অভি' হায়রা উপসর্গ অসিনা 'নীঞ' হায়বা ধাতু অসিগী মমাঙদা তপ্পগা 'অভিনী' ওইরে; মসিদা অমুক 'অচ্' প্রত্যয় মতুংদা তপশিল্লগা 'অভিনয়' হায়না ৱাহৈ অসি থোকই। ৱাহৈ অসিগী অর্থ ভরত মুনিনা অসুম্না তৌই–

**অভিপূর্বস্তু নীঞ্ ধাতুরাভিমুখ্যার্থনির্ণয়ে।**

**য়স্মাৎপ্রয়োগংনয়তিতস্মাদভিনয়ঃস্মৃতঃ ॥**

**(ভরত, *নাট্যশাস্ত্র*, ৮/৬)**

হায়বদি, অভিনা মাঙওইনবা নীঞ্ ধাতুনা মাঙগী পোৎকী অর্থ লেপ্পদা হায়বদি মাঙদা উনা উনা অর্থ লেপ্পুনা, তৌরিবা লীলা অদুবু অসুম পুদুনা উৎলি হায়বগীদমক মসিবু 'অভিনয়' হায়না খঙনবনি। মুনি অসিনা খরা অমুক্তা লায়থোক্লা তাক্লম্বনা—হকচাংগী শাথেক (শাখা), কায়াৎ (অঙ্গ) তরূক (হায়বদি কোক, খূৎ, খ্বাং, থবাক, নাক অমদি খোঙ) অমদি কায়াৎকী শরূকশিং (হায়বদি মীৎ, পীশুম, নাতোন, চীনবান, খজাই অমদি খদাং) অসিগা শান্নরিবা লীলা অদুগা শাগোন্ননা চৎমিন্নদুনা হীরম কয়াবু মওং কয়ামুক্তা খঙহল্লিবদুবু অভিনয় কৌই। (*নাট্যশাস্ত্র*, ৮/৭) শন্না হায়রবদা লীলাদা পাত্রনা ৱাফম খরা ফোঙদোক্লবা শীজিন্নরিবা পান্নৈদু অভিনয় (হায়বদি এক্টিং) কৌবনি। অভিনয় অসিনা লীলাগীদি হকচাংমক ওইরবনি; মীওই-মীতৌ, শাওং-শাদা ওইবনি। অভিনয়গী মতাংদা ভরত মুনি অমদি অতৈ মায়চৌশিংনা য়াম্নমক পাক শন্না মচা খায়না কূপথনা নৈনরম্মী। মওংবু কোকনা তৌবা য়াবা মওং তরাহুমদোই, নাতোন্না করি উৎপা য়াবা, খজাইগী মওং তরূক, চীনবানগী থবক তরূক অসিনচিংবা ময়াম ময়াম অমা উৎলম্মী। য়ামগ্রবা পোৎনি। কূপত্রে।

অভিনয় মখল মরি লৈ–হকচাং কায়াৎকী ওইবা (আঙ্গিক), ৱাঙাঙগী ওইবা (বাচিক), ফীজেৎকী ওইবা (আহার্য) অমদি সাত্বিক ভাব ফোঙদোকপগী ওইবা।

**আঙ্গিকো বাচিকশ্চৈব আহার্য়ঃ সাত্ত্বিকস্তথ।**

**জ্ঞেয়স্ত্বভিনয়ো বিপ্রাশ্চতুর্ধা পরিকল্পিতঃ ॥**

**(ভরত, *নাট্যশাস্ত্র*, ৮/৯)**

হকচাং কায়াৎকী ওইবা–খোঙ-খূৎ, মায়-মীৎনচিংবা হকচাংগী কায়াৎশিং

লেঙ-ওৎতুনা তৌবা অভিনযনি। কায়াৎ খূদিংমক্কী অভিনয় লৈ। জগোয়গী মওং অমদি মখল ফাওবা মসিগী মনুং চল্লি।

ৱাঙাঙগী ওইবা—ৱাঙাঙনা ফোঙদোকপা পূম্নমক কোনশিল্লি। ঙাঙবা শকপদা শীজিন্নবিবা ৱাফম পূম্নমক্লি। (নোংচুপলোমগী ৱাবী-ৱাতাই—ডাইলোগ নৈনবদু অসিগী মনুংদা লৈগনি।) লীলাদা লৈবিবা ৱাঙাঙ পূম্নমকসি মওং মঙাদা লৈ—পাত্র মশেল ৱাবী শাবা (কথোপ কথন), নাইতোম ঙাঙজবা (স্বগত কথন), নোংথক্তগী লাউথবকপা (আকাশ-ভাষিত), মনুংদগী কনাগুম্বা অমদা ঙাঙলকপা (নেপথ্য-কথন) অমদি ঈশৈ-নোংমাই (সংগীত)। ৱাঙাঙ অসিদি ৱাহে অমদি অর্থগা মবী লৈনবগী মওং পূম্নমক য়াওবা তাবনিনা 'শব্দার্থৌ সহিতৌ কাব্যম্'গী মতুং ইন্না সাহিত্যনি হায়না লৌদুনা কাব্য অসি নাট্যগী মনুংদা যাওবনি হায়না ভরত মুনিনচিংবনা লৌখিবনি। মমৈথংদবুদি নাট্য অসি কাব্যগী মনুংদা থম্নবে।

মবক আসৈদা খন্ননবিবা ৱাফম অমনা লীলাগী মনুংদা অইবনা দৃশ্যগী মওং উৎনবা, নাক-য়েৎ মওং তাক্লবা, লোযননা পাত্রশিংনা তৌগদবা মওং তাক্লুনা ব্রেকেটনচিংবা শীজিন্নদুনা ইবম্বা হাযবদি ফোঙদোকপা মতাং অমসু লৈবি। মসিনা কদাযৱাইদা থম্বা? মসিমদি লীলা নৈনবগীশিংনা থোইনা নৈনবমদে। নহানৱাইদি মসিগী মকওইবা মওং অসি শীংথাবা যাদবা অবায়বা ওইনা লৌনবম্বা তাই। ৱাহে-ৱাতাগী মওংদা হাযববসু অভিধার্থদা অতা-অতাবী ওইবনিনা লায়থোক্লবম্বা ওইবম্বা য়াই। অদুবু মসিগীসু চপ চাবা মথৌ লৈবি। অতৈ কাব্যশিংদগী তোঙান্না তাহনবদা মসিনা চাউববা মচল অমা ওইবিবনি। পাত্রশিংগা লোযন-লোয়ননা লীলা পানখৎপদা মবী লৈনবা থৌদাং পাঙলিবা মীওইশিং যাওনা খূদুমদা থম্মিবনি নৎত্রগা মমায চুম্মিবনি। অদুনা মসিগীসু মফম পীবিফম থোকই। লীলা মায় পাক্লা পুথোকপদা মসিগী থৌদাং লৈতবা যাদবনি। বিভাবনচিংবগী মওং-মতৌ তাকপা লমজীংনি। অইবগী 'লমজীং' হাযবগুম্বা তোঙানবা মচল অমা ওইনা থম্বা কান্নগনি।

আহার্য—ফীজেৎ-লৈতেংগী ৱানি। লম লমগী মীওং-মীওংগা চান্নবা শেৎপা লৈতেংবা মরু ওই। লীলা হায়বসিমক্তবু মতৌ তমদুনা মওং মালহন্দুনা উৎপনি। ফীজেৎ-চাকচা, লৈতেংবগী মওং, শেৎপ-ইনবগী মওংনা মীবু মশক তাকচৈ। নিংথৌনা নিংথৌগী চাক্লিবনা চাক্লিবগী ফীজেৎ শেৎপা তাই। মসি তঙায়ফদবনি। মসিসু অভিনয মখল অমনি।

সাত্বিক ভাব ফোঙদোকপগী ওইবা—পাত্রগী নুংদা ফাওবা ৱাখলগী হায়বদি

পূক্লিংগী ফীভমনি সাত্ত্বিক ভাব অসি। তু খ্যাও চুংবা, কোকচাওবী কাবা, নিংদোল চোংবা হঙ্গানবা অসিনচিংবসি সাত্ত্বিকনি। মসিদি মথন্নতা ওইজরকপা (ভোলন্টরী) ফীভমনি। মসিদি মী মশা, হায়বদি পাত্রগী মশাদা মনুংদা ফাওবনিনা তশেং তশেংনা ফোঙদোকপদা খরা কোইনা উৎতবা য়ারোই। পোঙনা নোকথোকপা, কপ্পা, চপ তিংনা লৈবা, হুমাই হুম্বনচিংবা পাম্বে শীজিন্নদুনা উৎথোক্লবা হোৎনবা তাই। ঙমদবদি নত্তে। তু চুংবগী তুখোঙ চাউথোকপদু ভাবোক্তা উৎপা ঙমদ্রবসু তু চুংই হায়বদি উৎনবা পাম্বে থিবা তাবনি। অসিগুম্বা সাত্ত্বিক ভাবশিং ফোঙদোক্লবা অচাবা পক্লবা পাম্বেশিংদু সাত্ত্বিক-অভিনয়নি। (সাত্ত্বিক ভাব নৈনবদা শন্দোক্লা য়াওরি।)

রস ঃ নাট্যগী অমত্তা ঙায়বা মপুং ওইবা পন্থুংনি—নুংঙাইবা। হায়নবা লৈ—'কাব্যেষু নাটকম্ রম্যম্'—কাব্যশিংদনা নুংঙাইরিবসি নাটকনি। নুংঙাইবা হায়রিবসি বস চূপ্পনি। ভরত মুনিনা 'রস'কী শক্তম (কনসেপ্ত) শাগৎখিবদু অশেংবদি নাটককী যূম্ফমদনি। বিভাবনচিংবগী ৱাখল্লোন অসিমক ফম্বাক্তা উৎলিবা মীওই অমদি নাক-য়েৎ অদুদা তাংবনি। কাব্য হায়বদি সাহিত্যরোমদদি কোন্ননা লৈশীল্ল পনি। সাহিত্যদা শীংথারিবা বিভাবনচিংবদু লীলাদা শঙ-শঙ উবদৌনা সহৃদয়না হায়বদি ভাবোকনা শঙ-শঙ উরবা মতুংদা বসকী ফীভম ফংবা ঙম্বনি। হায়বদি মীৎমাঙদা শঙ-শঙ উবগুম সাহিত্যগী নাক-য়েৎ অদু উবা ঙম্মবা মতাংদা নুংঙাইরকপনি। অসিননি সহৃদয় ওইরবা ভাবোক্তি লীলা অসি য়েংদ্রবসু পাবতদা মীৎতা চপ চানা উবা ঙম্নে হায়রিবা। লীলাগী কায়াৎ পূম্নমক্লা রস পোকপদা মতেং পাংই। অদুনা লীলাদা যাওরিবা রস অসি অপূনবগীনি। মসিবু ভাবতকী লীলা নৈনবশিংনা নাট্যবস হায়না কৌনৈ। অভিনবগুপ্তনা নাট্যরসপু 'নাট্যগী অপূনবা মওংদা পোকহনবা রসনি—'নাট্যাত্ সমুদায়রূপাদ রসঃ' অমদি 'নাট্যসিমক বসনি অদুগা বস পূম্নমক্কী মশকসিমক নাট্যনি—'নাট্যমেব রসঃ রস সমুদাযো হি নাট্যম্'—হায়না মাগী *অভিনবভারতী* দা কন্না হায়রম্বনি। শম্মা হায়রবদা নাট্যদা রস অসি চঙদবা য়াদ্রবা মচল অমনি। বস সম্প্রদায়গী মোত লৌবা তারবদি মসিনা কাব্য ওইবিবা নাট্য (দৃশ্য কাব্য) অসিগী আত্মা ওইরবনি। মখল পূম্নমক্কী রস পূম্নমক নাটকতা চঙই। শান্ত বস অসিদং উৎপা যাবা য়াদবগী নৎত্রগা উৎপা ঙম্বা ঙমদবগী মতাংদা য়েৎনবা খরদি লৈ। অতৈদি নাটকতা য়াওই। শান্তগী মতাংদসু ইঙম্মক ঙমদবা উৎপা সুকয়া য়াদবদি নত্তে। বসনা খ্বাইদগী মপুং ওইবা মচলনি। কাব্যদা রসকী মফমদি নৈনখরে।

বস্তু, নেতা অমদি রস অসিনা লীলাগী মপূং ওইবা য়াওদবা সুকয়ামক য়াদ্রবা

মচলনি। হীবম, পাত্র অমদি বস হায়বিবা মচল অসিগী মনুংদা হৌজিক ময়াম্না য়ানবিবা, নোংচুপলোমগী মীৎয়েং য়াওববা পোৎচঙশিং—থিম, প্লোট, মীওই (পাত্র), ৱাবী-স্বাতাইনচিংবা—অসি লোইনমক নৈনবা য়াওববনি। হেন্না কূপথবা মওংদা লৈববনি। মসিগী মথক্তা লীলাদা, ভাবতকী ওইবা চৎনবী (পবম্পবা)দা খবগসু লৈবি। মখাদা নৈনবি—

মিংথোল — মমিং থোন্দবা লীলা লৈবা হৌনদে। তৌবগীদি য়াম্নমক নৌবা, হৌজিক হৌজিকমক চখবিবা মতাংগী ওইনদি নুক্কড, লম্বী লীলা—ষ্ট্রীট প্লেগুম্বা খবদদি থোন্দনা শান্নবসু ময়াওই। অদুমকপু মযেক্তদি (স্বপ্ত) অদুম্মক য়াওফম থোকই। মমিং অসি লীলাদুগী মকওইবা পাত্র নৎত্রগা পাত্রশিংদা অমা নৎত্রগনা লীলাদুগী বস্তুগী ফল অদুদা অমা থোনবা চৎনৈ। মওং অনীসি পূনবসু যাই। উৎপা পাম্মিবা ৱাফম অদু উৎপা মিংথোলনা হেন্না নম্না থোন্নৈ।

পূর্ববঙ্গ — হৌবা খঙনবা খূদমনি। মন্ত্র থীনবা, খোঙবা, ঈশৈ শকপনচিংবা তৌদুনা হৌগদৌবে হায়বা তাকপনি। পাউ পীবনি। সূত্রধাবনা ফীবাল চিংখৎপা অদুগা লৈ চাইথবকপনচিংবা তৌনবম্মী। পাম্নে অমদি মওং খেন্নবগী ৱানি হৌজিকসু লাউবা, ঈশৈনচিংবা খোংবা মন্দিলা খীংবনচিংবা তৌদুনা ভাবোক্তা পাউ অদুম তাক্লি।

নান্দী — হেক হৌবদা নীংজবা ঈশ্বব অমদা হায়জবা খুকমজবগী মতাং মঙ্গলাচবণ হায়বদুনি। থৌনিজবগী মওংনি। শ্লোককুম্বা থীদুনা, ঈশৈ ওইনা শক্লুনা হৌদোকপনি। নান্দী পাবা নৎত্রগা থীবগী থবকসি কনানা তৌবগে হায়বগী মতাংদা মোত খজিক-খজিক্তং খেন্নবা লৈ। খবনা সূত্রধাবনা তৌগদবনি হায় অদুগা খবা অমনদি পুবোহিত অমনা তৌবগা মতুংদা সূত্রধাবনা মাগী থবক চখগদবনি হায়। পাবা, থীবগী মতাংদা খেন্নবগী ৱানি নান্দী—মঙ্গলাচবণ অসিমদি শোয়দ্রবনি। মওং অমদা নৎত্রগা অমদা হৌজিক ফাওবা লৈবি। য়াম্নদি কোমথোক্লবে।

বঙ্গদ্বাব — নান্দী পাবা থীবা হেক লোইবগা স্থাপক হায়না খঙনবা পাত্র অমা (নৎত্রগা হেনবসু য়াই) লীলা অদুগী নাক-য়েৎকা চান্নবা ফীজেৎ লৈতেং তৌদুনা থোবকই অদুগা অভিনয় মতেক অমা নৎত্রগা জগোয়গী শাথেক খবনা ভাবোকপু লীলাদুগী নাক-য়েৎতা পুনবা তৌই। লাইনচিংবগী ৱাবী ওইবগা লাইগী ওইবা ফিজোল অমদি শাথেক তৌই; মীগী ওইবগনা মীগী। স্থাপক থোক্লকপগা ঈবোয়ননা সূত্রধাবনা লীলাগী মমিং, অইবগী মশক-মমিং গোত্রনচিংবা হায়দুনা ভাবোক্তা খঙহন্নবগী থবক তৌই। মতুং হেক তাবকপদা লীলা অশেংবদু হৌহল্লি।

পূর্ববঙ্গ, নান্দী অমদি বঙ্গদ্বাবনা তৌবিবসি তযাং-তশোইনা ইবাঙ লাঙনা লৈবা ভাবোকশিংগী পূক্লিং লীলাবোমদা চপ চানা চিংশিনবগী থবক্নি। মসি হৌজিক হৌজিক্কী লীলাদদি কয়া তৌনদ্রে। অদুমকপু পূংলেপ লেপখিবদি নত্তে।

ভবত-বাক্য — লীলা লোইবদা, হাযবদি বস্তুগী ফলাগম মতুংদা, পাত্র অমা (সূত্রধাবসু ওইবা য়াই) নৎত্রগা মযাম্না থোবক্তুনা থাগৎপদৌনা মঙ্গল নৎত্রগা যাইফ-পাউজেল পীবদৌনা তেল্লপ্না কবিগুম্বা খবা ঙাওই। ঈশ্ববগী মফমদা, চাকহোং ঙাহোংনবা খুঞ্জাও লৈচাওনবা খুকুম্বগী মওংসু তৌই।

মচল অসিগী মতাংদসু মোত মান্নদবা খবা অদুম লৈ। ভবত হায়বদি নট, হাযবদি পাত্র ওইনা লৌই; বাক্য হায়বনা ৱাঙাওনি। লীলা লোইখ্রবা মতুংদা পাত্রশিংনা হাযবগী মওংদা ঙাঙবনিনা লীলাগী পোৎচঙ নত্তে হায়নবা যাওই। অদুমকপু অইবনা লীলাগী শব্দক অমা ওইনা ইবম্মগা পাত্রশিংনা উৎপা খূদিংদা চপ মান্নবা ঙাঙবনিনা লীলাগী বস্তুদুগা মবী লৈনদ্রবসু লীলাদুগী শব্দক অমা ওইনদি লৈবি। চৎনবম্বা পোৎচঙ অমনি; কান্নবা কান্নদবগী ৱাফম্না অমনি। মচল অসিসু য়াওহন্নবক্রুবনি।

দৃশ্য অর্মদি তাঙ্কক খাযবা — লীলাগী মপূমগী ওইবা, লোয়ননা লীলাগী বস্তুগী মনুং অমদি মপানগী ওইবা যাম্মমক মকওইবা মচল অমগা লৈবি—তাঙ্কক (অঙ্ক) খাযবা অমদি মদুগী মনুংদা অমুক দৃশ্য (উৎপা—সীন) থম্বা। শাংমনবগী নৎত্রগা খুদোংচাদবগী যূম্ফমদা অঙ্ক অসি তাপ হেক্তা খায়নীংবা মতাংদা খাযবা নত্তে; লৈবিবা ৱাবী মপূং অমদি মশাশিং অদু ফল মচা-মচাশিং অমদি অচৌবা মপূং ওইবা ফল অদু মফম চানা মতাংগা চান্ননা অমদি মসিগা ঈবোযননা মপূং ওইবা অমদি তেংবাংবা বসশিং মওং চুম্না পীবা হাযবসিদা যূম্ফম ওইবগা খাযবনি। ভাবতগী কাব্য কলাদদি বসকী ৱাখল থাদোকপা সুকয়ামক যাদে। নুংঙাইহন্নবা, খঙনীংহনবা পোকহন পোকহন্না পুখৎপা অমদি অবোইবদা ফল পীবা অসিবু চেৎলবা মীৎযেংদা থন্নগা অঙ্ক অমদি দৃশ্য (লৈবা তাবগদি) খাযবা তাই। দৃশ্যদা মতাং মচা-মচা উৎলগা অঙ্কদা মতাং অমগী পুম্নুম তাবা মশক অমা উৎপনি। অদুনা অঙ্ক অসিনা মতাং তাঙ্কক অমগী মপূম ওইবা ৱাবীগী মশক লাম্ভোকপনি। অসিগুম্বা অঙ্ক অসিনা পূল্লগা লীলা মপূমগী মপূং ফাববা মশক অদু শাবনি। বস্তুগী মপান্দা লৈবা নান্দী পাবা, ভবত বাক্যনচিংবসু অহৌবা অমদি অবোইবা অঙ্কগী অহৌবা অমদি পূমলোই লোইবা শব্দক্তা মথংশিংনা হাপ্লনি। পথাপ ওইনা লৈববনি।

অঙ্কগী মতাংদদি মশীংগী ব্রাফমসু নিয়ম ওইনা শোযদনমক্কী লৈ। মওংবু রূপক মখল তবা অসিগী অমমমদা যাওগদবা মশীং ককই। ভাণ, প্রহসননচিংবদা অঙ্ক অমত্তমক যাওই; ডিমদা অঙ্ক মবি ফাওবা হাপ্লে; সমবকাবদা অহুম য়াওগনি অসিনচিংবা। নাটক (দৃশ্য কাব্য পূম্নমক খঙনবা অদু নত্তে) হায়বা মখল অসিগী মতাংদা বিশ্বনাথ কবিবাজ (১৪শুবা চহীচা)না অঙ্ক মঙাদগী তবা ফাওবা য়াওগনি হাযনা মশীং কক্লম্মী—'পঞ্চাদিকা দশপবাস্তত্রাঙ্কাঃ পবকীর্তিতাঃ' (*সাহিত্যদর্পণ*)। দৃশ্যগীদি মশীং কক্লদে।

তৌবগীদি অঙ্ক মশীংগী ব্রাফম অসি নাটককী মতাংদা যাম্নমক কোমথোক্লবে। হৌজিক অসিদদি লীলাগী শক্তম (কনসেপ্ত) ফাওবদা অওনবা মশক লাক্লবনি। সাহিত্য হাযবসিমক্তবু হিংলিবনিনা অকনবা পথাপনা ফাজিন্দুনা থম্বা যাদে যাৎলিবা পংখৈদগী হেক হেক নাম্লোকই। কবিসি নীং তমগল্লি।

শ্রব্য কাব্য ঃ তাননবা নৎত্রগসু পাননবা শেম্বা কাব্যগী মশক্লি। মশক অসি মওং অহুমদা ইবা যাই—শৈবেংগী মওং, ৱাবেংগী অমদি অনী পূনবা (চম্পু)। কৃপথবা মওংগী মখল মখাগী অসুম্না থম্নবি।

**শৈবেংগী মওং ঃ**

মহাকাব্য — কাব্য নৈনবগী লমদা মহাকাব্যগী মশক লেপ্লম্বা ইহান হেক হানবা মাযচৌসি ভামহ (৬শুবা চহীচা)নি। মাগী *কাব্যালংকাব* দা পীবম্বনি—

> **সর্গবন্ধো মহাকাব্যম্ মহতাম্ চ মহচ্চ য়ত্।**
> **অগ্রাম্যশব্দমর্থ চ মালংকারং সদাশ্রয়ম্॥**
> **মন্ত্রদূতপ্রয়াণাজিন নায়কাভ্যুদয়ঞ্চবত্।**
> **পঞ্চভিঃ সন্ধিভির্যুক্তম্ নাতি ব্যাখ্যেয়মৃদ্ধিমত॥**

ভামহনা হাযবিবসি, মহাকাব্য অসিদা ১। সর্গ, হাযবদি তাঙ্কক নৎত্রগা পন্দুপ খাযগদবনি, ২। চাউগদবনি; ৩। লৈবাকমচা তাদবা লোন্দা নত্তবা নীংথিজবা অলংকাব য়াওবা ৱাহৈ-ৱাতাদা ফোঙদোক্কদবনি; ৪। লমচৎ যাম্না হকপা অমদি মাযপাকপা নাযক হাপকদবনি; ৫। পুন্সিগী মখল-মখা যাম্মবা মশকশিং ফীভমশিং অমদি থৌদোকশিং শীংথাগদবনি; ৬। সন্ধি মঙামক অমদি কার্যগী অবস্থাশিং য়াওগদবনি; ৭। হেঞ্জিন্না ব্যাখ্যাসু তৌবোইদবনি, অমদি ৮। নীংথিনা মপূং ফাববা হায়বদু ওইগদবনি হাযবিবনি। দণ্ডীনা (৮শুবা) মশাগী ওইবা ৱাহৈ-ৱাতাদা ভামহগী

শক্তাক ৱাবোল অসিগা পঙয়াম য়াম্না খেন্নহন্দনা তান্নম্মী। মানা লোন্দাগী মতাংদা অলংকাব অমদি চমৎকাব (তোপতোপ তাবা অঙকপা ফংনা নীংথিবা) হায়বসিদা থৌনা পীবম্মী। রুদ্রটনা (৯শুবা) *কাব্যালংকাব* দা খবা তোঙানবা মওংদা মশক তাকই। মাগী মোৎতা মহাকাব্য অসি ১। শৈবেংদা ইবা অশাংবা ৱাবী ওইগদবনি; ২। প্রসঙ্গগী মতুংইন্না ৱাবী মশা মচা মচাসু যাওই; ৩। ৱাবীদু সর্গ খাযনা অমদি নাটককী তত্বশিং (পোৎচঙ) যাওগনি; ৪। পুক্সি মপূংগী ওইবা শক্তম পীগনি অদুগা লান নৎত্রগা থৌনা লিংজেনগী ওইবনচিংবগী মপূং ওইবা হীবম অমগী যুন্ফমদা নীংথিনা লৈতেংদুনা শীংথাবা, প্রকৃতি শীংথাবা লোযননা নগব ময়াম, দেশ মযাম (স্বর্গনচিংবা) ভূবন মযাম অসি শীংথাগদবনি; ৫। নাযক অসি অৱাংবা থাক্তা পোকপা, গুণ পূম্নমক চেনবা, থৌনা যাম্না ফবা, মায পাক্লীংবা, শক্তি লৈবা, নীতি খঙবা অমদি হৈ-শিংবা নিংথৌ ওইগদবনি; ৬। প্রতিনাযক নৎত্রগা খল-নাযক (নোংবান শাবা) অদুগীসু মাগী শাগৈ-নাতৈ যাওনা শীংথাগদবনি; ৭। পো লাইদা নাযকনা মায পাক্কদবনি; ৮। লমথুংদা যাম্না যাইফবা হাযবদি চতুর্বর্গফল (ধর্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষগুম্বা) ফল পীগদবনি অমদি বস পূম্নমক্কা তিনবা ওইগদবনি; ৯। হৌবকপদা সন্নগবী বর্ণন তৌবগা লোযননা নাযককী শাগৈ-নাতৈবু থাগৎকদবনি; ১০। অলৌকিক, হাযবদি অতোপ্পা মপোক্কী ওইবা অমদি তাইবং লীচৎকী ওইবা মচলশিং (সুপবনেচবেল) যাওগনি অদুগা তৌবদি মীওইবনা তৌবা ওইথোক্তবা নৎত্রগা তৌবা ঙমদবা থৌদোক-ৱাথোক্তি উৎপা যাদে—হাযবা অসিনি। যাম্নমক পাক চাউবা শক্তাক ৱাবোলনি। মাযচৌ হেমচন্দ্র (১২শুবা)না মাগী *কাব্যানুশাসন* দা যাম্ন মক শূপচিন্না হাযবম্মী---'পদ্যংপ্রাযঃ সংস্কৃতপ্রাকৃতাভপ্রংশগ্রা-ম্যভাষানিবদ্ধভিন্নান্ত্যবৃত্তসর্গাশ্বাসসন্ধ্যবস্কন্ধকবন্ধং সৎসঁধিশব্দার্থবৈচিত্র্যোপেতং মহাকাব্যম্।।'—হাযবদি, (অর্থ) শৈবেংগী মওংদা ইগনবা, সংস্কৃত, প্রাকৃত, অপভ্রংশ, লৈবাক-মচা তাবা লোন্দা ইবা, ছন্দ মখল মখল যাওবা, সর্গ অমদি পন্দুপ খাযবা সন্ধিশিং য়াওবা ৱাহৈগা অর্থগগী তোপতোপ তাবা নীংথিবা মওং (বৈচিত্র্য) দু মহাকাব্যনি।

মাগী মমাঙদা লৈখিবা ৱাবোলশিংগা যাম্না ফাক লৈনবা নত্তে। অনৌবা হাপচিল্লকপা হায়ববু ৱাহৈ অমদি অর্থগী অপূনবা (উভয) অঙকপা তোপতোপ তাবা মতৌ (বৈচিত্র্য) পুশিল্লকপা অমদি অর্থগী মতুং ইন্না ছন্দনচিংবগী তঙায়ফদবা পোৎচঙ ওইনা লৌবিবসিনি। কবিবাজ বিশ্বনাথ (১৪শুবা)নসু মাগী *সাহিত্যদর্পণ* দা

মহাকাব্যবু মশক তাক্লম্মী। মমাঙদা লৈবন্না শক্তাক ৱাবোলশিংদা যুম্ফম ওইবা মওংনি। ভামহ্ অমদি দণ্ডীগী ৱাবোলশিং অদুগী শেমগৎলবা মশক্নি। যাম্না চাউনা খেন্নবা অমত্তংদি তাঙ্কক খাযবগী মতাংদা মানা য়ামদ্রবদা সর্গ নিপান শুগদবনি হাযবসিনি। কবিবাজ বিশ্বনাথকী মতম অসিদা কালিদাস (৫শুবা চহীচা), ভাববি (৬শুবা), মাঘ (৭শুবা), শ্রীহর্ষ (৭শুবা) অসিনচিংবা মহাকবিশিংগী মহাকাব্য মযাম লৈখ্রবনি। *বামাযণ*, *মহাভাবত* মপান নাইদবা কাব্যশিংদগী ওল্লক্লবা মহাক্যব্যগী মশক লেপ্লক্লবনি। নিযম খবনা কক পুন্দুনা থম্না যাবা সাহিত্য কলা নত্তে; নীংতম্না কবিগী ৱাখল মালঙবু ব্যাকবণনা ফাদুনা থম্না ওইথোক্তে। অওনবা শোযদনা লাকপা তাবনি। তরুকশুবা চহীচাদগী ১৪শুবা ফাওবদা চাউনা চাউনা ওনখ্রে। মতুংদা অমুক ১৮শুবা ফাওবদা হেন্না নীংতম্মকপগী মওং লাক্লি। অনৌবা ভাবতকী সাহিত্য লাকপদদি, হাযবদি ১৯শুবা চহীচাদদি ফনা যাম্না ওল্লে। অদুমকপু ফনমক যাম্না ওন্দুনসু, মতম মতমগী ওইনা হাপকৎপা লৌথোকপা কযা লৈজববসু মহাকাব্যগী মশাগী ওইবা শক্তম (কনসেপ্ত) অমদি অদুম্মক লৈর্জবি। নৈন-মীওই মযামগী মোত মযাম অসি খোমজিন্দুনা তাশিল্লগা মচং ওইবা মহাকাব্যগী মচলশিং হেক যাবিবমখৈ হাপ্লগা বিশ্বনাথ কবিবাজনা মাগী *সাহিত্যদর্পণ* দা অসুম্না তাক্লম্মী—

সর্গ বন্ধো মহাকাব্যম্ তত্রেকোনায়কঃ সুবঃ।  
সদ্বশঃক্ষত্রিয়োবাপি ধীরোদাত্তগুণান্বিতঃ।। ১  
এক বংশভবাভূপাঃ কুলজা বহবোऽপি বা।  
শৃঙ্গারবীবশান্তানামেকऽঙ্গী বস ইষ্যতে।। ২  
অঙ্গানি সর্বেऽপি রসাঃ সর্বে নাটকসন্ধয়ঃ।  
ইতিহাসোদ্ভবম্ বৃত্তমন্যদ্বাসজ্জনাশ্রয়ম্।। ৩  
চত্বারস্তস্যবর্গাঃ স্যুস্তেষবেকং চ ফলংভবেত্।  
আদৌ নমস্ক্রিয়াশীর্বা বস্তুনির্দেশ এব চ।। ৪  
ক্বচিন্নিন্দাখলাদীনাসতাং চ গুণকীর্তনম্।  
এক বৃত্ত ময়ৈঃপদ্যৈবসানেऽন্যবৃত্তকৈ।। ৫  
নাতি স্বাল্পা নাতি দীর্ঘাঃ সর্গা অষ্টাধিকা ইহ।  
নানা বৃত্তময়ঃ ক্বাপি সর্গ কশ্চনদৃশ্যতে।। ৬  
সর্গান্তে ভাবিসর্গস্য কথায়াঃ সূচনং ভবেত্।  
সন্ধ্যাসূর্যেন্দুবজনী প্রদোষধ্বান্ত বাসবাঃ।। ৭

**প্রাতর্মধ্যানূহ মৃগয়া শৈলর্তু বন সাগরাঃ।**
**সম্ভোগ বিপ্রলম্ভৌ চ মুনি স্বর্গ পুরাধ্বরাঃ॥ ৮**
**রণ প্রয়াণোপয়মমন্ত্র পুত্রো দয়াময়ঃ।**
**বর্ণনীয়া য়থায়োগং সাঙ্গোপাঙ্গা অমী ইহ॥ ৯**
**কবের্বৃত্তস্য বা নাম্না নায়কস্যেতরস্য বা।**
**নামাস্য সর্গোপাদেয়কথয়া সর্গ নাম তু॥ ১০**

হায়বদি, মহাকাব্যদা সর্গ খায়দোকই। মসিগী নায়ক্না লাই নৎত্রগা ধীরোদাত্তগী গুণ চেনবা, অব্রাংবা ক্ষত্রিয় শাগৈদা পোকপা অমনা ওই। (১) নায়ক অসি বংশ অমদা পোকপা অব্রাংবা বংশগী নিংথৌ ময়ামসু ওইবা য়াই। মসিদা শৃঙ্গার, বীর, শান্ত অসিগী মনুংদগী অমনা মপূং ওই অদুগা রস অতৈসু শরূক মচা ওইনা লৈবা য়াই। (২) মসিদা নাটককী সন্ধি পুম্নমক তণ্ডায় ফদনা চঙই। মসিগী ৱাবীসি ঐতিহাসিক নৎত্রগা ময়াম্না খঙনববা পূকচেল চাউবা মীওইদা তাংজবা ওইবসু য়াই। (৩) ধর্ম অর্থ কাম মোক্ষ অসিগী মনুংদগী অমনা মসিগী ফল ওইগনি অদুগা অহৌবদা মঙ্গলাচরণ নৎত্রগা অশীর্বাদ, খুরুম্বা নৎত্রগা হীরম ইঙ্গিত তৌদুনা তাকপা য়াওই। (৪) মরক মরক্তা ফত্তববু থাধবা অমদি অফববু থাগৎপা তৌই। (৫) মসিদা য়াম্না চাউবসু নত্তবা য়াম্না পীকপসু নত্তবা সর্গ নিপান লৈবা তাই। সর্গ অমদা ছন্দ অমা শীজিন্নে। অরোইবদা ছন্দ ওল্লি। করি করিগুম্বা সর্গদা ছন্দ ময়াম অমা লৈবসু য়াই। (৬) সর্গগী অরোইবদা লাক্লিবা ৱারীগী পাউ পীগনি। সন্ধ্যা, নুমিৎ, থা, অহীং, অমম-অঙান শিন্নবা, অমম্বা, নুংথিল, অয়ূক, নুমিৎয়ুংবা, শাদানবা, চীংজাও, ঋতু, উমং, ঈপাক, থুংনবা, কায়বা, মুনি, স্বর্গ, নগব, মিংচৎ, লান, খোঙচৎ, লুহোংবা, যন্ত্র-মন্ত্র অমদি মরাঙ কায়নবা অসিনচিংবা প্রসঙ্গ ময়ামসি মতাং চানা পাক-শন্না শীংথাগদবনি। (৭) (৮) (৯) মহাকাব্যগী মিংথোল অসি কবি, পাত্র নৎত্রগা নায়ককী মমিং লৌদুনা থোনগদবনি অদুগা (১০) সর্গগীনা সর্গ অদুদা শীংথারিবা ৱারীগী য়ুম্ফমদা থোনগদবনি।

বিশ্বনাথ কবিরাজগী অসি লোন্দাদি লায়না থোৎ-নৌরগা ৱাদি কন্না কন্না হায়বা নিয়মনি। মহাকাব্যবু য়াম্না পাক-চাউনদি কোল্লগা কল্লবা পথাপকী চাইগোইনুংদা থমগে লাক্লবনি। কবিগী অনীংবা অপাম্বগী ফজবদি পথাপনা ক্রক লাকশিনবা ওইথোক্তে। মাগী লমজৈ অসিনা ওল্লবদি *রামায়ণ*, *মহাভারত* তগী হৌরগা *খম্ব-থোইবী শৈরেং* অমদি *শিঙডেল ইন্দু* ফাওবা মহাকাব্যগী পঙ্খেদগী

লাম্ছোকখিবগী ৱা লৈরি। কালিদাস, ভারবি, মাঘনচিংবা সংস্কৃতকী 'অতিরথী'শিং অসি মহাকাব্যগী কুরুক্ষেত্রদা মমায় থীরবা য়ারি। নৈন-মীওই অসিনা তমজনফমতগী ওইবা মহাকাব্য অমদা চপ য়ুংনা খল্লম্বা ওইগনি। তমজনফম হায়বসিদি তমজনফমনি। বিশ্বনাথ কবিরাজগী শক্তাক ৱারোল অৱাংবা থাক্কী তমজনফমনি। চপ চানা ইন্নদে। হোৎতি ইহোৎ অদুম মহোৎনৈ।

ভামহদগী বিশ্বনাথ কবিরাজ (অমদি মাগী মতুংদা লাকপা খরসু) ফাওবগী শক্তাক ৱারোল ময়াম অসিদগী তঙায়ফদবা মচল ময়াম লৌখৎলগা মহাকাব্য অমা শাগৎপদা করি করি য়াওবা তাবগে হায়বসি মখাগী অসুম্না লেপথোকপা য়াই।

১। ৱারী – অশাংবা ৱারী অমা য়াওবা তাই। ৱারী অসি অফাওবা, ময়াম্না খঙনরবা পুরাণ-পুয়া ইতিহাসকুম্বগী নৎত্রগসু চীম্থাং সাহিত্য (লোক সাহিত্য)গীসু ওইবা য়াই; ৱাখল মালঙ (কল্পনা)গী পোখোক ওইবসু য়াই; অনী পূনবসু য়াই। মপূং ওইবা অচৌবা ৱারী অমা লৈবা অসিগা মরী লৈনবা ৱারী মচা-মচা মতেক মতেক য়াওই। *খম্ব-থোইবী শৈরেং* দা কুঞ্জমালাগী মতাং য়াওবদৌনা—অসিগুম্বা ৱারী মতেক মতেক অসি নহানৱাই 'উপন্যাস' হায়না খঙনরম্মী। হৌজিক্তি খঙনদরে অনৌবা মতমগী ৱারেংদা ইবা ৱারী —নোভেল হায়বদি ৱারী লীশাং—ওইনা খঙনরে।

২। সর্গ নৎত্রগা তাঙ্কক – মহাকাব্যগী শক্তম ইহান হান্না লাকখিবা ভামহগী শক্তম লাকপা হৌবগী ইহান হানবা পদনি—'সর্গবন্ধো'—সর্গ য়াত্তুনা থম্বা হায়বসি। খায়বগী ৱাফম মায়চৌ পূম্নমক্কা য়ানৈ। সর্গ মশীং বিশ্বনাথনা লেপ্লম্বসিমদি য়ানদ্রে। সর্গগী মমিং থোনবগী ৱাফম পন্নরমদে। সর্গ অমগী লোইরকপদা লাক্লিবা সর্গদুগী (থংনবা) ইঙ্গিৎ পীরম্বগী ৱাফমদি পন্নবা য়াওই। বিশ্বনাথনদি ইঙ্গিৎ পীবসি পোৎচঙ অমা ওইনা লৌই।

৩। নায়ক নৎত্রগা পাত্র – মরূওইবা পাত্রগী ৱাফম পন্নে। ধীরোদাত্ত ওইবা, অৱাংবা শাগৈদা পোকপা, গুণ পূম্নমক্কা তিনবা মীওইনা নায়ক ওইবগী ৱা পূম্নমক্কা য়াবনি। রুদ্রটনদি কনবা (বীরতা), মঙল লৈবা (মহানতা), ঈং-তপ্পা (ধীরতা), নীতি-নিয়মদা হৈশিংবা (নীতি কুশলতা) অসি চঙদবা য়াদবা ওইনা হায়। প্রতিনায়ক হায়বদি নোংবান শাবগী মতীক-মগুণ, মাগী হৌফম-পোকফম্নচিংবা ময়েক শেংনা তাকপগী ৱা পল্লি। নায়ককা মূক্কুরিবনিনা মাসু ইচম চম্না থাদোকপা য়াদে হায়না থাজনবনি। মখল কয়াগী মীওং য়াওবা তাবনি। নায়িকা হায়বদি মরুওইবা নুপীগী মতাংদদি কনানসু পল্লমদে। নায়িকা য়াওদবা মহাকাব্যদি লৈতে।

৪। থৌদোক পরীং – ব্বারী অমা তাক্কক নাইনা মথং মথং পুখৎপদা পরেং লেংশিনবদা মওং অমা তানা হৈ-শিংবা চওই। মতাং অস্থায়দনি নাটক্কী সন্ধিশিং য়াওবগী ব্রা পন্নরিবা। সন্ধি মঙা, মসিগা ঈরোয়ননা চৎকদবা কায়গী অবস্থা মঙা অমদি অর্থ প্রকৃতি মঙা শোয়দনমক্কী য়াওহনবা তাবনি। লীলাগী থৌদোক-পরীংগুম মহাকাব্যদসু নীংথিনা মথং মনাও নাইনা শেমগৎলবা পরীং অমা চওই। ব্বারীগী খোঙয়াং ফজহনবা তাবনি। পুন্সিগী ওইবা থৌদোক ময়াম শীংথাদুনা হাপ্পা আই। পোকপা, শিবা, লুহোং-খোংদোংবা অমদি হরাও-কূম্মৈ কয়া কয়া শীংথাদুনা হাপচিনবা চওই। মশীং ককপদি নত্তে অদুবু মতা চান্ননা হেক য়াম্মীবমখৈ হাপ্পদি কান্নে। মতাং অসিদনি কবিনা মীওই কাঙলূপ অমগী অপূনবা পুন্সিগী লীচৎ অমা পাক শন্না উৎলিবা। কাঙলূপ অদুগী নাৎ মপূম ওইনা উৎননবা হোৎনবা মতাংনি। মতাংসিগী শীংথাবা মওংদা লৈবাক অমদি মীওই কাঙলূপ অসিগী অপূনবগী ওইবা পুন্সি মরেল, চৎনবী-থাজনবী অমদি পুন্সিগী ওইবা দর্শন ময়েক শেংনা উবা ফংই। নুংশিবা, কায়নবা, উনবা, লান, মূক্লবা অমদি অরোইবদা অচুম্বগী জয় অসি পাক-শন্না উৎলকই। লৈবাক অমদি মীওই কাঙলূপকী পুন্সি উৎলকইবসি ময়াম অসি শীংথারকপদনি।

৫। মহৌশাগী পোৎলম শীংথাবা – উ-ব্রা, নুমিৎ থোকপা তাবা, অয়ূক নুংথিল অহীং, বসন্ত নোংজুথা কালেন্থা, চীং পাৎ তুরেল অসিনচিংবা মহৌশাগী ওইবা পোৎলম অমদি থৌওং-থৌদৌ পূম্নমক অসি মতাং মতাংগী ওইনা পাক শন্না শীংথাবা অসি মচল অমনি। মহৌশাগী ওইবা দৃশ্য কয়া কবিশিংনা উৎপা চৎনরকই। মহৌশাগা তাইবংগা তৎন-থানবা য়াদবা মরী লৈবসি উৎপা তাই। মশীং ককপা নত্তে ব্বাৎপসু নত্তবা পাথোকপগী মওংসু নত্তবা মওংদা চাং অমদা শীংথাবা তাই। প্রকৃতিদা থব্বায় হাপ্পুনা য়েংলকপা মতাংনি। মতম খূদিংমক্কী মীওইশিংনা য়ানরবা পোৎচওনি।

৬। রস – ভারতকী কাব্যগী শক্তমদি রসকী যূম্ফমদা শাগৎপনি। মহাকাব্য হায়বসিনা ভারতকী সাহিত্যগী ইহান হানবা পোথোক্লি। বাল্মীকিগী *রামায়ণ*বুনি হায়রিবসি। মহাকাব্যগা রসকা খাইদোক্লবা ইয়ামক য়াদ্রবনি। রস পূম্নমক নৎত্রগসু হেক য়ারিবমখৈ য়াম্না য়াওবা তাই। মপূং ওইহনবগী মতাংদা মোত খর্রা-খরা তৈনবদি লৈ। বিশ্বনাথ কবিরাজনদি শৃঙ্গার, বীর অমদি শান্ত অহুমগী মনুংদা অমনা মপূং ওইবগী ব্বাদা কন্না থাজে। অদুবু তুংগী মহাকাব্যশিংদা কোমথোক্লরকই। রস অমনা নৎত্রগা খরনা মপূং ওইবা য়াই। তৌবতবু হাস্য, বীভৎস, ভয়ানক, রৌদ্রনা মপূং

ওইবদি য়াওহ্রি। য়াদবদি নত্তে। অফববু থাগৎপা ফত্তববু থাধবগী মতাংদা নৎত্রগসু ৱাৰীগী মতাংগী ওইনা পাক শন্না থেংনবকপদি মহৌশানি।

৭। অতোপ্পা লোককী নৎত্রগা মহৌশাগী ওইবদগী থোইদোক হেন্দোকপা মচল —লৈবিবা হকথেংনবিবা মপোক অসিগী মীৎনা খোঙনা লাম্বা ফংলিবা হীবম অসিদগী হেন্দোক থোইদোকপা হীবম নৎত্রগা পোৎলম মহাকাব্যদা য়াওই। মীওই লীচৎতগী হেঞ্জিনবা লাইগী ওইবা থৌওং থৌবমগুম্বা শীংথাবা চৎনবকই। লাইবৈপাক্কী ওইবা (হাযবদি সুপব নেচবেল ওইবা) মওংগী পোৎলম য়াওই হায়বনি। ফত্তবা উৎপগী অমদি শীধবগী মওংগী ৱা নত্তে। ভাবতকী অপূনবা পুন্সিদা ৱাফম অসোমদা থাজবা হান্নদগী লৈবকই। অফ-ফত্ত অচুম-চুমদগী মতাং নৈনবা নত্তে; থাজনা ইকাযখুম্নবগী মওং চঙই।

৮। লোন্দা-পুদা অমদি মফোঙদোক—

(ক) লোল – অৱাংবা থাক্কী লৈবাকমচা তাবা লোন্দাদা ইবা তাই। মথোঙ চাদবা ৱাহে-ৱাতা খোনচোপ্পচিংবগী মফম লৈবোই।

(খ) অলংকাব – অলংকাবগী মফম ভাবতকী সাহিত্য-শক্তম শাগৎপদা চাউনা লৈ। থৱাযনি হাযবগী থাক যৌনা হাইগৎলিবনি। মখল কযাগী অলংকাব য়াওবমক তাবগী ৱাফম অযাম্বা নৈন-মীওইনা পল্লি। তঙায়ফদবা মচলনি। পূম্নমক্লা ইল্লিবা পথাপনি।

(গ) ছন্দ – শৈবেংনিনা ছন্দদি মশানা য়াওবা তাববনি। তৌবতবু শীজিন্নবগী মওংগী মতাংদা মোত খেন্নবা লৈ। কাব্য মপূমদা ছন্দ অমত্তমক শীজিন্নবসু লৈ। সর্গ খূদিংগী ওনবসু লৈ। সর্গ অমদা হৌবদগী লোইবমদাই ফাওবা অমত্তমক শীজিন্নবগা লোইবকপগী পবেং খবদা অনৌবা অমা ওন্দুনা মথংগী সর্গ লাক্কদবগী পাউ পীনবসু যাওই। সর্গ অমদা মখল কযাগী ছন্দ শীজিন্নবসু য়াওদবা নত্তে। বিশ্বনাথ কবিবাজগীদি অকনবা নিযম লৈ। পথাপ অসিনা পুনবা য়াদবা অঙাংহলগুম্বা মাইকেল মধুসুদনগুম্বা মহাকবিশিং অদুম চোংথোবকই। অওনবা অদুম লাকই। পথাপ খবা ইন্দবগী অধিকাব অদুম মবৈ। মহাকাব্যদি ছন্দ নাইবা পবেংদা ইবনি হায়বা অপাকপা চৈখল অমদা থম্লবে। ছন্দ মবাঙ কায়না লৈবা ভাবতনি। অনৌবা পুথোক্লববোই হায়নীংঙাইসু ওইদে।

৯। অহৌ-অবোই – মহাকাব্যগী অহৌবদা থাজজবা লাইদা খুকমজবা, নিংথৌ নৎত্রগা যোকপি-থাকপিবিবা অচৌ-অশাং থাগৎপা নৎত্রগা হায়জবা অমদি

মহাকাব্য অদুগী হীরম খরা উৎলম্বা অসি নিয়ম ওইনা লৈ। অরোইবদা নায়ককী য়াইফ ফীভম উৎতুনা নুংঙাইনা য়াইবী মরাঙ কায়না লোইশিনবগী চৎনবী লৈ। চৎনবী অসি লায়থোকপসু মশীং চপ চানা লৈ। মৈ-ঈশিং চঙদবগী মওংসি কলাদদি কোমথোক্লে।

১০ পম্বুং — মহাকাব্যগী পম্বুং নৎত্রগা লমথুং অসি য়াম্নমক মরু ওইনা লৌনরকই। ভারতকী ওইবা শক্তমদা কলাগী তমজনফমগী ওইবা লমথুং মরি লৈরকই—ধর্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ। মরি অসিবু 'চতুর্বর্গফল'—ফল মরি হায়নসু খঙনৈ। সমাজদা হিংলিবা সাধকশিংগী সাধনাগী ফল ওইনা লৈবনি। মহাকাব্য অমদা ফল অসি অমা নৎত্রগা খরা নৎত্রগসু পূন্না ফংনবা সাধনা তৌবা য়াই।

১১। মিংথোল — মিং হায়বসিসু পোৎশক্কা মরী লৈনৈ। অর্থ পুবা হায়বদি চপ চাবা মিংথোল থোনবা অরায়বা নত্তে। বিশ্বনাথ কবিরাজনদি কবি, লমচৎ নৎত্রগা নায়ককী মমিং লৌদুনা থোনবা তাবগী ৱাফম হায়বনি। সর্গ খূদিংমক্কীসু শীংথারিবা ৱারীগী মতুংইন্না থোনবগী ৱাসু পল্লি। কবিদা থোনবসি কয়া চৎনদে লোয়ননা কাব্যদা উৎপা পাম্মিবা ৱাফম হায়বদি ভাবতা থোনবসু ঢ.নৈ। লৈথোক-লৈশিন য়াবা পথাপ ওইনা লৈগনি। *কামায়ণী* দা সর্গ লৈতে। *শিঙংগ্রেল ইন্দু* দা সর্গ মমিং থোন্দে। অদুম চৎনরি।

খুদম ওইনা অনৌবা মতমসিগী নৈন-মীওই খরনদি মহাকাব্যগী মখল খায়দোকপা পাম্লে। ডা. সত্যেন্দ্রনা অসুম্না খায়দোকপা পাম্মী—

**মহাকাব্য**

**পুরাণগী মসনবী শৈলীগী মনোভাবনাগী রাসোগী চরিত্রগী প্রেম গাথা(হিন্দুগী)**

**(*সমীক্ষাকে সিদ্ধান্ত*, ভারতী ভবন, আগরা, ৩শুবা, ১৯৬৫)**

অদুমকপু পূন্নমক্লা নৎত্রগসু অয়াম্বনা য়ানববা ৱাফমদি ওইদ্রি। তোঙান তোঙানবা অকক্লবা যূম্ফমদগী খায়বা তাবনি। মখল খাযদোক্লুনা নৈনবদি য়াববনি। মণিপুরীগী ওইনা য়েংলগা হীরমগী যূম্ফমদা, হৌজিক ফাওবদা অসুম্না থম্বা য়াই—

**মহাকাব্য**

| লোককথাগী | পুবাণগী | সমাজগী |
|---|---|---|
| *খম্ব-থোইবী শৈরেং* | *বাসুদেব মহাকাব্যম* | *শিঙডেল ইন্দু* |

অদুবু মসিদি অহৌবগী পোরম-পোথি হায়বদুনি। অপূনবগী ওইনদি মতম

ঙাইখিবা তাখিনি। নৈনবা অমদি নীংশিংবা নুংঙাইনবা মখল খাযবা অদুম্মক যাবনি।

**খণ্ড কাব্য ঃ**

খণ্ড কাব্যগী শক্তম অসি ভামহগী মতমদা পল্লমদে। পোৎতি লৈববসু মখল অসিগী মতাংদা থব্রায যাওনা শীংথাবম্বা নৈন-মীওই ইযাও য়াওদে। কাইনথংদা পন্নবকপা মাল্লি। মহাকাব্যদা চঙলিবা পোৎচঙ মযাম অদু লোইনা চঙই। তৌবতবু ব্রাবীগী লমদা পীকশিল্লি। পুন্সি মপূম ওইনা শীংথাবগী মহুত্তা পুন্সিগী থৌদোক-ব্রাথোক অমা নৎত্রগা যামদবা খবা শীংথাবনি। উৎপা পান্মিবা ব্রাফম অমত্তা ওই নৎত্রগসু যামদে। শীংথা-শৈথাগী মতাংদা তেন্না শম্পৎ শম্পৎনা চখে। যাম্না চাউনা খেন্নবিবা অমনা কাঙলূপকী নৎত্রগা লৈবাক্কী হাযবদি জাতিগী পুন্সি অসি পাক শন্না উৎতে মতাং খবদমক মফম খবদতা উৎলি। অদুনা খণ্ড কাব্যদা মপূম ওইবা পাক চাউববা পুন্সিগী মশক অমা উৎপা তৌদে। মচেৎ ওইবা পুন্সিবু যেকপনি। অদুবু খণ্ড কাব্য অসি মহাকাব্যগুম্বগী মবক্তা য়াওবা মচেৎ অমদি নত্তে, মশানা মপূং ফাজববা মশানা তোঙান্না তোপতোপ তানা লেপচববা, লৈজববা মচল অমনি। পীকপগী ব্রানি অচৌবা অমগী অচৌবা কাযাৎ অমদি নত্তে। পীক্লবসু মীওই মূর্ত্তি শুবা শক্তম অমনি। পীকপগী মতীক পোৎচঙ খবসু য়াওদবা যাই। মঙ্গলাচবণ যাওদবা যাই থোইদোক্তে। আবম্ভ কার্যগী অবস্থা মসিগা শাগোন্নবা বীজ অর্থ প্রকৃতি অমদি মুখ সন্ধি য়াম্না তেনশিনবা যাই। অবোইবগী খুকম লৈপায়বগী মতাংসু য়াওদবা যাই; থবৎ ককপগী মওংদা শৎ লোইশিনবা নৎত্রগা লেপহনবা য়াই। মখল খায়বগী ব্রাদি হৌজিক ফাওবা তৌনদ্রি। খাযবদি য়াবা জাৎনি। নীলবীব শাস্ত্রিগী *খোংজোম তীর্থ*—খণ্ড কাব্যনি।

**মুক্তক কাব্য ঃ**

মহাকাব্য অমদি খণ্ড কাব্যদা যাওবিবা ব্রাবী মপূম অমদি মশা অতে অসিগুম্বা যাওদবা লোয়ননা পবীং নাইবা থৌদোক-ব্রাথোক্কী খূৎশেম অমনা চাউববা লমথুং(শিং) তানবা নত্তবা থম্মোয অমদি লৌশিংগী ওইবা ইহুল অমদি ব্রাখল (ভাব) অমা নৎত্রগা খবা পবেং খবনা তেন্তক্লা ফোঙদোকপা মখলগী কাব্যনি। শৈবেং মচা মচানি। মসি মখল অনী থোক্লা খাযদোকই—বসময় মুক্তক অমদি সূক্তিময় মুক্তক।

বসময় মুক্তক— মসিদা ভাব অমদি বসকী নাক-য়েৎ তেল্লপ-তেল্লপ্না শেমগৎলি। পাবিবা নৎত্রগা তাবিবনা ব্রাখলগী ওইবা মালঙ অমদা তাউদুনা ঙাইহাক্কী

ওইনা চিং লাউনা নুংঙাইবা মনুংঙাই অমা (বসানন্দ) ফংনৈ। অঙাংহল, চাউবা, কমলগী শৈবেং অতেনবশিং অসি বসময় মুক্তক্কী মনুংদা লৈবা কাব্য মখলনি। থম্মোয়দা অপাননা য়েবা শৈবেংশিংনি।

সূক্তিময় মুক্তক — থম্মোযদা অপাননা যৈবদগী মাথাদা য়েবনা হেনবা, লৌশিংগী চীঞ্জাক ওইবনা হেনবা পথাপ (নীতি) অমদি পাউতাক্কী ওইবা ব্রাখলনা মপূং ওইনা ফোঙদোকপা পবেংশিংবু খঙনৈ। তাইবং লীচৎ, মকওইনা সমাজগী লোনচত্তা মাযওন চুন্না অওনবা পুবক্লবগী ব্রাখলনা মপূং ওইবা লমথুং ওইবা শৈবেংগী পবেংশিংনি হাযবা যাই। তাবদা নুংঙাইবা, ঙাইহ্নক্তং নাক-যেৎ কাউথোকপগী মওং অসিমদি কাব্যনিনা থাদোকপা যাদ্রি। মসি মশাগী ওইনা তেনগল্লি; পবেং অমনী নৎত্রগা খবদগী হেনগন্দে। সমাজগী লীচৎ খঙলবা কবীবগী পবেংনি—

**লেপমিন্নরবদা গুরুগা গোবিন্দগা অনী, খুরুমজগনি হান্ননা কনাবু।**

**গোবিন্দবু মশক খঙহনবা গুরুনি, খুকমজগনি হান্ননা মহাকপু।**

মসি মুক্তক কাব্যগী পবেংনি। মুক্তক কাব্যগী পবেংশিং অসি মহাকাব্যগুম্বা নৎত্রগা যাম্না শাংবা কবিতা মপূম অমদা যাওবা শব্দক ওইবোই; মশানা তেল্লবসু মপূং অদুম ফাজববা হাযবিবা ব্রাফম খবদু হাযননবগীদমক্তা ওইনা ইখিবা শৈবেং অমগ' মশক লৌববা পবেংনি। ফোঙদোক্লিবা ব্রাফম অদু ফোঙদোক্লগা মদুগী ফল পীববা পবেং ওইববনি। মণিপুবীদদি পঙলৈ লৈতে।

**ব্রাবেংগী মশক/মওং ঃ**

তাননবা নৎত্রগা পাননবা (শ্রব্য নৎত্রগা পাঠ্য কাব্য) মওংদা শেম্বা (ইবা) কাব্যগী চাউববা শব্দক অমা কল্লিবসি ব্রাবেংগী মওংদা ইবা সাহিত্যগী মশক অসিনি। অবিবা শাস্ত্রগী লাইবিকশিংদা পীবস্বদি নত্তবা অদুবু হৌজিক মযাম্নদি যানববা ব্রাবেং সাহিত্যগী মশকশিং অসুম্না লৈ—

উপন্যাস — ব্রাবেংদা, কবিগুম্বা হীবম অমদা, থৌদোক-ব্রাথোক পবীং শেমগত্নুনা পাত্র, ব্রাবী-ব্রাতাই অমদি নাক-যেৎপু মশাগী তোপতোপ তাবা ফোঙদোকপগী মওং অমগী পাম্বৈনা পাউজেল খবা উৎতুনা ইবিবা খূৎই অদু উপন্যাসনি। মহাকাব্যদা তৌবগুম্না পুন্সিগী লমদাং যাম্না পাক শন্না তাঙ্কক নাইনা শীংথাবা মখলগী খূৎইনি। মসিদা পল্লিবা মী কাঙলূপ নৎত্রগা সমাজ অদুগী মপূম ওইবা পুন্সিগী মশক অমা হেক য়াবিবমখৈ পাক শন্না শীংথাই। অদুনা তাঙ্কক যাম্মী, চাউই অদুগা য়াম্নমক

চাউবসু য়াই। শরৎক অমদগী হেন্না খায়দোক্লুনা ইবা নৎত্রগা ফোঙবা ফাওবা চৎনৈ। খূৎফম কয়ামুক্তা নুমিৎ কয়ানিমুক চঙনা পাবা য়াবগী খুদোংচাবা পীবা য়াই। মসিদা লীলাদা য়াওবা সম্বন্ধিশিং কায়গী অবস্থাশিং পাক শন্না হাপ্লি। মপূং ওইবা ৱারী(শিং)গা মরী লৈনবা মশা মচা-মচাগী ওইবা ৱারী ময়াম অদুম য়াওবা য়াই। ভারতকী মীৎয়েংদা শাগৎলিবা রস অসি পূম্নমক নৎত্রগা য়ারিবমখৈ পীবা য়াই; অমা নৎত্রগা খরনা মপূংদি ওইহনবা তাই। বাণভট্টগী *কাদম্বরী* (চাউরাক্লা ৭শুবা চহীচা) অসি ভারতকী অহানবা উপন্যাস ওইনা লৌনৈ। তশেংবদি *কাদম্বরী* অসি রোমান্টিক ফিকশন (*এনসাইক্লোপিদিয়া ওফ ইন্দিয়ান লিটরেচর*, ভো: ৩, সাহিত্য একাদমী, ১৯৮৯, লা: ১৯০৯) অমনি হায়না লৌনরীবনি। মসি উপন্যাসকী মওং অমনি। অদুমকপু উপন্যাস হায়দনা হৌজিক খঙনরিবা মচল অসিদি নোংচুপ্পোমদগী পুরকপা শক্তম্নি। মণিপুরীদদি কমলগী *মাধবী* (১৯৩০)না ইহান হানবা উপন্যাসনি। মসিগী মখল কয়ামুক লৈ। লৈবসু য়ারি। মখল খায়বগী য়ূম্ফম শোয়দনা লৈ। মওং খরা অসুম্না থম্বা য়াই–

**১. পাউদমগী য়ূম্ফমদা**

**উপন্যাস**




**২. হীরম/থৌদোক পরীং লাম্থোকপগী লমথুংগী য়ূম্ফমদা**

**উপন্যাস**



**৩. হীরম নৈনবা/শীংথাবগী য়ূম্ফম ঃ**




**৪. বাদ/ইজমগী য়ূম্ফম ঃ**




**৫. হীরম শেম্নবগী পাম্বৈগী য়ূম্ফম ঃ**




উপন্যাসিকা (নোভেলেট) — অপীকপা উপন্যাস হায়বগুম্বনি। ৱাবীমচাদগী য়াম্না শাংবা অমদি উপন্যাসতগীনা তেনবা ৱাবেংদা ইবা খুৎইনি। উপন্যাসকী মচলশিং

লোইনা যাওই। তৌবতবু পুন্সিগী মপূম ওইবা শক্তম হেক য়াবিবমখে উৎপগী মহুত্তা শব্দক মচেৎ অমা নৎত্রগা খবা যামদবা থৌদোক-ৱাথোক্কী পবীং অমা শাগৎলগা উৎপনি। উৎপা পাম্মিবা ৱাফম অদু যামদে লোযননা থেংনবা পোৎলম অমা নৎত্রগা থৌদোক অমা অখাকপা অপনবা লৈতনা শীংথাবগী মওং য়াওদে। মশা মচা-মচাগী ওইবা ৱাবীগী মফম পীনদে। চঙলিবা মচল পূন্নমক পীকই লোয়ননা পাত্র যামদে। পীকই তেল্লি হাযবদনি ৱাবীগী খোঙযাংদা খোঙথাং মঙা, হাযবদি আবম্ভ (নৎত্রগা এক্সপোজিশন)নচিংবা অদু মশীং শুনা অদুম্মক যাওই। পীবিবা পাউজেল অদু তান্না অপাননা, কোইথোক্কবা থোইনা তৌরুদনা ঈংনা তপ্না, তৌবতবু মতম অকক্লবা অমা লৈবদৌনা খোঙলৈ যাঙশিন্না চৎপগী মওংদা লৈ। মহাকাব্যগা পান্নরুবদা খণ্ড কাব্যগুম্বনি; উপন্যাসনা মহাকাব্যগুম্বনি। মবাথোনমক্তি যৌদবা অশাংবা লমজেলগুম্বনি। কোইথোক্লবগী খুদোংচাবা লৈতবনা থৌদোক, ৱাহৈ-ৱাতানচিংবা পূন্নমকসি ৱাৎপসু নত্তবা পাথোকপসু ওইদবা চপ চাবীদা কক্তুনা থাবগী মওং অমদা থম্বা তাবনি। মালেমগী ওইনা হেমিংৱেগী *ডি ওল্ড মেন এণ্ড ডি সী* হাযবসি তমজনফমগী থাক্তা লৈববা উপন্যাসিকানি। চিত্রেশ্বব শর্ম্মগী *মীচেন* খূদম ওইনা পনবা যাই। মণিপুবীদা তাঙনা থোক্লি। মখল লৈবা যাই।

ৱাবীমচা – খূৎফম অমুক্রুম্বদা পাবা যাবা, কবিগুম্বা নাক-যেৎ অমদা পাত্র ৱাবী-ৱাতাইনা থৌদোক-ৱাথোক পবীং অমা শেমদুনা মশাগী তোপতোপ তাবা মই অমদা কবিগুম্বা উৎপা পাম্বা ৱাফম অমা নৎত্রগা যামদনা উৎনবা ৱাবেং মওংদা ইবা খূৎই অদু ৱাবীমচানি। ৱাবীমচাদি যাম্না তেনবা লমজেলগুম্বনি; হেক হৌবদগী অবোইবী থাদুনা চেল্লগা তেন্না লৈবা পস্থুং অদুদা তাপ যৌবনি। অমখক্তমক ঙাযবা নৎত্রগা যামদবা পস্থুং হাযবদি ইফেক্ট নৎত্রগা অবোইবা শাফূ অদু তাপ হেক্তা পীবনি। উপন্যাস নৎত্রগা উপন্যাসিকাদা চঙবা পোৎচঙশিং অদুম্মক চঙই। তৌবতবু তেল্লি অদুগা পূন্নমক পীগদৌবা অবোইবগী ফল (ফাইনেল ইফেক্ট) অদুদা অপাননা মায ওনশিনগদবনি। পুন্সিগী মপূমসু নত্তে অশাংবা মচেৎসু নত্তে; থৌদোক-ৱাথোক অমা নৎত্রগা খবদনি। ঙমখৈ নাইদনা শব্দোক্তনা লৈবিবা দৃশ্যগী কেমেবা মচা অমনা শব্দক মচেৎ মচা অমখক নম্বগুম্বনি। শাংদবা হাযবসি চপ চাবা মশক অমা নাইবা নৎত্রবসু তঙায ফদবা মচল অমা ওইববনি। অদুনা লমচৎ শাংনা শাগৎপগী পোবম নৎত্রগা ফীভম নীংতম্না শীংথাবগী নৎত্রগসু ৱাবী মশা মচা মচা তোপশিল্লকপগী খুদোং লৈতে। অদুনা ৱাবীগী খোঙযাঙলোমদা হাযবগনা শাংদবা এক্সপোজিশন অমদগী অশম্বা

রাইজিং এক্‌শনদা হাইগৎলগা ক্লাইমেক্স নৎত্রগা চরমসীমাদা চপ লেপ্পনি। মসিদা ফলাগম অদুম ওইরবনি; ফাইনেল ইফেক্ট হায়বদুনি। তেল্লি নৎত্রগা পীকই হায়বদনি মশানা মশাগী ওইনা মপূম ওইনা মপুং ফাজববা পোখোক্লি। হেন্না চাউবা মপূম ওইবা অতোপ্পা মচল (উপন্যাসনচিংবা) অমগী শরুক নৎত্রগা মচেৎ ওইবা কায়াৎ নত্তে। মুক্তক কাব্যগুম্বনি। ভারতকী ওইবা মীৎয়েংগী রসরোমদগী য়েংবদা ৱারীমচাদদি রস অমা হেক্তা ওইবা য়াই। মশীংনা অমদগী হেন্দবা পক্লে। হেল্লোইদবনি হায়বগী অকক্লবদি লৈতে। অদুবু অমনীদগী হেন্নবগী মফম লৈতে।

ৱারীমচাগী মপুং ওইবা মচাক্তি হীরমগা অমদি হীবম অদু শেন্নরিবা হায়বদি ফোঙদোকপগী মফোঙদোক্কা অসিনি। হীবম অমদি থৌদোক পরীংদি য়াওবা তাবগী যাওবনি। (অতৈ পোৎচঙশিংসু) অদুগা ৱারীমচাবু ৱারীমচা ওইহল্লিবা মথৱায় হাপ্লিবদি মফোঙদোক অসিনি। অস্বায মতাং অসিদনি ৱাবীমচাবু ৱারেংদা ইবা শৈরেং অমগুম্না লৌরক্লিবা। তেল্লবা মতমদা খজিক্তনা য়াম্না ফোঙদোকপগী মওং অমা ৱাবীমচাদা চঙলি। অহৌবা ময়ায় অমদি অরোইবা হায়বদি অরোইবা শাফূ অসিদা অপা-অপাননা য়ৈবগী খূৎই অমা চঙই। ৱারীমচা অসি নোংচুপলোমগী সাহিত্যগী খূদোলনি; নৌরিবনি, এডগর এল্লেন পো (১৮০৯-৪৯)না ৱারীমচাগী অপোকপনি। যূম্ফম কয়ামুক্তা ৱারীমচাগী মখল খায়দোকপা তৌনৈ। হৌজিক্তা ময়াম্না পাম্নরিবা মচল অমনি।

লমকোয় ৱারী — ট্রেভেলোগ হায়নসু খঙনবনি। অশেংবা খোঙচৎ অমগী থৌদোক-ৱাথোক পরীং অমদা, ময়ামগী ওইবা পাউজেল অমা পীবা, ৱারেং মওংদা ইবা খূৎইনি। ৱারীমচাদা চঙবা পোৎচঙশিং—হীরম, পাত্র, থৌদোক-ৱাথোক পরীং, ৱাবী-ৱাতাই, নাক-য়েৎ অমদি মফোঙদোক যাওই। হেন্দোকপা মতাং অমনা মসিগী যাঙলেন শরূ অসি অশেংবা খোঙচৎ অমা ওইবা তাই। অশেংবমক মালহনবসু কায়বা নত্তে। ভাবনা শাবা খোঙচৎনি হায়দুনসু লাইরৈপাকুম্বা ভূৎ-প্রেৎকী মফমগুম্বা স্বর্গ-নরককী খোঙচৎকুম্বদি নত্তে। মীৎনা খোঙনা লাম্নবিবা মপোক অসিদা চৎলিবা খোঙচৎ ওইবা তাই। অশেংবা থৌদোক-ৱাথোক নুমিৎ থা থাবান চপ হেক চানা পীদ্রবসু য়াই। যূম্ফমদি অশেংবা ওইবা তাই। ৱারীমচাগা য়াম্না নক্লবা মচলনি। মান্নবদি নত্তে। ইরিবা মীদু পাত্র অমা ওইনা য়াওবা তাই। অনুভব উৎপনি।

ৱারী মতেক — য়াম্না নৌনা কুনশুবা চহীচাগী লোইশিল্লকপা মতাংদা থোক্লকপনি। পরেং তরামুক্তদা থৌদোক-ৱাথোক অমখক নৎত্রগা অনীখক য়াম্না শম্না

উৎপা পাম্মিবা ৱাফম নৎত্রগা পাউজেল অদু হৌবকপদা ফুমদুনা খঙহন্দনা পুবগা লোইবকপদা চোন্নপ ওইনা, অযাম্বা মতাংদা, অপাননা তাপ হায়বনি। মসি হায়ননবা নাক-য়েৎ মচা অমা পূক্লিং চিংশিন্নবা শাগৎপনি। মশানা ফোঙজববা পাউখোং শাংতকপা অমগুম্বনি। পবেং অমনীখক্তদা ফোঙদোকপা ফাওবা যাই। অবোইবা শাফূদা থৌনা পূল্লপ পীশিনবা মখলগী খূৎইনি। হীবম থৌদোক-ৱাথোক ৱাবী-ৱাতাই য়াওই। অদুবু থৌদোক পবং শাগেৎপা অমদি মশক থোকপা মফোঙদোক হায়বদি শৈলী নৎত্রগা ষ্টাইলগী মফম লৈতে। খূদম অমা য়েংসি—

"শহ্বগী মী পূম্নমক শাহীং চাবা কৈয়াম লৈবিবা উমং তম্না চেনশিন্নে। মীনৌ অমনা দাকু মকোক অমদা হংলুই,

—ঠাকুব, কবিগীনো পূম্নমকসি মথৱায পুদুনা চেন্নবিসিবো?

মকোক অদুনা চেনচৎতা হাযবম্মী,

—নেতা ওইংগদৌববা অমা ভোট খোম্বা লাকহৌবে। নঙসু চেনসি ইল্লকউ।"

পবেং অমখক্তনগা শাবসু লৈ। মদু এটোম ষ্টোবী হাযনা কৌনে। ৱাবী অপীকপা পীশক পীকপা ৱাবীগী মক্রিংগুম্বা জাৎনি।

পুন্সি ৱাবী — মশক নাইবা মীগী পুন্সিগী ৱাবী থাযনঙেদগী লৈবকই। মীওই মশামক্লা ইবা অমা (ওটোবাইওগ্রাফী), অতৈনা ইবা অমা (বাইওগ্রাফী) অনীনি। অপূনবগী ওইনা কান্নগদবা ৱাফমদা মাযপূনবগা পুন্সিগী অশেংবা থৌদোক ময়াম অমা মথং-মনাও নাইনা তাঙ্কক খাযদুনা শাংনা ইবা মইনি। পুন্সিদা মীৎকূপ খূদিংগী থোক্লিবা থৌদোক পূম্নমক লীদুনা থম্নবা লাচনবা নত্তে। পীবিবা পাউজেল অমা নৎত্রগা ময়াম অপা অপাননা পীবা যাবা খবা খল্লগা মশাগী ওইবা পাউদমগী মফোঙদোক অমদা ইবনি। পূকচেল শেংনা যাইফবা লমথুং তানবা হায়বসিনা পুন্সি ৱাবীগী লমজৈনি। মশাগী মবমদা মশানা ঙাঙবা ইবসি অচম্বা নত্তে। মতা চাখিদ্রগদি লাইপোক্তা নত্তে লাই ফাওবগী ৱা ফাওবদা তুকা থিবিবা তাইবংনি। *গীতা* গী কৃষ্ণ ফাওবনা 'লীচৎ পূম্নমক থাদোক্তুনা ঐঙোন্দা চঙজৌ' হাযবকপা ফাওবদা 'কৃষ্ণ' কনানো কবিনো খঙফাত্তবা কাঙবুদি 'হে-হে কবিগী?' হাযনা লকক তৌবা য়াবিবনি। চীলহাও থিগনখ্রবা অপাবনি। অদুগা কাব্য হাযবসিদি অপাববু মপূম ওইনা মীবায়বা তৌবোইদবনি। মীনকেতনগী *পুন্সিগী শক্তম*, থোইবীগী *নীংশিংলক্লি ঙসিদা* মৈতৈলোনগী শীংথাবা য়াবা পুন্সি ৱাবীনি। *ঐগী সত্যগী চাংযেং (মাই এক্সপবিমেন্ট ৱিথ ট্রুথ)* মালেমদা শীংথানবিবা লাইবিক্লি।

ৱারেং-শৈরেং —শৈরেং হায়বদি কবিতাগী মগুল (গুণ) চপ চানা চঙবা ৱারেংদা ইবা খূৎই অতেনবা অমনি। থৌদোক-ৱাথোক অমা নৎত্রগা খরা শীংথাবনি। পরীংদি য়াওদবা য়াই য়াওরবসু মদুনা মপূং ওইবা শাফূ পীবা কায়গী অবস্থানচিংবা শুনা হাপ্পা নত্তে চুম্না তেংবাংবা পাম্বে অমা ওইনা লৈ। ৱাখল মালঙ (কল্পনা)গী শরুক্তা য়াম্না হেন্না য়াওই। ৱাখল (ভাব)কী লমদাং অমা অকনবা শাফূগা লোয়ননা ফোঙদোকই। শাংদে। তাক্কক নাইরবদি খবা শাংহনবসু ময়াই। অদুবু ৱাখল মালঙ অসি শাংনা চিংলবদি নাঞ্জঙনরকই। অদুনা হায়গদবা হায়বদি উৎপা পাম্মিবা ৱাফম অমা নৎত্রগা য়ামদবা খরদু য়াম্না কোইথোক্লুবা তৌদনা খংহায়-খংজিল ওইনা হায়বা অসি তৌই। খূদম অমা য়েংবা য়াই—

নঙনা পাম্বা

ঐদি নঙগা উনজনবা হায়দুনা অমম্বদা ফল্লি। নঙনা থাংমৈ পুদুনা লাক্লিবনা কৰি৺ি? ঐদি নঙগা উনজনবা অচীকপদা ইথন্নতা চাক্লিবা শাদুনা ফল্লি। নঙদি লৈতেংগী খোঞ্জেলনা খোম্থাং য়ৈনা কাঙলূপ হূপ্পা করিগী লাক্লিবা? ঐনদি নঙগা উননবা হায়দুনা পূন্নমক থাদোক্লগা ফল্লি। নঙদি ইনাক্তা পূন্নমক পুদুনা করিগী লাক্লিবা?

নঙসু উৎপসি পামজবরো?

(রায় কৃষ্ণদাসকী, *সাধনা* দগী লৌথোক্লুনা হন্দোকপা)

ৱাবেং – এসে নৎত্রগা রচনা নৎত্রগা নিবন্ধ হায়না খঙনবা মচলনি। ‘ৱারেং’ হায়বা অসি অর্থ অনীদা শীজিন্নবা চৎনৈ। অপাকপা অর্থদা কবিতাগী মওং নত্তবা ৱারেংগী মওং ওইনা ইবা হায়বদি প্রোজ নৎত্রগা গদ্যগী ওইনা অদুগা চপশিনবা অর্থদনা নিবন্ধ নৎত্রগা এসেগী অর্থদা ওইনা শীজিন্নরি। করিগুম্বা পোৎলম নৎত্রগা হীরম অমবু তোপতোপ তাবা মশাগী ওইবা মফোঙদোক অমগী পাম্বেনা উৎপা পাম্মীবা ৱাফম খরা তাংথক নাইনা মথং মথং উৎতুনা ৱারেং মওংদা ইবা খূৎই অদুবুনি ৱারেং হায়রিবসি। ৱারীগী থৌদোক-ৱাথোক পরীংগী নৎত্রগা ৱারী-ৱাতাইনচিংবগী তঙায়ফদবা লৈতে। মতাং খরদদি খরগী মখে য়াওবসু য়াওই। কাব্যগী মচল অমা ওইবনিনা ৱাহে-ৱাতা নীংথিজবা অমদি রসনচিংবগী ৱাফম অদুম্মক য়াওই। অদুবু ৱারেংদি থম্মোয়দা পানবদগী মাথাদা য়ৈবনা হেল্লি। ৱারেং লৌশিংগী পোৎনি। শেন্নরিবা হীরম অমদি মফোঙদোক্তা মগুল লৈগদবা মচলনি। অনী অসিগী মওংগী য়ূম্ফমদা ৱারেংগী মখল খরা খায়দোকই—শীংথাবগী ওইবা

(Descriptive), ৱারী লীবগী মওং (Narrative), ভাব নৎত্রগা ইহুলগী মওং (Reflective), মশক-মওং তাকপগী মওং (Informative), নৈনবগী ওইবা (বিচারাত্মক—Analytic), অসিনচিংবা। মশানা মপূং ফাজরবা পঙশাং শাংদবা খূৎইনি। চাউবগী *ৱাখলগী ঈচেল* দা য়াওরিবা খূৎইশিং অৱাংবা থাক্কী ৱারেং ঙাক্তনি।

অথোৎপা ৱারেং – (Belles lettres নৎত্রগা রম্য রচনা) ৱারেং মওংদা ইবনি। অইবা মশাগী থম্মোয়দা ফাওরকপা লনাইগী ওইবা ইহুল অমদা য়ূম্ফম ওইবা খূৎইনি। ৱাখল মালঙ (কল্পনা)গী শরুক য়াম্না নৎত্রগা হেন্না য়াওই। ৱারেংগী মখল ওইনা লৌনবসু য়াওই। অদুবু ওইবদি নত্তে। মরমদি মসিদা শীংথারিবা পোৎ নৎত্রগা হীরম অদু মরুওইদে, অইবা মশাগী থম্মোয়দা হকথেংনরকপা ফীভম অদুনা মপূংনি। ৱাহৈ-ৱাতা অমদি মফোঙদোক্তা থোৎপা নৌবা লৈতেং মখল মখল য়াওই। থম্মোয়গী ওইবা পাউদম অমা য়াওরি। ৱারেংদা ফোঙদোকপা শৈরেংগুম্বনি। অয়াম্বা মতাংদা কবি ওইবশিংনা ইগল্লি। পঙশাং শাংদে। নীলকান্তগী 'বসন্তনা কৌরবদা' অসি অথোৎপা ৱারেংনি।

ৱাহৌদোক – লাইরিক পুথোক্লুরকপগী ঈচেলদা য়াওরকপা মচল অমনি। লাইরিক অদুদা য়াওরিবা মচাক অদু য়াম্না শম্না মশক তাকপগা লোয়ননা লাইরিক অদু ইখিবগী মরম, মদুগী য়ূম্ফম অমদি ফংলকপা উৎপা পাম্বিবা ফল উৎলি। হীরম অমদি অইবা মশক শম্না উৎপনি। মওং অনী লৈ—অইবা মশানা ইজবা অমদি অতোপ্পা অমনা ইবিবা। য়াম্না শম্না তাংথক নাইনা লাইরিক্কী হীরমগী শক্তম অমা উৎপনি। চৎকদৌরিবা মায়কৈগা লম্বেলগা উৎপগুম্বনি। চৎপা হৌদ্রিবনি। ফি শেম্বগী মওংনি। ৱাহৌদোক্লা লাইরিক্কী নুংগী ওইবা অপীকপা শক্তম অমা মাঙজৌননা পীবা তাই।

সম্পাদকীয় – খবর, চেফোঙ অমদি তোঙান তোঙানবা মীওইশিংগী খূৎই লেংশিন্দুনা ফোঙবা মচল খূদিংমক্তা শোয়দনমক্কী হাপ্পবা মচল অমনি। খবরদদি য়াম্নমক হেন্না মরুওইবাময়াক লৈবা মচলনি। ময়ামগী ওইবা ৱাফম অমদা চোল্লপ ওইবা মোত অমা নৎত্রগা য়ামদনা ফোঙদোকপনি। অচম্বা লোন্দাদা, লৈশি-লৈথোন য়াওদনা অতা-অতাবীদা, ময়াঙদা কীৎ কীৎ নমদুনা হায়গদবা খরদু তেন্না ময়েক শেংনা হায়বনি। কোইথোক্লবগী মফম মতম লৈতে। লৈবাকমচা তাবা লোন্দা তঙায়ফদে। য়াম্না কন্না নৈনবগী মতাংসু নত্তে। অকনবা মোত অমা নৎত্রগা য়ামদনা ফোঙদোকপনি। শন্দোক্লা তাকপা নৎত্রগা ৱা-মচং শীবসু নত্তে লনাইগী মীৎয়েং অমা লানথোকপনি। লৈবাকমচা তাবা মোৎতি লৈবাক্কী ওইগল্লি। মচিং-মশোন নাইবা

মীৎয়েংদি অখূবনি। অপুনবগী য়াইফবদদি পাকথোকপা মীৎয়েং চঙই। তেনবা অমদি মবীক চুম্বা হায়বসি চঙদবা য়াদ্রবা পোৎচঙনি।

ৱাবী-ৱাতাই — ইন্টবভিয়্যু, উনবা, সাক্ষাৎকাব অসিনচিংবা ৱাহৈশিং শীজিন্নৈ। ৱাহং পাউখুমগী মওংদা কবিগুম্বা ৱাফম অমা উৎনবা নৎত্রগা অখন্নবা পাউজেল অমা নৎত্রগা খবা পীননবা ইথোকপা খূৎইনি। চপ হেক চাবা ৱাহং পাউখুমদা শোয়দনমক শাগৎকদবনি হায়বগী তঙাযফদবা লৈতে। মমল যাম্মবা বেকোর্ড নত্তে ফজববা কাব্য অমসুনি। অকক্লবা হীবম লৈতে পাউখুম খূদিংমক উৎপা পাম্মিবা ৱাফম অদোমদা মায ওনশিনহনবদি তাবনি। মশক খঙবা অমদি তাকপসিনা মসিগী মকওইবা লমথুং অমনি। লৈবাকমচা তাবা ঙাঙন-শক্লবগী লোন্দা ওইহনবা তাই। ৱাহংসু পাউখুমসু তেল্লপ তেল্লপ তৌবনা অপাবদা তন্থবা নৎত্রগা হঞ্জানবগী ৱাখল পোকহন্দে। মযেক শেংহনবা, চপ চাবা, অর্থ মফাং-মফাংহন্দবা, ‘হোয’দা নৎত্রগা ‘নত্তে’দা লোইগদবা নত্তবা অসিনচিংবা অসিগী ৱাহংশিং ওইবা ৩ ২। পাম্মিবা পাউখুমদা অপাননা য়ৈবা ৱাহং তঙাযফদবনি। পাউখুমশিং অসিদা উৎলি-" ৱাফমগী পবীং অমা থম্বা ঙম্বসু তাই। লীলাগী ওইবা মহাও অমসু নাকোয়ননা পীবা ঙম্বা খূৎইনি। হৌজিক ফাওবদদি তাঙনা থোক্লিবা মচলনি। লীলা মতেক অমা নত্তে মশানা মপূং ফাজববা খূৎই অমনি। হংবা অমা খুম্বা অমা, অনীদংদা শাগৎপনা মবীক চুম্বা হেল্লি।

লাইবিক মশক তাকপা — লৌশিংগী লমদা যাম্নমক কান্নবা ৱাবেং মচল অমনি। নোংমা নোংমগী লাইবিক মশীং অমা খঙনা হেনগৎলক্লিবা চক অসিদা মী অমনা মাগী পামজবা লম অমগী লাইবিক লোইনমক পাদুনা য়েংলুবা ঙম্বা হৌনদে। লাইবিক অমগী মওং লৌশিন্দুনা উৎলিবা হীবম, হীবম অদু শেন্নবিবা মশেন্না, উৎলিবা মকওইবা ৱাফম লোযননা লাইবিক অদুগী মপান্থোংগী শক্তম হাযবদি মওং খূৎনম মশেমগৎ মমল অসিনচিংবসিগী পাউ (ইনফোর্মেশন) অমা শম্না ময়েক শেংনা পীননবগী থৌদাং অসি লাইবিক মশক তাকপা (বুক বিভিয়্যু)না পাঙথোকপনি। কূপ্না নৈনবদি নত্তে; অকক্লবা মোত অমদা অফ-ফত্ত অচুম-চুমদা নৈনকবা নৎত্রি, লাইবিক অদু তাপ পাযখৎলগা হীবম লামায় য়াওনা চেনা অনী মবি চাউফাক ফাক্তুনা য়েংলুবদা উবকপদগী খবদনি কূপশিল্লুগদবা। অপাম্বা মীনা মখা হেন্না কূপথনা পাবা যানবা চাউবাকপা অমদি অপৌবা মশক তাকপগী মওংদনি। লৈবিবা মশক অদু তাকপা ফাওবদনি। অদুমকপু তাকপগী মতাক অমদি লৈবা তাই। লাইবিক অদু উহনবা

নত্তে খঙহনবনি। লৈশি-লৈথোনবগী অমদি শীংথারুবগী কান্নবা লৈতে। অতা-অতাবীগী ওইবা মফোঙদোক্কী পাম্বে শীজিন্নবা তাই। নীংথিবা হায়বসিমদি লোয়নহনবা তাই।

অতৈ-অতৈ – মথক্তা পল্লিবশিং অসি নত্তবা খরা অমগসু লৈরি। মওংবু লেখ (Article), পাউদম, থৌদোক মচা (anecdote), অশম্বা ৱারোল (resume), ৱাঙাঙ (lecture/ভাষণ), ডাইরী, নীংশিংলকপা ইবা (memoir), ৱা মচং, মপা লাকপা (adaptation), শন্দোক্লা তাকপা (ব্যাখ্যা নৎত্রগা টীকা নৎত্রগা commentary) অসিনচিংবা।

অসিনা লোইরে হায়বসু য়াদ্রি, মওং কয়াগী ৱারেংগী মওংসু লাকখিবা য়াই। তাইবংগী খূৎইনা লেপ্পা লৈবা নত্তে। মথক্কী ময়াম অসিদা অমগা অমগা ঙমখৈ খজিক লানশিন্নবা য়াদ্রবা মৈ-ঈশিং চঙদবগী মওংদা লৈবা নত্তবা, অমগা অমগা খরা খরা মান্নবা য়াবসু য়াওরি। হৌজিক ফাওবদা লৈরিবা ৱারেংগী মশকশিং অসি নীংশিংবা য়ানবা মখাগী অসুম্না খায়দোক্নুনা অমদি খাইদোক্নুনা থম্বা য়াই–



## অহুমশুবা তান্নক
# সম্প্রদায়শিং

**সম্প্রদায় ঃ**

বামন (৯শুবা চহীচা)না মাগী লাইরিক *কাব্যালংকাব সূত্র* দা কাব্যগী মতাংদা আত্মা (থৱায)গী ৱাফম অসি ইহান হান্না পল্লকই—'ৰীতিরাত্মা কাব্যস্য'—কাব্যগী আত্মা ৰীতিনি। 'ৰীতি'গী ৱাফম অসি মতম খরগী ওইনা থৈদোক্লনা থম্মগা বামন মায়চৌগী পরেং অশি'গী মনুংদা থাজজনা পল্লিবা 'আত্মা' অসিনি মকওইরিবসি। আত্মা হায়বা ৱাহে অসিমক্তি বেদান্ত, ন্যায়-দর্শননচিংবা শাস্ত্রদা শীজিন্নবা ৱাহেনি। *শিব-সূত্র* দা 'চেতনতা' হায়বদি হিংলিবা (লেঙলি-পাল্লিবা) অসিগা মান্নবা শীংথারি—'চৈতন্যমাত্মা'। হায়রিবা অসি জ্ঞান, হায়বদি লৌশিংগী যূম্ফমনি—'জ্ঞানাধিকবণমাত্মা'। লৌশিংগী অধিকরণ (= যূম্ফম) আত্মানি হায়বনি। ন্যায়দর্শনদা অপাম্বা, য়েংথিনবা, হোৎনবা, নুংঙাইবা অৱাবা খঙবা অসিনচিংবসি আত্মাগী খুদম (চিহ্ন)নি। শেংলে, বামননা লৌরিবা অর্থ; কাব্য হাযবিবা অসিগী হিংদুনা লৈননবগী মঙল ওইরিবা পোৎলম অদুবুনি, হায়বদি থৱায়নি। থৱায় অসিমক্কী অর্থদা মায়চৌ আনন্দবর্ধন (৯শুবা)না মাগী *ধ্বান্যলোক* তা হায়রি—'ধ্বনিরাত্মা কাব্যস্য' (ধ্বনিনা কাব্যগী আত্মানি)। অসুম্না পণ্ডিত কুন্তক (১০শুবা)নসু বক্রোক্তিনা কাব্যগী 'জীবিত' হায়বদি জীব হায়বনি, থৱায়নি হায়খি। অসুম্না থৱায়গী ৱাফম মথং মথং পন্নরকপনা মায়চৌ রাজশেখর (১০শুবা)না ময়েক শেংনা কাব্য অসি মীশক অমা ওইনা লৌরগা মীশক অসিগী মওং-মতৌ অসুম্না ফোঙদোক্লে—"কাব্যস্য শব্দার্থৌ শরীরং, বসাদিশ্চাত্মা গুণঃ শৌর্য়াদিবত্, দোষাঃ কাণঃ ত্বাদিবত্ ৰীতিঽবয়বসংস্থাণবিশেষতম্ অলংকারাঃ কটককুণ্ডলাবিবত্ ইতি।" (বাজশেখর, *কাব্যমীমাংসা*) হায়বগী অর্থদি কাব্যগী মশক ওইবা মীওই অসিগী হকচাংনা ৱাহে-অর্থনি; রসনচিংবা আত্মানি, শৌর্য়নচিংবনা মগুণ, কাণত্বনচিংবনা দোষ, রীতিনচিংবনা মাগী কায়াৎশিংনি অদুগা মাগী খুজী-নাইলনচিংবা লৈতেং পোৎলমনা অলংকারনি।

মসিদগী খণ্ডলিবসি ১০শুবা চহীচা ফাওবসিদা কাব্যগী হকচাং অমদি, হকচাং অসিগী থৱায় লৈবে হায়না লেপ্পবে অসিনি। হকচাং অমদি থৱাযগী ৱাফম অসি ১৮শুবা চহীচাদা লৈবা মাযচৌশিংনা অদুম্মক য়াবে। ঙসিসু য়ানবি। মসিদা য়ানদবা কবিসু লৈত্রে। অদুদা, কন্না মোত চাউনা চাউনা খেন্নবা যেৎনবক্লিবদি (হকচাংগীনা হকচাংগী পোৎলম লৈখ্রে) হকচাং অসিবু হিংহল্লিবা থৱায়, আত্মা অসি কবিনা ওইগদগে হাযবসিনি। বামনগী মমাঙ ফাওবদদি আত্মা অসি লৈ হাযনা চপ চানা যানববসু কবিনা ওইবনো হাযবসিগী মতাংদা অকক্লবা অকনবা মোত পীনবমদে। বামননা বীতিনা আত্মানি হাযনা হৌবদগীদি চহীচাশিংদা মথং মথং যুগ পুবা মাযচৌ কযানা অপা-অপাননা ফোঙদোক্লবক্লে। তবামবিশুবা চহীচা ফাওবদা বিশ্বনাথ কবিবাজনা ‘বাক্যং বসাত্মকং কাব্যম্’ হাযনা লাউথোক্লুনা বসনা আত্মানি হাযবসি চেৎনা থাজবি। অবোইবা মাযচৌ ওইনা লৌনবিবা পণ্ডিতবাজ জগন্নাথ ফাওবদা ‘বমণীয় অর্থ’ অসিনা থৱায ওইবনি হাযবগী মওংদা লৈবি। আত্মা কবিনো হাযবগী পাউখুম অমনি। অদুনা আত্মা কবিনা ওইবা তাবগে হাযবগী পাউখুম ওইনা ভবত মুনিগী মোৎতগীনা পণ্ডিতৱাজ জগন্নাথ ফাওবগী মোত ফাওবসি পূল্লপ খোমজিল্লগা মান্নবা ৱাখল্লোনগী ওইবা কাঙলূপ খবা খাযদোক্লুনা থম্লে। কাঙলূপ অসি তব্দক শুই। কাঙলূপ অসি সম্প্রদায় নৎত্রগা সিদ্ধান্ত হাযনা খঙনৈ।

**সম্প্রদায় অমদি সিদ্ধান্ত ঃ**

মতাংগী ওইবা ৱাফম অমনা, সিদ্ধান্তগা সম্প্রদাযগা খবা খেন্নবসু শীজিন্নবা যাওনৈ। সিদ্ধান্ত হায়বসিনা, কনাগুম্বা অমনা মোত অমদি হৌদোক্লবা, অদুগা হৌদোক্লিবা অদু মখা তানা য়াবদুনা তুং ইনবদি লৈত্রবা অদুগুম্বা মোত ওইনা লৈবিবা অচৌবা ৱাফম অদুনি হাযনা লৌনৈ। সম্প্রদায হায়বগনা অমনা হৌদোকপদুগী তুংইনবা মযাম্না মবী-মবী শমথবক্লবা ৱাফম অদুনি হাযনা লৌনৈ। ৱাফম অসি কানে অমদি বলদেব উপাধ্যায়নচিংবনা কন্না হায়বনি (পি ভি কানে, *হিষ্টবি ওফ সংস্কৃত পোইটিক্স*, দিল্লী, অহুমশুবা খূৎনম, ১৯৬১; বলদেব উপাধ্যায়, *ভাবতীয সাহিত্য শাস্ত্র*, বাবানসী, অহানবা খূৎনম, ১৯৬৩)। অদুগা অমবোমদনা রুয়্যক (১২শুবা)কী *অলংকাবসর্বস্ব* গী টীকা ইবম্বা সমুদ্রবন্ধ (১৩শুবগী অবোইবা অমদি ১৪শুবগী অহৌবা)নচিংবা পণ্ডিতশিংনদি অনীসিগী খেন্নবা থিরুদে; লোয়ননা পুন্নমকপু ‘সম্প্রদায়’ ওইনা লৌই। ইংলিশতনা স্কুল হায়দনা খায়দোক্লে। মসিগী মতাংদা জি বিজয়বর্ধনদি সম্প্রদায়বুনা ‘স্কুল’ হাযনা অমদি সিদ্ধান্তবুনা ‘থিওবি’ হায়না হনবা পামজে (জি বিজয়বর্ধন, *আওটলাইন্স ওফ সংস্কৃত পোইটিক্স*)। হৌজিক অসিদদি অনীমক

ইশী শীজিন্নরে। মণিপুরীদা 'কাঙলুপ' হায়না শীজিন্নবা য়াই।

**সম্প্রদায় মশীং ঃ**

ঙসি ফাওবদা সম্প্রদায় (নৎত্রগা কাঙলুপ) অসি তরুক লৈরে—

১। রস সম্প্রদায়

২। অলংকার সম্প্রদায়

৩। রীতি সম্প্রদায়

৪। ধ্বনি সম্প্রদায়

৫। বক্রোক্তি সম্প্রদায়

৬। ঔচিত্য সম্প্রদায়

অকোনবগী ৫গা ৬কসি সম্প্রদায় য়ৌদে সিদ্ধান্তগী থাক ফাওবদা লৈ হায়নৈ। মরক অসিদা রীতি সম্প্রদায় অসি 'গুণ-রীতি' হায়না মিংথোনবসু য়াওই। মরমনা 'রীতি' হায়বসি 'গুণ'গা শেল ময়েক্কী মমায় অনীগুম্বনি, অদুম লোয়নদুনা লৈবনি; অনীসি খায়দোক্নবা যাদে হায়বসিনি (সম্প্রদায় নৈনবদা য়েংসি)। অতোপ্পা অমনা অমুক, বসকী কাঙলুপকা ধ্বনিগীগসি পোৎলমগী মমিং-মথাদা অমদি অতৈ মপাঙ্গোংগী ওইবা মওং খরদা মোত খেন্নবতনি মখোয়গী ব্রাখল্লোন অমদি লমথুং-পচ্চুংদি মান্নে হায়বগী থাজবদা অনী অসি বস-ধ্বনি সম্প্রদায় হায়না পূনশিন্নবসু মযাওই। অদুমকপু হায়রিবা কাঙলুপশিংসিগী পথাপশিং, হায়বদি রীতি, গুণ, রস অমদি ধ্বনি—অসি পচ্চুং-লমথুংদি মান্ন-মান্নবগী থাক্তা লৈরবসু পোৎলমশিংগী মমিং-মথা অমদি শক্তম (concept) অমদি ব্যাখ্যাগী মওংদদি চাউনা চাউনা খেন্নবা লৈ। অদুনা মমুৎ তানা নৈনবা য়ানবগী মীৎয়েংদা তোপ্পা তোপ্পা থম্বনা চুম্মী। অদুনা সম্প্রদায় অসি তরুক লৈবে। তবক অসিগী অশম্বা মশক অসুম্না থম্না য়াই—

**১। রস সম্প্রদায়ঃ**

কাব্যদা রস হায়বদি নুংঙাইবা হায়বনি। হক্কী ওইবা নুংঙাইবা নত্তবা, মসিগী ব্রাংমদা লৈবা আত্মাগী ওইবা মনুংঙাই অদুনি কাব্যদগী ফংলিবা রস অসি। অসিগুম্বা বস অসিনা কাব্যগী থব্রায়নি (আত্মা) হায়না থাজবা, হায়রম্বা অমদি হায়রমদ্রবসু মসিনা মপূংনি হায়না লৌবা নৈন-মীওইগী মোত ময়ামদু সম্প্রদায় অসিগী মনুংদা থম্বনি। রসকী ব্রাফম অমদি শক্তম (কনসেপ্ট) অসি কনানা করম্বা মতমদা ইহান হান্না হৌদোক্লম্বনো হায়বসি হৌজিক ফাওবদি খঙনদ্রি। রাজশেখর (১০শুবা চহীচা)না নন্দিকেশ্বর হায়বা অমনা ব্রহ্মাগী য়াথংদগী রসকী শক্তম লিংখৎখি—নিরূপণ তৌখি—

হায়না হায়। অদুবু ঙসি ফাওবদি নন্দিকেশ্বর অমদি মানা ইরমবা, হায়রম্বা লাইরিক্লচিংবা অমত্তা থেংনদ্রি; লোয়ননা লাইগী লম ওইবগী হৌনবা ব্রহ্মাগুম্বা লাইগসু ইরৌ লৌশিন্নবা ৱাফম ওইনা তৌরি। অদুনা হৌজিক ফাওবদা লৈরিবা অফংবা মচাক্কী মতুং ইন্নদি রসকী ৱাফম পল্লম্বা ইহান হানবা মায়চৌসি *নাট্যশাস্ত্র* ইরম্বা ভরত মুনি (১বা-২শুবা চহীচা)নি। মুনি অসিনদি 'রস য়াওদনা করিগুম্বা অমত্তা খক ওইদে' হায়বা য়ৌনা হায়বনি। *নাট্যশাস্ত্র*গী তরূক অমদি তরেৎশুবা অধ্যায়শিংদা ভাব অমদি রসকী বৈজ্ঞানিক ওইবা মশক শন্দোক্লা পীরম্মী। নাট্য (লীলা) নৈনবনিনা লীলাগী ওইবা রস ওইনা তৌইদি হায়ববু কাব্য অসি নাট্যগী মনুংদা লৈবা ওইনা লৌবনিনা কাব্যগী রস হায়বগা চপ মান্নে।

রস সম্প্রদায়গী ৱাখল পরীংগী মরুওইবা ভরত মুনিগী অশূপ্পা ৱারোল 'বিভাবানুভাবব্যভিচারিসংয়োগাদ্রসনিস্পত্তিঃ'—বিভাব, অনুভাব, ব্যভিচারী ভাব পূনশিল্লগা রস পোকই—হায়বসিনি। খূদাপমুক্তা ঙায়বা মানবনি হুল্লবদি ফৈদোম্লি। তুংদা লাকপা নৈন-মীওইশিংনা মখোয় মখোয়না পুবা পাম্বা ৱাপু অমমমরোমদা শন্দোক্লরকই। তরা-তরামাথোইশুবা চহীচা ফাওবদা অচৌ অচৌবা ৱাপু মরিখক্কী বাদ মরিখক উরকই। বাদ মরি অদুদি ভট্ট লোল্লটকী উৎপত্তিবাদ; শঙ্কুককী অনুমিতি বাদ; ভট্ট নায়ককী ভুক্তিবাদ অমদি অভিনবগুপ্তগী অভিব্যক্তি বাদ অসিনি। উৎপত্তিবাদকী ভট্ট লোল্লটনা বিভাবনচিংবসিবু রসকী মরম ওইনা লৌই অদুগা মসিদগী রস পোকই হায়না অর্থ হল্লি। সংযোগ অসিগী অর্থ পোক্লিবা পোৎ (উৎপাদ্য) অদুগা পোকহল্লিবা (উৎপাদক) অদুগগী মরীনি হায়না লৌই। লোয়ননা নিস্পত্তি হায়বসি পোকপা হায়বনি হায়না লৌই। ভট্ট শঙ্কুকনা অয়েকপা শগোলবু অশেংবা শগোলনি হায়না ভাবনা শাদুনা লৌজবগুম (অনুমান তৌবগুম) ভাবোক্লা রস অসিবু ভাবনা শাদুনা লৌজবনি হায়। ভরতনা হায়রিবা সংযোগ অসিবু অনুমানাৎ হায়বনি অমদি নিস্পত্তিগী অর্থনা অনুমিতি হায়বনি হায়না মোত ফোঙদোকই। মতুংদা ভট্ট নায়কনা, ভুক্তিবাদী অমা ওইনা রস অসি ভাবোক্লা চাজবনি—ভোগ তৌজবনি—হায়না লৌই। মানা কাব্যদা, হায়বদি কাব্য পাবদা ভাবোক্কী নুংদা তৌজবা থৌওং অহুমখক পল্লি—অভিধা, ভাবকত্ব অমদি ভোজকত্ব। থৌওং অহুম অসিদা অহানবগী অভিধা অসিদা পারগা অর্থ লৌশিনবা, অনীশুবা ভাবকত্ব হায়বসিদনা সাধারনীকরণ হায়বদি বিভাবনচিংবদু লনাই অমনীগী ওইবগী মহুত্তা মীয়ামগী ওইনা লৌরকপা অমদি অহুমশুবগী ভোজকত্বদনা রস চাজরবা হায়বসি পাঙথোকই হায়না অর্থ হল্লি। সংযোগকী অর্থনা ভোজ্য (চারবা পোৎ) অমদি ভোজক (চাহল্লিবা) অনীগী

চুংশিন্নবা মওংনি হায়না লৌরগা নিস্পত্তিগীনা চাবা (ভুক্তি)নি হায়না হল্লি। অরোইবগী অভিব্যক্তিবাদ নৎত্রগা ব্যঞ্জনাবাদ অসিদনা অভিনবগুপ্তনা রস অসি থক্তোরকপা মঙালদৌনা ফাওরকপনি হায়না হল্লি। মায়চৌ অসিনা অপাবগী থম্মোয়দা তূমদুনা লৈবগুম লৈরিবা স্থায়ীভাব অসি বিভাবনচিংবগী মতেংনা ফুক্কৎলক্লগা রস ওইনা ফাওরকপনি হায়না হল্লি। পারগা মদুদা থেংনরিবা বিভাবনচিংবসি সাধারনীকরণ তৌরগা মদুদগী রস অসি ফাওরকই হায়না থাজরগা সংযোগকী অর্থনা ব্যঙ্গ্যব্যঞ্জকভাবনি অদুগা নিস্পত্তিগীনা অভিব্যক্তি নৎত্রগা ব্যঞ্জনা হায়বনি হাযনা লাইখায় তাই। অভিনবগুপ্তগী বাদ অসিবুনা তুংগী নৈন-মীওইশিংনা পাক শন্না যানৈ। মানা হাযরিবা অসিগী ময়াম্না যাবিবা অর্থনা বিভাবনচিংবগী মতেংনা স্থায়ীভাব ফোঙদোবক্তুনা নুংঙাইবা হায়বা রস অসি ভাবোক্তা ফাওই হায়বনি। মসিনি বস হাযবিবসি। অসিগুম্বা বস অসি মখল নিপানখক ভরত মুনিনা পল্লম্মী—শৃঙ্গাব, হাস্য, করুণ, বৌদ্র, বীর, ভয়ানক, বীভৎস অমদি অদ্‌ভুত। তুংদা লাকপা মীওইশিংনা অহুম অমগা হাপচিনবা য়ানরকই—শান্ত, বাৎসল্য অমদি ভক্তি। পূন্না বস তরামাথোই শুবে। মখোয়গী স্থায়ী ভাবনা, মথংশিৎনা—বতী, হাস, শোক, ক্রোধ, উৎসাহ, ভয, জুগুপসা, বিস্ময়, নির্বেদ, বাৎসল অমদি ঈশ্বর-প্রেম অসিনি। অসিদসু নত্তনা বিশ্বনাথ কবিরাজনা ভাব, ভাবাভাস বসাভাসনচিংবসু রস নৈনবদা য়াওহল্লক্লি।

অসিগুম্নবা রস অসিনা কাব্যগী আত্মানি হায়না রস সম্প্রদায়না লৌই। ভরতকী মতুংদা অভিনবগুপ্ত ফাওবদা বস পাক শন্না নৈনবে। মথংদা রুদ্রভট্টনা (১০শুবা) মশাগী লাইবিক *শৃঙ্গারতিলক* হায়বসিদা রসনা কাব্যগী আত্মানি হায়না লৌরে। বাজশেখরনা (১০শুবা) মশাগী *কাব্যমীমাংসা* দা 'শব্দার্থৌ তে শরীরং রস আত্মা'—ব্লাহৈ-অর্থনা হকচাংনি বসনা থব্বায়নি—হায়না কন্না পল্লে। *অগ্নিপুরান্দ*সু (১২শুবা) 'বক্রোক্তি' য়াওবা চমৎকারনা মপূং ওইবা বসনা থব্বায় (জীবিত) ওইবনি—'বাকবৈদগ্ধ্যপ্রধানেঽপি রস এবাত্র জীবিতম্'—হাযনা চিংনবা লৈতনা হায়রি। ভোজরাজ (১১শুবা)না রসোক্তি হায়বদি রস অসিনা মরুওইবনি হায়না লৌরি। অসুম্না তবামবিশুবা চহীচাদা বিশ্বনাথ কবিরাজনা *সাহিত্যদর্পণ* দা 'বাক্যম্ রসাত্মকম্‌কাব্যম্'—বস শাগোন্নবা পরেংনা কাব্যনি—হায়দুনা কন্না শৌগৎলি। পণ্ডিতরাজ জগন্নাথ (১৭শুবা)না কাব্য মশক তাকপদা পল্লিবা—'রমণীয়ার্থপ্রতিপাদকঃ শব্দঃ কাব্যম্'—বমণীয়ার্থ (থোৎপা নৌবা পূক্লিং হূবা অর্থ) অসি রসরোমদা ইঙ্গিৎ তৌবনি; মরমদি মায়চৌ অসিগী *রসগঙ্গাধর* অসি রস অমদি ধ্বনিবু য়ানীংনা শৌগৎপা লাইরিক্লি। রসকা

ধ্বনিগদি মমৈদা মমৈদা অমত্তা ওইশিল্লকই।

সম্প্রদায় অসিগী ওইনা ভরত মুনিদগী হৌরগা পণ্ডিতরাজ জগন্নাথ ফাওবগী (১বা-১৭শুবা চহীচা) মনুংদা লৈবা, রসনা মপূংনি অমদি রসনা থব্রায় ওইবনি হায়না লৌবা নৈন-মীওইশিংবু লৌখৎতুনা 'কাব্যগী আত্মা করিনো' হায়বগী পাউখুম ওইনা 'রসনা ওইবনি' হায়না খুম্বা সম্প্রদায়নি হায়না লৌবা তাবনি। সম্প্রদায় অসিদা থম্বা য়াবা মীওই কয়া অমসু ১৭-১৮শুবা চহীচাগী মতুংদা ঙসি ফাওবা লাক্লি। রসনা আত্মানি হায়বসি ঙসিগী অয়াম্বা মীওইনসু য়ারি। (রস সম্প্রদায়গী শন্দোকপা মশক মথংগী তাক্কত্তা লৈরি।)

২। অলংকার সম্প্রদায় ঃ

সম্প্রদায় অসিগী অহৌবা নৈন-মীওইনি ভামহ (৬শুবা চহীচা)। মসিবু য়াম্না কন্না শৌগৎলিবনা উদ্‌ভট (৮শুবা)নি। দণ্ডী (৮শুবা), প্রতিহারেন্দুরাজ (১০শুবা)নচিংবসি সম্প্রদায় অসিগী মীওইনি। সম্প্রদায় অসিনা লৌরিবসি অলংকারনা কাব্যদা খ্বাইদগী মরুওইবা মচল নৎত্রগা শরুকনি হায়বসিনি। অলংকার হায়বদি নীংথিজহনবা লৈতেং হায়বনি। ভামহনা হায়—'চনুগী মায়থোঙনা ফজরবসু লৈতেংদ্রবদি ঙান্দে'—'নকান্তমপি নিভূষং বিভাষিত্ বনিতা মুখম্।' অসুম্না অলংকার য়াওদ্রবদি কাব্যসু লৈবা য়াদে। অলংকারদা থৌনা অমদি শাফূ পীবগী ৱানি। মৈদা অশাবা হায়বা অমা য়াওবগুম কাব্যদা অলংকার য়াওবনি মসিনা হিংননবগী মচল হায়বদি আত্মানি হায়বনি। মায়চৌ মম্মট (১২শুবা)না মাগী কাব্য মশক তাকপা ৱাহৈশিংদা অলংকারবু য়াওরবসু য়াবা য়াওদ্রবসু য়াবগী ৱাফম উৎলুবদা জয়দেব (১৩শুবা)না তাপ ওক্লুনা, মাগী *চন্দ্রালোক* তা ইরকই— 'অলংকার য়াওদবা ৱাহৈ-অর্থবু কাব্যনি হায়না লৌরিবা মখোয়না মৈবু ঈংই হায়না লৌদ্রিবা করিগীনো; অলংকার য়াওদবা কাব্যগা অঙ্গংবা মৈগদি অমত্তনি মসিবু শেংঙবনি হায়বদি পেং চোইরবনা লৌগদবনি'—

> অঙ্গীকরোতি যঃ কাব্যম্ শব্দার্থবনলংকৃতী।
> অসৌ ন মন্যতে কস্মাদনুষ্ণমনলংকৃতী॥

(*চন্দ্রালোক*, ১/৮)

জয়দেবগী পরেং অনী অসিদা য়মক অমদি নিদর্শনা অলংকারগী ফজরবা মশক য়াওরিবনি। জয়দেবগী মমাঙদা *অলংকার সর্বস্ব* ইরম্বা রুয়্যক (১২শুবা)না মমাঙগী অলংকারবদী মায়চৌশিংগী মোত মতুংইন্না 'অলংকারনা কাব্যদা মরু নি' হায়না কন্না হায়খ্রবনি—

তদেবমলংকাবা এব কাব্যে প্রধানমিতি প্রাচ্যানাং মতম্।। (কযয়ক, *অলংকাব সর্বস্ব*)।

সম্প্রদায় অসিগী নৈন-মীওইশিংনা হায়বিবা 'অলংকাব' অসি ইচম চম্না ঙসি মযাম্না লৌনবিবা লৈতেংখক্তং ওইখ্রবা অসি নত্তে। কাব্যগী মতাংদা নীংথিহল্লিবা লীচৎ (ধর্ম) পূম্নমক মসিগী মনুংদা থম্মিবনি। মাযচৌ দণ্ডীনা থাজনা হায়বা ব্রা লৈ—কাব্যগী নীংথিবগী মবম ওইবিবা লম্বীশিংবু (ধর্ম) অলংকাব কৌই—'কাব্য শোভাকবান্ ধর্মান্ অলংকাবানপ্রচক্ষতে ।।' (দণ্ডী, *কাব্যদর্শ*)। পণ্ডিত অসিনা অমদি মাগুম্বা অতৈনা লৌবিবসি পাক-চাউবা অর্থনি। মানা মখা তানা অমুক্তা হাযবিবনা 'অতৈ শাস্ত্রশিংদা পল্লিবা সন্ধিশিং, সন্ধিগী কায়াৎশিং, বৃত্তি, বৃত্তিগী কায়াৎশিং মখোয়গী মশকশিং শীংথাবিবা পূম্নমক্তা ঐখোয়গী মোৎতদি অলংকাবমক্লি' অসিনি—

যচ্চ সন্ধ্যঙ্গবৃত্যঙ্গ লক্ষণাদ্যগমান্তরে।
ব্যাবর্ণিনভিদং চেষ্টম্ অলংকারতয়েব নঃ ।।

(দণ্ডী, *কাব্যাদর্শ*)

অলংকাব পূম্নমক্কী হৌফমদি 'বক্রোক্তি'নি হাযনা সম্প্রদাযসিগী কোকলেন ওইবা ভামহনা হায। বক্রোক্তি হাযবদি (বক্র = অখোয়বা, উক্তি = ব্রাঙাঙ) চুম্না নত্তবা খোযনা কোইথোক্লা ঙাঙবা ব্রাফম হাযবনি। চুমদ্রিং চুম্না হাযবা, ঙাঙবা নৎত্রগনা ইবা নত্তবা কোইথোক্লা অতোপ্পা ঙাঙঙিবদু নত্তবা অর্থ অমা ফোঙদোক্লিবা ব্রাফম অদু বক্রোক্তিনি। কাব্যদি হায়বনা অমা হায়বগা খণ্ডবনা অতোপ্পা অমা খণ্ডগদবনি হাযবা ব্রানি। অলংকাব পূম্নমক মসিদগী ওইবকই হায়বসি ভামহনা থাজবনি। মানা বক্রোক্তি য়াওদবা অলংকাব অমগী মবমদা খনবা ঙমদে —

সৈষা সর্বত্র বক্রোক্তিরনয়ার্থো বিভাব্যতে।
যত্নোঽস্যাম্ কবিনা কার্যঃ কোঽলংকারোঽনয়া বিনা।।

(*কাব্যালংকাব*, ২/৮৫)

ভবত মুনিনদি শূপ্নগী অলংকাব মবিদমক পল্লম্মী—অনুপ্রাস, উপমা, রূপক অমদি দীপক। অনুপ্রাসনা ব্রাহৈগীনি অতৈনা অর্থগীনি। বেদ-সাহিত্য, *বামাযণ* অমদি *মহাভাবত* নচিংবা যাম্না লিবা খূৎইশিংদসু অলংকাব মখল কযা শীজিন্নবন্বনি। অদুবু মমিং-মথা মওংনচিংবা নৈনবদি থেংননদে। ভবতনা অহানবা ওইনা লৈ। ভামহনা অলংকাব ৩৮ শীংথাবকই। উদ্‌ভট (৮শুবা)না মাগী *অলংকাব সংগ্রহ*দা ৪১ শুহল্লকই: কদ্রট (৯শুবা)না অলংকাববু ব্রাহৈগী মঙা অদুগা অর্থগী ৫০ খায়দোক্তুনা নৈনবা হৌই। মাযচৌ কুন্তক (১০-১১শুবা) যৌবকপা মতাংদা ভামহনা অলংকাব পূম্নমক্কী মকনি

হায়ৰম্বা 'বক্রোক্তি' হায়বা অসি লৌখৎলগা মসিনা কাব্যগী থৱায়নি (জীবিতনি) হায়না অনৌবা পথাপ অমা হৌদোকখ্রবনি। ভোজৰাজ (১১শুবা)না শব্দালাংকাৰ ২৪, অর্থালংকাৰ ২৪ অমদি উভযালংকাৰ (অনী পূনবা) ২৪, পূন্না অলংকাৰ ৭২ নৈনৰকই। ভোজৰাজদি তশেংবদি ৰসবাদীনি অদুবু অলংকাৰসু কাব্যগী কাযাৎ অমা ওইনা পাক শন্না নৈনৰকপনি। অসুম্না মাযচৌ মম্মটসু ৰসবাদী ওইনা ওইনা অলংকাৰ মমূৎ তানা নৈনৈ। মানা শব্দালংকাৰ ৮ অদুগা অর্থালাংকাৰ ৬২, পূন্না ৭০ নৈনৰকই। *অগ্নিপুৰাণ* দদি (১২শুবা) মশীং খঙহন হম্বৰকই; শূপ্নগী ১৬ তমক শীংথাৰকই। রুয়যক (১২শুবা)নদি মাগী *অলংকাৰ সৰ্বস্ব* দা ব্রাহেগী ১০ অদুগা অর্থগীনা ৭৫, পূন্না ৮৫ শীংথাৰকই। জযদেৱ (১৩শুবা)গী *চন্দ্রালোক* তা পূন্না অলংকাৰ ১০০ গী মৰমদা কূপ্না নৈনৰকই। বিশ্বনাথ কবিৰাজসু তশেংবদি ৰসবাদীনি, অদুবু মকওইবা মচলশিংগী মনুংদা অমনি লৌদুনা অলংকাৰগী মৰমদা পাক শন্না নৈনৰকই অদুগা অনৌবা মওংদা মখল খাযনবা লাক্লে। পণ্ডিতৰাজ জগন্নাথকী মপূং ফানা ফংনদ্রিবা *ৰসগঙ্গাধৰ* দা অলংকাৰ ৭০ মচা খায়না নৈনৈ। মতম অসিব্রাইদা হাযবদি ১৭শুবা চহীচাগী অসিদা মতম মান্নবা অপ্পয দীক্ষিতকী *কুবলযানন্দ* দদি অলঙ্কাৰ ১২৫ শুৰকই। হৌজিক অসিদদি শব্দালংকাৰ, অর্থালংকাৰ অমদি উভযালংকাৰগী মখল মচা মচা মযাম পূনশিল্লগা পূন্না ২০০ মুক লৈৰৰগী ব্রা ঙাঙনবি।

অলংকাৰ সম্প্রদাযগী নৈন-মীওইশিংনা লৌবিবা অলংকাৰ অসি, মথক্তসু পনশ্লে, ইচম চম্বা মপাম্বোংগী লীক-কোল, লৈ-শু, ফিজেৎ-লৈতেংগী ওইনা তৌবা পোৎ নত্তে; অলংকাৰ মখল মযাম অসি নৈনবদা, কাব্যগী নুংগী ওইবা মচল যাওবি। ৰস-কাঙবুনা কন্না পুখৎলিবা ৰসকী ফীভম অসি মখোযসু খঙই। ভামহনা মহাকাব্যগী মতাংদা হাযবদা 'মীযামগী লীচৎকা চান্নবা ৰস পূম্নমক' চঙই হায়না পল্লিবনি—'যুক্তং লোকস্বভাবেন ৰসৈশ্চ সকলৈঃ পৃথক্।।' (*কাব্যালংকাৰ*, ১২/২)। ৰস হাযবা পোৎলম অসি মহাক মশা য়াজে। তৌবতবু ৰস হাযবসিগী তোঙানবা মশক অমা থম্বগী মহুৎতা থৱায়নি হাযনা লৌবিবা অলংকাৰ অসিগী মনুংদা, মসিগী মখল অমা ওইনা শীকশিন্না লৌবগী ব্রানি। ৰস অমদি ভাৱ মযামগী মশক অসি ভামহনা ৰসবত্‌, প্রেয়ঃ, উর্জস্বী অমদি সমাহিত হাযবা অলংকাৰগী মখলশিংদা কোনশিন্দুনা হাপচিল্লি। ভৰত মুনিনা পল্লম্বা 'শৃঙ্গাৰনচিংবা অসি শাফোঙলকপা মতাং অদুদা ৰসবত্‌ অলংকাৰগী ফীভম' অসি ওইৰকই হাযনা শেংনা হাযবনি—

রসবদ্ দর্শিতস্পষ্ট—শৃঙ্গারাদি রসং য়থা।

**দেবী সমাগমদ্ ধর্ম মস্করণ্যতিরোহিতা।।**

**(*কাব্যালংকাব*, ৩/৬)**

দণ্ডীনসু 'বসবত অলংকাবগী মনুংদা বস নিপান অমদি স্থায়ীভাবশিং যাওবে' হায়না শেংনা হায়ববনি।

**ইহ ত্বষ্টরসায়ত্তা বসবত্তা স্মৃতা গিবাম্।**

**প্রাক্ প্রীতির্দর্শিতা সেয়ং রতিঃ শৃঙ্গাবতাং গতা।।**

**(দণ্ডী, *কাব্যাদর্শ*, ২/২৯২; ২/২৮১)**

কাঙলূপ অসিগী যাম্না মকুওইবা নৈন-মীওই অমা ওইবিবা রুদ্রটনসু মাগী *কাব্যালংকাব* দা কাব্যদা বস হাপ্পনবা অখন্নবা মওং অমদা হোৎনবা তাবনি হায়বগী পাউতাক পীবনি—'তস্মাত্তত্ কর্তব্যম্ যত্নেন মহীয়সা বসৈর্যুক্তম্।।' (*কাব্যালংকাব*, ১২/২)।

অলংকাববাদী নৈন-মীওইশিংগী আত্মা ওই হায়বিবা অলংকাবশিং অসিদা থক্তোবকপা অর্থগী হায়বদি ব্যঙ্গ্যগী মওংদা অর্থ লৌবগী মতাংসু অদুম্মক য়াওবি। কাব্যদা অসিগুম্বা অর্থ মবৌ হায়বদি ধ্বনি অসি লৈ অমদি মকুওইবা মচলশিংগী মনুংদা অমনি হায়বসি মখোয়দা শোযদনমক ফাওখিবনি। অদুবু হায়বনা অমা হায়বগা খণ্ডবনা হায়বদি ফোঙদোকপনা অতোপ্পা অমা ফোঙদোকপগী মওং অসিসু মখোয়না অলংকাবগী মখল খবদা থম্মী। ভামহনা 'সমাসোক্তি' হায়বা অলংকাবদা অর্থ মফোঙদোক অসি থম্মী। মানা হায—"কবিগুম্বা পোৎ অমা শীংথাবদা মদুগা মান্নবা মগুণ চেনবা অতোপ্পা অর্থ অমা ফাওববদি সমাসোক্তি হায়বসি ওই।"

**য়ত্রোক্তে গম্যতেঽন্যোর্থস্তত্ সমানবিশেষণঃ।**

**সা সমাসোক্তিরুদ্দিষ্টা সংক্ষিপ্তার্থতয়া য়থা।।**

**(*কাব্যালংকাব*, ২/৭৯)**

অসুম্না 'আক্ষেপ', 'পর্যাযোক্তি'নচিংবা অলংকাবশিংদসু ধ্বনিগী ব্রা-মচংগী শব্দক যাওবি। মায়চৌ রুদ্রটনা 'ভাব' হায়না কৌবা অনৌবা মখলগী অলংকাব অমা পুথোকই। মসিদসু মচেক্তা য়ৈবগা ময়াঙদা ফাওবগী মফোঙদোক্তা কন্না থৌনা পীশিল্লি। ধ্বনিগী মওং অসি মখোয় অদুম্মক যানীংবনি। তৌবতবু মসিনা ধ্বাইদগী মকুওইবা মচল আত্মানি হায়বদি য়ানীংদে; চুম্নতগী ফজবা অলংকাব মখলশিংগী মনুংদা অমা নৎত্রগা খবনি হায়না লৌবনি।

ভামহ, দণ্ডী অমদি অতৈ খবগী অলংকাবনা আত্মানি হায়বা মোত অসি মতম খবদি, চাউবাক্লা ১০শুবা চহীচা ফাওবদি কন্না চৎনবা উই। মতুংদদি ধ্বাখল্লোন

অসিগী ময়াক হস্থবকই। তুংগী নৈন-মীওইশিংনা থব্রায় ওইবগী ব্রাখল অসি য়ানবক্তে। অদুবু অলংকাবগী মফমদি কাব্যদা য়াম্নমক চাউনা থম্মে। অতৈ সম্প্রদাযশিংগী পণ্ডিতশিংনা অলংকাব হায়বা মচল অসিবুদি সুকথামক থাদোক্লদে। য়াম্নমক পাক শন্না শীংথানৈ। ফজনবা অমদি ফজবা হেনগৎহন্ননবা নীংথিবা মচল অমা ওইনা লৌনবকপগী ব্রাদনি। ওসি ফাওবা অলংকাববু ইকায খুম্নদবা মায়চৌ লৈতে। মসিনা থব্রায়মক্লি হায়বদি য়ানদে।

### ৩। বীতি সম্প্রদায়/গুণ-বীতি সম্প্রদায়ঃ

বীতি হায়বিবসিনা কাব্যগী থব্রাযনি হাযবা কাওবু লৈ। কাওবু অসিগী ইহান হানবা নৈন-মীওইনি বামন (৯শুবা চহীচা)। মাগী *কাব্যালংকাবসূত্র* দা লাউথোকপগুম্না হাযখিবনি—'বীতিবাত্মা কাব্যস্য'—বীতিনা কাব্যগী আত্মানি। বীতি হায়বসিদি কবি পোৎনো? বামননা মখা তানা পাউখুম ওইনা হায—'বিশিষ্টা পদবচনা বীতিঃ'—অখন্নবা তোপতোপ তাবা ব্রাহৈ লেংশিনবগী মওংদু বীতিনি। বামননা লাইখায় অমা তানা হায়বনি—'বিশেষো গুণাত্মা'—তোপতোপ তাবা মওং হাযবসিগী আত্মানা গুণ অসিনি। বামননা হায়বা পাম্মিবসি গুণদা যূম্ফম ওইবা তোপতোপ তাবা ব্রাহৈ লেংশিনবগী মওং অসিনা কাব্যগী আত্মানি হাযবসিনি। শম্না, কবিগী খূৎই হায়বদি মফোঙদোক (শৈলী/style) অদুবুনি। বামননা লৌবিবসি থব্রায় ওইবা পোৎলম অনীনি—'গুণ' অমদি 'বীতি' অনী অসি তৎন-থানবা লৈতবমখে ঈবোযদা লোয়নদুনা লৈ। অমতমক লৈবা য়াদে নৎত্রগা ওমদে। অদুনা সম্প্রদায় অসিবু মীওই খবনা 'গুণ-বীতি সম্প্রদায়' হায়নসু কৌনৈ। অদুম্মক য়ানবি।

মসিদা থব্রায় অমা ওইনা পাল্লিবা 'গুণ' অসিদি কবিনো? গুণগী ব্রাফম অসি ভবত মুনিনা ইহান হান্না পল্লম্বনি। কাব্যদা চঙগদবা হায়বদি চেনগদবা গুণ অসি তবানি হায়না *নাট্যশাস্ত্র* দা (১৭/৯৫) পীবম্মী—

১। শ্লেষ—পাম্মিবা অর্থ অমগী ব্রাহৈ কয়ামুক শীজিন্নবা;
২। প্রসাদ—লায়না খঙবা য়াবা ব্রাহৈ শীজিন্নবা;
৩। সমতা—লৈতেংগা মগুণগা চাং মান্নবা লৈবা মওং;
৪। সমাধি—উপমানচিংবনা ফোঙদোকপা অর্থ ময়াম শমজীন্না উৎপা;
৫। মাধুর্য্য—হন্না হন্না তাববসু, হায়ববসু পূক্লিং পেনবা লৈতনা নুংঙাইবা;
৬। ওজ—কম্থা-হৈথোবা ব্রাহৈশিং শীজিন্নবা অব্রাংবা ব্রাখল ফোঙদোকপা;

৭। সৌকুমার্য—হায়বদা লায়বা, নীংথিবা অর্থ শাগোন্নবা সন্ধি তৌরবা পরেংশিং;

৮। অর্থব্যক্তি—পামজবা অর্থশিং লৌবা য়াবা পরেংশিং;

৯। উদাত্ত—অকক্লবা অর্থ ময়াম পাক-শন্না য়াওবা ফজবা ৱাহৈশিংগী পরেং;

১০।কান্তি—নীংথিবা ৱাহৈ অর্থনা পূক্লিংগা নাকোংগদা নুংঙাইহনবা শৈরেং।

ভরত মুনিনা পীরম্বা গুণশিং অসি ভামহনদি য়ানীংদে, অহুমখক্তমক—মাধুর্য, ওজ অমদি প্রসাদ—পল্লি। তুংদা লাকপা পণ্ডিতশিংসু—মম্মট, হেমচন্দ্র, বিশ্বনাথ কবিরাজনচিংবসু অহুমসিদমক য়াই; তরা অসি অহুম অসিদা হাপচিন্নবা তৌই। রীতি সম্প্রদায়গী অপোকপা বামননদি ভরতকী তরা অসি য়াবগা লোয়ননা তবা অসি ৱাহৈগী ওইবা অমদি অর্থগী ওইবা অনী থোক্লা পুদুনা তরা-তরা অনী হায়বদি কুন শুহল্লি। মসিগা গুণ মমিংদি মান্নরগা মখোয়গী ব্যাখ্যাদি ভরতকীগা খেন্নবা ৈই। বামনগী মখায়দোক অসি অতৈনদি য়ানদে। ভোজরাজ (১১শুবা)দংনদি য়ানীংবা উৎলি। অদুবু ভোজরাজদি গুণ অসিবু মপান্থোংগী গুণ (বাহ্য গুণ), মনুংগী গুণ (অন্তব গুণ) অমদি অখন্নবা গুণ (বৈশেষিক গুণ) হায়দনা যুম্ফম অহুম থোক্লা খায়দোকই অদুগা মশীংসু তরাদগী কুনমরিদা হেনগৎহল্লি—*সরস্বতীকণ্ঠাভবণ*, ১/৫৮গী মতুং ইন্না। ভোজরাজগী য়াম্না কূপথখ্রবা মওং অমদি মশীং অসিসু তুংগী নৈন-মীওইশিংদা য়ানীংনা থোক্তে। য়ানরিবসি হান্নগী গুণ তরা অসিনি। অসিগুম্বা গুণশিংনা থৱায় ওইবা রীতি অদুবুনি সম্প্রদায় অসিগী মায়চৌশিংনা কাব্যগী থৱায়নি হায়রিবসি। (গুণগী মতাংসি তাঙ্কক ৫ শুবদা পাক্লা নৈনরি।)

অদুদি, রীতি হায়রিবসিদি করিনো? 'রীতি' ৱাহৈ অসি রীঙ্গতৌ (চৎপা) হায়বা খোঙচৎকী অর্থ পুবা 'রীঙ্' ধাতুদা 'ক্তিন্' হায়বা প্রত্যয় অসি তপশিল্লগা শেম্বনি। মসিগী হৌরকপগী মওংদগী তারিবা অর্থনা লম্বেল (মার্গ) অসিনি। অদুনা সংস্কৃততা পন্থা, বীথি, গতি, প্রস্থান অসি রীতিগা অর্থ মান্নবা ৱাহৈনি, শম্না, চৎনরিবা লম্বেল হায়বনি। মসিবু বামননা কাব্যগী মতাংদা পুশিল্লক্লগা ফোঙদোকপগী লম্বেল হায়বদি ৱাহৈ-পরেং লেংশিনবগী মওং ওইনা লৌবনি; পদরচনা হায়বনি। অসিগুম্বা লেংশিনবগী মওংদা তোপতোপ তারবা মওং অদু রীতিনি হায়না বামননা হায়রিবনি—'বিশিষ্ট পদরচনা রীতিঃ।' ফোঙদোকপা মফোঙদোক্কী মওংনি হায়না লৌরগনি।

ফোঙদোকপগী মওং অসি লম অমগা লম অমগা, মফম অমগা মফম অমগা মান্নদে। চপ মান্নবা লোন (সংস্কৃতপু ওইবো মণিপুরীবু ওইবো) অমসিদা অমগা অমগা ফোঙদোকপগী মফোঙদোক মান্নদে। মুন্না যেংশিল্লবদি মী অমগা অমগসু মান্নদ্রিবনি। কালিদাসকা ভবভূতিগা মান্নদে; তোংবাগা ইবুংঙোহলগা খেন্নে। কালিদাসনা মী-মীগী অপাম্বা খেন্নে—'ভিন্নরুচির্হি লোকঃ'—হায়বম্বদু চুম্মবনি। থায়নগী পাক চাউববা ভারত অসিদা ব্রাঙাঙ-শাঙাঙ, মই-মফোঙদোক অসি মায়কৈগী ওইনা য়েংলগা খেন্নবা মখল মবিখক যানবকই। মখলশিং অসি লমগী ওইবা মমিং থোল্লি। ভারতকী নোংচুপ মায়কৈগী লমশিংদা চংনবিবা ফোঙদোকপগী মওং অসিবুনা 'আবন্তী' থোল্লে; খা থংববোমগীনা 'দাক্ষিণাত্যা'; উড্র হায়বদি উবিষা অমদি মগধ অসোমগী হায়বদি নোংপোক্লোমগী লমশিংগীবুনা 'ঔড্রমাগধী' কৌবে; অদুগা ময়ায়থংবা শব্দক্তীনা 'পাঞ্চালী' হায়বদি পঞ্চাল হায়বা লমগী ওইবা হায়না কৌনবে। ব্রাফম অসি ভরতনা মাগী মতম অদুদা চংনববনি হায়ববনি।

> **চতুর্বিধা প্রবৃত্তিশ্চ প্রোক্তা নাট্যপ্রয়োগতঃ।**
> **আবন্তী দাক্ষিণাত্যা চ পাঞ্চালোচৌংড্রমাগধী॥**
>
> **(ভরত, *নাট্যশাস্ত্র*, ১৪/৩৬)**
>
> **(নাট্যগী অভিনয়দা প্রবৃত্তি মখল মরিনি**
> **আবন্তী, দাক্ষিণাত্য, পাঞ্চালী অমদি ঔড্রমাগধী)**

লীলা হায়বসিদদি পুন্সিগী চপ চাবা মওং মশক উৎপা তাবনিনা লম-লমগী লৈবিবা মশক খঙবা তাবনি। শমজিন্না হায়বা তাববদা (১) আবন্তী (নোংচুপ ভারতকী ওইবা), (২) দাক্ষিনাত্য (খা থংবগী), (৩) ঔড্রমাগধী (নোংপোক্লোমগী) অমদি (৪) পাঞ্চালী (ময়ায় থংবগী) কৌবা ফোঙদোকপগী হায়বদি মইগী মওং হায়বদি রীতি মবি অসি ভরতকী মতমদা চংনবে। বাণভট্ট (৭শুবা চহীচা)না মাগী *হর্ষচরিত* তা, মতমদুদা চংনবিবা রীতি মবিদুগী মশক অসুম্না তাকপা থেংনৈ— 'উদীচ্য (অব্রাংলোমদা)গী মীশিংনা অর্থ অনী-অনী চংপা ব্রাহে য়াওবা লোন্দা শীজিন্নে। প্রতীচ্য (নোংচুপলোমদা)গী মীয়াম্না শূপ্নগী অর্থদমক পাম্নে। দাক্ষিণাত্য (মখাবোমদা)দা উৎপ্রেক্ষাগীদমক্তা ইকায়খুম্নৈ। গৌড (নোংপোক)গীদনা শূপ্নগী ময়েক্কী থোক-থাক্তমক উই''—

> **শ্লেষপ্রায়মুদীচ্যেষু প্রতীচ্যেষ্বর্থমাত্রকম্।**
> **উৎপ্রেক্ষা দাক্ষিণাত্যেষু গৌড়েষু বক্ষরডম্বরম্॥**
>
> **(*হর্ষচরিত*, ১/৭)**

মতমদুগী মফোঙদোক্কী মওং শীংথাবগী ৱাদনি বাণভট্ট কবি মশাদি মওংশিং অসি পূন্না শীজিন্নবা চুম্মী হায়না লৌখিবা মীওইনি। থবক্তসু উৎলি। ভামহনদি রীতি হায়বা ৱাহে অসি শীজিন্নদে, 'মার্গ' (লম্বেল) হায়না শীংথাই। পোৎলমদি অমত্তনি; রীতি অসিনি। ভামহনা মার্গ অনীদমক পল্লি—বৈদর্ভ মার্গ অমদি গৌড়ীয় মার্গ। উদীচ্য, হায়বদি অৱাংগী অমদি প্রতীচ্য হায়বদি নোংচুপকী মওং অসি থমদ্রে। গৌড়ীয়, হায়বদি নোংপোক্কীগা দাক্ষিণাত্যা, হায়বদি খা থংবরোমগীগা অনীসিদনি হায়না লৌখ্রে। দাক্ষিণাত্যা হায়বা মিং অসিগী মহুৎতা বৈদর্ভ হায়না খঙনরে। মফোঙদোক অনীমক অসি লমগী মমিংদা থোনবনি। গৌড় হায়বনা হৌজিক্কী বঙ্গ অসিনি অদুগা বিদর্ভনা খারোমদা হৌজিক্কী বরার হায়বা প্রান্ত অসিগী অরিবা মমিংনি। লম অনী অসি মতমদুদা কাব্য অমদি অতৈ কলাশিংগী মফম ওইনা লৈরম্লনি। গৌড় মার্গ অসি ময়েক হায়বদি খোম্হোক্কী ওইবা তাবদা নুংঙাইবা অর্থদি থোইনা লৈতবা অলংকার য়াম্না য়াওবা মওংগী মফোঙদোক্লি। বৈদর্ভ মার্গ অসিনা ৱাহে-ৱাতা মেঙবা থোৎপা অর্থ মরোল-মরোল লৈবা মফোঙদোক্লি। বিদর্ভ লৈবাক্কী কবিশিংনা পাক-শন্না শীজিন্নবা মওংনি। ভামহনা রীতি অনীমক অংুম ফজৈ তৌবতবু বক্রোক্তি য়াওগদবনি, য়াওদবা য়াদে হায়বগী মোত ফোঙদোকই— 'যুক্তং বক্রস্বভাবোক্ত্যা সর্বমেবৈতদিষ্যতে ॥' (ভামহ, *কাব্যালংকার*, ১/৩০)

দণ্ডী (৮শুবা চহীচা) রীতি অনীসিদা থাজজৈ—বৈদর্ভ মার্গ অমদি গৌড় মার্গ। দণ্ডীসু রীতি হায়বা ৱাহৈসি শীজিন্নদে; মার্গ অদুম হায়। ভামহনা লৌরম্বা মার্গ নৎত্রগা রীতিদি মপাম্হোংগী ওইবা মফোঙদোক অমা ওইনা তৌবনি। দণ্ডীনা মার্গ অনীসিগা গুণ তরাগা তৎন-থানদবা মরী লৈননা ব্যাখ্যা তৌরকই। গুণ তরা অসিমক বৈদর্ভ মার্গগী প্রাণমক্লি হায়রকই —'ইতি বৈদর্ভমার্গস্য প্রাণা দশ গুণাঃ স্মৃতাঃ' (*কাব্যাদর্শ*, ১/৪৩)। দণ্ডীনা মখা তানা থাজবনা বৈদর্ভ মার্গ নৎত্রগা বৈদর্ভী রীতিনা গৌড় মার্গ নৎত্রগা গৌড়ী রীতিদগী মরীক চুম্বা হেল্লি হায়বসিনি।

মায়চৌ বামন (৯শুবা চহীচা) য়ৌরকপা মতাংদা কাব্যগী গুণ অসিনা কাব্যগীদি পূম্নমক্লি হায়না লৌরক্লে। গুণ অসিমক্তা রীতি হায়বদি মফোঙদোক্কী থৱায়নি হায়না হায়রক্লে। বামননা হান্নমা লৈরবা রীতি অনীসিগী মথক্তা পঞ্চাল প্রান্তরোমদা ফংবা খৃৎইগী মওং 'পাঞ্চালী' কৌবা অমা নৌনা পুথোরক্লে। পূন্না রীতি অহুম—বৈদর্ভী, গৌড়ী অমদি পাঞ্চালী শুরে। অহুম অসিগী মশক মওং অসুম্না তাকই—

**বৈদর্ভীদা গুণ পূম্নমক য়াওই**

**গৌড়ীদনা ওজ অমদি কান্তি গুণনা মপুং ওই**

পাঞ্চালীদনা ওজ অমদি কান্তি ৱাৎলি অদুগা মাধুর্য অমদি সৌকুমার্য় যাওই— সমগ্রগুণা বৈদর্ভী (*কাব্যাদর্শ*, ১/২/১১), ওজঃ কান্তি মতী গৌডিয়া (১/২/১২) অমসুং মাধুর্যসৌকুমার্য়োপপন্না পাঞ্চালী (১/২/১৩)। অহুম অসিগী মনুংদা বৈদর্ভী ৰীতিনা অবোইবনি হায়না লৌখি। অসিগুম্মবা ৰীতি হাযবিবা ফোঙদোকপগী খূৎইগী মওং অসিনা কাব্যগী আত্মানি হায়না লাউথোকপগুম হায়খিবসি বামননি।

রুদ্রট (৯শুবা)না মথক্কী বামননা পীবা ৰীতি অহুম অসিদা, অমগা অমুক হাপচিল্লি। 'লাটীযা' হাযনা থোল্লি। লাট হাযবসি লৈবাক অমগী মমিংনি। লাট লৈবাক্তা চৎনবা লোন্দাদগী লৌদুনা 'লাটীযা' কৌবনি। রুদ্রটকী অনৌবা ৱাখল্লোন অমনা ৰীতি মবি অসি কাব্যগী বসশিংগা মৰী লৈনহল্লকপা অসিনি। ভামহনা মার্গ (ৰীতি) অসি অলংকাবগা মৰী লৈনহনখ্রে; বামননা গুণশিংগা তৎন-থানবা যাদ্রবা মৰী অমা পুথোক্লে। মতুং অসিদা রুদ্রটনা বসকা মতা চান্ননা ৰীতি (ফোঙদোকপগী মওং) খনগদবনি হাযনা অহানবা ওইনা কন্না পুখৎলক্লে। ৱাফম অসি তুংগী নৈন-মীওইশিংনসু যাই। রুদ্রটকী অকনবা মোৎতি অসি ফাওবা লৈ —বৈদর্ভী অমদি মসিগা মান্নবা পাঞ্চালীগা অনীসি মাধুর্য অমদি সৌকুমার্য়বু ফোঙদোকপনিনা শৃঙ্গাব, প্রেয, করুণ, ভযানক অমদি অদ্‌ভুত হাযবিবা বসশিংবু যোমদুনা থমগদবনি অদুগা ওজ অমদি কষ্ট্র-হৈথোবা মওংগী মফোঙদোক্লিনা লাটীয়াগা গৌডীয়া হাযবিবা ৰীতিশিংসিনা ৰৌদ্রগা পক্লগনি। লেমহৌবিবা বস অতৈগীদি ৰীতিগী অকক্লবা নিয়ম লৈবোই —

> **বৈদর্ভী-পাঞ্চাল্যৌ প্রেয়সি করুণে ভয়ানকাদ্‌ভুতয়োঃ**
> **লাটীয়া গৌড়ীয়ে ৰৌদ্রে কুর্যাদ য়থৌচিত্যম্‌।।**
>
> (*কাব্যালংকার*, ১৫/২০)

বসকী ৱাফম আনন্দবর্ধন অমদি মম্মটতসু উবা ফংই।

বাজশেখব পণ্ডিতনা (১০শুবা চহীচা) ৰীতি অসি 'প্রবৃত্তি' অমদি 'বৃত্তি'গা মৰী চেৎনা লৈনবগী ৱাফম হৌদোবকই। প্রবৃত্তি, বৃত্তি অমদি ৰীতি হায়বিবা অহুম অসি কবি কবিনো হায়বগী মতাংদা বাজশেখবনা তাক্লি—

> **বেষবিন্যাসক্রমঃ প্রবৃত্তিঃ**
> **বিলাসবিন্যাসক্রমো বৃত্তিঃ**
> **বচণবিন্যাসক্রমো ৰীতিঃ**
>
> (*কাব্যমীমাংসা*)

হায়বদি, ফিজেৎকী মওং-মখলবু প্রবৃত্তি কৌনৈ; হবাও-তয়াম্বা ফোঙদোকপগী

মওং-মখলনা বৃত্তিনি অদুগা ৱাঙাঙ-শাঙাঙগী মওং-মখলবুনা ৱীতি কৌনৈ। লম-লমগী মফম-মফমগী ফিজেৎ-চাকচা, জগোয়-ঈশৈনচিংবা হৱাও-তয়াম্বা ফোঙদোক্লবগী মওং অমদি ৱাঙাঙ-শাঙাঙ অসি খেন্নে, মান্নদে; মাগী মাগী তোপতোপ তাবা মওং অমমম লৈজে। মওংবু, ৱাজশেখবগী মতুংইন্না, মমাঙ থংবা লমদমশিংদা অঙ্গ-বঙ্গ—সুহ্ম, পুনড্র অসিনচিংবা প্রান্তশিংদা মীয়াম্না শেংলি-চাবিবা মওং, মখোযগী মশক তাক্লিবা অসিনা মখোযগী 'ঔড্রমাগধী' হায়বা প্রবৃত্তিনি; মখোযগী হৱাও তয়াম্বা উৎপগী জগোযনচিংবসিনা 'ভাবতী বৃত্তি' হায়না খঙনবে অদুগা মখোযনা ঙাঙন-শক্লবদা শীজিন্নবিবা লোন্দা-পুদা ৱাহৈ-ৱাতা লেংশিনবগী মওং হায়বদি সমাস যাম্না তৌবা অনুপ্রাস যাম্না শীজিন্নবদা হৈনবা মওং অসিবুনা 'গৌডী ৱীতি' হায়বদুনি। অসুম্না, পাঞ্চাল প্রান্তবোমগীনা—হায়বদি পাঞ্চাল, শূবসেন, হস্তিনাপুব, কশ্মীব, বাহীক, বাহ্লীক, বাহ্লবেযনচিংবা—'পাঞ্চাল মধ্যমা' কৌবা প্রবৃত্তি ওইবে; শাজৎ-লাকচৎ, খোঙহাই-খুৎহাই, জগোযনচিংবগী মওংসিনা 'আবভটী' হায়বা বৃত্তিদুনি; ঙাঙবগী মওংনা 'পাঞ্চালী' ৱীতি কৌবে। অসুম্না অমুক অবন্তি, বৈদিশ, সুবাষ্ট্র, মালব, অর্বুদ, ভৃগুকচ্ছনচিংবা লৈবাক্লোমগী ফিজেৎ-চাকচানা 'আবন্তী প্রবৃত্তি', হকচাংগী কাযাৎশিং হাই-হুম্বগী মওংনা 'কৈশিকী বৃত্তি' কৌবে। ৱাঙাঙ-শাঙাঙদদি ইযান যান্নবা চপ চাবা মওং অমা লৈতবনা মনীং থংবা শব্দক অসিগীদি অকক্লবা ৱীতি অমা যাৎলমদবে। অদুগা খা থংবা মলয, মেকল, কুন্তল, কেবল, কলিঙ্গনচিংবা অসোমগী প্রবৃত্তিনা 'দাক্ষিণাত্যা', বৃত্তিনা 'কৈশিকী' অদুগা ৱীতিনা 'বৈদর্ভী' কৌবে। হেক যেংবদা খঙননবা অসুম্না থম্বা যাই—

| | দেশ/লম | প্রবৃত্তি | বৃত্তি | ৱীতি |
|---|---|---|---|---|
| ১। | গৌড (বঙ্গাল)নচিংবা | ঔড্রমাগধী | ভাবতী | গৌডী |
| ২। | পাঞ্চালনচিংবা | পাঞ্চালমধ্যমা | সাত্বতী, আবভটী | পাঞ্চালী |
| ৩। | অবন্তিনচিংবা | আবন্তী | সাত্বতী, কৈশিকী | (মমিং থোন্দ্রে) |
| ৪। | বিদর্ভনচিংবা | দাক্ষিণাত্যা | কৈশিকী | বৈদর্ভী |

ৱাজশেখবনা ৱীতি অহুমদমক যাই—গৌডী, পাঞ্চালী অমদি বৈদর্ভী। লাট লৈবাক্লচিংবগী 'লাটীয়া' মফোঙদোক্কী ৱাদি যানীংদ্রে। ৱাজশেখবগী কাব্যগী লাইবিক অতৈদা (নৈনবগী নত্তবা) ৱীতি খবগী মমিংসু থেংননৈ। *কর্পূবমঞ্জবী* গী ৱাহৌদোক্লুম্বদা 'মাগধী' ৱীতি অমদি *বালবামাযণ* গী ১০শুবা অঙ্কদা 'মৈথিলী' কৌবা ৱীতি অমগা পনবা থেংনৈ। *কর্পূবমঞ্জবী* দা বচ্ছোমি, মাগধী অমদি পঞ্চালিকা হায়বা

রীতি অসি পল্লি। মসিগী মনুংদা বচ্ছোমি অসি বিদর্ভ লৈবাক্কী কোনুং নৎত্রগা মরুওইবা শহর অমা ওইরম্বা 'বাৎসগুল্মি' অসিগী কায়থরকপা মওংনি (corrupted form) অদুগা 'পঞ্চালিকা'না হান্নগী পাঞ্চালীনি। 'মাগধী' অসিসু গৌড়ীগা মান্নবা মওংনি। *বালরামায়ণ*দা পল্লিবা 'মৈথিলী' অসি মিথিলা লৈবাক্তা চৎনবা, বৈদর্ভী অমদি গৌড়ীগী মরক্তা লৈবা মফোঙদোক (শৈলী) অমনি হায়না থাজনৈ। (বলদেব উপধ্যায়, *ভারতীয় সাহিত্যশাস্ত্র*, ২শুবা শরূক, নন্দকিশোর এন্দ সন্স, বারানসী, ৩শুবা খূৎনম, ১৯৬৭, লা: ১২৭-১২৮)। অদুবু তুংদা লাকপা নৈন-মীওইশিংনদি মৈথিলী রীতি অসি পন্নখিদরে।

মায়চৌ ভোজরাজনদি (১১শুবা চহীচা) হান্নগী রীতি মশীং অদুদা অনৌবা মমিং অনী অমগা হাপচিনবা পামখি—আবন্তিকা অমদি মাগধী। অহানবগী আবন্তিকা অসি বৈদর্ভী অমদি পাঞ্চালীগী মরক্কীনি অদুগা মাগধীনা লাটীয়াগী কায়থরকপা মওংবুনি হায়না লৌনরে। মসি ভোজরাজ মশাগী মোৎনি। মসিগী অকনবা ফল তুংগী কাঙবুদা থোইনা লৈতে। মতাং অসিন্নাই ফাওবদা ময়াম্না য়ানরবা রীতি অসি মরিনি—১। পাঞ্চালী, ২। গৌড়ীয়া, ৩। বৈদর্ভী অমদি ৪। লাটীয়া।

রীতিগী ইতিহাসতা কুন্তক (১০-১১শুবা চহীচা) আলোচক্কী মফম য়াম্না চাউনা লৈ। রীতিবু নৈনবগী মতাংদা নৈন-মীওই অসিনা মশাগী ওইবা তোপতোপ তারবা খূদোল কয়ামুক তৌই। অহানবমক্তদা ফোঙদোকপগী মওং ওইরিবা রীতি অসিবু মানা দেশক্কী নৎত্রগা লমগী ওইবা লোনচৎ অমা ওইনা লৌবগী মহুত্তা কবিগা মরী লৈনবা থৌওং অমা ওইনা ফোঙদোরকই। রীতিদি দেশকা হায়বদি লম-লমগী চৎনবীগা মরী লৈনদে ইরিবা মী অদুগী নুংগী ওইবা মগুণগা মরী লৈনগদবনি হায়না উৎলকই। ফোঙদোকপা হায়বসিমক্তবু মী মী অদুগী মশাগী ওইবা মওং 'স্বভাব' অদুনি। 'স্বো ভাবঃ' হায়বদি মশাগী ওইবা মতৌ, মশাগী, লৈরি হায়বগী নৎত্রগা মশাগী মশক অদুবু হায়বনি। মশাগী ওইনা স্বভাব অসিদা য়ূম্ফম ওইবা রীতিনি হায়না তাক্লকই। অদুনা দেশ নৎত্রগা লমগী মমিং লৌদুনা রীতিগী মমিং থোনবগী মহুত্তা কুন্তকনা অহানবা ওইনা মীওইবগী স্বভাবকী মশক লৌদুনা মিংথোল্লকই—১। সুকুমার মার্গ, ২। বিচিত্র মার্গ অমদি ৩। মধ্যম মার্গ। মার্গ হায়বদি রীতিনি হায়না মথক্তা পনখ্রে। কুন্তকনা রীতি অহুমনি হায়না লৌই। হায়রিবা অহুম অসি মীওইবগী (কবিগী) স্বভাব (মশাগী ওইবা মতৌ)তা য়ূম্ফম ওইরগা থোনবনি। অহুম অসিগী শন্নপ শন্নপ্পা মওংদি অসিনি—

১। সুকুমাব মার্গ —কাযাৎ থোৎপা নৌবা হায়বনি। মযেক অমদি মযেক্কুনা শাবা ৱাহৈ থোৎপা নৌবা হায়বগী অর্থনি। মফোঙদোক অসিদা অথোৎপা ৱাহৈ অমদি অথোৎপা পঙশাং-পঙশাং শাংদবা, হাযবদি সমাস শাংনা তৌবা নত্তবা, ভাবনা থল্লবা বস মযাম ফোঙদোকপা পবেংশিংগী খূৎইগী মওং যাওই। অলংকাব যাওবদি ময়াওই অদুবু যাওহল্লগে মতাগুম অতম্লনা শেম-শাদুনা অলংকাবনা হা-ববা হাযবদুদি ওইবোই; মশা মথন্নতনা মতাং চানা য়াওবকপা ওইনা যাওবকই। হাযবদি শীংথাবিবা হীবম অদুদগী অলংকাববোমদা লৈশিনখিবগী মওং ওইবোই। অসুম্না বস চেনবা, খোযথুম্লবা অমদি খঙবদা লাযবা মওংগী খূৎই অদু সুকুমাব মার্গ নৎত্রগা বীতিনি।

২। বিচিত্র মার্গ —হাযগদবা ফোঙদোক্লিবা অর্থনা অমা মদু হাযবিবগী মওংনা মাযকৈ ওন্ননা হঙ্গৎনা হোনবা হিদৌনা তৌবা অসি বিচিত্র কৌই। ‘বৈচিত্র্যম্ অলংকাবঃ’—হাযবদি বিচিত্রতা অসি অলংকাবমক্কী মমিংনি। মফোঙদোক অসিদা অতম-অতম্লনা শেম্মবা ··ববা অলংকাব মযাম অমা চোল্লপ চোল্লপ যাওই। যাওবিবা নীংথিবা ফজবা অলংকাবশিং অদগী ফল অপাবগী পূক্লিংদা শোযদনা তাই। মসিদা অর্থ অনৌ অনৌবা পীবগী মহুত্তা লৈতেং মবী-মবী মনম মনম উৎপনা চাং যাম্না হেন্না লৈ। ৱাহৈ-ৱাতা লোন্দা পুদাগী অঙকপা মওংনা থক্কৎহনবদা পূক্লিং চঙই। অসুম্না অতম্লবা অলংকাব মযাম যাওবা, বাহৈ-ৱাতা খন-খন্দুনা থক্কৎহন্নবা শেম-শাবা হেঞ্জিন-হেঞ্জিননা হাযদুনা অতিশয উক্তি ঙকহনবা লোয়ননা ৱাহৈ-ৱাতা অদুদা খোঞ্জেল খোন্থাংমক তাবগুম তৌববা মওংগী পবেংশিংনা ফোঙদোকপগী মফোঙদোকসি বিচিত্র মার্গনি।

৩। মধ্যম মার্গ —মধ্যম হাযবদি মবক্কী হাযবনি। মথক্কী অনী হাযবদি ‘সুকুমাব’ অমদি ‘বিচিত্র’ অনী অসি পূন্না চাং অমদা মান্ননা, যানশিন্ননা ইবা খূৎই অদুবুনি। অথোৎপগা অকনবগা চাং মান্ননা পূনশিন্দুনা ফজবা হেনগৎহনবগী ৱানি। যাম্না ফবা অমদি ফজবা মফোঙদোক ওইবনি। অসিগুম্বা মখলগী মফোঙদোক হাযবদি বীতিবু চপ চানা ইনবা সংস্কৃত সাহিত্য ফাওবদা তাঙই। মায়চৌ কুন্তকনদি মাতৃগুপ্ত, মাযুববাজ অমদি মঞ্জীব হায়বা কবি অহুমসি মধ্যম মার্গগী খূৎইদা ইবৃনি হাযনা পল্লি। ঙসি ফাওবদি মখোয়গী কাব্য থেংনন্দ্রি।

কুন্তকক্কী অনৌবা তোপতোপ তাবা ৱাখল্লোন অমনা হাযবিবা বীতি নৎত্রগা মার্গ অহুম অসিগী গুণ মবিসু য়াৎথোক্লম্বা অসিনি। গুণ মবিদুদি—১। মাধুর্য, ২। প্রসাদ, ৩। লাবণ্য অমদি ৪। অভিজাত্য অসিনি। হায়বিবা মগুণ মবি অসি মফোঙদোক (বীতি)

মরিমক্তা য়াওবনি হায়। গুণশিং অসি রীতিদদি য়াম্নমক মরুওই হায়না লৌই। রীতি অহুম্মক্তা মমিং মান্ননা গুণ মরি য়াওরবসু মওং মতৌদি খেন্নে। হায়বদি সুকুমার মার্গগী মাধুর্য গুণগা বিচিত্র মার্গগী মাধুর্য়গা খূৎই, ৱাহে লেংশিনবগী মওংনচিংবদা খেন্নবা লৈ। অদুনা গুণশিং অসি রীতিগী মতাং মতাংগী ওইনা অর্থ হল্লকই।

করম্বা রীতি (খূৎই) করম্বা মফম মতাংদা শীজিন্নগদগে হায়বগী ৱাফমসু নৈন-মীওইশিংগী মরক্তা অথোইবা অমা ওইরিবা আনন্দবর্ধননা (৯শুবা চহীচাদা) কূপ্না নৈনরম্মী। পণ্ডিত অসিনা মতা চান্নবা (ঔচিত্য) হায়বা ৱাখল অমদা রীতিগী মওং অসি শীজিন্নবা তাই হায়না শন্দোক্লা তাকই। মাগী মোৎতা মতা চান্নবা হায়বসি মওং মরিখক্তা থম্মী—১। বক্তৃ ঔচিত্য—ঙাঙলিবা পাত্র নৎত্রগা ইরিবা কবি অদুগী স্বভাবকা মতা চান্নবা; ২। বাচ্যৌচিত্য—হায়গদৌবা পোৎলম অদুগা মতা চান্নবা; ৩। বিষয়ৌচিত্য—ইরিবা কাব্য অদুগী মখলগী মওংগা চান্নবা (হায়বদি কাব্য মখলগী--লীলা, ৱারেং, মহাকাব্যগী মওংগা চান্নগদবা) অমদি ৪। রসৌচিত্য—পীগদৌরিবা রস অদুগা চূনবা অসি য়েংলগা পক্লগদবা রীতি অমা খনগদবনি হায়বগী ৱাফম্নি।

আলোচক ভামহদগী হৌনা নৈনবা হৌরক্লবা, কুন্তক ফাওবদা মখল মখা কয়ামুক্কী ওইবা মওংদা পুখৎলক্লবা কাব্যগী রীতি হায়বদি ফোঙদোকপা মফোঙদোক্কী মওং অসিদি পূন্নমক্লা য়ানরবা মচল অমনি। মমিংদা, মওংদা, মশীংদা যুগ পুবা মীওই কয়াগী হক্ল-হক্লবা মোত মখল মখলগী লৈরকখ্রবসু হৌজিক ফাওবদা অয়াম্বনা য়ারিবসি রীতি অহুম্নি—বৈদর্ভী, গৌড়ী অমদি পাঞ্চালী। মমিংসু অদুম্মক কৌনরি। মিংগী ৱাসিদি চৎনবী খঙনবী হায়বা অমদা যূম্ফম ওইবনি। অমুক্তং খঙনখ্রবদি কাচিন (angle) কয়ামুক্তগী ওনবা পান্নরবসু পাক হেক য়াদবা লৈ। ফনমক হোৎনদুনসু অশাওবীনা মমিং ওইখিবা য়াওনরিবনি। ঙক্লিংঙাই ওইদে।

অসিগুম্বা রীতি অমদি রীতিগা অমত্তা ওইবা গুণ হায়বা পোৎলম অসিনা কাব্যগী থৱায়মক ওই হায়বা কাঙলূপ অমা সাহিত্য নৈনবগী ইতিহাসতা লৈ। কাঙলূপ অসিবুনি রীতি সম্প্রদায় নৎত্রগা গুণ-রীতি সম্প্রদায় হায়না খঙনরিবসি। কাঙলূপ অসিগী ৱাখল্লোন অসিমক্তি ময়াম্না য়ারবা হায়বদু ওইদ্রে।

**৪। বক্রোক্তি সিদ্ধান্ত (সম্প্রদায়) ঃ**

নৈন-মীওই কুন্তক (১০-১১শুবা চহীচা)না *বক্রোক্তি জীবিত* কৌবা লাইরিক

অমা ইখি। করিগীদমক্তা ইরিবনো হায়বদা ময়ামগী চৎনরিবা মনুংঙাই অসি নত্তবা মনুংঙাই অমবু পোকহল্লিবা বৈচিত্র্য হায়বদি অঙকপা ফজবা ৱাঙাঙ অমবু শীংথাদুনা উৎননবনি হায়বসিনি —

**লোকোত্তরচমৎকারকারি-বৈচিত্র্যসিদ্ধয়ে।**

**কাব্যস্যায়মলংকারঃ কোঽপ্যপূর্বো বিধীয়তে॥**

(কুন্তক, *বক্রোক্তিজীবিত*, ১/২)

মাগী লাইরিক অসিদা (হৌজিক ফাওবদা মপূম ওইনা ফংদ্রিবা) কাব্যগী মশক অসুম্না পীরি—

**শব্দার্থৌ সহিতৌ বক্রকবিব্যাপার শালিনি।**

**বন্ধে ব্যবস্থিতৌ কাব্যং তদ্বিদাহ্লাদকারিনি॥ (১৭)**

হায়বদি, কবিগী অখোয়বা থৌওং-থৌদৌনা নীংথিজহল্লবা অমদি কাব্যদা লূপচবা ভাবোক্তা নুংঙাইহনবা মরেংশিন অমদা লেংশিল্লবা ৱাহৈগা অর্থগগী পূনশিল্লবা মশক অদুবু কাব্য কৌনৈ হায়বনি।

মসিদা কুন্তকনা পুরিবা ৱাপু অসি ৱাহৈগা অর্থগা অনী অসি ফজহনবা য়াবা হকচাং ওইবগী ৱানি। অদুগা মসিবু ফজহল্লিবা পোৎলম অসি নৈন-মীওই অসিনা বক্রোক্তিনি হায়না থাজৈ। অদুনা কাব্যদা 'আহ্লাদ' হায়বদি নুংঙাইবা পীরিবসি বক্রোক্তিমক্তনি হায়না লৌই। লৌবতা নত্তে অসিগুম্মবা বক্রোক্তি হায়বসিনা কাব্যগী থৱায় (আত্মা)নি হায়না থাজরবনি—'বক্রোক্তিঃ কাব্যজীবিতম্।'

'বক্রোক্তি' হায়রিবসিদি করিনো? কুন্তকনা পাউখুমগী মনুংদা চপ চানা হায়বনি—'বক্রোক্তিরেব বৈদগ্ধ্যভঙ্গী—ভণিতিরুচ্যতে' (*বক্রোক্তিজীবিত*, ১/১০) মসিদা 'বক্রোক্তি' অসিনা মান্নরিবসি 'বৈদগ্ধ্যভঙ্গীভণিতি' অসিনি। 'বৈদগ্ধ্য' নৎত্রগা বিদগ্ধা হায়বদি কবি-থৌওং (কবি কর্ম)গী হৈ-শিংবমতৌ, হৈ-শিংবগী মওং হায়বনি। 'ভঙ্গী' হায়বনা চমৎকার—অঙকপা অমদি নীংথিবা মতৌ (চারুতা) হায়বনি। 'ভণিতি'গী পুরিবা অর্থনা ঙাঙবা নৎত্রগা হায়বগী মওং (কথনপ্রকার) অসিনি। অদুনা মসিনা পূন্না পুরিবা 'অর্থনা কবি-থৌদৌগী হৈশিংবনা পোকহনবা অঙকপা নীংথিবদা য়ুম্ফম ওইবা ফোঙদোকপগী মওং অদুনি' হায়বসিনি।

কুন্তককী 'বক্রোক্তি' অসি চুম্নগী হৌজিক লৌনরিবা অলংকারগী মখল ময়ামগী মনুংদা মচা অমখক্তমক ওইবা অলংকার অসি নত্তে; য়াম্নমক পাক চাউবা ফোঙদোকপগী মওং—শৈলী অমনি। ভামহসু (৬শুবা চহীচা) বক্রোক্তি হায়বা অলংকারগী মওং অসিবু

য়াম্নমক লূম্না লৌখিবনি। থৈদোক্তুনা হায়বা খূৎহায় ওইরিবা বক্রোক্তিনি। মসিবু ভামহনা অতিশয় কথন হায়বদি য়াম্না হেন্দোক-থোইদোকপা ৱাঙাওনি হায়না লৌই। হায়বদি ময়াম্না চৎনরিবা খণ্ডনরিবা ৱাঙাও অদুদগী থৈদোক্তুনা, চুমদ্রিং চুম্না নত্তবা খোয়না ঙাওবা ৱাঙাও হায়বদি থৈদোক্তুনা হেনজিন্না হায়বা ৱাঙাও অদুনি হায়না লৌই। ময়ামগী ওইনা চৎনরিবা ৱাঙাও-শাঙাও অসিনা কাব্য ইবা য়ারোই, কাব্যদদি করিগুম্বা নিমিত্ত ময়ামগী ওইববু থৈদোক্তুনা ঙাওবা ৱাঙাও শীজিন্নবা তাবনি হায়বসি ভামহনা থাজখিবনি। অদুনা থৈদোকপা নৎত্রগা অখোয়বা ৱাঙাও অসি বক্রোক্তিনি অদুগা বক্রোক্তি অসিমক অলংকার পূম্নমক্কী মরূনি মসি য়াওদ্রবদি অলংকার হায়বা পোৎ অসি ওইবা সুপয়ামক য়ারোই হায়না ভামহনা মোত ফোঙদোকই—

> সৈষা সর্বত্র বক্রোক্তিরনয়ার্থো বিভাব্যতে।
> য়ত্নোऽস্যাং কবিনা কার্যঃ কোऽলংকারোऽনয়া বিনা।।[২১]

(*কাব্যালংকার*, ২/৮৫)

> (হেজ্জিন্না ঙাওবা ওইবা বক্রোক্তিনা অর্থগী তোপতোপ্পা মওং অমা উৎনে।
> কবিনা মসি খন্দোক-খঞ্জিন তৌদুনা লেংশিন্নবা লাক্কবা তাবনি। মসি
> য়াওদনবু অলংকার অমা ওইবা য়াব্রদো।)

মরম অসি লৈবদগী ভামহনা হেতু, সূক্ষ্ম অমদি লেশ হায়না কৌবা ময়াম্না অলংকারনি হায়না লৌনবা অলংকারগী মখল অসি অলংকারনি হায়না লৌদে মরমদি হায়রিবশিংসিদা বক্রোক্তিগী অভিধান লৈতে —

> হেতুশ্চ সূক্ষ্মো লেশোऽথ নালংকারতয়া মতঃ।
> সমুদায়াভিধানস্য বক্রোক্ত্যনভিধানতঃ।।

(*কাব্যালংকার*, ২/৮৬)

ভামহগী ৱাফম অসি চপ চানা লৌদুনা অমদি মসিদগী থৌইনশিন ফংদুনা মায়চৌ কুন্তকনা 'বক্রোক্তিনা কাব্যগী থৱায় (জীবিত)নি' হায়না সম্প্রদায় অমা হৌদোরকপনি।

ভামহনা ইহান হান্না বক্রোক্তি অসি নৈনবা হৌই। মসিনা অলংকার পূম্নমক্কী হৌফম মরূনি হায়না প্রমাণ তৌদুনা উৎলগা কবিশিংদা কাব্য ইবগী মতাংদা বক্রোক্তিগী সম্পাদন তৌনবগী পাউতাক য়াওবা পোত্থি লাল্লোকখিবনি। বক্রোক্তি য়াওদবা লোন্দা-পুদাদি চুম্নগী মীয়াম্না ঙাওনা শানরিবা 'বার্তা'নি হায়না ফাওবা হায়খি। মখল পূম্নমক্কী কাব্যদা—মহাকাব্য, গদ্য, পদ্য নাটকনচিংবা বক্রোক্তিমক য়াওবা তাই হায়—'যুক্তং বক্রস্বভাবোক্ত্যা সর্বমেবৈতদিষ্যতে।।' (*কাব্যালংকার*, ২/৩০)।

দণ্ডী (৮শুবা চহীচা)সু বক্রোক্তিগী মণ্ডলবু চপ চানা য়াবনি। নৈন-মীওই অসিনা অইবা সাহিত্য (ৱাঙ্ময়) অসিবু মখল অনীদা খায়দোকই—১। স্বভাবোক্তি অমদি ২। বক্রোক্তি। স্বভাবোক্তি হায়বদি পোৎলম অমগী মশাগী অশেংবা ফীভম অদু চুম্না শীংথাবা হায়বনি। বক্রোক্তি হায়বসিনা স্বভাবোক্তিদগী থৈদোরকপা উপমানচিংবা অলংকারশিং চোন্নপ চোন্নপ য়াওবা মফোঙদোক অদুবুনি। হায়রিবা বক্রোক্তি অসিদা শ্লেষ হায়বদি অর্থ অমদগী হেন্না পুবা ৱাহৈশিংনা নীংথিবা ফজবা হেনগৎহন্দুনা মপূং ফাহল্লি হায়না লৌই।

শ্লেষঃ সর্বাসু পুষণাত্তি প্রায়ো বক্রোক্তিষু শ্রীয়ম্।
দ্বিধা ভিন্নং স্বভাবোক্তির্বক্রোক্তিশ্চেতি বাঙ্‌ময়ম্।।

(দণ্ডী, *কাব্যাদর্শ*, ২/৩৬২)

দণ্ডীনা লৌরিবসি চুম্নগী অলংকার মখল অমা ওইনা নত্তে অলংকার ময়াম য়াওবা মফোঙদোক অদুনি। পাক চাউবা অর্থনি। অদুমকপু অসিগুম্বা বক্রোক্তি অসিনা আত্মা ওইবনি হায়বদি হায়রমদে।

আচার্য বামনসু (৮শুবা) বক্রোক্তি হাযবা মফোঙদোকসিগী মগুণ য়াখিবনি। মীওই অসিনদি বক্রোক্তিবু চুম্নগী অখন্নবা অলংকাব মখল অমনি হায়নদমক লৌখি। মাযচৌ অসিনা বক্রোক্তিবু অর্থালংকাব মখল অমা ওইনা লৌখিবনি। অদুবু রুদ্রট (৮শুবা)নদি শব্দালংকারনি হায়না লৌখি।

আনন্দবর্ধন (৯শুবা)সু বক্রোক্তিগী ৱাফম অসি য়াই। তৌবদি অতিশয়োক্তি (হায়বদি হেনগৎনা ঙাঙবা ৱাঙাঙ)নি হায়না লৌই। ভামহনা তৌবগুম মাসু অতিশয়োক্তি অসি অলংকার পুম্নমক্কী হৌফম মরূনি হায়না চেৎনা থাজে। অদুমকপু হকচাংগী শরূক ওইবা কাব্যগী শরূকপু থক্তোকহল্লকপা চাউরবা মচল অমা ওইবদগী হেন্না লৌরুদে। আত্মানি হায়বদি হায়দে। অভিনবগুপ্ত (১০-১১শুবা চহীচা)সু বক্রোক্তি হায়বা মচল অসিবুদি য়াই অদুগা খ্বাইদগী মরুওইবা শক্তি হায়বদি য়াদে।

ভোজরাজ (১০-১১শুবা চহীচা)সু বক্রোক্তি কাব্যগী ওইবা ৱাঙাঙনি হায়না লৌই। বক্রতা (অখোয়বা মতৌ নৎত্রগা থৈদোকপা মতৌ) য়াওদবা মীয়ামগী অমদি শাস্ত্রগী লোন্দাবু 'বচন' হায়না অদুগা অর্থদা হেনগৎনা ঙাঙবা ৱাঙাঙবুনা 'বক্রবচন' হায়না শীংথাদুনা বক্রবচন অসিনা কাব্যনি হায়না মশাগী মোত পীবনি। ভোজরাজদি ধ্বনিবাদীনিনা 'বচন'দা য়াওরকপা অর্থ অদু কাব্যদা 'ধ্বনি'নি হায়না থাজবনি—'তাৎপর্যম্—যস্য কাব্যেষু ধ্বনিবিতি প্রসিদ্ধিঃ।

তদুক্তম—তাৎপর্য্যমেব বচসি ধ্বনিবেব কাব্যে' (ভোজবাজ, *শৃঙ্গাবপ্রকাশ*)। তশেংনা চপ চানা পনবা নৎত্রগসু ভোজবাজনা কাব্যনি হায়বিবসি বক্র ওইবা ব্রাঙাঙ হায়বদি বক্রোক্তিবুনি। অদুমকপু মাগা মতম মান্নবা কুন্তকনা বক্রোক্তিনা পূম্নমক্লি হায়না হায়বদুদি হায়দে। নৈন-মীওই অসিনা সাহিত্য পূল্লপ্পু—স্বভাবোক্তি, বক্রোক্তি অমদি বসোক্তি হায়দনা মখল অহুম খায়দোক্নুনা য়েংই—'বক্রোক্তিশ্চ বসোক্তিশ্চ স্বভাবোক্তিশ্চ ব্রাঙ্ময়ম্॥' (*সবস্বতীকণ্ঠাভবণ*, ৫/৮)। বক্রোক্তিনা পূম্নমক নৎত্রি।

কুন্তককী ব্রাখল্লোনদা লৈবিবা বক্রোক্তি অসি য়াম্নমক পাক চাউবনি। মসিগী মখল তব্দক পীবি—১। বর্ণ-বিন্যাস বক্রতা, ২। পদ-পূর্বার্ধ বক্রতা, ৩। পদ-পবার্ধ বক্রতা, ৪। বাক্য বক্রতা, ৫। প্রকবণ বক্রতা অমদি ৬। প্রবন্ধ বক্রতা।

১। বর্ণ-বিন্যাস বক্রতা —মযেক, হাযবদি ব্যঞ্জন মযেকশিংবু ভাবোক্তা নুংঙাইহন্নবা শীন্দুনা লেংশিনবগী মওংনি। অনুপ্রাস অমদি যমক অলংকাবগী মনুংদা শীংথা-শৈথাবা মওং পূম্নমক মখল অসিগী মনুংচন্না লৈবনি। তাবদা নুংঙাইবা পোকপা, বসকা মতা চান্নবা, লাযবা অমদি মশাগী লীচৎকা পক্লবা (স্বাভাবিক ওইবা) অসি মখল অসিগী মগুণ ওইবনি।

২। পদ-পূর্বার্ধ বক্রতা —ময়েক খবা পূনশিল্লগা ব্রাহে শাই। ব্রাহে অসিদা বিভক্তি তপশিল্লগা 'পদ' কৌবে। পদ অসিগী শব্দক অনীনি—প্রকৃতি অমদি প্রত্যয়। অহানবা শব্দক অসি কুন্তকনা মমাঙগী তঙ্খায—পূর্বার্ধ কৌবে; অনীশুবগী অসিনা উত্তবার্ধ, হাযবদি অকোনবগী তঙ্খায। অহানবা তঙ্খায, হাযবদি প্রকৃতিগী শব্দক অসিদা লৈবা বক্রতা অসিনি কুন্তকনা পদ পূর্বার্ধ বক্রতা হায়বিবসি। কবিগী হৈশিংবা মতৌনা শব্দক অসিদা বক্রতা হাপ্লি। হাযবিবসিগী মনুংদা অর্থ মান্নবা ব্রাহে (পর্য্যাথ) চৎনবী ব্রাহে (রূঢ়ি), বিশেষণ, সমাসনচিংবা (সংবৃত্তি), ভাব (ধাতু), লিঙ্গ, মান্নমনবদগী খেন্নবা লৈবক্তবা (উপচাব) অমদি ক্রিযাগী তোপতোপ তোপতোপ তাবা মওংগী মশীজিন্না লৈবকই। পদ পূর্বার্ধ-বক্রতা অসিগী মখল মচা-মচা তবা লৈবি। মখল মচা-মচা অদুগী মনুংদসু অমুক্কা মখল অকূপ্পা খবা অমুক্কসু লৈবি। যাম্না কূপথনা নৈনবম্মী।

৩। পদ-পবার্ধ-বক্রতা—পদগী অবোইবা শব্দক হায়বদি 'প্রত্যয়'দা লৈবা বক্রতা অদুমুনি। প্রত্যযদা লৈবা বক্রতানি হাযদুনা মসিবু প্রত্যয় বক্রতা হায়নসু কৌই। মসিগী মনুংদা কাল, কাবক, সংখ্যা, পুরুষ, বাচ্য (voice), নিপাত, অব্যযনচিংবদা লৈবা বক্রতাগী মওং অদু কোনশিল্লি। মসিগীসু মখল মচা-মচা, অমুক মচা-মচাশিং অদুগী মকূপ-মকূপ খায়দোক্নুনা নৈনবম্মী।

৪। বাক্য-বক্রতা—ৱাহৈপরেংবু বাক্য কৌই; ৱাহৈপরেংদা লৈবা বক্রতা অদুনি বাক্য বক্রতা হায়রিবসি। পদ ময়াম পূনশিল্লগা শাবা পরেংদা লৈবা বক্রতা অসিদি মশীং য়াম্না য়াস্মী। পরেং লেংশিনবগী মতাংদা লৈবা হৈশিংবদি মশীং অকক্লবা থম্বা ৱা নৎত্রে। কবিগী প্রতিভা হায়বদি পীথোরকপা মণ্ডলদি ওমখৈ লৈবা নৎত্রগা থম্বা ওম্নবা নৎত্রে। খম্লাইদবা—অনন্ত হায়বদুনি। কুন্তক মশামক্না লোইনাই-খম্লাইদ্রবনি হায়না পাক চাউনা হায়খ্রবনি —

> **সহস্রশব্দোঽত্র সংখ্যাভূতস্ত্বমাত্রবাচী, ন নিয়তার্থবৃত্তিঃ। য়থা সহস্রদলমিতি।**
> **য়স্মাত্ কবিপ্রতিভানাম্ আনন্ত্যাত্ নিয়তত্বং ন সম্ভবতি।**

**(কুন্তক, *বক্রোক্তিজীবিত*, ৪১)**

মসিগী ম্নুং চন্না অলংকার পূম্নমক কুন্তকনা নৈনরম্মে। মতাংসি নৈনরকপদা কুন্তকনা বসবত্, প্রেয়, ঊর্জস্বী অমদি সমাহিত হায়না কৌবা অনৌবা অলংকারসু পুথোক্লম্মী। মানা ব্যাখ্যা তৌরম্বা অলংকারশিংসি (হায়বদি অলংকার পূম্নমক) মাগী মতমগী অমদি মমাঙগী মায়চৌশিংনা পীরম্বা অমদি য়ানরম্বগা ইমান মান্নদে খরা খরা, মতাং অমদা নৎত্রগা অমদা, অদুম খেন্নবা উনে। মাগী কল্পনাসি নীং-খা তম্না উই। অদুদ্ধকপু নৈনবদি য়াম্না মচা খায় অমদি মমুৎ তাই।

৫। প্রকরণ বক্রতা —'প্রকরণ' হায়বগী অর্থদি লাইরিক মপূম অদুদা শীংথারিবা অখন্নবা হীরমশিং, হায়বদি মতাংশিং, শম্না হায়রবদা, তাঙ্ককশিংবুনি। ৱারী অমদা হায়বদি লাইরিক মপূম অমদা হৌবদগী লোইবা ফাওবদা মতাং মতাং মবী মরী ময়াম শীংথাই; থৌদোক কয়া ৱাফম কয়া অমসু পুশিন্দুনা শীংথাই; লীলাদা ওইরগনা উৎলি। মওংবু *খম্ব-থোইবী শৈবেংদা* শন শেনবগী মতাং, খম্বা-নোংবান অহানবা উনবগী মতাং, কাও ফাবা, কৈ ফাবা, লুহোংবা অসিনচিংবা মতাং কয়ামুক শীংথারি। হায়রিবা অসিগুম্বা মতাংশিং, পূম্নমক্কী অমমম খুদিংমক্তা বক্রতা লৈবা তাবনি হায়বনি। কবিনা হৈশিংনা শীংথাবনা মতাং অমদা নায়ক্কী লমচৎ শেমগৎলি, অমদনা ৱারী মখা চখৈ, অমদনা মরৈ হায়বদি থৌদোক্কী মরম অমদি মদুগী অচাবা ফল পীদুনা উৎলি। মওংবু পাখণ্ড ফারক্লবা খম্বনা লায়রবী মচেমগী মতেং পাংনবা শিল্লংবা থোরকপা, চীংখুবগীদা চঙবা, থোইবীগা উনবা নুংশিনহনবা মতা চায় ফজে। অস্বায়সিদনি কবিন্না হান্না লৈরম্বা ৱারীগী মতাংদা ফাওবা হাপতোক হাপচিন লৌথোক লৌশিন মওং চুম্না তৌরক্লিবা। কবিগী কল্পনা অমদি প্রতিভানা লৈশেম্মকপগী মওং অসি অস্বায়দা চপ চানা মপূং

ফাবকইবনি। কালিদাসনা *শাকুন্তলম্* দা *মহাভাবততা* পল্লমদবা দুর্বাসাগী শাপ, খুদোপ মাঙবা, অমুক ফংবনচিংবগী ৱাখল মালঙগী পোৎ ময়াম অমা হাপচিল্লক্লিবসি প্রকবণদা লৈবা বক্রোক্তিনি। অস্বায়সিদা তাঙ্কক, পন্দুপ, অধ্যায় পাবা ফাওবদা শীংথাবিবা প্রকবণশিংগী ৱাখল তৌবগী ৱাফম চঙলকই। মখল অসিগী মওং য়াম্না লৈ অমদি লৈবা য়াই। প্রকবণ মযামগী লেংশিনবগী মতাংদা হাযবদি অমগা অমগগী মবী থম্বদসু কবিগী হৈশিংবা চঙই। প্রকবণ ময়াম খল্লগা লেংশিনবা হায়বদি সম্পাদন তৌবগী মওংনি। কবিগী চাউববা পবীক্ষানি।

৬। প্রবন্ধবক্রতা —প্রবন্ধ হাযবদি মচল মপূম, হায়বদি লাইবিক মপূম, নাটক মপূম নৎত্রগা মহাকাব্য মপূম অসিনচিংবসি হায়বনি। মথক্কীশিং হাযবদি মযেকতগী প্রকবণ (মতাং) ফাওবগী কাযাৎশিং ময়ামসিনা মপূম—প্রবন্ধ শাগৎপনি। অমমমতগী ওইবা বক্রতা মযাম অসিগা তোপ্পা তোপ্পা মবী লৈনবা নৎত্রে লাইবিক মপূম অসিগী পাক চাউববা বক্রতা অমা লৈবক্লবগী ৱানি। চপ মান্নবা হীবম অমখক্তা তোঙান তোঙানবা কবিনা মানা মানা পাম্বা পক্লবা বসতা উৎলিবসি কবি কবিদুগী মশাদা লৈজবা হৈশিংবদুননি। মওংবু চপ মান্নবা খম্ব-থোইবীগী ৱাবী মপূম অশাংবসিদগী শৃঙ্গাবগী, বীবগী, বাৎসল্যগী, করুণগী নুংঙাইবা অমমমদা অদুম পুবা যাই। খোংজোম লানগী মতাংদা কবি নীলবীবনা 'বীব'না মপূং ওইনা উৎলি। কনাগুম্বা অমনা 'করুণ' নৎত্রগা 'শান্ত'দা উৎপা কবিগী যাবোই। মম্বাযসিদনি কবিগী হৈশিংবা থৌওংনা মথৌ চপ চানা তৌবক্লিবা। খম্নু অসি বাৎসল্যগী মীওই অমা ওইনা মণিপুবী সাহিত্যদা মমিং লৈ। ফেবোইজাম্বগা খম্নুগগী 'শৃঙ্গাব'দা কাব্য থোক্লক্লোই হাযনীংঙাই লৈতে। অসিগুম্বা মওংগী কবিগী হৈশিংবদা লাইবিক মপূমগী বক্রতা লৈ হাযনা কুন্তকনা পাক শন্না নৈনবি। মসিগী মখল অমদি মওং যাম্না পীদুনা নৈনবম্মী। য়াম্মী।

অসিগুম্বা যাম্নমক পাক চাউববা বক্রোক্তিনি কুন্তককী 'বক্রোক্তি'। মসিনা কাব্যগী আত্মানি হাযনা কন্না পুখৎলম্বনি। অদুবু তুংগী মীওইশিংনদি যানদে। কুন্তককী তুংইনবা ইথোক থোক্লক্তে। মাগী অমত্তমক ইবম্বা লাইবিক *বক্রোক্তি জীবিত* (হৌজিক ফাওবদদি মপূম ওইনা ফংদ্রি) অসিগী টীকাসু লৈবা থেংননদ্রি। অদুনা কুন্তকনা হৌদোক্তুনা কন্না পুখৎলম্বা 'বক্রোক্তিনা আত্মা ওইবনি' হাযবা পথাপ অসি মা মশাদা অদুম্মক লোইখিবদৌনা লৈবে। মবম অসিদগী কনা কনাগুম্বনা মাগী পথাপ অসি সিদ্ধান্তগী থাক্তা লৈ সম্প্রদায় য়ৌদে হায়নৈ।

আত্মাগী মতাংদা য়ানদ্রবসু মাযচৌ কুন্তকপুদি মানা তৌবম্বা কূপ্প-কূপ্পবা দান

ময়ামগীদমক্তা নৈনবগী লমদাংসিদা পূম্নমক্লা ইকাযখুম্নবি। অমবোমদা য়েংবা তাববদি কুন্তকতি খংওন-খংওন ওনবা পাম্বা লালহৌগী মঙল অমা চঙবা নৈন-মীওইনি। রীতি-বৃত্তিনচিংবদা মানা পীবম্বা মোৎশিং, অলংকাবগী মতাংদা খাযদোক্লম্বা মখল মওংশিংদা তোপতোপ তাবা মশাগী ওইবা মশক (originality) লৈ। মাগী মীৎয়েং অমদি কৃপথবা মনৈনবু ময়াম্না ইকাযখুম্নবি। সাহিত্যদা বক্রোক্তিগী মফম চাউনা লৈবি।

**৫। ধ্বনি সম্প্রদায় ঃ**

ধ্বনি হায়বদি খোঞ্জেল হায়বনি। অচম্বা ময়ামগী ওইনা খঙনবিবা অর্থনি–খোঞ্জেল থোক্লক্লিবদু ধ্বনিনি–'ধ্বন্যতে অনেন ইতি ধ্বনি'—মসি লোনগে (ডিকশনাবী)গী ওইবা অর্থনি। অদুবু সাহিত্য নৈনবগী লমদাং অসিদা ধ্বনি পথাপ ইহান হান্না হৌদোক্লম্বা যুগ পুবা নৈন-মীওই আনন্দবর্ধন (৯শুবা চহীচা)না পুখৎলম্মিবা অমদি লৌবিবা অর্থদি ব্রাহৈগী ফাওবকপা হায়বদি অতাবা অপাবনা লৌবা থক্তোবকপা অর্থদুনি। ব্রাহৈগী অর্থ অনী লৈ–অশেংবা অর্থ (বাচ্য) অমা; অনীশুবদনা লৌবকপা (প্রতীযমান) হায়বদি অশেংবা অদু নত্তবা মদুদগী থক্তোক্লকপা অমা। কাব্যগী মতাংদা আনন্দবর্ধননা পুবিবা অর্থসি লৌবকপা হায়বদি থক্তোবকপা (suggestive) অদুনি। নৈন-মীওই অসিগী মোত মতুংইন্না 'ধ্বন্যার্থ হায়বদি থক্তোবকপা অর্থ অসি কাব্যদা পোৎকী মশক খঙবা/উশিনবা মী খূদিংমক্লা ফংবা ঙম্মে। কনাগুম্বী নীংথিবী নুপী অমগী মশাদা হকচাংগী কাযাৎ খূদিংমক্তগী খেন্নবা ফজবগী মঙাল অমা লৈবগুম কাব্যদসু কাযাৎশিংদগী তোঙানবা তোপতোপ তাবা অঙকপা ফংলবা লৌজবা অর্থ অমা লৈ' হায়বসিনি —

**প্রতীয়ামানং পুনবন্যদেব বসূত্বস্তি বাণীষু মহাকবীনাম্।**

**য়ওৎপ্রসিদ্ধাবয়বাতিবিক্তং বিভাতি লাবণ্যমিবাঙ্গনাসু।।**

(*ধ্বন্যালোক*, ১/৪)

আনন্দবর্ধননা ফোঙদোক্লিবসি, শম্না হায়ববদা, চনু অমগী হকচাং কযাৎশিং–মীৎ, নাকোং, নাতোন, য়া, খোঙ-খূৎ অসিনা পূল্লবা মশা অসিদা কযাৎশিং অদুগী নত্তবা তোপতোপ তাবা মফজা অমা মাগী হকচাং মপূম অদুদা লৈবা, অসিনি হায়দনা তাপ পায়দুনা উৎপদি য়াদবা অয়েংবা অউবদদি ফাওবা মঙাল ওইনা তাদুনা লৈ হায়বনি। মসিবুনি মণিপুরীদা মঙাল তাবা হায়বিবসি। অমবোমদা হায়নবা লৈ–'মবেপকা মঙালগা য়েংনবদা মঙালনা হেল্লি।' অমুক্কসু মণিপুরীদা হায়নবা চৎনবি–'মাদি মমী

শাস্ত্রে।' মসিদা য়াওরিবা 'মঙাল' অমদি 'মমী' অসি মী অদুগী মশা অদুমক নৎত্রি, মশা অদুদগী ফৃদোংলকপা মশক অদুনি। মী অদুগী মপূম ওইবা মশাদগী থক্তোরকপা মঙাল অদুগুম্না ৱাহৈগী অর্থশিংদসু অর্থ অশেংবদু নত্তবা তোঙানবা অর্থ অমা কাব্যদা লৈরকই। মওংবু, কমলগী *মাধবী* অসিদা ৱাহৈশিংনা মাগী মাগী মশাগী অর্থনা পীবা নত্তবা, তোঙানবা তোপতোপ তাবা অর্থ নৎত্রগা অর্থশিং লৌজদুনা অপাবদা নুংঙাইবা পোকচরকই। অসিগুম্বা ফাওরকপা অর্থ অসিনি আনন্দবর্ধননা ধ্বনি হায়রিবসি। মশানসু হায়—

**য়ত্রার্থ শব্দো বা তমর্থমুপসর্জনী কৃতস্বার্থৌ।**

**ব্যক্তঃ কাব্যবিশেষঃ স ধ্বনিরিতি সূরভি কথিকঃ।।**

**(*ধ্বন্যালোক*)**

হায়বদি, ৱাহৈ অমদি অর্থনা মাগী অশেংবা অর্থ অদু থাদোক্তুনা করিগুম্বা থক্তোরকপা অর্থ অমা (ব্যঙ্গ্যার্থ) ফাওহল্লকপা মতাংদুদা ধ্বনি লৈরকই। মসিগী শব্দোকপা মওং ওইনা মম্মট (১১শুবা চহীচা)না মাগী যুগ পুবা লাইরিক *কাব্যপ্রকাশ*তসু ইরম্বা লৈ—ৱাহৈগী মশাগী অর্থ (বাচ্যার্থ)গী মনুংদগী অতোপ্পা নীংথিবা অর্থ (রমনীয়ার্থ) থোক্লকই, মসি মশাগী অর্থগা পান্নরুবদা হেন্না ঙক্ল-ফজনীংঙাই ওই (চমৎকারপূর্ণ ওই), মসিগুম্বসি ধ্বনি কাব্য কৌনৈ—'ইদমুত্তমমতিশয়িনি ব্যঙ্গ্যে বাচ্যাদ্ ধ্বনির্বুধৈঃ কথিতঃ' (*কাব্যপ্রকাশ*, ১/৪)।

ধ্বনি হায়বা ৱাহৈ অসিমক্তি লোল নৈনবা কাঙবুগী ব্যাকরণগী মীৎয়েংগী পথাপ অমদগী লৌরকপনি। ব্যাকরণ শেম্বশিংগী মোত মতুংইন্না নাকোংনা তানরিবা খোঞ্জেল হায়বদি খোম্থোকশিং অসিদি অনিত্যনি, হায়বদি মতম পূম্নমক্তা লেঙদনা লৈবা পোং নত্তে; মওং-মরীল লৈবা নত্তে; তারম্মগা হেক্তা খৃদক্তা মৃৎথিবা মাঙখিবা পোৎনি। মসিনা অর্থ ফোঙদোকপা ঙম্বা নত্তে। মীৎকৃপ্তা মালঙদা তিনখিবা পোৎনি। মওংবু 'কবি' হায়বা ৱাহৈসিদা য়েংসি। 'ক' হায়বা খোম্থোক অসি হায়বা মতমদা 'বি' হায়বসি লৈত্রি অদুগা 'বি' হায়বসি হায়রকপদনা 'ক'গী খেম্থোক অসি মাঙখ্রে অহাঙবা মালঙদা তিনখ্রে। অসুম্না 'ক'গা 'বি'গা খোম্থোক অনী অসি পূনশিন্নদে পূন্না হায়বা নত্তে তোপ্পা তোপ্পা হায়বনি। অদুগা অনী অসি অমুক পূনশিন্নদ্রবদি অমমমতনদি অর্থ থোকপা নত্তে, থোকহনবা ঙমদে। অদুনা ব্যাকরণগী কাঙবুনা লেঙদবা ওইবা পূনশিল্লবা খোম্থোক অমগী কল্পনা তৌই মদুদগী অর্থ চোংথোরকই। লৈবাক্তা থাবা মরূ অমা পোকখায়দুনা মতোন চোংলকপগুম্বনি। থৌওং অসিবু 'স্ফোট' হায়বদি পোকখায়বা কৌই—The

sounds that manifest 'sphota' are termed 'dhvani'. (G. Vijayavardhana, *Outlines of Sanskrit Poetics*, Chowkhamba Sanskrit Series, Varanasi, 1st Edition, 1970, p. 101) অদুগা স্ফোট হায়রিবসিনা "an external and imperceptible element" অমনি। (A. Sankaran, *Some Aspects of Literary Criticism in Sanskrit or the Theories of Rasa and Dhvani*, Madras, 1929, p. 63)।

'ক'গা 'বি'গা অনী অসিদগী 'কবি' চোংথোরকই অর্থ লৈরকই। মসোমদগী লৌরগা ৱাহৈ অদুগী অর্থ চোংথোবক্লিবসি স্ফোট কৌরে। মসিনা লেঙদবা ৱাহৈ ওইরে। স্ফোট অসি ঐখোয়না উচ্চারণ তৌবিবা ৱাহৈ অসিনা তৌবা থবক্নি। মসিবুনি ব্যাকরণদা 'ধ্বনি' হায়রিবসি। ব্যাকবণগী ধ্বনি অসি কাব্য নৈনবা কাঙবুনা লৌখত্তুনা পাকথোক চাউথোকহল্লকপনি। ব্যাকবণদদি ধ্বনি অসি ফোঙদোরক্লিবা ৱাহৈ অদুদমক খঙনৈ। কাব্য নৈনবগী মতাংদনা ফোঙদোরক্লবা ৱাহৈ অমদি ৱাহৈ অদুদা য়াওরিবা অর্থ অনীমক পূন্না খঙনবগী মওংদা শীজিন্নবনি। মসিনি ধ্বনি সিদ্ধান্ত (পথাপ)কী মঙ্গ। অদুনা আনন্দবর্ধননা 'ৱাহৈগী মশাগী অশেংবা অর্থ অদু নত্তবা অতৈ অতোপ্পা অর্থ লৌরকপা অসি ধ্বনিনি' হাযরিবসি ধ্বনি সম্প্রদায়গী য়ুম্ফমনি। হায়বনা অমা অদুগা খঙবনা অতোপ্পা অমা—অসিনি ধ্বনি পথাপনা ফোঙদোক্লিবা ৱাফমসি।

অমা হায়বগা অমা খঙবগী মওং অসিদি কলা পূম্নমক্কী মরূওইবা মচলনি। কলা খূদিংমক্তা থাক অনী লৈ—মপানগী অমা, অতোপ্পা অমনা মনুংগী। লাইশাবা মী অমনা মখূত্তা নূংথঙ শেরনী পায়দুনা মওং মরীল নাইদবা নূংজাও অমনা শক্তম অমা শারে; ঐখোয়গী মাঙদা থম্মে; য়েংবদা নুংঙাইরে। মসি ফাওবসি মপানগীনি। অমুক শারিবা শক্তম অদুদা য়াওরকপা উরকপা মওং অমনা অৱা-নুংঙাই, মিনুংশি, অকল-অথৌ নৎত্রগা থম্মোয় শোক্লা তেংথা-নাওইবগী থক্তোরকপা মমি অমা হেঞ্জিন্না অমুক উরকপসিনা মনুংগী ওইবা থাক্কী মওংনি। কাব্যগা অদ্মানি নূংদা মূর্ত্তি হকখিবগী মহুত্তা ৱাহৈনা শীংথাখিবগী ৱাদনি। লেমফু ওইবা মরূদি অমত্তনি। অসুম্না কাব্যগী মতাংদা 'নুংগী ওইবা অর্থ অসি ৱাহৈনা অপা-অপাননা ফোঙদোকপগী মহুত্তা থক্তোরকপা মঙাল ওইনা ফাওহল্লবদি তোপতোপ তারবা মনীংথিজবা অমা লৈরকই' —'সারভূতো হি অর্থঃ স্বশব্দানভিধেয়ত্বেন প্রকাশিতঃ সুতারামেব শোভামাবহতি।' (আনন্দবর্ধন, *ধ্বন্যালোক*)—থক্তোরক্লিবা মঙাল অসিনা পুরিবা ৱাপু অসিনি ধ্বনি হায়রিবসি।

ধ্বনি পথাপকী নৈনরোনদা ধ্বনি অসি মখল অহুম থোক্না খায়দোকই—১। বস্তু ধ্বনি, ২। অলংকার ধ্বনি অমদি ৩। রস ধ্বনি। বস্তু ধ্বনিদা অশেংবা ৱাফমদমক ফোঙদোকপগী মওং লৈ। অলংকার ধ্বনিদনা ফোঙদোক্লিবা পোৎলম অদু মশাগী অশেংবা মশক মওং অদু উৎপগী মহুত্তা কল্পনা ঈরোয়ননা অতোপ্পা ৱাহৈ-ৱাতাদা অলংকার শীজিন্নদুনা শীংথারকপা মওং লৈ। রস ধ্বনি হায়বসিদদি রস পুম্নমক, অসিগা লোয়ননা ভাব, ভাবাভাস, ভাবোদয়, ভাবশবলতা, ভাবসন্ধিনচিংবা অসি থক্তোরকই। অহুম অসিগী মনুংদা রস ধ্বনি অসিনা অথোইববনি। বস্তু অমদি অলংকার অনী অসি রস ধ্বনিদা অদুম্মক পূল্লকই। ধ্বনি মখল অহুম অসিদা য়ূম্ফম ওইহল্লগা সম্প্রদায় অসিগী পথাপ্তা কাব্যগী মখল অহুম য়াৎলম্মী — ক। চিত্র কাব্য-বস্তু ধ্বনিগী চাং য়াম্না য়াওবা অনেম্বা মখলগী কাব্যনি, অধম কাব্য হায়নসু কৌনৈ; খ। গুণীভূত ব্যঙ্গ্য কাব্য —অলংকার ধ্বনিগী চাংনা হেনবনি, ময়াই ওইনা ৱাংবনি, মাধ্যম কাব্যসু কৌনৈ অমদি গ। ধ্বনি কাব্য —রস ধ্বনিনা মপূং ওইবা কাব্যনি, খ্বাইদগী ৱাংবা থাক্কীনি, উত্তম কাব্য হায়নসু কৌনৈ।

তশেংবদি 'রস ধ্বনি' হায়রিবসি রস অসিনি। আনন্দবর্ধনগী মতুংদা চহীচা অমা লৈরগা থোরকপা--রস অমদি ধ্বনিবু অমত্তনি হায়না লৌবা অভিনবগুপ্ত (১০-১১শুবা)না মাগী *লোচন* হায়বদি *ধ্বন্যালোকলোচন* কৌনবা লাইরিক্তা 'তশেংবদি রসনা কাব্যগী আত্মানি; বস্তু ধ্বনি অমদি অলংকার ধ্বনিদি মসিদা লূপশিনখিবনি; অদুনা বাচ্যদগী অথোইবনি; ধ্বনিবু কাব্যগী আত্মানি হায়বসিদি অচম্বা ৱাফম্নি'—হায়না ময়েক শেংনা হায়—মসি ময়াম্না য়ানরি—'তেন রস এব বস্তুতঃ আত্মা/বস্ত্বলংকারধ্বনী তু সর্বথা রসং প্রতি পর্যবস্যেতে ইতি বাচ্যাত্ উৎকৃষ্টৌ তৌ, ইত্যভিপ্রায়েণ ধ্বনিঃ কাব্যস্যাত্মা ইতি সামান্যেন উক্তম্ ।।' (*লোচন*)

ৱাফম অমনা, ধ্বনি সম্প্রদায়দা গুণ অমদি অলংকারগী মফম চপ চানা থম্নরি। গুণ অসি রসকী পোৎচঙগী মরুওইবা অর্থদা তোংদুনা লৈবা লীচৎ (ধর্ম) ওইনা লৌই। হায়বদি মীওইবগী আত্মাদা থৌনা পাঙ্গল অসি গুণ ওইনা লৈবগুম রস অসিদা থোৎপ-নৌবনচিংবা অসি মগুণ ওইনা লৈবনি। অলংকার অসিনা হকচাংগী মশক লৌরিবা ৱাহৈ অমদি অর্থদা য়াওবা মতম-মতাংগী মতুংইন্না হোংবা ওনবা য়াবা অরেঙবা মখলগী লীচৎনি হায়বদি লীক-কোন, খুজী-নাচীগুম্বা লৈতেংনি হায়বনি। ঙকশমদা শিরিবা লীক পরেংনা হকচাংগী ফজবা হেনগৎহল্লি, লোয়ননা নাকোয়ননা আত্মাবুসু ফজবা হেনগৎহল্লকই। অসুম্না অনুপ্রাস, উপমানচিংবা অলংকারনা অপাননা নৎত্রগসু

নাকোয়ননা বসকী নীংথিবা হেনগৎহল্লি। অদুনা গুণ অসিনা বস-আত্মাগী লেঙদবা লীচৎনি অদুগা অলংকাবনা ওল্লোক-ওনশিন শিন্দোক-শিঞ্জিন যাবা, কাব্যগী হকচাং লীচৎনি। শন্না হায়ববদা গুণ হায়বসিনা কাব্যগী বসতা চঙদবা য়াদবনি অদুগা অলংকাবনা য়াওববসু ফৈ, যাওদ্রবসু যাই হায়বনি। চুম্মবনি অলংকাব যাওদবা শৈবেং পীক থন্না লৈবি। শৈবেং মচাশিং, উপন্যাসনচিংবা ব্রাবেং ব্রাবীশিংদা অলংকাব যাওদবা লৈ, থোৎপ-নৌবনচিংবা গুণদি যাওই। বস অদুম্মক ফংই।

সম্প্রদায় অসিদা বৃত্তি (খূৎইগী মওং) অনী লৈ—ব্রাহৈগী অমা, অমনা অর্থগী অমা (শব্দবৃত্তি অমদি অর্থবৃত্তি)। উপনাগবিকা, পরুষা অমদি গ্রাম্যা (অথোৎপা) অহুম অসিনা ব্রাহৈগী ওইবা মফোঙদোক হাযবদি বৃত্তিনি অদুগা কৈশিকী অমদি আবভটী, সাত্বতী অমদি ভাবতী অসিনা অর্থগী ওইবা বৃত্তিনি। বৃত্তিশিং অসিনা বস বসকা চান্নববা মতাংদা কাব্যগী ফজবা হেনগৎলিবনি। বসকা চূনদবা বৃত্তিদি পক্লদ্রবা মফোঙদোক্লি অদুনা অমবোমদদি দোষ ওইবক:। বস ফংবদা অপনবা ওইবা পূম্নমক দোষনি হাযনা লৌনৈ। মতাং অসিদসু গুণ অমদি অলংকাব অসি বসকা মবী লৈনহল্লকই।

ব্রাহৈ নৎত্রগা পদশিং লেংশিন্দুনা পবেং শেম্বগী মতাংদা ধ্বনি পথাপকী মীওইশিংনা পবেং (সংঘটনা)গী মওংবু মওং অহুমদা থম্মী—১। অসমাস (সমাস যাওদবা), ২। মধ্যম সমাস (মযাই ওইনা যাওবা) অমদি ৩। দীর্ঘ সমাস (অশাংবা যাওবা)। মওং অহুম অসিসু বস অমদি শীংথাবিবা হীবমগা চান্নবগী ব্রাফম পল্লি। মতাং অসিদসু বস অসিনা লমথুং ওইনা থম্মী। ধ্বনিগী মচল মযাম অসিনা ওল্লিবা মাযওল অসি বসবোমদনি। অদুনা বস অসিনা পম্বুং ওইবকই। মসিনা তাকপদি ধ্বনি সম্প্রদাযগী কাঙলোন অসি বসকীগা পকশিন্নে—চূশিন্নে। বসকা ধ্বনিগসি অমনা অমগী মপূং ফাহনবা শব্দক ওইবকই। ধ্বনি সম্প্রদায অসি বস সম্প্রদাযগী পাকথোক-চাউথোবকপা মশক ওইবকই। ‘তশেংবদি বসনা কাব্যগী আত্মানি’ হায়বসিনা সম্প্রদায় অসিগী লাইখায় ওইবকই।

ধ্বনি সম্প্রদায অসি আনন্দবর্ধন (৯শুবা)না ইহান হান্না হৌদোকপনি। মাযচৌ অসিগী মমাঙদা কনা অমত্তনা ধ্বনিগী ব্রাফম পল্লমদে। মাগী *ধ্বন্যালোক* অসি পূল্লপ্না ধ্বনিদা মায়পুনবনি। মতুংদা অভিনবগুপ্ত (১০-১১শুবা)না *ধ্বন্যালোক* অসিগী টীকা *লোচন* ইবকই। *লোচন* না আনন্দবর্ধনগী কাঙলোন অসিবু পাক-শন্না ব্যাখ্যা তৌবগা অয়ৌবীদা শৌগৎলকই। নৈন-মীওই অসিনা ধ্বনি পথাপকী য়ূম্ফমদা

ভবতকী বসসূত্র 'বিভাবানুভাবভ্যভিচাবিসংয়োগাদ্রসনিস্পত্তিঃ'বু অর্থ হন্দুনা ব্যঞ্জনাবাদকী ৱাপু হৌদোকপনি। ময়াম্নসু য়ানববনি। ধ্বনিবু য়াদবা ভট্ট নায়ক্কী মোৎপু ময়া কুমহল্লগা ধ্বনিবু কন্না শৌগৎলি। মতুংদা ভোজবাজ (১১শুবা)না মমাঙগী নৈন-মীওইশিংগী মোত ময়াম তাশিল্লগা লাম্ছোকই অদুগা ধ্বনি অমদি বসকী ৱাফমবু কন্না শৌগৎলি। তৌবগীদি মায়চৌ অসিদি বস সম্প্রদায়গীনি, বসনা পূন্নমক্লি হায়না লৌবনি। অদুবু ধ্বনিবুসু ইকায়খুম্নবনি। মাগী মতুংদা থংমু-নাউমু লাকপা আচার্য মম্মট (১১শুবা)না *কাব্যপ্রকাশ*তা ধ্বনি হাযবা কাঙবুবু শীথবগা ব্যঞ্জনাবু হাযবদি ধ্বনিবু কন্না শৌগৎলি। মীওই অসিগী লাইবিক্কী টীকাগী মশীং য়াম্মী। বিশ্বনাথ কবিবাজনা (১৪শুবা) *সাহিত্যদর্পণ* দা ধ্বনিবু কূপ্না নৈনৈ। মম্মটকী *কাব্যপ্রকাশ*কী অহকপা মমি তাই। পণ্ডিতবাজ জগন্নাথকী *বসগঙ্গাধব*দি ধ্বনি পথাপপু নৈবগা থকপা হাযবদু য়ৌনা যাবা লাইবিক্লি। মাগী কাব্যগী শক্তাক ৱাবোল 'বমনীয়ার্থপ্রতিপাদকঃশব্দঃকাব্যম্' হাযবসিদা পল্লিবা 'প্রতিপাদক' অসি থক্তোবকপা মঙালগী ৱাপুদা লৈবা শব্দক্লি। হাযবদি বস ধ্বনিত্ ওই হাযবা মীওইশিংগী মনুংদা অমনি।

ধ্বনি কাঙলোনগী ৱাফমসি যানীংদবা অদুগা ফোংনা যানীংদবা উৎলকপা মাযচৌগী মশীংসু য়াম্না লৈবকখি। মুকুলভট্ট (৯শুবা)না মাগী লাইবিক *অভিধাবৃত্তিমাতৃকা* দা ধ্বনি অসি যাম্নমক নৌবিবা (মতমদুগী ওইনা) অদুগা লক্ষণা শব্দশক্তিগী মনুংদা লৈবা ৱাবম মচা অমা ওইনা পল্লি। মীওই অসিগী শিষ্য ওইবা প্রতিহাবেন্দুবাজ (১০শুবা)না মাগী টীকাগী লাইবিক *লঘুবৃত্তি* কৌবা অমদা ধ্বনি অসি অলংকাবগী মনুংদা থম্মকই। মানা মখা তাবা ওইনা আনন্দবর্ধননা *ধ্বন্যালোক*তা বস্তু ধ্বনি, অলংকাব ধ্বনি অমদি বস ধ্বনিগী খূদমনি হায়না পীখিবা পবীংশিংদু তোঙান তোঙানবা অলংকাবগী খূদমনি হায়না উৎনবা সাধনা তৌখি। ভট্টনাযক (৯-১০শুবা)না *হৃদযদর্পণ* হাযনা কৌবা লাইবিক অমা ইদুনা ধ্বনি পথাপপু যানীংদবা উৎখি। মীওই অসিদি 'বসনিস্পত্তি'গী মতাংদা ভুক্তিবাদ পুথোকপনি। বসপুদি চপ চানা যাবা মীনি। ধ্বনি সম্প্রদায়গী ৱাখল্লোনবুদি য়াদে। বক্রোক্তি সিদ্ধান্ত হৌদোকপা মাযচৌ কুন্তক (১০-১১শুবা)সু ধ্বনি পথাপপু য়ানীংদে, ধ্বনি অমদি বসপুদি কাব্যদা চঙই হাযবা যাই। অদুবু অনী অসি বক্রোক্তিগী মনুংদা লৈবা মচল মচা অমা ওইবদগী হেন্দে। মতুংদা লাকপা মহিমভট্ট (১১শুবা)দি খবা শাথীবে। নৈন-মীওই অসিনা *ব্যক্তিবিবেক* কৌবা লাইবিক অমা ই; হাযবিবা লাইবিক অসি ধ্বনি পথাপপু শীধননবগীদমক্তা ইবনি হাযনা মশানা লাইবিক্কী অহৌবদা ৱাশক্নুনা হেক্তা হায়বে —

**অনুমানান্তর্ভাবম্ সর্বস্যৈব ধ্বনেঃ প্রকাশয়িতুম্।**

**ব্যক্তিবিবেকম্ কুরুতে প্রণম্য মহিমা পরাং বাচনম্॥**

**(মহিমভট্ট, *ব্যক্তিবিবেক*)**

লাইবিক্কী অহানবা অধ্যাযদগী ৱাশক ঙাকপা হৌই, ব্যঞ্জনাগী ৱাফমবু শীধবা হৌই অদুগা ধ্বনিগী মখল পূম্নমক ভাবনা শাজিন্দুনা (অনুমাণ) লৌশিনবা অর্থনি হায়বগী থাজবদা ধ্বনিবু লক্ষণাদা পুনশিন্নবা লাক্লে। অনীশুবা অধ্যায়দা কাব্যগী দোষ মযাম পাক-শন্না নৈনকৎবগা অহুমশুবা অবোইবা অধ্যায়দদি আনন্দবর্ধনগী *ধ্বন্যালোক*কী হীবম লৌখত্তুনা মযাঙদগী য়াম্ভবা হৌই। অধ্যায অসিদা আনন্দবর্ধননা ধ্বনিগী ওইনা শাগত্তুনা পীখিবা খুদমশিংদগী ৪০ (নিফু)খক লৌখৎলগা ভাবনা শাবগী অর্থ খুৎলৌনি হায়না উৎলি। মশানা মঙল লৈবা পণ্ডিতনিনা মানা পুখৎলকপা য়ানীংদবগী ৱাফম লোইনমক ফজে হাযনা লৌনৈ। অদুবু মাগী মোৎতি লৌনদে।

ধ্বনি পথাপ অসিগী যূম্ফম ওইবা (ধ্বনিগীদা নত্তে সাহিত্য মপূমর্গা ওইনা হাযবসু যাবনি) পূম্নমক্লা যানববা ৱাফম অমা লৈবি—শব্দ শক্তি, ৱাহৈগী মঙল, হাযবদি ৱাহৈনা তৌবা ঙম্বা শক্তি।

অর্থ থোকপা খোম্থোক্কী কাঙলূপ অমবু ৱাহৈ কৌই। অর্থ থোকহনবগী মতাংদা ৱাহৈগী মঙল নৎত্রগা তৌবা ঙম্বা থৌওং খবা লৈবি। মসিবুনি শব্দ শক্তি হাযবিবসি। বাহৈ খুদিংমক অর্থ শাগোন্নে। পূম্নমক্লা যাববা ৱাফম্নি। ৱাহৈগা অর্থগসিনি কাব্যবু শাগৎলিবা কাযাৎ—হকচাং। হকচাংনা লৈত্রবদা আত্মাগী চঙফম লৈফম লৈবা হৌনদে। যেৎননীংঙাই লৈত্রবা ৱাফম্নি। লোল নৈনবা অমদি সাহিত্য নৈনবা কাঙবুনা চুম্মে হাযনা লাইখায তাববনি, ৱাহৈগী মশাগী অশেংবা অর্থ অমা তঙাযফদনা লৈবে। চাবা, থকপা, তূম্বা অসিনচিংবসিগী মশাগী ওইবা চপ চাবা পূম্নমক্লা খঙনববা অর্থ লৈজে। মসিবু মশাগী ওইবা অর্থগী থৌওং অভিধা (denotation) কৌই। মসিনি মীযাম্না শীজিন্নবিবসি। মীগী হৌনশানি, মসিদতা পেল্লক্তে; মবম অমদগী নৎত্রগা অমদগী মশাগী ওইবা অর্থ অসি লৌবা য়াবক্তবা মতাং লাকই। হাযনবি 'বিক্সা অমা কৌবকউ।' মথৱায পান্দবা অমা কৌবকপা যাবা হৌনদে; থৌবিবা মী অদুদা কৌবগা থৌহল্লকপা তাবনি। মতাং অসিদা 'বিক্সা'না পুবিবা অর্থসি মাগী হান্নগী চৎনবী অদু নৎত্রে মদুগা মবী লৈনবা অথৌবা অদু ওইনা লৌবা তাবে। লৌদবা যাদবনি। অসিগুম্বা ৱাহৈগী অশেংবা নত্তবা মদুগা মবী লৈনবা অমা লৌদবা য়াদদুনা লৌবকপা চৎনবি। অসিগুম্বা থৌওং অসিবু লক্ষণা (indication) কৌবে। 'অৱাংবা' হায়বগা

শামুবু খঙনবা, লিনবু 'নাপী' নৎত্রগা 'অশাংবা' হায়বকপা, অপঙববু 'ষণ' হায়না চৈবা, থৌনা লৈবা মীদা 'নোংশা' হায়বকপা লক্ষণাগী অর্থ মবৌগী থৌওংনি। ঙাঙলিবা হায়বিবা অদুগী মফম মতম অমদি ফীভম খবদা য়ূম্ফম ওইংগনি। য়ূম্ফম অসি লক্ষণাগী মতাংদা য়াওদবা ইয়ামক য়াদবনি। অতোপ্পা অর্থ থোকপগী মওং অমনা ব্যঞ্জনা কৌই। ব্যঞ্জনা হায়বদি হায়বনা অমা হায়বগা খঙবনা পূমতোপ তোপ্পা অমা খঙবা থক্তোবকপা মঙালগুম্বা নৎত্রগা ব্রাখলনা লৌজবকপা হায়বনি। মওং নৎত্রগা থৌদৌ-থৌওং অসিদগী লৌবকপা অসিবু ব্যঙ্গার্থ কৌই। ব্যাঙ্গার্থ অসিবু ধ্বন্যার্থ, সূচ্যার্থ, অপেক্ষার্থ, প্রতীযমানার্থ হায়নসু কৌনৈ। অর্থ মবৌ অসিদদি ব্রাহৈগী অশেংবা অর্থসু লৌবা যাদ্রে অদুগা মবী লৈনবা লক্ষণাসু পুশিনবা য়াদ্রে। মওংবু—শশীনা তহা তহা চৎলিবী উবীবৈ মাধবীদা উথক্তগী লাউথবকই—"লৈ থিবিবিশা৷ যৎঙমদ্রবা লৈহাও লৈবেন অসি য়েন্দাই থন্না পুজখো।" উবীবৈনা তাপ ওক্তুনা খুল্লকই—"শজিবুদা শাৎপা লৈহাউদি অচম্বা লৈহাউ নত্তে পূক্লিংগী লৈহাউনি, য়েন্দাইদা হাপত্রবসু থম্মোযদা থম্বা যাই" মসিদা লৌনবিবা অর্থসি শশীনা ঙাইখো চৎখিনু ব্রাবী শাখিসি হাযবনি। উবীবৈনা ঙাইববোই ব্রাবী লোইবে অসিনি। মতাংসিদা লৈহাউ, য়েন্দাই, শজিবু, পূক্লিং, থম্মোয় ময়াম অসিগী মশাগী অর্থসু লৈতে মবী লৈনবা লক্ষণাগী মওংসু যাওদে। মসিনি থক্তোবকপা—ব্যঞ্জনা (suggestion) হায়বিবসে। অসিগুম্বা ব্যঙ্গার্থসিনি ধ্বনি সম্প্রদাযগী কাঙবুনা কাব্যগী থৱায়নি হাযনা পুখৎলক্লিবনি।

ব্রাহৈগী শক্তি অহুম্নি—অভিধা, লক্ষণা অমদি ব্যঞ্জনা। শব্দোকপা মওং খবা অমগা যেংখিবা যাই—

ক। অভিধার্থ—ব্রাহৈগী মশাগী ময়াম্না খঙনবা অর্থদুনি। অসিগুম্বা চৎনবকপী খঙনবী অর্থ পুবিবা ব্রাহৈবু বাচক (denotive) কৌই। মায়চৌ মম্মটনা হাযবা লৈ—অপাননা চৎনবী অর্থ পীবিবা ব্রাহৈদু বাচক্লি—'সাক্ষাৎসংকেতিতমযোর্থমভিভাবত্তে সা বাচকঃ' (*কাব্যপ্রকাশ*)। ব্রাহৈ-পূক্কেগী পূম্নমক অহৌবা থাক্তদি বাচক ব্রাহৈ ঙাক্তনি। মসিগী মনুংদা চৎনবী খঙনবী ওইনা ব্রাহৈ অমগী অর্থ অমদগী হেনবা অদুগা অর্থ অমগী ব্রাহৈ অমদগী হেনবা যাম্না যাওই। মসিদি শীজিন্নবিবা নাক-য়েৎ অদুগী মখা পোন্না লৈ। নুংতিগী পুন্সিদা শীজিন্নবিবা ব্রাহৈশিং অভিধাগী অর্থ পুবনা অনম্বনি। অসিগুম্বা ব্রাহৈশিং অসি ঙাক্তা শীজিন্নবা নৎত্রগা চাং য়াম্না য়াওবা কাব্যদি অনেম্বা মখলগীনি হায়না লৌনৈ। অভিধার্থগী অখন্নবা মখল থোইনা থমদে।

খ। লক্ষার্থ—অশেংবা অকক্লবা অর্থনা য়াবক্তদনা ব্রাহৈদুগা অপাননা মবী

লৈনবা অমা লৌরকপা অদু অক্ষার্থনি (indicated)। লক্ষণারোমদা অর্থ পুরকপগী মতাংদা ৱাফম মরিখক মরুওই—

১। অশেংবা অর্থদু লৌবা য়ারক্তবা;

২। অশেংবা অর্থদু নত্তবা খেন্নবা অমা লৌবা;

৩। অশেংবদুগা খেন্নবা অদুগদি থানবা য়াদবা মরী অমা লৈবা;

৪। লৌবা অর্থদু (অ) চৎনবী/খঙনবীদা হায়বদি রূঢ়িদা নৎত্রগা (আ) অখন্নবা কান্নবা থৌরম (purpose) হায়বদি প্রয়োজন অমনা মবম ওইদুনা লৌরকপা তাবা।

মরিশুবা মরম ওইনরিবা ৱাফম অসিদা য়ূম্ফম ওইরগা লক্ষণা অসি চাউনা মখল অনী থোক্লা খাযদোকই—রূঢ়িলক্ষণা অমদি প্রয়োজনবতী লক্ষণা।

রূঢ়িলক্ষণা—চৎনবী খঙনবী ৱাহৈ অমা শীজিন্নদুনা লক্ষণা ওইরকপা মতাংদা রূঢ়ি লক্ষণা ওইবকই। 'লীলা অদুদা নোংবান কনানো?' চৎনরিবা ৱাহংনি। মাসদা যাওবিবা 'নোংবান' অসি নহানৱাইগী খন্নখোযগী মতমগী নোংবানদু নত্তে ফত্তবা শাবা খলনায়ক্কী অর্থনি। অসুম্না ইবুধৌ (= কৈ), মচু (= য়াইঙং) অসিনচিংবসি রূঢ়ি লক্ষণাগী ৱাহৈশিংনি। মসিগী মখল মচা মচা য়াম্না খায়দোক্লে। বিশ্বনাথ কবিরাজনা মসিগী মখল নিপান পল্লি।

প্রয়োজনবতী লক্ষণা—অকক্লবা নৎত্রগা অখন্নবা থৌবম অমগী ওইনা হায়বদি অর্থ অমা তাহন্ননবা শেম্মকপা লক্ষণাদু প্রয়োজনবতী লক্ষণানি। মওংবু—

**মায়থোঙথাজ থোকপদা**

**মীৎয়েং থরো শাৎলিদো**

হাযবসিদা থানা থোকপদা থরোনা শাৎপগা মান্নবদা মীৎনা য়েংবদা নৎত্রগা উবদা মকা লাম্মী হায়না অর্থ তৌবা তাই। 'থোকপা' অমদি 'শাৎপা' অনীগী মশাগী অশেংবা অর্থ য়াওদ্রবনা উবা অমদি মকা লাম্বগী অর্থদা তৌবা তারকই। অখন্নবা শেম্বনি। প্রয়োজনবতী লক্ষণানি। মসিগী মখল মচা মচা য়াম্না লৈ। বিশ্বনাথনদি মসিগী মখল মচা মচা ৮০ পল্লি। য়াম্না পাকই।

নৈন-মীওই কয়ানা লক্ষণা মখল অনীসিগী তোঙান তোঙানবা মীৎয়েংদগী মখল মচা মচা কয়ামুক থোক্লা খায়দোকপা থেংনৈ। মান্নবসু য়াম্না য়াওই অদুগা মান্নদবসু কোঙ্গায়নি। মায়চৌ অমগা অমগা মোত খেন্নবসু অদুম মরে। মানা মানা য়েংবা মীৎয়েং হায়বদুনি। অদুমকপু বাচ্যার্থ অমদি লক্ষ্যার্থ অনীগী মরক্তা থম্বা মরীদা

যূম্ফম ওইবগা রূঢ়ি লক্ষণা অমদি প্রয়োজনবতী লক্ষণা অনী অসিগী অমমমগী গৌনী হাযবা অমা অমদি শুদ্ধা হাযবা অমা, হায়বদি, মখাগী অসুম্না থম্নে—




মমিং ওইনা থম্মকপদা অসুম্না থম্নবকই—১। গৌনী রূঢ়ি লক্ষণা, ২। শুদ্ধা রূঢ়ি লক্ষণা, ৩। প্রযোজনবতী গৌনী লক্ষণা অমদি ৪। প্রযোজনবতী শুদ্ধা লক্ষণা। প্রযোজনবতী লক্ষণাগী গৌনী অমদি শুদ্ধা অনীমক্কী মখল মচা মচা অকূপ্পা কয়ামুক শীংথানৈ।

মথক্তা নৈনবিবা অসি নত্তবা কয়া অমসু নৈন-মীওই কযানা পনবা থেংনৈ। মরুওইবা খবা পল্লবদা—

১। বিপরীত লক্ষণা—বিপরীত হাযবদি ওন্ন-তৈনবা হাযবনি। মশাগী অশেংবা অর্থগী ওন্ন-তৈনবা অর্থদা লৌবকপা লক্ষণা অদু বিপরীত লক্ষণা ওই। মওংবু, 'মাদি থায়নগী হনুমানদা তাবে।' হাযবসি হনুমান অসি কনবা থৌবা তৌবা ঙন্বা অদুগী ওন্ন-তৈনবা অর্থদা শোল্লবা, থৌদ্রবা, তৌবা ঙমদ্রবা ওইববগীদা লৌবে।

২। উপাদান লক্ষণা—উপাদান হাযবদি লৌশিনবা, ফংবা নৎত্রগা যাবা হাযবনি। বাচ্যার্থদুবু লৌথোক্লবগীদমক্তা অতৈ অতোপ্পা অর্থগী মতেং লৌশিল্লকপা মতাংদা উপাদান লক্ষণা অসি ওইবকই। মওংবু, 'কবমদি তৌনি অঙাং হাযবসিদি অঙাংনি।' হায়বসিদা 'অঙাং'গী মরুওইবা নৎত্রগা মশাগী ওইবা অর্থ অদুগী মহুত্তা অঙাং ওইবগী মান্নরুবা যাদবা মতা অদুগী অর্থ লৌবা তাবকই।

৩। লক্ষণ-লক্ষণা—বাচ্যার্থ পূমথা থাদোক্লগা লক্ষ্যার্থদু লৌদ্রবদি য়াদ্রবা মতাংদা ওইবকপনি। কাইদাবু হাযনৈ—'লল্লোং অহুম ফাংবদো মদুদা মাগী ময়ূম লৈবে।' মসিদা লৌগদবা অর্থসি 'লল্লোং অহুম ফাংবা' অদুগী মনাক্তা—হায়বদি ওযবোমদা য়েৎলোমদা অতৈ মফমদা যূম লৈবনি হায়বসিনি। লল্লোং অহুম ফাংবা মফম অদুমক্তদা যূম শাবদি যাবোই। লল্লোং অহুম ফাংবসিগা মবীদি লৈনবি।

৪। গূঢ় ব্যঙ্গ্যা লক্ষণা—গূঢ় হাযবদি মবৌ লৈবা অবোন-অথূপ হায়বনি। অরুবা

অবোনবা মবৌ লৈবা ৱাঙাঙদা অতোপ্পা অর্থ অমা লৌবকপা মতাংদা ওইবকপনি। কবেম-কথায়নবদা শীজিন্নবা পক্লে। মমানা মচানুপীদা হায়বনি 'খঙঙে ইবেম্মা ইবেনপোক, নঙনা মশিংলেকো।' লৌগদবা অর্থদি অঙাংনি নঙনা মপঙলে অসিনচিংবা।

মথক্তসু পনখ্রে লক্ষণা শব্দ শক্তি অসি মখল মচা মচা যাম্না খায়দোক্লে। কূপ্প-কূপ্পবা মখল ময়াম অমা লৈবি। মাযচৌ অমনা মীৎযেং অমদগী মখল অমগী লক্ষণা ওই হায়বদু পণ্ডিত অমনা যূম্ফম অমদগী অমুক অমনি হায়না ব্যাখ্যা তৌনবসু ময়াম যাওবি। চহী চা কয়াগী মমাঙদগী নৈনদুনা লাক্লবা হীবমনিনা ৱাদি অদুম যাম্বা তাবনি। অদুবু চৎনবীদা যূম্ফম ওইবা ব্দঢ়ি লক্ষণা অমদি অখন্নবা থৌবাং/থৌবম অমগী ওইনা শেম্বদা যূম্ফম ওইবা প্রযোজনবতী লক্ষণাগা লোয়ননা মখোযগী পৌনা খাযবা শুদ্ধা অমদি গৌণী হাযবদি গুণগী ওইবা মখল অনী অনীসিদগদি অযাম্বা মাযচৌশিংদা ইমান অদুম মান্ননা লৈ। মসিদসু অমুক খনবু খন্থগে লোয়ননা মবৈ ওইনা পুখৎকে হাযববদি চৎনবীগী থাক অসিদি সমাজ অমদি মতমদা লৈবনিনা 'প্রযোজনবতী' ওইবম্বা অমা 'ব্দঢ়ি' ওইবে হাযনা লৌবকপসু যাওবক্লোই হাযনীংঙাই লৈতে। 'মীৎ'পু 'থম্বাল' ওইনা লৌবসি চৎনবীনি। কুইববগী মমাঙদা ইহান হানবা কবি অদুনা ইহান হান্না ফোঙদোবকপগী মতাং অদুদদি চৎনবী ওইবমখিবোই; অখন্নবা থৌবাং অমদা মাগী কল্পনা অদু মযেক লানা ঊৎপা ঙম্নবা হাযখিবম্বা ওইবমগনি। অসুম্না খন্নবসু যাওবিবনি। ৱাহৈ খূদিংমক চৎনবী খঙনবীনি। হৌবকপদদি অখন্নবা থৌবম অমা য়াওখি। অদুম অদুম ওইনমক 'চৎনবী' হাযবা অমগা 'চৎনদবা' হাযবা অমগদি লৈবি। মসিনা নৈনবগী ৱানি। লক্ষণা শব্দ শক্তি অসি অলংকারশিংদা যাম্নমক মরুওইবা মচলনি।

**ব্যঞ্জনা ঃ**

ৱাহৈনা মশাগী অশেংবা অর্থ (বাচ্যার্থ) অমদি মবী লৈনবা অতোপ্পা অর্থ (লক্ষ্যার্থ) ফোঙদোকপ্পবা মতুংদা, অনী অসিগী মঙল (শক্তি)ন্য থবক মখা তৌবক্লবা মতাংদা, পূমতোপ তোপ্পা, মশাগীসু নত্তবা মবী লৈনবসু নত্তবা তোঙানবা অর্থ অমসু ফোঙদোকপা ঙম্বগী শক্তি অমা লোয়নবি। মসিনি ব্যঞ্জনা শক্তি হায়বিবসি। খম্ববু অহানবা হেক উবমক্তদা থোইবীগী মওং অঙাংহলনা শীংথাবনি—

**লূ-দা চঙবা লিলহাঙুম মহি ময়াই চমথরে**

**লৈথোকসিসু ঙমদয়ে লৈসিনসিসু য়াদয়ে**

**উতিংবগুম তুমিন্না তিংদম খন্না য়েংদুনা**

**লৈরে মজা ইবেম্মা হোয়নি মাইনি হায়খিদ্রে**

শীংথাবদা পনবা ইয়াও যাওদবা থোইবীনা খন্নবু অহানবা হেক উবদা নুংশিবগী ৱাফম অমনা ফোঙদোক্লিবসি অপাবা অতাবা পূন্নমক্কী থম্মোয়দা ফাওবি। অতোপ্পা অমগা—

অহায়বনা হায—'নঙগী নমায়দি হৌদোংনি।'

অতাবনা খুম্মী—'ঐগী মাযসি মিংশেল ওইবেদনা।'

অনীনা ফোঙদোক্লিবা অর্থসি অমনা হৌদোংগুম্না থীবে হায়বনি। অমদুনামুক নঙনি থীবিবসি হাযবনি। ৱাফম অসি অনীমক্কা হাযবদা পন্নবা নত্তে। পূমতোপ তোপ্পা অর্থনি। অর্থ অসি বাচ্যার্থ অমদি লক্ষ্যার্থ নত্তে; মখোয় অনীমক মথৌ তৌবা লেপখ্রবা মতুংদা ফাওবকপা হাযবদি লৌবকপা অর্থনি।

ব্যাঙ্গার্থ অসি ধ্বন্যার্থ, সূচ্যার্থ, অপেক্ষার্থ অমদি প্রতীযমানার্থ হাযনসু কৌনৈ। ব্যঙ্গ্যার্থ অসি লৌশিল্লকপগী মতাংদা ঙাঙলিবা মী (বক্তা), তাবিবা (গ্রাহক), খোন্থোক্কী মওং (ধ্বনি বিকাব), পবেংগী চূংশিন্নবগী মওং (বাক্যন্বয), ৱাহৈ মশা (বাচ্য), নকশিন্নহনবগী মতা (সান্নিধ্য), ৱাবীগী মতাং (প্রকবণ), মফম-মতম (দেশকাল) অসিদা অখন্নবা বাখল চঙবা তাই।

**বক্তৃ বোধব্য কাকুনাং বাক্য বাচ্যান্যসন্নিধেঃ**

**প্রস্তাব দেশকালদেবৈশিষ্ট্যাত প্রতিভাজুবাম্**

**য়োऽর্থস্যান্যার্থধীহের্তৈব্যাপাবো ব্যক্তরেব সা**

**(মম্মট, *কাব্যপ্রকাশ*)**

হাযবিবা ৱাফম অসিগী নাক-য়েত্তা ৱাহৈনা তোপতোপ্পা, হেন্না তিনশিল্লকপা অর্থ ফোঙদোকই। অদুগা হেঞ্জিল্লক্লিবা অর্থ অসিদি অমত্তংদা ওইদে যাম্বা যাই।

ব্যঙ্গ্যার্থ (suggested sense) অসিমক্তি বাচ্যার্থ (denoted sense) নৎত্রগা লক্ষ্যার্থ (indicated sense)দা যূম্ফম ওইবগা শাগৎপনি। হায়বদি ব্যঙ্গ্যার্থ অসি অভিধামূলা (অভিধানা হৌফম ওইবা) ওইবসু য়াই নৎত্রগনা লক্ষণামূলা (লক্ষণানা হৌফম ওইবা)সু। লক্ষণাদি মখল অনী থোকপনি—রূঢ়ি অমদি প্রয়োজনবতী। অনী আসগী মনুংদা ব্যঙ্গ্যার্থ থোকহনবদি অকোনবগী মখল হায়বদি প্রয়োজনমূলা নৎত্রগা প্রয়োজনবতী লক্ষণা অসিদনা থোকহল্লি। হায়বদি অমবোমদা হাযবগা, অখন্নবা থৌবম/থৌবাং অমা লৈববতদা পূংতোপ তোপ্পা হেঞ্জিল্লকপা অর্থ (ব্যঙ্গ্যার্থ) অদু

লৌবকপনি হায়বগী ৱানি।

নীংশিংগদবদি অহেনবা অর্থ (ব্যঙ্গ্যার্থ) অসি লৌবা মতমদা মশাগী অশেংবা অর্থ (বাচ্যার্থ) অমদি মৰী লৈনবা অর্থ (লক্ষ্যার্থ) অনীসিবু পূমথামক থাদোকপা যাদে। অনীসিসু মাগী মাগী মফমদা অদুম লৈগনি। লৈতবা যাবোই। অনী অসিদগী হেঞ্জিল্লকপা হাপচিল্লকপা হাযবদি অপাবা/অতাবনা লৌশিল্লকপা অর্থ ওইগনি। অদুনা ব্যঙ্গ্যার্থ অসিদি মতম পূম্নমক্তা হেঞ্জিন্না লৌবা অর্থ ওইবনি হাযনা আনন্দবর্ধননা হাযবম্বা ৱা লৈ—'স্বৰূপম প্রকাশযন্নেব পবাবভাসকো ব্যঞ্জক ইত্যুচ্যতে ।।' (আনন্দবর্ধন, *ধ্বন্যালোক*)। পাবিবা তাবিবা মী অদুগী (সহৃদয)গী নুংদা ফাওবকপা অর্থদুনি।

মথক্তা পল্লিবা যূম্ফম অসিদা ব্যঞ্জনাগী মখল অনীনি—শাব্দী ব্যঞ্জনা অমদি আর্থী ব্যঞ্জনা। (অমনা ৱাহৈগী অনীশুবনা অর্থগী) শাব্দী ব্যঞ্জনাগী মওং অনী [illegible]— অভিধামূলা শাব্দী ব্যঞ্জনা অমদি লক্ষনামূলা শাব্দী ব্যঞ্জনা। লক্ষণামূলা অসিদদি প্রযোজনবতী লক্ষণাদতা লৈবনি ৰূঢ়িমূলাদি ব্যঞ্জনা থোকহন্দ্রে। শাব্দী ব্যঞ্জনাদা লৌগদৌরিবা ব্যঙ্গ্যার্থ অদু অকক্লবা ৱাহৈ অমদা যূম্ফম ওই। ৱাহৈ অদু লৌথোক্লগা অর্থ মান্নবা ৱাহৈ অমনা মহুৎ শীঞ্জিনবদা লৌবিবা অর্থ অদুদা অকাযবা লাকই। আর্থী ব্যঞ্জনাদদি অকক্লবা ৱাহৈদা যূম্ফম ওইদে; অর্থ মান্নবা ৱাহৈ অমনা শীঞ্জিল্লবসু কাযবা লৈবোই। ব্যঞ্জনাগী মখল মখাগী অসুম্না খঙজিনবা যাই।




ব্যঞ্জনা শব্দ শক্তিদগী অর্থ লৌবা হাযবসি ইবায লাযবা থবক নত্তে। ইবদসু অদু মঙায়। লৌবিবা অর্থদু অকক্লবা অখন্নবা অমখক্তা নত্তে অমদগী হেল্লি, যাম্না হেনবসু যাই। সহৃদয় হায়বদি ভাবোক নৎত্রগা পাবিবা মী অদুনা মতীক-মপা চাদ্রগদি অর্থ লৌবা ঙম্মোই। কবিগুস্বদা লান্না লৌবসু যাওবকপা যাই। ৱাহৈগী মশাগী অশেংবা অর্থ অমদি মৰী লৈনবা অর্থদি অদুক হাক্লা হোৎনদ্রবসু খঙবা ঙম্মে। অদুগা ব্যঙ্গ্যার্থ অসিদি অহানবা পাবদা তাপ হেক্তা খঙবা লৌশিনবা অমদি পাম্মিবা ৱাপু অদোমদা পুবকপা ঙম্নদে। মসি

ফংনবা হায়বদি লৌশিন্নবা লাক্লবদা থম্মোয় অমদি লৌশিং চঙই; লোয়ননা সাধনা চঙই। অইবা অমদি অপাবগী ময়ামগী ওইবা লৌশিংগী মথক্তা মশাগী সংস্কাবসু চঙই। মফম মতমগী অমদি নাক-য়েৎকী মতুংইন্না মশাগী সংস্কাব অসি মীৎকপ থোকহনবগুম হৌগৎহনবা তঙায় ফবক্তে। 'লৈনা লৈনা খূদিংনা মোমোন নোক্লুনা মপু মাগী পাউজেল পীববি।'—মসিনা পুবিবা অর্থ অসি অভিধা অমদি লক্ষণাগী শক্তিনা পীবা ওম্বগী ব্ব লৈতে। শক্তি অনীমক কান্নদ্রবা কাঞ্চথাঙ তাববনি। লোয়ননা ঈশ্বব নৎত্রগা শিদবা, অল্লাহ্ গোড নত্ত নৎত্রগা চাউথোইবা শক্তি (মহাশক্তি) অদুগী শক্লাইদবা শক্তম অমা শাগৎপা নৎত্রগসু শাগৎহনবা ওম্বা অপাবা ওইদ্রগদি মোন্দ্রংদা তাউদুনা লৈবা থবক শূনীংদবা কনাগুম্বা অমগী চোইবোন্দগী পঙহেন হেন্দবা য়াই। মহাশক্তি অমগী হীবমদা সংস্কাব লৈবা ভাবোক্লদি মমীৎ উইশিঞ্জদুনা মোমোন তৌবগা মকা লাম্না কাইদ-কাইদ মশা নোমজদুনা লৈবা ওমগনি। আনন্দ হায়বদুনি। আনন্দ অসি কমদৌই? হংলুবদা খুম্মক্তবা য়াই। লোনথোক্তবা কনাগুম্বা অমদা খোইহী পীজবগা মহাও কমদৌই হংলুবদা কান্নবা ফংদবা য়াই। অদুগা খোইহীগী মহাও অদু মহাক মশাদা ফাওদবদি নত্তে। ব্যঞ্জনাগী অর্থ অসিদি খঙবতা নত্তনা ফাওবা অমসু লৈবি।

ধ্বনি পথাপকী কাঙবুনা আত্মানি হায়না লৌবিবা 'ধ্বনি' অসিগী মব্দদা ব্যঞ্জনা অসি লেম্ফু ওইনা লৈ। (মথক্তসু পনগ্রে) শব্দ শক্তি অহুম—অভিধা, লক্ষণা অমদি ব্যঞ্জনা, অসিনা কাব্যগী মতাংদা তঙায়মক ফদ্রবা মথৌ তৌবি। অহুম অসি থাদোকপা য়াবোই। অপৌবা অমদি অকূপ্পা, অমুক্তসু হেন্না কূপথবা মকূপ মচা মচানচিংবা মখল খাযবা অমদি মমিং থোনবগী মতাংদা নৈন-মীওইশিং মোত মান্নদে। অদুম অদুম ওইনমক শক্তি অহুম অসিগী মতাংদদি য়েৎনবা লৈতে; পূম্নমক্লা, অপাননা পনবু পল্লবসু পন্দনা তূমিন্না লৈববসু, যাববনি। চুম্মবা ব্বাফমদদি লৌশিংনা তাবা লাইখায চপ মান্নে। মসিগী মনুংদা ধ্বনি কাঙবুনা মবল ওইনা লৌশিল্লিবনা ব্যঞ্জনা অসিনি। ধ্বনিগা ব্যঞ্জনাগা অমত্তনি হায়না লৌবকপ্তবনি।

মীওই খবনা মায়োক্তা লৈববসু ধ্বনি পথাপকী ব্বাফম অসিদি অয়াম্বনা যানবি। মায়োক্তা লৈবশিংসু ধ্বনি লৈ হায়বদি অদুম্মক য়াবনি; অলংকাব বক্রোক্তিনচিংবা মচলশিংগী মনুংদা থম্নখিবগী ব্বাতনি। বস পথাপকা ধ্বনি পথাপকা অনী অসি অমনা অমগী মপূং ফাহন্নবা মচাক ওইনা লৌনদুনা বস-ধ্বনি সম্প্রদায হায়না লৌনবক্লে। হায়বদি বসতা ধ্বনি য়াওই ধ্বনিদা বস; অনী অসি তোঙান্না খাইদোক্লবা য়াদে। অনীমক্কী মগুণ, মফম, মথৌ কাব্যদা চপ চানা

অদুম্মক লৈ হায়বসি মায়চৌশিংনা য়াবনি।

**ঔচিত্য সিদ্ধান্ত ঃ**

সংস্কৃতকী বিশেষণ ৱাহৈ 'উচিত' (মফম চপ চাবা = appropriate) হায়বসিগী সংজ্ঞা ৱাহৈনি 'ঔচিত্য'। মসিনা খঙনবিবনা মফম চপ চাবী নৎত্রগা মতা চাবা মতৌ, হায়বদি ৱাৎপসু নত্তবা পাথোকপসু নত্তবা মওংগী অর্থনি। পোৎ খূদিংমক অসি মফম চপ চানা থম্মবদি ফজৈ অমদি কান্নে। মফম হেক ওন্নখিবদা নীংথিবা কান্নবা পূম্মাঙ মাঙই অদুনা অচুম্বসু ওইবক্তে। শেংলবা সনানা মণি-মুক্তা থামদুনা শাববা নাইনবু নাতোন্দা যাম্বগা থোক্লকপদা মীওই অদু মপান্দতা নত্তে মনুংদসু কায়ববনি। মশাগী আত্মাদা ফাওবা কায়ববনি। ভৰত মুনিগী ৱাফম নীংশিংবমক তাবনি—

> **অদেশজো হি বেশস্তু ন শোভাং জনয়িষ্যতি।**
> **মেখলোরসি বন্ধে চ হাস্যায়ৈব প্রজায়তে॥**

(*নাট্যশাস্ত্র*, ২৩/৬৮)

হাযবি, মফম অমগী ফিজেৎ-লৈতেং অদু অতোপ্পা মফম অমদা মফম ওন্ননা শেৎচাবদা ফজবা লৈতে। কনাগুম্বা অমনা খ্বাংলাকপু ঙকশমদা, মখূৎতা শিববদি নোক্লনবগী পাত্র ওইবগনি। ৱাফম অসি লীলাগী ঙাক্তা নত্তে পুন্সিগী মতাং খূদিংমক্কী ৱানি। খৰূং মফম চাদবদি খৰূং মশাসু কায নাক-যেৎসু কায। বস অমদি ধ্বনিবু কন্না পুখৎলম্বা নৈন-মীওই আনন্দবর্ধন (৯শুবা চহীচা)না মযেক শেংনা হাযখ্রবনি—"মফম চাদবা হাযবসিনা বস কাযহনবগী মকওইবা মবমনি। মফম চাদবা পোৎলমনা কাব্যদা বস পোকহন্দে। মফম চাবগী মতেংনা পোৎ মফম চানা চানা লেংশিন্দুনা থম্বনা বস পোকপগী মকওইবা অথূপ্পনি"—

> **অনৌচিত্যাদ্ ঋতে নান্যদ্ রসভংগস্য কারণম্।**
> **ঔচিত্যোপনিবন্ধস্তু রসস্যোপনিষদ্ পরা॥**

**(আনন্দবর্ধন, *ধ্বন্যালোক*)**

আনন্দবর্ধনগী টীকাকাব অভিনবগুপ্ত (১০-১১শুবা)না ধ্বনিগা ঔচিত্যগা যাম্নমক নক্নবা মবী লৈবগী ৱাফম উৎলম্মী। সাহিত্য নৈনবগী লমদাংদা অভিনবগুপ্তগী ছাত্র ওইখিবা ক্ষেমেন্দ্র (১১শুবা)না মাগী *ঔচিত্য বিচাবচর্চা*দদি য়াম্না থাজনা অমদি ঈচঙ থৌনা হেক্তা লাউথোক্লে—'ঔচিত্যং বসসিদ্ধস্য স্থিবং কাব্যস্য জীবিতম্'—হায়বদি, বসনা মবমমক ওইদুনা কাব্যদা নুংঙাইবা পোকই অদুগ বসনা সিদ্ধ পালহল্লবা

কাব্যগী লেঙদ্রবা জীবিত (হাযবদি আত্মা)না ঔচিত্যনি। ঔচিত্য হায়বসিনা পুরিবা ৱাপুদি কবিনো? ক্ষেমেন্দ্র মশানা অসুম্না হায়রি—

**উচিতং প্রাহুরাচার্য়াঃ সদৃশং কিল য়স্য য়ত্।**

**উচিতস্য চ য়ো ভাবঃ তদৌচিত্যং প্রচক্ষতে।।**

(*ঔচিত্যবিচারচর্চা*)

হাযবদি, পোৎ অদুবু ঐখোযনা 'উচিৎ' হাযনা কৌবে। উচিত (মফম চাবা) হায়বগী ভাব (মওং) অদুবু ঔচিত্য কৌই। হাযবগী অর্থদি, পোৎ অমগা অমগা মফম চানা (মতা চানা/ মওং চানা) চুংশিন্নবগী মওং অদুনি হাযবা ৱানি। মফম, মতাং চাবগী ৱাফমসি মীওইপোক অসিদসু লোযননা কলাদসু (কাব্য যাওনা) অদুম্মক লৈবি। খূত্তা খূজী, খোঙদা খোঙজী লোযননা ওক্তা লীকপবেং চৎনবি। মফম হেক শোযনবদা হাযবদি খোঙদা লীকপবেং খোঙদা খুজী হেক শিরুবদা মগুণ পূম্নমক পূম্মাঙনি। কাব্যদসু অসিগা চপ মান্নে। শৃঙ্গাব বসকা মাধুর্য গুণগা পক্লে; মফম চায অদুনা ফজবা লৈ। অসুম্না অলংকাবসু বসকা উচন চপ চানবা লৈ অদুগা পক্লদবা ঈশিংগা থাউগা পক্লদবদৌনা খাইবুং-খাইবুং তৌবসু লৈ। অসুম্না ফোঙদোক্লিবা অর্থগা ৱাহে পবেংগা চপ চান্নবা লৈ। ইচান চান্নৌ হাযবা যাদবসু কোঙ্গায অমা লৈবি।

*মাধবী*গী নুংশিবা অমদি মসিগী মনুংদা লৈবা কায়নবা মতাংগী নাক-যেৎ শীংথাবকপদা কমলগী লিবি খোইবিবা অথোৎপা মগুণ চেনবা ৱাহে-ৱাতা শীজিন্নবা নীংথিনা পক্লববনি। ফজববা ঔচিত্যনি। অদুবু 'মৈতে চনু' শৈবেংগী মতাং অমদদি অসুম্না ইবি—

মাতৃমন্দিরগী লৈনম নুংশিবা
তপনা লিরি শিংপা নুংশিৎনা
হুমম্বিসনু মৈতে লৈবাক খূদিংদা;
তেকথৎসনু শিরুম-নারুম্বা মৈতে।

মসি ঈংনা তপ্না প্রসাদ গুণলোমদা শীংথাবনি। অদুবু 'শিকম-নাকম্বা' হাযবা অকনবা পদ অসি থেংনবদা নুংঙাইবসি লকক তৌই। মফম মতাং চাদবা হায়বদুনি। পদ মশাগী ওইবা ফজবা অর্থ লৈ মযাক অদুম্মক যাওজবি। মাতৃমন্দিবগী, লৈনমগী অমদি লিবি হুম্বা নুংশিৎকী অথোৎপা মতাং অসিগদি মফম চাদবনি।

ক্ষেমেন্দ্রনা হায়বিবনা তাইবং মপোক অসিগী লোনচত্তসু মফম চানা থম্মবা, লেংশিল্লবতদা লৈতেংগী লৈতেং ওইবমতৌ অদু লৈবনি। কাব্যদসু মফম চাববা মতাংদা

অলংকাবনা অলংকাব ওইবকই; ঔচিত্য লৈতবা নৎত্রবা মতাংদা গুণশিংগী গুণ ওইবমতৌ অদু লৈবনি—

**উচিত স্থান বিন্যাসাদলংকৃতিরলংকৃতিঃ।**

**ঔচিত্যাদচ্যুতা নিত্যং ভবন্ত্যেব গুণাগুণাঃ।।**

(*ঔচিত্যবিচারচর্চা*, ৬)

নৈন-মীওই অসিনা হাযবিবসি অফবা গুণ, নীংথিজবা অলংকাব (মহৌশাগী ওইনা গুণ অমদি অলংকাব পূন্নমক অফবা ফজবা ঙাক্তনি) ফনমক যাওদুনসু মফম মতাং চাদ্রবদি, চেঙপোত্তা মাইবেল তোপ্পদৌনা তৌববদি চগোত্তা চন্দোন লাম্বদৌনা থোকই, ফজদে চুমদে হাযবনি। অসুম্না কাব্যগী পাক্লা চাউনা যান্নমক মকওইবদি ঔচিত্য অসিনি হাযনা থাজবি। ক্ষেমেন্দ্রনা মফম মতাং চানা চানা অবতাব তৌবকপা ঈশ্বববু 'পবম-ঔচিত্যকাব'নি হাযবা য়ৌনা হাযজে। ক্ষেমেন্দ্র বৈষ্ণবনি। পক্লবা ব্রাখ্ল্নি। শূপচিল্লবদা ঔচিত্য অসি ঈশ্ববগী ওইবা গুণ অমনি হাযবা যৌনা থাজবনি। অসিগুম্ন্দা 'ঔচিত্য' অসিনা কাব্যগী পুন্সিগী হিংনবা মচাক জীবিত হায়বদি আত্মানি হাযনা কল্লবা সিদ্ধান্ত অমা খূদোল তৌবম্বা ক্ষেমেন্দ্রনি।

ক্ষেমেন্দ্রগী ঔচিত্যগী শক্তম (concept) অসি পূম্নৌ নৌবা, মানা ইহান হান্না পুথোকপমক্তি নত্তে। ভবত মুনিনা লীলা নৈনবগী মতাংদা লীলা হাযবসিমক্তবু মীওই লীচৎকী মতৌ তম্বনিনা—'লোকবৃত্তানুকবণং নাট্যমেতন্ময়া কৃতম্' (*নাট্যশাস্ত্র*, ১/১০৯) মফম মফমগী মতাং মতাংগী চৎনবী মওং-মতৌ অদু চপ চপ চানা উৎকদবনি হাযবগী ব্রাফম ময়েক শেংনা তাকখি। লোকপ্রামান্য হাযবদি মীযামদা শংশংনা চৎনবিবা মওং অদু উৎপা তাবগী ব্রাফম শন্দোক্লা ইবম্মী; হাযবম্বনি, কনাগুম্বা পাত্রনা খ্বাংদা লাক্তদবা খ্বাংলাকপু ঙকশমদা খূত্তা শিববদি মহাক অদু মযাম্না নোক্লফম ওইবা পাত্র ওইবনি—'মেখলোবসি বন্ধে চ হাস্যাযৈবোপজাযতে।' ভবতনা হাযবিবসি 'ঔচিত্য' হাযবা ৱাহৈ অসিমক পন্দে হাযবদনি মফম চানা পোৎলম শীজিন্নবগী ব্রাফম্নি। ভবত মুনিনা লাইব্রা ওইনা খজিক্তং পল্লম্বসি মাযচৌ ক্ষেমেন্দ্রনা শন্দোক্লা ব্যাখ্যা তৌবকপনি—"ঙকশমদা খ্বাংলাক লাকপনা নৎত্রগা নীংজোর্দা লীকপবেং শিবনা নৎত্রগা খূৎতা খোঙজী শিদুনা নৎত্রগনা খোঙদনা খুজী শিবনা তাইবং অসিদা কবম্বা মীওইনবু নোক্লবগী মচাক ওইদবগে। য়েক্লবদা মিনুংশি উৎপা, মীওইববু কনানা নোক্লবোইদবগে। হায়বদি মফম চাদ্রবদি (ঔচিত্য যাওদ্রবদি) লৈতেংসু ফজনা থোক্তে গুণসু গুণ ওইদে"—

কণ্ঠে মেখলয়া নিতম্বফলকে তারেণ হারেণ বা,
পাণৌ নূপুর বন্ধনেন চরণে কৈয়ূর-পাশেন বা।
শৌর্য়েণ প্রণতে রিপৌ করুণায়া নায়ন্তি কে হাস্যতাম্,
ঔচিত্যেন বিনা রুচি প্রতনুতে নালংকৃতির্নো গুণাঃ ।।

(*ঔচিত্যবিচারচর্চা*)

ক্ষেমেন্দ্রনা ঔচিত্যগী ৱাফম অসি ভরততগী খণ্ডলকপা ওইগনি। অদুনা ঔচিত্যগী শক্তম (concept) অসি *নাট্যশাস্ত্র* দগী থৌইনশিনগা লোয়ননা ক্ষেমেন্দ্রনা ফংবনি।

ভামহ (৬শুবা)সু কাব্যগী দোষ নৈনবগী মতাংদা মফম মতমগী কলাগী ওন্ন-তৈনবা–দেশ-কাল-কলাবিরোধী–কৌবা দোষ অমগী মতাংদা মফম মতমগা পক্নদবসি কাব্যগী চাউরবা মরাল অমনি হায়না শন্দোক্লা পল্লি। মসিগী মরুদা অনৌচিত্য হায়বদি চান্নদবা হায়বদু লৈ। ঔচিত্যদা মায় ওনশিনবা ৱাখল্লোননি। দণ্ডীনা মফম চাদবদি দোষনি হায়না লৌই। নৈন-মীওই রুদ্রট (৯শুবা)না কাব্যদা অনুপ্রাস অলংকার শীজিন্নবগী মতাংদা মতা চাবা চাদবা হায়বদি মফম চানা শীজিন্নবা শীজিন্নদবগী ৱাফম শন্দোক্লা তাক্লম্মী। ঔচিত্যদা য়ূম্ফম ওইবা ৱাখল্লোন্নি। কাব্যগী দোষ খূদিংমক অসি দোষ অদুম্মক ওইদুনতা লৈবা নত্তে মফম চাবদা শীজিন্নরবদি দোষ ওইবগী মহুত্তা কাব্যগী ফজবা হাপকংপা মচাক ওই হায়না রুদ্রটনা ময়েক শেংনা উৎলি। মফম চাবা হায়বসিনা কাব্যগী পাক চাউনা শন্দোকপা মচল অমনি হায়না লৌদুনা মফম চানা শীজিন্নদবদগী থোকপা দোষশিং পল্লম্মী। মওংবু, 'গ্রাম্য' (লৱাইমচা তাবা) হায়বা কাব্যগী দোষ অমগী মতাংদা দোষ অসি দেশ, শাগৈ-জাৎ, বিদ্যা অসিনচিংবগী হীরমদা ওন্ননা মফম চাদনা শীজিন্নবা, মওং-মতৌ ফিজেৎ অমদি ৱাঙাঙগী মফম চাদবদগী ওইরকপনি হায়না পল্লম্মী।

ঔচিত্য সিদ্ধান্তগী লমদাংদা আচার্য় আনন্দবর্ধনগী য়াম্নমক চাউরবা খূদোল লৈ। তরামাথোইশুবা চহীচাদা মায়চৌ ক্ষেমেন্দ্রনা লিংখৎকদৌরিবা ঔচিত্য সিদ্ধান্ত অসিগী চপ চাবা য়ূম্ফমদি মাপলশুবা চহীচাদা আনন্দবর্ধননা মাগী *ধ্বন্যালোক*তা থোল্লবনি। আনন্দবর্ধননা 'ঔচিত্য' হায়বা ৱাহৈ অসিমক পন্দুনা, করিগুম্বা কালদসু পল্লুবা তৌদনা কাব্যদা মসিগী হায়বদি ঔচিত্যগী তঙাইমক ফদবা মফম পুথোক্লবনি। কাব্যগী কায়াৎ পূম্নমক্তা হায়বদি ৱাহৈ, পরেং, অলংকার, গুণ, প্রকরণ অমদি প্রবন্ধগী লমদা মফম চাবা হায়বসি চঙই হায়না উৎলবনি। মসিদগী অমুক্কসু হেঞ্জিন্না থৱায় ওইরিবা রসকা য়াম্নমক নক্লবা তৎন-থানবা লৈত্রবা মরী লৈনৈ হায়না তশেংনা উৎপ্রবনি। মহাক্লা ময়েক শেংনা লাইখায় তাপ্রবনি–

**অনৌচিত্যাদ্ ঋতে নান্যত্ রসভংগস্য কারনম্।**

**ঔচিত্যোপনিবন্ধস্তু রসস্যোপনিষৎপরা।।**

**(আনন্দবর্ধন, *ধ্বন্যালোক*)**

তাঙ্কক অসিগী অহৌবদা শ্লোক অসিগী অর্থগী মতাংদা পনখ্রে। 'ঔচিত্য' অসি ইংলিশতা appropriateness নৎত্রগা propriety হায়না হন্নে।

অদুনা আনন্দবর্ধনগী মোৎতা ঔচিত্য হায়বসি বস পোকহনবদা শোয়দনমক চঙলবা মচাক অমা ওইবে। কাব্যদসু মকওইবা চঙদবা যাদবা মচল অমা ওইবে। নৈন-মীওই অসিনা নৈনদুনা পথাপ ওইবা যাবগী মওংদা পুখৎলি। অদুমকপু বসধ্বনিবুনদি খ্বাইদগী মকওইবা হায়বদি আত্মা ওইনা থম্বনি। বস অসি থক্তোবকপগী মতাংদা অলংকাব মফম চাবা তাই (অলংকাবৌচিত্য); গুণ মফম চাবা তাই (গুণৌচিত্য); পবেং মওং চাবা তাই (সংঘটনৌচিত্য); প্রবন্ধ মতা চাগদবনি; বীতি মফম চাগদবনি (বীত্যৌচিত্য) অমদি বস মফম চাগদবনি (বসৌচিত্য) হায়না কূপথনা নৈনবম্বনি। নৈনকবা পূন্নমক শূপচিল্লগা ৱাশূপ ওইবা মওংদা *ধ্বন্যালোক* কী মায়চৌ অসিনা ফল তাবিবম্মে—

**বাচ্যানাং বাচকানাঞ্চ য়দ্ ঔচিত্যেন য়োজনম্।**

**রসাদিবিসয়েণৈতত্ মুখ্যং কর্ম মহাকবেঃ।।**

**(*ধ্বন্যালোক*, ৩/৩২)**

হায়বদি, ফোঙদোক্লিবা অমদি ফোঙদোকপা যাবা মচল পূন্নমকপু ঔচিত্যগী মতেংনা বসতা পান্দম লাক্লুনা শীজিন্নবা লাক্লবসিনা অথোইবা কবিগী থৌবাং ওইবনি হায়বনি। ঔচিত্যগী মতাংদা য়াম্নমক হকপা ৱাখলনি। মসোমদগী যেংলবদি ঔচিত্যগী পথাপ অসি আনন্দবর্ধননা হৌদোকপনি হায়বা তাবনি। অদুবু কাব্যশাস্ত্রগী ইতিহাসনদি ক্ষেমেন্দ্রনি হায়না লৌবি। মসিগী চপ চাবা মবমসু লৈবি।

মতুংদা *ধ্বন্যালোক* লাইবিক্কী টীকা *লোচন* কৌবা অমা ইবম্বা পণ্ডিত অভিনবগুপ্ত (১০-১১শুবা) থোক্লকপনি। মহাকসি ক্ষেমেন্দ্রগী গুরুনি। আনন্দবর্ধননা অথূপ্পা কয়াগা লোয়ননা লুনা লুনা হায়বম্বা ৱাফমশিংদু *লোচন* (মসিবু *ধ্বন্যালোক লোচন* হায়নসু কৌনৈ)দা শন্দোক্লা মমূৎ তানা তাকপগা লোয়ননা অনৌবা ৱাফম কয়া অমসু পল্লকই। *লোচন*গী মায়চৌ অসিনা কাব্যদা অলংকাবগী ফীভম অনীদা কান্নবা পীবগী ৱা পল্লি। অহানবদা, লৈতেংগদৌবিবা পোৎ অদু লৈবা তাবা। হায়বদি আত্মা লৈবা তাবা। অনীশুবদা লৈতেং অদু মফম-মতম চাবা তাবা; হায়বদি অলংকাবগী থবক অদু মফম

চাবা তাবা। লোচনকাবনা হায়বিবসি হৰুচাংনা হিংদ্রবদা ফিজেৎ লৈতেংনা কবিসু কান্নদে হাযবনি। হিংলগসু ফিজেৎ-লৈতেং অদুনা মফম চাদ্রবদা কান্নবা লৈতে। লম্বোইবা অমদা সনাগী লীক-কোন্না লৈতেংবা মতা চাবোই নোক্তুম নোক্লগনি—অসিনি। অদুনা বসনা খ্বাইদগী মকুওইবা মচাক্লি। বস অসি ধ্বনিত্ ওই হায়বদি ফোঙদোবকই। বস ফোঙদোকপসি কাযাৎ পূন্নমক্তা ঔচিত্য লৈববা কান্দা ফোঙদোবকপনি। বস, ধ্বনি অমদি ঔচিত্য অহুমসি যোৎশবীগী মখোঙ অহুমগুম্বনি হাযবগী ৱাখল অসি অভিনবগুপ্তগীনি। ঔচিত্যবু বসকা তৎন-থানবা যাদ্রবা মবী লৈনহল্লকপা নৈন-মীওইনি।

অসুম্না পণ্ডিত ভোজবাজ অমদি কুন্তক (অনীমক ১১শুবগী অহানবা তংখায) অনীসিসু কাব্যদা ঔচিত্যগী কান্নবা চপ চানা লৈ হায়না যাবা মীওইশিংনি। মফম চাউনা থম্মী। অদুবু ভোজবাজনা বসনা কাব্যগী থৱাযনি অমদি কুন্তকনা আত্মাদি বক্রোক্তিনি হাযনা পুখৎখিবনি। ধ্বনিবু সুকযা যাদবা বসপুদি পূন্নমক্লি খনবা মহিম ভট্ট (১১শুবগী ২শুবা তংখায)সু ঔচিত্যগী ৱাফম চপ চানা যাবনি।

ক্ষেমেন্দ্র (১১শুবা-২শুবা তংখায)না মহাক্কী গুরু অভিনবগুপ্তগী মতুং ইন্দুনা অমদি মাগী গুরুনা থৱায য়াওনা যাজবা আনন্দবর্ধনগী ৱাফমবু যাজদুনা অহানবদা বস অসিনা কাব্যগী আত্মানি হাযবসি মযেক শেংনা যাজে। অদুগী হেক মতুংদা লাইখায তাবিবনা ঔচিত্য অসি 'জীবিত' হাযবদি হিংলিবা মওং হাযবদি পুন্সিনি হাযবসিনি। মতাংসিদা খন্থগদবদি 'আত্মা' অসিগা 'জীবিত' অসিগা অনীসিগী অর্থগী ৱাপু অসিনি। মাগী গুরু অভিনবগুপ্তনদি অনী অসিগী মচি ওইবা অর্থদা, অর্থ মান্ননা লৌখি। অদুবু ক্ষেমেন্দ্রগী ৱাপুদদি অনীসি খেন্নবা উই। মানা মযেক শেংনা হাযবি—

**ঔচিত্যস্য চমৎকারকারিণশ্চারুচর্বণে।**

**রসজীবিতভূতস্য বিচাবম্ কুরুতেঽধুনা।।**

হায়বদি, কাব্যদা চমৎকাব (কবিতাগী নীংথিবা) অসি ঔচিত্যনা মপূং ফাহল্লি। মসি যাওদ্রবদি কাব্যদা সহৃদযবু চিংশিন্নবা পূক্লিং হূবা মওং (মনোজ্ঞতা) অদু লৈতে, পোক্তে। হাযবিবা অচুম্বসিনা বসকী জীবিতসুনি। কাব্যদা বস লৈবনি হাযবসি তশেংনা য়াববা মতুংদা মাগী ঔচিত্যগী ৱাখল্লোন অসি পুখৎলকপনি। বসপু মযেক শেংনা খঙননবা তৌবকপনি। বস অমদি অতৈ মচলশিংদা ঔচিত্য—মফম চাবা অসি মকুওইবনি হাযবা যাম্নমক পাক চাউবা শক্তম অমা পুথোবকপনি। বসকা লোয়ননা অতৈ হাযবসিদ বস নত্তবা পোৎচঙ পূম্নমকপু ঔচিত্যগী ওমখৈ মনুংদা পুশিন্দুনা থম্মকপনি। পোৎ খূদিংমক মাগী মাগী চপ চাবা মফমদা লৈববতদা কাব্যদা চমৎকাব

নৎত্রগা বৈচিত্র্য হায়বদি কাব্যগী নীংথিবা অসি চোংথোরকপনি হায়বনি। ক্ষেমেন্দ্রগী লেঙদ্রবা অকক্লবা মোত ওইনা লৈরে—রসনা সিদ্ধ ওইরবা কাব্যগী লেঙবা নাইদ্রবা পুন্সিমক্লি ঔচিত্য—'ঔচিত্যং রসসিদ্ধস্য স্থিরং কাব্যস্য জীবিতম্।' ঔচিত্যগী ৱাফম অসি আনন্দবর্ধননা হৌদোক্লবসু লোয়ননা অভিনবগুপ্তখোয়না কূপথনা নৈনদুনা শৌগৎলবসু পুন্সিমক্লি—থৱায়নি হায়বা য়ৌনদি হায়রমদে; ক্ষেমেন্দ্রতনা হায়বনি অমদি নীংথিনা নিয়ম অমগী মখাদা শেমদোক্তুনা থম্বনি। মরম অসিদগীনি ক্ষেমেন্দ্রবু ঔচিত্য সিদ্ধান্তগী হৌদোকপা নৈন-মীওইনি হায়না লৌরিবা।

ক্ষেমেন্দ্রনা ঔচিত্য অসিগী মখল পাক শন্না খায়দোকই। ময়েক্কীদি ঔচিত্যদি কাব্যগী কায়াৎ পূম্নমক্তা লৈবনিনা মসিগী মখল অমদি কূপথবা মখল অসি মপান নাইদবা ওইনা লৈবা তাবনি। অদুমকপু ক্ষেমেন্দ্রনা হেক য়েংবদা পৌনা উগদবা মওংগী ওইনা মখল ২৭ (কুনতবেৎ) পীরম্মী। মখোয়দুদি—ঔচিত্যনা লৈবা তাবসি—১। পদ, ২। বাক্য, ৩। প্রবন্ধার্থ, ৪। গুণ, ৫। অলংকাব, ৬। বস, ৭। ক্রিয়া, ৮। কারক, ৯। লিঙ্গ, ১০। বচন, ১১। বিশেষণ, ১২। উপসর্গ, ১৩। নিপাত, ১৪। কাল, ১৫। দেশ, ১৬। কুল, ১৭। ব্রত, ১৮। তত্ত্ব, ১৯। সত্ত্ব, ২০। অভিপ্রায়, ২১। স্বভাব, ২২। সার সংগ্রহ ২৩। প্রতিভা, ২৪। অবস্থা, ২৫। বিচার, ২৬। নাম অমসুং ২৭। আশীর্বাদ।

মরুওইবা খরদং লৌখত্তুনা উৎলি—

বসৌচিত্য—(রস ঔচিত্য) পোৎচঙ কযাবু ঔচিত্যনা (মফম-মতাং চাবা) পূনশিন-তিনশিন্নহল্লবদতা বস চূপ্পা যাহল্লকই। অপাবদা নুংঙাইবা ফাওরকই। অহানবা হেক উনবদা নুংশি মমি তমখ্রবা শিঙঙেল ইন্দুগী ফোঙদোকহৌদ্রিবা নুংশিবদা লাকপা কায়নবগী ফীভম অমা মহাকবি অঙাংহলনা অসুম্না য়েক্লি—

**পম্হৌ লৈকোন নুংদুগী লৈরাং মখে ৱাথরে,**
**নুজা লৱাই কোইরেন্দা লৈনা মখে হাইথরে।**
**মালং হুমাই থৌগল্লে—"খোয়নৌ ইতা হৌগৎলো,**
**নবুঙ তুংবু ইনখরো ইন্দু নমীৎ পাঙথোক্রো!**
**নবুঙ লমদম তামথ্রবা লৈরাং লমহুকনরনি,**
**নুংশি খোইরোই! ইতারোই!! নুজা মতম হেনগ্রনি!!"**
**নুজা মাগী মতৌদা লৈরাং লোইনা কপ্পরে,**
**শিঙঙেন ময়াম অদুনা নুজা মাবু লাক্লরে!!**

(*শিঙঙেন ইন্দু*, ২/৬)

খূদোপ অমা পীবস্মগা অমা পুখ্রগা তহ্না-তহ্না মবূং গোপাল চংখ্রবদা ইন্দু লৌশিং মাঙদুনা লৈমাযদা হাইথখি। কায়নবগী অয়ৌবী থাক্লি। মসি শীংথাদুনা উৎপদা নাক-যেৎকী লৈবাং পূম্নমক ময়াক কল্লবা উদ্দীপন ওইবে। গোপাল ইন্দু আলম্বন (বিষয়, আশ্রয) বিভাবনি। ভাবোক্তা য়াওবে স্থায়ীভাব—বতী। মসিবু হৌদোক্লবনি। ব্রাম্বা হাযবা ব্যভিচাবী ভাবকী মতাংনি। নুংশি-কাযনবগী থৌওংশিং অনুভাব (হাযবদি এক্টিং) নি। বস—বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গাব পোক্লবনি। বসৌচিত্যগী চপ চাবা মতাংনি। নুংশিবা কাযনবগী নুংঙাইবা ভাবোক্তা ফাওই।

অলংকাবৌচিত্য—(অলংকাব-ঔচিত্য) *খোংজোম তীর্থ*গী লানগী মতাং অমা য়েংসি। হৈবাংখোংজা অমদি ব্রজবাসী, মপা-মচানা সবকাবগী য়াম্লবা লাম্মীগা লান য়ান্নবি—

**হৈবাং খোংজা অথৌবা থাঙগী নোংথাঙ কুপলকই,**
**ব্রজবাসী অকনবা থাঙনা মশা য়োম্লকই।**
**য়েক্লবগী থাঙয়ানবু খৎ খৎ লাউনা খৎতোকই**
**খোঙফম লৈনা চোংদুনা য়েক্লববু হাৎলকই।**
**পাম্বা চেগপ চোংগুম্মী কাওরেল শম্লুপ তানগুমই,**
**চবাম্লবা নোংশানা শজি শঙাই লাক্লমই।**
**(চঙবা/ব্রজবাসী তুবা)**

বীব বসকী মতাংনি। য়েক্লবনা পূমকোয় কোযশিল্লবা মখোয অনীখক্তনা থাঙ পায়দুনা হাই-হাইদুনা, চোং-চোংদুনা তান-তানদুনা ককথবি। অবোইবগী পবেং মবি অসিদা অলংকাব অহুম যাওবি—পাম্বনা চেগপ চোংবগুম চোংবা; কাও অচৌবা অমনা ষণ মযাম ব্রাইগে তানবা লোযননা চবাম্লবা নোংশানা শজী লাকপগা চাংদম্লবা। ইকোন কোনবগী উপমা অসিদা মবূক লাম্মবা নোংশাগা মান্ননা শীংথাবি। নোংশা যাম্না চীং লেম্বা, মবূকচেল চাউবা থৌনা ফবা চোংশিনবদা শোযদবা লোয়ননা হৌকদ্রবা লৎত্রগা লামদ্রবদি কবিসু তৌদবা ঈংনা লৈবা জীবনি। হৌকববদি অমদি মবূক লাম্মবদি মথব্রায়গী ব্রাখল তৌবা নত্তে। মপা-মচাগী থৌনা লিংজেল লোয়ননা মনুং অমদি মপানগী নাক-যেৎ অসিগা মান্নবি। মফম চাবা উপমানি। অসিদসু নত্তনা পবেং খবগী তাঙ্কক অসিদা 'থাঙ' অমদি 'খৎ'কী অনুপ্রাস 'থাঙনা মশা যোম্বদা'দা রূপকসু শেংনা যাওবি। 'থাঙগী নোংথাঙ কুপলকই'দা সমাসোক্তি অলংকাব থম্মি অমদি 'থাঙনা মশা যোম্লকই'দনা সহোক্তি লৈবি। হাযবিবশিং অসিনা ফোঙদোক্লিবা ব্রাফম (হায়বদি বীব বসকী মতাং) অসি ফোঙদোকপদা উচন চপ চাবদৌনা থোকই। চমৎকাব হায়বদি কাব্যগী

ফজবা লৈ; রস ফংবদা চাউরবা মতেং ওইনৈ। অলংকার মফম চাবনি।

প্রবন্ধৌচিত্য—(প্রবন্ধ-ঔচিত্য) কাব্য মপূমগী ওইনা য়েংবদা (হায়বদি লাইরিক অদুদা শীংথারিবা থীরম) মপূম ওইনা উৎলিবা ফজবা মওংদুগা চান্নগদবা মরমদমক খল্লগা শীংথা-শৈথারবদি অপাবগী থম্মোয়দা চমৎকার পোকহনবা ঙম্মী। হায়বদি শীংথারিবা শরুক খরদুগা লাইরিক মপূম অদুনা উৎকদৌরিবা, উৎপা পান্মিবা নীংথিবা নৎত্রগা থক্তোরকপা অর্থ অদুগা চপ চাবীদা মবী লৈনহনবগী ৱানি। মওংবু কালিদাসকী য়ক্ষনা থৱায় পান্দবা লৈচীনদা হায়জখিবনি—"নঙদি পুষ্করাবর্তক হায়না কৌবা নোংগী জগত্তা ফাওরিবা শাগৈদা পোকপনি। নঙদি ভগবান ইন্দ্রগী অথোইবা মীওইনি অমদি ওইনীংবা শক্তম ওইবা ঙম্বনি (কামরূপম্)। ঐগী চান্নবী মরূপ মহাক্তো লাইবক্না অখিবনা লমদম তান্না লৈহৌবে। ঙসি নঙগী নফমদা হায়জবি হে অমংবা নোং। মতিক লৈবদা হায়জবসিনা য়াবিরক্তবা ফাওবদা অতোনবনা য়াবকপদগী যান্না হেন্না ফৈ।" (*মেঘদূত*, ৬)

কালিদাসকী ৱাখল মালঙনা (কল্পনা) থৱায় যাওদবা পোৎলম ওইরিবা অমংবা নোং (মেঘ)বু থৱায় পানবা, পাল্লগতসু তোক্ত্রি মতিক-মঙল লৈর প্রলযগী মতমদা খাক-লাউদুনা পূম্নমকপু নাকোং য়েশিনহনখিবা, অঙকপা ফংবা নোংজু হৈথদুনা মালেম অসিদা ঈচাও থোকহনখিবা পুষ্কবাবর্তক (ঈশিং ঈবৈ হাযবনি)কী শাগৈদা পোকপা ওইনীংবতা ওইবা ঙম্বা (কামরূপম্ = লৌনিংবা শক্তম লৌবা ঙম্বা) মীওই অমা ওইহল্লকই। লাই পূম্নমক্কী নিংথৌ ইন্দ্রগী শক্তি পাযবা মীওই অমসু ওইহল্লি। পূকচেল চাউবা মীগী অৱা-অনা খঙবা অচৌবা মীওই অমগী শক্তম শেমগৎলগা *মেঘদূত* মপূমদা উৎকদৌবিবা থক্তোবকপা অর্থ অদু ফোঙদোকপা য়ানবা নীংতম্মবা লম্বেল অমা য়াৎলকই। কাব্য মপূম অসিগী চিংননীংঙাই লৈত্রবা মঙাল অমা পবেংশিং অসিনা পীবি। অসিগুম্বা মওংগী মফম চাবা মওং অসিনি ক্ষেমেন্দ্রনা প্রবন্ধৌচিত্য হায়বিবা।

লিঙ্গৌচিত্য—(লিংগ-ঔচিত্য) লিঙ্গ হায়বদি নুপা-নুপী খঙনবা ৱাহৈগী ৱাফম্নি। তাইবংমীদা নুপা-নুপী ময়েক শেংই। মশক মওং খঙবা জীব খরসু লাবা অমোম খঙনৈ। অদুবু পল্লেপফম খঙনদবা জীব অমদি পোৎলম মশীং থীঙমদনা লৈরি। কবিনা শীংথাবদা প্রমাণ তৌবদা নৎত্রগা মওং য়েকপদা নুপাগুম নৎত্রগা নুপীগুম্না উবা য়েকপা শীংথাবা কাব্যগী মতাংদদি চৎনবি। থোৎপা নৌবা নীংথিবা লৈবু নুপী ওইনা শীজিন্নবা পক্লে। থোৎ-নৌবা লৈপাকলৈগা চনু অমগা চাংদম্নবা পক্লে—

নারক্তা শাৎপী থোঙনেম্বী, লম্বাংদা শাৎপী পাঙ্গনবী।

**কালেন-নুংশ্না খাঙজরবী, ইঙাগী নোং নংজরবী।**

**(কমল, 'লৈপাক্লে')**

উজাউগা নুপাগা চাংদম্নবা পক্লে। খোইমুবু পাখং ওইনা লৌনৈ। খোংনাংগুম্বা উজাউগা নুপীগা চাংদম্নবা ফজদে উরীগা পাখংগা চাংদম্নদে। চাংদম্নদুনা প্রমাণ তৌরক্লবদি পা-পীগী মতাংদা মফম চান্নদে হায়না লৌবা তাই। অসিগুম্বনি ক্ষেমেন্দ্রনা হায়রিবসি।

নামৌচিত্য—(নাম-ঔচিত্য) কৃষ্ণগী মমিং য়ামখ্রবা পোৎনি—শ্যাম, কাহ্নাই, গোপাল, গোপীনাথ, ব্রজনাথ, বাসুদেব, নন্দনন্দন অসিনচিংবা। কবি কালাচান্দ শাস্ত্রীনা মাগী *বাসুদেব মহাকাব্য*দা কৃষ্ণগী তোঙান তোঙানবা মিংবু তোঙান তোঙানবা মফম মতাংদা শীজিন্নে। গোকুলদা অঙাং ওইরিঙৈগী কুম্মে শান্নরিঙৈদা 'গোকুলগী থাজ' (গোকুলচন্দ্র), 'ঘনশ্যাম' (ফূইনা হৌরকপা শংবানবা মচুগী নোংগী মচু মানবা) অসিনচিংবা শীজিন্নে অদুগা মধুপুরদা কুব্জা চনু বৈষ্ণবীগী মতাংদদি 'মাধব' হায়বসি শীজিন্নরি—

**কৃষ্ণনা লুক হারিঙৈ, মথূৎতা হুমাই পায়দুনা!**
**মবুংঙো সেবা তৌজখি লাইবক ফবী কুব্জানা**
**ভক্তিতনি মাধবনা পান্না, মরল খঙদে জাৎসু খঙদে।**

**(কালাচান্দ, *বাসুদেব মহাকাব্য*, ১৩)**

পূন্নমক্তগী অথোইবা পূন্নমকপু চপ মান্ননা য়েংবিবা মপু ওইবা বিষ্ণুগী অবতার ওইবা কৃষ্ণগী মমিং অমনি—মাধব। হন্থনা লৈবী শকথীরম্বী নম্বোনবী কুব্জাগীসু মপুনি তাক্লি। অসুম্না মমিংগা চান্ননা শীংথাবসি নামৌচিত্যনি হায়রি। অসিগুম্বসি—শৈথাবসি কাব্যদা মরুওই হায়রি।

ক্ষেমেন্দ্রগী 'ঔচিত্য' অসি য়াম্না পাক চাউবা অমদি কূপ্পা মচলনি। পোৎলম অমখক্তগীদা নত্তে মফম চাবা মতাং চপ চানা, হেনবসু নত্তবা হ্রাৎপসু ওইদবা চপ চাবী মওংগী মফোঙদোক অমদা থম্না তাবগী হ্রাফমদা থাজবনি। অশেংবসু অশেংবনি। অসুম্না চপ চাবী মওং অসিনা কাব্যগী জীবিতনি হায়বদি হিংবগী মওংনি হায়না কন্না হায়বনি।

ক্ষেমেন্দ্রনা নিয়ম অমা ওইনা শেম্লম্বা 'ঔচিত্য' না কাব্যগী থব্রায়মক্লি হায়বসিদি অয়াম্বনা চপ চানা য়ানরবা হায়বদুদি ওইদে। অদুনা মাগী পথাপ অসি সিদ্ধান্ত ওইনা লৈরিবা ওইনা খরনা লৌনরি। অদুবু মানা পুথোক্লম্বা, লোয়ননা আনন্দবর্ধনসু চপ চানা শৌগৎলম্বা হ্রাকম হায়বদি মফম চাবী/চপ চাবী/মতা চাবী হায়বসি কাব্যদা

য়াম্নমক মরুওইবনি হায়বসিমদি য়ানরি।

তশেংনা হায়রবদা ভারতকী কাব্য নৈনরোলনা কাব্যগী জগৎ অসিদা তৌরিবা তোপতোপ তানা লৈরিবা খূদোলদি রস, ধ্বনি অমদি ঔচিত্য অহুম অসিনি। ঔচিত্য হায়রিবসিদি সিদ্ধান্ত পূম্নমক্তা মরুওইবা মচল অমা ওইনা য়াওরবনি। পূম্নমক্লসু য়ারিবনি। কাব্যগী আত্মাগী মতাংদদি মসিনা আত্মা ওইবদি য়ারোই; রসনা ওইবা তাবনি। হায়রিবা রস অসি ধ্বনিত নৎত্রগা ব্যঞ্জিত হায়বদি থক্তোরকপা ওইনা সহৃদয়গী থম্মোয়দা ফাওবনি। মসি ফাওহন্নবা হোৎনবদা কাব্যগী কায়াৎ পূম্নমক (ক্ষেমেন্দ্রনা ২৭ পীরিবা অদু নত্তবা অতৈসু) মফম চাহনবা তাবনি। মফম চাহল্লিবসি বস পোক্লনবনি। ঔচিত্য অসি চুম্নগী কাযাৎ অমা ওইনদা লৌবসু য়াদ্রি মরমদি কায়াৎ পূম্নমক্কী অচাবা হায়বা মওং অদু ওইরি। রস য়াওদ্রবদা মফম চারুবগী কান্নবা লৈবোই অদুগা ঔচিত্য অসিনা রসপুসু পোকহল্লিবনি। অদুনদি ঔচিত্য অসিদি পোৎলম খূদিংমক্তা মঙাল তাবা মদুনা মবম ওইদুনা পোৎলমশিং অদু তক তরু উবা মৈঙালগুম্বনি। কাব্যদা মসিগী তঙাযফদবদি লৈবমক তাই। বসনা আত্মানি হায়বসিদি ক্ষেমেন্দ্রসু অদুম্মক য়াজবনি—'ঔচিত্যং বসসিদ্ধস্য স্থিবং কাব্যস্য জীবিতম্।'

**ব্রারোইশিন ঃ**

ভবত মুনিদগী মফম অমা খঙনা চখিবিবা ভাবতকী কাব্য নৈনবগী ঈচেলনি। তবানিপানশুবা চহীচা ফাওবা কন্না, ফাঙমদবা খোঙযাঙ অমদা চখবকপনি। তৌবগীদি ওসি ফাওবা চথবি, চৎসু চথখিগনি। অদুবু মশক অমা চপ চানা লেপ্লদি তবানিপানশুবা চহীচা অসিদা মপূং ফারে হাযনা লৌনবে। *বসগঙ্গাধর* ইবা পণ্ডিতরাজ জগন্নাথ (১৭শুবা চহীচাগী ময়ায)না যুগ পুবা অরোইবা নৈন-মীওইনি হাযনা লৌনৈ। অদুবু মহাক অসিনা পূম্লোইমক লোইরবা নিয়ম অমা ওইনা মঙোন্দা ভাবতকী সাহিত্য নৈনবসি খংলেপ লেপখিবদি নত্তে। *বসগঙ্গাধর* গী টীকা *গুরুমর্ম প্রকাশিকা* কৌবা ইবা নাগেশ ভট্ট (১৮শুবগী অহৌবা) লৈরি। মহাক্না লাইরিক অতৈগী টীকা খরসু ইবম্মী। নৈন-মীওই আশাধব ভট্ট (১৭শুবগী অরোইবা তঙ্খায়), বিশেশ্বর পণ্ডিত (১৮শুবগী অহৌবা), নবসিংহ কবি (১৮শুবা) অসিনচিংবশিংগী লাইরিকশিং লৈরি। অদুবু হায়রিবা *রসগঙ্গাধর* গী মতুংদা লাকপা লাইরিকশিং অসিদা পূম্নৌ নৌবা ব্রাখল্লোন হৌদোকপা নৎত্রগা পুথোক্লরকপা য়াওদ্রে। হাম্নগী ব্রাখল পরীংশিং অদুগী ব্যাখ্যা ওইনা চখরে। তরামাপনশুবা চহীচাদসু

মওং অসিদা অদুম্মক চখে। কুনশুবা চহীচাদদি সংস্কৃত লোন্দা মকওইনা ইনবন্বদগী নৈনবগী লাইবিক অসি ভাবতকী লোল অতৈদসু চপ চানা ইনবক্লে। অদুবু অয়াম্বনা হান্নগীদু ব্যাখ্যা তৌবা ঙাক্তা ওইনা তৌই পূম্নৌ নৌবা ব্বাফম অমদি ব্বাপু য়াওদে। মবক অসিদা নোংচুপলোমগী সাহিত্য নৈনবোলগী ঈচেলসু ১৯শুবা চহীচা হৌবকপদগী চেনশিল্লকখ্রে। হৌজিক হৌজিকমক চত্থবিবা মওং অসিদি ইয়ান য়াম্নবদৌনা তৌবে।

মথক্কী সম্প্রদায তব্দক অসি অমমমনা মপূং চপ চপ চানা ফাববা হায়বদু ওইবা নত্তে। অমগা অমগা অপা-অপাননা য়েক্লবসু নত্তে। মখোয় অসি অব্বাৎ-অপা মেম্বোক-মেনশিনগী মওংদা লৈবা ঙাক্তনি। আত্মা কবিনা ওইগনি হায়বগী মতাংদা মানা মানা পাম্না খঞ্জবা মচল অমমম পুখৎনবকপগী ব্বাদনি। মসিদা পূংচুম চুম্মবা হাযবা অমদা কক পন্দুনা অমনা অমগী চপ চাবা মায়োক্তা লেপ্নবগী ব্বা লৈতে। ধ্বনি য়াদবা কাঙবুদা মচিং-মশোন খজিক্তুংদি উই। অদুবু মদুদসু বস, অলংকাব, বক্রোক্তি, বীতি-গুণ অমদি ঔচিত্যগী ব্বাফমদি অদুম্মক যাই। আত্মানি হায়না লৌদুনা কন্না পুখৎনবক্লিবা মচলশিং অসি কাব্যদা চঙদবা যাদবা পোৎলম ঙাক্তনি। হকচাং অমা শাগৎপদা কায়াৎ খূদিংমক্কী মফম চপ চানা চানা লৈ। অমা ব্বাৎপদা নাম্ম শোযবা হাযবদু ওই। সম্প্রদায় তব্দকমক্কী মফম লৈ।

লৈবিবা সম্প্রদায় তব্দক অসি শম্না, খবা হেন্না থব্বায যাওশিনবগী মীৎযেংগী যূম্ফমদা মায়কৈ অনীদা থম্বা য়াই–১। মপানগী ওইবা হায়বদি ফোঙদোকপগী মাযকৈদা ওনশিনবা অমদি ২। মনুংগী ওইবা হায়বদি হকথেংনবগী (অনুভূতি) মায়কৈদা ওনশিনবা। অহানবগী অসিদা অলংকাব, বীতি অমদি বক্রোক্তিগী সম্প্রদাযশিং থম্বা য়াই; অনীশুবগী অসিদনা বস, ধ্বনি অমদি ঔচিত্যগী সম্প্রদাযশিং। তব্দকমক অসি ভবততগী জগন্নাথ ফাওবগী, চাউবাক্লা চহী লীশীং অমগা চানিপাল্লোমগী সাহিত্য নৈনবগী ঈচেলদা মথং মথং চাউখৎলকপা খোঙথাংনি হায়ফম থোকই।

## মরিশুবা তাঙ্কক
# রস নৈনবা (পাকথোকপা মশক)

**বসকী পোৎচঙ ঃ**

লীলা যেংবদা নৎত্রগা কাব্য পাবদা ভাবোক নৎত্রগা অপাবগী নুংদা হকথেংনবিবা নুংঙাইবদু কাব্যগী বস কৌই। বস অসি কমদৌনা থোক্লিবনো হাযবদি অপাবগী নুংদা কমদৌনা পোক্লিবনো হাযবগী মতাংদা ভবত মুনি (১বা/২শুবা চহীচা)না *নাট্যশাস্ত্র* দা হাযবন্মী—'বিভাবানুভাবব্যভিচাবিসংযোগাদ্রসনিষ্পত্তিঃ' (*নাট্যশাস্ত্র*, ৬/৩১) হায়বদি, বিভাব, অনুভাব, ব্যভিচাবী ভাব অসি তিন্নবগা বস থোকই। অমুক মুনি অসিনা মখা তানা খঙহল্লকই—'বিভাবানুভাবব্যভিচাবিণঃ স্থাযিভাবানুপাশ্রিতা ভবন্তি।' (*নাট্যশাস্ত্র*, ৭/৭) অর্থনা, বিভাব, অনুভাব অমদি ব্যভিচাবী ভাবনা স্থাযিভাব অদুদা তাংজদুনা লৈ হাযবনি। অদুনদি ভবত মুনিনা খঙহল্লিবা ৱাফম অসিনা তাকপদি বস অসি থোকপগী মতাংদা পোৎচঙ মবিদি তঙাযমক ফদনা চঙলে—স্থাযিভাব, বিভাব, অনুভাব অমদি ব্যভিচাবী ভাব। মবি অসি কবি কবিনো যেংবা চুস্মী। মবি অসি সাহিত্যগী লমদা মযাম্না যানববা খঙনববা ৱাহৈ (term)শিংনি।

স্থাযিভাব ঃ বিশ্বনাথ কবিবাজনা মহাক্কী *সাহিত্য দর্পন* দা স্থাযিভাবপু অসুম্না মশক তাক্লি —

> **অবিরুদ্ধা বিরুদ্ধ বা যং তিরোধাতুমক্ষমাঃ**
>
> **আস্বাদাংকুরকন্দোঽসৌ ভাবঃ স্থায়ীতি সংজ্ঞিতঃ**
>
> **(বিশ্বনাথ কবিরাজ, *সাহিত্য দর্পন*)**

পূক্লিংগী ফীভমবু 'ভাব' হায়না খঙনৈ। ভাব অসি মশীং থীঙমদনা লৈ। উনবদা নুংঙাইবা, কাযনবদা ৱাবা, ফাগী তৌবকপদা নোক্লিংবা অসিনচিংবসি পূক্লিংদা লাকপা অমদি ওল্লকপা ফীভম্লি; য়াম্না লৈ। মীওইবদা ঈশ্বরনা পীনবিবকপা নৎত্রগা

মহৌশাগী ওইনা লোয়নবক্লবা বাসনাগী মশক ওইবা লেঙদবা, মী পূম্নমক্তা যাওবা পূক্লিংগী ফীভম খবা লৈ। মখোয় অসি মহৌশানা তূম্বগী ফীভমদা লৈ। মতা-মতাং চাবা নাক য়েৎ ফংবদা মৈশা ফংবদা উননা ঈশিং ওইবকপা অদুদগী অমুক মনিল ওইবকপদৌনা হৌগৎলকই অদুগা ফূক্কৎলকই। মওংবু নোকপা নৎত্রগা নোক্লিংবা হাযবসি মীওইবগী মশাদা অদুম যাওববনি। য়াওই হায়দনা মতম পূম্নমক্তা স্বব হোনবদৌনা অদুম নোক্কুনা লৈবা নত্তে। ফাগী-ফবাংনচিংবা তৌনবক্লবা মতাংদা খঙহৌদনা নোক্লকপনি। নোক্লুবগা অমুক হম্বুবক্কুনা হান্নগী ফীভমদা অদুম হঞ্জিন্দুনা লৈ। হাযবদি ফূক্কৎলম্বা পূক্লিংগী ফীভমদু অমুক হঞ্জিন্দুনা হান্নগীগুম তূম্বদৌনা অমুক লৈখি। মাঙখিবা নত্তে অমুক হঞ্জিন্দুনা লৈখিবনি। অসিগুম্না তূমদুনা লৈবা পূক্লিংগী ফীভম, হাযবদি ভাবপু স্থাযিভাব হাযনা খঙনৈ। হাযবিবা পূক্লিংগী ফীভম অসিদি মাঙখিবা তাখিবা হাযবা লৈতনা লেঙদনা লৈ হাযদুনা স্থায়িভাব, লেঙদবা পূক্লিংগী ফীভম, হাযনা মিংথোনবনি। স্থাযিভাব অসি নত্তবা ভাব হাযবদি পূক্লিংগী ফীভম কযামুকসু লৈবি। মখোযগীসু তোঙান তোঙানবা লীচৎ লৈজবি। মখোযগা খেন্নবা থম্নবগী ওইনা লেঙদবা—স্থাযি অসি হাপ্লগা থোনবনি। মীওইবদা অসিগুম্বা স্থায়িভাব অসি ভবত মুনিগী মতুংইন্না নিপানখক লৈ—বতি, হাস, শোক, উৎসাহ, ক্রোধ, ভয, জুগুপ্সা অমদি বিস্ময। তুংদা লাকপা মায়চৌশিংনা অহুম অমগা হায়বদি নির্বেদ, সন্তান-বিষযক বতি অমাদ ঈশ্বব বিষযক বতি হাপচিল্লকই। হৌজিক মযামগী ওইনা যানবা স্থাযিভাব তবামাথোই লৈবে।

স্থাযিভাবতা চঙদবা যাদবা মগুণ নৎত্রগা মচল মবিখক লৈগনি। হাযবিবা মবি অসি লৈবনা অতে ভাবশিংগা স্থাযিভাবকা খেন্নবিবনি—১। ভাব অতৈশিং পূম্নমক স্থাযিভাবতা তুবেলনা ঈপাক্তা তিল্লবদৌনা তিল্লবা যাই। হাযবদি, মওংবু, তথক তথকপা ফীভম (ভাব) অসি ঙাইহাক্তং লৈবম্মগা নুংশিবা (বতি)দা অদুম লূপশিনখিবা যাই। তু চুংবা হায়বা ভাব অসি অকিবদা অদুম লূপশিনখিবা যাই। ২। স্থাযিভাব অসিদি মশাগী ওইবা ঙমখৈ অদুদগী লাস্থোক্কুনা অতৈ অতোপ্পা স্থায়িভাব অমদা লানশিল্লুদ্রে; মাগী মাগী মফম অদুদা অদুম্মক লৈ। অকিবা (ভয়) অসি অকিবা হাযবসিদগী লাস্থোক্কুনা নুংশিবা নৎত্রগা নোক্লিংবদা চঙলুবা য়াদে। মশাগী মশক অদু অদুম্মক পুদুনা লৈজবনি। চুম্মী, নকশিন্নবদা পক্লবা নৎত্রগা চুশিন্নদবগী মতাংদি লৈ। অদুবু নকশিন্নবা-নকশিন্নদবগী ব্রাদনি পূনশিনবগী মওংদি নত্তে। নোক্লিংবগা নুংশিবগা নকশিন্ননা থম্বদা পক্লে অমনা অমবু যৌগৎনবা ফাওবা ঙম্মী। অদুবু মখোয়

অনী অসি অমত্তা ওইবদি নত্তে, নোকপনা নোকপনি নুংশিবনা নুংশিবনি। ৩। স্থায়িভাব অসি নুংঙাইবগী (কাব্য পাবদা) হায়বদি রস পোকপগী মরু লেম্ফুনি। হায়বদি মসি লৈবদগী রস পোকপনি নৎত্রগদি মসি লৈতবা শা-ষণদা রস পোক্রোই। ষণনা নোকপা ঙমদে। স্থায়িভাব অসিবু বিভাব-অনুভাব-সঞ্চারীভাবনা হৌদোকপা হায়বদি থৌ-থৌদুনা লেঙহনবা য়াই। মসিদগী রসকী ফীভম তান্না ঈনখৎলক্নুনা খ্বাইদগী ৱাংবা রস অসি ফংনরিবনি। ৪। স্থায়িভাব অসিদি মীওইবা খুদিংমক্তা য়াওই। মসিবু সাহিত্য নৈনবা মায়চৌশিংনা বাসনা নৎত্রগা সংস্কারনি হায়বদি হৌখিবা মপোক্কী ৱাফমশিংগী ফল ফাওবা য়াওরবা আত্মাগী গুণ অমনি হায়না থাজনৈ। কদায়দগী কমদৌনা ফংলক্লিবা হায়না হংলুবা থিরুবা য়াররোই। মহৌশাগী ওইবা, লাইনা পীনবিরক্লবা মচলনি হায়না লৌবা তাই।

বিভাব ঃ বিশ্বনাথ কবিরাজনা বিভাবপু অসুম্না মশক তাকই—'বিভাব্যন্তে আস্বাদাংকুবপ্রাদুর্ভাবয়োগ্যাঃ ক্রিয়ন্তে সামাজিক- রত্যাদি ভাবাঃ এভিঃ ইতি বিভাবা উচ্যন্তে।' (বিশ্বনাথ কবিবাজ, *সাহিত্যদর্পণ*) বিভাব হায়বসি য়াম্না শমজিনবা মওংদা হায়বা তাববদা মরম হায়বনি। য়েংবা হৈবা লৌশিনবা হৈবা ভাবোক্কী থম্মোয দনুংদ তৃম্বগুম লৈরিবা স্থায়িভাবপু হৌদোক্লিবা হায়বদি হৌগৎহল্লিবা ভাব (হায়বদি পূক্লিংগী ফীভম) অদুবু বিভাব হায়না খঙনৈ। কাইদাবু, লীলা অমদা শাদুনা থোক্লক্লিবা খম্বা অমদি থোইবী, লোয়ননা ফম্বাক অদুদা মখোযগী অকোযবদা উৎলিবা চীং, পাৎ, তুরেল, হৈকোল-লৈকোলনচিংবা পূম্নমক অসিনা মরম ওইদুনা ভাবোক্লা নুংঙাইবনি; ভাবোক্কী থম্মোয়দা লৈরিবা স্থায়িভাব অদু হৌগৎহনবনি। অসিগুম্বা পাত্রশিং অমদি নাক-যেৎ অসিবু মরম ওইবনি হায়দনা বিভাব কৌনৈ। মায়চৌ বিশ্বনাথনা 'হকথেংনরিবা মপোক (লোক নৎত্রগা সংসার) অসিদা নুংশিবা, নোক্লিংবা, ৱাবনচিংবা স্থায়িভাবশিংবু হৌগৎহল্লিবা অদু কাব্য নৎত্রগা নাটকতা শীংথারকই; মদুবু বিভাব কৌই' হায়না হায়রি। শীংথারিবা অমদি উৎলিবসি মীওইবগা নাক-য়েৎকী অকোয়বগী পোৎলমগনি।

বিভাব অসি মখল অনী শুই—ক। আলম্বন বিভাব অমদি খ। উদ্দীপন বিভাব।

ক। আলম্বন বিভাব—স্থায়িভাবপু হৌগৎহনগদৌরিবা মীওই শীংথাই নৎত্রগা উৎলি। মীওই নৎত্রগা মীওইশিং অদু উরগনি ভাবোক্কী থম্মোয়দা রস পোক্কদৌরিবসি। রস পোকপগী মরুওইবা মরম ওইরিবা মীওই (মীমক নৎত্রগসু মী ওইনা উহল্লবা জীব নৎত্রগা পোৎলমসু য়াই) অদু আলম্বন বিভাব কৌই। খম্ব-থোইবী

অসিনা মপূং ওইবা মবম ওইদুনা স্থাযিভাব হৌদোক্লিবনি। স্থায়িভাবপু রসকী ফীভম তান্না ফূক্কৎপগী মপূং ওইবা মবম হায়বদি পাত্র অসি আলম্বন বিভাব হায়বদুনি। অমুক্কা কূপথবা পাম্বা নৈন-মীওইশিংনা মপূং ওইবা মবম আলম্বন অসিবু অমুক অনী থোক্লা খাযদোকপা পাম্লবি—(অ) বিষয রূপ আলম্বন অমদি (আ) আশ্রয় রূপ আলম্বন। অনী অসিবু শম্না, বিষয় আলম্বন বিভাব অমদি আশ্রয় আলম্বন বিভাব হায়না খঙনৈ। মওংবু, লীলাদা খম্ব-থোইবীগী নুংশিনবা উৎলে। মখোয় অনীবু উবগনি ভাবোক্তা শৃঙ্গাব বস পোক্লিবসি। মতাংসিদা ভাবোক্লা য়েংবদুদা লীলাগী খম্বা অদুদা থোইবীবু নুংশিবে হাযনা লৌবকপা মতাংদুদা খম্বা অসি বিষয় হাযনা কৌবে অদুগা নুংশিবিবা মীওই থোইবীবুনা আশ্রয় হাযনা কৌবে। অমুক্কা খম্বগদবা অমনা অমুক, থোইবীবোমদগী যেংলগা নুংশিবিবসি থোইবীনা খম্ববুনি হাযনা লৌবকপা তাবগনা থোইবীনা বিষয ওইবনি অদুগা খম্বনা আশ্রয়। অদুনা, হায়বদি পূক্লিংগী ফীভম ভাব ওল্লিবা পাত্র অদু বিষয কৌবনি অদুগা ভাব ওন্নবগী মবম নৎত্রগা মচাক ওইবিবা পাত্র অদুনা আশ্রয় কৌবনি। বস চূপ্পগী মতাংদা খম্বসু থোইবীসু অমনা অমগী বিষযসু ওইবা যাই আশ্রযসু ওইবা যাই। বস চূপ্লিবা ভাবোক্কী মীৎযেংগী মখা পোল্লনি। অদুগা তৌবদি বিষয নৎত্রগা আশ্রয ওইবিবা খম্বগা, আশ্রয় নৎত্রগা বিষয ওইহনবা যাবা থোইবীগা অনী অসিনা পূল্লগনি ভাবোক্কীদমক আলম্বন ওইবিবদি। আলম্বন ওইবিবা অনী অসিদা কনাগী থম্মোযদা কনাগীদমক্তা কবম্বা পূক্লিংগী ফীভম হায়বদি ভাব লৈবিবগে হাযনা যেংবা মীৎয়েং অদুদা যূম্ফম ওইবগা বিষয অমদি আশ্রয় হাযদনা থোনবতনি। স্থাযিভাবপু মপূং ওইনা ওলহল্লিবা মীওই নৎত্রগা পোৎলম অদু বিভাবনি হাযনা খঙনবনি। মসি বিশ্বনাথ কবিবাজগী মযাম্না যানববা মোৎনি।

খ। উদ্দীপন বিভাব—স্থাযিভাবপু হৌগৎহনবদা তেংবাংলিবা মবম অদু উদ্দীপন বিভাব কৌই। *মাধবী* দা ধীবেন্দ্র সিংহগী অঙকপা মতাংদা মাধবীগা ধীবেনগা পাৎ অমদা হি তোংমিন্নদুনা উনবা তাঞ্জা অমা শীংথাবকই। অযূক্কী মতম্লি। "নোংপোকথংবা চীংয়াদা নুমিৎনা তবং-তবং হুন্দোবক্লে। মতম অসিদা হৈবোক চীংগী নোংপোকথংবা চীংযাদা লৈবিবা পাৎকী ফজবসু ঙমখৈ লৈত্রে। নুমীৎকী মঙাল ফংলদুনা থম্বাল কযা কযানা মকা ফন্না শাৎকায়বক্লে।" অসিনচিংবা। নাযক নায়িকা অনীগী উনদুনা ব্বাবী শাবগী শৃঙ্গাব বসকী মতাং অসিদা চানবা পক্লবা লোয়ননা শৃঙ্গাবগী পূক্লিংগী ইহুল অসিবু তেংবাংদুনা হেনগৎহন্নবা মহৌশাগী দৃশ্য অমা লাম্থোক্লি। মসিনি উদ্দীপন বিভাব। উদ্দীপন হায়বদি হেনগৎহনবা হায়বনি। অচাকপা

মৈদা থাউ হৈজিন্দুনা মৈগী চাং হেনগৎহনবগুম্বনি। মায়টৌ বিশ্বনাথ কবিরাজনা রসপু হেনগৎহল্লিবা হায়বদি রতিনচিংবা স্থায়িভাবশিংবু থৌগৎতুনা নুংঙাইবা হৃকথেংনবা য়াহল্লিবা মচাকশিংবু উদ্দীপন বিভাবনি হায়না পল্লম্মী। পূম্নমক্কা য়ারবা ৱাফম্নি।

উদ্দীপন বিভাব অসি অমুক্কা কৃপথনা, অনী থোক্কা খায়দোকপসু লৈরি—(ক) আলম্বনগী ওইবা (আলম্বনগত) অমদি (খ) অকোয়বা নাক য়েৎকী ওইবা (বাতাবরণগত)। আলম্বন হায়বদি নায়ক-নায়িকাগী ৱাঙাঙ-শাঙাঙ, মীৎয়েং-নায়েংনচিংবসি আলম্বনগতনি অদুগা মপানগী থন্বাল-থরো, খোইমু, অয়ূক্লচিংবসিনা বাতাবরণগতনি।

বিভাবকী মওং অসি নীংশিংবা নুংঙাইনবা অসুম্না য়েকথোক্তুনা থম্বা য়াই—




অনুভাব ঃ জগন্নাথনা অনুভাবপু অসুম্না মশক তাকই—'অনুপশ্চাদ্‌ভাবঃ উৎপত্তির্যেষাম্‌। অনুভাবয়ন্তি ইতি বা ব্যুৎপত্তে।' (জগন্নাথ, *রসগঙ্গাধর*) অনুভাব হায়বদি ভাবকী তুংইন্দুনা লাকপা হায়বনি—রতি, হাস, শোকনচিংবা স্থায়িভাবশিংবু ফোঙদোক্লবা আশ্রয়না তৌবিবা থৌওং-থৌদৌশিং অদুবুনি অনুভাব হায়রিবসি। মসি শম্না হায়রবদা স্থায়িভাব অদু ফোঙদোক্লবা তৌবিবা অভিনয় (acting) অদুনি। নুংশিরে, কিরে, শাউরে হায়বনচিংবসি আলম্বন ওইরিবা পাত্রশিং অদুগী অভিনয়না হায়বদি ৱাঙাঙ-শাঙাঙ, মীৎয়েং-নায়েং, মখূৎ-মশা হাইব-খোৎপনচিংবদগী খঙলিবনি। শমজিন্না হায়রবদা স্থায়িভাবপু মপাম্থোংদা ফোঙদোক্লবা উপায়দুবু হায়বনি। মমায়-মমীৎ ঙাংনা ঙাঙবা অকনবা ৱাঙাঙ, নাকন্দা য়াল্লিবা থাঙ শৎলকপা উৎপদা শাউরে হায়বা খঙনবি; মমীৎ-মনা তথক-তথক্লা মতু ইপোন পোম্না মশা নীক্লা লৈবদা কিরে খঙনরি। মসিগুম্বসি অনুভাবনি। *সাহিত্যদর্পণ* ইবা বিশ্বনাথ কবিরাজনা হায়রম্বা লৈ—'আলম্বন, উদ্দীপননচিংবা পোক্লক্লিবা ভাবশিংবু মপান থোক্লা ফোঙদোক্লরিবা লোক অসিদা

থৌওংগী মশক ওইনা লেঙ-ওৎপগী থবক (চেষ্টা) তৌনবিবদু কাব্য-নাটকনচিংবদা উৎলকপা মতাংদা মদুবু অনুভাব হায়না কৌনবকই।' নুংগী পূক্নিংগী ফীভম ফোঙদোক্লিবা থৌওংদু অনুভাবনি হায়বনি।

অনুভাবকী মখল মবি লৈ—(ক) আংগিক (হকচাং কাযাৎকী), (খ) বাচিক (ৱাঙাঙ-শাঙাঙগী), (গ) আহার্য (ফিজেৎ-চাকচা) অমদি (ঘ) সাত্বিক (হোৎনকদবা, মথন্নতা ওইজবকপা মওং)। লীলাদা নৎত্রগা কাব্যদা পাত্রনা চৎলিবা, মখোঙ থীল্লিবা, পীশুম শূক্লিবা, মখূৎ হাইবিবা অসিনচিংবসি হকচাং কাযাৎকী ওইবা থৌওংনি; আংগিক হায়বদুনি। পাত্রশিংনা ঙাঙন-শান্নবিবা ৱাহৈ, ৱাঙাঙগী ওইবা থৌওং অসিনা বাচিকনি। পাত্রশিংনা শেৎলিবা-চাবিবা নিংথৌগী ফিজোল, সিফাইগী পোশাক, চাক্লিবগী শেগাযবা ফূবিৎ অসিনচিংবসিনা আহার্য অনুভাবনি। অকোনবগী সাত্বিককী অসিনা পাত্রশিংগী মশাদা ইহোৎ হোৎনকবা লৈতনা হাযবদি মশানা তৌবগে হাযবা অমগা লোযননা তৌকবা নত্তবা মথন্নতা ওইজবকপা ওল্লকপা ফীভম খবা লৈবিবা থৌওং অদুবুনি। মওংবু খোঙদগী তোন ফাওবা তু খ্যাও চুংবা, মশাদা মৈশা লৈবকপনা হুমাং তাবকপা, কুচু কুমেন ওল্লকপা অসি মথন্নতা ওইজবকপা মনুং অমদি মপানগী ফীভম্নি। অসিগুম্বসি সাত্বিক (মসিগী হৌবকফম ওইবদি সত্ব গুণগী ওইবা আত্মাগা ঈবোযননা লৈবা গুণ অদুনি) অনুভাব কৌই। মসিগী মওং নিপান লৈ—১। স্তম্ভ (তিংদম তাবা), ২। স্বেদ (হুমাং), ৩। বোমান্চ (তুজুংবা), ৪। স্বব ভঙ্গ (নুংশাস্বব হোনবদা অকায়বা অওনবা লাকপা), ৫। কম্প (তনীক-তনীকপা), ৬। বৈবর্ণ্য (কুচু ওনবা নৎত্রগা লাংশিনবা), ৭। অশ্রু (পিবাং ঈহৌবকপা) অমদি ৮। প্রলয (পোৎলম অমদা চপ যুংনা ৱাখল লূপ্তুনা লৈখিবনা নাক-যেৎ নীংশিংদবা) অসিনি। সাত্বিক ভাব অসি ইংলিশতা involuntary state of mind হাযনা হন্নৈ।

সাত্বিক অনুভাবকী মতাংসিদা খন্থগদবা ৱাফম খবা লৈ। থৌওংশিং অসিগী মনুংদা খবদি লীলাদা অপাননা উৎপা, ওইথোক্তবমক্তি নত্তে হায়ববু য়াম্নমক লুবা যাওবি। খূদম ওইনা, বৈবর্ণ্য—কুচু লাংশিনবা অসিমক মথন্নতা খঙহৌদনা ওইবক্কদবা পোৎনিনা লীলাগী পাত্রনা মশানা অপাননা উৎপা পাক্লা ঙম্মোই। কাব্যদদি কবি মশানা শীংথাবগী মফম চাউনা লৈবনিনা লায়না থোকই। লীলাদদি অতৈ অতোপ্পা পাম্বৈ খবা অমগা শীজিন্নবা তাবকই। পাত্র মশানা ঙাঙদুনা ফোঙদোকপা অমা ঔচিত্যগী মীৎযেংদা (মতা, মফম চাবগী ৱাখলদা) কয়া তৌনদে। অতোপ্পা পাত্রশিংগী

ৱারী-ৱাতাইগী মতেং লৌবা তারকই। অসুম্না তু চুংবা, হকচাং শাগৎতুনা নুংদা শাগৎলকপা লোয়ননা হুমাং তারকপা ইরায় লায়না উৎপা ওম্নদে। সুকয়ামক য়াদবদি নত্তে। উৎপু উংকে হায়না হৈ-শিংনা লাক্লরবদি কালিদাসনা শকুন্তলাগী চীনবান নৎত্রগা মায়থোঙ অসি অশেংবা লৈরাংদগী হেন্না ফজে হেন্না খোয়থুম্নে হায়বসি মীনম্বা য়াদবা মহৌশাগী জীব অমা ওইরিবা খোইমু পুশিল্লক্লুনা উৎলিবনি। মতাং অসিৱাইগুম্বদনি 'মহাকবি' হায়না পূকচেল শেংনা কৌনরক্লিবা। নুংগী ওইবা ইহুল ওইবনিনা ফোঙদোকপদা হৈ-শিংবা তাবগী ৱাফম লৈ।

ৱাফম অমনা, হায়বিবা সাত্বিক ভাব অসিদি ভাবোক্সা মরী লৈনরকই। তু খ্যাও চুংবা, তনীক-তনীকপা অসিনচিংবসি কাব্যগী রস চূপ্লিবা ভাবোক্কী মশাদা ফাওরকপা যাই। তৌবসু ইরিবা উৎলিবা ময়ামসি ভাবোক্সা বস চূপ্লনবনি। অদুমকপু মসিদি ভাবোক্কী ওইখ্রে লীলা নৎত্রগা কাব্যগী পাত্রশিংগী নৎত্রে।

সঞ্চাবী ভাব নৎত্রগা ব্যভিচাবি ভাব ঃ ধনঞ্জযনা ভাব মখল অসিবু তাক্লদুনা অসুম্না হাযরি —

> **বিশেষাদাভিমুখ্যেন চরন্তো ব্যভিচারিণঃ**
>
> **স্থায়িন্যুন্মগ্ননির্মগ্নাঃ কল্লোলা ইব বারিধৌ**

**(ধনঞ্জয়, *দশরূপক*)**

সঞ্চাবী হায়বদি লোয়ননা চৎমিন্নবা হাযবনি। মীওইবগী নুংদা লেঙদনা লৈবা ভাব অদুবু স্থায়ি ভাব কৌবে। অদুবু ভাব, হাযবদি পূক্লিংগী ফীভম, খবদি হাযরিবা স্থায়ি ভাবশিং অসিবু হৌগৎহনবগী মতাংদা ঈনখৎলম্মগা, তেংবাংলম্মগা ঙাইহাক্কী মনুংদা অমুক মাঙখিবা যাওবি অসিগুম্বা ভাব অসিবু সঞ্চারী ভাব হায়না কৌই। লেঙদনা লৈবা ঈপাক্কী ঈশিংনা লেঙলকপদা ঈথক্লুম্না ইপোমগুম্না মতম খরদং লৈবম্মগা অমুক ঈশিং ঈমায়দা তিনখিবগুম্বনি। খূদম ইনা চাউবনা হোঙববু শাউরে। চৈরে ঙাঙলে লাউরে। ক্রোধ হায়বা স্থায়ি ভাব অদু হৌগৎলবনি। মরক অসিদা শাউরিবা চাউনা মতম খবগী মমাঙদা হোঙবনা মঙোন্দা তথি-তথি হায়খিবা অমা নীংশিংলক্লে। মদু নীংশিংলুবদগী অমুক্সু হেন্না শাউরক্লে। ক্রোধ স্থায়ি ভাবপু হেনগৎহল্লে। হেনগৎহল্লিবসি 'নীংশিংবা' হায়বা অসিননি। অশাউবা হায়বদুদি অদুম লৈরি অদুগা 'নীংশিংবা' হায়বদুদি শাউবিঙে মরক অদুদা ঙাইহাক্তং লৈরম্মগা মাঙখ্রে হায়বদি অশাউবা হায়বদুদা পূনশিনখ্রে লূপশিনখ্রে। 'নীংশিংবা' অসি সঞ্চারী ভাব কৌরনি। মতম ঙাইহাক্কীদমক লৈরম্বনি। কুইথনা 'ক্রোধ' দৌনা

লৈবা নত্তে ঙাইহাক্তং চৎমিন্নরম্বতনি। চৎমিন্নে হায়না সঞ্চারী (চৎমিন্নবা) হায়বনি। সঞ্চারী ভাব অসি ব্যভিচারী ভাব হায়নসু কৌই। ব্যভিচারী হায়বদি অমত্তগা লোয়নদুনা লৈতবা অমগসু অমগসু লোয়নবা লমচৎ নাইদবগী মওংদা লৈবা হায়বনি। মথক্কী 'নীংশিংবা' হায়বা অসি ক্রোধ হায়বা অসিদতা লৈবা নত্তে নুংশিবা—রতিদসু, নোকপা—হাস্যদসু অমদি আতৈদসু অদুম্মক চৎমিন্নে। অসুম্না সঞ্চারী অমদি স্থায়ি ভাবশিংগা মতাং মতাংগী মতুংইন্না অদুম চৎমিন্নে।

সঞ্চারী ভাব নৎত্রগা ব্যভিচারী ভাব অসি মশীং কুন্থ্রাহুমদোই শুই—মখোয়দি—নির্বেদ, আবেগ, দৈন্য, শ্রম, মদ, জড়তা, উগ্রতা, মোহ, শঙ্কা, চিন্তা, গ্লানি, বিষাদ, ব্যাধি, আলস্য, অমর্ষ, হর্ষ, গর্ব, অসূয়া, ধৃতি, মতি, চাপল্য, ব্রীড়া, অবহিৎথা, নিদ্রা, স্বপ্ন, বিবোধ, উন্মাদ, অপস্মার, স্মৃতি, ঔৎসুক্য, ত্রাস, বিতর্ক অমদি মরণ অসিনি। মখোয়গী মওং মতৌ মখাদা পীরি—

১। নির্বেদ—ইহে হৈনীংদবগী মওংনি। পামজবা পোৎ অমা থাদোকপা নুংশিজবা মীওই অমগা কায়নবদগী নুংঙাইতবা, পূক্নিংদা হঞ্জানবা ফীভম ফাওরকপদুনি। মনাক্তা লৈবা মীওই অমদি অকোয়বগী পোৎলমশিংদা পূক্নিং চঙনীংদবা য়েংনীং-উনীংদবা মওং অদুনি। মশাবু তোম্থনা উরক-লৌবকপা, ফৃম্বংনবা, চিন্তা তৌদুনা লৈবা, পিরাং শীম্থবা, নুংশাম্বর ফূইনা হোনবা অসিনচিংবসি তৌদুনা ফোঙদোকই।

অহানবা উবমক্তদা নুংশিখ্রবা খম্বনা নুমিৎ নীনী-হুম্নিদং ময়ূম য়ৌকবগা অমুক তন্না লাক্নে হায়রম্মগা লাক্ত্রবদা থোইবীদা কায়নবগী অৱাবা ফংলকই। বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গাব বসকী মতাংনি। মতাংসিদা রতি অসিসু ফূক্কৎপদা মৈচাক হেনগৎলকপা ফীভম অমা অঙাংহল্লনা শীংথারি—

অৱাৎপা অমত্তা লৈত্রবী মজাইবেম্মা থোইবীদো—

**পোকপদগী হ্রাৎলক্নে মাবু উরুবদগী**
**থুংবিরেদো ঐঙোন্দা অৱাৎপগী শক্লক্নো**
**কমদৌসিগে হায়য়ুবা নঙনা করি তৌবিনি!**
**হায়না থাদোইনা মীৎলূ অনী পীনা থন**
**তোল্ল-তারা জীবগুম হায়জারকই সেনুদা।**

***(খম্ব-থোইবী শৈরেং, শন শেনবা)***

মসিদা উৎলিবা পূক্নিংগী ফীভম অসি নির্বেদনি।

মতাংসিদা খঙহৌগদবা ৱাফম অমনা, শান্ত হায়বা বসকী স্থায়ি ভাবসু নির্বেদ হায়না কৌই। (বস নৈনবগী তাক্কক্তা য়েংসি) অনী অসিদা মমিং অমদি মওং-মতৌ খবগী মখে মান্নববসু য়াম্না চাউনা খেন্নবা লৈ। স্থাযি ভাবকী নির্বেদ অদুদি কবিগুম্বা অৱাংবা ৱাখল অমদগী পূম্নমক অসি কবিসু লৈত্রবা অবেম্বনি হায়না লৌদুনা সংসাব অসিগী পোৎলূম পূম্নমকসি থাদোবকপগী ৱাখলদা যূম্ফম ওইবা লেঙদবা ভাব অদুবুনি। মদু ফূক্কৎলগা শান্ত বস ওইবকপনি। ব্যভিচাবীগী নির্বেদ অসিনা মতম কুইনা লৈতবা ঙাইহাক্তগী ওইনা ফাওবকপা, অতোপ্পা ভাবশিংদা তেংবাংলম্বা থংনবা মীৎকূপ্তা মাঙখিবা হাযবদি মানা তেংবাংলিবা ভাব অদুদা অদুম লূপশিনখিবা ভাবনি। থোইবীদা ফাওবক্লিবা হঞ্জানবগী ফীভম অসি লম্বোইবগুম্বদা ফাওবকপা 'সংসাবগী পোৎলম পূম্নমকসি চুমদবনি' হাযবগী মওংদু নত্তে। কায়নবগী অৱা-মৈচাক অদু খবা হেনগৎহল্লম্মগা অদুম বতিদা লূপশিনখ্রবনি। স্থাযিনা লেঙদবনি। কলিংগগী লানফম উকবগা অশোকতা হৌগৎলকখিবা নির্বেদ অদু স্থাযিভাবনি।

২। আবেগ—থক্কৎপা হাযবনি। খংনুং নুংঙাইবা নৎত্রগা খাঙবা ৱাব' অসিনচিংবগী মতাংদা পূক্লিংদা খংলাক লাকপা থক্কৎপা ফীভম অদুনি। নিংদোন চোংবা, হকচাং তনীক-তনীকপা তৌই। খাঙবা ৱাবগী মতাংদা হকচাং ইহীক হীকথৈ। খংলাউ লাউবগুম্বা, চৈবকপগুম্বা মফম মবাং খঙদনা কবি কবিনো খবা হেক হাযদোকখিবগুম্বা তৌই। কাব্যশিংদা তোযনা থেংনবা ইহুল অমনি।

৩। দৈন্য—তোম্থবা পীকপগী মওং হায়বনি। ৱাবদগী, নংবদগী খুদোংথীবা অমদি ইকাযবা চোপ্পা নংবনচিংবদগী মশাবু তোম্থনা নেমথনা অমদি পীকথনা ঙাইহাক লৌবকপদুনি। শূকথবনি।

৪। শ্রম—হোৎনবা নোম্বগী অৱাবা হাযবনি। অপাম্বা অনীংবা অমগী হোৎনবদা হায়বদি চৎপা চোংবনচিংবদা ৱাবকপা চোকথবকপগী মওংদুবুনি। নুংশাম্বব ফূইনা হোল্লকপা হাকাম চল্লকপনচিংবা অসি শ্রমগী খূদম্নি।

৫। মদ—ময়াই কাবগী ফীভম্নি। ভাব তাদবা অমদি নুংঙাইবা অসিগী অপূনবা ফলনি। ময়াইকাবা পোৎ চাক-থক্লুবদা পূক্লিংদা লাকপা ৱাখলগী ফীভম অদুনি। শাজৎ অমদি ৱাঙাঙদা হান্নগীগা মান্নদবা মওং লৈ। অঙাওবগী মওংদি নত্তে। মবমদি তুং কুইথবা নৎত্রি।

৬। জডতা—থৱায় পান্দবা নৎত্রগা যাওদবগী মতৌবু হায়বনি। য়াম্না হৈনজবা পামজবা নৎত্রগা হৈনদবা কবিগুম্বা অমা উবা নৎত্রগা মদুগী মবমদা তাবদা ঙাইহাক্তং

কবি তৌসিগে খণ্ডববা চপ যুংদুনা হাই-হুম্মুবা তৌদনা উংদুনা লৈবগী মওংদুনি। খনফম তৌফম খণ্ডবা মতাংনি। তবণ্ড অমদা শংত্রিক য়েংদুনা লৈবা, চপ য়ুংদুনা লৈবা, তূমিন্না ব্রা ঙাঙদনা লৈবা অসি তৌই। ঙাইহাক্তুং অদুদি থব্রায় পান্দ্রবা পোৎলম অমদৌনা লৈবনি। রামচন্দ্রনা মপা নিংথৌ দশরথ লৈতবগী পাউ তাবদা মক লূকথদুনা ঙাইহাক লৈবদু জডতানি।

৭। উগ্রতা—কষ্ঠী নৎত্রগা অকন-অবীং হায়বনি। মীনা লানশিল্লকপা, চোপহল্লকপা নৎত্রগা তীং শোকহল্লকপা মতাংদা মচিং অমগা লোয়ননা কষ্ঠী থোকপা নৎত্রগা হৌবকপা ফীভম অদুনি। শংবা, লাউবা, মশা নীকপা হুমাং কাবা পোৎ-চৈ মফম মবাং খণ্ডদনা লংবা অসিনচিংবসি তৌই। তোযনা উবা ইহুলগী থৌওংনি। মচিং নাইবা লীচৎকী মনুং চনবনি।

৮। মোহ্—অচুম-অবান খণ্ডলক্তবা। কিবদগী, ব্রাবদগী, কাযনবা মিপাইবা কা হেন্না ব্রাখল খনবদগী কবিনা কবিনো হাযবা খণ্ডলক্তবগী পূক্লিংগী ফীভম অদুবু হাযবনি। পোৎ নৎত্রগা হীবমগী অচুম্বা অশেংবা মশক খণ্ডলক্তবগী মওংনি। মাযকৈ মম্বা পোৎ, মী মশক খণ্ডলক্তবা, লৈমায়দা হাইথবকপা, মাথা ঙাওবা ব্রাম্বা অসি মোহ সঞ্চারি ভাব লাকপদা তৌই।

৯। শঙ্কা—চিংন পবৈ হাযবনি। তুংদা লাকপা নৎত্রগা ওইবকপা য়াবা পামদবা নুংঙাইতবা থৌদোক-ব্রাথোক্লচিংবগী মতাং খল্লকপদু চিংনবনি। তর্মথিবা মী অমদা খজিক লঙননা থোকলুববদা মানা তৌবকপা যাবা তমথিবা থবক কযাগী ব্রাফম খল্লকপগুম্বসি শঙ্কানি। *শিঙঙেল ইন্দু* দা লালানা ইন্দুবু গোপালসনানা (নোংবান শাবা) চিংগদবদগী কন্ননবা হোৎনবদা অহীং লেনখিদুনা মযাম মমাঙদা মানা চেনবা তাবগী মওং লাক্লবদা ইন্দুনা ওইবকপা যাবা কযাগী মতাংদা চিংনবকপসি শঙ্কা ব্যভিচাবি ভাবনি। চীনবান কংবা, স্বব কাযবা, তথক-তথকপা, কুচু কুমেন ওনবা অসিনা ফোঙদোকপা যাই।

১০। চিন্তা—অব্রাবা ব্রাখল পুবগী মওংনি। অপাম্বনা ফংদবা নৎত্রগা ওইদবা, মদুগী মায়োক্তা পামদবনা ফংলবা মতাংদা নুংঙাইতবা ব্রাখলগী ফীভমদা লৈবদুবুনি। শূকথবা, অহাঙবদা যেংবা, কোক শাবা, মক লূকথদুনা ব্রাখল অমদা লূপ্তুনা লৈবসিবুনি। অব্রাবগী শকফম্নি।

১১। গ্লানি—হকচাংগী নৎত্রগা পূক্লিংগী হীকথবা মওং হায়বনি। থৌনা মাঙবা অমদি হনবসু হায। চোকথবা, ব্রাখল নুংঙাইতবা, অবাম-খৌবাংবা

অসিনচিংবনা নুংঙাইতবদগী হকচাংগী কাযাৎশিং চোকথবা, হীকথবা, থবক্তা থৌনা লৈবক্তবা, পূক্লিং নুংঙাইতবগী অৱাবা মওং অদুবু হায়বনি। লায়নাদি নত্তে। নুংগী ওইবা অৱাবনি। থবক্তা পূক্লিং চঙদবা, হকচাং নীকপা ইশূক শূকথবনা উৎপা য়াই।

১২। বিষাদ—হঞ্জানবগী অৱাবনি। হৌকববা থবক মবক্তা মায়থিবা, পাম্বে ৱাৎপা অমদি মসিনা নুপা থোকপা যাবক্তবা পূক্লিংদা নীংহন্নবা ফাওবসি বিষাদকী অৱাবনি। থৌনা হনবা নৎত্রগা মাঙলকপগী মওংনি। স্বব ফূইবা, খাঙতপ্তা হোনবা, তকশী শোনবা, নীংঙমদবা উৎপা মতেং অমা অমা যেংলক-থিবকপা অসিনচিংবদা উবা ফংই।

১৩। ব্যাধি—অর্থদি লাযনা হাযবনি। লাযনাগুম্বা কায়নবগুম্বদগী পোকপা পূক্লিংগী ওইবা মৈচাকপু খঙনৈ। হকচাং নীকপা, হিপথনীংবা, কুচু-কুমেন তাইবা অসিনা উৎলি।

১৪। আলস্য—তম্থবা নৎত্রগা অতনবা হাযবনি। কন্না শূ-নোম্মুবগী চোকথবদগী, মীবোনবা, লাযনানচিংবদগী পোকপা থবক তৌনীংদবদুবুনি। ফমদুনা লৈথোকপা, হাকাম চনবা, তীংলী-যাঙলীবা তৌগদবা থবক্তা হৈনীংদনা যেংবনচিংবসি মসিগী ফলনি।

১৫। অমর্ষ—খাঙঙমদবনি। উশিৎ-থৌওইবক্তবা, পামদবা হৈনদবা লীচৎ চৎলকপা, তৌনদবা থবক তৌবকপদা খাঙবা ঙমদবগী মওংনি। মশা মবেং-মবেং চৎপা, মমীৎ-মনা ঙাংশিল্লকপা, পিশূম শূকপা, চীনবান থক-খা ফৈবেং-ফৈবেং চিংলকপনচিংবসি মসিগী মওং উৎপনি।

১৬। হর্ষ—নুংঙাইবা, হৰাওবা হায়বনি। হৈনবা পোৎ নৎত্রগা মীওই ফংবা নৎত্রগা উনবদা পূক্লিংদা ফাওবা হৰাওবদুনি। মমীৎ-মনা শিংলকপা, নুংঙাইবগী পিবাং শীম্থবা, নোকপা, মোমোন তৌবা, তু চুংবা অসিনচিংবনা কোম্না উৎপা যাবনি।

১৭। গর্ব—পোঙবগী অর্থনি। চাউথোকপনি, চাউথোকচবা পোকপা নত্তে। হাযবদি অফববোমগী মচাউথোক অদু নত্তে হাযবনি। ঐ মঙাযবে হাযবগী মপোঙ অদুনি। শক ফজবদা, জাৎ ফবদা, মহৈ হৈবা, মবল লৈবনচিংবদা অতৈদগী হেনবনি হায়বগী ৱাখল চঙবনি। মশা থাগৎতুনা ঙাঙবা, মীবুদি থৌওইনা তৌদবা, নোল্লুকপগী মওং ৱাৎপা, ৱাজাও ঙাঙবা অসিনচিংবনা ফোঙদোকপগী মচাউথোক অদুনি।

১৮। অসূয়া—কল্লকপা অমদি চাকপা হায়বনি। অতোপ্পগী অফবা, য়াইফবা চাওখৎপা উবা ঙমদবা, খাঙবা ঙমদবা মওংনি। মশাদা প্রোক-প্রোক চাকপগী মওং য়াওবনি। মী শীধবা, মচুক পৈবা, পিশূম শূকপা, থৌওই-ৱাওইনা তৌদবগী মওংনা উৎপা পূক্লিংগী ফীভম্নি।

১৯। ধৃতি—পূকচেল ঈংবা তপ্পা ফেৎ হাইদবা মতৌনি। লৌশিং চাউববা, জ্ঞান ফংলবা সংসাবগী মক মচি খঙলবগুম্বা মওং খবনচিংবদগী অপাম্বা মিহৌবা অকিবনচিংবনা তথকহনবা ঙমদ্রবা অৱাবদসু নুংঙাইবদসু ফেৎ হাইদবা চাং অমদা লৈবগী ফীভম্নি। নুংঙাইবা নুংশি-নুংশিবা ৱাঙাঙ, মোমোন নোকপা লৈতাবা মওং উৎপনা মসিগী খূদম্নি।

২০। মতি—অফ-ফত্ত খঙবগী জ্ঞানবু খঙনৈ। শাস্ত্র নৈনবা, নীতিগী লম্বেলদা চৎপা অচুম্বা-অফবা কয়া লোয়নববদগী কবিনা চুম্বা কবিনা চুমদবা হায়বগী মতাংদা কূপ্না খঙলবা ৱাখল চাউববগী মওংনি। চীং লেম্বা, মোমোনতা তৌদুনা লৈবা, ঈংবা-তপ্পা, ৱাখল পবীং চুম্না ফোঙদোকপনচিংবা উৎপা যাই। দার্শনিক ওইবগী মওং চঙই।

২১। চাপল্য—তথক-তথকপা মওংনি। অপাম্বা, মিহৌবা, য়েক্লবা ৱাখল অসিনচিংবদগী পূক্লিং অসি চপ লেপ্পা লৈতবা, মওল মওল খনবা নৎত্রগা পাম্বা অসি চাপল্যনি। মীবু তথি-তথি হাযবা, কিহনবা ধমকা তৌবা ঙাঙনীংবদা ঙাঙবা অসিনচিংবগী মওংনি। লৈতাদবগী মওংনি।

২২। ব্রীড়া—ইকাযবা হাযবনি। নুপী-নুপা উনবদা, ৱাশক ঙাকপা ঙমদবদা অপমান ফংবদা নত্ত নৎত্রগসু মতা-মওং চাদবা ফীভমদা ইকাযবা হঙ্গোইবা ফাওবকপগী মওংনি। চোপ্পা নংবগী নুংঙাইতবা ফীভম্নি। লু লূকথবা, মাযথোঙ লাংশিনবা, মীগী মমাযদা মীৎচাননা যেংবা ঙমদবা অসি ব্রীড়াগী খূদম্নি।

২৩। অবহিৎথা—লোৎশিনবা হাযবনি। অৱাবা, নুংঙাইবা, অকিবা, হবাওবা, ইবাযবা, হৈনবা-হৈনদবা মওং ময়ামসি খঙহন্দনবা লোৎশিন্নীংবগী মওং অদুনি। বাযম অমবোমদা থৈদোকপা, থোইনা খল্লুদবা পাম্মুদবা পোৎ, মী অতৈগী মায়কৈদা যেংথোকপা, তানা তানা পূক্লিং চঙদবা মালহনবা অসিনা পূক্লিংদা ফাওবিবা অশেংবা ফীভমদু লোৎশিন্নবা লাক্লবা যাই।

২৪। নিদ্রা—তূম্বা নৎত্রগা তূম্লিংবা হাযবনি। শূক-নোম্মুবদগী, ৱাবদগী, ময়াই কাবা পোৎ চাক-থকলুবদগী হকচাং কায়াৎশিং অসি তীক-তীক লাউদবা, হিকোম-হিকোম লাউবকপা, শম্না হাযববদা অম্বোন চনবা হায়বা মওং অদুনি।

তশেংনা হেক্তা তূমথববা হায়বদুমক্তি নত্তে। হাকাম চনবা, মমীৎ লূমথবকপা, মীগী মতৌ নৎত্রগা মীনা ঙাঙবদা ইতা তানীংদবা য়েংনীংদবা অসিনা উৎলি।

২৫। স্বপ্ন—মঙনি। তশেংনা তূম্মবা নৎত্রগা তূম্বমক নৎত্রগসু নাক-য়েৎকী অশেংবা অদুদগী লাপ্পা ৱাখলনা অশেংবা নত্তবা দৃশ্য মযাম অমা উবদু মঙনি। মোন্দ্রং অমদা তাউদুনা লৈবদুসু মঙগী মওংনি। অশেংবা অচুম্বা নত্তবনি অদুবু অশেংবনি লৌদুনা নুংঙাইবা, ৱাবা, কিবা, ইকাযবা, নোকপা, কপ্পা অসিনচিংবসি তৌই। অশেংবগা অমুক হকথেংনদ্রিবা ফাওবদি দৃশ্য অদু অচুম্বমক্কি লৌবনি। মঙ মঙবসি ৱাখলগী নৎত্রগা পূক্লিংগী ফীভম অমনি।

২৬। বিবোধ—ভাব তাবা হৌগৎপা হাযবনি। তূম্মুবদগী হৌগৎলকপদা নৎত্রগসু খঙলুদবা খঙলকপদা লৌশিং লাকপগী ফীভম্নি। পঙলম্বদগী শিংগৎপসু মসিগী মনুং চনগনি। নৌনা জ্ঞান লাকপনি। যাহৌবকপগুম্বনি। তীংলী-যাঙলীবা, হাকাম চনবা, মমীৎ চকূপ-চকূপ কূপ্লকপা, ঈংনা তপ্পা চীং-লেম্মকপা, মোমোন নোক্লকপা অসিনচিংবা অসিনা উৎলি।

২৭। উন্মাদ—ঙাওচৎনবা। অপাম্বা, অৱাবা, অকিবা অসিনচিংবগী মতাংদা পেং চোইবকপগী মওং অদুনি। মথন্নতা নোকপা, মবম ইবৈ লৈতনা মযাম মবক্তা নোক্লকপা, কপ্লকপা, চোইবোল লোল্লকপা, শম্না হাযববদা মযামগীগা মান্নদবা লীচৎ চৎলকপদুনি। ঙাওচৎনবদুনি; চান্ননা ঙাওখিবদি নত্তে।

২৮। অপস্মাব—শাবৈ (হৌবা)। মাথাদা চৈথেং-চৈনাগী চৈফ্ ফংবদগী জ্ঞান মাঙদুনা খঙহৌদনা হাইথবকপা, মশা নীকপা, হুমাং অনপ্পী কাবা, মযাদা কোঙ্গোল কাবা, মচীন-মখা ফৈবেং-তুবেং চিংবনচিংবসি শাবৈ হৌবগী মওংনি।

২৯। স্মৃতি—নীংশিংবনি। হৌখিবা অপাননা নৎত্রগসু নাকোযননা হকথেংনখিবা মীওই অমদি থৌদোক-ৱাথোক নৌহৌননা নীংশিংবনি। মসিবু ফোঙদোক্লবা অৱা-নুংঙাইগী মাযথোঙ, কপ্পা নোকপা তু চুংবা অসিনচিংবা কয়াগী উপাই শীজিন্নবা যাই। উখ্রবা খঙখ্রবা তাখ্রগা হায়বদি হকথেংনখিবদি ওইবা তাই।

৩০। ঔৎসুক্য—লাঙতক্লবা হাযবনি। হৈনজবা পামজবা অমা ফংনীংবগী লাঙতক্লবা, থেঙবগী খাঙঙমদবা মওংনি। খোযবাঙবা মওংনি। তথকপা, তহা-তহাবা, হুমাং কাংবা, স্বব চনীং-চমাঙ শম্নদবা, শম্না হাযববদা ঙাইঙমদবা মওংগী ইথিল অদুনি। খূৎ-শা থেকপা, ফন্নম্বদগী ফূক হৌগৎপা অমুক ফমথবা, খূৎ তুংবুন্ননা ঙাহৌ-ঙাহৌ চৎপা অসিনচিংবনা উৎপা ঙম্মী।

৩১। ত্রাস—অকি-অখংনি। নোংথাঙ খংকুপ কুপ্লকপদা, নোং খংখোং খোংলকপা নৎত্রগা খঙহৌদনা খংথেং থেংনবকপা কিবা খংবগী নুংঙাইতবদু ত্রাসনি। খংলাউ লাউবা, মশা চোংবা নৎত্রগা নীকপা, কোকচাউবী কাবা হুমাং কাবা অসিনচিংবসি তৌই।

৩২। বিতর্ক—মবৈ অমগী মায়োক্তা লৈবা মবৈ অদুবুনি। চিংনবদগী পোক্লকপা অচাবা চাদবা মবৈ অদুনি। খল্লকপা চিংনবকপদগী 'অদু ওইববসু।' হায়বগী মওংদা লৈবা মবৈ অদুনি। ঙক হাইবা ফি কনবা, পিশূম শূকপা, খূদোম্বীনচিংবা ফেৎ-ফেৎ হাইবনচিংবসি তৌই। অচুম্বা মবৈ চঙদবগী মতানি।

৩৩। মবণ—শিবা হায়বনি। তশেংনা শিববা হাযবদুদি নত্তে। শিবগা মান্নবা মওংগী ব্রাখল অমনি। ইহিং হিংনা নুংঙাইমন্দবদগী তূম্পক তাদুনা শিবগুম্না মতম খবদং লৈবদুনি। হকচাংদা লৌশিং অমদি থৌনা লৈতবনি। মতম মতাং কুইনা ব্রাম্বদুনা লৈবসু মবণ অদুম হাযনৈ। নৈন-মীওই খবনদি তশেংনা শিবা উৎলমদাইগী শিবমদাই মতাংদুবুনি হাযনবা য়াওই। অদুমকপু ভাব তাবা লৌশিং ফজনা লৈবদি যাদে। জ্ঞান য়াওদ্রবগী মওংগী ফীভম্নি। পূক্লিংগী ফীভমদা তূম্পক তাবগী মওং অদুনি।

**বসকী মশক ঃ**

মথক্তা শীংথাবিবা ভাব মখল অহুম—বিভাব, অনুভাব অমদি ব্যভিচাবি—অসিনা চূংশিন্নবগা নৎত্রগা পূল্লগা বস পোকই নৎত্রগা থোকই হায়বা ব্রাফম অসি ভাবতকী কাব্যশাস্ত্রনা পুখৎলিবা ব্রাফম্নি। ব্রাফম অসিদি, অর্থ পুবগী ব্রাপুগী মতাংদা খেন্নবা খবা-খবা লৈজববসু মচি ওইবা ব্রাখলদি অদুম্মক য়ানববনি। ভবত মুনিগী বস সুত্র ঙসি ফাওবা চপ চানা চুমদুনা লৈবি—'বিভাবানুভাবব্যভিচাবিসংয়োগাদ্রসনিষ্পত্তিঃ।' পোক্লিবা, থোক্লিবা নত্ত নৎত্রগা ধ্বনিত ওইবিবা বস অসি মখল নিপানদমক লৈবম্বনা মথং-মথং অহুম অমগা হাপচিল্লক্তুনা হৌজিক্তি তবামাথোই লৈবে—শৃঙ্গাব, হাস্য, করুণ, বৌদ্র, বীব, ভয়ানক, বীভৎস, অদ্‌ভুত, শান্ত, বাৎসল্য অমদি ভক্তি। পূম্নমক অসিগী মশক-মওং অমদি খূদম মখাগী অসুম্না উৎলি।

## ১। শৃঙ্গার রস

শৃঙ্গাব বস হায়বদি নুংশিবগী নুংঙাইবা হাযবনি। নুংশিবগী মওং য়াম্মী—মব্দপ মশেন নুংশিনবা, মচীন-মনাও নুংশিনবা, গুরু শিষ্য, মচা-মনাই, অঙাং-অহল

নুংশিনবা। অসিদগী হেন্দোক্লুনা জীব, পোৎ, লম, দেশ নুংশিবা ফাওবদা নুংশিবগী মশক লৈ। অদুবু সাহিত্য শাস্ত্রনা লৌবিবা নুংশিবা অসিদি মকওইনা নুপা-নুপী নুংশিনবনি। মতৈ-মনাও, পাখং-লৈশাবী, চান্নবা-চান্নবী অনীগী মওং চাবা মতা চাবা নুংশিবদু ওইবা তাই। সাহিত্যদদি মফম মতাং চাবা হায়বদি ঔচিত্যগী ৱাফম মক ওই। অশেংবা, অমকপা য়াওদবা নুংশিবা শীংথাববু শৃঙ্গাব ওইনা লৌবনি। নত্তদুনা মওং চাদবা মীওই কাঙলূপকী ওইনা নুংশিনবা চান্নবা যাদবা নৎত্রগনা দোষ লৈবা মনুংশি ওক্তবী, মীগী নুপী, মচন-মচে, মবুং-মৌপ্বা নত্ত নৎত্রগা শম্না হায়ববদা লৌনবা যাদবা নুপা-নুপী নুংশিনহনবা য়াদে। হৌজিক মতমগী মনোবিজ্ঞানগী ওইবা লুথবা মীৎযেংগী যূক্ষমদা মচীন-মৌপ্বা থোকপা মমা-মচা থোকপা অসিনচিংবা লকক তৌবা নুংশিবগী মওংসি ভাবতকী সাহিত্যশাস্ত্রদা যাবমদে। তশেংবা পুম্নিদা মচীন-মৌপ্বা অশেংবা নৎত্রগা নক্লনা থোক্লবা মশেল নুংশিনৈ লৌনৈ হায়দনা মণিপুবগুম্বা ভাবতকুম্বা লমগী সমাজদা বস ওইনা শীংথাবা যাবোই। শীংথাবক্লবসু মদু অশেংবা বস ওইবোই; 'বসাভাস' হায়বা মওং অদু ওইগনি। (বসাভাস নৈনবা মতাংদা যেংসি) অদুনা অফ-নুংঙাইগী পাউজেল ঈবোয়নবা তাবা। সাহিত্য কলাগ শৃঙ্গাবদি নুপা-নুপীগী অশেংবা নুংশিবদুনি। *সাহিত্যদর্পণ* ইবা নৈন-মীওই বিশ্বনাথ কবিবাজনা 'মীগী নুপী অমদি অনুবাগ যাওদবা জগোইশাবী ওক্তবী (বেশ্যা) নত্তনা অতৈ নাযিকাশিং অমদি দক্ষিণ (হায়বদি লুহোংলবী নুপী অমত্তমক লৈবা নুপা)নচিংবা নাযক খক্তনা বস অসিগী আলম্বন বিভাব ওইগদবনি' হায়না হায়বম্বসি মুন্না খনবা তাই অমদি ইনবসু তাই। সাহিত্যনা চুমদবা লীচৎ শৌগৎপা চুমদে।

শৃঙ্গাব বসকী মচলশিংদি অসিনি—

স্থাযিভাব—বতি

বিভাব— ১। আলম্বন— নাযক-নাযিকা।

২। উদ্দীপন— (ক) নাযক-নায়িকাগী ফিজেৎ লৈতেং, ৱাঙাঙ-শাঙাঙ (আলম্বনগত)

(খ) হৈ-লৈনচিংবা মহৌশাগী পোৎলম (মপানগী ওইবা—বাতাববণগত)

অনুভাব—পাত্রগী মীৎযেং-নায়েং, শোক্লবা কোন্নবা লৈথোক্লবা ওইনবেনচিংবা।

সঞ্চাবিভাব—নির্বেদ, আবেগ, দৈন্যনচিংবা কুম্ভ্রাহুমদোইমক ওইবা যাই। খঙহৌগদবা অমনা শৃঙ্গাব বসকী মতাংদদি সঞ্চাবি পূম্নমক মাগী মাগী মতাং চানা

য়াওবা য়াই। বস অতৈদদি লোইনমক হাপ্পা য়াদে। মওংবু অকিবদা হবাওদুনা নোকপা যাওবা য়াদে; বীব বসতা আলস্য হাপ্পুবা পল্লদে। অসুম্না চানবা চানদবগী ওইনা খবদমক যাওই। শৃঙ্গাবদদি লোইনমক হাপ্পা য়াই। নুংশিবগী মতাংদদি নুংঙাইবা য়াবা য়াহনবগী লম অসি য়াম্নমক পাক চাউই। মসিসু শৃঙ্গাব বসপু বসবাজনি হায়নবগী চাউববা মবম অমনি। শৃঙ্গাবগীদি মফম মতম, চষ্টী মতাং খায়দবা য়াই ফীভম পুম্নমক্তা থম্বা যাবনি। খূদম অমা—ঈন চিংবগী মতাংদা থোইবীনা খম্বদা খোয়দাবা নুপী অমা হায়যু যূম পান্নবা তৌবসি হায়কবদা খম্বনা—

থম্বা মোমোন নোক্নুনা—"ঐনা হায়রি মীদুদি
সিদে সিনি" হায়দুনা লাইজ ইরোন নুংদুদা
খম্বা মখূৎ থিন্দুনা থাদোই মমি অদুদা
নীংথিজনা তারিবা মি দুদবু তাক্লক্লে।
"হাইমা! অদু ওইরেকো!" হায়রন্নগা থাদোইদো;
মীৎয়া থম্বাল মানবীদো তরং লাইজ ঈহৌরে—

বতি স্থাযিভাবপু হৌদোক্লবা লাক্লবনি। খম্বা-থাদোই, নাযক-নাযিকা অসি আলম্বন বিভাব ওইবনি। মখোযনা শেৎলি-চাবিবা (কাব্যগী মনুংদা মথক্তা শীংথাখ্রবনি) ঙাঙলিবা ৱাঙাঙ অসিনা আলম্বনগা মবী লৈনবা (আলম্বনগত) উদ্দীপন অমদি বাতাববণগত উদ্দীপননা লোক্তাক পাৎকী নাক-যেৎ লাইজনচিংবসিনি। মোমোন নোকপনচিংবা তৌবিবা অসি (এক্টিংনি) অনুভাবনি। হবাওবা নুংঙাইবদগী পিবাং ঈহৌবা অসিনা সঞ্চাবি ভাব উৎপনি। হায়বিবা মচল ময়াম অসিনা স্থায়িভাব বতিবু হৌদোক্নুনা শৃঙ্গাব বসকী থাক যৌহল্লি।

শৃঙ্গাব বসকী মশক অনীনি—উনবা (সম্ভোগ), শৃঙ্গাব অমদি কাযনবা (বিপ্রলম্ভ) শৃঙ্গাব। নাযক-নাযিকা, নুপা-নুপী উনদুনা য়েংনবা, ৱাবী ৱাতাই শাবা খূৎ পাযনবা কোনশিন্নবা অসিনচিংবা কয়া উৎপা নৎত্রগা শীংথাবসিনা (মথক্কী খূদম অসিদা উৎখিবগুম) সম্ভোগ শৃঙ্গাবগী মশক্লি। বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গাবদনা চান্নবা-চান্নবী অনীগী শেৎনবগী হাযবদি তোঙান তোঙান লৈবগী অৱাবা ফীভমগী মশক শীংথাবকই নৎত্রগা উৎলকই। বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গাবগী মশক অমা লৈবে—লম হেল্লি হাযদুনা থোইবীবু মপাবুংনা কবোদা লোই থাবনি। পুনম চীংগোন্দা থোইবী খম্বা অনী উনদুনা কায়নবগী ৱাবী-ৱাতাই তৌনববা মতুংদা অনী মমায় মমায় ওম্থোক্লদুনা চৎনৈ। অনীগী ফীভম মহাকবি অঙাংহল্লনা য়েক্লি—

**পোলাং ওইবী থাদোইদো**

**খোঙকাপ থৱা থাংদোকই, য়েংউরৱোই নীংববু**
**ঙমদে হন্না ময়েংই; থাদোই মায়থোঙ অদুবু**
**উন্নি'মখৈ য়েংহৌরে—খুমন মাসু। চংখরে**
**পুনম চীংগোন লানশিনগ্রে থাদোই মশক উখিদ্রে,**
**খনখিবদা চীংদুনা নূরা উরক্কবদা**
**খেব-পুঙগী পুঙখোঙদা খুমন মদোম ব্রাম্বখি।**

রতিনা স্থায়িভাব অদুম ওইবি। থোইবী খম্বনা আলম্বনি। ফিজেৎ-চাকচা, অমদি পুনম চীংগোল অমদি খেব পুংগী অকোয়বনা উদ্দীপন অনীমক ওইবে। য়েংলবোই খন্না খন্না হন্দুনা য়েংবনচিংবসিনা অনুভাবনি। ব্রাম্বুবা সঞ্চারি ভাব ওইবে। মচল শুনা লৈববনা শৃঙ্গাব বসকী ফীভম লৈববনি। কায়নবা শেংনবগী অব্রাবা মশক অমগী নুংঙাইবা মতাংনি। (বসতি মতম পূন্নমক্তা নুংঙাইবা ওই) মসিগুম্বসিবুনি বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গাবগী মশক হাযবিবসি।

খবা অমুক্কা কূপথবগা বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গাব অসি অমুক মখল অহুমদা থম্বা যাই-পূর্ববাগ, মান অমদি প্রবাস। নাযক নাযিকা উনদ্রিঙৈগী মমাঙদা পাউ তাবা, অযেকপা লাইনচিংবা (ফোটোগুম্বা) উবা অসিনচিংবদগী উননিংবা, থুংননিংবগী মতাং শীংথাবদু 'পূর্ববাগ'নি। উনদ্রিবনি। উনববা মতুংদা (নংত্রগসু উনবিঙৈ মনুংদা মতাং চানা) নায়িকানা ওইনবা নংত্রগা নিংঙাই তৌবা যানীং যানীংনা যানীংদবা শাদুনা মশাগী মফম অমা থম্নবা লাক্রবকপদগী উনদবা হাযবদি কাযনবগী মতাংসি 'মান' হাযবদুনি। উনববা খঙনা চান্নববা মতুংদা নাযকনা অবাপ্পা লংফৈদা কবিদা চথোকখিবদগী কায়নবা মতাং শীংথাবসিনা 'প্রবাস'কী মখলনি। কালিদাসকী *মেঘদূত* কী নাক-যেৎ অসি প্রবাস বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গাবগী মশক্নি। সম্ভোগকী মঙংদগী বিপ্রলম্ভগী শব্দক্না পাক-চাউনা শন্না অমদি খাকপা লৈতনা যেকপদা কবিশিংনা মশাগী মতীং ফূদোক্লে। শৃঙ্গাবগী মশক অসি অসুম্না থমবা য়াই—



পূর্ববাগ অসি কনাগুম্বনা উনবা মওংগী ৱাহৌদোক ওইনা লৌনিংবসু য়াওই। অদুমকপু উনবম্মগা কায়নবদা উনদবগুম পূর্ববাগ অসিদসু উনদ্রিবনি হায়বদি সম্ভোগকী শক্তক্তা চঙশিন্দ্রিবনি। অদুনা কাযনবগী হায়বদি উনদবগী শক্তক্কি হায়না লৌবা তাবনি। মৈতৈবোল্দদি 'কাযনবা' হায়বসিদা উনখ্রবা হায়বদি সম্ভোগকী মতাং লৈখ্রবগী অর্থ অমা পুবনিনা মসিগী মহুত্তা উনদবগী শৃঙ্গাবগী মশক ওইনা লৌবা চুম্মী। বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গাবদা আলম্বনগী ফীভম ১০ লৈ হায়না লৌনৈ—অভিলাষা (অপাম্বা), চিন্তা (নুংনাংবা), স্মৃতি (নীংশিংবা), গুণ-কথন (গুণ শক-শোনবা), উদ্বেগ (লৈতাদবা), প্রলাপ (চোইবোল), উন্মাদ (মী-পোৎ শেবান্নবা উবকপা), ব্যাধি (লাযনা-লাইমন), জডতা (চপ যুংনা উংদুনা লৈবা) অমদি মবণ (অশি-পাংখক্লবা)।

## ২। হাস্য বস

খূদম—জি সি তোংব্রাগী *বসন্ত পঞ্চমী* হাযবা অঙ্ক অমগী লীলাদা স্কুলদা সবস্বতী পূজা হায়বা থৌবম অমা পালন তৌবগী মতাংদা লাই ওইনা যেকপা নৎত্রগা লৈবাক্লা- উনা মূর্ত্তি শাবগা লাৎপগী মহুত্তা নির্ম্মলা কৌবী ছাত্রী অমনা পবীক্ষা দেবী কৌবা লাইবেম্বী অমা অমদি মেনকা কৌবী ছাত্রী অমনা সবস্বতী শাবগা লাইশঙ মচা অমদা লাৎপা উৎলি। সবযু কৌবী খবা অহল ওইবী ছাত্রী অমনা আবতীনচিংবা তৌদুনা লাৎলি। দৃশ্য মচেৎ অমা যেংসি—

(লাই অনীদু মফি-মবোল, মীৎয়েং, ফম্ফম শেম্বিবগা বর্ত্তিদু অনীবক অহুল্লক মমাঙদা হাইবগা থমই)

| | | |
|---|---|---|
| মেনকা | – | ইচে সবযু, ঈশিং খিৎতদি পীথকউ থৌনাউসি খ্রক-খ্রক কংলে হাই বিদ্যাসাক্ষী। |
| সরযূ | – | ঙাইহাক্তদি থাঙথো সরস্বতী শাবী। |
| নির্ম্মলা | – | কোমলাদু খোক্লগা মগুং অমমমদদি ইল্লকউদনা দক্ষিনাদি হোবেল য়েন্নসি হায়রক্কনি বামোন ইবেম্মা। |
| সবযূ | – | অউবা অমনা উথ্রগা ফাগি মাল্লোইদ্রাও? নখোয়নীসিদি দাই হনগ্রে সত্য নবুক চাউগ্রে লাৎতৌবা তল্লি। (কোমলা মগুং অমমম ইল্লি।) |

(জি. সি. তোংব্রা, *লীলা মচা তরুক*, ১বা খূৎনম, ১৯৬৫, লা: ৪৫)

হাস হাযবসিনা স্থায়িভাবনি। লাইবেম্বী অনী অমদি হৈকৎ-লৈকৎ তৌবিবী

অমসিগনা আলম্বন বিভাবনি। লাইবেন্থী শাবগী ফিজেৎ, খাঙাও শাঙাও অমদি লাইশঙ মনুং মানবগী অকোয়বগী পোৎলমশিং উদ্দীপন বিভাবনি। লাই অনীগী অশাবা মান্নবা লৈবিবা মবক্তা কোমলা ইনবনচিংবসি অনুভাবনি। ঙাঙনবিবা অমদি ঙাঙনবা মতাংদা মখোয়না তৌবিবা অভিনয় পূম্নমক অনুভাবকী মনুং চল্লি। নোকমি নোকমি তৌবা, নোক্লীংবা, তথকপা মওং খাঙবা হায়বদি লোৎশিন্নবা হোৎনবা পূম্নমক ব্যভিচাবি ভাব ওইগনি। মসিদগী হায়বদি ময়াম অসিনা পূল্লগা হাস্য বসকী ফীভম যৌবকপনি।

হাস্য বস অসিগী মশক তব্দকখক লৈ--স্মিত (মোমোন), হসিত (নোকথোকপা), বিহসিত (কন্নসু নত্তবা তপ্পসু নত্তবা ময়ায় ওইবা মনোক), অবহসিত (কন্না/চঙখোন্না নোকপা), অপহসিত (হেন্না কনবা) অমদি অতিহসিত (থবো থবো ওনবমখৈ নোকপা)।

মতাংসিদা পলহৌবা যাবা ব্রাফম অমদি, বাবণ, কংস, নোংবানগুম্বনা মবম লৈতনা খাক-না খাক-না নোকপদুদি হাস্য বসকী মনোক নত্তে; মদুদি শাউবগী, নুংশিদবগী, চাউথোকপগী, অকিবা উৎপনচিংবগী এক্টিং মখল অমনি। হাস হায়বদু ফূক্কৎলক্তুনা মযেক শেংনা নোক্লবতদা হাস্য বস থোক্কদবনি।

## ৩। করুণ বস

চাউবগী *লবঙ্গলতা*গী অবোইবা মতাংনি। লবঙ্গ অমদি শানোংবা লানদা তুপ্লে। কাছাবদা লৈবিবী লতাসনাবু মপাবূং খ্বাইবাকপনা লৌবা লাকই। মপাবূংনা হায়বা ঙাঙবা পূম্নমক মক লূকথদুনা তাবস্মগা লতাসনানা হাযবকই–

> ...হৌজিক্তি ননাইশিং পাবুঙতোনগী থৌগল ইনখিবা লূচিংবা পূম্নমক তৌবুলগী লান্দা তুয়ে হায়বা তাজরে; লাইবক থীবনা ননাই ঐহাক লুখ্রা হায়বা অদু ওইজরে, মপাগী মফমদা লানবগী দণ্ডী ফংলে। তৌইগুবসূং পাবুঙ ইবুংঙো! ননাই ঐহাক্তি নুপীগী জাত্তা পোক্লবনিনা নুংশিরবা মমা মপামকপুসু মপুরোইবনা হেনফম থোক্লে, অদুনা সনা চরণনা কৃপা তৌবিয়ু—ননাই ঐবুদি ইপুরোইবনা মণিপূরদা থোকউ হায়বা য়াথং পীবিরমস্রে অদুনা মপোক অসিমা লোইহ্রিবা ফাওবা ননাই ঐহাক রামনগর অসিদা ইপুরোইবা ঙাইবা তারে।

উৎলিবসিদা স্থায়িভাব শোক (অব্বাবা) হায়বদুনি। লতাসনানা আলম্বননি। লতাসনাগী ফিজেৎ-চাকচা, খাঙাও-শাঙাও, মপাবূংগী চৎলসি থেস্বা অমদি ব্বাবী শাফমগী অকোয়বদা লৈবিবা পোৎলমশিং উদ্দীপন বিভাবনি। মক লূকথনা তাবা, তপ্পা

ঙাঙবা অসিনচিংবনা অনুভাব ওইববনি। শুকথবা, মশাগী মবায়বকপু চৈজবা অসিনচিংবসি ব্যভিচাবি ভাবনি। মখোয়সিনা পূন্না 'শোক' হায়বসি ফূক্কৎতুনা করুণ বসকী ফীভম ওইহল্লকই।

## ৪। বৌদ্র রস

কমলগী *মাধবী* দা শেষ মিলন (অরোইবা উনবা)গী মতাংনি। ভুবন মপানা পূংমাঙ মাঙহল্লবা নবীনগী ফীভম য়েংসি—

> **থল্লু থল্লুবদা নবীন অসি অশাওবা ফাজিনবা ঙল্লক্লদুনা, মনাক্তা তারিবা থাঙশাং অদু থুজংতুনা ময়া ক্রক-ক্রক চিক্লুনা ৱাশক্লকই—'ঐবু ৱাহল্লিবা, ঐগী নুপীবু অসুপ য়াম্না খুদোংথীবা তাহল্লিবা, ইচা উরীবৈগী মথৱায় মাঙহনল্লিবা অদুগুম্বা ভুবন মপাগী মশুং অহমশুবা মকোক অদু মশুং অহমশুনা থায়দুনা লমন খুমগে।'**

অশাউবা হাযবসিনা স্থাযিভাব ওইবনি। নবীন আলম্বন বিভাবনি। মমাঙদা পনখিবা শব্দক্তা যেকখিবা নাক-যেৎকী ফীভম, থম্বালগী মওং অমদি পাউদম্বা অসিনচিংবসিনা উদ্দীপন বিভাব ওইবে। থাঙ লৌখৎপা, ময়া ক্রক-ক্রক চীকপনচিংবসিনা অনুভাবনি। হিংচা য়াইতম্মকপগী মওংদা ৱাশক্লকপগী মতাংসিদা উগ্রতা উবকই। মসি সঞ্চাবি হাযবদি ব্যভিচাবি ভাব ওইবনি। অশাউবগী অকিবা ফংলবা শক্তম অমা উৎলি। বৌদ্র বসকী ফীভম হকথেংনবা শোয়দ্রে।

## ৫। বীব রস

স্থায়িভাব—উৎসাহ (থৌনা/লিংজেল); বিভাব—(১) আলম্বনদা—য়েক্লবগা লাম্বা পাবিবা মী; (২) উদ্দীপনদা—মাগী ফিজেৎ-লৈতেং, ৱাঙাঙ-শাঙাঙনচিংবা অমদি যেক্লবগা পূন্না লৈমিন্নবিবা নাক-য়েৎকী ফীভম। অনুভাব—অকল-অথৌগী ৱাঙাঙ, থাঙ-তা হাইবা হুম্বা চোংবা ফনবা অসিনচিংবা। ব্যভিচাবি নৎত্রগা সঞ্চাবি ভাব—নীংশিংবা, চাউথোকপা, অকল-অবেং, লাঙতক্লবা অসিনচিংবা। খূদম—নীলবীবগী *খোংজোম তীর্থদা* লানফমদা মথন্নতা ঙায়হৌববা বৃটিশকী লাম্মীনা কোয়শিন্দুনা থম্মবা জেনেবেল পাওনাদা বৃটিশকী লাম্মী মকোক অমনা লান তোক্লসি কান্নববোই নঙ মায়থীবে, ঐখোয়দা চঙলক্লো য়াওবো নফম চাউনা হিংহনগে হায়বদা, পাওনানা—

নুংঙাইদ্রক্কো বহাদুর
নতিক চাবা ব্রাহেনি,
লৌশিং শিংবা নহাক্না
ফমথোন চাউনা কাবনি
মায়থীরবা লাম্মীনা
য়েক্লবদা চঙজবা,
মৈতে ঐখোয় তৌনদে
থৱায় ফিগাও শাজবা।
মীনাই মিংথোল লৌরগা
ফমথোল চাউনা নাইনবা,
মৈতেশিংনা হঙ্গোইনে
মীথা পোম্না হিংনবা।
খূৎলাই পায়ম্ বহাদুর
নোংমৈ লানবু তৌসিরা,
ঐহাক থৌরাং লোইজরে
থাংগী লানবু পাম্বরা?
নাইতোম মায়োক্নসিরা
তেঙ্গোল হুপ্না চঙগেরা,
পাঙ্গল চাংবু য়েংসিরা
খূৎলাই লানবু তৌসিরা।"

পাওনা (লোয়নক্লা বৃটিশ লাম্মী মকোক) আলম্বন বিভাব; পাওনাগী রাঙাঙ-শাঙাঙ ফিজেৎনচিংবা অমদি য়েক্লবগী লাম্মীনা কোয়শিনক্লা মওং-মতৌ অসিনা উদ্দীপন; চাউথোক্কপা কম্বা-হৈথাবগী মওং অসিনা ব্যভিচাবি ভাব ওইবে। বীব বস তাম্না ফূক্কৎপা ঙম্মবনি।

বীব বসকী মওংগা মথক্তা নৈনখিবা বৌদ্র বসকী মওংগা অহানবা য়েংবদদি হাইবপ মান্নবদৌনা উই। অদুবু তশেংবদি মক্ক অমদি নুংগী ওইবা মওংদা পূমখেন খেন্নৈ। বৌদ্রদনা মখা থাবদা নৎত্রগা হম্বা থাক্কী মীওইদা শাউবনি। মসিদা তপ্পা ঈংবা অমদি থৌনা ফবগী ব্রা যাওদে নৎত্রগা যাম্না হম্বনা য়াওই। বীবদদি মান্নবা নৎত্রগা মথক থোংবদা ঈংনা তপ্পা তুং কোইনা থৌনা লিংজেল উৎপগী ব্রাফম শোযদনমক্কী যাওবি। পাওনাদা বীব ওইবা, ঈংবা তপ্পা পূকচেল চাউবা ঈপাক ঈবেলগী ওইবা লীচৎ অমা যাওবি। মসি নবীনদা যাওদে। অশাউবদদি মশাবু হাইগৎনা খনবা লৌবা অমদি ফোঙদ্রোকপগী ব্রাফম অমা লোযনৈ। বীবদদি যাওদে। বৌদ্রদদি তথক তথকপা মওং অমা যাওই বীবদদি যাওদে। থৌনাগা অশাউবগা অদুম্মক খেন্নবা তাবনি।

ব্রাফম অমনা অমুক, বীব ওইবগী হাযবদি অকবা অচৌবা তৌঙমদবা থবক কযা পাঙবদা থৌনা লৈবসি মওং মখল যাম্না য়ামই। মপানগী পাঙ্গল অমদি শক্তিগী ব্রা নত্তবদা নুংগী ওইবা থৌনাদা মতীং লৈবা থবক কয়ামুক পাঙবা মতাং য়াম্না লৈ। ব্রাখলগী লান য়ান্নদুনা অনৌবা পোৎ পুথোক্লিবা বৈজ্ঞানিক অসি থৌনা লৈতে হায়বা য়াবোই। পুন্সিদা থৌনা লৈবগী থবক অমদি মায়কৈ অসি

য়াম্বনি। অদুমকপু সাহিত্যদদি লৈবিবা বীব ময়ামসি বীব মখল মবিদা থম্লবা লাক্লে —(১) যুদ্ধবীব (শা-লানগী ওইবা), (২) দয়াবীব (থৌজান্দা), (৩) দানবীব (দান তৌবদা) অমদি (৪) ধর্মবীব (ধর্ম হায়বদি লীচৎতা)। পুন্সিগী বীব ময়ামসিদা বসকী থাক য়ৌনা ফুক্কৎলকপা পূম্নমক মবি অসিগী মনুংদা থম্বা অদুম্মক য়াবগী মওংদসু লৈ।

## ৬। ভয়ানক রস

কবিগুল্বা অকিবা পোৎ, মী, জীব উবদা, অচৌবা মবাল অমা লওল্লুববা মতুংদা মদুগী অকিবা চৈবাক্কী য়াথল, হেন্না শক্তি লৈবা য়েক্লবা নৎত্রগা মায়োক্লগদৌবা অমগী য়াম্নমক কিবা পোকপা পূক্লিংগী ফীভম শীংথাবদু বস অসিগীনি। ভয় (অকিবা) হায়বসিনা স্থায়িভাবনি। বস অসিগী খূদম য়েংসি—কুঞ্জমালা কৈনা চাবগী মতাংনি। অহীং চূপ্পা লৌবুক লমহাওগী শগাই অমদা নুপীমচা কুঞ্জমালা মথন্নতা লৈবি। নোংঙাল্লমদাইগী মতাংদা,

খোইরেন্তাক্কী পাম্বদি কৈরেন মাবু থুঙওরে।
থাংঙেশেংনা উরক্লে। নুজা মদোম নীকখরে।
কৈরেন মানা লাকপদো চীংশা নাপোমদৌগুম্না
সগাই মখোঙ য়ৌরক্লে। কুঞ্জমালা কৌবিদো
'মুনবা তাউজিং ওইখরে—কৈরেন মখূৎ অদুনা
সগাই মখোঙ পায়খরে। মৈবুম ওইবা মমীৎনে
মমায় লোংখৎলদুনা নুম্না মাবু য়েংলগা
সগাই অদু নীক্লকই।

*(খম্ব-থোইবী শেরেং, খম্ব-নোংবান অনীনা পম্লুং চঙবা)*

নুপীমচা কুঞ্জমালা, অমদি কৈজাও অসি আলম্বন বিভাবনি। মাগী ফিজেৎ, অচীকপা অমম্বা নোংঙাল্লমদাই অকোয়বা অসিনচিংবনা উদ্দীপন বিভাব ওইবে। কিদুনা নীকপা অমদি অতৈ অভিনয়শিং অনুভাবনি। তিংদম তাবা (অমুনবা তাউজিংগা পাংখক ওইবা) অসিনচিংবসিনা সঞ্চাবি ভাবনি। ভয়বু ভয়ানক বসকী ফীভম তান্না ঈনখৎলবা মওংনি।

## ৭। বীভৎস রস

স্থায়িভাব—জুগুপ্সা (তূক্কৎচবা); আলম্বন বিভাব—তূক্কৎচনিংঙাই ওইবা মী,

শা, পোৎ; উদ্দীপন বিভাব—মনম নমথীবগী মওং, হুন চঙবা, হুয়িং ইনবা অসিনচিংবা; অনুভাব—নাতোন শুগৎপা, তিন শীৎপা, য়েংনিংদবা উৎপা অসিনচিংবা; ব্যভিচাবী ভাব—মোহ, আবেগ, ব্যাধি অসিনচিংবা। খুদম—নিংথৌ হবিশ্চন্দ্রনা থবক তৌবিবা মী পোৎলোইফম—মংগী মতাং অমা,

মফম মফম কয়াদা শরূ-ঙারু শনথরি
কারুম কারুম মীশাসু লোইনা চাকপা নৎত্রবা
থরা অমা তায়গ্নি হুনচাক তংখায় ঈল্লবা
লমহুই অনী মগ্নিনা অহীং চিংথোক চেল্লবা
হুগ্নি পৎলা পুম্মবা মতৎ মতৎ তুংলবা
লাংজা অটৌ মচানা মচীন থুম্না লুপশিন্না
শেৎতৎ শেৎতৎ চাগ্নরি হুয়িং ইনবী মরক্তা
নিংশা ফুনবা মনমদা নিংথৌ লৌশিং মাঙবনি
নাতোন সুক্লা 'হরি'না কমনো শোন্না লেপ্পনি।

মং অসিনা আলম্বন বিভাবনি। খোযদৌ মথক-মখা ওনগদবা নাক-য়েৎকী পোৎলম মযাম অসিনা উদ্দীপন বিভাব ওইগনি। নিংথৌ 'হবি' (হবিশ্চন্দ্র)না নাতোন সূকপনচিংবা তৌবিবসি অনুভাবনি। 'কমনো শোনবা'দা অৱাবা, হৈনীংদবা মওং অমা যাওবি। মসিনা ব্যভিচাবি ভাবনি। জুগুপ্সা হাযবা স্থাযিভাব অসি ঈনখৎতুনা বীভৎস বস থোকহল্লি।

## ৮। অদ্‌ভুত রস

মযামগী ওইবা লীচত্তগী তোপতোপ লৈবা (হাযবদি অসাধাবণ ওইবা) মী, পোৎ, মওং-মতৌ থেংনবদা পূক্লিং ঙকপা ফংবা নুংঙাইবগী মওং অমা ফাওবকপসি অদ্‌ভুত বসনি। বিস্ময় (নৎত্রগা আশ্চর্য) হাযবসিনা স্থাযিভাবনি। যাম্না চাউনা হায়ফম খঙদবমখৈ ঙকপদা যূম্ফম ওইবা বসনি। অকিবা ফংবা অঙকপা মখলনি। অদুমদি ওইববদা ভয়গী হায়বদি কুঞ্জমালানা কিখিবা মওংগী অকিবা অদু নত্তে। মদুদা পামদবা অকিবা অমা যাওবি। অদ্‌ভুতকী অকিবা ফংবা হায়বসিদনা অপাম্বা, যেংনীং-উনীংবা লোয়ননা নকশিন্ননীংবগী ঈবাং অমা য়াওবি। মওংবু, *গীতা*গী ১১শুবা অধ্যায়দা অর্জুননা উখিবা অঙকপগী মশক ফংলবা শক্তম অদুগুম্বনি—

দিবি সূর্যসহস্রস্য ভবেদ্যুগপদুৎথিতা

**য়দি ভাঃসদৃশী সা স্যাদ্‌ভাসস্তস্য মহাত্মনঃ**

**(অতিয়াদা নুমীৎ লীশীংনা অমুক্তদা থোকপদা ঙানবা মঙালনা**

**বিশ্বরূপ পরমাত্মা অসিগী মঙাল অসি ফংদবা য়াই।**

**(*গীতা*, ১১/১২)**

অসিগুম্বা অমুক্তা উখিদ্রিবা, অমুকসু উবগনি থাজদ্রবা মতাংদা অর্জুনদা ফাওখিবা ইহুল অদু বিস্ময় অসিনি। অদ্‌ভুত বসকী মতাংনি। অতোপ্পা খূদম অমা হায়ববদা পাম্বোইবীবু লুহোংবা থিল্লকপা মতাং অদুদা—

**মকু নিংথৌ খাবা শোকচোনবা কংলে লৈবাক মপুনা মীয়াম অদুগী শানে-য়ুনেদুনা পীজ-পীথক্তুনা শকখঙ মায়খঙনবা ঙমদবগী খাবা পূন্নমক ইকায়দুনা চঙবা ঙমদ্রবদা তমগা য়াংঙমলোননা, মপামদগী উল্লকপা চাক থুমোক অমগা শা থোংবা য়াল্‌লোং অমগা য়ু থরূং অমগা অদু পূথোক্তুনা মদুনা মায়য়োক থাকম ওইদুনা পীজরে। অদুগা শকখঙ মায়খঙনরে। চাক য়েনবসু থুমোকময়েং তাম্রে, চাক লেপ্রে। চাকলূক অমসু লেমহৌই। অয়েম্বা অদুনা অমুক শৌরকই। শা অয়েম্বা অদুনা অমুক শা শৌরকই। য়ু অয়েম্বা অদুসু অমুক শৌগৎলি।**

***(পাম্বোইগী খোঙ্গুল, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ২বা খূদনম, ১৯৭২, লাঃ ৪১)***

মসিদা অয়েংবা অতাবগী পূক্নিংদা ঙম্নদবা মওং অমা থেংনবদা অঙকপা অমা লাক্লিবসি অদ্‌ভুত বসকী মনুং চন্না লৈগনি। খূদম অমগসু য়েংসি।

নোংমা নন্দবানী য়শোদানা পীক্লিবা গোপালনা লৈপাক পেকতম পেকতম চাদুনা শান্নবা উবদা চেনশিল্লক্তুনা পমখৎলগা মযাদগী লৈপাক অদু কোৎথোক্লবা মযা কাখৎহল্লি। গোপালনা মযা তপ্পা কাথোবকই। ওঙ্খোকপা মতৌনি যশোদা মচাগী পীক্লবা মযা মনুংদা লেঙলি-পাল্লিবা জগৎ পূন্নমক পূন্না উবক্লে। মালেম অপূম্বসি মচাগী খৌবোম মনুংদা উবদা য়শোদা খোঙদগী তোন ফাওবা তু চুংখবে, অশাবা মূর্ত্তিগুম মমীৎ কূপ্পা লৈখিদবে। হাই ইবুংঙো নঙদি অচম্বা অঙাং নত্তেনা হায়দুনা মবুক্তা মক লূকচখি।

মথক্কীসিদা, মমা য়শোদা অমদি পীক্লিবা কৃষ্ণ আলম্বন বিভাবনি; য়শোদানা উবকপা 'লেঙলি-পাল্লিবা জগৎ পূন্নমক পূন্না উবক্লে' হায়না শীংথাবিবা অসিনা অমদি মমা-মচাগী ফীজেৎ-চাকচা মওং-মতৌ অমদি নাক-য়েৎকী পোৎলম খিবিক অসিনা উদ্দীপন বিভাব ওইবে। মমানা মতু চুংবা মমীৎ কূপ্তুনা য়েংদুনা ঙাইহাক লৈবা অসিনচিংবসিনা ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ওইবা পূক্নিংগী ফীভম ব্যভিচাবি ভাবনি। অহুম

অসিনা পূল্লগা 'বিস্ময়' স্থায়িভাবপু অদ্ভুত বস য়ৌনবা ফুক্কংলে।

### ৯। শান্ত রস

নির্বেদ হায়বদি জগৎ অসিগী ওইবা পোৎলম, অপান্বা মিহৌবা থৌদাং পাঙবনচিংবদা খোয়দাবক্তুনা মসোমদগী পূক্লিং হন্দোবক্তুনা ময়াক ইয়াও য়াওদ্রবা হঞ্জানবকপা পূক্লিংগী ফীভম শীংথাবদা শান্ত বস অসি ওইবকই।

*লবঙ্গলতা* গী অবোইবা মতাংদা মাগী লৈজবম্বা পূম্নমক মাঙখ্রে হায়না লৌববী কুঞ্জলতাগী থম্মোয়দা ফাওবকখিবনি—

> **পাবুঙ ইবুংঙো! সংসার অসিদা কনানা কনাগীনো? পূম্নমক অরেম্বনি; মৈতাম্না হেক ব্রাখৈবদা মাঙগদবনি; কনাসু লোয়ননা চৎকদবা লৈতে। ইবুঙ অসিনা তাকপিদুনা তাজরে, সীতাকুণ্ড হায়বা অসি অসিদগী লাপদ্রে। জগন্মাতা জানকী হায়বী অসি পতিব্রতা ওইবগী অশেংবা খূদম উৎকে হায়বগীদমক্তা সংসারদা অবতার তৌবনি। তীর্থ অমতং দর্শন তৌনবা পাবুঙগী চরণনা কৃপা তৌবিয়ু। —মসিনা ইপা, ইমা অমসুং ইপুবোইবগী লমন খুম্বা শকচগে।**

ফাওবক্লিবা ব্রাখল অসি নির্বেদকী নাক-য়েৎকী সংসাববু কবিসু লৈবক্তব ওইবগী ফীভমনি। কনানা কনাসু নত্তে পূম্নমক মাঙখিগদবনি হায়না ফাওবকপা জ্ঞান অসি আলম্বন বিভাবনি। পতিব্রতাগী ব্রাখল তীর্থ দর্শনগী ব্রাখল উদ্দীপননি। কুঞ্জলতানা চীং লেম্না মথম্মোয ফাধবগী মতাংদা মানা উৎলিবা মপাম্বোংগী ফীভমনা অনুভাব (এক্টিং) ওইবনি। কুঞ্জলতাসনাদা ফাওবকপা মবুং (নবীন)না তাকপিবদগী খঙলকপা 'মতি' অমদি ভাব তাবক্লবা 'বিবোধ' অসিনা সঞ্চাবী ভাবনি। অহুম অসিনা পূম্নমকসি অবেম্বনি হাযবগী (নির্বেদ) পূক্লিংগী ফীভম অসি পুখৎলকই।

শান্ত বসকী মতাংদা নৈনগদবা ব্রাফম অমা লৈবি। সাধু সন্যাসনা সংসাব অসি পূমথা থাদোক্তুনা চীংদা উমং-ব্রামংদা লাই নীংদুনা নৎত্রগা যোগনচিংবা তৌদুনা লৈখিবগী মওংসি শান্তগী ব্রাখল নত্তে। মসিদি সাহিত্যগা হায়বদি বসকা মবী লৈনদ্রে। প্রহ্লাদ, ধ্রুব, কম্ব, বিশ্বামিত্রগী থম্মোযগী ইহুলদা বস অসি যাওদ্রি। অমবোমদা অমুক কলিঙ্গগী লান লোইবকপদা পাক্তক্লবা ঈখেঙ মবক্তা মীশাগী উঙাম উবদা পূংহন হনখিবা অশোককী ইহুল অদুসু করুণানি—মিনুংশি। অদুনবু করুণাগী শক্তম লৌবিবা 'বুদ্ধম্ শবণম্ গচ্ছামি'দা লায়না চঙজখিবা ওন্মীবনি। মসিদি করুণগী ব্রাফমনি। শান্ত বসতি পূক্লিংগী ফীভম অমনি। মহাভাবত লাল লোইবকপদা নিংথৌ ওইববা যুধিষ্ঠীবগী পূক্লিংদা

'কবি কান্নবি' হায়বা ৱাখল অমা ফাওবকপসি 'শান্ত'নি। অসিননি নৈন-মীওই খবনদি *মহাভারত*কী মপুং ওইবা বস অসি শান্তনি হায়না লৌনবিবা। সংসাব থাদোক্লুনা পুন্সিগী মবী থদংনবদা বস অসি য়াওদ্রি। সংসাব অসিদা লৈনা লৈনা সমাজগী জীব ওইনা ওইনা মচি য়াওদ্রবনি হায়না ফাওবকপা মওংগী ফীভম অদু সাহিত্যগী শান্ত বস ওইগনি। বস হায়বসিমক্তবু ভাবোক্তা ফাওবকপা নুংঙাইবদুনি। সাহিত্যগী বসতি সাহিত্যগীনি।

## ১০। বাৎসল্য রস

মচা নুংশিবগী ভাবনা স্থায়িভাবনি। আলম্বন বিভাবনা অঙাং হায়বদি মচানা ওই। অশেংবা মচা অপোকপা অঙাং ঙাক্তা ওইগনি হায়বগী ৱা লৈতে। মপা-মমাসু মপা-মমামক ওইদবা য়াই। লৈনবিবা মবী অদু মচাগা মপা-মমাগা অনীগী মবক্তা ওইববা, য়াবে। শীংথাবিবদুদা মচাগা মমাগা অনীগী মবক্তা লৈবা নুংশিবগী মশক ওইববদি মীগী মশক নৎত্রবা ফাওবা য়াই। খূদম ওইনা খম্ব-থোইবীগী ৱাবীদা খম্বুনা খম্ববু মচাগুম নুংশিবা, লোযননা ঙাঙবা পান্দ্রোবা কাওনা খম্ব-খম্বু মচীন-মৌপ্পাবু নুংশিবগী শৈথা-শীংথাবা অসিসু বাৎসল্য বসতা চনগনি। মচা হায়বদি অঙাং নৎত্রগা অঙাংগী মশক ওইবা অদু আলম্বন ওইগনি। মপা-মমা শাবা অদুনা আশ্রয় বিভাব ওইনা অদুম্মক লৈবনি হায়বদি অঙাং অমদি মপা-মমাগী মশক পুবিবা পাত্রশিংনা আলম্বননি হায়বনি। অদুগা, নাক-য়েৎ অমদি ফিজেৎ-ফিজোলনা উদ্দীপন বিভাব ওইনি। আলম্বননা তৌবিবা অভিনয়শিং অনুভাবনি। হর্ষ, আবেগ, মোহ, শঙ্কা, গর্বনচিংবা ৱাখলগী ফীভম অসিনা সঞ্চাবি নৎত্রগা ব্যভিচাবি ভাব ওইগনি। মমা-মচা কেনবা, লাউনবা, নুংশিনা চৈবা, নিঙাই তৌবা পূম্নমক্তা বস অসি য়াওই।

বাৎসল্য বস অসিগী মশক অনী লৈ—সংযোগ (উনবা) অমদি বিয়োগ (কায়নবা)। খম্ব-খম্বুগী মবীদা অমদি কৃষ্ণগা য়শোদাগগী অঙাং ওইবিঙে নন্দগী মযূম গোকুলদা থেংনবা বাৎসল্য বস অসি সংয়োগ বাৎসল্য বসকী মনুংদা থমগনি। কায়নবগী মতাংগী মশক অমা য়েংসি। *হিজন হিবাউ* কাব্যদা হয়েং য়াম্থখিগদৌববা উজাউ অমগী মমানা অসুম্না তেংথাবি—

> পলেম ইমানা কৌবা ঈরোক লাইচম খুদিংদা কোয়না মিৎয়েং শানখৈববু তল্লা
> নঙগুম্ববু শাৎতরিয়ে ইমাদি তল্লা নমান্নবা কনা য়েংনা পানহৌরসিবনো পারী
> ইবুংঙো নঙবু ইমানা অল্লাং থাবা উল্লেন হীবু চঙহন্দা মালং নোংশিৎ য়ৈহন্দা
> থাম্বী মৈশা লাংহন্দনা তল্লা চাউথোইবা নঙবু নাউয়োকপদি শীংঙেন অরেম্বা

**লৈরাং অতিংঙাবু ওইরেদা ইবুংঙো নঙবু ইমানা তল্লা নতৌ করম্মা য়েংশিবনো হায়না পলেম উপী উরেন পোকপী মালেম তম্পাক লৈরেনহনবী পলেম মমাদো মিৎস্না থল্লান মানবা অনীমক্তা তরং লাইজ মরাঙহৌ পিরেম থকমা তা মিৎকোই লাইজ ঈফমতাউ চীংজুম লাইজা ঈক্ষুৎথোক্তুম কৌবা ঈ হৈথবগুম কোয়্নৌ নোং খোংবগুম মীকপথিয়ে।**

মতাংসিদা মচা ওইবা উপী উবেন অসি আলম্বন বিভাবনি; নাক-য়েৎনা উদ্দীপন বিভাবনি। মমা-মচানা তৌবিবা অমদি তৌখিবা শীংথাবা অসিদগী অনুভাবকী শব্দক ফংবনি। মমানা তেংথাবিবা মমীৎতা মপি শীন্থবিবা অসিনচিংবশিংসি অনুভাব ওইগনি। আবেগ, স্মৃতি, উন্মাদ অসিনা ব্যভিচাবি ওইবনি। ময়াম অসিনা পূনশিল্লগা 'সন্তান প্রেম' (নৎত্রগা অপত্য স্নেহসু হাযনৈ) হাযবা স্থাযিভাব অসি হৌদোক্লবনি। বাৎসল্য বসনি। বস অসিদা কাযনবগী নুংঙাইতবা মশক অমা হকথেংনবি। অসিগুম্বা মওংগী অসিবুনি বিয়োগ বাৎসল্য বস হাযবিবসি।

## ১১। ভক্তি বস

পামজবা থাজজবা ঈশ্বব অমগী মফমদা থমজবা ভক্তিগী নুংঙাইবা পূক্লিংগী ফীভম অদু ভক্তিনি। কথোকপা, চঙজবা, লোযননা মহুত্তা কবিগুম্বা মখলগী মপান্থোংগী ওইবা কান্নবা অমগী অপাম্বা থম্মুদবা ঈশ্বব মহাক্তা নকশিন্নবা নৎত্রগা মঙোম্দা তিঞ্জবগী মওং অমদা নুংশিজবদুনি। খূদম অমা, কবি শীতলজিৎনা লাউজবি—

**নন্দগী মচা কৃষ্ণনা**
**লোৎলল্লেদো ময়েক্তি**
**রাধাগীনি হায়দুনা**
**লোৎলমাল্লে ময়েক্তি**
**মানা ওজা ওইরদি**
**তাকপিনবা লৈতেনে**
**মপূং ফানা কনাসু**
**তম্বিববু ঙম্মোইনে**
**চঙজরগে মঙোম্দা**
**কৎলগেনে পুন্সিসে—**

**লাউজরগে কন্নবু**

**থৌজান্নবা ঐহাকসে।**

**('রাধাগী পূক্লিং হূনবা')**

মফমসিদা 'কৃষ্ণ' ঈশ্বরগী মফমদা লৈবা নুংশিজবা অসিনা স্থায়িভাবনি। কৃষ্ণ (অমদি রাধা)না আলম্বন বিভাবনি। ঈশ্বরগী মতীক-মগুণ ময়েক লোৎতুনা থম্বা, ওজা ওইগদবা, অতৈনা ঙমদবা অসিনচিংবা শীংথারিবসি উদ্দীপন বিভাব ওইগনি। কবিনা হায়জরিবা, চঙজরিবা, লাউজরিবা অসিনা অনুভাবনি। দীনতা, হর্ষ অমদি গর্বগী ইহুল অমা ফাওরিবসি সঞ্চারি ভাবনি। ভক্তি রস তান্না ফূকৎলবনি।

## রসকী ফীভম

### রস নিষ্পত্তি

'রস য়াওদনা করিগুম্বা অমত্তা থক ওইদে'—'নহি রসাদৃতে কশ্চিদাপ্যর্থঃ প্রবর্ততে।' (*নাট্যশাস্ত্র*, ৬/৩২) হায়না লাউথোক্লকম্বা ভরত মুনিনা রস সম্প্রদায়গী হৌদোকপা নৈন-মীওই ওইফম্মক থোকই। মাগী মতম অসিদগী (১বা/২শুবা চহীচা) সম্প্রদায়গী শক্তম অসি লৈরবদি নত্তে; কোন্ননা তুংদা লাকপশিংনা নৈনবা অমদি খণ্ডবা—খণ্ডহনবা নুংঙাইনবা লৈহনখিবনি। পাণিনিনা মাগী *অষ্টাধায়ী* (চাউরাক্না খৃ. মাঙ চহী ৬০০/৫০০ দা ইরবনি হায়না লৌনৈ) লাইরিক্তা শিলালি অমদি কৃশাশ্ব অনীনা ইবা নাট্যসূত্রগী ব্রা পল্লি। মসিনা তাকপদি ভরতকী মমাঙদসু নাট্য হায়বদি কাব্য নৈনবগী লাইরিক ইনরে হায়বসিনি। অদুবু পল্লিবা লাইরিকশিংদু ঙসি ফাওবদি ফংনদ্রি। করি করি য়াওবগে খঙনদ্রি। ব্রাফম অমসু লৈরি। রাজশেখরনা মাগী *কাব্যমীমাংসা*দা নন্দিকেশ্বর হায়বা মীওই অমনা রস অসি ইহান হান্না শেমদুনা লিংখৎলি হায়না পল্লি। মসিমসু ঙানি ঈশিংনি খঙনদনা লৈরি। অদুনা ভরতনা রসকী ব্রাফম ইহান হান্না হৌদোকই হায়না লৌবা তারি।

ভরতনা নাটককী মরুওইবা মচনদি রসনি হায়না উৎলি। 'আত্মা' হায়বা ব্রাহেসি পন্দুনা থব্রায়নি হায়না হায়রমদে হায়বতনি লীলাগী লমথুংদি ভাবোকপু নুংঙাইহনবনি হায়বদি রস পীবনি হায়বসি ময়েক শেংনা উৎলি। *নাট্যশাস্ত্র*গী তরুকশুবা অমদি তরেৎশুবা অধ্যায়দা রস অমদি ভাবকী বৈজ্ঞানিক ওইবা মশক নৈনরম্মিবসিদি কনা অমত্তনা য়াদবা তৌদ্রি। নোংপোক্কী সাহিত্য নৈনবগী লমদাংদা চাউরবা যূম্ফম অমনি। লীলাগী পোৎচঙ-পোৎলম ময়াম অসিনা অরোইবদা পীরিবসি

নুংঙাইবনি; হায়বদি বসনি হায়বা শেংনা উৎলবনি। কাব্য অসিবু মীওই (কাব্যপুরুষ) ওইনা শক্তাক্লম্বা বাজশেখরনা মাগী *কাব্যমীমাংসাদা* চপ চানা, লাউথোকপদৌনা হায়বে—ব্বাহে অর্থনা হকচাং ওই অদুগা বসনা আত্মানি—'শব্দার্থৌ তে শবীবং বস আত্মা।' ব্বাফম অসি অভিনবগুপ্তনচিংবা মায়চৌ কয়ানা শৌগৎলে। ব্বাফম অসিমক হায়বগী মওং খবা খেন্নবা, বিশ্বনাথ কবিবাজনা বস চেনবা ব্বাহৈপবেংদু কাব্যনি—'বাক্যংবসাত্মকং কাব্যম্' (*সাহিত্য দর্পন*) হায়দনা লাইখায় তাবে। বস অসিনা থব্বায়নি হায়বনি। সংস্কৃত কাব্যশাস্ত্রগী ঈচেলদা অবোইবা মায়চৌনি হায়না লৌনবিবা পণ্ডিতবাজ জগন্নাথসু থব্বায়নি হায়বগী কাঙলূপতা তোংবনি। মানা খ্বাইদগী মরুওইবা মচলনি হায়না লৌবিবা 'বমনীযার্থ'—'বমনীযার্থ প্রতিপাদকঃ শব্দঃ কাব্যম' (*বসগঙ্গাধব*) অসিনা ফোঙদোক্লিবসি ভবতনা হায়খিবা বস অদুনি।

বস কাঙলূপ (বস সম্প্রদায)না কন্না লাইখায় তানা ফোঙদোক্লিবসি বসনা কাব্যগী আত্মানি হায়বসিনি। বস হায়বিবসিদি কবি পোৎনো? ভবত মুনিনা যাম্না শম্না অমদি তেন্না হায়বনি—'তত্র বিভাবানুভাবব্যভিচাবিসংযোগাদ্রসনিষ্পত্তিঃ' (*নাট্যশাস্ত্র*, ৬/৩১) হায়বদি, বিভাব, অনুভাব, ব্যভিচাবিভাব তিন্নবগা বস থোকই হায়বনি। থংনবা পবেংশিংদা মসিগী অচম্বা মযেক শেংবা খূদমসু পীবম্মী—'নানা ব্যঞ্জনৌষধিদ্রব্যসংযোগাদ্রসনিষ্পত্তিঃ তথা নানা ভাবোপগমাদ্রসনিষ্পত্তিঃ। যথা হি গুডাদিভির্দ্রব্যৈর্ব্যঞ্জনৈবোষধীভিশ্চ ষড় বসা নির্বর্তন্তে, এবং নানা ভাবোপহিত অপি স্থাযিনো ভাবাবসত্ব মাপ্নুবন্তি।' (*নাট্যশাস্ত্র*, ৬/৩১) হায়বগী অর্থদি—অযাম্বা এনশাং মথেল, অখাবা অথুম্বা মযামগা তিন্নদুনা চাবদা মহাউ ফংবা অদুমক্কুম্না মখল মখাগী ভাবশিংনা তিল্লগা বস থোকপনি। চুহী চিনিনচিংবা পোৎ মযাম, এনশাং মথেল অমদি অখাবা অথুম্বা কযানা পূল্লগা তোঙান তোঙানবা মহাও তব্দক থোক্লকপগুম ভাব মখল কযাগা তিন্নবগা স্থাযিভাবশিংনা বসকী মশক লৌবকই।

অসিগুম্বা বস অসিবু পূক্লিংনা মহাও তংবা 'আস্বাদযন্তি মনসা' (*নাট্যশাস্ত্র*, ৬/৩২) অসিবুনি ভবতনা নাট্যবস হায়বদি কাব্যদা হায়বগা, কাব্যগী বস হায়বিবসি। শম্না নুংঙাইবা হায়বনি। নুংঙাইবিবা মনুংঙাইতবু লোক অসিগী নত্তবা, অলৌকিক ওইবা, চাক লাম্বদা চাবগা, ওল্লাংবদা হুমাই হুন্নগা নৎত্রগসু ধন-লন ফংবদা নুংঙাইবিবা অদু নত্তবা নুংগী ওইবা আত্মাগী ওইবা মনুংঙাই অদুবু হায়বনি। *সাহিত্যদর্পণ* ইবা বিশ্বনাথ কবিবাজগী লোন্দাদা হায়বগা বস অসি অসিনি—

**সত্ত্বোদ্রেকাদখণ্ডস্বপ্রকাশানন্দচিন্ময়ঃ।**

বেদ্যান্তরস্পর্শশূন্যো ব্রহ্মাস্বাদ সহোদরঃ।
লোকোত্তরচমৎকারপ্রাণঃ কৈশ্চিত্ প্রমাতৃভিঃ।
স্বাকারবদভিন্নত্বেনা য়মাস্বাদ্যতে রসঃ।।

হায়বদি, কবিবাজ অসিনা দর্শনগী অকবা ৱাখল অমগা লোয়ননা তাকপা পাম্মিবসি--মযামগা মান্নদবা মীওই খবনা (ভাবোকপুনি) নুংঙাইবা অমা হকথেংননৈ। হকথেংনবিবসি 'বস'নি। পূক্নিংদা সত্ত্বগুণ অসিনা মবাঙ কায়বক্লবা মতাংদা হকথেংনবকই। হকথেংনবিবা অসিদি মচেৎ তাহনবা য়াদবা মশা মতোমতনা ফোঙদোকচবকপা, নুংঙাইবগী মশক ওইবা অশেংবা (পোৎয়ান য়াওদবা কোনশেং হাযবনি) মশক অমনি। হকথেংনবিবা মওং অসি কবিগুম্বা শকখঙবা পোৎলম অমনা শোকপা যাবা নত্তে; আত্মামক্তা শকখঙনবগুম্বনি; মপোক অসিগী নত্তবা চমৎকাব অমনি; জ্ঞান লৈবিবা মীদুনে জ্ঞাননে অদুগা জ্ঞাননা খঙগদৌবিবা পোৎ অদুনে মসিদা খেন্নবা উবক্তে, আত্মামক্তা হকথেংনবগী হায়বদি ব্রহ্ম হকথেংনবগী নুংঙাইবা (ব্রহ্মানন্দ) অদুগুম্বনি। শমজীন্না হায়ববদা পূক্নিংদা হকথেংনবা অলৌকিক ওইবা মনুংঙাই অদুবুনি।

'বস' হায়বিবা ৱাহে অসিমক্তি যাম্না চম্বা মওংদা মহাওগী অর্থদা লৈবকপনি। বেদ-সাহিত্যদা সোমবসকী অর্থ হাযবদি মহাওগী মওংদা লৈবম্মী। মতুংদা দর্শনগী ওইবা চাইগোযনুং অমদা পুশিল্লকখিবনি। *তৈত্তিবীয উপনিষদ* তা বস অসি অসুম্না শীংথাবকই--'বসৌ বৈ সঃ, বসংহ্যেবায়ং লব্ধ্বাऽऽনন্দী ভবতি'—হাযবদি লাই হকথেংনবগী মওং অদু বসনি; বস অসিবু ফংজবদা আত্মানা নুংঙাইজৈ। মসিদসু নুংঙাইবগী অর্থদা আত্মানা হকথেংনবা মনুংঙাই অমগী মওংদা শীজিন্নবনি। কাব্যগী ওইবা বসসু নুংঙাইবনি অদুগা ঈশ্বৰমক্তা হকথেংনবগী মনুংঙাই অদুদগীদি তোপ্পী। কাব্য পাবদা থম্মোযদা হকথেংনবা পূক্নিংগী নুংঙাইবা অদুবুনি। ভবত মুনিদগী হৌনা লৈবকখিবা ঙসি ফাওবা লেঙদনা লৈবিবা বস অসিনা সাহিত্যগী থৰায়নি হাযনা লৌবা অমদি যাবা মীওই কাঙলূপ লৈ। কাঙলূপ অসিবুনি বস সম্প্রদায় হাযনা খঙনবিবা। কাঙলূপ অসিগী নৈন-মীওইশিং অসি অকক্লবা মতম অমগী মনুংদা চোম্লপ ওইনা পূন্না লৈবা নত্তে। ১বা/২শুবা চহীচাদগী হায়বদি ভবত মুনিদগীনা ১৮শুবা ফাওবা, মতুংদা অমুক ঙসি ফাওবদা লৈবিবনি। সম্প্রদায় অতৈগীসু অদু মঙায অমদগী মতম অমদা হৌপ্লগা কুইনা শাংনা চহীচা মথং মথং ফাওবা চথবনি। অকক অকক্লবা মতম খাযদোক্লুনা য়াখোক্লুনা থম্বা নত্তে। অয়াম্বনা শৌগৎপা পথাপ

অদু য়েংলগা সম্প্রদায় অমদা থম্বগী ৱানি। অসিদগীনি সম্প্রদায় অমদসু য়াওবা অতোপ্পা অমদসু মমিং অদুম্মক পনবা মায়চৌ খবা লৈবক্লিবা। মওংবু, মায়চৌ আনন্দবর্ধন (৯শুবা চহীচা) অসি রস পথাপ য়াবা মীওইনি। ধ্বনি পথাপসু হৌদোকপনি। অদুগা মাবু সম্প্রদায় অনীমক্তা অদুম নৈনবা য়াওহল্লি। তৌবগীসু সম্প্রদাযশিং অমদি সিদ্ধান্তশিং অসি মৈ-ঈশিং চঙবা য়াদবমখৈ ঙমখৈ ল্যানশিন্নবা যাদবা, অমগা অমগা য়েক্লবগী লীচৎ চৎনবগী মওংদা লৈবা নত্তে; পূন্নমক অমগা অমগা মবী লৈনৈ; মবী মবী লোইনা শম্নৈ; লোয়নননা অমগা অমগা মব্দপ ওইনা তেংবাংনৈ। পূন্নমক্লা ভাবতকী ওইবা সাহিত্যগী শক্তম (concept) শাগৎপদা কায়াৎ ওইনা অদুম্মক লৈনৈ, হেন্না মরুওইনা লৌনদবগীনা ৱাফম অমনি।

বাদশিংঃ

হৌজিক ফাওবদা মপান-মবা চেৎনা তাপ্তবা মশা-মবেংনা পাক-শল্লবা রস সম্প্রদায অসিগী মনুং অসিদা, মসিগী মরু লেম্ফু ওইনা লৈবিবা ভবতকী রসসূত্র হায়না খঙনবা অশূপ্পা ৱাবোল—'বিভাবানুভাবব্যভিচাবিসংযোগাদ্রস নিষপত্তিঃ'— অসিবু অর্থ হনবগী মতাংদা যূম্ফম ওইবা বাদ মবিশক লৈবি। সূত্র অসিদা পল্লিব 'সংযোগ' হাযবা পদ অসিগা 'নিষ্পত্তি' হাযবিবা অসিগা অনী অসিগী অমমমগী অর্থ তোঙান তোঙান্না লৌবা মীওইশিং থোক্লকই। চপ হেক চাবা অর্থমক্কী মওংসু নৎত্রি ৱাপু হাযবদুনি। পদ অনী অসিদা পুবা পাম্মিবা ৱাফম হাযবদি ৱাপু হাযবনা হেন্না মওং চাবা লৈ।

ভবত মুনিনদি মাগী সূত্র হাযবদি অশূপ্পা পবেংদা পদ অনী অসিগী ব্যাখ্যা চম্না তৌবম্মনি। এনশাং মথেল অমদি অখা-অযাক-মনা-মশীং (ঔষধ) মযাম অসি পূনশিল্লগা রস থোকপগুম চুহী চিনিনচিংবা পোৎলমশিং এনশাং অমদি ঔষধশিং পূল্লবা অহাউবা মহাও অমা থোকপগুম ভাব কযানা—হাযবদি বিভাবনচিংবা পূনশিল্লগা স্থাযিভাবকা তিন্নবদগী নাট্যরস মপূং ফাই হাযনা শন্দোক্লা তাক্লম্মনি। মতাং অসিদা মানা 'নিষ্পত্তি'গী অর্থ অসি শেম্মবা পোৎলম অমা নৎত্রগা ওইবক্লবা পোৎলম অমগী শক্তম অমা ফংবগী ৱাপু অমদা পুজৈ। 'সংযোগ' হাযবসিগীনা, ভবতনা ইবম্বদা, মথেল মখলমখলগী এনশাং পূন্না চাবদা মীনা হাউই অদুগা নুংঙাইবা অমা ফাওই অসুম্না ভাব মখল কযা ফোঙদোকপা অভিনযনা পূল্লবা স্থায়িভাবশিংগী মহাও হকথেংনবকই অদুদা নুংঙাইবকই হাযবসিনি। হায়বদি 'সংযোগ'কী অর্থ অসি

স্থায়িভাবকা ভাবশিংগা পূনবনি অদুগা নিষ্পত্তিনা মহাও হুক্কথেংনবা নংত্রগা ফংবগী ফীভম অদুনি। নিষ্পত্তি' ব্রাহেগী মশাগী অশেংবা অর্থসু নিস্ + পদ (ফংবা) + ক্তিণ্ = মপূং ফাবা মওংদা ফংবা ফীভম হায়বনি। শয়া হায়রবদা ভরত মুনিনা লৌরম্মিবসি বিভাব, অনুভাব অমদি ব্যভিচারি (সঞ্চারিসু কৌই) ভাবশিংগা স্থায়িভাবকা পূল্লগা রসকী ফীভম ফংই হায়বনি। ভরতনা ইরম্বনি—'নানাভাবোপহিত অপি স্থায়িনো ভাবারসত্বমাপ্নুবন্তি' (*নাট্যশাস্ত্র*, ৬/৩১) হায়বদি অয়াম্বা ভাব মখলশিংগা তিন্নরগা স্থায়িভাবশিংনা রসকী মশক ওইরকই, অসিদনি। অদুবু মতুংগী চহীচাশিংদা লাকপা নৈন-মীওইশিংনা তোঙান তোঙানবা ব্রাপু পুথোক্লরকই, অর্থ মখল মখলগী ওইনা হল্লকই। ব্রাপু ব্রাপুগী ওইবা অমগা অমগা মান্নদবা অর্থ মহল অসিবু বাদ হায়না খঙনৈ। বাদ অসি ইংলিশতা Interpretation হায়না হন্নে। হায়রিবা বাদ অসি মখল মরি লৈ—১। উৎপত্তি বাদ, ২। অনুমিতি বাদ, ৩। ভুক্তি বাদ অমদি ৪। ব্যঞ্জনা বাদ।

১। উৎপত্তি বাদ—ভরতকী রসসূত্রবু ইহান হান্না ব্রাপু অমদা অর্থ হল্লম্বসি মায়চৌ ভট্টলোল্লট (চাউরাক্লা ৯-১০শুবা চহীচা)নি। পণ্ডিত অসিগী মোৎতা, মরুওইনা রস অসি লীলাগী নায়ককা মরী লৈনৈ। মওংবু খম্বনা থোইবীবু নুংশিরে। থোইবীবু উবদা মাগী থম্মোয়দা শুম্মৎপগী ব্রাখল ফাওই মদুনা চান্নবা নাক-য়েত্তা অসুম য়োকখৎলকপনা নুংশিবগী শক্তম অমা ওইরকখি। থৌদোক অসি লীলাদা ঊৎলি অদুগা মসিগী অভিনয় ফম্বাক্তা তৌই। মপূং ওইনা খম্ব-থোইবীগী ফীভমশিংদা পোকখিবা রস অদু মতৌ তম্মিবা পাত্রদসু পোকই। রস পোকপগী থৌওং অসিদা বিভাব, অনুভাব, সঞ্চারি ভাব অসি পূনশিল্লগা মরম ওই। স্থায়িভাব অসিবু ভাবোক্কী থম্মোয়দা ফুক্কৎলকপগী থবক অসি বিভাবনা তৌই অনুভাব হায়বসিনা পোক্লবা রস অদু অনুভব তৌহল্লি, হায়বদি হকথেংনহল্লি। সঞ্চারি ভাব হায়বসিনা মতম-মতাং মতাংগী ওইনা ঙাইহাক্তমক লৈরম্মগা মাঙখিবা অদুগা মদু লৈবদগী স্থায়িভাবপুদি ময়েক শেংহনবা অদুগুম্বা ভাবনি। হায়রিবা ভাব অহুম অসি পূনশিন্নবদগী রস অসি পোক্লকই হায়বদি রসকী উৎপত্তি ওইরকই হায়না হায়রম্বনি। লোল্লটকী মোত মতুংইন্না বিভাবনা রস পোকহল্লি অদুগা রসকা বিভাবকসি উৎপাদ্য (হায়বদি পোখোক ওইরিবা পোৎ—রস) গা উৎপাদক (হায়বদি পোখোক থোকহল্লিবা, মরম ওইরিবা—বিভাব) অনীগী মরী লৈনৈ। অনুভাব অসিনা রস লৈরে হায়বসি ঊৎথোকপা মচল অমনি। সঞ্চারিনা রস ময়েক শেংনা শৌগৎলে। অদুনা রসকা সঞ্চারিগসি পোখোক্কা শৌগৎপগা অনীগী মরক্তা লৈবা মরী অদু লৈনরে। মসিদগী

খণ্ডলিবনা বিভাব, অনুভাব অমদি সঞ্চারি ভাব অহুম অসি রস পোকহনবগী তোঙান তোঙানবা মরম ওইনা লৈ। অদুনা ভরত সূত্রগী 'সংয়োগ' অসি মওং অহুম থোক্লা লৈরে; লোয়ননা রস নিষ্পত্তি হায়রিবসিনা রস পোকপনি হায়না লৌরে। মরম অসিদগী ৱাপু অসিবু উৎপত্তি বাদ হায়না খঙনবনি। ভট্টলোল্লটনা থাজরিবসি অশেংবা রসতি নহানৱাইগী অশেংবা খম্ব-থোইবী অদুদা পোকপনি। মখোয়গী মতৌ লীলাদা পাত্রদা মদুগী মমি তম্বনি হায়বদি উবনি (রসকী প্রতীতি) হায়বসিনি। মঙাল উবগী ৱাফমনি।

লোল্লটকী ৱাপু অসিদা নুংঙাইতবা, খ্বাইদগী চাউবা, ৱাফমদি অশেংবা রসতি অশেংবা খম্ব-থোইবীগুম্বা লীলাদা মতৌ তম্নবগী মশক ওইরিবা মীওই অদুদা পোকখিবনি হায়বসিনি। মথংদা অমুক লীলাদা শক্তম লাংলিবা অদুদা রসকী মঙাল লৈবগী ৱা অসিনি। মসিদা ভাবোক হায়বদি অপাবা মীগী ৱাফমদি ইপনমক পল্লমদরে। তশেংবদি লীলাদা নৎত্রগা কাব্যদা পারগা নুংঙাইজরিবদি হায়বদি রসকী মহাও লৌজরিবদি ভাবোক নৎত্রগা অপাবনি। নুংঙাইহন্নবা হোৎনরিবা পাম্বৈনা লীলানি হায়বদি কাব্যসুনি। অশেংবা খম্ব-থোইবীদুগী অৱা-নুংঙাইদুগা কাব্যগী অপাবগী থম্মোয়দা পোক্লিবা রস অসিগা মওংসু মান্নদে মশকসু খেন্নে। মরী লৈনদে। রস পোকফম ওইরিবা অপাবা নীংশিংদবসি হৌনদে। অশেংবা খম্ব-থোইবীদগী হৌরগা মতৌ তম্মিবা লীলাগী মীওই ফাওবদা শন্দোকপা রস অসিদি কাব্যগী রস ওইবা য়ারোই। খম্ব-থোইবীগী মনুংঙাই অদু শক্তম লাংলিবশিং অদুদা মঙাল ফাওগে ফাওসনু ফাওরোই তোকসনু মদু অপাবগী রসকা মরী লৈনদে। কাব্যগী ওইবা অশেংবা রস হায়বদুদি অপাবগী নুংদা হকথেংনজগদবনি। নৎত্রবদি কাব্য নৎত্রগা লীলাগী কান্নবা করিসু লৈররোই।

ভট্টলোল্লটনা পুরিবা ৱাপু অসি মখাগী অসিনি হায়না থম্বা য়াই—

ক। সংযোগকী অর্থদি ভরতনা পুরিবা অর্থদুগা হায়বদি স্থায়িভাবকা বিভাবনচিংবশিংগা তিন্নবা নৎত্রগা পূনশিনবা।

খ। অশেংবা রসতি মতৌ তমগদৌরিবা মী (অশেংবা খম্ব-থোইবীনচিংবা)দা পোকখিবা।

গ। লীলাদা মতৌ তম্মিবা, শক্তম লাংলিবশিংদা উৎথোকপা।

ঘ। নিষ্পত্তি হায়বদি পোকপা, উৎপত্তিনি হায়বা।

২। অনুমিতিবাদ—মায়চৌ শঙ্কুকনা (চাউরাক্লা ৯শুবা চহীচা) ৱাফম অমরোমদা

পুবগা শন্দোক্লা অর্থ হল্লস্মী। দর্শনগী ওইবা পথাপ অমদা যুম্ফম ওইবা ৱাপু অমনি। বস অসি মানা ইনৎ নত্তবদা মান্নি হায়না লৌবা, ৱাখলগী থৌওংগী হীবম অমা ওইনা লৌই। অয়েকপা শগোল অমবু অয়েংবনা অশেংবা শগোল অদু ইনৎ হেক নত্তবদা, শগোলমক্কি হাযনা লৌই। অসুম্না ফম্বাক্তা শক্তম লাংলিবশিংনা (এক্টব) নীংথিনা হৈশিংনা মান্না অশেংবা মীওইগী (হায়বদি নহানৱাইগী খম্ব-থোইবীগী) মতৌ তমদুনা অভিনয় (এক্টিং) তৌবদগী মখোয়বু নহানৱাইগী অশেংবা মীওইদুনি হাযনা ভাবোক্লা লৌবকই। দর্শনগী ৱাখল্লোন্দা অয়েকপা শগোলগী ওইবা অচুম্বা—হায়বদি চিত্রতুবঙ্গন্যায—হায়বসিগী মথৈ অমদা শঙ্কুকনা হায়বিবনা অয়েকপা অদুবু অশেংবা শগোল ওইনা লৌবগুম অশাবা মীওইশিং অদুবু অশেংবা ওইনা লৌবকই। মসিদা ভাবোক্লা নুংঙাইজে। মনুংঙাই অসিগী মওংগী মতাংদা আলোচক অসিনা হায়বিবনা অমুক, নহানৱাইগী অশেংবা মীওই (হায়বদি খম্ব-থোইবীগুম্বা) অদুদা লৈখিবা অশেংবা বস অদু মতৌ তম্মিবা পাত্রশিংদসু লৈবে হাযনা লৌই। অযেংবনা বস অসিবু ৱাখলনা লৌবা—হাযবদি অনুমান—অসিগী পাম্বৈনা লৌশিন্দুনা নুংঙাইজবনি অসিনি। মায়চৌ শঙ্কুককী লোন্দাদা হাযবগা—

> কাব্য পথাপ, মহৈ-মশিং অমদি ঔরাইবদগী (কাব্যানুসন্ধান, শিক্ষা অমদি অভ্যাসতগী) ফোঙদোক্লিবা থৌওং (অভিনয়)না নটনা উৎলিবা অশেংবা নৎত্রগসু অশেংবনি হায়না খন্নরিবা, বিভাবনচিংবা ৱাহৈনা হায়বা মবম (বিভাব), থবক (অনুভাব) অমদি তেংবাংবশিং (ব্যভিচারিশিং)গী পূনশিল্লবা, হায়বদি ফংলবা ফংহল্লিবা ৱাখল (গম্য-গম্যক-ভাব)না ভাবনা শাবা ওইজববসু নীংথিবা হায়বা পাঙ্গল (সৌন্দর্য্যবল)গী মতেংনা মহাও তংবগী হীরম ওইবদগী অতোপ্পা ভাবনা শাবা অর্থশিংদগী তোঙানবা লেঙদবা ওইবা য়াবা রতি অসিনচিংবা ভাব লৈত্রবা ফাওবদা ভাবোক্কী সংস্কারনা মহাও তংলবা রসনি হায়না কৌনে।

তশেংনা শঙ্কুক্লা ইবম্বা লাইবিক্তি ফংনদ্রি, লৌথোক্তুনা হন্দোক্লিবা মোত অসিদি অভিনবগুপ্ত অমদি মম্মটকী লাইবিকশিংদা পল্লম্বদগী লৌবনি।

আলোচক শঙ্কুকনা মথক্কী বাদকী, ভট্টলোল্লটকী মোৎপু ককথৎলগা সংযোগকী অর্থনা ফংলবা—ফংহল্লিবা ৱাখল ওইনা লৌই অদুগা নিষ্পত্তিগীনা ৱাখলনা লৌবা (অনুমিতি) ওইনা। মাগী মতুংইন্না লৈবিবা ৱাফমসি অশেংবা মীওইদা লৈখিবা বস অদু মতৌ তম্মিবশিংদসু লৈবে হায়না লৌবগা ভাবোক্লা ৱাখলনা

লৌশিঞ্জদুনা নুংঙাইজবনি হায়বসিনি। অদুনা ভাবোক্লা অভিনেতাদা নায়ক হায়বদি অশেংবা খম্ব-থোইবীগুম্বগী মগুণ পুম্নমক্কু ৱাখলনা শাদুনা লৈবে হায়না লৌজবনি হায়বনি। অনুমান—ৱাখলনা লৌবা হায়বসিনা শঙ্কুককী ৱাপু অসিগী যুম্ফমনি। অনুমিতিবাদ হায়না থোন্নবিবসিনি।

শঙ্কুকনা বস অসিবু, ভবতনা লৌখিবগুম, মহাও তংবা নৎত্রগা লৌবা ওইনা লৌই। ভাবোক্লা মসিবু মশাগী বাসনাগী মওংদা লীলা য়েংবদগী ফংজবনি হায়বগী ৱাফম্নি।

মতাংসিদা খনবা, খন্নবা যাবিবদি শঙ্কুক্নসু বস অসি অশেংবা মীওই, খম্বা অশেংবগুম্বদা লৈবনি হায়না লৌবি। কাব্যবসকী মতাংদদি অশেংবা খম্ব-থোইবীগী অশেংবা অৱা-নুংঙাই অদুগা মবী লৈনদ্রি। মদুনা মখোযগী লনাইগী ৱাফম্নি। লোযননা শঙ্কম লাংলিবা অসিনা ফংলুবগী হাযবদি ভাবনা শাদুনা হাপচিনবগী ৱা অসিসু থোইনা মবী লৈনদে। অসিগীসু মথক্তা অমুক, ভাবনা শাদুনা লৌজবা অনুমান তৌবা হাযবসিমক্তসু নত্তবা ওইদবদা থাজকুবগী ৱাফম অমা লৈবি। অদুগা সাহিত্যগী বসতদি 'নত্তবা'গী ৱাফম যাওদ্রি। ফংলিবা বস অসিদা অশেংবা শেংদবগী ৱাফম চঙদ্রি। বস চুপ্লিবদুমক অচুম্বা ঙাক্তনি। নত্তবদা ভাবনা শাবা হাযবসিদা অশেংবদু খঙলক্ত্রিমখৈদি নুংঙাইবা অদুগা অশেংবা ঙানি ঈশিংনি খঙলকপদা নুংঙাইবা মাঙখিবা য়াবগী মওং অমা লৈবি। অসিগুম্বা মওং অসিদি কাব্যবসতদি লৈতে। মসিদি নুংঙাইবা ঙাক্তনি। মপোকসিগী ওইবা অৱাবগী ৱাফম লৈতে। অদুনা মানা পুবিবা ৱাপু অসিসু মপূং ফাদ্রি।

শঙ্কুকনা পুবিবা অর্থ অসিদা মকওইনা মখাগী ৱাফমসি লৈ—

ক। সংযোগকী অর্থসি গম্য—গম্যককী মবী, ৱাখলনা লৌজবা—মওং হাযবদি অনুমানাত্; খ। বিভাবনা মবম (কাবণ); গ। অনুভাবনা থবক (কার্য); ঘ। ব্যভিচাবিনা তেংবাংবা (সহকাবী); ঙ। নিষ্পত্তি হাযবনা ৱাখলনা লৌজবা (অনুমিতি); অমসুং চ। বস অসি অশেংবা মীওই অমদি শক্তম লাংবশিংদা লৈবা; ভাবোক্তা চপ চানা যৌদবা ভাবনা শাদুনা লৈবিবা।

৩। ভূক্তিবাদ—চাউবাক্লা ৯শুবা চহীচাগী অবোইবা অমদি ১০শুবগীনা হৌবকপা (হাযবদি আনন্দবর্ধন অমদি অভিনবগুপ্তগী মবক্তা) মতাংদা লৈবম্বা, সাংখ্য দর্শনগী দার্শনিক ভট্ট নায়কনা মথক্কী অর্থশিং অসিবু যানীংদবা উৎলগা অতোপ্পা অর্থ অমা হল্লকই। মাগী লোন্দাদা হাযবগা, অসুম্না হন্দোকপা যাই—

> রস হায়রবসিদি লৌশিংনা খঙবসু নত্তে, পোকপসু নত্তে, কোঙলোকপসু নত্তে; করিগুম্বদা লৌশিংনা ফংবা (প্রতীতি) অসিনা লনাই মীওইগী ভাবানুভূতিনি হায়না লৌবা তায়রবদি করুণ রসতা অরাবা হকথেংনরগদবনি। অদুনা প্রতীতি অসি মী মশাগী লনাইগী ওইনা লৌবা মরম চাদে মরমদি সীতানটিংবসি ভাবোক্তী মশাগী বিভাব ওইবা য়াদে, মী অদুনা মতাংদুদা মশাগী নুপী ফাওবা নীংশিংনদে। ....অদুনা দোষ চেন্দবা অমদি গুণ অমসুং অলংকারশিং য়াওবা কাব্যদা (নৎত্রগা নাটকতা) অপাবগী মশাগী লনাইগী ওইবা অপাম-মিহৌগী অরাবা পূম্নমক কোকহল্লিবা বিভাবনটিংববু মরামগী ওইহল্লগা মশক (সাধারণীকৃত রূপ) লৌহল্লিবা, অভিধাদগী মতুংদা ওইরক্তবা ভাবকত্ব হায়বা থৌওং (ব্যাপার)গী মতেংনা ভাবিত ওইরবা রস অসিবু ভোজকত্ব থৌওংগী পান্থেনা হকথেংনজবনি (ভোগ তৌবনি।)

অভিনবগুপ্তনা মাগী লাইবিক্তা লৌথোক্কুনা পল্লম্বদগী লৌথোক্লবা য়াফমনি।

'ভোগ' হাযবিবসি অরাবা নৎত্রগা নুংঙাইবা হকথেংনবা হাযবনি। মশানা ফংজবা চাজবসু হাযবা য়াই। ভোগ তৌবগী য়াপুবোমদা হনবদগী ভট্ট নাযককী বাদ অসিবু ভূক্তিবাদ হাযনা খঙনৈ।

বাদ অসিদা আলোচক অসিনা কন্না হাযবিবসি বস অসি ভাবোক্লা হকথেংনজবনি নৎত্রগসু চাজবনি হাযবসিনি। মখা তাবকপদা মাযচৌ অসিনা অনৌবা য়াফম ওইনা কাব্যগী বস হকথেংনবগী মতাংদা ব্যাপাব হায়বদি থৌওং অহুমখক পুথোক্লি—অভিধা, ভাবকত্ব অমদি ভোজকত্ব। মসি বস ফংবা ফাওবগী লম্বেন্দা নুংগী ওইবা খোঙথাংগুম্বনি। অবিধা হাযবা থৌওং অসিদা য়াহৈগা অর্থগা খঙবনি। শম্না হাযববদা পাবনি অদুগা অর্থ খঙবনি। মথংদা ভাবকত্ব হাযবসিদা নাট্যদা শক্তম লাংলিবা মীওই অদু লনাই মীওই ওইনা লৌবগী মহুত্তা মশক-মমিং পানবা অপানবা নত্তবা ময়ামগী ওইবা ইচম চম্বা মীওই ওইবকপা হাযবনি। মসিবু মায়চৌ অসিনা সাধাবণীকৃত (মযামগী ওইহল্লবা) হায়না শীংথাই। হায়বদি, মওংবু, খম্ব-থোইবীগী উৎপা লীলাদা উবিবা খম্বা অমদি থোইবীসি নহানবাইগী ১৪শুবা চহীচাদা লৈখি হায়না থাজনবিবা অশেংবা অদু নত্তে; চুম্নগী নুংশিনবদা থরায় লূপ্পা পাখংগা লৈশাবীগনি হাযবগী নুংগী ওইবা থৌওংনি। অসুমাইনা অকক্লবা লনাইগী ওইবদগী মযামগী ওইবা খোঙফম অমা চঙশিনবসিনি ভাবকত্ব হায়বসিদা লৈবিবসি। অবোইবা থৌওংনা ভোজকত্বনি। মসিদা অযেংবা নৎত্রগা অপাবনা রস হকথেংনজে নৎত্রগা

চাজে। মতাংসিদা, ভট্ট নায়কনা হায়বিবদি, ভাবোক্কী মশাদা য়াওবা তামস অমদি বাজস গুণশিংসি নমথখি অদুগা সাত্ত্বিক ভাব অদু ফুক্কৎলকই। সাত্ত্বিক গুণ অসিনা হৌগৎলক্লবদা রস হকথেংনবকই নৎত্রগা চাবকই হায়না মাযচৌনা লাইখায় তাবি।

ভট্ট নায়কনা পুবিবা ৱাপু অসোমদা, 'সংযোগ'কী অর্থনা ভোজ্য (চাবিবা পোৎ) অমদি ভোজক (চাহল্লিবা নৎত্রগা চাবিবা) অনীগী মবীনি অদুগা 'নিষ্পত্তি'গীনা ভূক্তিনি হায়না লৌই। ভোজ্য-ভোজক অসি ভাব্য-ভাবক হায়নসু কৌই। হায়বিবসি অশম্বা মওংদা বিভাবনচিংবগা স্থায়িভাবকগী মবীনি।

ভট্ট নায়কনা শীংথাবিবা মকওইবা ৱাফম্‌—

১। বস হকথেংনবিবসি অপাবা নৎত্রগা অযেংবনি, হায়বদি নুংঙাইবা লৌবিবা নৎত্রগা ফংলিবসি ভাবোক্তি;

২। বস তান্না পুখৎপদা থৌওং অহুম লৈ—অভিধা, ভাবকত্ব অমদি ভোজকত্ব;

৩। মসিগী মনুংদা মযামগী ওইথোকহনবা—সাধারণীকরণ—হায়বা থৌওং অমগী শক্তম ইহান হানবা ওইনা পুশিল্লকই।

ভট্ট নাযকনা পুবিবা অর্থ অসিদা যাম্মক মকওইবদি বস হকথেংনবিবসি ভাবোক নৎত্রগা অপাবনি লোয়ননা সাধাবণীকবণগী থৌওং অমা লৈ হায়বসিনি। মনোবিজ্ঞানগী ওইবা অচুম্বা লৈবনা পূম্নমক্না যানৈ। তৌবতবু মানা শীজিন্নবিবা ৱাহৈগী ওইবা থৌওং হাযবদি ব্যাপাব অহুমগী মিংথোলগী মনুংদা অভিধা হায়বসিমদি হান্নদগী অদুম চৎনবক্লবা ওইবগা অনী—ভাবকত্ব অমদি ভোজকত্ব—অসিমদি পূমনৌ নৌনা মানা হেক্তা শেমজিনবনি হাযনা লৌনৈ। অনী অসিগী মতাংদদি তুংগী নৈন-মীওইশিংনা ৱা ওইনা তৌনদে।

৪। ব্যঞ্জনাবাদ—মসিবু কনাগুম্বনা অভিব্যক্তিবাদ হাযনসু কৌনৈ। ব্যঞ্জনা অমদি অভিব্যক্তি হাযবা ৱাহৈ অনী অসিদগী শেম্বনি। ৱাহৈ অনীসিগী মশাগী লৈজবা অমদি লৌনবিবা অথ অসি মান্নে। লৌনবিবা অর্থনা থক্তোবকপা অর্থ, হাযবদি হাযবনা অমা হাযবগা খ ওবনা অতোপ্পা অমা খঙবা হাযবনি। মসি ধ্বনি হাযবদুনি।

ভাবতকী কাব্যশাস্ত্রদা ধ্বনি পথাপকী চাউববা নৈন-মীওই ওইনা মফম কল্লিবা অভিনবগুপ্তনা (৯-১০শুবা চহীচা) ভবতকী বসসূত্রবু হেন্না পাকথোকপা অর্থ অমবোমদা পুবকই। মাগী মথক্তা লৈবিবা ৱাপু অহুম অসিবু সুকযামক য়ানীংদবা ফোঙদোক্লবা মতুংদা নৈন-মীওই অসিনা হায়বিবসি, বস অসিদি থক্তোবকপনি (ব্যঞ্জিত ওইবনি) হায়বসিনি। মানা হায়বদা অতাবা নৎত্রগা অযেংবা খূদিংমক্তা

নুংশিবা, অৱাবা, অশাউবনচিংবা বাসনা (পূক্লিংগী ইহুল) অসি তূমদুনা লৈবগুম লৈ। মসিবু suppression of emotion হাযনা হয়্নে। হায়বিবা বাসনা অসি মীপুম খূদিংদা সংস্কাবগী মশক ওইনা লৈবনি। মসিবুনি স্থায়িভাব হাযবিবসি। বিভাবনচিংবা ভাবশিংগী মতেংদগী স্থাযিভাব অসি শাফোঙলকই (অভিব্যঞ্জনা তৌবকই)। হায়বিবা স্থাযিভাব অসিদি মযামগী ওইনা লৈতাদুনা লৈবনি। থোৎপা নৌবা কলাগী নীংথিবা লৌশিনবা মতাংদা পোৎলম খূদিংমকপু ময়ামগী ওইবা মওংদা (সাধাবণ রূপ) অমদি মবী-মতাগী ৱাখল থৈদোক্লগা লৌশিল্লকই। মওংবু, লৈকোলগী লৈবাং অমদা যেংসি। লৈবাংদুগী নীংথিবা উবদা থম্মোযদা নুংঙাইবা ফাওই। মতাংসিদা পূক্লিংগী ইহুল কমদৌই? ইশাগী ওইনা খল্লগদি চঙশিন্দুনা হেকনীংগনি। মীগী নৎত্রগা য়েক্লবগী ওইনা লৌরুবগনা যেংনীংলোই থদৎনিংগনি। কনাগীসু কনাগীসু নত্তবগী ওইনা লৌরুবগনা লৈবাং অসোমদা পূক্লিং চঙলোই। লৈকোনগী লৈবাং উবগী মনুংঙাই অসিদা হাযবিবা ফীভম অহুম অসি হাযবদি ঐগী, য়েক্লবগী অমদি কনাগীসু নত্তবা মবক্কী হাযবা অসি লৈবা নৎত্রি। ৱাফম অসি *সাহিত্যদর্পণ* গী মায়চৌনসু ফোঙদোকই—

> **পবস্য ন পরস্যেতি মমেতি ন মমেতি চ।**
> **তদাস্বাদে বিভাবাদেঃ পরিচ্ছেদো ন বিদ্যতে।।**
>
> **(বিশ্বনাথ কবিরাজ)**

হীবম অসিদা কবিগুম্বা মবী অমদগী লৌশিনবা অমদি থাদোকপগী ৱা চঙদে। লৈবাংদি লৈবাংনি; নীংথিজবা লৈ। নীংথিজবা হায়বসিগী মহুৎ ওইনা লৈবনি। ললিত কলাগী মতাংদদি পূম্নমক্কী ওইবা ৱাখল অমা থম্মোয়দা অদুম্মক লৈ। অসিগুম্বা লীচৎ অসি অভিনবগুপ্তনা কাব্যগী বসকী মতাংদা পানশিনবনি। বসপু ফূক্কৎকদৌবিবা ভাব পূম্নমক ময়ামগী ওইনা পূম্নমক্তা লৈতাদুনা লৈবনি, অসিননি বস ফোঙদোকপা (অভিব্যক্তি) হাযবির্বসি। অভিনবগুপ্তনা পুবিবা অর্থগী মতুংইন্না, বস ফোঙদোকপগী মতমদসু হকথেংননা ভাবোক অদুনা মশামকপুসু ময়ামগী ওইবা মওংদা লৌজবকই। হকথেংনবা মতাংদা মা মশানা থম্মোয চেনবা (সহৃদয় হাযবদি ভাবোক) পূম্নমক্তা বস হকথেংনবগী ফীভম অসি মান্ননা লৈববনি হাযনা খল্লি।

অভিনবগুপ্তনা 'সংযোগ'কী অর্থ অসি ব্যঙ্গ্যব্যঞ্জকভাব (হায়বদি ফোঙদোক্লবা পোৎকা ফোঙদোক্লিবা পোৎলমগা অনীগী মবী) অমনি হায়না লৌই। 'নিষ্পত্তি'বুনা অভিব্যক্তি নৎত্রগা ব্যঞ্জনা ওইনা লৌই।

বস হায়বিবসি নুংঙাইবনি হায়বসিমা শেংলে। পুল্লিদা থোক্লিবা অৱা-নুংঙাইগী

থৌদোক অসি কাব্যদা হেক য়েক্লকপদা অলৌকিক ওইবগী মশক অমা শোয়দনমক লৌবকই। মসিদগী নুংঙাইবা ফোঙলকই। বসতদি নুংঙাইবগী নুংঙাইবা ঙাক্তনি; মপোকসিগী ওইবা নৎত্রগা সংসাবগী ওইনা লৈবা অন্নাবা অমত্তা যাওদে। থক্তোবকপা মঙালনা ফোঙদোকপগুম ফোঙদোকপনি হায়না থাজবা অভিনবগুপ্তগী ব্রাপু অসিনি। অভিনবগুপ্তগী মকওইবা ব্রাফমদি—

১। বস হকথেংনবগী নুংঙাইবসি (মঙাল থক্তোবকপদৌনা) থক্তোক্তুনা উৎথোবকপনি হায়বদি অভিব্যক্ত ওইবকপনি;

২। অপূনবগী ওইবা বসকী কল্পনা; বস ওইবকপগী লম্বেলদা অপূনবগী ওইবা বস-চেতনা অমা অসিনা মপূং ফাহনবনি; অমদি

৩। সাধাবণীকবণগী ব্যাখ্যাদা মসিগী ওমখৈ হাযবদি ভট্ট নাযকনা লৌবম্বা লমদাং অদুদগী পাকথোক চাউথোবকপা।

ভট্ট নাযক্লা তৌবম্বা ব্যাখ্যা অদু অমুক্কা শাংদোক্লা অমদি মমূৎ তানা তৌবগা আলোচক অসিনা হাযবনি—'কাব্যগী অদুগুম্বা লৌশিং (প্রতীতি) অদুদা শজী মচানচিংবা অখন্নবা ওইনা যেকই, মাগী অখন্নবা মশক অদু ওইদবদা, 'মসি কিবেসে' হাযবা জ্ঞান অমদি কিহল্লিবা মীওই অদুগী অশেংবা মশক অদু ওইদ্রবদা, অকিবা হাযবসিনা মফম-মতম্মচিংবগা মৰী লৈনবক্তে।' ব্রাফম অসিবু অভিনবগুপ্তনা অসুম্না তাক্লি—

তস্যাং চ য়ো মৃগপোতকাদি ভাতি নস্যাবিশেষরূপত্বাভাদ্‌ভীত ইতি

ত্রাসকস্যাপারমার্থিকত্বাদ্‌ ময়মেব পরং দেশকালাদ্যাংনিলগতম্‌।

(অভিনবগুপ্ত, *অভিনবভাবতী*)

হাযবদি, আলোচক অসিনা হাযবা পান্মিবসি, আশ্রয অমদি আলম্বনবু সাধাবণীকবণ তৌবদগী স্থায়িভাব অসিমক মফম-মতম (দেশকাল)গী অপুনবদগী নাম্থোকই অদুগা স্থাযিভাব অসি লনাইগী ওইবা মৰী পূম্নমক্তগী নাম্থোকই অদুনা নীংতম্মকই অসিনি। নীংতম্বনা পুবিবা অর্থনা সংসাবগী ওইবা অন্না-নুংঙাইগী চেতনা (কোন্সসনেস)দগী নীংতম্মবা অসিনি। সাধাবণীকবণ হাযবিবা অসি লনাইগী ওমখৈ লান্দুনা পূম্নমক্তা পাল্লবা মওং অদুবুনি। শম্পৎনা হাযববদা স্থাযিভাবকী সাধাবণীকবণ হাযবনি।

অভিনবগুপ্তগী বাদ অসিনা খ্বাইদগী মতা চাববনি হাযনা তুংগী মাযচৌশিংনা, ঙসি ফাওবা হাযনবি। বাদ মবি অসি মখাগী অসুম্না নীংশিংবা যাই—

| ম্নায়চৌ | মূল্ফম ওইবা দর্শন | সংযোগকী অর্থ | নিষ্পত্তিগী অর্থ/ বাদ মমিং |
|---|---|---|---|
| ১। ভট্ট লোল্লট | মীমাংসা | উৎপাদ্য—উৎপাদকী মবী | উৎপত্তি |
| ২। শঙ্কুক | ন্যায় | অনুমাপ্য—অনুমাপকী মবী | অনুমিতি |
| ৩। ভট্ট নায়ক | সাংখ্য | ভোজ—ভোজকী মবী | ভুক্তি |
| ৪। অভিনবগুপ্ত | বেদান্ত | ব্যঙ্গ্য—ব্যঞ্জকী মবী | ব্যঞ্জনা/অভিব্যক্তি |

**রসকী মনুংঙাইহ**

কাব্য পাবা নৎত্রগা লীলা য়েংবদা ফংলিবা নুংঙাইবা (আনন্দ) অসি বসনি হাযবসিমা শোয়দ্রে। নুংঙাইবা অসি অপাবা নৎত্রগা অয়েংবনা ফংজবনি নৎত্রগা লৌজবনি হায়বসিমসু মযাম্না য়ানবা অশেংবা অমা ওইবে। কমদৌনা নুংঙাইবিবনো হাযবগী মতাংদা ১০-১১শুবা চহীচা ফাওবদা বাদ মবিসু লৈবে। মবি অসিগী মনুংদা অভিনবগুপ্তগী ব্যঞ্জনাবাদ নৎত্রগা অভিব্যক্তিবাদ (অনীসি অমত্তনি মমিং খেন্নবগী ৱাদনি) অসিবু অয়াম্বনা যানদুনা লাক্লি। মাযচৌ মম্মটনা য়ানিংবা উত্তুনা ব্যাখ্যা তৌই, লোযননা বিশ্বনাথ কবিবাজ অমদি পণ্ডিতবাজ জগন্নাথকুম্বা যুগ পুবা নৈন-মীওই কয়ানসু শৌগৎলে। ঙসি ফাওবদা যানিংবা অদুম্মক ফোঙদোক্লবা লেপ্ল দ্রি। ব্যাখ্যা তৌবদা মাগী মাগী লোন্দা-পুদা অর্থ মহন্দা খবা খবা তৈনবা থৈনবা যাওববসু পূমনৌ নৌবা ৱাখল্লোন অমদা পথাপ থোক্লকপদি লৈত্রি; ব্যঞ্জনাবাদ অসিবু মপূম ওইনা যূম্ফম ওইনবি। বস অসিবু অলৌকিক ওইবা হাযবদি মপোক অসিগী নত্তবা লাইবৈপাক্কী ওইবা মচল অমা ওইনা লৌখিবসিদং ঈশ্বরগী ওইবা পোৎলম ওইবা যাই-য়াদে হাযদনা যাবক্তা ঙংনবদি যাওই। অদুবু মানা সত্ব গুণ, অলৌকিক ওইবগী অমদি লাইবৈপাক্কী ওইবা ৱাফম পল্লম্মিবসিদি অকক্লবা ধর্ম্মগী কবিগী আত্মাগী যোগগী কবিগী মাযকৈদা মান্দে। মানা নৈনবিবসি কাব্যবোমদনি হায়বদি কলাবোমদনি। কলাগী নীংথিবা শক্তম থিবদা ঈশ্বব ফংনবা লম্বী য়েংলম্মোই। চুম্নগী হক্কী ওইবা পোৎলম অমা নত্তে মওং অমগী ওইবা মনুংঙাইনি হায়না পল্লম্বগী ৱাদা ওইবিনি। স্বগগী লাইবৈপাক্কী ওইবা শক্লাইদবা নাক-য়েৎলোমদা লৈশিনবা ওইবোই। যাম্মবদা মীওই পুক্নিগী হকচাংগী ওইবা অৱা-নুংঙাই অসিদগী তোপ্লি হায়বা ৱাফম উৎপনি হায়না লৌবা য়াবনি। আত্মাগী ওইবা মনুংঙাই হায়রিবসিসু মসিনি। ধর্ম্ম অমদি ঈশ্ববগী লম্বেল নৎত্রগসু আত্মাগী নুংঙাইবা লৈবা য়াই।

অহানবা চহীচাদগী ১৮শুবা ফাওবদা ফংলিবা বস ফংবগী মতাংদা লৈবা য়াবা শক্তম অমা (কনসেপ্ত) তশেং তশেংনা থম্বা য়াই। পাবা নৎত্রগা যেংবদগীনা নুংঙাইবা ফংবা ফাওবগী লম্বেল অসিদা ভাবোক্কী নুংদা মথন্নতা ওইজখিবা হায়বদি অপাবনা মশানা খঙনা মতৌবগে হায়বগী অনীংবা অমগা লোয়ননা ওইহনখিবা নত্তবা থৌওংগী পবীং অমা লৈবে হায়বসিমা বাদশিং অসিদগী খঙলে। অপাবা খূদিংমক্তা মহৌশানা পীবক্লবা স্থায়িভাব হায়বদি লেঙদ্রবা ইহুল অসিমা লৈবে; পূম্নমক্না যানববা অচুম্বনি। হায়বিবা স্থাযিভাব অসি লৈবদগী নুংঙাইবা অসি ফংলিবনি। নুংশিবগী স্থায়িভাব লৈতবা ষণ লামচানা ষণ হাতম অমবু নুংশিবোই। হূইনা তূক্কৎচবা হৌনদে পাম্বীদা বীব বস লৈবা য়াবোই। মীদদনি স্থায়িভাব ময়েক শেংনা য়াওবিবসি। হায়বিবা স্থায়িভাব—ইহুল অসি মতা চাবা নাক-যেৎ থেংনদ্রিবা মখৈ তূম্বগী ফীভমদা অদুম্মক লৈ। কাব্যগী বিভাবনচিংবনা মতা চাবা নাক-যেৎ অসি পীশিনবদগী তূম্মিবা ইহুল অসি হৌগৎলকই অদুগা ফোঙদোক-উথোবকই। অমবোমদা হাযবগা শাফোঙলকই। শাফোঙলকপা মতাং অসিনি নুংঙাইবা ফংবা হায়বিবসে। স্থায়িভাবপু হৌদোক্লগা বস তান্না ফূক্কৎহনবসিদা ঙসাই হাযখিবা মথন্তা ওইজখিবা থম্মোযদা নৎত্রগা নুংদা থৌওং অহুমখক লৈ। খোঙথাংনি হাযনা লৌবসু য়াই। থৌওং অহুম অদুদি—

১। পাবা/য়েংবা—অহানবা খোঙথাং ওইনা কাব্য পাবা নৎত্রগা লীলা য়েংবা তাই অদুগা হাযবিবা নৎত্রগা উৎলিবা অদুগী মশাগী ওইবা অর্থ খঙবা তাই। মসিবু অভিধাগী থৌওং (ব্যাপাব) হাযনসু কৌনৈ। অভিধাগী অর্থ অদু খঙবনি।

২। লূপশিনবা—পাবগা ঙাইহাক্কী মনুংদা হায়বদি মীৎকূপ খবগী মনুংদা পূক্নিং লূপশিনবা চঙই। পাবিবা নৎত্রগা যেংলিবা অদুদা লূপশিনদ্রবদি নুংঙাইবা ঙমদে। হাযবদি শীংথাবক্লিবা বিভাবনচিংবদুদা লূপ্পা তাই। মতাং অসিবুনি ভট্ট নাযকনা ভাবকত্ব হাযবা অনৌবা কল্পনা অমা তৌবিবা অদুগা অভিনবগুপ্তনদি ৱাহৈ অসি কান্নদে হাযনা লৌবিবা। ৱাহৈগীনা ৱাহৈ ওইবে নুংগী ওইবা থৌওং অসিমদি লৈববনি। লূপশিল্লকপা মতাং অসিদনি মপাম্বোংগী ওইবা নাক-যেৎ পূম্নমক কাউবক্লিবা।

৩। সাধাবণীকবণ—হেক লূপশিনখিবদা মীৎনা কূপ্পগী মনুংদা ঐগী মীগী হাযবা ৱাফম পূমকাউ কাউথোক্লুনা লৈবকপগা লোয়ননা পীবিবা নাক-য়েৎ বিভাবনচিংবসি তোপতোপ্পা লনাইগী ওইবগী মহুত্তা মযামগী ওইবা, সাধাবণগী ওইবা মচল ওইবকই। হায়বদি উৎলিবা খম্ব-থোইবী অসি অকক্লবা অখন্নবা নহানৱাইগী অদু

ওইবগী মহৎতা চুম্নগী পাখং-লৈশাবী ওইবগী মশক ওইনা ফাওবকই নৎত্রগা লৌবকই। অকক্লবা মশক-মমিং অদু অর্থ লৈবক্তে পাখং-লৈশাবীগী মবীগী লীচৎ অদুদা মবেমহৌই। ময়াম—সাধাবণগী ওইবা অসিবুনি সাধাবণীকবণ হায়বিবসি। মতাং অসিবাইদনি অভিনবগুপ্তনা সাধাবণগী ওইবক্লিবসি নাক-য়েৎখক্তা নৎত্রে অপাবগী নুংদা লৈবিবা স্থায়িভাব অসিসু অকক্লবা লনাই ঐতগী ওইবগী মহৎতা সাধাবণগী ওইবকই হায়না লৌবিবসি। লনাইগী ওইবা মবী পূম্নমক্তগী মুক্তি ফংলকই হায়বদি নীং তম্মকই অদুনা মফম মতম (দেশ-কাল)গী অপূনবা লৈবক্তে হায়না কন্না হাযবি। লনাইগী ওইবদগী ময়ামগী ওইবা অপূনবদা (সমষ্টিগত) অমত্তা ওইশিল্লকই হাযবনি।

অসুম্না অমত্তা হেক ওইখিবা মতাং অসিদা ভাবোক্তা চিং লাউবা মনুংঙাই অমা ফাওবকই। মসিবুনি উৎপত্তি, অনুমিতি, ভূক্তি অমদি ব্যঞ্জনা নৎত্রগসু অভিব্যক্তিনি হায়না মথংশিৎনা ভট্ট লোল্লট, শঙ্কুক, ভট্ট নায়ক অমদি অভিনবগুপ্তনা পুথোক্লবিবা নুংঙাইবগী শক্তম। (শক্তম মবি অসিগী মনুংদা অভিনবগুপ্তগী অভিব্যক্তি নৎত্রগা ব্যঞ্জনাবুনা ময়াম্না যানবিবনি।)

খণ্ডজিনগদবদি নুংগী ওইবা থৌওংশিং অসি অমগা অমগা কুইনা কুইনা কান্নবা লাপ্নবা নত্তে; মবী মবী অদুম শম্নবা জাৎনি। পাবগা লূপশিনগনি, লূপশিনবগা পূম্নমক মযামগী ওইথোকহল্লনি, হেক থংনবা মীৎকৃপ্তা নুংঙাইজবনি। পাববা মতুং পূং অমনী লৈবগা লূপশিনবা যাবা হৌনদে। হৌজিক লূপশিল্লগা মঙানি মতুংদা বস হকথেংনবা হৌনদে। অতোপ্পা অমনা হাযবিবা থৌওংশিং অসি অপাবগী নুংদা মথন্নতা মহৌশাগী ওইবা লীচৎ অমদা ওইজখিবনি। অপাবা মশানা মতাং লাক্লে জিং লাউনা নুংঙাইবগে বস লৌহৌবগে হাযনা লেপ্তুনা তৌকবা যাবা থৌওং নত্তে। চুম্মী অহানবগী থৌওং অসিদদি মশাগী অনীংবা অমা যাওবি। অদুসু পাবা হৌবা ফাওবদনি। পাবগা অর্থ লৌশিনবগী থৌওংদি মথন্নতা অদুম ওইজবকখ্রবনি।

সাধাবণীকবণ-বসকী ফীভম অসি কমদৌনা ওইবকপনো হাযবদি শমজিন্না হাযববদা বস কমদৌনা পোক্লকপনো হাযবগী মতাংদা ভবতকী বস সূত্র—'বিভাবানুভাবব্যভিচাবিসংয়োগাদ্রস নিষ্পত্তিঃ'—অসিবু মথংশিৎনা ভট্ট লোল্লট, শঙ্কুক, ভট্ট নায়ক অমদি অভিনবগুপ্তনা (বাদ মবিদা) অর্থ হন্দুনা নৈনখবে। বিভাবনচিংবনা অপাবগী থম্মোয়দা হৌখিবা মপোকশিংদগী আত্মাগা লোয়নদুনা লৈবক্লবা লেম্ফু ওইবা পূক্লিংগী ফীভম স্থায়িভাবপু হৌগৎহন্দুনা বসকী ফীভম

ওইহল্লকপনি হায়বা অসিমা পূম্নমক্না য়ানবা, শোযদ্রবা ব্রাফম ওইনা লৈরে। মসিমা য়েৎননীংঙাই ওইদ্রে। মতাংসিদা খন্নগদৌবা ব্রাফম অমদি মায়চৌশিংনা স্থায়িভাবনা রস তান্না ফূক্কৎলক্কপদা তাক্কক নৎত্রগা থেংখাঙ অহুমগী ওইবা থৌওং অমথক পল্লি। থৌওং অসি থস্মোয় চেনবা হাযবদি কবিগী থস্মোযগা চুংশিন্নদুনা অমত্তা ওইবা ঙস্বা ভাবোক্কী নুংদা মথন্নতা, ভাবোক মশা খঙদনা ওইবকখিবা অমনি। থৌওংগী থেংখাঙ অহুম অসি সাংখ্য দর্শনগী দার্শনিক ভট্ট নাযকনা ইহান হান্না পনবনি। মানা হাযবগী মতুংইন্না অভিধা হাযবদি যেংবা/পাবা অসিগী হেক মতুংদা ভাবকত্ব হায়বা লূপশিনবগী থেংখাঙ লাকই। ভাবকত্বদা লূপশিনখিবদা মথংগী থেংখাঙ ভোজকত্ব অসি লাকই। মসিদা ফম্বাক্তা উৎলিবা মযামসি অখন্নবা অমমম ওইবা তোক্কুনা সাধাবণগী ওইবা, ময়ামগী ওইবা হাযবদু ওইবকই। বিভাবনচিংবসি মযামগী ওইথোকহল্লকই অদুগা বসকী নুংঙাইবদু ফংবনি হাযনা ভট্ট নাযক্না পল্লি। হাযবদি মাগী ভোজকত্ব হাযবা থৌওংগী থেংখাঙ অসি মযামগী ওইথোকহনবা (সাধবণীকৃত) হাযবা অদুনি। মযামগী ওইথোকহনবগী মওংবুনি সাধাবণীকবণ হাযবিবসি। ভট্ট নাযকনা ফোঙদোক্লম্বগী মতুংইন্না 'দোষ লৈতবা গুণ চেনবা অলংকাবশিং যাওবা কাব্যদা (নৎত্রগা নাটকতা) অপাবগী মশাগী ওইবা মোহগী অপনবা পূম্নমক কোকহনবা, বিভাবনচিংববু সাধাবণীকৃত তৌববা মওং ওইহল্লবা, অভিধাগী মতুংদা ওইবকপা ভাবকত্ব থৌওং (ব্যাপাব)গী মতেংনা থোক্লিবা (ভাবিত) বসবু ভোজকত্ব থৌওংগী পাম্বৈনা চাজে (ভোগ তৌই)' হাযবসিনি। অদুনা মাগী ভাবকত্ব অসি সাধাবণীকবণ হাযবিবসিনি। ভট্ট নাযকনা হাযবিবসি বিভাবনচিংবসি মযামগী ওইহল্লকই অমদি ওইহল্লিবা মওংসি বসকী হেক মমাঙদনি হাযবসিনি। ব্রাফম অসি মনোবিজ্ঞানগী ওইবা অচুম্বা লৈ হাযদুনা মযাম্না যানবনি।

ভবত মুনিগী টীকাকাব, ধ্বনিবাদী মাযচৌ অভিনবগুপ্ত (১০/১১শুবা চহীচা)না সাধাবণীকবণগী মতাংদা খবা হেন্না শন্দোক্লা হায়বম্বনা—'তস্যাং চ যো মৃগপোতকাদি ভাতি নস্যবিশেষব্দপত্বাভাদ্ভীত ইতি ত্রাসকস্যাপাবমার্থিকত্বাদ্ মযমেব পবম্ দেশকালাদ্যংনিলগতম্' (*অভিনবভাবতী*)। হাযবগী অর্থদি কাব্যদা শজীমচানচিংবসি অকক্লবা-অখন্নবা মওংদা উৎলি, মসিনা অকক্লবা-অখন্নবা ওইদ্রবদা 'মসি কিবেসে' হায়বা জ্ঞান অমদি কিহল্লিবা (হায়বদি দুষ্যন্তগুম্বা)গী অশেংবা মীওইদু ওইদ্রবা মতাংদা অকিবা হাযবিবসি মফম-মতম্নচিংবগা মবী লৈনদবা মশক অমা ওইনা উবকই হায়বসিনি। মসিদা নৈন-মীওই অসিনা হায়বা পাম্মিবসি,

শক্তী—দুষ্যন্তগুম্বা আশ্রয় অমদি আলম্বন বিভাব অসি ময়ামগী ওইবা মওংদা লৌরক্লবা (সাধারণীকৃত তৌরবা) কান্দা স্থায়িভাব ওইবা 'কিবা' হায়বসি অকক্লবা মফম মতমদগী নাম্থোরকই অদুগা হায়রিবা স্থায়িভাব অসি মীগী লনাইগী ওইবা মরী পূম্নমক্তগী নাম্থোরকই হায়বসিনি। হায়বদি লনাইগী ওইবা মশাগী লৌকিক ওইবা অৱা-নুংঙাইগী ওইবা ৱাখল অসি লৈরক্তে হায়বনি।

মতুংদা লাকপা মায়চৌশিংনা ভট্ট নায়ক অমদি অভিনবগুপ্তগী ৱাখল্লোন অসি মশা মশাগী লোন্দা-পুদাদা শন্দোকপা ওইনা তৌই। বিশ্বনাথ কবিরাজ (১৪শুবা চহীচা)না খরা হেন্না লায়থোকপা মওং অমদা ব্যাখ্যা তৌরম্মী। মানা হায়বনা, শমজিন্না হায়রবদা, বিভাবনচিংবসি ঐ ইশাগীনি হায়নসু লৌদবা, য়েক্লবগীনি হায়নসু খন্দবা লোয়ননা কনাগুম্বা মরক্কী মীওই হায়বদি পোৎ অদুদা খোয়জং-নাচঙদবা মীওইগীনি হায়না লৌরক্তবা ময়ামগী ওইবা মওং (সামান্য) লৌরকপা মতাং অমা লাকই, হায়বিবা মতাং অসিবুনি সাধারণীকবণ হায়রিবসি। কবিরাজগী লোন্দাদা হায়বগা—

> পরস্য ন পরস্যেতি মমেতি ন মমেতি চ।
> তদাস্বাদে বিভাবাদেঃ পরিচ্ছেদো ন বিদ্যতে।।

(*সাহিত্যদর্পণ*, ৩/১২)

মওংবু, লৈকোল অমদা নীংথিজববা লৈ অমা শাৎলে। মসি উবদা থম্মোয়দা নুংঙাইবা অমা ফাওই। লৈ অসিবু ইশাগীসু নত্তবা য়েক্লবগীসু নত্তবা অদুগা খোয়জঙদবা অমগী মীৎয়েংদসু য়েংবা নত্তবা মতাংদা ফজবা লৈ অমা ওইনা ইচম চম্না উবকই। মতাংসিদা নুংঙাইবগী ইহুল অমা লাকপনি। ঐগী ওইনা অপাম্বা লনাইগী ওইবা ৱাখল অমা লৈবগদি পৎ থত্তুনা হেক্লীংবা য়াই; য়েক্লবা নুংশিদবা মী অমগী ওইবম্মবদি কল্লকপা খোয়বাংবা পোকপা য়াই কন্থুৎনীংবসু য়াই। কনাগুম্বা অমসু অমসু নত্তবা অমগী ওইবগনা খোয়জঙদবা, ইয়েং য়েংনীংদবা য়াই, মদুনা পূক্লিংদা নুংঙাইবা পীবা ঙমদে। অদুবু লৈ অদু য়েংবদা নুংঙাইবা অমা ফাওরি। মসিনা তাকপদি লৈ অদু উবদা ঐগীনি য়েক্লবগীনি নৎত্রগা মবক্কীনি হায়বগী ওইনা লৌদবা চুম্নগী ফজবা লৈ অমা ওইনা, ময়ামগী ওইবা ওইনা লৌরকপনা পূক্লিং মকা লাম্বা য়াবনি। অসুম্না ইচম চম্না সাধারণ— মীয়ামগী ওইনা উবগী মতাং অমা ভাবোক্কী পূক্লিংদা, অখন্ননা হোৎনরুবা লৈতনা মশানা অদুম্মক ওইজরকপা ওইনা লাকই। মসিগুম্না উৎলিবা শীংথারিবা খন্ব-থোইবীনচিংবা বিভাবশিং অসিবু

নহানবাইগী অখন্নবা মোইবাংগী ১৩-১৪ শুবা চহীচাদা লৈবম্বা অদু নত্তনা ইচম চম্বা পাখং-লৈশাবী অমা ওইনা লৌবকপগী থৌওং অমা লৈবি। মসিনি সাধাবণীকবণ হায়বিবসি।

সাধাবণ হায়বদি সামান্য হায়বনি। লনাইগী নত্তবা অচম্বা ময়ামগী ওইবা হায়বনি। উৎলিবা ভাব ময়ামসি ইচম চম্না ময়ামগী ওইনা লৌবকপগী ব্রাফম্লি। ব্রাফম অসিমক যাম্না শমজীন্না ইঙ্গিৎ ওইনা ভবত মুনিনা হায়বম্বনি—"স্থায়িভাব ৮ নি, ব্যভিচাবী ৩৩ নি, সাত্ত্বিকনা ৮ শুই, অসুম্না কাব্যবস ফোঙদোক্লবগী মবম ওইবিবা ভাব অসি পূন্না ৪৯ শুবনি। পূম্নমক অসি ময়ামগী ওইবা গুণগা তিন্নবগা মখোয অসিদগী বস পোকপনি।" মসিবু অসুম্না তাক্লি—

> তত্রাষ্টৌ ভাবাঃ স্থায়িনঃ ত্রয়স্ত্রিংশদ্ ব্যভিচারিণঃ অষ্টৌ সাত্ত্বিকা ইতি ভেদাঃ
> এবমেতে কাব্যবসাভিব্যক্তিহেতব একোনপঞ্চাশদ্ ভাবাঃ প্রত্যবগন্তব্যাঃ।
> এভ্যশ্চ সামান্যগুণয়োগেন রসা নিষ্পদ্যন্তে।
>
> (ভরত, *নাট্যশাস্ত্র*, ৭/৬)

মসিদা য়াওবিবা মযামগী ওইবা গুণগা তিন্নবা (সামান্যগুণয়োগেন) হাযবসিনা তুংদা পুথোক্লদুনা ব্যাখ্যা তৌনবিবা সাধাবণীকবণ অসিগী মরু লেম্ফুনি।

বিশ্বনাথ কবিবাজনা স্থায়িভাব অমদি অতৈ ভাবশিংবু মযামগী ওইহল্লি হাযনা কন্না থাজৈ। তৌবতবু ভাবোক্কী থম্মোযগা আশ্রযবিভাবকা অমত্তা ওইবকপগী মওংদনা হেন্না পূক্লিং চঙই। পণ্ডিতবাজ জগন্নাথ (১৭শুবা চহীচা)না ভাবোক্তা লৈবা (নৎত্রগা লৈগদবা) সহানুভূতি হাযবদি মিনুংশি নৎত্রগা অমত্তা ওইশিনবা ঙম্বগী গুণবুসু চপ চানা শীংথাবকই। কবিগী কল্পনাদগী ভাবোক্কী লূপশিনবা-তিনশিনবা ঙম্বগী গুণ সহৃদযতা অসি ফূক্কৎলকই অদুগা আশ্রয়গা অমত্তা ওইশিন্নখিবনি হাযনা চেৎনা থাজৈ। হাযবদি খম্ববু নুংশিবিবা থোইবীগী থম্মোয়দা ফাওবিবা নংশিবসি অযেংবা ভাবোক্কী থম্মোযদসু চপ চানা ফাওই মসিদগী নুংশিবগী বস চুপ্পা ঙম্বনি হায়বা ব্রানি। মসিগী মনুংদা ফাওবিবা নুংশিবগী ইহুল অসি লনাই ওইবী অদুঙৈগী থোইবী অদুদা ফাওখিবা নুংশিবা অদু নত্তে ময়ামগী ওইবা লৈশাবী অমনা পাখঙ অমবু নুংশিবগী ভাব অদুনি হায়বনি। উৎপা শীংথাবদবুদি অদুঙৈগী নুংশিবা অদুনি। অদুবু মদু ভাবোক্কী থম্মোয়না মফম মতম অমদি মীওই অকক্লবা খাদবা নুংশিবা হাযবা পূম্নমক্কী ওইবা ইহুল অদু ওইবকই হায়বগী ব্রানি। মসিনি সাধাবণীকবণ হাযবিবসি।

নাটক নৎত্রগা কাব্যদা শীংথাবিবা বিভাবনচিংবা ওইবিবা মচলশিং অসি পাবদগী নুংঙাইবনি হায়বা অসিমা শোয়দ্রে। নুংঙাইবা হায়বদি বস ফংননবা অহানবদা, য়েংবা নৎত্রগা পাবা তাই হায়বসিমসু শোয়দ্রবনি। য়েংবগা নৎত্রগা হেক পাবগা পাবিবদুদা পূক্লিং লূপশিন্দ্রবদি নুংঙাইবা য়াবা নত্তে; কাবক-শাবক মযেক-মশোন খঙবোই খঙদবোই উইবি উইবি ব্রাউবি ব্রাউবি পাবনদি নুংঙাইবা য়াবা হৌনদে; কুইবা কুইদবগীনা ব্রাফম অমনি পাবিবদুদা লূপশিনবদি তাবনি। সুইচ তেক নম্লগা বল্ব খংঙান ঙানবদৌনা তাপ হেক পাবগা বস অসি পূন্না খংফং ফংবা নত্তে; তপ্লপ্না থেংখাং নাইনা ফূক্কৎলকপনি। লূপশিল্লকপগী মতাং অসিদা উৎলিবা পাত্রশিং অমদি মখোযগী অভিনয নৎত্রগা মখোয়না তৌবিবা মওং মতৌ (হায়বদি বিভাবনচিংবা) অসি অখন্নবা অকক্লবা মফম-মতম অমগী ওইজববসু মখোযনা উৎলিবা তৌবিবা পূন্নমক অদুদি মখোয় মখোয়গী লনাইগী ওইবা হায়বদি মশা মশাগীতা ওইদুনা লৈববা নৎত্রবা মী হাযবা মযাম অসিগী পূন্নমক্কী ওইববা ওইনা লৌনবকই। *মেঘদূত*তা যক্ষ অমগা মাগী নুপী চান্নবী অমগা কাযনবগী ব্রাফম উৎলি। য়ক্ষদু লৈবা যাই লৈতবা যাই। মাগী নুপীদু ঐখোযনা মশক মমিং খঙলুবসু নৎত্রি। মখোয অনীসি ঐখোয ঐখোযগী কনাসু নত্তে; মবী-মতা শাগৈ-নাতৈসু নত্তে; ঐখোযগী য়েক্লবসু নত্তে। মসিগা ঈবোয়ননা ঐখোযনা থৌশাদ্রবা লফূ মখোঙদা তাদুনা লৈবা লাইথীগুম্বা পোৎ অমা ওইনসু লৌদে। ঐখোযনা নুংঙাইজবিবদি চুম্নগী কাযনববা নুপা অমদি কাযনববী নুপী অমা ওইনা লৌবকপদনি। লৌবক্লিবসি পাবিবা ঐখোযনা মসিমদি মতাং চাবে লৌবগে হাযদনা খঙনা অমদি কন্না হোৎনদুনা লৌরুবা নত্তে থম্মোয মনুংদা মথন্নতা লৌজবকপনি। মহৌশানা ওইজবা, চাশিনখিবা পোৎলম অদু মনুংদা তুম্বদৌনা ঐখোয খঙদনা ওইজবকখিবা থৌওং-থৌদৌ অমনি। অপান্ননা ঐখোযনা খঙদে উদে মদোমদা পূক্লিং চঙলুদে হাযবতনি থৌওং-থৌদৌ অসিদি ওইবি। লীচৎকী ওইবা মহৌশাগী থৌদৌ অমা ওইনা লৈবা নৎত্রগসু লাইগুম্বনা অদুম শীল্লবা ওইহল্লবা থৌদৌ থৌওং (ব্যাপাব) অমা ওইনা লৈববনি। কবিগী কমদৌনা কনানা হায়দনা হংলুবা যাদ্রবা নুংগী ওইবা থৌওং অমনি। থৌওং অসিবুনি ব্রাখল লৈবা মায়চৌশিংনা সাধাবণীকবণ হাযবদি মযাম পূন্নমক্কী ওইহল্লবা হায়না কৌবিবসি। কনানা ওইহনবগী থবক অসি অপান্ননা তৌবিবা হাযদনা তুকা থিরুবা কান্নদে। অসিগুম্বা থৌওং অসি লৈবননি মশক মওং লেপ্পা ঙমদবা লাইবেম্বা লাইবেম্বীগী ব্রাবীদা

নুংঙাইবিবা, লাই হিংচাবগী লানদা বীব বসকী নুংঙাইবা ফংনবিবা; মী ফাওবা নত্তবা উ মমা অমনা উজাউ মচা অমগীদমক্তা তেংথাবা (*হিজন হিবাওদা*) পাবদা বাৎসল্য বস চূপ্পা ঙম্নবিবা। *অভিজ্ঞান শাকুন্তলম্*গী শকুন্তলা অসি নহানব্রাই লৈখিবম্বা য়াবা, (লৈবমদবসু যাবিবা) উমংদা লৈবা হৌজিক্কী মতমগী ফিজেৎ-লৈতেংসু তৌদবা, মবোন-মবীসু ফাওনদ্রবা, কনাসু কবিসু থোক্লদ্রবা হৌজিক্কীগা ইচান চান্নববোইদবা পাত্র অমদা চুম্নগী অশেংবা পুন্সিদদি লম্বেলদা থেংনবদা শাওবীং-শাওবীং লাউবগদবা পাত্র অমদা ঐখোয় বস চূপ্পা ঙম্মিবসি মহাক নহানব্রাইগী শকুন্তলা অদু ওইনা থোবক্লবসু ঐখোয়গী থম্মোয়-পূক্লিংদদি নুপীমচা 'লৈশাবী' অমা ওইনা লৌকবননি। লৈশাবী হায়বসিদি মফম মতম পূম্নমক্তা পূম্নমক্কী ওইনা লৈবনি। মসিনি সাধাবণীকবণনা পুবিবা মশক। মীওইবগী নুংগী ওইবা লীচৎকী ব্রাফমদা যূম্ফম ওইবা মীৎযেংনি। মযাম্না য়ানবিবা ব্রাফম্নি।

মবক অসিদা তুংদা লাকপা মাযচৌশিংনা কন্না নৈনবিবা ব্রাফম অমা লৈবক্লি। সাধাবণীকবণ হায়বা থৌওং (ব্যাপাব) অসিমদি লৈবে। মসিদা অমুক হংনবক্লিবা অমদি নৈনবক্লিবা ব্রাফমদি কবি কবি পোৎলম্মো সাধাবণীকৃত ওইবিবসি হায়বসিনি। ভট্ট নাযকতগী হৌদুনা অপান্ননা অমদি নাকোযননা পন্নবিবসি—বস থোকপগী কাযাৎশিং হাযবদি বিভাবনচিংবা, স্থায়িসু যাওনা মযামগী ওইথোকহল্লবনি হাযবসিনি। কাব্যদা শীংথাবিবা মযাম অসি অপূনবগী ওইববা শক্তম অমা ওইহল্লে চুম্মে। লূপশিন্দুনা অমত্তা ওইবগী ব্রাফমসু যাওবে। বসকী মনুংঙাই অসি হকথেংনবর্দদ মসিনসু লোইবা যাদ্রি। সাধাবণীকবণ হাযবা থৌওং অসিদা ভাবোক্তা য'ওবিবা স্থাযিভাব অদুগা লোযননা ইাববা কবিগী অনুভূতি (হকথেংনবিবা নাক-যেৎ ফল) অসি খন্দবা অমদি মীবাযবা যাদে। তশেংবদি কাব্যদা শীংথাবিবসিদি কবিগী মশাদা যাওবিবা নৎত্রণা ফাওখ্রবা বস অদু নাকোযননা ফোঙদোকপনি। বসনা হাযবদি কবিদা যাওখিবা বস অদুনা কাব্যগী খুত্থাংদা অপাবদা শং গংনা অপান্ননা ফাওববনি। অপান্ননা যাওববিবা মওং অসিগী মকুদা কবিগী অনুভূতি অদু থবক চপ চানা তৌবিবনি। হাযবগী অর্থদি কবিগী মশাগী লনাইগী ওইবা অনুভূাত অদু ভাবোক্কী থম্মোয-পূক্লিংদা সাধাবণীকবণ তৌবনি। অদুনদি কবিগী অনুভূতি অদু পূন্না তৌবা সাধাবণীকবণ ওইবা তাবনি। হাযবদি শম্না, কবিগী অনুভূতি অদু অপাবগীসু ওইবকপনি। হাযবদি যক্ষ-যক্ষিণীগী কায়না মৈশাগী নুংঙাইবদু কবিগীনি মসি অপাবগীসু ওইবকপনি।

কায়ন-মৈশাসু সাধারণগী ওইহল্লবনি হায়বগী য়ানি। মসিবু ওইবা য়াব্রা? মী অমগী অনুভূতিবু অতোপ্পশিংগী ওইবা য়াব্রনে? য়াই। ডা. নগেন্দ্র (২০শুবা চহীচা)না হায়বগুম্মদনা মহৌশাগী পোখোক ওইরিবা মী হায়বসিগী থম্মোয়দা চেতনা (consciousness)গী চপ মান্নবা পরীং (তারা) অমা লৈরি, মসিগী করিগুম্বা মফম অমদা খজীক হেক থেংনুবদা মপূমগী ওইবা খোঞ্জেল অমা অদুম্মক থোকই। করিগী কমদৌনা? মসিমদি হংবা য়াররোই। ঙমখে নাইবা মীনা লোইনাই-খন্নাইদবা থোইথোইবা মণ্ডল (শক্তি) মাগী অথূপ্পা শঙবা ঙমদ্রি।

সাধারণীকরণ তৌবা ঙম্বগী মণ্ডল (শক্তি) অসি খরা হেন্দোক-হেঞ্জিন, তাথোক-তাশিন লৈরবসু, মী খূদিংমক্তা তশেংনমক লৈ—কবিদসু অপাবদসু। কাব্যদা (দৃশ্য অমসুং শ্রব্য) য়েকথোক্লিবা কবিগী অনুভূতি অসিগী মপূম ওইনা সাধারণীকরণনি কাব্য নৈনবগী মতাংদা পল্লিবা সাধারণীকরণ। রসকী মনুংঙাইদা মসি চঙদবা সুকয়া য়াদ্রবনি।

### রস মখল অমদি মশীং

কাব্য রস অসি নিপাননি হায়না ভরত মুনিনা (১বা/২শুবা চহীচা) হায়বনি—শৃঙ্গার, হাস্য, করুণ, রৌদ্র, বীর, ভয়ানক, বীভৎস অমদি অদভূত—

**শৃঙ্গারহাস্যকরুণে রৌদ্রবীরভয়ানকাঃ।**
**বীভৎসাদ্ভুতসংজ্ঞৌ চেত্যষ্টৌ নাট্যে রসাঃ স্মৃতাঃ।**

**(ভরত, *নাট্যশাস্ত্র*, ৬/১৫)**

দণ্ডীনসু (৮শুবা) নিপান অসি অসুম য়াজে—'ই হ ত্বষ্টরসায়ত্তা রসাবত্তা স্মৃতা গিরাম।' (*কাব্যাদর্শ*)। উদ্ভট (৮শুবা/৯শুবা)না 'শান্ত' হায়বা অসিমা হাপচিল্লক্লগা মাপল শুই হায়—

**শৃঙ্গারহাস্যকরুণ রৌদ্রবীরভয়ানকাঃ।**
**বীভৎসাদ্ভুতশান্তাশ্চ নব নাট্যে রসাঃ স্মৃতাঃ।**

**(*অলংকারসারসংগ্রহ*)**

নির্বেদ (মায়থীবগী অৱাবা) হায়বসিনা মসিগী স্থায়িভাবনি। মহাক্লা য়াম্নমক থাজনা কন্না হায়বসিগী য়েংলুরগদি ৮-৯শুবা চহীচা অসিদা শান্ত রস অসি ময়াম্না য়ানরবা ওইরম্বা তাই। মসিগী তুংদা রুদ্রটনা (৯শুবা) প্রেয়ান হায়না মিংথোনবা রস অমা তরাশুবা ওইনা হাপচিল্লকই। (*কাব্যালংকার*, ১২/৩) প্রেয়ান হায়বদি নুংশিবা—

মরুওইনা শাবী-শানৌ নুংশিনবা—হায়বনি। 'স্নেহ' হায়বসিনা মসিগী স্থায়িভাবনি হায়না লৌবনি। অদুগী তুংদা মায়চৌশিংনা য়ানদে। মাগী মতমগী মায়চৌ রুদ্রভট্টনা চুম্লগী রস মাপলদমক পল্লম্মী 'প্রেয়ান' অসি পনবা ফাওবা পল্লমদে। মসিমক্তি শৃঙ্গারদা অদুম্মক য়াওরবা ইহুলগী মওংনি হায়না লৌনরে। যুগ পুবা মায়চৌ আনন্দবর্ধনদি ভরতকী রস নিপান অসিদা উদ্‌ভটনা হাপচিনবা শান্ত অসিগা পূন্না মাপল অসি ব্যাখ্যা তৌবদা মায়পূনখি; অনৌবা থোইদোকপা পল্লমদে। অভিনবগুপ্তসু মাপল অসি য়ানীংনা শীংথাই। লীলা মায়পূননা নৈনবা ধনঞ্জয় (১০শুবা) লীলাদা রস নিপানদমক লৈবগী ৱাদা থাজে। মাপলশুবা রস অসি মানা লৈ হায়বদি য়ারগা লীলাদদি মসিগী নাক-য়েৎ উৎপা য়াদবগী ৱাদা থাজবা থম্মী। ধনঞ্জয়দি প্রেয়ান রস অসি সুকয়া য়াদে। অভিনবগুপ্তনদি শান্ত থারগা রস মাপলনি হায়দনা কন্না য়েৎলি; মাগী লেঙদ্রবা মোত ওইনা থম্মী—'এবম্ তে নব্বৈঃ রসাঃ'—রস মাপল শুই। মাগী মতমদা মায়চৌ খরনা য়ানবা রস অহুম অমগসু পল্লি—স্নেহ, লৌল্য অমদি ভক্তি। অদুবু অভিনবগুপ্তদি অহুম অসি তোঙানবা রস ওইনা মশীং থাদে। মানা য়াম্নমক কন্না স্নেহনা শৃঙ্গারগী, লৌল্যনা হাস্যগী অমদি ভক্তিসু শৃঙ্গারগী মনুং চন্না লৈবা মনুংঙাইনি হায়না লৌই। রসকী মশীংদা খংহেন হেনগৎন' শীংথারক্লিবসি ভোজরাজ (১১শুবগী অহানবা তংখায়)নি। মানা মশাগী লাইরিক অনী—*সরস্বতীকন্ঠাভরণ* অমদি *শৃঙ্গারপ্রকাশ* তা ময়াম্না য়াদুনা লাক্লিবা রস অসিগী মথক্তা অতোপ্পা অহুম অমগসু হাপচিল্লি। অহুম অদুদি—প্রেয়ান, উদাত্ত অমদি উদ্ধত হায়বসিনি। মাগী মতুং ইল্লবদি রস মশীং অসি তরানীথোই শুরে। ভোজরাজগী মতুংদা হেমচন্দ্র (১১-১২শুবা চহীচা)না স্নেহ, লৌল্য অমদি ভক্তিবু অমুক হন্না রস অমমম ওইনা মাগী লাইরিক *কাব্যানুশাসন*দা লৌরকই। হেমচন্দ্রগী ছাত্র রামচন্দ্র অমদি গুণচন্দ্রনা (অনীমক ১২শুবা চহীচাগী ২শুবা তংখায়) মবানী পূন্না ইমিন্নবা লাইরিক *নাট্যদর্পণ* দা মখোয়গী গুরুগী রস মশীং অদুদা ব্যাসন রস, দুখ রস, সুখ রস হায়বা অহুম অমগসু হাপচিল্লকই। মতমদুগী অমদি তুংগী নৈন-মীওইশিংনা য়ানদে। পনবা ফাওবা পন্নখিদে। মখোয় মশানসু (রামচন্দ্র, গুণচন্দ্র) রস মাপল অদুদা থৱায় কন্না য়াওখ্রে। রস মাপল অসি য়ানদুনা অসুম লাকপনা ১৪শুবা চহীচাদা বিশ্বনাথ কবিরাজনা বাৎসল্য অসি তশেংনমক রস অমনি হায়বসি উৎলে। রস অসিগী কায়াৎ পূম্নমক পুখৎলগা শৌগৎলে অদুগা তশেংনা অচাবা মরৈদা তোঙানবা রস অমনি হায়বসি উৎলে। মানা হায়বদা—'স্ফুটং চমৎকারিতয়া বৎসলং চ রসং' বিন্দুঃ'—

হায়বদি উৎথোবকপা মতমদা চমৎকাবক ওইবনিনা বৎসল অসি (মচা নুংশিবা অসি)সু বস অমনি হায়না লৌনবে। বৎসলতা স্নেহ (মচাগী নুংশিবা) অসিনা মসিগী স্থায়িভাবনি। শমজীনবা পদদা 'বৎসল' হায়বে। মচা অমদি মচা-মনাওগী নুংশিবা অসি মীপুম খুদিংমক্তা য়াওবা ইহুল অমনি। মীদগী হেন্দোক্তুনা মচাগী মফমদা লৈবা নুংশিবা অসিদি শা-ষণদা ফাওবা লৈ। মসি মমাঙদদি বতিনা স্থায়িভাব ওইবা শৃঙ্গাব বসকী মনুংদা লৈবা মখল অমা ওইনা লৌনবম্বনি। বতিনা ফুক্কৎপা শৃঙ্গাবদগি কামগী ওইবা ইহুল অমা (sex instinctive emotion) য়াওবি; মসি মচা নুংশিবগী লমদদি যাওদে। মনোবিজ্ঞানগী মায়চৌ সিগমন্দ ফ্রোইডকুম্বনদি মচা নুংশিবগী লীচৎকী মক লেম্ফুদা কামগী ঈবাংনা থবক তৌবি হায়না লৌই। মাগী কামগী ঈবাং অসিদি য়াম্না পাকমন্না থোকই। মাগীসিদি কবিনা কলম শূবিবা, লাই শাবনা শেবনীনা নূংদা হক্লিবা, লাম্মীগী লানফমদা থাঙগী জগোয় শাবিবা, ষণ লামচা অমদা মচাদা মচাগুম নুংশিজবা যাওবিবা—পুম্নমক অসিগী মকদা ইহুল অসি য়াওবা যাবি। চুম্মী পামজবা অমদি য়াওবি; যাওফমসু থোকই। অদুবু হকতিন ইহুলগী ওইবা মফোঙদোক্কী মওং অমদি যাওদ্রি। তাইবং অসি প্রকৃতি চনুগা পুরুষ ঈশ্বরগা অনীগী শৃঙ্গাবগী থৌওংনি হায়না লৌবা তাবগী মীৎয়েংলোমদা যেংবা তাবগদি বস অসি শূপ্নগী শৃঙ্গাবদমক লৈবে হায়না লৌবকপা তাবগী ৱাফম লাক্কনি। মসিমক্তি কাব্যনা যাবোই। অসুম্না, বিশ্বনাথ কবিবাজনা অচাবা মবৈনা শৌগত্তুনা পুখৎলকপদগী বাৎসল্য অসিসু কাব্যগী বস অমা ওইবে।

চাউববা ৱাহং অমনা মচা নুংশিবগী ইহুল অসি ভবত মুনিদি খঙখিদব্রা? মতুংদা লাকপা যুগ পুবা ভামহনচিংবদদি ইহুল অসি ফাওখিদববা? বসশিংবু কাখন্দা থমখিবা মচা-মনাই যাঙ্গোন অমা লৈখিবা ঋষি ভবতনা বাৎসল্যগী ৱাফম খঙলমদবা হৌনদে। শৃঙ্গাবগুম্বগী কাযাৎ মমূৎ তানা উশিনখিবা মুনিনি খঙলম্মোইদবগী মবম শুক্লেমক লৈতবনি। অদুদা পল্লমদবগী মবমদি, মায়চৌ অসিনা নৈনবম্মিবসি দৃশ্যকাব্য হায়বদি লীলানি। খূদিংমকপু লীলাগী মীৎযেংদা যেংলগা নৈনবনি। পীক্লিবা অঙাংবু লীলাদা তঙাযমক ফদনা য়াওহনবগী ৱাফম অসি, হৌজিকমকসি ফাওবদা লুনা থোক্লিবসিদা চহী লীশীং অনীবোমগী মমাঙদদি ওইথোকপা য়াদববোমদা লৈবমগনি। অদুনা পল্লমদবা ওইবম্বা য়াই। ভামহনচিংবা অলংকাববাদীশিংসু 'প্রেয়স' হায়না কৌবা, মচা ওইবগী নুংশিবা অসি লৈ হায়না যাবনি—নুংশিবগীসু নুংশিথোইবা—'প্রেয়ঃ প্রিযতবাখ্যানম্' (প্রেযস অসি হেন্না নুংশিবা হায়নৈ—) হাযনা পন্নবম্মিবনি। তৌবতবু অলংকাবগী মওং অমা ওইনা লৌখিবগী ৱাদনি। কদ্রট (৯শুবা চহীচা)না মাগী

*কাব্যালংকাব* দা ইহান হান্না 'বাৎসল্য' পদ অসি শীজিন্নবকপনি। বস ফাওবা বসবত্ অলংকাবগী মনুংদা থম্মিবা অলংকাববাদীশিংনা প্রেয়সবু অলংকাব মচা অমা ওইনা লৌবা ঙক্লিংঙাই ওইদে। দণ্ডী, অভিনবগুপ্ত, ভোজবাজনচিংবা নৈন-মীওইশিংনসু প্রেয়স অমদি বাৎসল্যগী মতাংদা থাজনা অদুম্মক পল্লম্বনি। বিশ্বনাথ কবিবাজনদি কন্না হেক্তা পুখৎলক্লবনি। মায়চৌ ভানুদত্ত (১৩-১৪শুবা চহীচা)না পূম্নৌ নৌবা বস, কার্পন্য (ঙীকপা) হাযনা মিংথোনবা অমগসু হাপচিনবা পামখি। মসিগী স্থায়িভাবনা স্পৃহা (অপাম্বা) হাযবসিনা ওইবগী ৱা হৌদোকখি। অদুবু মা মশানসু কন্না পুখৎলমদে তুংগী নৈন-মীওইনসু পন্নখিদ্রে, যাখিদ্রবনি।

বসকী মশীংগী মতাংদা ভক্ত পণ্ডিত ৰূপ গোস্বামী (১৫-১৬শুবা চহীচা)গী চাউববা থৌদাং অমা লৈবি। মহাক্কনি ভক্তি বসপু শোয়দনমক, তঙাযমক ফদ্রবা অমা ওইনা হাপচিল্লম্লিবা। মীওই অসিগী মমাঙদা অভিনবগুপ্ত, হেমচন্দ্র, ভানুদত্তনচিংবা ভক্তিগী ৱাফম অসি পন্নবদি য়াওখ্রবনি। বস ওইবা যাবগী মওংদা ফাওবা হাযনবা যাওখ্রবনি। অদুবু যাম্নমক কন্না পুখৎপদি ইতৌ তৌনখিদে। অভিনবগুপ্তনদি 'ভক্তি' অসি লৈ হাযবদি হাযবগা শৃঙ্গাবগী মনুংদা অদুম্মক থমখি। অতৈসু শোল্লপ্না অদুম যাবা ওইনতা তৌখি। ভবত মুনিনদি ইপনমক পনখিদ্রবনি। ৰূপ গোস্বামীনা মাগী লাইবিক অনীমক্তগা—*ভক্তিবসামৃতসিন্ধু* অমদি *উজ্জ্বলনীলমণি* পাক শন্না অমদি কন্না পুখৎলকপনি। (*নাটকচন্দ্রিকা* হাযবা নৈনবগী লাইবিক অসিসু মানা ইবম্বনি; মসিদদি যাওদে) ৰূপ গোস্বামীনা ভক্তিবু মখল অহুম—সাধন ভক্তি, ভাব ভক্তি অমদি প্রেমা ভক্তি—থোক্লা খাযদোক্লগা মসিদা যাওবা ভক্তি বসকী কাযাৎ পূম্নমক পাক শন্না নৈনৈ। ভক্তি বস অসিগী মখল নৎত্রগা মওং-মতৌ মচা খাযনা খায়না নৈনদুনা উৎলি। মশা মচা ওইনা ভক্তি বসপু শন্তভক্তি, প্রীত ভক্তি, প্রেমোভক্তি, বৎসল ভক্তি অমদি মধুব ভক্তি হাযনা খাযদোক্লুনা মবীক চূম্না নৈনবকই। ভক্তি বসপু কন্না অসুম পুখৎলকপনা ভক্তি বসনা পূম্নমক্তগী অথোইবনি অমদি মসিনা বস পূম্নমক্কী অমত্তা ঙায়ববা মৰূনি হাযবা যৌনা হাযবকপনি। মাগী মতুং ইল্লবদি বস অতৈদি ভক্তি বসকী মশক মওং ঙাক্তনি হাযবসি লৌবা তাবকই। মসিমকসু হাকমল্লে। ঈশ্বব ভক্তি খাল্লগা পূম্নমক যেংবসু য়াদ্রি। কাব্য মপূমদা ভক্তিনা হূকচিনবসু উচন চান্নবোই। অদুবু ভক্তি অসি বস অমনি হায়বদি তৃশেংনা অদুম্মক য়ানবে। অদুমকপু পণ্ডিতবাজ জগন্নাথনদি যাখিদে। মহাক্কদি হান্নগী

মাপল অদুদগী হেনফরোই হায়না মোত ফোঙদোকই—'রসানাং নবত্বগণনা চ মুনিবচনয়ন্ত্রিতা ভজ্যেত, ইতি য়থাশাস্ত্রমেব জ্যায়ঃ' (*রসগঙ্গাধর*) হায়বদি ভক্তিনচিংবা রসশিং হাপচিনবনা মুনিনা লেপ্লম্বা মশীং কায়রনি; অদুনা শাস্ত্রগী মতু ংইন্না চৎপনা অথোইবনি। মাপলদগী হেনবা চুমদে হায়বনি।

রসকী মওং অমদি মখলগী মতাংদা মখল মখলগী মোত ফোঙদোক্লরকই। ১৭শুবা চহীচাগী মতুংদসু মায়চৌ মায়নৌ কয়ামুক্কা অদুম ফোঙদোক্লে; হাপচিন্নে; লৌথোক্লবসু য়াওই। মতমগী ৱাখলনা লেপ্পা লৈবা নত্তে। নুংঙাইবা (আনন্দ) হায়বসিসু রস মখল অমা ওইনা লৌনবসু য়াওরকই। মসিদসু নত্তনা প্রকৃতি রস, দেশভক্তি রস, ক্রান্তি রস, উদ্বেগরস, প্রক্ষোভ রস অসিনচিংবগী কল্পনা তৌনবসু য়াওরি। মসিগী মথক্তা অমুক রস ময়াম অসিগী মখল ময়াম অমসু খায়দোক্লরকই। মওংবু, শৃঙ্গারগী ৫২ মুক, হাস্যগী ৩৬, করুণগী ৮, বীরগী ৯, ভয়ানকী ৬, বীভৎসগী ৬, অদ্‌ভূতকী ২, রৌদ্রগী ৩ থেংনৈ। শান্ত রসকীদংদি মখল পন্নদে। লৈরকপসু য়ারি। মখল মচা-মচাশিং অসিগী য়ূম্ফম ওইবা মীৎয়েংসু তোঙান তোঙান্না লৈনৈ। লৈনরকপসু য়ারি। কাব্যদি লেপ্পা লৈতবা ঈচেলনিনা নৈনবসু লেপ্লোই। অদুমদি ওইরবদা ময়ামগী ওইনা য়ানবা হায়বা ৱাফম অমদি তঙায়ফদনা লৈ। ফনমক হায়দুনসু সাহিত্যদি মীয়ামগীনি। মীয়াম্না কাব্যগী মপুনি। হৌজিক ফাওবদা অয়াম্বনা য়ানরিবসি রস তরামাথোইনি; স্থায়িভাবকা কোন্নলা মখাগী অসুম্না থল্লি—

| মশীং | স্থায়িভাব | রস | মশীং | স্থায়িভাব | রস |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। | রতি | শৃঙ্গার | ৭। | বিস্ময় | অদ্‌ভূত |
| ২। | হাস | হাস্য | ৮। | জুগুপ্‌সা | বীভৎস |
| ৩। | শোক | করুণ | ৯। | নির্বেদ | শান্ত |
| ৪। | ক্রোধ | রৌদ্র | ১০। | বাৎসল | বাৎসল্য |
| ৫। | উৎসাহ | বীর | ১১। | ঈশ্বর-প্রেম | ভক্তি |
| ৬। | ভয় | ভয়ানক | | | |

**মরুওইবা রস (রসরাজ)**

[illegible]

মকোক, হৌফম লেম্ফু ওইবা রস করম্বনো হায়বগী মতাংদসু য়েৎনরি। সংস্কৃত

সাহিত্য অসি য়াম্না পাক চাউবনি। মশানা কবিসু ওইবা নৈনবা মীওইসু ওইবা য়াম্না য়াওরকই। মঙল লৈর-লৈরবা কবিশিংসু নৈনবগী লাইরিক ইরমদে হায়বদনি কাব্যগী পথাপ মুম্না খঙবা ঙাক্তনি। মখোয়না মখোয় মখোয়গী সাহিত্যগী মচন্দশিংদা মতাং চাবা চাদবা, শাস্ত্রগী ওইনা চোংথোক্লুনা নৈনবা নৎত্রগসু, কাব্যগী কায়াৎ অমদি পথাপকী ওইবা মতাংগী মোত চপ চপ চানা ফোঙদোক্লম্মী। মখোয়সু নৈনবদা শরুক চপ চানা য়ারকই। মথেল-লুকোয় থোং-থাকপদা নত্তে মহাও-মচল খঙনা হাউই-হাউতে হায়বা ঙম্বগী মচল চপ চানা য়াওবা ঙাক্তনি। হায়রম্বা-হায়রমদবগীনা অমনি। মতাং মতাংগী ওইনা হায়রম্বসু কোঙ্গায়নি। আনন্দবর্ধনতা নত্তে মহাকবি কালিদাসসু ভারতকী ইহান হেক হানবা মহাকবি বাল্মীকিবু অশৈরেন ওইবগা লোয়ননা নৈন-মীওই অমসুনি হায়না মহাক্কী *রঘুবংশ*দা শেংনা হায়রম্মিবনি—

**তামভ্যগচ্ছদ্ রুদিতানুসারী, কবিঃ কুশেধ্মাহরণায় য়াতঃ।**

**নিষাদবিদ্ধাণ্ডজদর্শনোৎথঃ, শ্লোকত্বমাপদ্যত য়স্য শোকঃ।।**

(*রঘুবংশ*, ১৪/৭০)

অমগসু—

**কাব্যস্যাত্মা স এবার্থঃ, তথা চাদিকবেঃ পুরা।**

**ক্রৌন্চদ্বন্দ্ববিয়োগোৎথঃ, শোকঃ শ্লোকত্বমাগতঃ।।**

(আনন্দবর্ধন, *ধ্বন্যালোক*, ১/৮)

কালিদাসনা আনন্দবর্ধনদগী চহীচা খরা হাল্লিবনি। জি সি তোংব্রানা মাগী অমদি মশাগী লীলাগী মরমদা হায়রম্বা ব্বাফম কয়া মশাগী লীলাদা থেংনরিবসিনি। সাহিত্যগী শাজৎ অমনি।

পরীং অসোমদা মহাকবি ভবভূতিনা (৭-৮শুবা চহীচা) কাব্যগী লমদাং অসিদা মপূং ওইবা হায়বদি মরুওইবা রসতি শৃপ্নগী করুণনি হায়না কন্না হায়রম্মী—

**একো রসঃ করুণ এব নিমিত্ত ভেদাদ্ ভিন্নঃ**

**পৃথকপৃথমিবাশ্রয়তে বিবর্তান্।**

**আবর্তবুদ্বুদ্ তরঙ্গ ময়াম্বিকারোনম্ভো**

**য়থা সলিল মেব তু তৎসমগ্রম।**

হায়বদি, অমত্তা ঙায়রবা করুণনা তোঙান তোঙানবা শক্তম লৌবনি। অমংবা নোং, ঈরে, কোজোল অমদি ইপোমগী শক্তম লৌজরবসু ঈশিংদি অরোইবদা ঈশিং ওইনা অদুম্মক লৈবগুম্বনি।

করুণ বসতা থৱায় য়াওখিবা মহাকবি অমগী ৱাহৈনি। মশাগী পুন্সিদসু 'করুণ'গী থৌওং অমা থেংনখিবা কবিনি। হায়ফম থোকই। ভবভূতিনা করুণ বসকী স্থায়িভাব অসি শোক (অৱাবা-থম্মোয় শোকপা)নি হায়না লৌদে; করুণানি হায়না লৌই। অপাকপা অর্থদা মিনুংশিগী ৱাপু অমদা লৌবনি। শম্বুকনসু মিনুংশিগী অর্থদা পুখিবনি। মহাকবি অসিনা লীবস্থা বামগী ৱাবী অসি অৱাবা অমদি মিনুংশিনা যূম্ফম ওইবনি।

অভিনবগুপ্তনা শান্ত বসনা পূম্নমক্কী মকনি হায়না লৌই। আত্মাজ্ঞান-আত্মাবু খঙবা—হায়বসিনা মসিগী স্থাযিভাবনি। হায়বিবা আত্মাজ্ঞান অসিমক্তি, মহাক্না লৌবদা, সংসাবগী ওইবা নত্তবা ৱাখলগী মালঙ অমদগী অৱা-নুংঙাই হবাও-তয়াম্বনি হায়না খল্লিবা বাসনাদগী নাম্থোক্লবা নুংঙাইবগী হায়বদি শেংলবা আনন্দ হাযবদুগী শক্তম্নি হায়না থাজে। ঈংবা তপ্পা, চাং অমত্তদা লৈববা আত্মা মশক খঙলবা হায়বা মীওইবগী নুংদা তূমদুনা লৈবিবা স্থাযিভাব অসিবু মখল কয়ামুক থোক্লা হৌদোকলুবা মতাংদা তোঙান তোঙানবা বসশিংগী মশক লৌবকপনি অদুনা বস পূম্নমক্কী স্থায়িভাব পূম্নমক্কী হৈফম মক লেম্ফুদি শান্ত বসকী স্থাযিভাব ওইবিবা আত্মা-জ্ঞান অসিনি হাযবনি। আনন্দবর্ধনগী মোত মতুংইন্না *মহাভাবতকী* মকওইবা বস শান্তনি। ৱাফম অসি বলদেব উপাধ্যাযনা মহাক্কী *ভাবতীয় সাহিত্য শাস্ত্র*-১ গী লা ১৯২দা পল্লি। শান্ত ওইবগী ইহুলসি আত্মা-জ্ঞান অসিনি মসিদগী ইহুল পূম্নমক ওইবকই হাযবনি।

ভোজবাজনচিংবনা শৃঙ্গাবনা মকোক থোংবা বসনি হাযনা লৌই। ভোজনা বসকী মশক তাকপদা পূক্নিংগী অৱা-নুংঙাইনচিংবগী ভাবশিংদা আত্মাগী ওইবা নুংঙাইবগী মশক ওইবিবা অভিমান যোঙদোবকপদুবুনি—'মনোऽনুকূলেষু দুঃখাদিষু আত্মণঃ সুখভিমানঃ বস' (*শৃঙ্গাবপ্রকাশ*) হাযনা পল্লি। হায়বিবা অভিমান হাযবদি অহংকাব অসিমক শৃঙ্গাবনি হাযবদি নুংঙাইবগী অয়োৌবীনি হায়না লৌবনি। 'বসোऽভিমানোऽহংকাবঃ শৃঙ্গাব ইতি গীয়তে' (*শৃঙ্গাবপ্রকাশ*) হায়না কন্না হাযবি। শৃঙ্গাবগী স্থাযিভাবনি 'বতি'। বতি অসি কামগী ঈবাং হায়বদি হকতিন ঈখৌগী ইহুলনি। ইহুল অসিনা নুংঙাইবা মখল পূম্নমক হৌগৎহল্লি হায়না থাজবনি। বিশ্বনাথ কবিবাজনসু উগ্রতা (অকনবা শাফু), মবণ (অশি পাংখকপা) অমদি আলস্য (তম্থবা) অসি নত্তনা সনচাবি ভাব পূম্নমক বস অসিগা মবী লৈনবনি হায়না য়াম্নমক পাক চাউনা অসুম্না ঊৎলি—'ত্বক্কৌগ্রমবণালস্যজুগুপ্সা ব্যভিচাবিণঃ' (*সাহিত্যদর্পণ*)। মায়চৌ

শাবদাতনয় (১৩শুবা চহীচা)নদি পূম্নমক হাপচিল্লি 'সমগ্রয়র্বণনাধাবঃ শৃঙ্গাবো বৃদ্ধিমশ্নুতে' (*ভাবপ্রকাশন*) হায়বদুনা।

বৈষ্ণব সাহিত্যকাব পণ্ডিতশিংনা ভক্তি বস পুথোক্তুনা শৌগৎলম্বতা নত্তনা বস অসিনা মপূংনি অমদি মকোক্লি হায়বা য়ৌনা ফোঙদোক্লম্মী। ভক্ত-পণ্ডিত ৰূপ গোস্বামী (১৫-১৬শুবা চহীচা)না অশেংবা মপূং ফাবা হায়বদু য়ৌনা নুংঙাইবগী মশক ওইবা বসতি ভক্তিনি অতৈদি অবেম্বনি, বস অতৈদি ভগবদ্ ভক্তি বসকী ব্যভিচাবিগুম্বনি হায়বা য়ৌনা হায়বম্মী। অসুম্না তাক্লি—

**পল্লিপূর্ণবসা ক্ষুদ্ররসসেভ্যো ভগবদ্রতিঃ**

অমদি

**হাসাদীনাং ব্যভিচারিষু পর্য্যবসানাত্।**

(*ৰূপ গোস্বামী, ভক্তিরসামৃতসিন্ধু*)

ৱাফম অসি জীবা গোস্বামী (১৬শুবা চহীচা), বিশ্বনাথ চক্রবর্তী (১৭-১৮শুবা চহীচা)নচিংবা পণ্ডিতশিংনা শৌগৎলি।

কবিগুম্না মতাংদা মীওই খবনা অদ্‌ভূত বসনা মকোক্লি হাযবসু যাওবকই। মখোয়না পুবা ৱাপু অমদা অদ্‌ভূত বসকী স্থাযিভাবসি 'বিস্ময'নি। মসিগা 'চমৎকাব' (অঙকপা) হাযবসিগা অমত্তনি। চমৎকাব হাযবিবসি মহাও ফংবা য়াবা বস পূম্নমক্কী মকন্দা যাওবি। হাযবদি চমৎকাব যাওদনা বস অমত্তা নুংঙাইবগী থাক যৌবা ঙমদে। অদুনা চমৎকাব হায়বদি বিস্ময অসি পূম্নমক্কী মকনি। অদুনা বসশিংগী মকোক অসি চমৎকাবদগী অপান্নবা ফৃকৎতুনা ওইবকপা অদ্‌ভূত অসিনা ওইগনি। ৱাফম অসি বিশ্বনাথ কবিবাজনা পুখৎলক্লিবনি—

**ৱসে সারশ্চমৎকাবঃ সর্বত্রাপ্যনুভূয়তে।**

**তচ্চমৎকাবসারত্বে সর্বত্রাপ্যদ্‌ভুতো ৱসঃ॥**

(বিশ্বনাথ, *সাহিত্যদর্পণ*)

পণ্ডিত অসিনা বিস্মযগ চমৎকাবগা অনী অসি অমত্তনি হায়না লৌই—'চমৎকাবঃ চিত্তবিস্তাব ৰূপো বিস্মযাপব পর্যাযঃ' (*সাহিত্যদর্পণ*) ৱাখল পুক্লিং পাকথোক-চাউথোবকপগী মওংদা চমৎকাবগা বিস্মযগা মান্নবা অথগীনি।

মুন্না হেক খন্থদুনা যেংবা তাববদি আনন্দ—নুংঙাইবা হাযবসিনা কাব্য পাবা নৎত্রগা য়েংবগী অমত্তা ঙায়ববা বসনি হায়বা তাবনি। মসিদি মপানগী ওইব্য পোৎ নত্তে; নুংগী হায়বদি আত্মা'-থৱাযনা হকথেংনজবা ফীভম অমনি। আত্মাগা

অপাম্নবা মৰী লৈনবা পোৎলম্মি। শৃঙ্গাৰ করুন শান্ত হায়না খায়দোক্কুনা মিংথোল্লিবসিদি নুংঙাইবিবা মওং অদুগী লমথুং হায়বদি প্রয়োজন অদুগী মতুং ইন্না মপান্দা খায়দোকপগী ৱাদনি। আত্মানা পেন্না নুংঙাইজবদা পুক্লিংগী ইহুল খুদিংমক মকওই। আত্মানা মশাগী ওইবা মগুণ লোয়নদুনা লৈবগুম পুক্লিংগী ইহুল অসিসু মঙল কয়ামুক লোয়ননা লৈ। মশানা লোয়নজবকপনি মহৌশাগী দাননি। মসিদা শাগৎপা নৎত্রগা মসিদগী পোক্লকপা নুংঙাইবনি। নুংঙাইবসিদি মপানগী মশক খেন্নজবতনি মকুদি অমত্তনি। মৰম অসিমক্লনি ভবত মুনিনা 'ৰস'পু অমখক্তা ওইবগী মওংদা একবচন (হায়বদি সিঙ্গুলব নম্বব ওইনা) শীজিন্নদুনা 'বস য়াওদনদি কবিগুম্বা অমত্তা খক ওইদে'—'ন হি বসাদৃতে কশ্চিদাপ্যর্থঃ প্রবর্ততে' (*নাট্যশাস্ত্র*, ৬/৩১)—হায়না কন্না হায়বম্মিবা। ৱাফম অসি অভিনবগুপ্তনা মাগী টীকাদা অসুন্না ব্যাখ্যা তৌবম্বনি—'তথা চ 'বসাদৃতে' ইত্যত একবচনোপপত্তিঃ। ততশ্চ মুখ্যভূতাত্ মহাবসাত্ স্ফোটদৃশীব অসত্যানি বা, অন্বিতামিধানদৃশীব উভয়াত্মকানি সত্যানি বা, অভিহিতান্বয়দশীব তত্ সমুদায়ৰূপানি বা, বসান্তবাণি ভাগাভিনিবেশ দৃষ্টানি ৰূপ্যন্তে।' (*অভিনবভাবতী*) অদুনা ভাবতকী কাব্য নৈনবশিংনা চেক্তা চেকশিল্লক্লবা মতাংদা বস হায়বা আত্মাগী ওইবা নুংঙাইবা অসিদি মপূম ওইবা অমখক্তনি; শৃঙ্গাব, বীব, হাস্য হায়দনা খায়বিবসিদি বস মপূম অসিগী কাযাৎ মচা-মচানি হাযনা দর্শনগী ওইবা ৱাখল্লোন অমগী লৈমীদা হায়বমখি।

অদুমকপু কাযাৎ ওইনা লৈবা বসশিং হায়বদি শৃঙ্গাব, বীবনচিংবা অসিগী মনুংদা কবম্বনা খবা হেন্না মকওইবগে হায়বগী মতাংদা মোত মখল মখল পুথোক্লখিবগী ৱাফম নৈনবনি। মসিদা শৃঙ্গাব, করুণ, শান্ত, অদ্ভূত অমদি ভক্তি পুখৎনবকই। ১৮শুবা চহীচা ফাওবদা মোত মঙা অসিনা মপূং ওইনা লৈ। মঙা অসিগী ৱাফম অসি ২০শুবা চহীচাগী নৈন-মীওইশিংগী নৈন-হীবমগী মনুং চন্না অমুক লৈবকই। থাযনগী লৈবাক অপূম্বগী লোল ওইবম্বা সংস্কৃততদা ইনদে হায়বদনি ভাবতকী পণ্ডিতশিংনা মানা মানা হৈনবা লোনদা—ইংলিশ, হিন্দী, বেঙ্গলী অমদি খা-ভাবতকী লোলশিং অসিনচিংবদা—মোত ফোঙদোক্লবদি লেপ্লখিবা নৎত্রি। লৌশিং চাউবশিংগী ৱাখলদি লোলনা কবিনা থিংলুবা ঙম্বা নত্তে। পুথোক পুথোক্নুনা নৈনবা অমদি হেন্না মওং চুম্বা ৱাপু অমবোমদা পুননবা অদুম্মক লাক্লবি। মথং মথং অদুম চখনবি।

পবীং অসি যেংবদা বস মঙা অসিগী মনুংদা ভক্তি অসিমা পূম্নমক্তগী মকোক

ওইবনি হায়বসি, ঈশ্বর অমদি আধ্যাত্মিকক্কী ৱাফমদা য়ুম্ফম ওইবনিনা য়ানদ্রে। মায়টৌ খরনদি রসনি হায়বা ফাওবা য়াদ্রিবনি। রসনি হায়বদি য়ানরগসু মসিনা মপূংনি হায়বদি য়ানদ্রে।

ভবভূতিনা কন্না পুখৎপা করুণ অসিসু পাক-শন্না য়ানবা হায়বদু ওইদে। মরমদি মহাকবিনা মসিগী স্থায়িভাবনি হায়না লৌরিবা করুণা হায়বা ইহুল অসিনা বীরগুম্বা রৌদ্রগুম্বা রসকী মতাংদদি করুণা হায়বদি মিনুংশিগী ইহুল অসি মথৌ তৌরক্তে। করুণাগী মতাংদা থম্মোয়গী চৈনা অমদি শাফূ অসি য়াম্নমক কন্না লৈবগুম রস অতৈদা লৈবা ঙমদে। অদুনা ইহুল অসিনা মপূং ওইবা য়ারক্তে। অদুগীসু মথক্তা করুণগী স্থায়িভাবতি 'শোক' হায়বদি অৱাবা অসিনি হায়না লৌনবনি। য়ানদে।

অদ্‌ভূতকী মায়কৈদা পীরিবা মরমসু শোন্না থোকই। স্থায়িভাব ওইনা লৌরিবা চমৎকার (অসিগা বিস্ময়গা অমত্তনি হায়না লৌরিবা) অসিনা রস পূন্নমক্কী মচি ওইনা লৌরি। রসকী মরুদা চমৎকারনা থবক তৌদুনতা লৈবদি নত্তে। রসকী মচি ওইবা শরুক্তি 'ঙকপা নত্তে নুংঙাইবা হকথেংনবনি' (ডা. নগেন্দ্র, *রস-সিদ্ধান্ত*) হাযবা অসিদি পূন্নমক্কা য়ানরবা ৱাফমনি। শম্না হায়রবদা চমৎকাবনা পূন্নমক্কী মঙল (শক্তি) ওইবা নত্তে হায়বনি। অদ্‌ভূতসু ওইবা য়াদে।

জগৎকী ঈরাং থাদোক্লবা দার্শনিক অভিনবগুপ্তনা শান্তবু অমদি রাগ য়াওবা ভোজরাজনা শৃঙ্গারবু কন্না কন্না পুখৎলি। শান্তগী স্থায়িভাব নির্বেদনি হায়না লৈরবনি। অভিনবগুপ্তনা লৌবিবনা নির্বেদ হায়বসিদা ঈংবা তপ্পা লিরি-খোইরিবা 'শম' হায়বা ইহুল অসি লৈ। হায়রিবা 'শম' অসি আত্মা-প্রতীতিনি হায়বদি আত্মাবু শকখঙলকপনি থৱায়না শাফোঙলকপগী মওংনি হায়বনি। বসকী মরুদা 'শম' অসি মথৌ তৌরি অদুনা রস খূদিংমক শান্তদা তিল্লে হায়না লৌই। রসকী মনুংঙাইদা ঈংবা তপ্পা লিরি খোইরিবগী মওং অমা লৈ, ঐগী-মীগী-কনাগীসু নত্তবগী ৱাখল অমা রস হকথেংনবদা লৈরে হায়বসিমদি ময়াম্না য়ানরবা ৱাফমনি। অসিগুম্না অমুক শৃঙ্গারগী 'রতি' অসিসু নুংগী ওইবা ইহুল অমা ওইনা থবক তৌরি। অনী অসি, হায়বদি শম-রতি, রস হকথেংনবগী মতাংদা অমমমতমক নত্তনা, পূন্না চঙই হায়বগী থাজবদা কুনশুবা চহীচাগী মায়টৌ ওইনা লৈবা ডা. নগেন্দ্রনা মাগী *রসসিদ্ধান্ত* দা শম-রতি-যুক্তি শৃঙ্গার হায়বা অমনা মপূংনি হায়না কন্না থাজবা উৎলি।

তশেংবদি ডা. নগেন্দ্রগী অসিসু ফৈদুদা থম্বগী ৱানি। রসকী ওইবা মুংঙাইবা

হায়বসিদি চপ মান্নবা লমথুং অমত্তনি। মসিদি কমলাগুম্বা মপূমনি শৃঙ্গাব, বীব ময়াম অসিদি মশুংনি। খায়দোক্লিবসিদি মপান্দা কান্নবা খবগীদমক খায়দোক্লবগী ব্রাদনি। অমখক্তনা মপূং ওইবা নত্তে পূম্নমক মকুওই। অযৌবীদা নুংঙাইবসি বসনি। অমত্তনি। মসিমক্তনা, চেক্তা চেকশিল্লক্লগা ভবত্তা অমুক তাবকই—'ন হি বসাদ্ ঋতে কশ্চিদর্থঃ প্রবর্ততে।'

## কবিগী রস

বস নৈনবগী মতাং অসিদা মসিগা মবী লৈনবা ব্রাফম খবসু খঙহৌবা তাই। বস হকথেংনবগী মতাংদা অপাবগা (অয়েংবসু) কাব্যগা অমদি য়াম্মবদা মায়চৌ লোল্লটহোযগুম্বা খবনা অদুঙৈগী অশেংবা নাযক নায়িকাশিং, হাযবদি অশেংবা খন্ব-থোইবীগুম্বা মখোয খবা লামশিল্লুবা নত্তনা কাব্যবু পুথোক্লিবা কবিগী মতাংদদি ইনৈ নৈনদবগুম উই। বস অসি কাব্যগা ভাবোক্কগী মবক্তদমক লৈবা শক্লাই-শকউদবা মবী ওইনা তৌবগুম উই। কবিদদি বস অসি লৈত্রবা জাৎলা? অচৌবা ব্রাহংনি। মুনি-ঋষিগী থাক্তা লৈববা কাব্য নৈনবশিংনা তৃমিন্না লৈথোক্তে। কাব্যদসু নত্তনা কবিবুসু মশক মুন্না খঙনবা লাক্লখি অমদি লাক্লবি। কবিগী অথূপ্পা ব্রাফম কয়া হাযবদি কবি কনানো; মানা কবিগী ইবিবনো; মাগী পীথোবকপা মঙল (প্রতিভা) কমদৌই; মাগী মহে-মশিং তম্বগী মওংনা কবি; মানা মথৌ কবম্না ঔবাইবা (অভ্যাস); কবিগী মঙল কযা লৈবা য়াবা হাযবনচিংবসি কৃপ্পা অমদি পাক-শন্না নৈনবক্লি। মসিগা লোযননা কবিগী ওইবা বসকী মতাংদসু নৈনবা চীখবমদে। *অগ্নিপুবাণ* না কন্না হাযবনি—

> **শৃঙ্গারী চেত্ কবিঃ কাব্যে জাতং রসময়ং জগত্।**
> **স এব বীতরাগশ্চেন্নীরসং সর্বমেব তত্॥**

(*অগ্নিপুরাণ*, ৩৪৫/১১)

হাযবদি কাব্যবু শেম্মিবা (ইবিবা) কবিনা বস চূপ্পা ওইববা (শৃঙ্গাবী হাযবদি বসিক) জগৎ অসি বস চেল্লি। মানা বাগ চঙদবা ওইববা (বীতবাগী হাযবদি বস য়াওদবা) অদু ওইববদি পোৎ পূম্নমক বস চেন্দ্রে।

শেংলবা ব্রাফমনি, কাব্যদা লৈবিবা ভাবোক্লা ফংলিবা বস অসি কবিদা লৈখ্রবা বস অদুনি। কবি মশানা হান্না নুংঙাইতনা ভাবোক্কী থম্মোয়দা বস পোকহনবা যাবোই। কমলগী নুংদা হান্না *মাধবী*গী কায়নবা পোলোই লৈখ্রবনি। অব্রা-নুংঙাই পূম্নমক কমলনা হকথেংনখ্রবনি। ইদ্রিঙৈদবু ওইববসু ইবিঙৈ

মনুংদমু ওইববসু কমলগী থম্মোয় মকা লামখ্রবনি নংত্রগনা মাধবীগা লোয়ননা পিবাং শীস্থখ্রবনি। মতুংদা কমলনা য়েকপা বিভাবনচিংবনা অপাবগী নুংদা য়াওবিবা স্থায়িভাব হৌদোকপনি মসিদগী ভাবোক্তা নোকই নংত্রগনা কপ্পি। অদুনদি শূপচিন্না তাশিল্লগা হায়বা তাবদা কবিদা বস অসি হান্না পোকই মতুংদা ভাবোক্তা চেম্বকই। কবিনা হান্ননা ভাবোক ওইখ্রবনি। মাগী বিভাবনচিংবদি হায়বদি মাধবীদি মাগী ব্রাখল মালঙ (কল্পনা)দা লৈখ্রবনি। কবিনা মাগী পীথোবকপা মঙলনা মহৌশানা উংলবা কবিতাবু অয়ৌবীদা পাদুনা অয়ৌবীদা বস চূপখ্রবনি। খোইমুনা লৈবাং লৈবাং খূদিং তোংদুনা লৈহী চূপখ্রবনি। নীংতম্না পাইদুনা মহৌশাগী পোৎয়ান য়াওদ্রবা লৈহী অদু অপাম্বমখে চূপ্পুববনি। ভাবোক্লা ফংলিবসিনা খোইহীনি। খোইহীবু কনানা লোইনা শীংথাবা ওমগদগে? ভবত মুনিনা অশূপ্পা ব্রা ওইনা হায়বি—

**য়থা বীজাদ্ ভবেদ্ বৃক্ষো বৃক্ষাত্ পুষ্পং ফলং য়থা।**
**তথা মূলং রসাঃ সর্বে তেভ্যো ভাবা ব্যবস্থিতাঃ ॥**

(*নাট্যশাস্ত্র*, ৬/৪২)

অর্থদি—মহে-মরূদগী উজাউ ওইবকই, উপালদা মপাল অদুগা মপানদগী মহে য়াল্লকই; অসিগুম্মদনা বস মপৈনা কাব্যগী মরূ ওইবনি অদুগা ভাব ময়াম মওং চানা লৈবকই।

ভবতকী অশূপ্পা ব্রা অসি অভিনবগুপ্তনা মাগী *অভিনব ভাবতী* দা শাংনা ব্যাখ্যা তৌই। ব্যাখ্যাগী ব্রা মচংদি কবিদা লৈবা বসতি উপালগী মরূগা পাংখক্লি; কবিগা ভাবোক্তা মান্নে। মবম অসিদগীনি আনন্দবর্ধননা 'শৃঙ্গারী চেত্ কবিঃ কাব্যে' হায়বম্মিবা। কাব্যনা উপালনি। অভিনয়নচিংবা লীলাগী থৌওংশিংনা শাবিবা মপাননি অদুগা ভাবোক্লা বস হকথেংনবিবগী মওংনা উহৈনি। অসুম্না মালেম অসি বস চেল্লকই। কবি হান্ননা ভাবোক ওইববনি। চুম্নগী ভাবোক্তগী হকচিল্লিবা মওং অমনা মাগী বিভাবশিংদি শক্লাইবা নত্তে অদুবু শক্লাইবদগী হেন্না হকপা মশক অমা শেমজবগা উজববনি। লৈশেমগী মঙল চঙই হাযবিবসি মতাং অস্বায়দনি। কবিগী নুংদা হকথেংনজবিবা বস অসিনা কাব্যদা লৈবিবা বস অসিগী অপোকপীনি হায়বা তাই। অপোকপীগী শক্তম পুবিবী কবিগী বসনি। চুম্মবনি বস হকথেংনরুদবা কবিনা অতৈদা বস হকথেংনহনবা ঙম্মোই। ভট্ট নায়কনা মহাক্কী লাইবিক *হৃদয়দর্পণ* দা হায়বম্মী হায়বদুনি—'য়াবত্ পূর্ণো ন চৈতেন তাবন্নৈব বমত্যমুম্।'—কবিদা বসনা নীক নীক

লাউনা য়াওস্রিমখৈ মানা রস পোকহনবা কমদৌনা ওমগনি। কবিনা হুকথেংনখিবা রস অসিনি কবিগী রস হায়বিবসি।

বাফম অমগসু লৈবি কবিনা ফংলিবা রস অদুক অপাবনসু ফংবা ওস্মবদি কবিগী খুৎশেম অসি মহৈ য়াম্না হেন্না য়াম্লবনি। মসিগা লোয়ননা কবিনা নুংঙাইজবিবা অদুম্মক মাগী কাব্য অদুদা চপ চানা য়েকপা ওস্মিদরা? মঙোন্দা য়াওবিবা নুংঙাইবা নৎত্রগা অৱা-নুংঙাই অদুমক শীংথা-শৈথানবা চপ হেক চাবা বাহৈ অমদি অতৈ পাম্বৈশিং ফংলিগদবা? মসিগী মতাংদা অপাননা নৈনবদি কয়া থেংনদে।

## রসকী মশক অতৈ খরা

বসকী মতাং অসিদা পন্নবা বাফম খবসু লৈরি—অপূর্ণ বস, বসাভাস, বসবত্ অলংকাব, মরূপ ওইবা বস, য়েক্লবা বস।

অপূর্ণ বস—মপূং ফাদবা বস হায়বনি। কবিসু মীওইবা জীবনিনা হীবম খুদিংমক্তা চপ চানা চানা মায় পাক্কনি হায়বগী বাফম লৈতে। মপূং পূংফামক ফাববা হায়বদুদি লৈবা হৌনদে। বস অমা অসুম পুখৎলকপদা বিভাবনচিংবা পূম্নমক লৈনা লৈনা কবিগুম্বা অবাৎপা অমদগী নৎত্রগা খবদগী অপাবগী থম্মোয়দা বস হুকথেংনবা ওস্বগী ফীভম অদু লৈবক্তবা য়াওবকই। মওংবু নোক্লিংবগী মতাং অমা পুখৎলকপদা শীংথা-শৈথাবিবা তাক্কক নৎত্রগা মতাং অদু লোইবকপা ফাওবদা ইনোক নোক্লিংদবা য়াওই। তেনবা শাংবা, কুইবা কুইদবগী বা নত্তবদা ইবিবা মতাং অদুদা বস চপ চানা পীবা ওমদবগী বানি। মওং কয়ামুক্কী মবম লৈবা য়াই। ইবিবদুদা হোৎন-হোৎননা, অকিবা ইপোক পোক্তনা লোইশিনখ্রবা, ইতূক-তূক্কৎচবা ফাওদ্রবা, নুংশিবগী ইহুল মওং চানা ফূক্কৎপা ওমদ্রবা মতাংদা মপূং ফাদবা বসকী ফীভম লৈবকই। কবিতা মচা-মচাদা লৈগল্লি। কাব্যগী দোষ অমনি।

বসাভাস—চুমফাত্তবা বস হায়বনি। 'আভাস' হায়বদি মমি হায়বদি অশেংবা পোৎ অদু নত্তবা মমি ওইবা হায়বনি। বস অমদা চঙবা মচল শুনা য়াওববা বিভাবনচিংবসি মফম চানা চানা মওং চুম্ন-চুম্না অদুম্মক শীংথাববা, মওং চানা বস তাম্না ফূক্কৎনবসু লাক্লববা, বসকী ফীভম লৈবসু য়াববা, কবিগুম্বদা বস হুকথেংনবসু হৌববা অদুবু মতা চাদবা অমা নৎত্রগা খবদগী পুখৎলক্লিবা বস অদু অশেংবা বস ওইদ্রবা মতাংদা বসাভাস ওইবকই। অশেংবা বস ওইবগী মহুত্তা মমি ওইবকপগী বাফমনি। অনৌচিত্য, হায়বদি মতা চাদবা হায়বসিনা মসিগী মকওইবা

মবম ওইবনি। মতা চাদবা হায়বসি মওং তক্কক খক্তা উবা ফংই —১। বসকী ওইনা মতা চাদবা—মসিদা (ক) চুংশিন্নবা য়াদবা বস হায়বদি য়েক্লবা ওইনা লৈবা বস পূনশিন্নবা হায়বা অমগা (খ) মপুং ওইবা বসতগী থৈদোবক্তুনা মশা ওইবা অমদা মায়পূনখিবা অসিগা অনী লৈ; ২। বিভাবকী ওইবা মতা চাদবা—পণ্ডিতবাজ জগন্নাথনসু আলম্বন বিভাবনা মতা চাদ্রবা মতাংবু বসাভাস কৌই—'অনুচিত বিভাবালম্বন বসাভাসত্ত্বম্।'—হায়না হায়খিবা লৈ; ৩। ভাব হায়বদি স্থায়িভাব মতা চাদবা—মসিসু বিভাব মতা চাদবগা অদুম মবী লৈনৈ। পাত্রনচিংবা মতা চাদবনা স্থায়িভাব অমা হৌদোকপগী ব্রানি। ৪। লীচৎ মতা চাদবা; ৫। মীয়ামগী থাজনবী চৎনবীগী মায়োক্তা শীংথাবা চান্নদবা; অদুগা ৬। সমাজগী ওইবা নিয়মগা চান্নদবা—শম্না হায়ববদা মতা চাদবনা নৎত্রগা ফীভমগা চূনদবা বস হায়বনি। বসশিংগী বসাভাসকী মওং খুদম ওইনা য়েংসি—

১। শৃঙ্গাব বসাভাস--মপুবোইবা নৎত্রগা নুংশিনবা লৈনা লৈনা অতোপ্পা নুপাগা চান্নবা উৎপা। ওজা-গুরুগী নুপীগা মবী লৈনবা উৎপা। মসি চৎনবীগী ব্রাংমদনি।

২। বীব বসাভাস—অনেম্বা-অতোনবা পাত্রদা থৌনা (উৎসাহ) হাপ্পুনা শীংথাবা।

৩। করুণ বসাভাস—সংসাব থাদোক্লবা মীওই, বুদ্ধগুম্বা, অমগী মফমদা মিনুংশিগী নাক-য়েৎ হাপ্পকপা।

৪। বৌদ্র বসাভাস—মপা-মমা, ওজা-গুরু নৎত্রগা অশোনবা অহল-লমনদা মতীং থোক্লা শাউজিল্লুবা।

৫। শান্ত বসাভাস—অনেম্বা অপীকপা পাত্রদা শান্তিগী ফীভম হাপ্পা।

৬। হাস্য বসাভাস—নিংথৌ, অঙম-অথৌ মথক থোংবশিংবু নোক্লনবগী মীওই নৎত্রগা মচাক হায়বদি বিভাব ওইহনবা।

৭। ভয়ানক বসাভাস—নায়কনচিংবা অচৌবা মীওইদা অকিবা পোকহনবা।

৮। বীভৎস বসাভাস—যজ্ঞ, বলীনচিংবগী শা-ঙাদা হঙ্গোইবা পোকপগী মওংদা শীংথাবা।

৯। অদ্ভুত বসাভাস—যাদু মীৎত্রংনচিংবগী থৌওংদা চং ফংনা ঙকহনবা।

১০। বাৎসল্য বসাভাস—মথকথোংবদা মচা-মশুগুম তৌবকপা।

১১। ভক্তি বসাভাস—ভূৎ-প্রেৎ, শাবোই-ঙাবোইনচিংবা ফত্তবা লাইদা

থাজবা চঙজবনচিংবা উৎপা।

রসাভাস অসি রস হকথেংনবগী মতাংদা দোষ ওইদুনতা লৈরবা পোৎ অমা নত্তে। ফত্তবা চুমদ্রবা, কাব্যদা চাউরবা মরাল অমা ওইবা নত্তে। মায়চৌ ময়াম অমনদি রসকী মনুংচন্না থম্বা য়াওনরি। আনন্দবর্ধন ফাওবনা রস অমদি ভাবকী মতৌগুম্না রসাভাস অসিসু রসধ্বনি হায়বা ধ্বনি মখল অদুগী মনুংদা থম্মিবনি। অদুবু খরনদি রস হায়বসিদি তশেং-তশেংনা অমকপা য়াওদবা ওইনা লৈগদবনি রসাভাসকী মতাংদদি রস হকথেংনবদা লকক তৌই অদুনা মসিনা রস ওইবা য়ারোই হায়না হায়রি। রসাভাসপু শৌগৎপা মীওইশিংগী কল্লবা মরৈনা থৌরী মতৎ অমবু লিলনি হায়না উরুবদা অশেংবা অদু খণ্ডলক্ত্রিবা মখেদি লিলনি হায়দনা লৈরিবনি, অসুম্না মতা চাদে হায়বা খণ্ডলক্ত্রিবা অমদি উৎলক্ত্রিবা ফাওবদি শেংলবা রস ওইনা লৈবনি। অসিবাই ফাওবদি রসকী থাক্তা অদুম্মক লৈবা তাবনি হায়বসিনি। ককপা য়াদ্রবা বাফম ওইনা লৈরি।

কাব্যদা রসাভাস য়াওনৈ হাপনৈ। হাপ্তবা য়াদবা মতাং ফাওবা লৈরকই। কাইদাবু, নোংবান শাবগী মরীল চুমদবা লীচৎ মথং মথং উৎনবা লাক্লরকপদা থোইবীবু নুংশিবা মালহনবগী থৌওং উৎপা তারকই। বিভাবনচিংবা শেম্বা তারকই। নৎত্রগসু হাস্যরসকী মতাংদা হাস হায়বা স্থায়িভাব অসি ফূক্কৎনবা লাক্লরকপদা মওং-মতা চাদবা থৌওং হায়বদি বিভাবনচিংবা শেম্বা তারকই। মসিননি অভিনবগুপ্তনচিংবনা রসাভাস অসিবু হাস্যরসকী হৌফম-পোকফম ওইরকই হায়না কন্না ফোঙদোকইবা।

হৌজিক্কী মতম অসিদদি মওং চাদবা মতা চাদবা রসনি হায়না লৌনবা য়াওখিবা রসাভাস অসি মপূং ওইনা উৎনরকপা য়াওরবনি। মনোবিজ্ঞানগী মীৎয়েংদগী নুংগী অশেংবা মশক উৎনবা লাক্লরকপদা রসাভাস হায়নরিবসিগী মতেং চোন্নপ চোন্নপ লৌনরক্লি। নিংথৌগুম্মবা অচৌ-অশাং কন্না লক্করক্লি; ওজা-গুরুগী নুপীগা ছাত্র-সেবক্কা মরী লৈনরক্লি। ইদিপস কমপ্লেক্স অমদি ইলেক্ত্রা কমপ্লেক্সকী য়ূম্ফমদা কাব্য-সাহিত্যগী মচল কয়ামুক থোক্লক্লি। পোলোইগী পাউজেলদা মরৌ লৈবা তারবসু পাক-শন্না উৎলিবা মতাংদি রসাভাসকী মওং অসিদা চত্থবা কাব্যগী মশীং ব্বাৎলোই। অদুনদি রসাভাসকী মওং চাদবা মতৌ অসি লৈরক্তরে নৎত্রগা লৈরবা ফাওবদা য়াম্নমক হস্তুরে। অনৌবা য়াওলনি। সাহিত্যদি লেপ্তবা ঈচেলনি। মীওইবগী ব্বাখল পরীংবু কক্ থিংবা য়াবা হৌনদে।

অদুমকপু ভাবতকী কাব্যশাস্ত্রদদি বসাভাসকী মশক মওং হায়বদি শক্তম (concept) অদুম্মক লৈখিগনি।

বসশিংগী লৈনবা মখী—কাব্য অমদা বস অমদগী হেন্না য়াওবা মশানা তাবনি। অতেনবা নৎত্রগা অখন্নবা কাব্যগী মচলদদি অমত্তমক য়াওই; অদুবু অমদগী হেন্না য়াওবনা পূক থনবা হেল্লি। মথেল লুক্কোয়গী মহাও পাম্নবনি; চীলহাও থিগনশ্রবা অপাবনি। থাওগী ময়াদা নৎত্রগা নোংমৈ চীন্দোনদা সাহিত্য পাহনবা য়াবোই। অদুগীসু মথক্তা সাহিত্য পাদ্রগদি চোংশিন্দুনা শিগদবমক্তি লৈতবনিনা মহাও মওং চানা পীজদ্রগদি যাতোন তংবিবোইদবা অপাবনি। ভাব তানা পীজবা চাহনবা তাবদা কলাগী ওইবা মশীন চঙদবা য়াবোই। অহাওবা অফবা মথেল ঙাক্তা পূল্লপ তোৎশিল্লগা পীজবা য়াবোই। চাগদবগী চাগদবা অমহানি হায়দা শবেং থোংবগা সুকতানীগা তোৎশিল্লগা পীজবা যাবোই। অসুম্না বসতসু পূনবা য়াবা, থংনবা য়াদবা অমদি পূনবা-থংনবদা চানবা চানদবা লৈ। য়েমৌনবা যেমৌনদবগুম্বনি। মসি বসশিংগী মখীনি। মখী অসি (ক) মৰূপ ওইবা অমদি (খ) যেক্লবা অনী থোকই।

(ক) মৰূপ ওইবা বস—বস খবদি নকশিন্নহনবা নৎত্রগা পূনশিনবা য়াই। হায়বদি আলম্বন বিভাবনচিংবা অমত্তা ওইহল্লগা বস ফূক্কৎনবা তৌবা যাই। হাযবদি, মওংবু শৃঙ্গাবগী সম্ভোগ—উনবা-থুংনবগী মওংগা হাস্যগী ফাগী তৌনদনা নোকপগা চান্নে; নকশিন্নবা চূংশিন্নবা যাই। মখা অদুম চথবসু যাই। হাযবদি খবা অমুক্তা শন্দোক্লা হায়ববদা নুংশিনবগী ৱাবী অমদি থৌওং চথবিঙে মনুং অসিদা থোইবী শাবীগা খম্বা শাবগা ফাগী তৌনদুনা নোকপা যাই, য়াবগা লোযননা নুংশিনবা নৎত্রগা ফাগীগী মওং অদু চাং ফাওবা হেনগৎহনবা যাই। অনী অসি অমনা অমগী মতেং ওইবকই। অসুম্না আলম্বন অমদি আশ্রয়দি অমত্তা অদুম ওইবগা মতম মতাং ইশম শম্না বতি অমদি হাস হাযবা স্থায়িভাব অনী অসি শৃঙ্গাব অমদি হাস্য বস তান্না ফূক্কৎপা য়াই। অনী অসি মৰূপ ওইবা বসনি। অ-ুম্না বীবগা অদ্ভূত অমদি বৌদ্রগা পূনবা যাই; শৃঙ্গাবগা অদ্ভূতকা পক্লে; ভয়ানককা বীভৎসগা চূংশিন্নবা যাই। চূংশিন্নবদা শাবেংসু থোংবা থাউসু থাকপগী মওং লৈ।

(খ) য়েক্লবা বস—মথক্কী অসিগুম্বা চূংশিন্নবদা চান্নদবা, ঈশিংগা থাউগা য়ানশিন্নবদৌনা অমত্তা ওইশিল্লু যাদবসু লৈবি। আলম্বন, আশ্রয় অমত্তদা স্থায়িভাব তোঙান তোঙানবা ফূক্কৎপা য়াদবা লৈ। কাইদাবু শৃঙ্গাবগা বীভৎসগা চূংশিন্নবা যাদে।

মশানা ভাবনি পাত্র অমদি নাক-য়েৎ অমত্তদা নুংসু নুংশিবা তুকসু তুক্কৎচবা পোকহনবা য়াবা হৌনদে। অফুৎপা উন মতুম লৈবা হৌনদে। অসিগুম্না মথাগী রসশিং য়েক্লবনি হায়না লৌগনি—

১। শৃঙ্গারগা করুণ, বীভৎস, রৌদ্র, বীর অমদি ভয়ানক;

২। হাস্যগা ভয়ানক, করুণ অমদি অদ্‌ভূত;

৩। করুণগা হাস্য অমদি শৃঙ্গার;

৪। রৌদ্রগা হাস্য, শৃঙ্গার অমদি ভয়ানক;

৫। বীরগা ভয়ানক অমদি শান্ত;

৬। ভয়ানকা শৃঙ্গার, বীর, রৌদ্র, হাস্য অমদি শান্ত;

৭। বীভৎসগা শৃঙ্গার, শান্ত, বাৎসল্য;

৮। শান্তগা বীর, শৃঙ্গার, বৌদ্র, হাস্য অমদি ভয়ানক বাৎসল অমদি ভক্তি;

৯। অদ্‌ভূতকা হাস্য, শৃঙ্গার, বাৎসল্য, করুণ;

১০। বাৎসল্যগা রৌদ্র, বীভৎস, শান্ত, অদ্‌ভূত;

১১। ভক্তিগা শান্ত, বীভৎস, ভয়ানক, রৌদ্র।

রসবত্ অলংকার—'বত্' হায়বদি মান্নবা, গুম্বা নৎত্রগা চাংদম্নবা য়াবা হায়বনি; অদুগা রসগুম্বা অলংকারগী মনুংদা থম্লে। ভামহনচিংবা নৈন-মীওই কয়ানা রস অসিবু অলংকারগী মনুংদা থম্লে। মখোয়না অলংকার অসিনা কাব্যগী আত্মানি হায়না লৌই। ভামহনা রস অসিবু রসবত্ অলংকারনি হায়না লৌই; কন্না হায়রম্বনি—

রসবদ্ দর্শিত স্পষ্ট শৃঙ্গারাদি রসং য়থা।
দেবী সমাগমদ্ ধর্মমস্করণ্য তিরোহিতা।।

(*কাব্যালংকার*)

হায়বদি, শৃঙ্গাবনচিংবা রসশিংবু ময়েক অপাননা শীংথারকপা মফমদা রসবত্ (দ্) অলংকার ওইবকই। মওংবু—ধর্ম দণ্ড পায়দুনা লাইরেম্বীনা শাফোঙবগুম্মী।

ভামহগুম্না দণ্ডীসু বসপু রসবত্ অলংকারনি হায়না লৌই। তৌবতবু মায়চৌ অসিনদি ব্রাহ্মেশিংগী থোৎপা নৌবা নীংথিবা মওংদা পূক্লিং চঙই। উদ্‌ভটনসু রস অসিবু রসবত্নচিংবা অলংকার নৈনবগী মনুংদা নৈনে। পণ্ডিত অসিগী মোৎনা স্থায়ি, সঞ্চারি, বিভাব অমদি অনুভাবকী পাম্বেনা রস থোকপা মতাংদা রসবত্ অলংকার ওইরকই হায়বসিনি।

তশেংবদি মায়চৌশিং অসিনা পল্লিবা পোৎলম অসি ভরতকী রসসূত্রনা পীবা

অদুগা তুংগী পণ্ডিতশিংনা পাক শন্না নৈনবকপা অদুগা অয়াম্বনা য়ানবিবা বস হায়বা মচন অসিনি। তৌবতবু মখোয়না মখোয়গী পাক-চাউরবা শক্তমদা থম্মিবা অলংকাব হায়বদুগী মনুংদা মখল অমা ওইনা থম্বনি। অলংকাবনা কাব্যগী থবায়নি হায়না লৈবা নৈন-মীওইশিংসু বস হায়বা অসিবুদি চপ চানা য়াবি।

মঙাশুবা তাঙ্কক

## কাব্যদা দোষ অমদি কাব্যগী গুণ

**দোষ করিনো ঃ**

মীওইবসি লানগল্লি অমদি লাননীংগল্লি। কবিসু মরু লেম্ফুদদি মীনি। কবিগী থৌদৌ (কর্ম)দসু অশোয়বা ময়াওরকই। কবি-থৌদৌদা লৈরকপা অশোয়বসি কাব্যগী দোষনি। কাব্য-দোষ করিনো কমদৌবনো হায়বগী মতাংদা নৈন-মীওইশিংনা অদুম্মক নৈনদুনা লাকই। ভরত মুনিনা দোষ অসি কদায়বু কৌগদগে হায়বগী ৱাফমদি পল্লমদনা দোষ মখল তরাখক পল্লগা (*নাট্যশাস্ত্র*, ১৭/৮৭) মখোয় অসিগী ওন্ন-তৈনবা মওংদু গুণনি হায়না গুণ মখল তরা নৈনরকই। য়ামদ্রবদা মসিনা তাকপদি কাব্যদা দোষ খরদি লৈ হায়বসিনি। ভামহ (৬বা চহীচা)নসু মাগী *কাব্যালংকার* দা কবিনা থাদোক্লদবা দোষ কয়ামুক পল্লম্মী। কাব্যদা দোষ খরদি লৈরে হায়বসি চুম্মে হায়বসি তাক্লবনি। অহৌবগী নৈন-মীওই অনীনা নাকোয়ননা কাব্যদা দোষ লৈ, লৈরিবসি লৈহন্দবা ফৈ হায়বনি। বামন (৯শুবা চহীচা)নদি কাব্যগী মশক তাকপদা দোষ য়াওহন্দবা, থাদোকপা হায়বসি কাব্যদা চঙদবা য়াদ্রবা মচল অমা ওইনা লৌরক্লে—'স দোষ-গুণালংকার-হানাদানাভ্যাম্' (*কাব্যালংকারসূত্র*, ১/১/৩) অর্থদি—গুণ, অলংকার য়াওহনবদগী অমদি দোষ য়াওহন্দবদগী কাব্যদা নীংথিবা হায়বদু পোকই। দোষ শোয়দনা লৈরে হায়বসি হেন্না চেৎশিল্লক্লে। অসুম মথং-মথং দোষকী মফম অসি হেনগৎলকপনা মায়চৌ মম্মট (১১শুবা চহীচা) য়ৌরকপদদি—'তদদোষৌ শব্দার্থৌ সগুণাবনলংকৃতী পুনঃ ক্বাপি'—দোষ চেন্দবা, গুণ য়াওবা করিগুম্বদা অলংকার য়াওবা ৱাহৈগা অর্থগদু কাব্যনি—দোষ শুকয়াও য়াওহন্দবগী ৱাফমদা অহানবা খোঙথাং ওইনা পল্লরে। কাব্যগী লমদা দোষ অসিনা অপনবা শোয়দনমক্কী ওইরে হায়বসি ময়েক শেংলে। দোষকী মফম খম থেংনা হেনগৎলবগী ৱানি। 'দোষ য়াওদবা' হায়বসিনা মরুওইবা শরূক অমা ওইনা লৌরিবসিনি।

দোষ অসি কবিনো হায়বগী মতাংদা ময়েক শেংনা পল্লম্বা মীওইসি বামননি। *কাব্যালংকাবসূত্রদা* ময়েক শেংনা তাক্লম্মী—'গুণ বিপর্য য়াত্মনো দোষাঃ'—গুণগী ওন্ন-তৈনবা মশক্তু দোষনি। নীংথিবা হেনগৎহল্লিবা মচাক্তু 'গুণ'নি। মসিগী ওন্ন-তৈনবা হায়বদি নীংথিববু হন্থহল্লিবা মহাক্তুনি। কাব্যগী ফজবদা হন্থহনবগী মচাক অদু দোষনি হায়বনি। ওন্ন-তৈনবগী ৱাফমসি ভবতনসু পনবনি। অদুবু মাগী অদুদদি গুণ চেন্দবদু দোষনি হায়বগী মওংনি অদুগা বামনগী অসিদনা গুণ চেন্নবা পবেংশিংদা ফাওবা দোষ য়াওবা য়াবগী ৱাফম য়াওবি। হায়বদি, বামননা লৌবিবসি, কাব্যগী ফজববু মাঙল্লিবা পোৎশক অদু দোষনি হায়বসিনি। গুণ য়াওদবা ঙাক্তনা দোষ ওইবা নৎত্রি য়াওনা য়াওনা মাঙহনবা নৎত্রগা হন্থহনবা য়াবগী ৱাসু যাওফম থোকই। কাব্যগী ফজবা অসি গুণখক্তনা (গুণ মখল ১০ নৎত্রগা ৩) নত্তে; যাম্মী। মসিগী মনুংদা মপূং ওইবা, থৱায়মক্লি হায়নবিবনি বস। বস অসিদা হন্থনবগী মচাক ওইবা য়াওববদি মদু দোষনি। মায়চৌ বিশ্বনাথনা শেংনা হাযবে—'বসাপকর্ষকা দোষাঃ' (*সাহিত্যদর্পণ*) 'বসবু চিংথবিবদু দোষনি'। মায়চৌ অসিগী মখা তাবা মোৎতা বসবু চিংথবিবা মচাকসি অথেঙবা (বিলম্ব), অথিংবা (অববোধ) অমদি পূংমাঙ মাঙহনবা (নষ্টীকবণ) অহুম অসি ওইবা য়াই হায়বসিনি। মসোমদগী য়েংবদা দোষ অসি ৱাহৈগী হাযবা অমা অথগী হায়বা অমা, (কাব্যদি ৱাহৈগা অর্থগগী পূনশিনবা শক্তম ওইবনিনা) মচীন অনী লোঙবা তাবকই। হায়বদি দোষ অসি অনীমক্তা লৈবকই হায়বনি। দোষ কদায়বু কৌবগে হায়বগী মতাংদা নৈন-মীওইশিংনা তোঙান তোঙানবা মোত মাগী-মাগী ওইবা ৱাহৈ-ৱাতাদা (লোন্দাদা) ফোঙদোকই। লোইনমক ৱাহৈ-ৱাতা খেন্নজববসু মনুংগী মচংদি মান্নে। পূল্লপ্না তাশিল্লগা হায়বা য়াবদা, ৱাহৈ অমদি অর্থদা অকায়বা ওইবিবা লোয়ননা বস চূপ্পদা অপনবা ওইবিবা মচাক (তত্ব) অদু দোষনি হায়বসিনি।

## ইতিহাস

নোংপোক্লোমগী নৈন-মীওইশিংনা কাব্যগী মচাক নৈনবদা কাব্যদা লৈবা অমদি লৈবা য়াবা দোষকী মতাংদসু শোয়দনমক পাক-শন্না নৈনদুনা লাক্লি। মফম মতম অমদি মতাং খেন্নবগী মতুংইন্না মোত খেন্নবা য়াম্না লৈববসু মওংদি অয়াম্বা মতাংদা মান্নে হায়বা য়াই। দোষ মশক খঙবনা কবি অমদি অইবনা য়াম্না কান্নবা ফংই। কবিসু মীনিনা মানা শেন্না কাব্য অসি পূমশেং শেংলবা হায়বদু ওইদে। মীৎয়েং অমা নৎত্রগা অমদগী দোষ অদুম্মক য়াওই। মচা-মশূ খবা য়াওবদি অদুম ইয়াওদা য়াওনবনিনা

অদুক কন্না থোইদোকপা হায়বদু ওইহ্রবসু অটৌ অটৌবা খররি য়াওহনবা চুমদে। দোষ মশক মওং হান্নবা খঙদোক্লবদি মদু য়াওদনবা, য়াওখিরম্বা তারবসু মদু অমুক হুঞ্জিনহন্দনবা মতীক লৈবা কবিনা লাক্লবা তাই। শীথোরকপা মঙল (প্রতিভা) ফনা য়াওদুনসু কবিগী মহে-মশিং অসি য়াওদবা ইয়ামক য়াদবনি। খঙবা খঙহনবা হায়বসি মহে-মশিংনি। দোষ মশক খঙবনা দোষতগী লাপথোকপা ওয়ে।

দোষকী ব্রাফম পল্লম্বা ইহানবা হানবা মায়টৌনি ভরত। মায়টৌ অসিনা দোষ তবাখক পল্লম্মী–গূঢ়ার্থ (অর্থ লোৎপা), অর্থান্তর (হায়রোইদবা হায়বা), অর্থহীন (নাতৈ চাদবা মচেৎ ওইবা অর্থ), ভিন্নার্থ (অকাম্বা চাওখত্তবা অর্থ শীজিন্নবা), একার্থ (চপ মান্নবা অর্থদা ব্রাহে ময়াম শীজিন্নবা), অভিপ্লুতার্থ (পরেং অমদা য়াম্না তেন্না লোইশিনবা), ন্যায়াপেত্ (প্রমাণ য়াওদবা), বিষম (ছন্দ য়াওদবা), বিসন্ধি (সন্ধি তৌবা যাবদা তৌদবা) অমদি শব্দচ্যুত (অরানবা ব্রাহে শীজিন্নবা) অসিনি—

গূঢ়ার্থমর্থান্তরমর্থহীনং ভিন্নার্থমেকার্থমভিপ্লুতার্থম্।
ন্যায়াদপেতং বিষমং বিসন্ধি শব্দচ্যুতং বৈ দশ কাব্যদোষাঃ ॥

(*নাট্যশাস্ত্র*, ১৮/৮৭)

ভামহ (৬শুবা)না দোষ তবামাথোই পল্লি, দণ্ডী (৮শুবা)না তবা। ভামহনা অমা হেন্না পল্লিবসি 'প্রতিজ্ঞা হেতু দৃষ্টান্ত হানি' হায়বসিনি। বামন (৯শুবা)না হাযবিবা দোষশিংবু (ক) পদদোষ, (খ) বাক্যদোষ, (গ) পদার্থ দোষ অমদি (ঘ) বাক্যার্থ দোষ হাযনা কাঙলূপ মবিদা নিয়মগী ওইনা থম্মী। আচার্য মম্মট (১১শুবা)না পদ, বাক্য, অর্থ অমদি বস—মবি অসিগী ওইবা দোষ ময়াম নৈনৈ। *অগ্নিপুরান* (১২শুবা)দদি কাঙলূপ অহুমদমক লৈ—বক্তৃ, বাচক অমদি বাচ্য। আনন্দবর্ধন (৯শুবা)গী *ধ্বন্যালোক*তা কাব্যগী দোষ অসি অনৌচিত্য হায়বদি মতা চাদবা হায়বা অদুদগী থোকপনি হায়না থাজে। দোষ পুম্নমক অসি অনৌচিত্যগী মনুংদা লোইনা থম্মী– 'অনৌচিত্যাদৃতে ন্যায়াদসভাঙ্গস্য কারণম্' (–*ধ্বন্যালোক*)। অসুম মথং মথং পুথোক্ল বকপনা কাব্যদা লৈবা (অমদি লৈবা য়াবা) দোষ অসি ৮০ মুক শুরে। পদ দোষ ১৬, বাক্য দোষ ৩১, অর্থ দোষ ২৩ অমদি বস দোষ ১০ মুক পল্লবি। কবি অমদি অইবা যাম্মকপগী মতীক দোষ মশীংসু য়াম্মকপা য়ারি। অকক্লবা মশীং লেপ্পা ওমদে।

মথল

দোষ ময়াম অসি নৈনবা নুংঙাইনবা শরূক মরিখক্তা খায়দোক্লনা থম্লে–

পদদোষ, বাক্যদোষ, অর্থদোষ অমদি রস দোষ। পূম্নমক মরি অসিগা মরী লৈনবা ঙাক্তনি। মরক অসিদা তুংদা নৈনরকপা মীওইশিংনা পদ হায়বদি ৱাহৈ অসিগা বাক্য হায়বদি ৱাহৈ পরেংগা অনীসি কাঙলূপ অমদা পূনশিনবদা কায়দে চানরে হায়না লৌদুনা দোষশিং অসি (ক) ৱাহৈ, (খ) অর্থ অমদি (গ) রস অহুম অসিগা মরী লৈনরে হায়না লেপ্লে। অদুনা দোষ অসি কাঙলূপ অহুমদা লেংশিন্দুনা থম্লরে—শব্দ দোষ, অর্থ দোষ অমদি রস দোষ। মায়চৌ মম্মটনা শব্দ দোষ ১৬, অর্থ দোষ ২৩ অমদি রস দোষ ১০ নৈনরম্মী। মসি অদুম্মক য়ানরি। তৌবগীদি শব্দ অর্থ অমদি রস অসি অমগা অমগা মরী লোইনা লৈনবনিনা দোষকী মতাংদসু মরী অদুম শম্লবা তাবনি। অদুমকপু চাংগী মীৎয়েংদা য়েংলগা কাঙলূপ্তা থম্নবগী মওংনি।

শব্দ দোষ—ৱাহৈ অমা নৎত্রগা খরনা মপূং ওইবা অর্থ অদু খঙবদা অপনবা পীরবদি শব্দ দোষ লৈরে। মসি অমুক অনী থোক্লা খায়দোকই—পদগী ওইবা—পদ-গত অমদি সমাসকী ওইবা—সমাসগত। শ্রুতিকটু (তাবদা য়াকপা), চ্যুতসংস্কৃতি (নাৎকা পক্লদবা), অপ্রযুক্ত (পাক্লা শীজিন্নদ্রবা), অসমর্থ (পুঙমদবা), নিহিতার্থ (অর্থ ফুম্মনবা), নিরর্থক (অর্থ তাদবা), গ্রাম্য (খুননুংগী ওইবা), নৈয়ার্থ (নীতিগী ওইবা—term) অসিনচিংবসি পদ গত দোষনি। সংস্কৃত লোনদদি সমাস অসি য়াম্নমক মরুওইবা লোনগী মচল অমনি। শব্দ দোষ অসি লোনগী ৱাহৈগা মরী লৈনবনিনা লোন লোনগী মতাগী মতুংইন্না দোষ মখল মান্নদবা মশানা তাবনি। মণিপুরীগুম্বা লোনদদি সমাসতা লোন্দাগী থাক ওনবগী চৎনবী লৈতে। মণিপুরীগী ওইবা লোনগী গুণ মতুংইন্না দোষসু লেপ্লা য়াই।

অর্থদোষ—ৱাহৈ, পদ নৎত্রগা পরেংগী অর্থনা মপূং ওইবা অর্থ লৌবদা অপনবা পীরবদি অর্থদোষ লৈরে। মায়চৌ মম্মটনা মসিগী মখল ২৩ পীরম্বনি। মসিগী মনুংদা অয়াম্বদি ৱাহৈগী দোষতা হায়বদি শব্দ দোষতা য়াওই। লেমহৌবা খরদি, মরুওইবা, দুষক্রমত্ব, ব্যাহত্ব, অপুষ্টার্থত্ব, নির্হেতুক, সন্দিগ্ধত্ব, অশ্লীলত্ব অসিনি হায়না লৌনৈ।

রসদোষ—রসনা মপূং ওইবা অর্থ লৌবদা অপনবা পীবা থোক্লবদি রস দোষ লৈরগনি। অপনবসি, মায়চৌ মম্মটকী মতুং ইন্না মওং ১০ দা উবা ফংই—

১। রস মমিং অমদি স্থায়ি অমদি সঞ্চারি ভাবশিংগী মমিং মশক মওং ৱাহৈনা ঙাঙদুনা তশেং তশেং ফোঙদোকপা;

২। বিভাবশিং অমদি অনুভাবশিং ফোঙদোকপদা অৱাবা কল্পনা;

৩। মহৌশাগী ওইবা রস (প্রকৃতি রস)কী ওন্ন-তৈনবদা বিভাব, অনুভাব অমদি ব্যভিচারী ভাবশিংগী বর্ণন তৌবা;

৪। মশা (মপূং ওইবা নত্তবা) ওইবা রস হন্না হন্না পুশিনবা;

৫। মতাং চাদনা রস শীংথাবা, বর্ণন তৌবা;

৬। মতাং চাদনা রস মরক্তা শেত্তোকপা;

৭। মপূং ওইদবা রসপু হেন্না পাক-শন্না শীংথাবা;

৮। মপূং ওইবা রস লৎপা হায়রদি কাউথোকপা;

৯। মহৌশাগী মতা চাবগা ওন্ননা বর্ণন তৌবা; অমদি

১০। রসতা কান্নদবা মচল লামদুনা বর্ণন তৌবা।

দোষকী মতাং অসিদা পন্দবা য়াদ্রবা ৱাফম অমনা, পনখ্রিবা দোষ খুদিংমক মতম পূন্নমক্তা দোষ ওইদুনতা লৈবা য়াবোই। কবিগুম্বা ৱাফম অমা মতাং অমদদি দোষ ওইববসু অতোপ্পা অমদদি ওইদবা, ওইদবগী মথক্তা গুণ ওইবসু য়াই। হায়রদি মওংবু, অয়াকপা অকনবা ময়েক নৎত্রগা ৱাহৈ (পদ) অসি শৃঙ্গার রসকী মতাং অমদা দোষ ওইবা য়াই; অদুবু রীরগী নৎত্রগা রৌদ্রগী মতাং অমদদি চানবা চূনবা, নুংঙাইবগী চাং হেনগৎহনবা মগুণ ওইবা য়াবি। লৈবাক মচা তাদবা ৱাঙাঙ 'গ্রাম্যত্ব' হাযবিবা খুন্নুংগী লোন্দা অসি দোষনি হাযবি; অদুবু লীলাদা খুন্নুংগী মী শাবা যাওবা মতাংদদি হেন্না মানবা চূশিন্নবা মওং ওইগনি। মগুণ অমা ওইবক্কনি। অদুনা দোষ হায়না পন্নবিবসি কাব্য পূন্নমক্তা, মফম মতম পূন্নমক্তা চপ লেপ্পুনা লেঙদনা লৈবা নত্তে। অদুনা গুণগা দোষকা তৎনদবা মরী লৈবা নত্তে। গুণগা হেক ওন্ন-তৈনবা মওং অদু দোষ নত্তে। দোষ অসিদি মতাং মতাংগী ওইনা লৈবা, মশাগী ওইবা তোঙানবা নীংতম্বা মশক অমা লৈজবা, লেঙবা নাইবা (অনিত্য ওইবা)—দোষ ওইদুনতা অদুম লৈববা নত্তবা পোৎলম অমনি। অর্থ মখল মখলগী হনবা তাবা কাব্যনিনা নৈন-মীওই অমনা দোষ ওইনা লৌবদু অমদদি ওইদবা য়াবি।

অদুমকপু দোষ হায়রসিমদি লেঙবা নাইবা ওইববসু লৈবদি শোয়দ্রে। অকক্লবা কাব্য অমদা অকক্লবা মতাংদা দোষ অদুম লৈ। ফৎখিদ্রবা অকাম্বা ৱা অসিদি শীজিন্নবা চুমদে। ফনমক শাউদুনসু, কিদুনসু নৎত্রগা ঙাওদুনসু সাহিত্যদা শীংথাবা তাববদি ময়ামগী য়েংবা তাবনি, শীজিন্নদবা তাবনি। ৱাহৈ অদু নৎত্রবসু পাম্মীবা অর্থ অদু চপ চানা তাবা ৱাহৈ নৎত্রগা উপাই পীক থন্না লৈগনি। কবিগী ৱাখল-মালঙ (কল্পনা)দি মপান নাইবা নত্তে। অদুগীসু মথক্তা কাব্য হায়রসি লনাইগী কাঙখল মনুংগী পোৎ

নত্তে; ময়ামগী, অপূনবগী মাঙদা পূম্নমক্কী ওইনা থম্বা কল্লানি। অকাম্বা, অশেংবা ৱাহৈনা শাবা খূৎইদি য়েল্লো লিটবেচব হায়বদুনি। লায়না মখল অমনি।

কবিনা শোয়খিবদগী নৎত্রগসু খঙদবদগী মতাং মতাংগী ওইনা দোষ—মচা-অচৌবা মবক মবক্তা হেক হেক লঙশিন্নে। মতম মতাংগী মখা পোন্না লৈবনিনা দোষকী অকক্লবা মশীং লৈবোই—হেন্দোক-হেঞ্জিন ককথোক ককশিন অদুম লৈ। মকওইবা খবা থিবদা খূৎলোয়নবা ময়েক-পবেংগী মথং-মনাওদা মখাদা থল্লি।

অধিকপদত্ব—ৱাহৈ হেনবা হায়বনি। পবেং নৎত্রগা পবেংশিংদা চপ মান্নবা অর্থ পুবা ৱাহৈ অমা নৎত্রগা খবা, হেঞ্জিন্না শীজিন্নবকপনা অর্থ পুবদা কান্নবা পীদবগী মথক্তা পূক্লিংদা লকক তৌবা ফাওববদি দোষ অসি লৈবে। মওংবু—'পলেম ইমা জননী অপোকপী নঙবু কৈদনো।' মসিদা পল্লিবা 'ইমা', 'জননী', 'অপোকপী' কান্নদে পোৎলূম ওইনা থোকই।

অপুষ্টার্থত্ব—যোকখত্তবা শৌগত্তবা অর্থ হাযবনি। পাম্মিবা অর্থ অদু ফোঙদোকপা যাববমক্তদা কান্নদবা ৱাহৈ হাপচিন্দুনা শীংথাবা মখলনি। খূদম—'লাউ থোবকউ যেক্লবা লাম্মী পূম্নমক লোইনা।' পবেং অসিদা 'যেক্লবা লাম্মী'না 'পূম্নমক লোইনা' হায়বা শব্দক অসি যাওদ্রবসু ফোঙদোকপা পাম্বা অর্থ অদু অদুম্মক ফোঙদোক্লবনি। অবেম্বদা শীংথাবনি।

অপ্রতীত্ব—মযামগী ওইনা খঙনদবা হাযবনি। শাস্ত্র অমদদি যাম্না ফাওবা অদুগা মীচম মযামগী ওইনদি পঙখঙ খঙনদবা ৱাহৈ তাপ হেক শীজিন্নবকপদা অপ্রতীত্ব দোষ ওইবকই। খূদম—

> খোইমুনা লৈকাদা লেঙদ-হাইদ লৈবদি
> খ্বাংজেংবা কবম্বা হঠ যোগগী মুদ্রানো।

মসিদা শীজিন্নবিবা 'হঠ যোগগী মুদ্রা' যাম্নমক লুবা ফীভমনি; মযামগী ওইনা ইচম চম্না চৎনবা অর্থ লৈবা পদ নত্তে। শাস্ত্রগী ৱাফম চঙবনি।

অপ্রযুক্তত্ব—শীঙি ন্নদ্রবা হাযবনি। অর্থদি লৈবা, খঙবসু মযাওনবা অদুগা অশেংবা পুল্লিগী লমদাংশদি মযাম্না শীজিন্নদ্রবা ৱাহৈ নীংঙাইবা লৈতনা শীজিন্নবকপা মতাংদা দোষ অসি লৈ। খূদম—খোয়নৌ চোইনৌ ইবেম্মা, পাযমা মবাঙ হৌখিনো।

য়াওবিবা 'চোইনৌ' অসি সনাগী অর্থনি, ইতা 'সনা ইবেম্মা' হাযনা কৌবিবনি। মসি কাব্যদা পাক্লা শীজিন্নদ্রবা মওংগী ৱাহৈনি। বস চূপ্পদা লকক তৌবা মওংদা লৈবা মওংনি।

অশ্লীলত্ব—লূজদবা (অকাম্বা) ৱাহৈ-ৱাতাবুনি। তাবদা ইকায়বা হঙোইবা, তৃক্কৎচবা অমদি মঙ্গল ওইগদবা মান্দবা ৱাহৈ-ৱাতা য়াওবা মফমদা দোষ অসি লৈবনি। খূদম—(অকাম্বা, চৈবা নৎত্রগা লূজদবা ৱাহৈশিংনি; শীদ্রে।)

ক্লিষ্ট কল্পনা—অরুবা কল্পনা হায়বনি। রস পোকপগী মতাংদা বিভাব, অনুভাব, ব্যভিচারি ভাব অসি পাক হেক খঙবা ঙমদনা লুনা লৈবা মদুগীদমক্তা ৱাখল চঙবা তাবা অরুবা কল্পনা অমা তৌবা চঙবগী ফীভম লাকপদা দোষ অসি লৈ। ভাবশিং ময়েক শেংনা লায়হন্দবগী ৱানি। খূদম—হৌগৎলু তুর, অমুক-অমুক হৌগৎপা, হৌগৎ হৌগৎনা হেক-হেক তুই করি তৌই কনাদা হায়গনি করিগী হিংগনি অহীং অসি,—

শীংথারিবা য়েক্লিবসি নায়িকা অমগী কায়নবগী শৃঙ্গারগী ফীভম মাল্লি। ভাবশিং তাপ হেক খঙবা হায়বদি হকথেংনবা ঙমদে; ৱাখল মরৈ অমা তৌবা চঙলি। মরৈসি রসতা অপনবা থোকহল্লি।

ক্লিষ্টত্ব—অরুবা মতৌ হায়বনি। শীজিন্নরিবা ৱাহৈশিং অদুনা ফোঙদোকপা পাম্মিবা অর্থ অদু য়াম্না লুনা খঙবা তাবগী ফীভম লাকপদা দোষ অসি লৈরকই। খূদম—খগপতি মবুংঙোগী নুপীগী মপাগী নুপীগী লাইজগুম তশেংজবী।

মসিদা হায়বা পাম্মিবসি খগ (উচেকশিংগী) পতি (নিংথৌ) হায়বদি গরুর; গরুরগী মবুংঙো = বিষ্ণু; বিষ্ণুগী নুপী = লক্ষ্মী; লক্ষ্মীগী মপা হায়বদি সমুদ্র; সমুদ্রগী নুপীদি গঙ্গা; গঙ্গাগী ঈশিংগুম তরু তরুবা তশেং তশেংবা হায়না ফোঙদোকপনি। লাপ্পা লাপ্পা লাম্মুবনা কোইমন্না থোকপনা 'গঙ্গাগী ঈশিং' তারক্লবা লাক্লবদা অকনবা হোৎনবা অমা চঙলি। দোষনি।

গ্রাম্যত্ব—খুন্নুংগী খুঙ্গংগী ওইবা মতৌ হায়বনি। ময়ামগী ওইনা ঙাঙন-শান্নবদদি চপ চানা খঙনবা অদুগা লৈবাকমচা তাবা মতাং-মফমদদি শীজিন্নদবা ৱাহৈ অমদি লোন্দা শীজিন্নরকপা মতাংদা দোষ অসি লৈরকই। খূদম—মৱা নাইবা খঙদ্রবী অমগা মতু থিবা খঙদ্রবা অমগা,—

পল্লিবা 'মৱা নাইবা' অমদি 'মতু থিবা' অসি মীয়ামগী ওইনা খঙনৈ অমদি চৎনৈ। লৈবাকমচা তাবা ৱাদি নত্তে। লকক তৌই। দোষনি।

চ্যুত-সংস্কার—সংস্কার থৈবা হায়বনি। লোনগী সংস্কারদি ব্যাকরণনি। ব্যাকরণগী ৱাংমদা শীজিন্নরকপা ৱাহৈ য়াওরকপদা দোষ অসি লৈ। ৱাহৈ থুগাইবা, মচেৎ তপশিল্লকপা নৎত্রগা লৌথোকপা তৌদুনা শীজিন্নরকপা ৱাহৈশিং কাব্যদা

য়াওবকপদা নুংঙাইতবা ফাওই। খূদম—"কাম্ব মখা অবোনবা, উজাউ অচৌবা" হায়না পল্লকপদা অর্থ খঙবা কাঙবুদা ওন্নবা শীজিন্নবে হায়না খঙলকই। 'কাম্ব' হায়বসিদা মখা হায়বসি অদুম য়াওববনি কাংথোল মখা হায়বগী অর্থ পুববনি। হায়বিবা মীদুনা পুবিবা অর্থসি কাংথোল মখা হায়বগী অর্থসি কাংথোলগী মখানি, মখাগী মখাদু নত্তে। অসুম্না শিবাপ (শাপতগী), ইসকুল (স্কুলদগী), হূইনাও মচা অসিনচিংবসি মণিপুরীগী চ্যুত্ত-সংস্কাব ওইবা য়াই। দোষ অসিগী মমিং কনাগুম্বনা ভাষাহীন নৎত্রগা চ্যুত-সংস্কৃতি হায়নসু কৌই।

দুস্ক্রমত্ব—ফত্তবা মওং হাযবনি। ময়ামগী নৎত্রগা শাস্ত্রগী মাযোক্তা লৈবা ৱাফম ৱাঙাঙনা পোৎলম্ন শীংথাবকপা মতাংদা দোষ অসি লৈবকই। খূদম—

থাশিগী থাবল ফববা অহীংদো,
মকুনা ঈপাল লাংনবা মতমনি।

'থাশি' অমদি 'থাবল' অনীগী মবী অসি মহৌশাগী লীচৎকী ৱাংমদনি। পূনশিনবা য়াবোই। দোষ অসি লৈ।

নিবর্থক—অর্থ থোক্তবা হাযবনি। কবিগুম্বা ছন্দ অমা শেম্নবা, মপূং ফানবা লাক্লবদা ৱাহেগী অহৌবা অবোইবনচিংবদা অর্থ লৈতবা মচেৎ অমা তপশিল্লকপা মতাংদা লৈবা দোষ অমনি। খূদম—কেগেনা মোইবাং লৈপাক্তা হন্নবু য়েংবা লৈত্রবা—মফমসিদা কেগেদা তপ্লিবা 'না' অমদি হন্নদা হাপ্লিবা 'বু' অর্থ থোকপা হাযবদি থোইদোক হেন্দোকপা অর্থ পীবা ৱাহে মচেৎ নত্তে; খোম্থোক্কী ছন্দগী ওইনা হাপচিনবগী মওংনি। হেঞ্জিনবনি।

নিহিতার্থ—অর্থ ফুমজিনবা হাযবনি। অর্থদি মবৈবা অদুগা কয়াদি চৎনদবা লোয়ননা মযাম্না ইশী-শীজিন্নদবা অর্থ অদুদা শীজিন্নবকপা মতাংদা দোষ অসি লৈবকই। খূদম—ইপনও পলেম অপোকপী পাবী নমোম নাউয়োকপী—মসিদা পল্লিবা 'ইপন' অসি ইমাগী অর্থদনি। ইপনগী অর্থ অমসু ইমা মওই। অদুবু মসি মযামগী ওইনা শীজিন্নদে। দোষ লৈ।

ন্যূনপদত্ব—ৱাহে ৱাৎপা হাযবনি। হায়নীংলিবা অর্থ অদু তশেংনা ফোঙদোক্লবা লাক্লবদা ৱাহে ৱাৎনা থোকপা যাই। ন্যূনপদত্বগী দোষনি। খূদম—

খংহৌ হৌগৎনা হাযকই চৎলে ঐনা
কবি হায়নি নঙোন্দা কবিসু ওমখিদে ঐনা।

অনীশুবা পবেংগী 'কবিসু ওমখিদে ঐনা' অসিনা ফোঙদোকপা পাম্মিবসি

'কবিসু হায়বা ঙমখিদে ঐনা' হায়বসি ওইগনি; অতৈ থবক নত্তে। অদুবু অতৈ থবক মখল মখল ফোঁওদোকপগী মওংদা খল্লুবা মতাং কুইনা য়াওই। 'হায়বা' অসি হাপ্লম্মগদি তশেং-তশেং তক-তক ফোঙদোকপা য়াবনি। অসিগুম্বা অমা ৱাংপা ফাওবিবা অসিনি ন্যূনপদত্ব হায়বিবসি।

পুনরুক্তত্ব—হঞ্জিনবা ৱাঙাঙনি। ফোঙদোকপা পাম্মিবা অর্থ অদু ফোঙদোক্লবসু অমুক হন্না ৱাহৈ নৎত্রগা ৱাহৈ পবেংদা অর্থ অদু অমুক হঞ্জিন্না কান্নদবদা ফোঙদোকপা মতাংদা দোষ অসি লৈবকই। খূদম—

মতোননি অমকপা য়াওদনা হিংবা মীৎকুপতো।
যুগ-যুগ হিংবা মক্তুনা অৱাবনি পুন্সিদো।

অহানবা পবেংদা ফোঙদোক্লিবা অর্থ অসিমক ৱাহৈ ওল্লগা অদুম ফোঙদোক্লি। হঞ্জিন্না হাযবনি কান্নবা কবিসু লৈতে। মতম মফম কান্নদবদা খবচ তৌই।

শ্রুতিকটুত্ব—তাবদা যাকপা মওং হায়বনি। তাবদা নাকোংদা নুংঙাইতবা থোকপা খোঙ্খোক নৎত্রগা ৱাহৈ মতাং চাদনা য়াওবকপবু শ্রুতিকটুত্ব কৌনৈ। দোষনি। খূদম—

থাজ থানিনদা নুংঙাইবা ঙমদবা মীদো,
মীথীবোংনি মীতম্বাল শিগৈজন মহাক্তো।

অহানবা পবেংগী মেঙনা থোংনা লৈবিবা মওংগী হেক মখা তাবকপদা 'মীথীবোং', 'মীতম্বাল', 'শিগৈজন' লাকপা তাবদা পনবগুম্বা নুংঙাইতবা অমা লৈবিবসি দোষ অসিনি।

স্বশব্দবাচত্ব—মশাগী ওইবা ৱাহৈনা ঙাঙথোকপা মওং হায়বনি। শীংথাবিবা বস অদুগী স্থায়িভাব, বিভাবনচিংবগী মমিং-মথা পন্দুনা ইবকপদা দোষ অসি লৈ। খূদম—

শবদকী থাবল ওযদা চান্নবী য়েৎতা চান্নবা
অহীংগী তাংথক খূদিংদা বতিগী মৈবী ঙাক্তনি।

সম্ভোগ শৃঙ্গাবগী বর্ণন অসিদা 'বতি' স্থায়িভাব পম্থোকপসি লকক্ তৌবা মতাংনি। দোষ ওইবনি।

মথক্তসু পনপ্লে দোষ অসি মওং অমদি মশক য়াম্না য়াম্মী। বসকী অমদি বসকা মবী লৈনবা মচলশিংগী ওইবা দোষ ময়ামসু লৈবি। ৱাফম অমনা নৈনবিবা দোষ অসিদি সংস্কৃত অমদি সংস্কৃততগী থোক্লকপা লোনদা ফংবা খবনি। লোন, মফম-মতম অমদি সংস্কৃতি খেন্নবগী মতুংইন্না দোষকী মওং অমদি মখলদসু খেন্নবা শোয়দনা লৈগনি। মণিপুবীগুম্বা টিবেত্তো-ববমন লোন কাঙলুপকী মনুংদা লৈবা লোনশিংগী

মশাগী ওইবা হায়বদি সংস্কৃতকীগা মান্নদবা লৈগনি। হাহৈ, অর্থ লোয়ননা পরেংশিংগী মতাংদা খেন্নবা য়াম্না লৈ। দোষকী মীৎয়েংসু খেন্নরি। ফোঙদোকপগী মওং অমদি লীচৎ তোঙানবগী হৌনশানি। মণিপুরীদদি 'পলেম ইমা অপোকপী' হায়বসি ফজরি তাবদা নুংঙাইরি। সংস্কৃত-কাব্য নৈনবগী মীৎয়েংদদি 'অধিকপদত্ব' নৎত্রগা 'পুনরুক্তত্ব' দোষ ওইবনি। অদুম অদুম ওইনমক রসকী মীৎয়েংনা লাকপা কাব্যগী শক্তমদা লৈবা কাব্যশিংদদি দোষশিং অসি অয়াম্বনা অদুম্মক মান্নরি।

অতোপ্পা মরুওইবা হাফম অমনা, মথক্তসু খরা পনখ্রে, দোষনি হায়না লৌবসি অকক্লবা মতম অমদি মফমগী মখা পোল্লি। মতাং অমগী দোষ ওইবা মওংদু অতোপ্পা চূশিন্নবা অমদদি মগুণ ওইবসু য়াওরি। 'রসাভাস' অসিমক নহানহাইগী ভারতকী সাহিত্যদা (চাউরাক্লা ১৭শুবা চহীচা ফাওবদা) অচৌবা দোষ অমা ওইরম্বনি। নিংথৌ মন্ত্রী অচৌ-অশাং লক্লবা য়ারমদবনি। হৌজিক অসিদদি অচৌবা গুণ অমা ওইররে। মপা-মমা ওজা-গুরুনচিংবগী সম্ভোগ শৃঙ্গার উৎনরমদে। উৎলুবা কালিদাসপু মতমদুগী নৈন-মীওইশিংনা 'দোষ'কী থবক তৌই হায়নখিবনি। হৌজিক্তি দোষ ওইরক্তরে। ওনবা নাইবা মীগী হাখলনি। নহানহাইগী দোষ অসি পুম্নমক ওনখ্রবদি নৎত্রি। য়াম্না লৈরি। অনৌবা খরসু লাক্লি। লাকসু লাকখিগনি। লীচৎকী হৌনবনি। দোষ হায়বসিদি অদুম্মক লৈবসু তাবনি। দোষ অসি য়াওহন্দনবা আচার্য মম্মটনা 'অদোষৌ' হায়বা পদসি অহৌবদা হাপ্লম্বনি—'তদদোষৌ শব্দার্থৌ সগুণাবণলংকৃতিঃ পুনঃ ক্বাপি।'

**গুণ ঃ**

কাব্যদা গুণ শোয়দনমক লৈ; অদুনবু 'সগুণাবনলংকৃতিঃ' হায়দনা আচার্য্য মম্মটনা ঈচঙ থৌনা পন্দবা য়াদবা পোৎচঙ ওইনা পল্লিবনি। গুণ হায়বসি করিনো হায়বগী মতাংদা ইহান হানবা নৈন-মীওই ভরত মুনিনা য়াম্না শম্না, দোষ মখল ১০ শন্দোক্লা তাক্লবা মতুংদা চম্না তাক্লম্মী—

এতে দোষা হি কাব্যস্য ময়া সম্যক্ প্রকীর্তিতাঃ।
গুণা বিপর্য়্যাদেষাং মাধুর্য়ৌদার্য়লক্ষণাঃ ॥

(*নাট্যশাস্ত্র*, ১৭/৯৪)

হায়বদি—'অসুম্না কাব্যগী দোষশিংগী মরমদা হায়জরে। মখোয় অসিগী ওন্ন-তৈনবা মাধুর্য়, ঔদার্য়নচিংবনা গুণগী মশক ওইরকপনি।' দোষ নত্তবদু গুণনি হায়বগী

মওংনি, নৎত্রগদি গুণ পূম্নমক অসি দোষ পূম্নমক্কী হেক্তা মায়োক্তা অঙানবগা অমম্বগা লৈনবদৌনা লৈবদি নত্তে। অনী অসি অমগা অমগা তৎন-থানবা লৈতনা মবী লৈনবা নৎত্রি; মফম মতমগী মতুং ইন্না তোঙান-তোঙান্না মনীং তম্না মশাগী লীচত্তা অদুম্মক লৈজবা মচলনি। হায়বদি অকক্লবা দোষ অমসি অকক্লবা গুণ অমগী মতম পূম্নমক্তা লেঙদনা লৈবা ওন্ন-তৈনবা মশক নত্তে। দোষ হায়না লৌবিবসি দোষতমক ওইনা লেঙদনা (নিত্য) লৈবা নত্তে। মথক্তসু নৈনখবে, অকনবা অয়াকপা ৱাহৈ শীজিন্নবসি শৃঙ্গাবগী মতাংদা দোষ ওইজববসু ৱৌদ্রগী মতাংদদি মগুণ অমা হায়বদি হেন্না চানবা চূনবা মচল অমা ওইবকপনি। অদুনা দোষনা দোষনি অদুগা গুণনা গুণনি। থোৎপা নৌবা ৱাঙাঙ শীজিন্নবা গুণ অমনি। অদুবু শাউনবা চৈনবা নৎত্রগা লানগী দৃশ্য উৎপগী মতাংদদি চূনবা মশক ওইবোই হায়বদি দোষ ওইবক্কনি। মতাংদা তাংদুনা লৈবা মচলনি দোষ অমদি গুণ।

কাব্যগী গুণ অসি কবি পোৎনো হায়বগী মতাংদা মায়চৌ বামননা (৯শুবা চহীচা) হাযবনি—'কাব্যশোভায়াঃ কর্তাবো ধর্ম গুণাঃ তদতিশয় হেতবস্ত্বলংকাবাঃ' (*কাব্যালংকাবসূত্র*)—হায়বদি কাব্য-নীংথিবগী পোক্লিবা লীচৎ (ধর্ম) অদু গুণনি অদুগা নীংথিবা অদুবু হেনগৎহনবগী থবকসি অলংকাবসু তৌই। লীচৎ (ধর্ম) হায়বদি মশাদা যাওজবা মহৌশাগী ওইবা থৌওং অদুবুনি। হায়বিবা থৌওং অসিদি কাব্যগী মপাম্মোংগী ওইবা শক্তমগা মবী লৈনবসু য়াই লৈনদবসু য়াই অদুগা মনুংগী ওইবা থৱাযগদি হাযবদি আত্মাগদি অপান্ননা মবী লৈনৈ। গুণ হায়বিবসি আত্মাগী ওইবা পোৎনি। কাব্যগী থৱাযদি বসনি। বসকা অপান্ননা চুমদ্রিং মবী লৈনবিবসি গুণনি। মাযচৌ মম্মটনা (১১শুবা চহীচা) শন্দোক্লা হায়বম্বদা—

> **য়ে রসস্যাঙ্গিনো ধর্মাঃ সৌর্য্যাদয় ইবাত্মণঃ।**
>
> **উৎকর্ষহেতবস্তে স্যুরচলস্থিতয়ো গুণাঃ॥**
>
> ***(কাব্যপ্রকাশ)***

অর্থনা, হকচাংবু পুবিবা পোৎলম (অঙ্গী) বসকা মতম পূম্নমক্তা অপান্ননা (চুমদ্রিংনা) মবী লৈনদুনতা লৈবিবা আত্মাগী কনবগী মতৌগুম্না বসপু হেন্না ফজহনবা অমদি লেঙদনা লৈবা ধর্মবু গুণ কৌই হাযবনি। পল্লিবা ধর্ম অসিনা পুবিবা অর্থসি শক খঙননবা ওইবা তোপতোপ তাবা মতৌ অদুনি। মশাগী নুংগী ওইবা ফজবা মতৌদুগী মশক্লি। পণ্ডিত ভোজবাজ (১১শুবা)নদি অসি য়ৌনা হায়—অলংকাব য়াওববসু কাব্যদা গুণ যাওদ্রবদি মাগী মতৌদু অবেম্বনি তাবা য়াবা ওইদ্রবনি, মবমদি গুণগা

অলংকারগা অনী অসিদা গুণনা মকওইবা হেনবনি—

অলংকৃতমপি শ্রব্যং ন কাব্যং গুণবর্জিতম্।

গুণয়োগস্তয়োর্ গুণলংকারয়োগয়োঃ ।।

*(সরস্বতীকন্ঠাভরণ)*

গুণ অসি আত্মাগা শাগোম্মনা লৈবা, চঙদবা য়াদবা মচল অমনি। সত্ত্ব, রজ অমদি তম অহুম অসি আত্মাগী গুণনি হায়না পূম্নমক্না য়াননি। মহৌশানা নৎত্রগা চাউথোইবা মঙল (মহাশক্তি) মানা পীনবিবনি। মহৌশাগী ওইবা মশাগী নুংগী গুণনা মীগী মশক লেপ্লনি মপাম্ভোংগী ক্ষিজেৎ-লৈতেং—অলংকারদি গুণ অসিদা তেংবাংবনি। মী পীকপা-চাউবনা চৎনদে পীকখ্রবা মী অমদসু কনবা অমদি থৌনা ফবগী মঙল য়াওই। চাউ-শাংবা অমদনা য়াওদবসু যাওই। কাব্যদসু চপ মান্নে পীকপা চাউবা, শাংবা তেনবা ৱাহৈ-ৱাতা ফজবনা চৎনদ্রি মশাগী তোপতোপ তাবা য়ক লাউবা মঙল অমা লৈববতদা কাব্যদু হক্লিবনি। নৎত্রগদি ইযাং যাংনা, ইচাং চাংনা থোকই। রীতিনা কাব্যগী থৱায়নি হায়বম্বা—'রীতিরাত্মা কাব্যস্য'—আচার্য বামন (৯শুবা)না রীতি হায়বদি তোপতোপ তাবা পদরচনা অদুনি—'বিশিষ্টা পদরচনা রীতিঃ'—হায়না তাকই; হেক মতুংদা তোপতোপ তাবা হায়বদি কবিনো হায়বদা, তোপতোপ তাবা মওং অসি গুণশিংনা মরম ওইদুনা পোকপনি—'বিশেষো গুণাত্মা'—হায়না লৈখায় তাবনি। অসিনা তাকপদি গুণ অসি রীতি হায়বদি মফোঙদোক্নী নীংথিবা ফজবা তোপতোপ তাবা মশক অদু শাগৎলিবা মচলনি হায়বা মশানা তাববনি। অদুনা ফোঙদোকপা অসিনা ফোঙদোক্লিবসি বসনি। অদুনদি বসকা কোন্ননা লৈবা গুণনি, মসিগা বসকা মতম পুম্বদা লৈমিন্নে লোযননা গুণ অসিনা বসপু ফগৎনবা তৌই। ৱাফম অসি মাযচৌ মম্মটনা (১১শুবা চহীচা) শব্দোক্না তাকপনি অদুগা মযাম্না অদুম্মক যানবিবনি। রীতি হায়বিবসিসু গুণদা তাংদুনা লৈবনি। (রীতি সম্প্রদায়গী মতাংদা য়েংসি)।

ৱাহৈ-ৱাতাদা কন্দা হায়দোকপগী মওংদা খজিক-খজিক্তুং খেন্নবা লৈবগী ৱাতনি কাব্যদা গুণ লৈ, লৈবতা নত্তে তঙাযমক ফদনা চঙই হায়বসিদি ভবত মুনিদগী পণ্ডিতরাজ জগন্নাথ (১৭শুবা চহীচা) ফাওবগী নৈন-মীওইশিংনা য়াববনি। গুণগী মতাংদা ইপনমক পল্লমদবা মীওইসু লৈ—মশীং যাম্না লৈ। মখোয়সু 'গুণ' লৈ হায়বসি য়াববনি। য়াবমদ্রগদি যেৎপদা হালেংবা লৈত্রবা মৈ হৌবা মায়চৌ ঙাক্তনি কন্না যেৎলমগনি। বামনদৌনা মকওইনা লৌদে হায়বদনি গুণগী মফমদি পূম্নমক্না য়াববনি।

মসিমক্লা ওইবা য়াই মায়চৌ মম্মটনা 'সগুণাবনলংকৃতি'—গুণশিং য়াওবা হায়না কাব্যগী মশক লেপ্পদা ময়াম্না করিসু হায়দ্রিবা অহোয়নদুম মসিগী ব্যাখ্যা তৌনরিবা। গুণ পূম্নমক চেনবা অমদি দোষ মরীক অমত্তা ফাওবা য়াওদবা হায়বগী মতাংদদি মীনিনা ঙম্বা হৌনদে হায়বগী য়ূম্ফমদা ৱা ঙাঙবা য়াওনৈ। অদুবু গুণ লৈতে হায়বদি কনাসু কৈদৌঙেদগু হায়দে। অদুগা গুণ অসিমক্লা কাব্যগী আত্মানি হায়নসু লৌনদবনি। আত্মাদি রসনা ওইবনি হায়না লৌনরি।

গুণগী মওং-মতৌ অমদি মশীংগী মতাংদদি মোত চাউনা চাউনা খেন্নবা লৈরকই। খূৎমাবা নৈন-মীওই ভরতনা গুণ তরা লৈ হায়না পল্লি—

**শ্লেষঃ প্রসাদঃ সমাতা সমাধিঃ মাধুর্য়মোজঃ পদসৌকুমার্য়ম্।**

**অর্থস্থ্ ব্যক্তিরুদারতা চ কান্তিশ্চ কাব্যস্য গুণা দশৈতে।।**

(*নাট্যশাস্ত্র*, ১৭/৯৬)

হায়রিবনা, শ্লেষ, প্রসাদ, সমতা, সমাধি, মাধুর্য, ওজ, সৌকুমার্য, অর্থব্যক্তি, উদাত্ত, কান্ত অসি কাব্যগী গুণ তরানি অসিনি। গুণশিং অসিগী মশক-মওং মখাগী অসিনি—

শ্লেষ—কূংবা থাবা, লন্দবগী অর্থনি। ভরতনা হায়রম্বনা ফোঙদোকদৌরিবা অর্থ অদুগা মরী লৈনবা ৱাহৈ নৎত্রগা পদ কয়ামরুম্না পূন্না শেম্বা মতৌ অদুনি হায়বসিনি। মসিদা তুংগী মীওইনা লৌরিবনা, ব্যাখ্যাগী মওংনি, মহাপ্রাণ ময়েক ট, ঘ, ভনচিংবা অসি য়াওবা ৱাহৈশিংদা অর্থ ফোঙদোকপগী গুণ অদুনি হায়বসিনি। কম্থানবা মওংগী মগুণনি। 'গ', 'ল'গুম্বসি অমেঙবা অথোৎপা ময়েক্লি। অমেঙবা মওং ফোঙদোকপা য়াই। খূদম—

| | |
|---|---|
| **নোংমৈ থিংকাপ কাপ্লরে** | **গুলী নোংলিক ওইখরে** |
| **নোংমৈগী খোঞ্জেননা** | **কবোক পোকপা মানখরে** |
| **ফিমু শেৎপা মৈতৈনি** | **ফূইবা নোংহৌ মানবনি** |
| **থাঙগী থাঙহাই খূদিংদা** | **নোংথাঙ কূপ্পা মতৌনি** |

**(নীলবীর শাস্ত্রি, *খোংজোম তীর্থ*)**

খোংজোম লান শীংথাবনি। অকনবা গুণ চেনবা পরেংনি।

প্রসাদ—লায়না খঙবা ৱাহৈ নৎত্রগা অর্থ হায়দোক্তবা ৱাহৈ নৎত্রগা অর্থ খঙহনবা ৱাহৈবু প্রসাদ কৌই—ভরত। ময়াম্না ইহোৎ হোৎনদনা মশাগী অচম্বা অর্থ অদুম লৌবা ৱাহৈশিংবু হায়বনি। কোইথোকপগুম্বা অরুবা প্রমাণ পাম্বে নাতে থিদুনা ফোঙদোকপা নত্তবা ইচম চম্না অতা-অতাবীদা অদুম ফোঙদোকপদুদা লৈবা গুণনি।

নিংথৌবু নিংথৌ অদুম হায়বা, নুমিৎকা প্রমাণ তৌদুনা 'নুমিৎ', 'অঙানবা', 'থবী'নচিংবা হায়বা নত্তবা অচম্বা মওং হায়বনি। পাক-শন্না ফংবা, কাব্য পূন্নমক্তা শব্দক য়াম্না য়াওবা গুণনি। খূদমগী তঙায়ফদবা লৈত্রে।

সমতা—থোং মান্নবা হায়বনি। ভবতনা পীবা শক্তাক খাবোল (definition)না 'অলাংকাবগা গুণগা চাং মান্নববদি অমনা অমগী লৈতেং ওই, অসিগুম্বসিবু সমতা কৌই' হায়। অকনবা খোম্থোক (ময়েক) ঙাক্তা শীজিন্নবসু কনমল্লি, অথোংপা ঙাক্তসু থোংমল্লি। অনী অসি চাং অমদা থম্মগা ফোঙদোকপা মওংদা গুণ অসি লৈ হায়বনি। খোম্থোক-খোনহায়দা য়ুম্ফম ওইবা গুণনি। সমতাগী অর্থসি পবেংদা (বচনা) চাং অমা পুবা হায়না লৌনৈ। খূদম—

**চন্দন পাম্বী কয়া কয়ানা**
**চীং-মান-নারক-শীংলক্তা**
**মাঙবগুম অরেম্বদা উকং ওইনা**
**পূক্লিংগী লৈকোলগী অথুপ্পদা**
**থাম্রিবা লৈন্নাংদু চেকশিন্না**
**কংপ্রগনিকো অরেম্বদা**
**পূক্লিং হকচাংগা লোয়ননা**
**খঙহৌররোইনে কনা' মতা!**

**(ডা. কমল, *মাধবী*)**

মাধবীগী কল্লবা পূকচেলগা থোংলবা থম্মোযগা অনী পূন্না ফোঙদোকপা পবেংনি। চাং অমা পুবা গুণ চেনবনি। সমতা গুণ লৈ।

সমাধি—ভবতনা লৌখি—উপমানচিংবনা খঙহনবা অর্থ মযামবু হৈশিংনা শীজিন্নববু সমাধি (হায়বদি লীচৎ মান্নবদগী পোৎলম অনী পূনশিন্না লৌবগী মওং) কৌই। মওংবু, 'মীৎস্রা থম্বাল কাইদ কাইদ শাৎকাযবক্লে' হায়বা পবেং অসিদা মীৎ পাঙবগা থম্বাল শাৎকায়বগা চাংদম্নদুনা পূন্না হাযবি। শাৎপনা উমশিনবা থম্বালগী লীচৎ (ধর্ম)নি। পাঙবা উইশিনবা অসিনা মীৎকী। মান্নবা লৌদুনা ফোঙদোক্লি। নীংথিবা থম্মোয়দা পানবা গুণনি।

ফোঙদোকপগী মওংদা চেল্লিবা গুণ অসি—সমাধি—কাব্যদা য়াম্নমক হকপা ফজবা মওল অমনি। ঙমখৈ নাইদবা কবিগী হৈশিংবা অমদি উশিনগনবা পীথোবকপা মওল (প্রতিভা) উংপা য়াবা মফোঙদোক্লি। কবিগী চাউববা চাংয়েং অমসুনি। দণ্ডী

(৮শুবা)দি গুণ অসিবু কাব্যদা খ্বাইদগী মমল য়াম্মবা পোৎলমনি হায়বা য়ৌনা হায় অদুগা কবি পূম্নমক্না কাব্যগী মতাংদা গুণ অসিগী মতেং লৌবনি হায়নসু থাজে—

**শ্লেষতৎ কাব্যসর্বস্বম্ সমাবির্নাম য়ো গুণঃ।**

**কবিসার্থঃ সমগ্রোঽপি তমেকমুপজীবতি।।**

*(কাব্যাদর্শ)*

বামননসু য়াম্নমক মরুওইবা গুণ ওইনা লৌই। ময়েক শেংনা ফোঙদোকপা য়াদবা মীগী লীচৎ-শাজৎ ফাওবা য়াম্না লায়না ইফোং ফোংনা ফোঙদোকপা য়াবা পাম্বেনি।

মাধুর্য—ভবত মুনিনদি য়াম্না শম্না হায়বম্মী—হঞ্জিন-হঞ্জিন তাদুনসু (হঞ্জিন-হঞ্জিন ঙাঙবা ওইববসু) পেনবা নাইদনা নুংঙাইবা অদুম্মক পোকহল্লবা গুণ অদু মাধুর্য গুণনি। তুংগী মাযচৌশিংনা ব্যাখ্যা তৌবদা লৌনবিবনা বস থন্না য়াওবা তাবদা নুংঙাইবা হন্না হন্না তাববসু তানীংদুনতা লৈবা মফোঙদোক্তা য়াওবা গুণ অদুনি। গুণ অসি ৱাহৈদা অমা অদুগা অর্থদা অমা মওং অনীদা লৈ। অনুপ্রাস য়মক্লচিংবদা ৱাহৈগী লৈ। অঙাংনা তুবোয-ঙাল্লোয চৎপদা থোকপা খোঙজী মখোল 'শ্রিং শ্রাউ শ্রিং শ্রাউ' গুম্বনি; চনুশিংগী খুজী নাচীগী মখোলগুম্বনি—'ক্রিং-ক্লিং'। মসিনা ৱাহৈদা লৈবা মাধুর্যনি। অর্থদসু লৈ। খুন্নুংগী মওং চঙবা দোষ হাযবদু যাওদবা লৈবাকমচা তাবা অর্থ লৈবা পবেংদি বস চেনবা ওইবনি। থক্তোবকপা অর্থনা লৈবাকমচা তাদবা অর্থ পুখিবা যানা লৈ। মওংবু 'ঙাপ্রুমনা উ কাবা মতোন লোম্মিদা' হাযবগী অর্থসি লূদে—হকতিনগী অর্থ লৈ। নৎত্রগা লৈপূং ফম্বদা মরূপ মশেন কৌনবা 'নাবা' হাযবা অসি লূদে। হাযবদা পনবদা নুংঙাইতবদগী হেন্না মযাম মমাঙদা তাবা নুংঙাইতে। অৱাংবা কাব্যদা পন্নদে। পুন্সিমক ফোঙদোকপা যাই হাযদুনসু সাহিত্যদদি লৈবাকমচা তাবগী মফোঙদোক পূমথা-থাদোকপা যাদ্রি। সাহিত্যদা ফি শেত্তবা যাদ্রি। নীংথিবা ফজবা হাযবসি কাব্যগী থাদোকপা যাদ্রবা মঙলনি। *মেঘদূত*কী পবেংশিংদা মাধুর্য গুণ যাওবি।

ওজ—"ফজদবা অমদি মগুণ লৈতবা শৈবেং ওইববসু উদাত ভাব (হাযবদি অৱাংবা ৱাখল) ফোঙদোক্লবদি অদুগা ৱাহৈগী নীংথিবা লৈববদি মদুবু ওজোগুণনা তিনবা অসুম্না খঙনৈ"—ভবত মুনিনা হাযবনি। (*নাট্যশাস্ত্র*, ১৭/১০১) পবেংদা সমাস তৌববা পদ য়াম্না হেন্না য়াওববা মতমদা ওজ গুণ অসি চেল্লকই—হাযবসি মাযচৌ দণ্ডীগী মোৎনি। হায়বা নৎত্রগা পাবদা লুবা, তাবদা কল্থা হৈথাননা থোকপগী মওং চঙই। শৈবেংগী পবেংশিংদগী ৱাবেংগীদনা হেন্না শীজিন্নবা মফোঙদোক্লি। মণিপুরী লোন্দদি সমাসকী মওং অসি পঙচৎ চৎনদে।

সৌকুমার্য—হায়দোকপদা নুংঙাইবা, লায়না হায়বা য়াবা, সন্ধি তৌরবা নীংথিবা ৱাহৈনা তিনবা অমদি পূক্নিং হূবা অর্থ চেনবা গুণবু সৌকুমার্য কৌই হায়না ভরত মুনিনা হায়বনি। মেঙবা থোৎপা ময়েকশিংগী নীংথিবা ৱাহৈশিংগী অপূনবনি। অঙাংহল অমদি কমলগী শৈবেংশিংদা য়াওই। খূদম, থোইবীনা খম্বা উবদা ওইবা ফীভমনি—

**থম্মোয় লকা নুংঙগী লৈরাং তন্না হেক্রক্রে।**

**লৈরাং পরেং লেংখরে। নুরা সনা খূৎতূদা**

**পরেং লৈরাং পায়রক্রে লমজাই মঙক অদুদা**

**লৈরাং অদু হুকউরে। নুরা ৱাখল চাউবীনি**

**ৱাখল মচেৎ অমতা তৌজহৌবা নংহৌদে।**

**(হিজম অঙাংহল, *খম্ব-থোইবী শৈরেং*)**

'জ', 'য়', 'ল' অসিনচিংবসি অথোৎপা খোম্হোক্লি। হায়বা নুংঙাইবা পবেংনি। নীংথিবা অর্থসু লৈ। থম্মোয়দা পানবা অথোৎপা পবেংনি।

অর্থব্যক্তি—ভবতনা পীবা মোৎনি—"শীজিন্নববা মতুংদা পূক্নিংনা মতুং ইল্লগা অর্থ খঙলকপা মওংবু অর্থ তাকপগী গুণ চেল্লি হায়দুনা 'অর্থব্যক্তি' হায়ন খঙনৈ।" (*নাট্যশাস্ত্র*, ১৭/১০৩) তুংগী নৈন-মীওইনা মসিগী ব্যাখ্যাদা তাক্লিবিবনা পবেংদা লৈবা ৱাহৈশিং অদুনা পূন্না চোংথোকহল্লকপা চপ চাবা অর্থ অদুনি হায়বসিনি। ৱাহৈনা চপ চানা, হেনবসু নত্তবা ৱাৎপসু নত্তবা মওংদা পীবা অর্থ অদুদা লৈবা ফজবা অদুনি। খূদম, *খূদোল*গী অবোইবদা পূর্ণিমাগা গোকুল-দা-গা অনীগী মওং অসুম্না শীংথাবি—

"ঐগী খোঙদা খুক খুদক শন শানা মকোক নোন্না খুকমলে। ঐনা মাবু কোনখৎপিবে, থম্মোয়দা চেৎনা কোনবিবে, মাগী থমোযদা হৌবকপা ঈখৌলাংবনা তনীক-তনীক্লবা মৈচাক ঐগী হকচাংদা ফাওবকই। হন্না য়েংথোক্লবদা পূর্ণিমাগী মমানা হবাউ-তযাম্না লেপ্লম্বা উবক্রে।"

পদ অহুমগী মনুংদা অমদি মপানগী ফীভম চপ চানা ফোঙদোকপা ঙম্বা পবেংশিংনি।

উদাত্ত—মায়চৌ খবনা মসিবু 'উদাবতা' নৎত্রগা 'ঔদার্য' হায়নসু কৌই। অর্থ মান্নে, মমিংগী ৱানি। ভবতনা হায়—"অকক্লবা অর্থ ময়াম্না তিনবা অমসুং নীংথিবা ফজবা মতৌগী খোয়থুম্লহনবা ৱাহৈ-ৱাতানা লৈতেংবা, নীংথিবা অর্থ থোকহনবা

অদুবু উদাত্ত হায়না কৌই।" (*নাট্যশাস্ত্র*, ১৭/১০৪) ৱাহৈ অমদি অর্থদা লৈবা নীংথিবা মওংনি। ৱাহৈপরেংনা ফোঙদোক্লিবা অর্থদা অয়ৌবী থাক্তা উৎপা গুন্বগী গুণ অদুনি হায়না লৌনে। থক্তোরকপা নৎত্রগা চোংথোরক্লিবা অর্থ (ব্যজ্যার্থ) অদু খম থেংনা ৱাংবগী ৱাফমবু হায়বগী ৱানি। দণ্ডীনা মাগী *কাব্যাদর্শদা* ফজবা খূদম অমা পী—

'হে নিংথৌ নিবা লাকপশিংগী মীৎয়েংনা নহাক্কী মায়থোঙদা অমুকখক্তংদনি তারুবা। মসিগী ফলদি লায়রবগী ফীভমদা কনাগুম্বা অমগী মায়থোঙদা তারুবা মরৈতরে।'

অথিনাম্ কৃপণা দৃষ্টিত্বন্মুখে পতিতা সকৃত্।

তদবস্থা পুনর্দেব নান্যস্য মুখমীক্ষতে।।

(*কাব্যাদর্শ*)

থক্তোরকপা অর্থদি ময়েক শেংই, নিংথৌ অসিনা নিবা লাকপদা লায়রবা পূমকোক কোক্লবা, অতোপ্পা মীওই অমদগী অমুক নিরুদ্রনবগী ওইনা য়াম্না পীরে হায়বনি। মসিনি ঔদার্য নৎত্রগা উদাত্ত গুণ।

কান্ত—কান্ত নৎত্রগা কান্তি গুণ অসিগী মতাংদা ভরতনা চম্না অমদি শম্না অদুম হায়—'নীংথিবা ৱাহৈগী পরেংনা পূক্লিংবু অমদি নাকোংবু পেলহনবা অমদি মকা লামহনবা গুম্মবদি কান্ত হায়না কৌরে' (*নাট্যশাস্ত্র*, ১৭/১০৫)। কোন্না ব্যাখ্যা তৌনরকই—কান্ত হায়বদি মঙাল হায়বদি মঙাল তারবা নীংথিবা হায়বনি। হায়রিবা গুণ অসি ময়ামগী ওইবা অর্থ (লৌকিক অর্থ)বু ঙাক্লবা মতাংদা লৈ। হায়বদি অশেংবা পুন্সিদা লৈরিবা থোক্লিবা থৌদোক-ৱাথোক অদু কায়হন্দবা, মদু ফজবা অর্থনা অদুম ফোঙদোকপা অদু কান্ত গুণগী মচৎনি হায়বনি। হেঞ্জিন্না, য়াম্না হেনগৎনা হায়বা নত্তবা অশেং-অশেংবা জগৎকী চৎনবীদা শীংথাবা হায়বগী ৱানি। হায়নৈ—'ইবুংঙোনা লেঙবিরকপসিদি য়ূম অসি ইশেং হেক শেংইদা।' মসি ময়ামগী চৎনরিবা ৱাহৈ-ৱাতা অমদি অর্থনি। মসিদগী খংহেন হেক হেনজিনখিদুনা—'ইবুংঙোগী খূয়াগী উফূল মরীক অমত্তং তাবসিদা য়ূম অসিগী মহাপাপ পূম্নমক পূমকোক কোক্লে ঐগী য়ূম মহামন্দির ওইরে।' হায়বা তারগদি মৈরৌ য়াম্না হেঞ্জিল্লবনি। কান্তি গুণ লৈবা তারগদি ময়াম্না ঙাঙন-শান্নরিবা অর্থ অদুনা অথোইবা ওইনা লৌগনি। মহৌশাগী লীচত্তা য়ূম্ফম ওইবা মওংগী শীংথাবদা লৈবা নীংথিবা অদু কান্তনি। মওংবু, *জহেরাদা*

কুঞ্জোগা জহেবোগা অহানবা উনবগী মতাং—অইবনা অসুম্না শীংথাবকই—"মায়োক্লদুনা ওহাক লৈবে। অথাপ্পদগী মীনা উবদা জহেবোনা থোকচগে তৌবদা কুঞ্জোনা থৎপা ওইনা উবে। ব্রাদি ইঙাং ঙাংনদে হায়বদি অবানবা অমা লৈবে—'জহেবোনা পোকপদগী কুঞ্জোগুম্বা উজবক্তি, কুঞ্জোনা পোকপদগী জহেবোগুম্বী উজবক্তি' হায়বা অসিমদি ইনীং নীংনবে।" হেঞ্জিন্না শীংথাবা নত্তে ময়ামগী ওইবা লীচৎপু ইকায় খুম্নবি। কান্তিনি।

**য়ানবৰা মশীং ঃ**

ভবত মুনিনা ইহান হান্না পল্লম্বা, দণ্ডী (৮শুবা)নসু চপ চানা শৌগৎপা গুণ তবা অসি অমগা অমগা ইবৌ লৌশিন্নে, ইয়ান য়ান্নে। ভবতকী মথংদা ভামহ (৬শুবা)নদি গুণ অহুমদমক পল্লি—মাধুর্য, ওজ অমদি প্রসাদ। বামন (৯শুবা)নদি ভবতকী মমিং তবা অসি অসুম যাই। তৌবতবু ব্যাখ্যাদি অনৌবা মওং অমদা তৌই; লোযননা গুণ হাযবসি ব্রাহৈগী অমা অদুগা অর্থগী অমা—অনী থোক্লা খায়দোকপা মীৎয়েংদগীসু য়েংলকই। অদুনা মমিং খূদিংগী ব্রাহৈগী অমা অর্থগী অমা অনী অনী লৈববনিনা মশীংদা কুন শুবকই। মাগী মীৎয়েং অদু তুংদা লাকপা মীওইশিংনা যাদে। মবমদি মখলশিং অসি অমগা অমগা ইযেৎ যেৎশিন্নবদৌনা তৌই। মাযচৌ ভোজবাজদংদি (১১শুবা চহীচা) বামনগী মতুং ইল্লি। ভোজবাজগী *সবস্বতীকন্ঠাভবণদা* গুণগী মশীং অসি কুনমবি শুবকই। মাগী মীৎযেং অসিসু মযাম্না যানদে। *অগ্নিপুবাণ* (১২শুবা)দসু গুণ মশীং যাম্না খাযদোকপগী মওংদা লৈ; মশীং তবামাপনগুম্বা পল্লি। অসুম্না গুণগী মওং-মতৌ অমদি মশীংগী মতাংদা মোত খেন্নবা কয়ামুক লৈ। ব্যাখ্যাসু তোঙান-তোঙানবা মওংদা তৌনৈ।

হৌজিক ফাওবদা অযাম্বনা চপ চানা যানবিবসি ভামহনা কন্না পল্লম্বা অদুগা মম্মট (১১শুবা)না কন্না শৌগৎপা গুণ অহুম অসিনি—মাধুর্য, ওজ অমদি প্রসাদ। অহুমদমক লৈ হায়বা ব্রাফমসি হেমচন্দ্র (১২শুবা) অমদি বিশ্বনাথ কবিবাজ (১৪শুবা)নসু কন্না শৌগৎলি। মম্মট, হেমচন্দ্র অমদি বিশ্বনাথ কবিবাজনা মযেক শেংনা উৎলিবসি ভবত, বামন, *অগ্নিপুবান* অমদি ভোজবাজনচিংবনা পল্লিবা গুণ ময়াম অসি গুণ অহুম অসিগী মনুংদা থম্বা য়াবে অদুগা খবদি গুণ ওইনা লৌগদবা নত্তে দোষ ওইননি হাযবসিনি। মম্মটনা হায়বম্বা—'মাধুর্য্যোজঃ প্রসাদাখ্যাস্ত্রযস্তে ন পুনর্দশ'—মাধুর্য, ওজ, প্রসাদ অহুমদনি তবা নত্তে—হায়বা ব্রাফম অসি হৌজিক

ফাওবদা ময়ামগী ওইনা চৎনরি। আচার্য মম্মটনা হায়রম্বগুম্মদনা শ্লেষ, সমাধি, উদাত্ত (ঔদার্য)নচিংবসি ওজ গুণগী মনুংদা থম্মে; অর্থব্যক্তিবুনা প্রসাদতা হাপচিল্লে; মাধুর্যগীদি মান্নবা অদুম থম্মে। সৌকুমার্য, কান্তিবুনা দোষাভাব (দোষ লৈতবা—য়াংগা)কী মওংদা থম্মে। সমতাবুদি গুণ ওইনা লৌবগী মহুত্তা দোষ ওইনা লৌরক্লে। সমতাদি চাং অমত্তদা অসুম পুদুনা লৈবনিনা পাবা নৎত্রগা তাবদা হৈনীংলক্তবা মওং লৈ অদুনা দোষনি হায়না লৌই। অদুমকপু মতম অমদি মফম পুম্নমক্তা লেংডদবা দোয়তমক ওইনা লৈবমক্তি নত্তে হায়বসিসু চুম্মবা বাফম্লি।

গুণ হায়বসিদি চপ ককপা য়াবা মশীংদা লৈবা নত্তে। কাব্যদদি ইরিবা মী মীদুগী তোপতোপ তাবা মওলগীসু মফম থোইদোক-হেন্দোক্লা লৈবনি। অমগা অমগা গুণ মান্নবা হৌনদে মশাগী মফোঙদোক অদুম লৈফম থোকপনি। অসুম অসুম কুপথখিবা তারবদি মী খুদিংগী, লাইরিক খুদিংগী লাইরিক্কী পরেং খুদিংগীসু গুণ থিবা অমদি মমিং থোনবা য়াবগী মওং লৈবনি। অদুবু গুণ ময়াম অসি মান্নবগী শীচৎ অমমমগী কাখল মনুংদা থম্বা মীৎয়েং অমদা য়েংলগা কাখল অহুমদা হায়বদি মখল অহুমদা থম্বা চৎনবে—মাধুর্য, ওজ অমদি প্রসাদ। আচার্য মম্মটনা অহুম অসিগী পাক চাউনা কোনশিনবা মশক য়াম্না শম্না শম্না লেপ্লম্মী ঃ

মাধুর্য গুণ—

**আহ্লাদকত্বম মাধুর্য্যা শৃঙ্গারে দ্রুতিকারণম্।**

মাধুর্য গুণদগী পূক্লিং পেল্লি। মসিনা শৃঙ্গার রসতা লৈববদা পূক্লিং অসি মকা লাম্মী। গুণ অসিগী ফীভমসি শৃঙ্গার রসতা থোইদোক-হেন্দোক্লা লৈ।

ওজ গুণ—

**দীপ্ত্যাত্মবিস্মৃতের্হেতুওজঃ তচ্চ বীররসস্থিতি।**

পূক্লিংবু ওালহনবা অমদি থৌনা হাপ্পা গুণদু ওজনি। মসিনা পূক্লিংবু কাউথোকহল্লি। বীববসকী ফীভমদা লৈ।

প্রসাদ—

**শুষকেন্ধনাগ্নিবত্ স্বচ্ছজলবৎসহসৈবয়ঃ।**

প্রসাদ গুণ অসি অকংবা শীংদা মৈগী মতৌগুম অমদি অশেংবা (অরুবা) পাত্রদা হাপ্পা ঈশিংগুম পূক্লিংদা খুদক্তা শন্দোকই। মসিদি গুণ লোইনমক্তা মান্নবা লৈবা শীচৎনি। শীবিবা শ্লোক অহুম্মক মম্মটনা ইবা *কাব্যপ্রকাশ* তগীনি।

গুণ অহুম অসি কাব্যগী চঙদবা য়াদ্রবা মওলনি। গুণ হায়রিবসি রসকা

অপাম্নবা মরী লৈনবনি অদুগা রীতি হায়বা কোওদোকপগী মওং মওংত্রগা লীচং অদুগা ঈরোয়নবা অদুম্মক লৈবা মচম অমনি। গুণ অমদি রীতিমা পূম্না রস ওঠহনবনি। অলংকারনা কাব্যগী লৈতেংনি। গুণ চেন্দবা সুকয়ামক যাম্রবনি কাব্যদি।

**তরুকশুবা তাঙ্কক**

# কবিগী মশক

কবি অসি মীনি অদুগা মী খূদিংমক্তি কবি নত্তে। অশেংবা কবি অমা ওইবা হায়বসি ইবায লাযবা অচম্বা নত্তে। মানবদি পঙলে মবে পঙথেং মথেংনে। 'না', 'বু' তাবা শৈবেং অনী-মবি থীবগা সাহিত্যগী মচল মানবগুম তৌবা অমনী পুথোক্লগা কবিনি হাযদনা তাপ হেক্তা হায়বগী চৎনবী অসিনা কবি অসি নুংশিৎকুম ঈশিংগুম হোঙবদৌনা লৌনবগী অচুম্বা যাওদবা ৱাখল্লোন অসি অফবা নত্তে। কবি অসি থৌবৈতবা অমনা অশোযবা ঙাকপদগী তান চাকদুনা ওইখিবা নৎত্রগা ওইহনখিবা মীবেম অমা নত্তে; মতম ঙাইহাক লেন্ননবা কৈ-যেন ঙাইহাক শান্নবগুম্বা অঙাইবা মী অমসু নত্তে; পুন্সিগী লমদাং অসিদা লনাই অমদি অপূনবগীদমক্তা সাধনা তৌবিবা সাধক অমনি। পূম্নমক অবেম্বনি খন্দুনা থাদোক্লম্মগা শান্তিগী লম্বেল থিপ্পবা লম্বোইবসু নত্তে; আত্মা অমদি পবমাত্মাগী মবী থিদুনা খঙলগা হকচাংদগী থৱাযবু তাংকক তাংকক নাইনা খাইদোক্লদুনা ৱাংউবোল অমগী মখাদা পূম্নমকপু খঙলবা জ্ঞানী অমসু নত্তে। অনীমক পূনবা মশক্লি। অপূনবগী অশেংবা পুন্সি অসিদা পুন্সি অসিগী নত্তবা মনুংঙাই (আনন্দ) অমগীদমক পুন্সি অমা শেম্মিবা পুন্সি অসিগা শাগোন্ননা লৈবিবা ঋষি অমনি।

'কবি' হাযবা ৱাহে অসি 'কু বর্ণে' নৎত্রগা 'কুঙ্ শব্দে' ধাতুদা ঔণাদিক 'ই' প্রত্যয় অসি তপশিল্লগা শেম্বনি। বাজশেখব (১০শুবা) মাযচৌনদি 'কব্ বর্ণে' হায়বা ধাতুদগী শেম্বনি হাযবি। শীংথাবিবা মী অদুবু হায়বনি। কাব্যবু শেমদুনা হায়বদি, শীংথাদুনা মযামগী মমাঙদা মহাও খঙবশিংনা মহাও চূপ্পবা পুথোক্লিবসি কবিনি। মাযচৌ মম্মট (১১শুবা)না কাব্য হায়বিবসি মপোক অসিগী নত্তবা বর্ণনাদা মপূং ফানা হৈ-শিংলবা কবিগী থৌওংনি—'লোকোত্তববর্ণনা নিপুণং কবিকর্ম'—হায়না পন্দুনা কবিবু মশক তাক্লি। অভিনবগুপ্তগী সাহিত্য গুরু ভট্ট তৌত (১০শুবা)নসু

কবিবু শীংথাবদা চপ চানা হৈ-শিংবা—'বর্ণনা নিপুণ'—মীওইনি হায়না মশক তাকই। হায়বদি কবিগী মপূং ওইবা থবকসি শীংথাবনি। বর্ণনা তৌদুনা পুথোক্লবদা কবিগী মথৌ তৌদ্রবনি হায়বদি, কবি ওইবা য়াদ্রবনি। মাখলগী থাক্তদি মী অয়াম্বা কবিগী মওং চঙবা য়াই। হেল্লিবসি কবিদদি ফোঙদোকপা অমদি মসিদা হৈ-শিংবা অমা চঙলিবসিনি। মাহৈনা ইদুনা ফোঙদোকপা তাবনি।

কবিদা কবিগুম্বা পোৎলম অমবু মনুংথীৎনা উশিনবা অমা চঙই। ময়াম্না উনবিবা পোৎলম শুাক্তনি মালেম অসিদা লৈবিবসি। অদুবু কবিদি মশাগী ওইবা তোপতোপ অম্বা মীৎয়েং অমনা য়েংলকই। পোৎ অদুগী মকদা লৈবিবা নৎত্রগা লৈবা য়াবা মশক অমা উবকপগী মীৎয়েং অমা য়াওবি। উগনবা উশিনগনবগী মঙলনি। খোইমুগী শাখপুগী থোবকপা নুংশিত্তা লৈবাংনা হাইববু কনাগুম্বা অমনা থেম্বদা কনাগুম্বী অমনা য়ানীং-য়ানীংনা য়ানীংদবা উৎপা ওইনা উবকই। অপাইবা নোংবু পাউ পুবিখিবা য়াবা মদপ অমা ওইনা উবকপসি কালিদাসকুম্বগী উবা ঙম্বা মীৎযেংনি। মীৎয়েং অসি কবিদা লৈ। উগনবা য়েংগনবা মীৎয়েং অসিদনা যাবা নত্তে উবিবদু চপ চানা শীংথাদুনা ফোঙদোকপা চঙই; অদুতদা কবিগী ফম অসি থিন্দোক্লবনি। অদুনদি কবি ওইবগী মতৌ অসিদা যূম্ফম ওইনা লৈবিবসি মীৎযেংগা শীংথাবগা—দর্শন অমদি বর্ণন—অনী অসিনি। নুংগী ওইবা মশক উবা ঙম্বা দর্শন অসিনা মনুংদা লৈবা গুণনি, মসিগা মান্নবা থাক্কী ওইবা বর্ণন অসিনা মপান্দা লৈবা গুণনি। অনী অসি চাং মান্ননা পূল্লবতদা কবিতা নৎত্রগা কাব্য চোংথোবকপনি। পোৎকী অথূপ্পা উবা অমদি মদুবু মন্ত্রগী মশক ওইনা ফোঙদোকপা ঙম্বা অসিবু ভট্ট তৌতনা ঋষিনি হায়না—'নানৃষিঃ কবিবিত্যুক্তং ঋষিশ্চ কিল দর্শনাত্'—কন্না হাযবম্বনি। শেংলবা মাফম্নি।

কবিদা পীথোবকপা মঙল (প্রতিভা) অমা য়াওই। মসিগী মতেংনা মানা মনীং তম্না মাগী খূৎশেমবু (সৃষ্টি) শেম্নীংবা মওংদা শেম্মী। মানা হৈনীংলকপা, পাম্মকপা, মবূক্লিংদা হৌবকপা ইহুল অদু লৈশেমগী মালেম অমা ওইনা শেম্মকই।

**অপারে কাব্যসংসারে কবিরেকঃ প্রজাপতিঃ।**

**যথাস্মৈ রোচতে বিশ্বং তথেদং পরিবর্ততে॥**

**(আনন্দবর্ধন, *ধ্বন্যালোক*)**

পীকপ্লবা চমপ্লবা পুন্সিগী নৎত্রগা মহৌশাগী পোৎলম মচা অমবুসু বসতনা নীক নীক লাউবা কাব্যগী মচল অমা ওইহনবা ঙম্বা কবিনি। পূম্নমকপু শেম্বি-শাবিবিবা চাউথোইবা মঙলগী মশক ওইবা মহাক (ঈশ্বর) অদুবু উপনিষদনা অতৈ অমগী

মিংথোল পীদুনা মশক তাক্কে, অহোয়নদুম কবিমক্কি হায়বগী শক্তাক হায়োলনা মগুণ শীংথারি—'কবিমণীষী পরিভূঃ স্বয়ম্ভূঃ।'

**কাব্যগী মরূওইবা মরম (কাব্যহেতু) ঃ**

নীংথিরবা কাব্য অমা ঐথোয়গী মাওদা লৈরে—মওংবু *শাকুন্তলম্*। কাব্যগী মওং মতৌ নৈনরে; খগুলে। মসিদা পেন্নদ্রি ভারতকী নৈন-মীওইশিং। করিনা মরূমক ওইবা মরম ওইবনা কালিদাসনা মাগী *শাকুন্তলম* অসি ইরূরিবনো—মসোমদা কল্লা অমুক থিরূরি। কূপ্পা থিগনপ্রবা নৈন-মীওইনি। ভারতকী নৈন-পরীংদা লাইথায় তারি মসিগী চাউরবা মরূ লেম্ফু ওইবা মরমদি 'প্রতিভা'—পীথোরকপা মগুল—অসিনি। মী খুদিংমক *শাকুন্তলম্* ইদে ইনীংদে, ইনীংলবসু গুমদে; কালিদাসনতা মই। মরমদি মঙোম্দা প্রতিভা অসি য়াওরি। ওজা-গুরুনা ফনমক তাকপি-তম্নিদুনসু, পাদুনা নৈনদুনা লৌশিং কল্লা তানশিন্দুনসু প্রতিভা অসিনবু ময়াওদ্রবদা কাব্য শেম্বা য়াবগী ৱা লৈতে। নমদুনা ইরকপ্পা তারগসু য়ৌদে নৎত্রগনা ফত্তবা মখলগী কাব্য ওইরকুই। কবি ওইদবদি করিসু কাম্লবা নত্তে; ফত্তবা মখলগী কবি ওইরকপসিদি অমাঙবগী মশক্কি; ভামহ (৬শুবা)না পল্লম্বা ৱা লৈ—

অকবিত্বমধর্মায় ব্যাধয়ে দণ্ডনায় বা।
কুকবিত্বং পুনঃ সাক্ষাত্ মৃতিমাহুর্মণীষিণঃ ।।

(*কাব্যালংকার*, ১/১২)

হায়বদি কনাগুম্বা অমা কবি ওইদবদি লায়নাসু নত্তে, অথমগী লৈথোমদা পূখবসু নত্তে অদুগা করিগুম্বা চৈরাকসু ফংলোই। অদুবু ফত্তবা কবি ওইবগী মওং অসিদি তশেংনমক অশিবগা পাংথক্লবনি। ভামহনা প্রতিভাবু কাব্য ইবগী মরম ওইবনি হায়না লৌই। কাব্যগী মতাংদা পন্নরিবা প্রতিভা অসি 'অনৌ অনৌবা অর্থশিংবু ফংগায়না শাৎহল্লিবা প্রজ্ঞা অদুনি—'প্রজ্ঞা নবনবোন্মেষশালিনী প্রতিভা মতা'—হায়না ভট্ট তৌত (১০শুবা)না তাক্লম্মী। ৱাফম অসি তুংগী মীওইনা থোইদোক্না য়েৎনদে। মায়টৌ কুন্তক (১০-১১শুবা)নদি হৌখিবা অমদি হৌজিক্কী মপোক্তা লোয়নদুনা লৈবা সংস্কার অদুনা ফুদোংলবা শেম-শাবগী মগুল অদুবুনি হায়না থাজে। অসিগুম্বা মখলগী প্রতিভা অসি কবিত্বগী মরূমক্কি হায়না বামন (৯শুবা)না হায়রবনি। বামননসু হৌখিবা মপোক্তগী লোয়নদুনা লাক্লবা অথম্লবা মওংগী সংস্কার অদুনি প্রতিভা হায়রিবসি হায়না লাইথায় তারিবনি। মহৌশা নৎত্রগা ঈশ্বরনা হাপ্লিরকপা মগুলনি হায়বনি। মায়টৌ রাজশেখর

(১০শুবা)গী মোত মতুংইন্না কবিগী থম্মোয়দা ৱাহৈগী মপৈবু, অর্থগী কাণ্ডলুপপু, ৱাণ্ডাঙগী লম্বীবু অমদি অসিগুম্বা মওংগী কাব্যগী অতৈ পোৎচঙশিংবু শাফোঙহল্লিবা মঙল (শক্তি) অদু কবিগী প্রতিভানি হায়বসিনি। প্রতিভা লৈবা কাণ্ডবুগীদি পোৎ পুম্নমক—অউবসু উদবসু, মমীংতা শং শং হেক্তা উই অদুগা বর্ণন তৌই। মেধাবিরুদ্র, কুমারদাস, হোমর, সুবদাস হায়বিবশিংসি মমীৎ তাঙবা ঙাক্তনি। অদুবু মখোয়না শীংথারম্মিবা কাব্যশিংদি মীৎ পানবশিংনা ঙমগদবা থবক নত্তে। প্রতিভা হায়বিবসি মসিনি। ভারততকী অয়াম্বা নৈন-মীওইশিংনা প্রতিভা অসিবু কাব্যগী মরূ ওইবিবা মরম্লি হায়না লৌবকই।

ভামহগী হেক মতুংদা মায়চৌ দণ্ডী (৮শুবা)না প্রতিভা অসিগা ঈবোয়ননা কাব্য থোক্লকপগী (কবিদগী) মবম অসি শাস্ত্রজ্ঞান অমদি হোৎনবা (অভ্যাস) অসিসুনি হায়না লৌখি। দণ্ডীগী মোৎতা ‘শৃপ্নগী প্রতিভাতনা কাব্য পুথোকপা ঙমগ্রি; মক্তুবা শাস্ত্র অমদি হঞ্জানবা লৈতবা হোৎনবা—ঔবাইবা—অসিগী মতেংসু তঙায়ফদনা চঙই’ হায়বসিনি—

> নৈসর্গিকী চ প্রতিভা, শ্রুতঞ্চ বহু নির্মলম্।
>
> অমন্দশ্চাভিয়োগশ্চ, কারণম্ কাব্যসম্পদঃ ॥

(*কাব্যাদর্শ*, ১/১০৩)

প্রতিভা ফনা লৈদুনসু পাদুনা নৈনদুনা জ্ঞান তানশিন্দ্রবা অমদি হোৎনদ্রবদি কাব্য থোক্তে হায়বগী ৱানি। দণ্ডীগী মোৎতি প্রতিভা, ব্যুৎপতি (পাক-শন্না খঙবা হৈবা) অমদি অভ্যাস (ঔবাইবা) অহুম অসি চঙই হায়বসিনি প্রতিভাতনদি দোষ কয়ামুক্কী লৌশিং লৈতবা য়াই; মীনিনা অবানবা কয়ামুক তৌবকপা য়াই। কৃপ্ন-কৃপ্নবা কাব্যগী গুণশিং অমদি দোষশিং ব্যুৎপতিদগী খঙবা ঙম্বনি। দোষ চেন্দনবা অমদি গুণ ময়াম চেনবা য়াবগী লম্বেল খঙবা তাবনি। মফম মতম চানা পোথম্ফম মতা চানবা লাক্লবসু তাবনি। মবম অসিদগী অহুম অসি চঙবনি হায়বগী মোত অসি অয়াম্বনা ফোঙদোক্লে। রুদ্রট (৯শুবা)নচিংবা নৈন-মীওই খবনা প্রতিভা অসিবু ‘শক্তি’ হায়না কৌবা পাম্মী। আনন্দবর্ধন (৯শুবা)দি পামদে, প্রতিভা অদুম হায়নীংই অদুগা অহুম অসিগী মনুংদা মসিনা অথোইবনি হায়না কন্না হায়। মায়চৌ খবদি ব্যুৎপতি হায়বদি লৌশিং পাক-শন্না লৈবসিনা মকওই হায়বসু য়াওই। ৱাজশেখর (১০শুবা)না শক্তি (হায়বদি প্রতিভা) অসিনা মপূংনি হায়বগা লোয়ননা খবগা অমুক্কা হেন্না কৃপথনা নৈনবকই। মায়চৌ অসিনা প্রতিভাবু শরূক অনী থোক্লা খায়দোকই—(ক) কারয়িত্রী, (খ)

ভাবয়িত্রী। কারয়িত্রী হায়বসি কাব্য শেম্বা ঙম্বগী হায়বদি অনৌবা অর্থগী কল্পনা তৌদুনা নীংথিবা ৱাহৈদা ফোঙদোকপা ঙম্বগী শক্তিনি। অদুগা ভাবয়িত্রী হায়বসিনা লৌশীনবা হায়বদি অর্থ খঙবা ঙম্বগী শক্তি অদুনি। আলোচনা তৌরিবা কাঙবুদা হায়রিবা প্রতিভা অসি মপূং ফানা য়াওবনি হায়দুনা আলোচকপু কবিগা থাক মান্নরা লৌবা রাজশেখরনি। অমুক্কসু কূপথনা কারয়িত্রী প্রতিভা অসিবু অমুক শরূক অহুম থোক্লা খায়দোকই—সহজা, আহার্য অমদি ঔপদেশিকী। পোকপদগী য়াওজরক্লবা, হৌখিবা মপোক্কী সংস্কার ওইনা লৈরবা অদু সহজানি। অহার্য হায়বদি লৌশীনবা চূপশিনবা ঙম্বা হায়বনি। মসি মশাদা অদুম য়াওরবনি। অদুবু মসি হৌদোক্লবা হায়বদি লৌশীন-চূপশিন্নবা হোৎনবা হায়বসি অভ্যাস চঙই। ঔপদেশিকী হায়রিবসিনা মন্ত্র, তন্ত্রনচিংবগী উপদেশ—পাউতাক্তগী পোকই। মায়চৌ মম্মট (১১শুবা)না শক্তি, নিপুণতা অমদি অভ্যাস অহুমগী অপূনবা মশক্লা কাব্যগী মরম্লি হায়না কন্না ফোঙদোকই। মম্মটকী শক্তি, নিপুণতা অসিসু প্রতিভা অমদি ব্যুৎপতিগা চপ মান্নে।

হৌজিক ফাওবদা ভারতকী নৈন-মীওইশিংনা, মোত খরা খরা খেন্নবা মতাং লৈরবসু, য়ানরিবসি প্রতিভা হায়বা মঙল অসিদগী কবিনা কাব্য অসি শেম্বনি (রচনা তৌবনি)। প্রতিভা অসিদা তঙায়মক ফদনা চঙলিবসি লৌশিং (ব্যুৎপতি) অমদি হোৎনবনি (অভ্যাস); অহুম অসি য়োৎশবী মখোঙ অহুমগুম্বনি অমা ৱাৎপদা কাব্য থোকপা য়াদে। তৌবতবু ব্যুৎপতি অমদি অভ্যাসনা মপোক অসিগী পোৎলম্লি কবি মশাদা লৈরে; অদুগা প্রতিভা হায়বসিদি মী মশাগী অপাম-পামদগী খুদুমদা লৈতবা মহৌশাগী ওইবা আত্মাগা শাগোন্নদুনা লাক্লবা সংস্কারনি। ভারততি ঈশ্বরগী লমনি অদুনা প্রতিভা অসি ঈশ্বরগী মনানি হায়না লৌই। খুমদ্রিবা ৱাহং পূন্নমক্কী চৈখেসি ঈশ্বরনা ওইবনা পোখাফম খঙই।

প্রতিভা হায়রিবসি কাব্যদতা নত্তে হীরম খূদিংদা লমদাং পূন্নমক্তা মরুওই। ইশাগী খূত্তা লৈজবা শেল্লেপকুম্বনি। তৌনীংবা মফম-মতাংদা খরচ তৌবা য়াবনি। মশাগী ওইবা তোপতোপ তাবা মওং অমা উৎপা হেক্তা ঙম্বগী মঙলনি। শেল্লেপ অচৌবা অসি ওন্ননা খরচ তৌখিদনবা নৎত্রগসু মতা চাদনা চাদিং তৌখিদনবা ব্যুৎপতি হায়বদি অফ-ফত্তা, অচুম-চুমদা, মফম মতমগী লীচৎ খঙবা খঙজিনবা চঙই। মরম চাদনা লৈ হায়দুনা খরচ পঙতৌ তৌবা চুমদে। মথোঙ মরম খঙদনা পঙইদা ইবা য়াদ্রি। পাবা, নৈনবা খঙজিনবা অমদি উশিনবা চঙই। মখোল ফৈ হায়দনা পঙলাউদা লাউবনা ঈশৈ ওইদবগুম্বনি। ছন্দ-তান খঙবা তাবনি। শৈরেংগী মওং-মতৌ

খঙলুদনা পঙইদা ইবা ফবোই। প্রতিভা অমদি ব্যুৎপতি লৈরগসু অভ্যাস হায়বদি হোৎনবা ঔরাইবা হায়বদি শম্না হায়রবদা ইদ্রগদি হন্না হন্না ইদ্রগদি মওং চাবা কাব্য থোক্লোই। ইবা, শেমদোকপা, ইথোকপা, ককপা হাপ্লা য়েংবা মপান খোপ্লা অসিনচিংবসি চঙই। কাব্য হায়বিবসি লম্লক্তা হৌবা মনীং-মখা তমদুনতা লৈবা শীগুেল নত্তে ময়ামগী লৈকোন্দা থাগদবা লৈবাংনি। খূৎশেম চঙই।

**কবিগী মহৈ-মশিং ঃ**

কাব্য নংত্রগা সাহিত্য হাযবিবসি শীক্লিবশিংগী শান্নপোৎ নত্তে, ঙাইহাক্তং পোখানবা পোখা-হৈথাপোৎ মচা অমসু নত্তে লনাই অমদি অপূনবগী পুন্সি মনুং অমদি মপান অনী তূনা শেমগৎপদা চঙবা কলাগী তোপতোপ তাববা মশক অমনি। কলা ময়ামগী মনুংদা অমনি। মযাক অমদি মঙল চপ চানা যাওববা মীওইবগী খূৎশেমগী পোখোক অমনি। প্রতিভা লৈবা লৌশিং চাউবা অমদি হোৎনবদা হন্দবা মীগীনি—হায়বদি কবি নংত্রগা অইবগী নীংথিজববা সাধনা অমগী মহৈনি। ভবত মুনিনা নাট্যদা চঙদবা লৌশিং, কলা, বিদ্যা অমদি থবক-থৌওং অমত্তা লৈতে হায়না য়াম্না পাক শন্না হাযখ্রবদুনি (*নাট্যশাস্ত্র*, ১/১১৭)। ভামহনসু কবি-থৌদৌ (কবি কর্ম)দা পূম্নমক চঙই হাযনা পনখ্রে। রুদ্রটনদি কবি অসি পূম্নমক খঙহৈববা (সর্বজ্ঞ) ওইগদবনি হায়না ফাওবা হাযবনি। লোইনমক হেক খঙলবা হাযবদুসু খবা কনমল্লে—সর্বজ্ঞগুম্বা সর্বশক্তিমান হাযবগুম্বসিদি ঈশ্বরদা শীজিন্নবা ফবনি। নংত্রগদি ব্রাহৈগী অর্থদা যাংথোকপা মওং অমা লাক্কনি। ফনমক হাযদুনসু কবিবু (লাইপোক অতৈসুনি) লাইমক্কী থাক্তা থম্বদি হাকমনগনি। অদুমকপু কবিনা মাগী নাক-যেৎকী মানা খঙলিবা পোৎলম অদুবুদি মনুং হুঞ্জিন্না খঙবা তাবনি হায়বসিমদি শোয়দ্রবা ব্রাফম্নি। থৌওং-থৌদৌ কয়াসু খঙবা তাবনি নংত্রগদি তাইবং (লোক)গী লীচৎ যেকপা ঙম্মোই। তাইবং লীচৎ খঙবা উশিনবা হাযবসি প্রতিভাতনা য়াদ্রি তমশিনবা অমদি খঙজিনবগী থবক অসি চঙই। মসিগীসু মথক্তা খঙজিন-উশিল্লগতা য়াদ্রি কবিগীদি ব্রাহৈনা মওং কয়ামুক্তা ফোঙদোকপা অসি তঙাযমক ফদবনি। হীবমগা লোয়ন-লোয়ননা ফোঙদোকপগী শক্তম কয়াসু খঙবা চঙই। কাব্য অসিদা ব্রাহৈগী কূম্মে চঙই। ব্রাহৈ অমদি মসিগী পবেংগী মবমদা লৌশিং লৈতবা য়াবোই। মাইবা ডাক্তবনা লায়না লাইওং অমদি হীদাক খঙবগুম, য়ুমশাবনা মাগী খূৎলায মশক খঙবগুম কবিনা মাগী 'কূম্মে'গী মওং-মশক খঙদবা য়াবোই। অস্বায়দনি শাস্ত্র হাযবদি

ব্যাকরণ, কোশ (ডিক্শনরী), ছন্দ শাস্ত্র, কলা, কামশাস্ত্র, লৈঙাক্লোন, চৈরাক্লোন (দণ্ডনীতি) অসিনচিংবা 'লোল' ময়াম অমা খণ্ডদবা য়াদে হায়নরক্লিবসি। শাস্ত্র খণ্ডবা হায়বসি চুম্নগী অচম্বা অনুভবতনা য়াদে মরমদি মসিদি কুইরবা মতমদগী মীয়োল কয়ানা চৎনবী পথাপ ওইনা শেম্মক্লবা, চৎসু চৎনরবা, মীয়োলশিংগী খূৎথাংদা ঙসি ফাওবা লাক্লিবা লাচল্লবা অমদি চন্দ্রিবা পথাপ্নি। লনাইগীতা ওইনা খংওন অমদি পূংওন ওল্লুবসু য়ারোই। মখোঙ থেংনা ককথৎলুবসু ঙম্মোই অওনবা শেমদোকপা অহোংবা খর-খরসু শোয়দনমক লৈগনি। পূংমূৎ হেক মূৎথৎলগা পূংওন ওহ্মোক্লুনা পূংনৌ নৌবা অতোপ্পা মশক অমা পুথোকপদি চৎনবী (tradition) হায়বা অমা লৈরিবনিনা সুকয়ামক য়ারোই। নীংখা পূংতম তম্বগী চেৎলবা ওন্নাইদ্রবা ৱাখল্লোন অমগী মচিংনা চৎনরকপীবু মরু-মরা থেংনা ফুক্তুৎপা য়ারোই। কবি ঙাওজবদি য়াই, মঙল অমনি; অদুগা ফৈবদি য়ারোই। লনাইগী অচুম্বনি খনবা অমনা চৎনবী মওং অমদা নৎত্রগা অমদা ইন্দবা য়ারোই। ঙাওপ্রগনা অতোপ্পা ৱারী অমনি। কাব্য-কবিতা হায়বিবসিমক চৎনবী অমনি। কবিতা করিনো খণ্ডদনা কবিতা ইবা হৌনদে। মতৌ তমগল্লবা মোকিং বার্দ, মীবোল থোক্কনবা তেনৱা মোইনা, তম্বিরগা য়াবা য়োং, শওম হায়রিবশিংসিনা কবিতা ইরোই। লাইসু কবিতা ইদে। কবিতা নোংদোন (স্বর্গ)গী পোৎসু নত্তে। তাইবং অসিগীনি। তাইবং লৌশিংগীদমক্তদি তম্বা চঙই। থুগাইগে লেপ্লবা ফাওবদা থুগাইগদৌবিবা পোৎ অদু করিনো হায়বা খণ্ডবা চঙই। ফনমক প্রতিভাগা লোয়ননা পোক্তুনসু কবিদি তম্বা খণ্ডবা হায়বসিমা তৌবা তাই। স্কুল-কোলেজদা নিয়মগী মহৈ-মশিং (formal education) ওইনা শোয়দনা তমগদবনি হায়বগী ৱা ঙাক নত্তে; ওজা-গুরু অমা নৎত্রগা খরা থমদবা সুকয়ামক য়াদে হায়বগী ৱাফমসু নত্তে; একলব্যগুম্না তমজবসু য়াই। কালিদাসনা তপ তৌখি হায়বদু তপকী ৱা ঙাক নত্তে তম্মুবনি লোয়ননা ঔরাইবনি নত্তনবু 'মন্দাক্রান্তা' গুম্বা ছন্দদা *মেঘদূত* কাব্য মপূম অমা ইবা অসি প্রতিভাতনা য়াবা নত্তে ছন্দ অসি তম্মগা, খণ্ডলগা ময়েক শেংনা শীজিন্নরগা ইবা ওইগনি। মন্দাক্রান্তা হায়রিবা ছন্দ অসি চরণ অমদা ময়েক ১৭ য়াওবা, মরিশুবা, তরাশুবা অমদি ১৭শুবা ময়েক্তা য়তি লৈবা ছন্দনি। *মেঘদূত* কী পরেং অমা হেক্তা য়েংসি। অদুগা মখা তানা কালাচান্দ শাস্ত্রীগী *শৈরেং লৈতেং* (ফ্রেণ্ডস এণ্ড কো, ইম্ফাল অহানবা ফোঙবা, ১৯৬৪) দসু য়েংসি। অসুম্না চৎনরকপী লীলাবু মশক মুন্না খণ্ডদনা থুগাইরিবনি হায়দুনা হেক্তা থুগাইবা চুম্মোই; মতৌ তম্বনা মখল অমনি। হৌজিক্কী মতমদা ছন্দগী অফা-অপুন্দগী নীং

তম্মবনি হায়না লৌনবিবা মুক্তক, ফ্রি ভর্সনচিংবসিসু তশেংবদি কবিতা ইবগী অনৌবা মওংগী নিয়ম অমনি। পথাপ লৈবা মান্দবা মোর্ডন পেন্টিংগীসু চাউববা নিয়ম লৈবি। ফজ্জবা শেম্বগীদি পথাপ অমা লৈতবা য়াদে। পথাপ সুকইনমক ইন্দবদি ঙাওচৎনবগী মওংনি। কলাদা অঙাও-লীচৎ থৌগৎনদে। খোর্জে খুৎশুবনা খঙবা তাই। তমদনা খঙবা হৌনদে হৈতনা ইবা কবিতা অচুম্বা কবিগী পোখোক নত্তে। হায়নৈ কবি ওইবদা কবিসু কায়দে চুমদবা মওংদা ওইবকপা কবিদি মাঙনবগী মশক্তি—মশাগীসু ময়ামগীসু।

কবিগী মহে-মশিং (শিক্ষা) হায়বগা অকক্লবা পরীক্ষা অমা থানবা লোয়ননা কবি (অইবা) ওইবা যাবে হাযবগী সার্টিফিকেট ফংনবা তম্বা ফোর্মেল এজুকেশনদা পান্দম লাকপা নত্তে। ময়েক্লীদি ফোর্মেল এজুকেশনগী পরীক্ষাদি লায়বু লায়; মসিদি তমজবোই হায়ববা ফাওবদা সরক্কাব অমদি অহল-লমন্না অপূনবগী য়াইফনবগীদমক্তা তঙায়ফদবা থাক্তা থম্মবনি। কবিগীদি অদুদা নৎত্রি অমদি লোইদ্রি; মখা অদুম্মক লৈবি। কবিগী পরীক্ষা তাঙ্কক খবগীতা নত্তে ব্রাহে খূদিংমক পবেং খূদিংমক হৌজিক্কী, লোয়নবদা, লাক্কদবা মতমগী লাংফম ঈবোয়নবা পরীক্ষা ঙাক্তনি। থাজবোই হায়বদা কনাসু কবিসু হায়দ্রবা অদুগা থাবা তাদনা থাকবগদি ময়াম চঙদনা ক্লাস লেপকদ্দ পরীক্ষানি। অদুনা মমল লৈত্রবা নৎত্রগনা মমল নাইদবা 'ফম' অসিগীদমক্তদি মশক লেপ্তবা শিক্ষাগী তঙায়ফদবা অমা লৈবি। মসিগী তম্ন-লাইবিক লৈবা নত্তে অকক্লবা তম্নবা লৈবা নত্তে মহৈশঙ লৈবা নত্তে। লৈতবদা তম্বসিনি লুবিবসি। তম্বগী মতাং অসিদসু 'প্রতিভা' থবক তৌবি।

বাজশেখব (১০শুবা)নচিংবনা কবি অমা ওইবগী কাব্য বচনাগী লম্বেন্দা চঙবা নিয়ম নাইবা ব্রাফম কযামুক পল্লি। মমাঙঙৈদগী হৌনা কবি অমনা তৌগদবা তমজনফমগী ওইবা ব্রাফম কয়া মাগী মাগী ওইবা মীৎয়েংদা য়াৎনবকই। কবি মশানা মাগী শক্তি অসি কদায় ফাওবা কয়া য়াম্না লৈ হায়বসি খনবা তাই হায়বগী ব্রাফম পন্নে। থেংন-থেংনবা পঙলামদা লাম্বা অদুগা মদুদা মায় পাকপা, লৈতবমক্তি নৎত্রগসু খূদিংমক্তা ওইবা ব্রাবনি। খঙবা তাই। কাব্য কলাদা সংস্কাব কয়া য়াম্না লৈবগে খনফম অমদি খঙফম থোকই। কবম্বা লোন্দা, কনাগীদমক্তা কবি পোৎ লাছোক্কদৌবনো খঙদবা য়াদে। কবম্বা মচলদা (শৈবেং ব্রাবেং মহাকাব্য খণ্ডকাব্যনচিংবা) কবি হীবম পায়গদবনো খঙবা চুম্মী। হীবম পুম্নমক মচল খূদিংমক্তা পক্লবা হায়বদু ওইদে। খনবা অমদি খঙদোকপা তঙায়ফদে।

আত্মবিশ্বাস মশাদা থাজজবা অসিসু কবিগী চাউববা নুংগী লীচৎ ওইগনি।

হিংলিবা কবিবু মাগী হকথেংনরিবা সমাজনা পঙই ইকায়খুম্নগন্দে। হৌনবনি, ইমাঙদা লৈরিবা কবিগী কাব্য, শাগেগী মৌগী শক অমদি ইমুং-মনুংগী মাইবগী মহে কনাদা ময়াক লৈনা থোকপগে!—

প্রত্যক্ষং কবিকাব্যঞ্চ, রূপং চ কুলয়োষিতঃ।

গৃহবৈদ্যস্য বিদ্যা চ, কস্মৈচিদ্ যদি রোচতে॥

(রাজশেখর, *কাব্যমীমাংসা*, ১০)

লমগী অহিংবা কবিগী কবিতাদি থাগৎনৈ লৈমিন্নবিবগীদি ইথা থাগৎনদে। মসি কবিনা খঙবা চুপ্মী। মশাবু থাজজনা ইবা অমদি ময়াম মমাঙদা পাবা হায়বদি থীবদা, থাগৎলক্তবদা নৎত্রগা থাধবকপদা নীংহন্নবা চুমদে। মশাবু মশক খঙনা থাজজবা তাই। মৈতেবোনগী ওইনা হায়বা তাবদা ফনমক চাউদুনসু মমাগী মমীৎতা মচা, নুপীগী পৃক্লিংদা মপুবোইবা, মদ্দপকী মফমদা মদ্দপ মীৎ থুপ্পা ঙম্নদে। থাধবদা হঞ্জানদবা থোকই। কালিদাস মতম অমদা, মাগী মতমদদি শোইনৌ ওইনা লৈখি। ভবভূতি (৭-৮শুবা)সু মাগী মতমগী ভাবোকশিংনা অদুক হাক্লা শীংথানখিবা নত্তে।

কাব্য হায়বদি সাহিত্য পাবা তাই। ইবা তাববদি পাবা তাবনি। অতৈগী কাব্য শেংনা পাবা তাবনি। অশেংবা সহৃদয় ওইদুনা অতৈগী কাব্য পাবনা অনৌবা মহাও পীবা ঙম্বগী লম্বেলদা চাউববা মতেং ওইনৈ। মশাগী ওইবা তোপতোপ তাবা 'অনৌবা' অমা হায়বসি কবিতাগী পান্নদুনতা লৈববা মহাওনি। মপাম্বোংগী ওইবা যেক্ল-ব্রাখল, কল্লক-মিহৌগী অশাউবা তুংওইনবগা পাবা অমদি নৈনবা তাই। তম্বা অমদি পাবা কবিগী মকওইবা থৌবাং-থৌবম ওইফম থোকই। তম্বদি (শাস্ত্রনচিংবা) গুরু অমদা (হায়বদি স্কুলিং নাইবা) তম্বা তাবনি অদুগা পাবদি লনাই চখজগদবা থৌওংনি। যেংবা অমদি পাবনা প্রতিভাবু মশা-মবেং ফলহল্লকপদা চাউববা মতেং ওইনৈ। নৈনবা যাওবনা লৌশিং হেনগৎহল্লি।

**কবিগী ওইবা ব্রাফম খরা ঃ**

মবক অসিদা ভাবতকী নৈনবোলদা ফোংনা শোকপা নত্তবা ব্রাফম অমসু খন্নবা চুমগনি—প্রভাব হায়বদি ফল তাবা নৎত্রগা মমি তাবা। পাকবা পামজবা কাব্য নৎত্রগা কবি অমগী প্রভাব অসি কবিদা খঙনা অমদি মশা খঙদনা তাবা হৌনবনি। মান্নবা মশেনদি অমনা অমগী লীচৎ লৌগল্লি। মদ্দপকী মমি মদ্দপ অমদা তাই, গুরুগী প্রভাব শিষ্যদা তাই হৈনবা অমগী ব্রাঙাঙ-শাঙাঙ অমদসু তাবা হৌনবনি। য়াম্নমক চান-চুনবা মতাংদদি

ৱাখল ৱাঙাঙ অমদি মফোঙদোক্তা মান্নবা অচৌ-অচৌবা কবিশিংদা থেংনৈ। কালিদাসকী *মেঘদূত* কী পরীংদা পাউশা থানবগী কাব্যগী পরীং অমা ভারতকী কাব্যদা লৈরিবসি চাউরবা খূদম অমনি। মহা-মহাকাব্য ওইরবা *রামায়ণ* অমদি *মহাভারত* কী ফল ভাবতকী করম্বা মফমদা করিগুম্বা মওং অমদা নৎত্রগা অমদা তাদবগে? লৌনবা ঙাক্লি প্রভাব তাথোক-তাশিন তৌবা অফবা লীচৎ অমনি। তৌবতবু মপূম ওইনা লৌবা শিনবদি কবি নত্তবগী মওংনি। মতাং অস্বায়দনি কবিগী মশাগী ওইবা মওং (মৌলিকতা—ওরিজিনেলিটি) ময়েক শেংলকইবা। কবিগী মশাগী ওইবা মীৎয়েং অমদি মশাগী ওইবা মফোঙদোক্কী ৱাফম লৈরকপা তাবনি। নুমিৎ-থা-থৱানমিচাক হান্ন-হান্নগী পোৎলম্নি। হৌখিবা কবিশিংগী মতমদগী লেঙদনা অদুম্মক লৈবক্লি। লেঙলিবা, মথং-মথং ওল্লক্লিবদি কবিগী মীৎয়েং অমদি মাগী ফোঙদোকপগী মওংসিনি। বস নিপান নৎত্রগা তরামাথোইদি লেঙবা নত্তে মসি থোকহল্লিবা কবিশিংগী খূৎইদনি অনৌ অনৌবা মওংগী ফজবা লৈবক্লিবদি। মসিসু প্রতিভাদা যুম্ফম ওইবনি।

ইরবা কাব্য অমা ময়াম মমাঙদা লাম্থোক্লিঙৈদা নক্লবা চান্নবা সহৃদয় খরদা পাহনবা নৎত্রগা পাদুনা তাহনবা কান্নে। তৌদবা যাদে হায়বগী ৱাদি লৈতে। অদুগা ইবা লোইদ্রিবা কাব্যদি পাহনবা নৎত্রগা তাহনবা চুমদে। মসি নৈন-মীওইশিংগী মোৎনি। বাজশেখবদি মখল মখলগী অপনবা লাক্লুনা মপূং ফাহনবা থীম্লুগনি পাহনবা চুমদে হায়না কন্না হায়। নৈন-মীওই অসিনদি পূম্নৌ নৌবা বচনাদি ফোঙদোক্লিঙৈদা কনাগুম্বা অমনা পাহনবা চুমদে হায়না মোত ফোঙদোকই। মীদুনা লৌখিবা অমদি মাগী ওইনা অমুক ইখিবগী ৱাফমদা চিংনবনি। অদুবু মসিমক্তি পঙনা থোক্লি; পঙথোকসু থোক্তবা যাই। অদুমকপু কবি মান্নবশিংদগীদি চেকশিনবা চুম্মী। কবিসিসু কবিদি কোন্না ওইবকপনি মীদি হান্না ওইবনি। মী অসিদি ওম্থোক-ওম্থোকপা তৌগল্লি।

কবিতা ইবদসু নত্তনা পাবসু (ময়াম মমাঙদা) হৈবা তাবনি হায়বসি ভাবতকী মায়চৌশিংগী মোৎনি। কাব্যগোষ্ঠী অমদি কাব্যপাঠ নৎত্রগা কবি-সম্মেলন অসি কুইববা মতমদগী ভাবত্তা ৎনবক্লি। ঙসিসু চথবি। কবিতা থীবা অবায়বা থবক নত্তে। ইবদা চপ-চানা হৈ-শিংবগুম থীবদসু হৈ-শিংবা তায় হায়বসি হায়নরি। বসকা চান্ননা ৱাহৈ খোম্থোক চুম্না থীদুনা ভাবোকপু পেলহনবা হায়বসি কবিগী মথৌ অমনি হায়না লৌনৈ। তশেংবসু কবিতা অসি চুম্নগী তম্ন-লাইবিক্কী মচল মচা অমা ওইবদমক নত্তে মসিনা অতাবা ভাবোক্তা অনৌবা থৌইনশিন পীবসু তাবনি। কাব্যগী লমথুংসি নুংঙাইহনবগা লোয়ননা লনাই অমদি অপূনবগী পুক্সিবু পুক্সি ওইহনবদা মতেং

ওইবসুনি। চপ মান্নবা ৱাফম অমা মীচম অমনা হায়বগা নিংথৌ, অঙম্বা অমদি মঙাল ফংলবা ঋষি অমনা হায়বগা মান্নদে। চপ-চাবা ফল পীবা ওম্বা মহায় অমা মুনিদা য়াওন্নি ৱাঙাঙ হৈবা (ওরেটর) অমদা লৈরি। অসিগুম্বা চাউরবা থৌদাং ঈরোয়নরিবা কবিনা মশাগী কাব্য থীবদা মফম মতম অমদি তাগদৌরিবা ভাবোক্কী মওং য়েংলগা ৱাহৈ খুদিংগী ময়েক খুদিংগী খোন্থোক চপ চানা থোকহন্দুনা থীবগী তঙায়ফদবা লৈ হায়না রাজশেখরনচিংবা মায়চৌশিংনা হায়রি। ময়েক অমদি খোন্থোক চুম্বগী মতাংদদি পাণিনি (খৃ. কু. মাঙ চহী ৫০০-৬০০)গী তমজনফমগী ৱাফম নীংশিংবা তাই-

**য়থা ব্যাঘ্রী হরেত পুত্রান্ দ্রংষ্ট্রাভ্যাং ন চ পীড়য়েত্।**

**ভীতা পতনভেদাভ্যাং তত্বত্ বর্ণান্ পয়োজয়েত।।**

***(পাণিনীয়শিক্ষা)***

হায়বদি, কৈ অমোম্না মচাশিংবু মফম অমদগী অমদা ময়ানা চীক্কুনা চেন্নি ময়ানা চৈনা পীদে; মচাসু নাম্থখিদনবা ময়াগী চৈনাসু পীদনবা তৌই। অসুম্না ময়েক (বর্ণ) হায়দোকপদসু চেকশিন্না নাম্থবসু তৌখিদনবা অদুগা য়ানুংদা অদুম লৈখিবসু তৌদনবা হোৎনবা তাই। ওম্বা ঙমদবনা অমনি তমজনফমগী ওইবা থৌওংদি অসি লৈ হায়বগী ৱানি। অশেংবা কবিদি ওম্বসু তাবনি। মসি তমদনদি লোয়ননা অভ্যাস তৌদনদি মায় পাক্না ওম্বগী ৱা লৈরোই।

**কবিগী মশকশিং—মখল ঃ**

খূৎ অমগী খূৎশাশিং মান্নদবগুম, লৈকোল অমগী লৈরাং খেন্নবগুম কাব্যগী লৈশেম্বা কবিশিং মান্নদে; মীৎয়েং কয়ামুক্তগী খেন্নে। ভারতকী নৈন-মীওইশিংনা খেন্নবা অমদি মান্নবা অসি য়েংদনা তোক্লমদে। মায়চৌশিংনা কাব্য মশক খঙলগা পেন্দুনা লৈত্রি কবিবুসু মশক খঙনবা লাক্লরি। কবিবু লৈশেম মপুগী থাক্তা উবা লমদম্নি ঈশ্বরশিংবু মশক খঙলগা খেন্নবা উৎনবা লাক্লবা লমনি। অঙকপা ওইরোই। খেন্নবা নৎত্রগা মান্নবা য়েংবগী য়ূম্ফম শোয়দনা লৈফম থোকই। য়ূম্ফমশিং অসি য়াম্নমক মরুওইবনি।

**হীরমগী মীৎয়েং ঃ**

রাজশেখরনা হীরম (বিষয়)গী মীৎয়েংদগী কবিগী মখল অহুম থম্মী—(ক) শাস্ত্র কবি, (খ) কাব্য কবি অমদি (গ) উভয় কবি।

(ক) শাস্ত্র কবি—মখল অমা নৎত্রগা কয়াগী অকৌবা মচলশিং (তত্ত্ব)বু কাব্যদা হাপচিন্দুনা কাব্যগী ওইবা নীংথিবগা লোয়ননা শীংথাবকপা কবিগী মশীং ভাবত্তা ল্বাত্তে। মশাদা মায়চৌ ওইবগী মতৌ (পাণ্ডিত্য) অমদি কবিগী মওং (কবিত্ব) অনী অসি পূন্না লৈবগী মওংনি। সাহিত্য নৈনবিবা মীওই অয়াম্বা কবিনি মখোয়না পীবিবা খূদম ময়াম অসি কাব্যগী পবেং ঙাক্তনি; ফজবা নীংথিবা ঙাক্তনি। 'পীযূষবর্ষ' হায়না খঙনবা জয়দেব কবিনা (১৩শুবা; মসি *গীতগোবিন্দম* ইবা জয়দেবদু নত্তে) মাগী *চন্দ্রালোক* হায়বা লাইবিক্তা অলংকাবগী মশক তাকপদা শ্লোক অমদা অলংকাবগী শক্তাক (ডিফিনিশন)সু পীবা অদুগা মদুনা খূদমসু অদুম্মক ওইবা অসি তৌই। অসুম্না মায়চৌ কবি অসিনা শব্দালংকাব মঙা অমদি অর্থালংকাব চামগী মশক তাকই। চপ চাববা শাস্ত্রকবি হায়বদুনি। মহাকবি অঙাংহলসু মণিপুবীদা হান্নদগী চৎনবকপা 'পেনা ছন্দ' হায়বা য়াবা খূৎইগী মওং অমা মাগী *খম্ব-থোইবী শৈবেং* দা পীবম্বনি। অসিগুম্বা মওংগী খূৎফোঙদোক হাযবগী ল্বানি অঙাংহলদি শাস্ত্রকবিমক্তি নত্তে। শাস্ত্রকবি অসি অমুক মখল অহুমদা খায়দোক্লি—(১) ছন্দ মখল কযামুক্তা শাস্ত্র ইবা কবি; (২) শাস্ত্র ইবা মতাংদা কাব্যগী নীংথি-নীংথিজববা মচল কযা মতাং মতাংগী ওইনা পীবা; খূদমগী মওংদা পীবা অমদি (৩) কাব্য ইবদা শাস্ত্রগী ল্বাফম মবক মবক্তা পনবা।

(খ) কাব্যকবি—বসতা মায়পূনবা কবিনি। বাজশেখবনা কাব্য কবিগী মখল নিপান থোক্লা খায়দোকই—বচনা কবি, শব্দ কবি, অর্থ কবি, অলংকাব কবি, উক্তি কবি, রস কবি, মার্গ কবি অমদি শাস্ত্রার্থ কবি।

১। বচনা কবি—ফজবা নীংথিবা পবেংনা চপ চাবা অর্থ ফোঙদোকপা অহেনবা ল্বাহে-ল্বাতানচিংবা থোইনা শীজিন্নদবা, অনুপ্রাসকী ওইনা খজিক্তং যাওববসু কা হেন্না অহেনবা পদশিং য়াওহন্দবা কবিবুনি মসিনা খঙনবিবসি।

২। শব্দ কবি—ল্বাহেগী চমৎকাবদা মঙল লৈবা, ল্বাহে শীজিন্নবা হৈবা হায়বদি শম্না, ল্বাহেগী যাদুদা হৈ-শিংবা কাব্য কবিনি। লৈজবিবা ল্বাহে শীজিন্নবদসু নত্তনা ল্বাহে শেম-শাবদসু মওং চুম্না মতা চানা হৈবনি।

৩। অর্থ কবি—অনৌবা অর্থ, অনৌবা থৌদোক-ল্বাথোক অমদি অনৌবা নাক-য়েৎকী ফীভম শেম্বদা হৈ-শিংবা মঙল লৈবা কবিনি।

৪। অলংকাব কবি—অলংকাব শীজিন্নবদা হৈ-শিংবা অইবনি।

৫। উক্তি কবি—ল্বাঙাঙ, হায়বদি ল্বাহে-ল্বাতা, ল্বাঙাঙ-শাঙাঙদা তোপতোপ তাবা (বিলক্ষণ) লৈবা কবিনি। ইচম চম্বা মযামগী ওইবা পোৎলম নৎত্রগা থৌদোক

অমা ময়ামগা মান্নদবা তোপতোপ তাবা মওংদা শীংথাবখুনি।

৬। বস কবি—মখল কয়াগী রসতা থব্বায় লূপ্লা শৈরাংবনি।

৭। মার্গ কবি—কাব্যদা অখন্নবা রীতিদা চপ চানা ইকায়খুম্নবা কবিনি।

৮। শাস্ত্রার্থ কবি—কাব্যদা শাস্ত্রগী তোপতোপ তাবা অর্থবু য়াম্নমক থোৎপা-নৌবা পবেংদা ফোঙদোকপা কবি মখলনি।

(গ) উভয় কবি—হায়বদি শাস্ত্রগীসু অমদি কাব্যগীসু পূন্না ওইবা কবি মখলনি।

কবি মখল অহুম—শাস্ত্র কবি, কাব্য কবি অমদি উভয় কবি—অসিগী মনুংদা কবস্থনা অথোইবনো হায়বগী মতাংদা নৈন-মীওইশিংগী তোঙান তোঙানবা মোত লৈ। শাস্ত্রসু হৈবা কাব্যগী মগুণসু লৈবা, অপূনবগী ওইবা কবিবুনা অতাঙবনি হায়না লৌনৈ।

## ফীভমগী মওংগী মীৎয়েং ঃ

রাজশেখরনা কবিগী ফীভম (অবস্থা)বু য়ূম্ফম ওইহল্লগা কবিগী মখল তরা পীরম্মী—কাব্যবিদ্যাস্নাতক, হৃদযকবি, অন্যাপদেশী, সেবিতা, ঘটমা, মহাকবি, কবিরাজ, আবেশিক, অবিচ্ছেদী অমদি সংক্রাময়িতা।

১। কাব্যবিদ্যাস্নাতক—পূক্লিংদা চপ-চানা লৈববা অপাম্বা অমগা লোযননা কাব্যগী বিদ্যাশিং হাযবদি ছন্দ শাস্ত্র, অলংকার শাস্ত্র, ব্যাকরণ অসিনচিংবা অমদি কলাশিং হায়বদি কলা ৬৪ নচিংবা খঙনবা গুরুকুলদা লৈদুনা কবিত্ব ফংনবা লাক্লবিবা কবিনি। মতাং অমদসু পনখ্রে, প্রতিভা ফনা লৈদুনসু তমদ্রবদি লোয়ননা হোৎনদ্রবদি সাহিত্যকার ওইবা য়াবা নত্তে।

২। হৃদযকবি—কাব্যদি ইজবা অদু কনাগুম্বা অমগী মমাঙদা অমদি অতৈ মফমদা, চিংনজজবদগী ইকাযজজবদগী ফোঙদোক্তবা, মাগী কাব্যদু মাগী থম্মোয়দা অদুম লোত্তুনা থম্বগুম থম্মিবা কবিনি। হৌগৎলকপদদি কবি অযাম্বা হঙ্গোইগল্লি।

৩। অন্যাপদেশী—কাব্যদি ইববা অদুগা দোষ লৈবমগদ্রা চিংনব-কিবদগী অতৈনা ইবনি হায়দুনা ভাবোক্তা শন্দোকপা মওংগী কবিনি। ইবৈ লৈতবা মী অমগী মিং শীজিন্নগল্লি। নিকনেমগুম্বনি।

৪। সেবিতা—অরিবা কবিশিংগী কাব্যগী মকম থূপ্তুনা কাব্যগী অভ্যাস তৌবা কবিনি।

৫। ঘটমান—কবিতা মচা-মচাদি ইবা অদুগা প্রবন্ধ কাব্যদি ইদবা কবিনি। হৌজিক মতমগী অয়াম্বা কবিশিং ঘটমান কবি ওইগল্লি।

৬। মহাকবি—প্রবন্ধকাব্য (মহাকাব্য খণ্ডকাব্যা) ইবা কবিনি। মচা মচা মচেৎ

মচেৎ ইবদগী মশক থোকপা পবীং নাইবা ছন্দনচিংবগী চাং খঙনা হাপ্লা কাব্য ইবনা য়াম্না হেন্না ৱায়। পাক্লা ইনদে। সংস্কৃত সাহিত্যদা প্রবন্ধকাব্যবু য়াম্নমক হক্লা লৌনবকই। অদুনা কবি অয়াম্বনা সাধনা তৌনবনা মহাকাব্য খণ্ডকাব্যগী মশীং য়াম্না য়াম্মী। হৌজিক্কী মতম অসিদা মণিপুরীনচিংবা লোনশিংদা প্রবন্ধকাব্যগী মশীং অসি, চাংদম্নবদা, য়াম্না য়াম্না হস্থবি।

৭। কবিৱাজ—লোন পূম্নমক্তা কবিতা ইবা ঙম্বা, প্রবন্ধ খূদিংমক্তা বস খূদিংমক্তা মনীং তম্না কাব্য বচনা তৌবা ঙম্বা কবিনি। মসিদি ৱাজশেখবনা খ্বাইদগী ৱাংবা থাক্তা থম্বসি চুম্মবনি। মালেম অসিদা খূৎ থেক্কুনা পাবা যাবা জাৎনি। সবস্বতী ফাওবনা খৌবপ চাগদবা লৈশেম্বনি।

সাহিত্য শাস্ত্রী ওইনসু যাম্নমক ৱাংনা লৌনবা বিশ্বনাথ (১৪শুবা) অসি আলোচক অমা ওইবদগী কবি অমা ওইবনা যাম্না হেনবনি। লোন কয়ামুক্তা, মহাকাব্য, নিবন্ধ, কাব্য, নাটক, নাটিকা কযা ইবনি। কবি অসিদা কবিৱাজ হায়বা মিংথোল অসি পীবনি। সংস্কৃত সাহিত্যগী লিববা ঈচেলদা কবিৱাজ ফংখিবা কবি পঙয়াম য়াম্বা নত্তে।

মফম খবগী লমদাং খবদদি 'কবিৱাজ' অসি নেচবপেথীগী ওইবা ডাক্তব নৎত্রগা মাইবগী থবক তৌবা মীওইবুসু খঙনৈ। মসি কৌবা থাক অমসু লৈ। লাযনা লাইওং অমদি লায়েং পূম্নমক খঙ-হৈববগী অর্থনি। সাহিত্যগী অসিগা থোইনা মবী লৈনবা নত্তে।

৮। আবেশিক—মন্ত্র অমদি তন্ত্রদা থৱায যাওবা মীওইনা থম্মোয ঈথক-ইহুল ফাওবক্কুনা কাব্য ইবক্নবদি মাবু আবেশিক কবি কৌনৈ।

৯। অবিচ্ছেদী—অকক্নবা মফম মতম অমদি ফীভম হাযবা থমদবা ইনীংলকপা মতাংদা কাব্য হেক্তা ইবা কবিনি। অপাম্বদা অপনবা পীবা থমদবা হাযবনি।

১০। সংক্রাময়িতা—মশা কবি ওইবা অদুগা হৈজদ্রিবা নুপামচা নুপীমচাশিংদা ইনীংবগী মন্ত্রনা ইহুল পীবা অদুগা কাব্য ইবগী সবস্বতীগী থৌজাল শন্দোকপগুম তৌবা মীওইশিংবু কৌবনি। মন্ত্রনা শুমহৎপগুম্বগী মঙল লৈবা কবিনি। কবি শেমগৎপা কবিনি।

**কাব্য-উপাসনাদা য়ূম্ফম ওইবা মীৎয়েং ঃ**

কাব্যবু উপাসনা হায়বদি পূজা তৌবা ঈবাৎচবগী মওংগী মতুং ইন্না ৱাজশেখব

পণ্ডিতনা কবি অসি মখল মরিদা থম্মী—অসূর্য়পশ্য, নিষ্পন্ন, দত্তাবসব অমদি প্রায়োজনিক।

১। অসূর্য়পশ্য—ৱাহে অসিগী অর্থদি নুমিৎ উদবা। কাব্য ইবদা অচীকপা মফম অমদা মথন্নতা জগৎকী ঈবাং-ফলাং পূন্নমক কাউথোক্লগা মায়পূননা সাধনা তৌবিবা কবিনি। মাগীদি মতম পূন্নমক ইবগী মতম্নি।

২। নিষ্পন্ন—বস চূপ্পগী নুংঙাইবা ফংলবা কালদতা ইথিল ফাওবক্লুনা ইবা কবিদুনি। মাগী মতম মফম অকক্লবা থোইনা থমদে ইথিলনা ঈনশিল্লকপা মতাংদু চপ চাববা মতাংনি।

৩। দত্তাবসব—থবক-ইংখাং অমা তৌবা, থবক অদুম চিন্দুনা লৈবা অহাংবা মতম ফংবদা কাব্য ইবা কাঙবুদুবনি। অয়ূক ঙন্তা—ব্রাহ্মমুহূর্তদা, চাকচা তোল্লকপদা নৎত্রগা অতৈ অহাংবা মতমদা ইবা কবি য়াম্না লৈ। মখোয়গী অকক্লবা মতম থোইনা লৈতে। তাঞ্জা ফংবদা ইবনি।

৪। প্রায়োজনিক—কবিগুম্বা অকক্লবা অখন্নবা পান্দম অমগীদমক্তা অখন্নবা কাব্য ইবা কবিসু লৈ। থৌদোক-থৌবম অমগীদমক্তা মদুগা চান্ন-চূনবা শৈবেং ইবা চৎনবকই; চৎসু চৎনবি—কবি সম্মেলন্নচিংবদা। অকক্লবা পান্দম—প্রয়োজন অমগীদমক ইবনি।

## মশাগী ওইবা মতৌ (মৌলিকতা)গী মীৎয়েং ঃ

কাব্যদা কবি মশাগী তোপতোপ তাবা মতৌ (originality)গী য়ুম্ফমদা কবিগী মখল মরি লৈ—উৎপাদক কবি, পবিবর্তক কবি, আচ্ছাদক কবি অমদি সংবর্গক কবি।

১। উৎপাদক কবি—মশাগী প্রতিভানা তোপতোপ তাবা অনৌবা অর্থ মওং মওংগী ওইবা কাব্য ইবা কবিনি। কনাগুম্বা কবি অমগী মতেং লৌবগী ৱাফম লৈতে।

২। পবিবর্তক কবি—কনাগুম্বা অবিবা কবি (অনৌবা মতম মান্নবসু ওইবা য়াই) অমগী ৱাখল্লোন অমদি ৱাখল মবীংবু ওম্থাং-ওনশিন, শেমদোক-শেমজিন তৌবগা মশাগী ওইবা মশক অমদা কাব্য ইবিবা কবিনি। মশাগী চপ চাবা মশক মাগী কাব্যদা হাপ্পা ঙম্মী।

৩। আচ্ছাদক কবি—অতৈগী বচনাবু লোৎলগা হায়বদি ফুম্নগা মা মশাগী শাদুনা শন্দোকপা মখলগী কবি জাৎনি।

৪। সংবর্গক কবি—সংবর্গক হায়বদি ডাকু হায়বনি। মুন্দুনা লৌবগী মওংনি। অতৈগী বচনাবু ময়াম্না ইখণ্ড খণ্ডনববদা মাগীনি হায়দুনা নমদুনা শন্দোকপা ঙম্বা

কবিনি। কবি ডাকুনি। লৌথোক-লৌশিন মুন্থোক-মুনশিনগী মওং অসি সাহিত্যগী লমদসু লৈ। কবিসু মীনি।

## অর্থাপহরণদা য়ুম্ফম ওইবা মীৎয়েং ঃ

কাব্য অতৈগী অর্থ লৌশিনবগী য়ুম্ফমদা মায়চৌ বাজশেখরনা কবিগী মখল মঙা পীবম্মী—ভ্রামক, চুম্বক, কর্ষক, দ্রাবক অমদি চিন্তামনি।

১। ভ্রামক কবি—মমাঙঙৈগী কবিশিংনা শীংথাবম্বা ভাবশিংদু লৌশিন্দুনা অপাবশিংদা মশাগী ওইবা মওংগী (মৌলিকতা) মতাংদা শেবান্নবা ৱাখল অমা পোকহনবা কবিশিং লৈ। মখোয়সি ভ্রামক কবি হায়না খঙনৈ।

২। চুম্বক কবি—অতৈনা ঙাঙলম্বা হায়বম্বশিংদু মাগী ওইবা মওংদা নীংথিবা তাবদা নুংঙাইবা ৱাহৈ-ৱাতানা হায়বা ইবা কবিদু চুম্বক কবিনি।

৩। দ্রাবক কবি—অতৈ ৱাঙাঙশিং অদুগী মচং অদু লৌশিল্লগা মশাগী ওইনা ফোঙদোকপা কবিনি।

৪। কর্ষক কবি—অতৈ অতোপ্পা কবিশিংগী ৱাহৈ অমদি অর্থ অদু চিংশিন্দুনা মাগী বচনাদা হাপচিনবা কবিবুনি।

৫। চিন্তামনি কবি—মমাঙদা কনাগুম্বা কবি অমত্তনা উখিদ্রিবা খনখিদ্রিবা অর্থ, অনৌবা অর্থ উবা কবিদু চিন্তামনি কবিনি। মশাগী ওইবা মওং লৈবা কবিনি।

মসিগী মনুংদা অহানবগী মবি অসিগী অকূপ্পা মখলসু লৈবি। কূপথমনবগী অকিবা লৈবদগী নৈনদ্রে।

## প্রতিভাগা মরী লৈনবা মীৎয়েং ঃ

প্রতিভা লৈবা হায়বসিগী মীৎয়েংদা বাজশেখবনা কবি মখল অহুম থোক্লা খায়দোকই—সাবস্বত, অভ্যাসিক অমদি ঔপদেশিক। (১) সাবস্বত হাযবিবা কবি অসিদি হৌখিবা মপোকশিংদগী সংস্কাবদা প্রতিভা—পীথোবক্কবা মঙল অসি য়াওবক্কবা সবস্বতীগী থৌজাল ফংলবা কবি অদুনি। মবুদ্ধি-মবৌশিং লৈ অকনবা অভ্যাস যাওদ্রবসু কাব্য ইবা ঙম্মী। লাইনা থাবা মীওইনি। (২) অভ্যাসিক কবি হাযবিবসিগী মায় পাকপগী মকওইবা মবমসি অভ্যাসনা—হোৎনবনা ওই। পামজনা কন্না হোৎনজবা—তম্বা, পাবা, ইবা অসিনচিংবদা মায়পুনবদগী ফজবা কাব্য শেম্মকপা মীওইনি। মপোক অসিদা তানশিঞ্জবা লৌশিংদা তোংলগা ইবা কবিনি। (৩)

ঔপদেশিক কবিনা উপদেশ হায়বদি পাউতাক্কী পাম্বৈনা কাব্য কলা উৎলকই। কবি মখল অসিনা গুরুগী উপদেশনা মবম ওইদুনা মন্ত্র-তন্ত্রনচিংবগী অভ্যাস তৌই অদুগা মদুগী মহৈ ওইনা নীংথিজববা কাব্য শেম্মী। মমায় পাক্লবা কবিনি।

কবি মখল অহুম্মক মায় পাক্লবা কবি ওাক্নি। অহুম অসিগী মনুংদা কবস্বনা অথোইবনো হায়বগী মতাংদা মোত খেন্নবা লৈ। নৈন-মীওই খবনদি সাবস্বতনা খ্বায়গী অথোইবা ওই অদুগা অভ্যাসিক অমদি ঔপদেশিকনা মথং মথং লৈ হায়না লৌনৈ। অদুবু বাজশেখবনদি মসি য়ানীংদে। অথোই-অহেনগী ব্বাফম নাথৈদুনা থম্মগা নৈন-মীওই অসিনা অহুম্মক্কী মণ্ডল (গুণ) চেনবা কবিদু অশেংবা কবিনি, কবিবাজ হায়বা মিংগৌ অসিনা লৈতেংবা য়াববনি হায়না থাঙ্গৎলি। অহুম্মক্কী মণ্ডল পূনবা অসি লুগনি পাক হেক য়াবা ওইবোই। অদুবু ওইথোকফদ্রবা হায়বদুদি নত্তে হাযনা কন্না হায়বি। মখল শুবা মালেম্নি। তাঙলবসু তাঙনা লৈতনদি তোক্তে।

কবিগী মখল অসি মমাঙঙৈগী মতমদগী হায়বদি বাজশেখবগুম্বা (১০শুবা) নৈন-মীওইশিংদগী হৌদুনা য়াম্লা অমদি কূপথনা খায়দোক্লবক্লি। মীৎযেং কয়ামুক্কী যূম্ফমদগী খাযনবক্লিবনি। হৌজিক্কী মতম অসিদদি মীৎয়েং অমদি মখল হেনগৎলকপা য়াবি। মসোমদা কূপথনকদ্রবগী তৌবনি। মওংবু মতম অদুদা অকনবা মীৎযেং থম্লবমদবা হন্দোকপা (অনুবাদ) অমদি লোল নৈনবা (linguistics) অসিনচিংবসি খোনজিনবা য়াবে। মসিগী মতুংইন্না কবি মখল খাযদোকপা য়াবে। অহিংবা কাব্যবু শেম্মিবা কবিসু হিংলিবনি। অহিংবগীদি অওনবা মশক শোয়দনমক লৈ। বসকী মতুং ইন্না কবিগী মশক লেপ্পুনা কবিগী মখল খাযদোকপসু শোয়দনমক য়াফম থোকই। বসতা যূম্ফম ওইবা ভাবতকী কাব্যবু নৈনবকপা মতাংদা বাজশেখবখোযনা মসোমদা যাম্লা হেন্না মায় ওনশিল্লমদবা মাল্লি। কবিশিংগী মাগী মাগী হৈনজবা পক্লবা বস লৈনৈ। লোইনমক্তা হৈনবা কবি লৈতবদি নত্তে; অদুমকপু য়াম্লমক তাঙনা থোকই। কাব্য অমদা বস য়াম্লা নৎত্রগা মশীং শুনা তঙায়মক ফদনা যাওগদবনি খল চপ মান্নগদবনি হায়বগী ব্বা লৈবা নত্তে। য়াওবগদি শাবেংসু থোংবা থাউসু থাকপনি। অদুগা কবিগী পক্লবা বসতি শোয়দনা লৈবে। মসিগী থাজবদা বস মখলগী মতুংইন্না কবিগী মখলসু খায়দোকপা য়াগনি— শৃঙ্গাব-কবি, বীব বস কবি, অসিনচিংবা।

তরেৎশুবা তাঙ্কক

## নৈনবা—আলোচনা

সাহিত্যবু নৈনবসি আলোচনানি। সমালোচনা, মীমাংসা, সমীক্ষা, মুল্যাংকন, বিবেচনা অসিনচিংবসু কৌনৈ। আলোচনা অমদি সমালোচনা অসি মতম অসিদা চৎনৈ। মণিপুরীদদি 'আলোচনা', 'নৈনবা', 'ক্রিটিসিজম' অসিনা ময়ামগী ওইনা চৎনরি। করিগুম্বা মীৎয়েং অমদগী সাহিত্যগী অফ-ফত্ত অমদি ওইবা য়াবা মওং নৈনবসি সাহিত্যগী আলোচনানি।

আলোচক—সাহিত্যবু নৈনরিবা মীওইবু আলোচক নৎত্রগা সমালোচক হায়না খঙনৈ। সংস্কৃততা, অরিবা মতমদগী হৌনা আলোচক অসিবু অয়াম্বা মতাংদা 'ভাবক' হায়না লৌনৈ। ভাবক অসিগী হৌরকফমগী মতুংইনবা অর্থদি 'ভাবয়তীতি ভাবকঃ' হায়বদি কবিগী হোৎনরিবা পূম্বদুগী মওংগী ভাবনা তৌবা, খঙবা, অদুগা খঙলিবদু শেমগৎ-শাগত্তুনা ফোঙদোকপা মীওই অদুবু হায়বনি। ভাবক নৎত্রগা আলোচক অমা ওইবা অরায়বা নত্তে পারগা নুংঙাইরিবা সহৃদয় খূদিংমক তাপ হেক্তা ওইবা য়াবা নৎত্রগা ঙম্বা নত্তে। মসিদসু কবিদা য়াওরিবা প্রতিভা—পীথোরকপা মঙল—অদুগুম্বা অমা য়াওরি। মায়চৌ রাজশেখর (১০শুবা)না প্রতিভা নৎত্রগা শক্তি অসিগী মশক অনী উৎলম্মী—কারয়িত্রী অমদি ভাবয়িত্রী। কারয়িত্রী প্রতিভা অসিনা কবিগীনি; মসিদগী কবিনা অনৌবা খূৎশেম শেম্মী। অনীশুবগী ভাবয়িত্রী অসিনা আলোচক্তা য়াওবনি; মসি লৈবনা ভাবক হায়বদি আলোচকনা কবিগী সাধনা অদুগী অর্থ নীংথিনা খঙবা অমদি ফোঙদোকপা ঙম্বনি। ভাবয়িত্রী প্রতিভাসিমক লৈবনা কাব্যগী মমল লেপ্পা ঙম্বনি। অসিগুম্মবা প্রতিভা অসি অপাবা খূদিংমক্তা য়াওবা নত্তে অখন্নবা খরদতা য়াওবনি। লৌশীনবা অমদি মদু ফোঙদোকপগী মঙল অমনি। অদুনা কবিগুম্মা আলোচকসু মরুওইরি। কালিদাস মহাকবিনা অফাওবা অশেংবা

ভাবকপু সাধু সন্তগী থাক্তা থাঙ্গৎলম্বনি। অপাবা অয়েংবশিংগী মরক্তা অশেংবা ভাবক পঙল্লাও য়াওবা নত্তে। পূন্নমক কবি ওইদবগুম্বনি। ভাবকী মশক তাকপদা বাজশেখবনা হায়বম্বনি—'মহাক অসি কবিগী মপুনি; মরূপনি; সেবক অমদি মায়চৌসুনি'—

**স্বামী মিত্রং চ মন্ত্রী চ, শিষ্যশ্চাচার্য এব চ**

**কবের্ভবতি হি চিত্রং কিং হি তদ্ য়ন্ন ভাবকঃ**

(*কাব্যমীমাংসা*, ৪)

অসুন্না মায়চৌশিংনা আলোচকী—অশেংবা আলোচক অমগী মশক অসি তোঙান তোঙানবা মীৎয়েংদগী তোঙান তোঙানবা ৱাহে-ৱাতানা তাক্লবা লাক্লবকই। ভাবক অমনা তৌবা অমদি তৌবা য়াবা কয়াসু মতাং মতাংগী ওইনা, অপাননা অমদি কবিগুম্বদা নাকোয়ননা পীবম্মী। পাক-শন্না মচোই মচোই তাদুনা লৈবা মোত কয়া ৱাখল কয়াবু খবগী মখে খোমজিল্লগা মখাগী অসুন্না থম্বা যাই—

**আলোচকী গুণ অমদি মসিগা শাগোন্নবা থৌওং ঃ**

১। মীচঙ-মীখায নাইদবা—আলোচক অমনা কবি নৎত্রগা কাব্য অদুদা ঐগী-মীগী হাযবা ৱাখল অসিগা লোযননা যেংদবা তাই। মী অসি ঐগী-মীগী নাইগল্লি। ঐগী ওইবগনা পঙথা থাগৎপা য়েক্লবগী ওইবগনা পঙথা থাধবা অসি তৌগল্লি। সাহিত্য কলাদা মসি চুমদে (কলা অতৈদসুনি) চপ চাবা বিচাবপতি অমগুম অশেং-অশেংবা অতাবীদি হায়বা তাই। বাজহংসগী লীচৎ চৎপা তাই শঙ্গোমগা ঈশিংগা খাইদোক্লুনা থম্বা তাই।

২। কল্লক-খল্লন্দবা—তাইবং লীচৎনি কল্লক-খল্লনবা (মৎসব)। থাদোকপা তাই। মসিসু মীচঙ-মীখায়গুম্বনি; আলোচকপু মমীৎ তাঙহল্লি মনা পঙহল্লি অদুগা মহাও ইথে-থৈহল্লি। লায়না অমগুম্বনি। মসিদি অয়াম্বা মতাংদা লেংমান্নবা, লৈমিন্নবিবা অমদি হিংমিন্নবিবা কবিগী মতাংদা থোক্কল্লি। কবি নহা অমনা ফজববা কাব্য অমা পুখোবকপদা—'হে-হে! মানবো!' হায়বগী অফেবা নুংশিৎ অমা য়াওবগদি নৈনরিবদু অফবা ওইবোই অহোয়নদুম মাঙনবা মচাক ওইবকপা য়াই। তমজনফমগী থাক্তা লৈবা নৈন-মীওইদি মৎসব হায়বা লীচৎ অসিগী মথক্তা লৈ। মসিননি আলোচক নৎত্রগা ভাবকপু সন্ত, সাধুগী থাক্তা থম্নবিবা। অদুনা মীওই অসিদি পূক্লিংগী ইহুলনা হুমদুনা পুবিবা তথক্লিবা মীচম নত্তে ভাব মুন্না তাবিবা লৌশিং চাউবিবা ঋষি অমনি।

৩। লৌশিং পাক-শন্না লৈবা—ভবত মুনিনা লাউথোক্লম্বা ৱাফম লৈ—নাট্যদা চঙদবা লৌশিং, জ্ঞান, কলা অমদি থৌওং অমত্তা লৈতে। শেংলবনি সাহিত্য হায়বসিদি অখন্নবা মীওই, অখন্নবা লমদাং অমনা মশিন পাযবা মীওইশিংগীতা নত্তে পূন্নমক্কীনি। মখল অমগী মীওই অমনা কবিগুম্বা অমা হেক্তা ইবা য়াই। কবিনা মাগী হকথেংনবিবা ফীভম অদু হেক্তা শীংথাবকই। কবিগী ৱাখল মালঙ (কল্পনা)দি মফম-মতম-মায়গৈ লেপ্তে; ফাইবেলগী লৈচীলগুম্বনি নুজাগী পূক্লিংগুম্বনি। নীতি ময়াম খঙবা তাই, শাস্ত্র ময়াম খঙবা তাই, লৌশিংগী লনগৈ অমা ওইবা তাই। অমবোমদা কবিদি শাস্ত্র ময়ামগী ক খ গ মশক খঙঙুদবা য়াই। আলোচক্তি খঙদবা সুপয়া য়াদে। মী অমনা জগত পূন্নমক খঙবদি যাবোই। অদুবু হেক য়াবিবমখৈ য়াম্না খঙবা হৈবা অমদি, য়ামদ্রবদা পাউদি খঙবা তাই। শাস্ত্র ময়ামগী মনুংদা, অতৈদি পামজক্বা-হৈনজক্বা খবা খঙলুবা যাই, অদুগা সাহিত্য শাস্ত্রদি শোয়দনমক খঙবা তাই। খঙবা হৈবা হায় হায়দনা তম্মুবগা ডিগ্রী পায়গদবনি হায়বগী ৱা নত্তে লনাই হোৎনজবসু য়াই। সাহিত্য কবিনো কমদৌবনো হাযবা খঙঙুদনা কবি অমগী সাহিত্যগী মচল অমা তাপ হেক্তা নৈনবা যাবোই। তৌনদবদি নত্তে পাকবগা নৎত্র৺। য়েংলুবগা পূক্লিংদা ফাওবকপা ৱাফম খবা ফোঙদোক্লুনা ৱাবেং অমা-কবিমা ইথোকপা য়াওনৈ। মদুদি চুম্নগী অপাবা অযেংবা অমনা নুংঙাই নুংঙাইতে ফজে ফজদে হায়না মশাগী মোত পীবগুম্বনি। অশেংবা আলোচনা নৎত্রি। ভাবোক্কী চোম্লপ্পা ৱাখল হায়বদুনি। আলোচক পূন্নমক ভাবোক্লি অদুগা ভাবোক পূন্নমক্তি আলোচক নত্তে। আলোচনাদি ভাবোক্কী হাউই-হাউতেগী মোৎতগী হকচিনবনি। অশেংবা আলোচক্তি বিজ্ঞানদা মীৎয়েং থম্বা তাবনি। বিজ্ঞান হাযবিবসি শাস্ত্রনি। শাস্ত্রগী মখল য়াম্মী। অদুগা শাস্ত্র হায়বসিদি লনাইগী নত্তে অপূনবগী ওইবা অশেংবনি। নৈনবিবা হীবম অদু খঙবগা লোয়ননা অতৈ মবী লৈনবা ময়ামসু খঙফম থোকই।

৪। পথাপ ইনবা অমদি শেম্বা—সাহিত্যগী শাস্ত্রশিংদা সাহিত্যগী পথাপ ময়াম অমা পীবি—মহাকাব্যদা অসি অসি চঙই; নাটকতা মসি মসি য়াওই, অসিনচিংবা। পথাপশিং অসি তশেংবদি সাহিত্যগী মচল মযাম য়েংলগা ফবা, ফজবা, হেন্না কান্নবা মথং মথং শেম্লকপনি; নৈন-মীওইশিংনা শেম্বনি। ভবত মুনিদগী হৌবগা ঙসি ফাওবদা মথং মথং কয়া শেম্লক্লি। শেম্মিবা পথাপশিং অদুদা তোংলগা সাহিত্য নৈনবকই। অমুক শেমখিবা পথাপ লেঙদনা অদুম্মক লৈবা নৎত্রি; ওম্বোক ওনশিন শেমদোক শেমজিন তৌনবি। চানদবা অবিবা লৌথোক্লগা চানবা অনৌবা কয়া

হাপচিল্লকই। সাহিত্যদি হিংলিবা পোৎনিনা অওনবা নাইবা হৌনশানি। মতম মতমগী মফম মফমগী পোইবৈ য়েংলগা পথাপকী ঈচেল অসি চৎথবি। পুন্নমক অসি অওনবা সাহিত্যগী মচল য়েংবগা লোয়ননা কান্নগদবগী মওং য়েংলগা আলোচক্লা পাওলিবা থৌদাংনি। অদুনা আলোচক্লা নিয়মসু শেম্মী, মদুগী মতুংইন্নসু মমল লেপ্পি লোয়ননা অমুকসু পথাপ শেম্মী। লেপ্তবা ঈচেল ওইনা চথবি। কবিনো, কদায়বু কৌই অমদি কবি ওইবা ফৈ হায়বসিগী পাউখুম আলোচকনা থিবনি।

হান্না শেমখিবা পথাপনা লাক্কদবা সাহিত্যগী মচলবু মতম পুন্নমক্কী ওইনা পুন্দুনা থম্বা ওইথোক্তে। মতম খবা চাউবাক্লা পুন্দুনা থম্মবসু মতুংদদি হেক্তা নাম্থোক্লকই। লালহৌবা কবিদি লীচৎকী ওইনা নীংতম্বগী মথক্তা অমুক্কসু হেন্না নীংতম্বা লৌবকই। অদুনা মশানা তৌগে হায়বা অমগা য়াওনা খঙনা খঙনা ওনবসু কোঙ্গায়নি। ফজবা হাযবসিদি অমত্তদা চপ লেপ্তুনা লৈবা নত্তে। সাহিত্যদি ফজবা থিবনি অদুগা আলোচকনা ফজবা খঙনবা লাক্লবনি।

৫। অর্থ অমদি অর্থশিং হনবা—আলোচকতা ভাবয়িত্রী প্রতিভা যাওবনি। মসিগী মতেংনা কবিনা হাযবিবা ৱাফম অদু লৌশিনবা ঙম্বগী শক্তি মঙোন্দা লৈ। কবিনা হায়বা হাযবসিমক্তবু, হায়বদি কাব্য হায়বসিমক্তবু য়াম্লমক মবৌ লৈনা চাদশিন্না চখোমজাও, য়েংদশিন্না মীৎলাওবীগী মওংদা লৈ। হাযবনা অমা হায়বগা খঙবনা অমা খঙবা (ধ্বনি) মওংগী মহায়দা লৈ। ইতাও তাউনা লৈবা অপাবা নৎত্রগা অয়েংবদি পাক খঙবা ঙম্নদে। মসি-মসি হায়বনি হায়না ভাব তাবা আলোচকনা পুখোবকপদা ময়ামগী থম্মোয়দা ফোঙ হেক ঙাল্লকপগী মতাং লাকইবনি। কবিগী নীংখিবা ৱাখলবু ফোঙদোক্লুনা অর্থ হনবগী মথক্তা অমুক লৌবা য়াবা, ওইবা য়াবা অর্থ কয়াসু পুথোক্লুনা উৎলকপা য়াবি। আলোচক্কী প্রতিভা অমদি মচান তুম্মবা লৌশিংনা কবি মশানা খনখিদবা, খল্লমদবা অর্থ ফাওবা হল্লকপা য়াওই।

মতম মতাং অমদা কবি অমগা আলোচক অমগা ওনশিন্নদুনা চীন্দা-পাউদানবগী মতাং অমা লৈখি। কবিনা হায ঐনা শেমজিন-শাজিন্দুনা লৈশেম্বনি, ঐনা নঙোন্দগী হেল্লি। আলোচকনা হায়বিবনা শাস্ত্রগী লৌশিং কয়ামুক লৈববা ঐনা কাব্যগী অথূপ্পা মশক হেন্না খঙই—অসিনি। অনী অসি খূৎ থোক্লবক্কদৌবে। আলোচকনা ফবে অদুদি নঙনা পাম্বা কবিতা অমা থীবো তাসি হায়ববদা কবি ইবুংঙো অদুনা পন-লাক্তে তাপ থীবকই—

**য়াচঙবা মতমদা লাপ্পা লাকপা মলয়ানা;**

নৌনা লৈশাং তম্লিবী উরী নাক্তা চঙদুনা;
ওসি অহাংসিদদি লেকচখিগে হায়জরুই।
উরীনা য়ারোই, য়ারোই য়ারোই হায়জরকই।

খুদক্তা আলোচকনা কবিদা ফরে অদুদি 'লৈশাং তম্লিবী' হায়বসিগা 'য়ারোই' হায়দনা অহুল্লক পল্লিবসিগা—করি হায়রিবনো। কবিনা তাপ খুস্মী—বসন্তদা অনৌবা উরীদা অনৌবা লৈরাং শাৎপনি, হৌনবনি; অহুল্লক পল্লিবসিনা য়াদে হায়বসি কনশিলহল্লিবনি; অসুক লায়বা য়াসিবু তাক্লখিদ্রে। আলোচকনা নোকফেৎ তৌরগা অদুখক্তা হায়দনা করেমনরুই। কবিনা মসিদগী হেনবা করি লৈখিদগে হায়য়ু য়েংগে হায়রবদা আলোচক্তা হায়রকপনি—লৈশাং তম্বা হায়রিবসে খুদমগী ওইবা য়াঙাওনি, নুপীমচাসি নৌনা থাগী খোঙকাপ হুল্লকপনি হায়বা উৎপনি। লৈশাং তম্মিঙৈদা নায়ক্তা নায়িকাগা উনবা/তিন্নবা শাস্ত্রনা য়াদে। অহুল্লক য়ারোই হায়রিবসিনা নুমিৎ হুম্লি ফাওবদি য়াখিরোই হায়বা তাকপনি মতুংদা য়াই হায়বনি। তাবমক্তা কবি মঙক নোমদুনা মোমোন তৌবা নত্তনা উপায় লৈখিদে। কবি মশানা খল্লুদবা মওংগী অর্থ হল্লকপনি। ফজবা অর্থ ময়াম লেপ্তুনা থিবা আলোচকনি। কবিনা পীরিবা পাউজেলশিংগা লোয়ননা অতৈসু পীবনি। অর্থ থিবদা হালেংদবনি।

৬। দোষ গুণ পুথোকপা—পূকচেল শেংনা ফজদবসু ফজবসু পুথোকপা আলোচকনা তৌই। মীৎয়েং খুদিংমক্তা সাহিত্যগী মচলদদি অফবা শরুকসু য়াওই, লোয়ননা অশোয়বা মতাংসু য়াওই। তাইবং খুৎশেমদা মপূং পূংফামক ফারবা হায়বদুদি য়াওকম থোক্তে। পূকচেল শেংনা ফোঙদোকপা তাই। খনা লৈবা মওংগী আলোচনাদি মাঙননবগী মশক্তি। অফবগী থাগৎলগা অশোয়বগী পোৎখ্রীসু খনবা তাই।

৭। লৈবাকমচা তাবা লোন্দা—সাহিত্যদদি নীংথিবা হায়বা অমা মতম পূম্নমক্তা শাগোম্নে। নৈনরিবসি সাহিত্যনি। ফত্তবা থাদোকপা য়াদে। গুণদা নত্তে দোষসু পুথোকপা তাই। নৈনবনি কৈথেন্দা নৎত্রগা লনাই খৎনবা নত্তে। লোন্দা ফজবা তাই। লৈবাকমচা তাবা লোন্দাদা হায়নীংবা ফোঙদোক্লীংবা ফোঙদোকপা কায়দে। অসি হায় হায়দুনসু য়াম্লমক লৈশী-লৈথোন্দুনা অলংকারগুম্বশিংনা কাব্যদা কাব্যগুম আলোচনা তৌবসু অফবা ওইরোই। নৈনবা হায়রিবসি বিজ্ঞান মখল অমনি; রস ঈরোয়নবা কলা নত্তে। অশেংবা কলা অমা নৎত্রি। 'ফত্তে', 'পূংলাল লাল্লে', 'মসিবু শৈরেংনি হায়দনা!' 'মসিনা লীলা ওইবা য়ারোই'—অসিগুম্বা লোন্দা শীজিন্নবা অফবা আলোচনা নত্তে। কবিনা নাকোয়ননা ইবদি মইজবা হায়বদুনি আলোচক অমনা

অকনবা লোন্দা নৎত্রগা য়াম্না হেনগৎনা হায়বগী লোন্দা শীজিন্নবা ফরোই। ফজবা লোন্দাদা হায়বা য়াদবা অমত্তা লৈতবা তাইবংনি।

৮। কবিদা পোত্থী তাকপা—কবিগী কাব্য মপূম অসি সনাগী সনা ঙাক্তা পূমহে হৈবা নত্তে। অইবা মীনি। মীদি শোয়বা নাই। মুনিদসু শোয়—'মুনিনাঞ্চ মতি ভ্রমম্'—হায়বা ৱা লৈ। চেকশিলহৌদবা মীৎকুপ্তা লাপ্লোকখিবা অঙকপা নত্তে। দোষ চেনবা হায়বসি মীওইবগী শীচৎনি। দোষ থিদুনা পুথোকপসিমসু মীওইবগী হৈনবীনি। অনীমক লানবা নত্তে চুমদে ফত্তে ফজদে হায়বসি আলোচকনা পুথোক্কুনা তাকই। মসিমক্তা কাব্য শেম্মিবশিংদা মতুং তৌবক্তনবা ৱাফম তাক্লবনি। অপাননা কবি মশাদা নৎত্রগা লাকদবা কবিশিংদা তাকপসু কায়দে। কবিনা মনীং তৌবিবনি, ফোঙদোক্লিংবা পনবা লৈতনা ফোঙদোক্লিবনি হায়দনা খোনচোপ নৎত্রগা ফি থোংদবা ৱাফম কয়া ইফোং ফোংনা চপ চপ চানা ফোঙদোবকপদা আলোচকনা সাহিত্য হায়বসি গুরুনা শিষ্যদা, অহলনা নহাদা নৎত্রগা য়েক্লবা অমনা মাগী য়েক্লবদা তাকপদৌনা তাকপা নত্তে মরূপতা মরূপনা, নিংথৌদা মন্ত্রীনা নৎত্রগা ইমুং-মনুংগী মীওই মশেল তাক্লবদৌনা খন্নবগী মওংদা তাকপা তাবনি। কবি অঙাওবা নত্তে; অৱাংবা থাক্কী মীওইনি। অফ-ফত্ত মুন্না মশক খঙবা সমাজগী সদস্যনি। অপূনবগী য়াইফবা অনীমক্কা পামগনি—কবিসু আলোচকসু।

৯। কবি অমদি কাব্যগী মফম-মতমগী ৱাখল—কাব্যগা ইখিবা মতম অমদি মফমগা তৎন-থানবা লৈত্রবা মবী অমা লৈ। অমবোমদা হায়বগা ইবিবা কাব্যদু মতম অদুগী নাক-যেৎকী পোত্থোক্নি, থোকহনবনি হায়বা তাই। মতম অদুগী হৌনবী, মতম অদুগী চৎনবী থাজনবী, শম্না হায়ববদা কবি অদুনা লৈবিবা মফম অদুগী মতম অদুগী নাৎকী ঙমখৈ মনুংগী মশক য়াওবি। সাহিত্যগী ওইবা শাস্ত্রসু মতম অদু ফাওবদা লৈবিবা মওংদা লৈবিবনি। অদুগা কবিগী কাব্য অমা নৈনবদা মাগী মতমদু কাউথোকপা য়াদে। *মাধবী* নৈনবদা ২০শুবা চহীচাগী অহানবা তঙ্খায়গী মণিপুরী সমাজগী নাৎ কাউবা য়াবোই নৈন-মীওইনা হায়বিবা মতমসিদা চঙশিন্দুনা লৈরুবা তারি। *খম্ব-থোইবী শৈরেং* মহাকাব্যবু ভামহ (৬শুবা)গী মতমদা পুথবগা নৈনবা ফবোই। দুর্বাসাগী শাপ হিংলিবা মতম্নি কাউথোকপা চুমদে।

১০। লনাইগী ওইবা হৈনবা খুত্থাবা—আলোচকসু মীনিনা মশাগী পামজবা হৈনজবা পোৎ, মচল ৱাঙাও পীক থন্না লৈগনি। সাহিত্যগী মচল অমা নৈননবা লৌখৎপদা মশাগী অপাম্বা হৈনবনা মাঙওইনদুনা পায়খৎপা চুমদে। পোৎ অদুগী

হায়বদি কাব্যগী মশাগী ওইবা লম্বেলদা য়েংবা অমদি পরীক্ষা তৌবা তাই। নুংশিবা য়াওদে হায়দনা ফাগিবু হন্থনা লৌবা য়ারোই কায়নবা হৈনবনা উনববু তন্থনা য়েংবা হৌনদে। পোৎ অদুগী মশাদু পোৎ অদু ওইনা য়েংলগা মমল লেপ্পা তাই। শুক্তানি হৈনদবদি চারুদবা তাবনি। চারবদি মহাও খঙবা তাবনি। কবি, কাব্য অমদি নাক-য়েৎকী পোইরে য়েংবা তাবনি। *মহাভারত* কী নুপীশিং শোল্লি হায়দনা ব্যাসপু নুপীগী মায়োক্তা লৈবা অইবনি হায়না তাপ হেক্তা হায়বা য়ারোই। লনাইদগী খাংখৎলকপা তারি।

১১। পূম্নমক্কী ওইখ (য়ুনিভর্সিয়েলিটি)দা পান্দম—কাব্যদা মালেম অপূম্বগী ওইবা মওং অমা লৈবগুম মৈনবদসু লৈ। কাব্যগী নীংথিবদা পূম্নমক্কী ওইবা খাফম য়াওরি। মফম-মফমগী মতম-মতমগী ওইবা অখন্নবশিংদা ময়ামগী ওইবা মচাক য়াওরিবসি আলোচকনা কাউফম থোক্তে। লম-লমগী ওইবা গুণশিং, মফম-মফমগী ওইবা দোষশিং আলোচকনা মুন্না খঙই। গুণ অমদি দোষ মফম অমদি মতমগী মখা পোনবা ফীভমনি। অদুমকপু লম-লমগী লনাইগী ওইবদগী লীৎখৎলক্তুনা মীওইবা পূম্নমক্কী ওইবা 'নীংথিবা' হায়বা অমসু তঙায়মক ফদনা লৈরি। সাহিত্য খূদিংদা পূম্নমক্কী য়াইফবগী খাখল অমা য়াওরি। মসি আলোচনাদসু য়াওফম্মক থোকই। আলোচকনা অপূনবগী ওইবা য়াইফবা পামফম থোকই। আলোচক মালেম অসিগী নাগরিক্নি।

১২। থৌনা ফবা—আলোচকতি থৌনা ফবা তঙায়ফদে। হায়নীংবা অচুম্বা নৎত্রগা চুম্মে খনবা খরদুদি ময়েক শেংনা চিংনবা লৈতনা ফোঙদোকপা তাই। মীমায়-মীশক য়েংদুনা নৎত্রগা মীনা করি হায়রক্কদগে হায়না কিদুনা য়ৈশিন্দুনা লৈবা চুমদে। ঈচঙ থৌবা মফম পূম্নমক্তা মরুওই। তৌবতবু থৌনানা হেনখিবনা অঙম-অরায় খঙদবদি চুমদে।

১৩। শেমগৎ-শাগৎপগী খাখল—শেমগৎপগী খাখল অমা লৈবা তাই। থুগাইবা শীধবা অমদি য়াম্ভুবগী খাখলনা মাঙওইনবা থৌওং ফত্তে। সাহিত্যদদি অপূনবগী ওইবা য়াইফবা লমথুং অমা লৈবনি। সাহিত্যবু শেন্নরিবা আলোচকতা লমথুং অসিগী খাখল্লোন লৈফম থোকই। আলোচক কবিগী য়েক্লবা নত্তে চান্নরবা মরূপনি।

১৪। অপাননা পাউতাক পীনীংবদগী লাপথোকপা—মীওইবদি পাউতাক পীনীংগল্লি, পীসু পীগল্লি। পাউতাক অসি মফম মতাং চান্দ্রবদি লৌগন্দে অহোয়নদুম শীংনবগী ইহুল অমা ফূক্কৎলকই। অফবা তৌহন্নীংবগুম ফত্তবসু তৌহন্নীংদবদি মশানা তাবনি। অদুবু অহল-লমন, ওজা-গুরুগুম্না 'গদবনি'না মায়পূনবা পাউতাক্তি ফৈ

হায়বা খঙনা খঙনা লৌনীংদবা য়াই। নুপীজা খোলহায়গী পোথিদি মায়কৈ অনীমক্তা পেন্নীংঙাই ওই।

১৫। কবিগী থম্মোয়দা লূপশিনবা—কবিগী কাব্যবু মশক মুন্না খঙগে হায়রবদা ইহান হেক হানবা খোঙথাংদি কাব্য অদুদা লূপশিনবা অসি তঙায়মক ফদনা চঙই। চুম্না পাবা, য়েংবা নৎত্রগসু তাবা অসিখক্তনা য়াদে। কবি অদুদা চঙলগা কবিদুমক ওইবা তাবগী ৱাফম চঙলি। কবিনা ফংখিবা রস অদু ময়েক শেংনা চুপ্না তারি। কাব্যগী তঙায়ফদবা লমথুং অমনি রস চুপ্না। অহানবা পাবা নৎত্রগা য়েংবদদি মসিনা পাব্দম ওইবা তাবনি। হান্নবা কবি ওইরুরগা মথংদা আলোচক ওইরকপদনি নৈনবদা লৈকন ফংবা য়ারিবা। মতাং অসিৱাইদনি আলোচকনা অতৈ অচম্বা ভাবোক্তগী হেল্লিবসি। খোঙথাং অসিবুনি মায়চৌ রাজশেখরনা 'ভাবয়িত্রী প্রতিভা' হায়না পল্লিবা।

**আলোচক/ভাবক মখল ঃ**

আলোচক অমগীসু মশাগী ওইবা লোন্দা অমদি মফোঙদোক লৈজে। মশাদা য়াওরকপা অমদি কোন্না তানশিঞ্জবা সংস্কার লৈবসু তাবনি। মশাগী পামজবা হৈনজবা লমদাংগী মমিসু চাংদা খেন্নবগী ৱাদনি, শোয়দনমক তাগনি; তাদবা য়ারোই। বিজ্ঞানগী ওইবা মওংদা ফোঙদোকপমক তারবসু মশাগী ওইবা শৈলী অমমমদি লৈফম থোকই। মফোঙদোক নৎত্রগা ফোঙদোকপগী মওংদনি। ফোঙদোকপগী মওং অসিনা য়ূম্ফম ওইনরগা আলোচক অসি মখাগী মখল অসিদা থম্নরকই—

১। হৃদয়-ভাবক/আলোচক—কাব্যগী নুংগী হায়বদি থম্মোয়গী ওইবা লমদাংদা হেন্না মায়পূনদুনা অফ-ফত্ত নৈনরিবা আলোচক মখলনি। রসকী মতাংদা পাক-শন্না নৈনবগী ৱাফমনি।

কনা কনাগুম্বা পণ্ডিত খরনদি কাব্যবু কূপ্না খঙবা, পারগা নৎত্রগা য়েংলগা গুণ দোষ মমূৎ তানা খঙদুনা কাচিন কোয়া য়ৌনা নৈনবা হৈবা, তৌবতবু মপাম্বোংদা ইদুনা নৎত্রগা ঙাঙদুনা ফোঙদোক্তবা, খঙঙিবা পূন্নমক্তু মাগী থম্মোয় মনুংদা অদুম্মক থম্মবা মীওই অদুবু হৃদয়-ভাবক হায়না খঙনৈ হায়বা য়াওই। মসিদি অফবা ভাবোক অমনি হায়না হায়বদি চুম্মী অদগা আলোচক অশেংবদি ওইদ্রে; মরমদি আলোচনাদদি ৱাখলশিং অদু ফোঙদোকপা তঙায়ফদে—ইদুনবু ওইরবসু ঙাঙদুনবু ওইরবসু। নৎত্রগনা লনাইগী ওইনা লৈবা আলোচক ওইবদি য়াই। অদুবু আলোচক্কী মথৌ অমদি অতৈ সহৃদয়শিংদা খঙহনবনি।

২। বাক্‌-ভাবক/আলোচক—কাব্যগী ফোঙদোকপগী মওংগী শরুক্তা মায়পূনবা হায়বদি ৱাহৈ, পরেং, অলংকার, ছন্দ শৈলীনচিংবা কলাপক্ষগী শরুক নৈনবা আলোচক অদুবুনি। ঙাঙদুনা ইদুনা নৈনবা মীওইনি।

মতাং অসিদসু ফোঙদোক্তবা আলোচকপু হৃদয়-ভাবকনি হায়বা কাঙবুনা ঙাঙদুনা ইদুনা ফোঙদোক্লবা আলোচক অদু বাক-ভাবক কৌই হায়না থাজরি। মসিদসু অমুক্তা হায়বা তাবনা আলোচক পুম্নমক ফোঙদোকই অদুনা মমিং অসিদা তোঙানবা মখল অমা থম্মুদ্রবসু য়াই; হায়বদি লোইনমক বাক-ভাবক্কী মনুংদা লৈরগনি।

৩। গূঢ়-ভাবক—কবিনা ফোঙদোক্লিবা মনুংগী অথূপ্পা অর্থ খঙবদা পূক্লিংদা অমদি মশাদা হরাও তুজুংনা, থম্মোয় মকা লাম্না রস চূপ্পুনা কবিগুম্না নুংঙাইজবা ভাবক লৈরি। মশাগী নাক-য়েৎ কাউথোক্তুনা কাব্যদা চপ চানা লূপশিন্দুনা মশাদা ফাওরকপা নুংঙাইবদু হকচাংগী অমদি পূক্লিংগী ফীভম—হায়বদি আংগিক অমদি সাত্ত্বিককী—অনুভবশিংনা ফোঙদোক্লককই। ভালো লাউদুনা মপাম্বোংদা খোঞ্জেল খোম্বোক অমদি ৱাহৈনা ফোঙদোকপদগী মশাগী নুংদা ফাওবনা হেনবনি। কবি অমদি কাব্যগী মশক মুন্না খঙবগী ৱাফম লৈরি। কবিদা ফাওখিবা নুংঙাইবদু ৱাহৈনা চপ চানা ফোঙদোকপা ঙমদবগুম অশেংবা রসিক ওইবা ভাবক অসিগীসু ৱাহৈনা ফোঙদোকপদা মপূং চপ চানা ফারবা হায়বদু ওইদে। অদুমকপু ফোঙদোক্তবদি য়াদে।

৪। তত্ত্বাভিনিবেশী—কাব্যগী তত্ত্বু—মচাক-মচলশিংবু নীংথিজনা মমূৎ তানা খঙলগা অকিবা লৈতনা মীচঙ-মীখায় নাইদনা ৱাখল ফোঙদোকপা আলোচক অদু মখল অসিগীনি। হীরম নীংথিনা কূপ্না খঙলগা ফজবা, লৈবাকমচা তাবা লোন্দানা মখল কয়াগী পথাপ চুম্না গুণ-দোষ অতা-অতাবী ফোঙদোকপা আলোচকনি। খ্বাইদগী ফবা তাঙনা ফংবা আলোচকনি। পুম্নমক্তা ইকায়খুম্নবা মীওইনি। মায়চৌ রাজশেখর (১০শুবা)না (অমদি অতৈনা) য়াম্নমক ৱাংনা লৌবা আলোচক্লি। মসিগী ওন্ন-তৈনবা ওইনা রাজশেখরনা আলোচককী মখল অমগা হাপচিল্লম্মী—মৎসরী।

৫। মৎসরী ভাবক/আলোচক—মৎসর হায়বদি কল্লকপা নৎত্রগনা য়েক্লবগী ওইবা থরুম তৌবগী মওং হায়বনি। কল্লকপা, থরুম তৌবা, মীথানদবা য়াম্নমক চাউনা য়েক্লবা ওইনা লৌদ্রগসু কয়া নুংঙাইনদবা হায়বসি মীদা য়াওই। কন্না পাম্নবা তমজনফমগী থাক্তা লৈবা মীওইদি নত্তে। অদুবু অদুম মরৈ। আলোচকসু লৈ।

আলোচনা অদুম্মক তৌবকই। অদুনা মীচঙ-মীখায় নাইবা ফত্তে হায়না হায়না ঐগী মীগী খায়বা, য়ানীংবা য়ানীংদবা নাইবা অসি হেক্তা তৌবকই। কাব্যগী মশক মুন্না খঙনা খঙনা কবিগী মওং খঙনা খঙনা অমবোমদা খবা হেক্তা ঙামথবকপা আলোচক শোয়দনমক হেক্তা লৈবকই। অপাম্বা ঙাক্তা ওইয়ু য়াবা হৌনদে। অদুনা য়ানীংবা য়ানীংদবগী যূম্ফমদা দোষবু গুণ ওইনা অদুগা গুণবু দোষ ওইনা শীংথাদুনা উৎলকপা য়াওবি। চাংগী ৱানি নুংঙাইনদবা য়েক্ল-ৱাখল অসিমদি অদুম মঁবে; সংস্কাবনা, মহে-মশিংনা কবিনা ফাধনখিবগী ৱানি মীসিসু জীবনি। ফাধ-ফাধনা ঙাকথোকহৌদবা মীৎকুপ্তা তৌবা আলোচনা চপ চানা অদুম লৈগনি। অদুনদি আলোচক্কী মখল অমা ওইনা থম্বা য়াঘল্লি—মৎসবী।

মঙ্গল (?) কৌবা মায়চৌ অমনা আলোচক অসি মখল অনী থোক্লা খায়দোক্লম্মী—অবোচকী অমদি সতৃণাভ্যবহাবী।

৬। অবোচকী—মসিগী অর্থসি বিবেকী হায়না হল্লি। অচুম-অবান, অফ-ফত্ত খন্দোকপা ঙম্বগী মঙলবু হায়বনি। পোৎ মশক খঙনা অচুম-অবান অতা-অতাবীদা খায়দোক্লুনা থম্বা, লৌশিং চাউবা আলোচককী মখলনি।

৭। সতৃণাভ্যবহাবী—মসিনা অবিবেকী, হায়বদি অফ-ফত্ত খন্দোকপা ঙমদবা নৎত্রগা হৈত্রবা লৌশিং চাউদবা আলোচক মখলনি। কাব্যগী মতাংদা লৌশিং চপ চানা লৈবগসু আলোচনা তৌবা মতমদা হৈনেনবা চনন্নবা ময়েক শেংদবা মওং লৈবকই। য়াম্নমক হম্বুবা মখলগী আলোচক্লি। লৈবা তাবনি কবি অনেম্বা লৈবগুম অনেম্বা থাক্কী আলোচকসু লৈ। পূম্নমক সন্তু, সজ্জন অমদি সাধু ওইবা নত্তে।

আলোচনা তৌবা অচম্বা থবক নত্তে অচৌবা মহোৎনা (সাধনা) অমনি। গুণদমক শীংথাবা অশোয়বদি ইউ-উদবা আলোচকসু লৈবি। অদুগা অশোয়বদমক উগনবা অফবদি উববসু ইপন পন্দবা আলোচকসু অদুম মবে। অমবুনা লাইগুম্না উবা অমবুনা তীনগুম্না উবা অফবা মীৎয়েং নত্তে; চাং অমদা লৈবা মীৎয়েং তঙায়ফদে। আলোচকনা মশাবু খূদুমদা থম্মগা লিনসু শিনবা চৈশুসু তেক্তনবা লীচৎ চৎপা ফৈ। আলোচকতি কবি অমদি কাব্যদসু নত্তে মশাবুসু খঙবা তাই।

## আলোচনাগী তঙায়ফদবা ঃ

আলোচক অমনা তৌবিবা থবক অসি চাউই। কবি নৎত্রগা অইবনা কবিগুম্বা খবা ফোঙদোকপা হায়বসিমক্তবু ইচম চম্না, ইতিং তিংনা ফোঙদোক্তে। মাদি

মনীংসু য়াম্না তম্মী। ব্রাহ্মেগী ওইবা কূম্মে—মীৎত্রংগা ঈবোয়ননা লৌশিংগী অমদি থম্মোয়গী লমদাংদা অর্থ মবোল-মবোল পুবা নৎত্রগা পুবা য়াবা মচাক কয়ামুক নীংঙাইদনা শীজিন্নবকই। ফজবা নীংথিবা মবোল মবোল য়াওবকই। কবি মশানা খঙজদবা খনখিদবা ব্রাফম ফাওবা চাং য়াম্না য়াওবকপা নৎত্রগা লৈবকপা য়াই। আলোচনানা ফজবশিং—মপানগী অমদি মনুংগী—অসি মশক খঙনা মচা খায়না থিদুনা পুথোবকই। নুংঙাইতবা অশোয়বা কয়াসু পুথোবকই। হায়বিবা নীংথিবা অমদি অশোয়বশিং অসিদি অপাবা খূদিংমক্তা ইবায় লাযনা লাম্বা ফংবা নত্তে। কবিগী কমদৌনা কদোমদা ফজবিবনো হায়না কূপথকবগী মহৈ অসি পূম্নমক্তা লৈয়ু হায়বা য়াবোই। আলোচকতদি শোযদনা লৈ। পূম্নমকসি থিদুনা পুথোবকপনা অপাবা অমদি অইবা অনীমক্তা কান্নহল্লি। আলোচককী লৌশীনবা ঙম্বগী মঙল অসি মচীন য়াম্না থৌই অদুগা থাদোবকপগী হাযবদি ফোঙদোকপদসু ময়াক যাম্নমক কল্লি। অদুনা কবিগী থবক্তা য়াওবিবা ফজবগী মবীক খূদিংমক যোৎচাবীনা থা-থাদুনা চিংথোকপগী থবক অসি তৌবকপনিনা কাচিন-কোযাদা নপ্তুনা লৈব ময়াম্না লাম্মুদবা শক্তক ফাওবা উৎথোবকই। বুদ্ধি-লৌশিংগী ওইবা পোৎনি। অপাবগী লৌশিং পাকথোকহল্লি লোয়ননা কবিবোমদসু পূক্লিং থৌগৎপগী অমদি তুংদা চেকশিনবগী তাঞ্জা পীবকই। তীঞ্জং-লায়জংদবা আলোচনাদি অইবা অমদি অপাবগী মবক্তা শাবা পাম্বৈতনা ঙাক-শেল্লবা থোং অমনি; মবোল ফাওদোক্লফম ওইবা থেল অমনি। মসিনা অপাবা অমদি কবিবু মশা-মউ ফনা তীঞ্জং-লাযজংদনা হম-হম চাউখৎহনবদা শাজেলগী ওইবা থবক পাঙথোকই। মীওইবদা শাজেলদি—মওং অমদা নৎত্রগা অমদা অদুম্মক তঙায়ফদনা চঙই। শকুন্তলাগী ফজবা খঙবদা গেটেগী মতেং চঙই। লীলা মশক শেম্বদা ভবত মুনিগী পাম্বৈদা পায়কবা তাই। ভাবততা অহানবা চহীচাদগী ঙসি ফাওবা সাহিত্য নৈনবগী ঈচেল অসি লেপ্তুনা চেম্থবক্লি। তঙায়ফবমদ্রবা নৎত্রবদি নহান্না লেপখ্রগদবনি। লৌশিং তাদবা মীওইবা নত্তে। অদুনা আলোচনা অসি সমাজদা তঙায ফদনা চঙবা মচল অমনি।

**আলোচনা—বিজ্ঞান ওইনা ঃ**

পোৎলম অমবু মহৌশাগী ওইবা পথাপ থিদুনা খঙদোকপা অসি বিজ্ঞানগী চাউববা শক্তক অমনি। মীৎয়েং অসোমদা য়েংবদা সাহিত্য শাস্ত্র অসি বিজ্ঞাননি। হান্ননা সৈজববা লীলাবু ভবত মুনিনা মুন্না যেংশিন্দুনা খম্থদুনা অমদি থিজিন্দুনা মসিদা

করি করি য়াওই, করি কমদৌনা ওইবনো হায়বা খঙদোক্তুনা ময়ামগী মাঙদা থম্মী। অসুম্না তুংদা লাকপা মায়চৌশিংনা মথং মথং অমুক পুখৎলক্তুনা অনৌবা পোৎলম পোৎচঙ কয়া থিদোক্তুনা অচাবা পথাপশিং শেম্মকই। করিনো কদায়বু কৌই অমদি কমদৌনা ওইরকই হায়বসিদা চপ চানা চখৎরকই। লীলা করিনো, মহাকাব্যদা করি করি মচল চঙই, রস কমদৌনা থোক্লকই অসিনচিংবসি খঙদোক্তুনা পথাপ ওইনা থম্মকই। হৌজিকসু অদু মওং উপন্যাসতা চঙবা মচল, লীলাদা তঙায়ফদনা য়াওবা মচাক পুথোক্লরি। মসি বিজ্ঞানগী ওইবা খোঙথাংনি। ঈশিংদা য়াওবা মচল, নুমিৎ-থা-থবাম্মিচাক্কী খোঙচৎ থিজিন্দুনা খঙদোকপগুম্বনি। ভরত মুনিদগী পণ্ডিতরাজ জগন্নাথ ফাওবদা অমদি মতুং তারকপদসু, ভারতকী মায়চৌশিংনা থাংলিবা খোঙথাং অসি মসোমদনি। মরম অসিদগী নৈনবা অসি বিজ্ঞাননি।

নৈনবগী মওং-মতৌ অমদি মসিগী লীচৎ অসি মুন্না য়েংলগা অখঙ-অহৈশিংনা শাস্ত্র—সাহিত্য শাস্ত্র হায়না কৌনৈ। শাস্ত্রগী অর্থ অনী লৈ। অহানবদা মসিনা পুরিবসি মীয়ামগী কান্নবা অমদি মীয়াম্বু খূদুমদা থম্নবা শেম্মিবা লীচৎকী ওইবা (ধার্মিক) লাইরিকশিং অদুবুনি। হায়রিবা লাইরিক অসি মখল ১৮ নি হায়না যানবি—শিক্ষা, কল্প, ব্যাকরণ, নিরুক্ত, জ্যোতিষ, ছন্দ, ঋগ্‌বেদ, য়জুর্বেদ, সামবেদ, অথর্ববেদ, মীমাংসা, ন্যায়, ধর্মশাস্ত্র, পুরাণ, আয়ুর্বেদ, ধনুর্বেদ, গন্ধর্ববেদ অমদি অর্থশাস্ত্র। অতোপ্পা অর্থ অমনা করিগুম্বা অকক্লবা হীবম অমগী মরমদা খোমজিন্দুনা নীংথিবা মথং-মনাও অমদা থম্মবা লৌশিং পূম্নমক হায়বনি। অহানবগী অর্থদা অকক্লবা মশীং লৈজখরে। অনীশুবগী অসিদা লৌরগা শাস্ত্রনি হায়না লৌরে। অকক্লবা শাস্ত্র মশীং অসিদা তিনশিন্দুনা শেমদোক্লদ্রগসু শাস্ত্রগী পঙ্খোদদি থম্লরে। ভরত মুনিমক্না নাট্যশাস্ত্র হায়না থোনবগা লোয়ননা শাস্ত্র অসিবু বেদমক্কা মান্নবা মশক ওইনা লৌই (*নাট্যশাস্ত্র*, ১/৪)। মঙাশুবা বেদ ওইনসু লৌনরি। অসুম্না মীমাংসাগী মওংদসু থম্লদুনা কাব্য মীমাংসা, সাহিত্য মীমাংসা হায়নসু কৌনরি। মওং-মতৌ অমদি লীচত্তা য়েংলগা থোনবা অমদি কৌনবা মমিংনি। শাস্ত্রনি। শাস্ত্র অসি বিজ্ঞান মখল অমনি। অশেং-অশেংবা হায়বদি অতা-অতাবী মশক-মওং খঙবগী লৌশিংগী লনগৈ ওইনা লৈরবা পোৎলম্নি।

**কলা ওইনা ঃ**

অমরোমদা অমুক নৈনবা হায়বা অসিদা কলাগী ওইবা মশক চপ চানা য়াওরি। কলানা পুবা অর্থ ৩০ মুক্কী মনুংদা মীওইবনা শেম্বা খূৎশেমগী অমা য়াওরি। খূৎশেম

অসিগী ললিত কলা হায়বা মখল অদুগী মখল মচা ৬৪ লৈ। সাহিত্য অসিসু মদুগী মনুংদা থম্মী। সাহিত্য কলা অসিবু নৈনবিবা নৈনবা অসিবু কলা অমা ওইনা লৌবা তাবি। কলা অমা ওইবগী নীংথিবা ফজবা মফোঙদোক অসি আলোচনাদা চঙই। ব্রাহৈ চুম্মগা অমদি ব্যাকরণগী নিয়ম ঙাকপা নত্তবা অতৈ ফজবা নীংথিবা মফোঙদোক—খূৎফোঙদোক শৈলী অমা চপ চানা য়াওবি। বিজ্ঞানগী ওইবা অশেংববু ফোঙদোকপদা সাহিত্য কলাগী নীংথিবা অমদি হৈ-শিংবগী মশক অমসু তঙাযফদনা চঙলি হায়বসি শোয়দ্রবনি। মওংবু *শাকুন্তলা* লীলা অসিদা স্বর্গগী নুংঙাইবগা মর্ত্যগী ফজবগা অনীগী সঙ্গমনি হায়বকপদা নৈনবগী হায়বদি বিজ্ঞানগী অশেংবদগী হেনবা অচুম্বা মযাম অমসু য়াওবি। ভবত মুনিনচিংবা মায়চৌ কয়াগী নৈন-লাইবিকশিংদা অশেংবা নিয়মগী মথক্তা মহায়দোক্কী মফোঙদোক্কী অমদি ব্রাখলগী ফজবা ময়াম অমা যাওবিবসি ইচম চম্না পথাপকী ব্রাফমগী থাজবা অমদা থাদোকপা যাবোই। মাযচৌ-কবিশিংগী ব্রাখল্লোন অমদি মফোঙদোক্কী নীংথিবা শীংথাদবা য়াবোই। নৈনবনা থিবিবা অচুম্বা অসি অমখক্তদা লোইববা হাযবদি অকক্লবা লৈববা অতাবী (fact) অদুখক্তা নৎত্রি মাযওন কযাগী অচুম্বা অমদি ফজবা মযেক শেংনা যাওবিবনি। বস যাওদে, বিভাবনচিংবা য়াওদে ইকং কংই হায়বগী নামাং। নৈনবগী খূৎশেমবু নাথৈনথোকপা যাদ্রি। শ্রব্য কাব্যগী মনুংদা লৈবা ব্রাবেং (নিবন্ধ) হাযবা মচলদা বস থোকপা নৎত্রগা পোকপগী ব্রাফম ইচঙ চঙদবা পীক থন্না লৈবি। 'বাক্যং বসাত্মকং কাব্যম্' না ফাজিন্দুনা থম্বা ঙমদবা মচল কয়া অমসু সাহিত্য-মালেমদা লৈবি হায়বসি কাউফম থোক্তে। মশাগী তোপতোপ তাবা মফোঙদোক (শৈলী) অমদা থম্মবা মচল অমনি হায়বসি শেংলবা ব্রাফম ওইববনি। অদুনা নৈনবা অসি কলা অমসুনি। বিজ্ঞানগী অতাবীনা খূদুম চনবা যাদে। আলোচনা সাহিত্যগী চাইগোইনুংদা লৈবা কলা অমনি হাযনা লৌবা তাবনি। হৌবকপগী মতাং হায়বদি ভবত মুনিখোযগী মতাং অদুব্রাইদদি শেংলবা বিজ্ঞানগী মচাক ওইবম্মবসু অসুম অসুম চথবকপদদি কলাগী ওইবা শব্দকসু কনশিল্লক্লিবনি। সাহিত্য কলাগী মচল অমনি।

**হৈ-শিংবা ওইনা ঃ**

আলোচনাদি ফজবা থিজিনবনি লোযননা অশোনবা পুথোকপনি। অশোনবা অশোয়বা পুথোক্লিবসিগী মকদসু ফজবা থিজিনবগী পাম্বৈ ওইবা ব্রাখল্লোন য়াওবি। আলোচনাদা অনৌবা ফজবা থিবা অমদি পুথোকপগী থৌবম অমা য়াওবি। য়াম্লমক মকওইবা থৌবম্নি। থৌবম অসি পাঙবদা হৈ-শিংবা (কৌশল—skill) অমা চঙদবা

য়াদে। মখল মখলগী লৌশিং লৈবা আলোচকনা অর্থ হল্লকই। কবিগী থম্মোয়দা মাগী থম্মোয় পুনশিল্লগা কবিগী ফজবগী হকথেংনরিবা মশক অদুমক হকথেংনৈ। মসিদগী হেন্দোকখিদুনা কবিনা শোক্তবা, খনবা ফাওবা খল্লমদবা অর্থ মথং মথংসু তৌরকই। কবি ফাওবা ঙকপা য়াওবনি। ইচম চম্না শীংথা-শৈথাবা শরূক অমদা ফাওবা নাক-য়েৎ অমদি মনোবিজ্ঞানগী মতাং মরী মরী পুশিল্লক্তুনা অচুম্বা থিরকপদা ময়ামদা ঙক্লা থোকপা, পূম্নৌ নৌবা মওং থেংনরকই। মমানা মচানুপা চুম্না ব্বারকচবদা ইডিপস কমপ্লেক্স পুশিন্দুনা নৈনরকপদা অইবা মশা ফাওবা ঙকপা য়াই। অচাবা য়ুম্ফমগী মরৈনা ফৈ খন্নববু ফংহন্দবা, ফত্তে হায়না উরম্বনা অচুম্বা অফবরোমদা লৈখৎলকপদা কবি অমদি অপাবা অনীমক ঙক্লা পেনবা য়াবা লৈ। কল্লক খম্বনবগী মরূদা হকতিন ঈরাং (কাম)গী হীরম পুশিল্লক্তুনা হিমায় চুম্মকপদা লাল্লি হায়বসু ঙমদা চুম্মী হায়বসু য়াদা ঙক্তুনা লৈবা মতাং য়াওরকপা মশানা তাবনি। ব্বাখল মরী মরী পুথোকপদা অচাবা মতাংগী হীরমশিংগা মরী মরী শম্নহনবদা লোয়ননা ফোঙদোকপদা হৈ-শিংবগী মওং অমা অদুম্মক চঙই। *মাধবী* গী মাধবীবু লাইগী অমদি শাগী থাক্তা থাঙ্গৎ-থাংধ তৌবগী মহুত্তা লমনখুম্বগী ওইবা কমপ্লেক্স অমদা পুশিন্দুনা ময়ামদগী তোপ্পা তাপ্তবী ঙাওচৎনরবী অমা ওইনা য়েংলকপদা অনৌবা মীৎয়েং অমা ওইবোই হায়দনীংঙাই লৈতে। *লবঙ্গ লতা* গী লতা অসি মশাগীতা খনবী নায়িকানি হাযরকপদা অচাবা মরম পীবক্লবদি য়াবা তাবনি। মতম অমগী ফরমখ্রবা বিভিষণ (*রামায়ণ*গী) হৌজিক অসি মঙাশুবা কলমনিষ্ট ওইনা য়েংনবকপা যাওবি। কৃষ্ণবু খ্বাইদগী মীচঙ সঙ্গ নাইবা মী অমা ওইনা য়েংলকপদা করি হায়নকনি। অসিনি হৈ-শিংবা হায়রিবসি। পূম্নমক্কী য়াইফবা হায়বসিদা পান্দম লাক্লগা অনৌ অনৌবা ফজবা থিবা আলোচকতা হৈ-শিংবা অসি চঙই। অদুনা আলোচনা হৈ-শিংবসুনি। মসিগী ইঙ্গিত অসি নৈনবগী পম্বৌ ওইবা মায়চৌ ভরতনসু তশেংনা পীরম্বনি—অসিগুম্মবা নাট্য বেদ অসিবু হৈথোই-শিংথোইবা, অশিংবা ব্বাঙাও শাঙাও চঙখোনবা অমদি অব্বাবা খাঙহৈবশিংগী মবক্তা হৌদোকপিরু।

> কুশলা য়ে বিদগ্ধাশ্চ প্রগল্ভাশ্চ জিতশ্রমাঃ।
> তেষ্ বয়ং নাট্যসংজ্ঞো হি বেদঃসংক্রাম্যতাং ত্বয়া।।
>
> (*নাট্যশাস্ত্র*, ১/২০)

**আলোচনাগী মখল ঃ**

আলোচনাগী মখলগী মতাংদদি ভারতকী হৌখিবা মতমগী মায়চৌশিং ব্বা

পংঙাঙ ঙাঙলমদরে। কাব্যগী কুপ্পদগী কুপ্পবা শম্নাগুম্বা মচল ফাওবা ময়ুংলোমদা অমদি মরাক্তা শরূক কয়া কয়ামুক থোক্লা মকুপ-মকুপ লেন্দুনা য়েংলম্বা খষিশিংনা মখোয়না পায়রিবা হীরম—নৈনববু মখল খায়দোকপা ঙম্লমদবা হৌনদে। কান্নবা ব্রাংলি হায়না খল্লম্বসু য়াই, মদোমদা পূক্লিং চঙনরমদবসু য়াই; নত্ত-নংত্রগনা মখল অমত্তগী ওইবা মওং অমদা থম্বা য়ানা লৈবনিনা মসোমদা শন্দোক্লরমদ্রবসু ওইবা য়াই। নৈনবগী মরূ অমদি মউ অসি ভরততগী জগন্নাথ ফাওবদা মশক অমত্তগী ওইনা লৈরি। য়াম্নবদা কাব্যগী আত্মাগী মতাংদা লৈরিবা সম্প্রদায়গী মনুংদা লৈরিবা মোত মরি অসি নৈনবগী মখলগী মওংদা য়েংনবা হোৎনবদি য়াই। অদুমকপু মসিসু মশক খেন্নজরবসু মীৎয়েং য়ূম্ফম অমদি মওংদি অমত্তনি অদুগা মখল খায়বমক তারবদি হায়রিবা অহুমসিদা খেন্নবা লৈবা তাবনি। সম্প্রদায় হায়বদুনি মখল নংত্রি। মখলগী ব্রাফম অসি ১৯শুবা চহীচাগী পোখোক ওইনা তৌই। সাহিত্য নৈনববু অমুক নৈনবা মায়চৌশিংনা খঙবা অমদি নৈনবদা খূৎলোয়না থোক্লবা আলোচনাগী মওংবু তঙায়ফদবা য়ূম্ফম ওইহল্লগা মখলশিং মথং মথং খায়নরকপগী মওংদা লৈ। মসিদা নোংচুপলোমগী প্রভাব চপ চানা লৈ।

মতাং অসিদা, মখাদা পীরিবা মখল খরসি ভারতকীদা ওইবা নত্তে; মালেম সাহিত্যগী ওইবা ব্রাখল্লোন অমগী য়ূম্ফমদা অয়াম্বনা য়ানরিবা মওংগীনি। মশীংসু মসিনা মরোইরে হায়বগী ব্রা লৈরোই। অপাবা অয়েংবা—ভাবক মশীং য়াম্মকপগী মতীক লোয়ননা সাহিত্য কলাগী মশক অমদি লমথুং অসুম অসুম চাউখৎলকপগী মতীক নৈনবগী মখলসু হেনগৎলকই; হেনসু হেনগৎলকখিগনি। সাহিত্য মপূম অসি হিংলিবা কায়াৎ অমনি। অহিংবগীদি ইতিহাস, হৌজিক অমদি লাক্কদবগী খোঙথাং শোয়দনমক্কী লৈ। ভারতকীদা ওইবা মীৎয়েং নত্তবদা অপূনবা, ময়ামগী ওইনা অয়াম্বা শরূক্তা মোত মান্নরিবা নংত্রগা য়ানরিবা খরা মহেরোয়শিংগীদমক্তা ওইনা মখা নৈনবদা পাম্বে অমা ওইননবা চাউরাকপা মশক পীরি।

**নৈনবা মওংগী ওইনা খায়বা মখল ঃ**

১। পথাপ শেম্বা মওংগী মনৈনা—সাহিত্যগী মচলশিং—মহাকাব্য, খণ্ডকাব্য লীলা অসিনচিংবা ময়াম য়েংলগা মচল অমদা অসি অসি চঙই নংত্রগা য়াওই হায়বা খণ্ডদোক্লগা নিয়ম অমা ওইনা মসি মসি য়াওই হায়দনা শেমশিনবগী মওংনি। শেম্মিবা পথাপশিং অসি অওনবা অদুম নাইরকই। মপূং ওইবা খরা নত্তনা ওম্লোক-ওনশিন

অদুম য়ানৈ। মসিগী মপূং ওইবা ব্রাফম অমনা সাহিত্যগী মচলশিং হান্না লৈবা তাই; মতুংদা পথাপ শেম্বা তাই। মসিবু Speculative Criticism হায়না কৌনৈ। ভারতকী লিরবা কাব্যশাস্ত্র অসি মখল অসিগীনা অনম্বনি।

২। পথাপ নৎত্রগা নৈনরোলগী মতুংইন্না নৈনবা মওং—হান্ননা লৈরবা পথাপ নৎত্রগা নৈনরোল অমনা লমজৈ ওইহল্লগা মচলশিং কদায় ফাওবা মায় পাকই-পাক্তেনচিংবা নৈনবনি। লীলা অমবু লীলাদা চঙবা পোৎচঙগী মতুংইন্না নৈনবগুম্বনি। মসিবু Judicial নৎত্রগা Structural হায়না কৌনৈ।

৩। শব্দোক্লা তাকপগী ওইবা—কবিনা হায়রিবা অমদি হায়বা পাম্মিবা পোৎ অসি করিনো হায়না শব্দোক্লা তাকপগী মওংনি। কবিনা হাযবা হায়বসিমক্তবু অপা-অপান্ননা চুমদ্রিং চুম্না হায়দে, কোইনা অমদি ফুম-ফুমদুনা হায়বনি। হায়রিবা অদু নত্তবা ইহায় হায়দবা ব্রাফম খরা নৎত্রগা ময়াম থক্তোবকপা অর্থদা হায়বনি। মসি লাইরপ্পা খঙবা ঙন্বসু লৈ অদুগা য়াম্না লুবসু কোঙ্গায়নি। ব্রাখল্লোন্দা অমদি খূৎফোঙদোক্তা ফজবা অমদি অশোয়বা কয়ামুক থূগুনা লৈ। মসি হন্দোক-চিংথোক্তুনা উৎপা মওংগী মনৈবসি শব্দোকপা মখলগী হায়না কৌনৈ। ওইবা য়াবা অর্থ মবোল মবোলসু পুথোক্লকপা য়াই। কবিগী ব্রাখল অদু ময়েক শেংহনবনা ম্পূং ওইবনি। Inductive অমদি, নৎত্রগসু Explanatory হায়নসু কৌনবা য়াওই।

৪। ফাওরকপা ব্রাখল ফোঙবগী ওইবা—পথাপ, নিয়মচিংবগী ব্রাবোমদা অমদি কবিনা পুবিবা অর্থ অদোমদা কন্না লৈশিল্লুবসু নত্তবা সাহিত্যগী মচল অদু পারুবগা ফাওরকপা হায়বদি মচল অদুনা পীবকপা প্রভাব অদু ইচম চম্না ফোঙদোকপগী মওংনি। অপাবা নৎত্রগা অযেংবা খূদিংদা করিগুম্বা খরদি অদুম্মক ফাওবসি মশানা তাবনি। ফজবা ফজহন্নীংবা, লকক তৌবা মতাং অদুগা মদু য়াওহন্নীংদবা অসিনচিংবসি ইতিং তিংনা অদুম ফোঙদোকপা য়াই। আলোচককী লনাইগী ওইবা মোৎনা চাং য়াম্না য়াওবা মওংগীনি। শম্না, অপেনবা পেন্দবা ফোঙদোকপনি। শাস্ত্রশিংগী পাম্বৈ অদুক কন্না শীজিন্নবা নত্তে। অপাবগী সংস্কারদা তোংদুনা তৌরকপা আলোচনা মখলনি। য়াম্নমক লুথবা মখলগী নত্তে। ফাওরকপা খরা নীংথিনা থম্বা মখলগীনি। Subjective, Impressionistic, প্রভাবাত্মক অসিনচিংবা হায়না খঙনৈ।

৫। ইতিহাসকী ওইনা নৈনবা মওং—ইতিহাসকী ওইনা তরামাপলশুবা চহীচাগী তত্থায় চল্লকপগী অদুব্রাইদা নৈন-মীওই খরগী ব্রাখন্দা (হিপোলাইট টৈন-নচিংবা) সাহিত্য অমসুং মসিগী পোথোক অদুগী মশক শেংনা খঙগে হায়রবদি

পোখোক ওইহ্‌বিবা কাব্য, নায়কনচিংবা অদুখক নৈনবনা ওইবোই খল্লকখি। অইবনা হিংলম্মিবা মতম, মাগী নাক-য়েৎ, মদুনা মঙোন্দা পীখিবা শাফূগী মমি, পোখোক অদুগী হৌবকফম ওইবা য়াবা মচাকশিং, পোখোক অদুমক নৈনবা, অইবদুগী পুন্সিগী মতাংদা থিজিনবা, ইখিবগী মতম খঙদোকপা অমদি অইবদুনা খল্লমগদবা ৱাখলগী মতা ফীভম শাগৎনবা হোৎনবা অসি চঙই হায়না লৌখি। মওং অসিদা চত্থবিবা নৈনবগী থবক অদুবু ঐতিহাসিক মনৈনা Historical Criticism হায়না খঙনবে।

৬। চাংদম্নবগী মওং—সাহিত্যগী মচলশিং, নৎত্রগসু সাহিত্য মপূমশিং অমগা অমগা চাংদম্নদুনা নৈনবগী মওংনি। সাহিত্যশিং অমগা অমগা চাংদম্নবা য়াই। চাংদম্নবা হায়বসিগী মীৎযেং কয়ামুক হাযবদি যূম্ফম কয়ামুক লৈগনি। চাংদম্নবগী ৱাখল্লোন্না মপূংবু ওইববদি মওং অসিনি। হৌজিক্কী মতাং অসিদা মযাম্না যাম্নমক খোযজঙনা তৌনবক্লিবা মওংনি। Comparative নৈনবা হাযনা কৌনৈ।

৭। মনোবিজ্ঞানগী ওইবা মওং—মকুওইবা যূম্ফম অমা ওইনা মনোবিজ্ঞানগী অশেংবা লীচৎ লৌখৎলগা নৈনবনি। মহৌশাগী ওইবা নুংগী লীচৎ থিবা অম্নি খঙনবা লাক্লবনি। মপাঙ্গোংগী ওইবা হৌন-লোনচৎকী লৈমাযদগী লুথনা, হেন্না লুথনা মীওইবগী নুংগী ওইবা, লেম্ফু ওইবা লীচৎ শোক্লা নৈনবকপনি। হকতিন ইহুলনা পীবা শাফূগী নাক-য়েৎ কোনশিনগল্লি। মসিদতা যূম্ফম ওইববা হায়বদুদি নৎত্রি; অতৈ নুংগী লীচৎ অমদি মদুগী ফলগী ৱাখলসু কোনশিনবা যাই। Psychological মনৈনা হাযনা কৌনৈ। সিগমন্দ ফ্রোইদহোযগী পথাপতা মকুওইনা যূম্ফম ওইবগী মওংনি।

৮। পুন্সিগী ৱাবীগী ওইবা মওং—কাব্যগা লোযননা ইবিবা কবিগী পুন্সিগসু মবী লৈনহন্না নৈনবা চৎনৈ। কাব্যগা কবিগা মশক মুন্না খঙনীংবগী ৱাফম্নি। কবিগী পুন্সিগা মাগী কাব্যগা মবীদি তঙায়মকফদনা লৈনৈ—যোংনা ফোঙদোকপা ফোঙদোক্তবগী ৱাদনি; চাং খেন্নবগী ৱাদনি। কাব্যবু পোক্লিবা কবিনি মবী লৈনদবা যাবোই। পুন্সিগী ৱাবী শোক্লা নৈনবা ওইবনা Biographical মনৈনা কৌনৈ।

৯। খূমাঙ চাওশিনবগী মওং—প্রগতি নৎত্রগা প্রোগ্রেসিভ ওইবগী মওং অমা সমাজগী লম অয়াম্বদা লৈবক্লি। মসি লেঙদ্রবা মকুওইবা যূম্ফমদা কার্ল মাক্সকী ৱাখল্লোননি। তুহৎ-তাহৎপিববা যৌমী কাঙলূপকী থাক ৱাংখৎহল্লগা থোং মান্নবা অপূনবা কাঙলূপ অমা ওইহনবা পাম্বগী ৱাখল্লোন অমা হীবমসিগী লেম্ফুদা লৈ। মসি শোক্লা নৎত্রগা মসিদা চপ চাবা মীৎয়েং থম্মগা সাহিত্য নৈনবকই। খূমাঙ চাওশিনবা

মওংগী মনৈননি হায়না মিংথোন্নৈ। Marxist Criticism হায়নসু খঙনৈ।

১০। লোন-বিজ্ঞানগী ওইবা—লিংগুইষ্টিক হায়না খঙনবা বিজ্ঞান অসিদা যুম্ফম ওইরগা সাহিত্যবু নৈনবা হৌরক্লি। কবিনা শীজিন্নরিবা ৱাহৈ, পরেং, মই, মফোঙদোক্লচিংবদা মীৎয়েং চপ চানা থম্মগা কাব্য অমদি কবিবু শক্তাক্লবা লাক্লবনি। লোনগী ওইবা পথাপতা তোংলগা সাহিত্যগী মপানগী অমদি মনুংগী ফজবা উৎপনি। ফজবগী মায়োক্তা লৈবা অশোয়বা অশোনবশিংসু অদুম থোকচরকই। New Criticism, Russian Formalism, Structuralism অমদি Post Structuralismগী মনৈনশিং অসি লোল অসিদা যুম্ফম ওইবনি।

মথক্তা পীরিবা মওং খরা অসিনা পূন্নোই লোইববা হায়বদু নৎত্রি। নৈনবগী লোইবা হায়বা অমা লৈবা হৌনদে। মওং খরগসু পন্নরি। ময়াম অমসু থোক্লকখিগনি। নৈনবা হায়বসিসু চঙ-চঙ লাউনা হিংলিবা অমনি। মথক্কী খবা অসিসু অমগা অমগা মৈ-ঈশিং চঙদবিদা ঙমখৈ-পল খানদুনা মহৌশাগী যেক্লবা ওইনা লৈবা নত্তে; অমগা অমগা চাং অমদা ইয়ান অদুম য়ান্নবা য়াই অদুগা ফোঙদোকপবু মওং তাববদি ইতোৎ তোৎনবা অদুম্মক কায়বা নত্তে। মপূং ওইবা মীৎয়েং অমা লৌবগা মমিং অমা থোনখিবগী ৱাদনি। মীৎয়েংগী ঙমখৈ লৈবা হৌনদে, কান্নবা-কান্নদবা ফজবা-ফজদবগী ৱাদনি।

তৌরোইদবা থৌওং ঃ

নীংতম্বা লৈ, ইয়াদা য়াই হায়দুনসু পঙফোঙদা ফোঙদোকপা য়াদ্রি; পূন্না লৈমিন্নবিবা সমাজ অসিগী হীরম খূদিংমক্তা নিয়ম খরদি ঙাকপা তাবনি। পথাপশিং ইদুনা থম্বা য়াই থমদবসু য়াই। মশক উদবা পথাপ কয়ামুক পুন্সি—অপূনবগী পুন্সি অসিদা লৈরি।

ভাবতকী ওইবা ৱাখল্লোন্দা খূৎশেমগী ওইবা হীরম নৎত্রগা পোৎলম পূন্নমক্কী ৱাখল শক্তম (concept)দা কাচিন (angle) অহুমনা ঙমখৈ ওইবা লৌফম অমা লৈ। কাচিন্দুদি অচুম্বা, কান্নবা অমদি নীংথিবা—'সত্যম্ শিবম্ সুন্দরম'—অসিনি। সমাজগী ওইবা হীরম পূন্নমক্তা অহুম অসি পূন্না নৎত্রগা অমমমতা ওইরবসু তঙায়মকফদনা য়াওই। সাহিত্য কলাদদি অহুম অসি পূন্না য়াওই। অহুম অসিনা ফল অমা হায়বদি শাফূ অমা পীবি—নুংঙাইবা—আনন্দ। মসিনা সাহিত্যগীদি খ্বাইদগী মরুওইবা লমথুংনি। সাহিত্য নৈনবদা সাহিত্যগী ওইবা নুংঙাইবা অসি য়াওবসু ময়াই অদুগা তঙায়ফদবদি

নত্তে। অদুগা অচুম্বা, কান্নবা অমদি নীংথিবা হায়বসিদি য়াওবা তাবনি—পূনবা য়াই পুন্দ্রগসু য়াম্না কায়বা নত্তে; অমদি য়াওবা তাই। নৎত্রগদি ৱাচোইদা তাখিনি। অদুগীসু মথক্তা নৈনবা হায়বসি ময়ামগী পোৎনি; লনাইগী মচিং নত্তে অমত্তগী অপাম্বা হৈনবা নত্তে। ময়ামগী ওইবা ৱাখলদা মায়পুনবা অমদি মসিগী চাইগোইনুংদা উচন চানা চনশিন্দুনা থম্বা তাবনিনা মসিগী অথিংবা খবসু লৈফম থোকই। হক লৈ হায়দুনসু আলোচক মনীং পঙতৌ তৌবা য়াদে; নীংতম্বা হায়বসিসু অপুনবা পথাপ খবনা য়োমদবা য়াদ্রি। নৈনবগী লমদাংদা তৌবা চুমদবা থৌওংসু অদুম লৈবি। মকুওইবা খবদি অসিনি—

১। দোষ ঙাক্তা পুথোকপা—'তদদোষৌ' হায়বে হায়দনা দোষ ঙাক্তা থি-থিদুনা পুথোক্নুনা উৎপদমক তৌবা নৎত্রগনা কবিগুম্বা কালদা 'সগুণা'গী থাজবদা গুণদমক উৎপা অফবা মনৈনা নত্তে। অনীমক অখূবা মীৎয়েংনি।

২। কাব্য অমদি কবিগী মফম-মতম কাউবা—কাব্য ইবগী মফম মতম অমা লৈ। নাক-য়েৎনি। মসিগী অকক্নবা মশক অমদি ফীভম লৈ। হায়বিবা নাক-য়েৎ অসিগা চূশিন্ননা শেমখিবা কাব্যনি। কাব্য অদু পৃথিবী গ্রহনা মাগী অকোযবগী নাক-য়েৎ মপৃম ওইনা পুদুনা লৈ-লৈদুনা চৎপগুম চৎলি। মসিদগী পূমলৌ লৌথোক্লগা অপাম্বা নাক-য়েৎ অমদা তাপ থম্বা যাদে। *পাম্হৌইপী খোঙকুলবু* ২০শুবা চহীচাদা পুখৎলক্লগা মতমসিগী পাদমদা ওল্লগা ৱাবীসু নত্তে উপন্যাসসু নত্তে ৱাবেংসু নত্তে অদুনা কাব্য ওইবা য়াবোই হাযবা যাদ্রি। মতমদুগী নাক-যেৎকী পোথোক্লি। ঙসিগী সমাজগীদমক্তা ইখিবা নত্তে। ঙমখৈনি।

৩। কবিগী কাব্যদা থাজদবা—ওকখিদ্রবা কবিনা অফবা অওকপা ঙাক্তা ইবা য়াই। লাই সুকয়া যাদবা অমনা ধর্মগী ভক্তিগী কাব্য ইবা যাই। নেশা শীজিন্নদুনতা লৈবা অমনা নেশাগী মাযোক্তা ইবকপা মতমদা মাদি মপুন্সিদা নেশাদা শীজিন্নবনি হায়দনা মাগী কাব্যদা থাজদবা যাদে। পোথোক অদুনা মকনি। ওকখ্রবা কবিনা ওকখিদ্রবা কাব্য ইবা যাদে হাযবা লৈতে। মপোকঙৈগী যু শোক্তবা হবিবংশবায বচ্চননা য়ুগী লাইবিক *মধুশালা* ইবিবনি। কালিদাস ওযগী শাগৈদা ঙাওদবা মী নত্তে। মাগী *শাকুন্তলম*দা থাজদবা য়াবোই। অঙাংহলসু অদু মঙায়। কবিদদি থাজববসু থাজদ্রবসু কাব্যদদি চপ চানা থাজবা তাই।

৪। কাব্যদা য়াওদবা পোৎ থিবা—কাব্য খূদিংগী লমথুং লৈ। পাউজেল হায়বসু য়াই। পাউজেল অসিদা কবিগী পাম্বে পূম্নমক পান্দম লাকই। জি সি তোংৱাগী

*মনি-মমৌ*দা লীলাগী ফোঙদোকপগী পান্বেদা অওনবা পুবকপগী মতাংদা কন্না থিজিল্লুবা কান্নবোই। *মাধবী*দা সমাজবাদকী যুম্ফম নৈনব্বা মওং চুম্মোই। বাল্মীকিগা অঙাংহলগা চাংদম্নবগী পান্দম চবা চবাগনি। থিবু থিগে হায়ববদি *মহাভারত* তা মোদর্নিজমগী মচল অদুম ফংগনি। শক্তম মচেৎ অমদগী লৈখৎ-লৈথ তৌব্ববদা ময়ামগী ওইজবা পংফং ফংলোই।

৫। ঐ-ঐগী মোৎনা মচুম্মে খনবা—আলোচক মীনি। মওং কয়ামুক্তা অপাম্বা খেন্নবা তাইবংনি। হায়বিরা নৎত্রগা হায়দোকখিবদুনা মচুম্মে, মসিনা পূম্লোই লোইববনি হায়না চপ লেপ্পুনা লৈবা ফবোই। সাহিত্য হাযবিবসি মখল-মখা কয়াগী কাচিন্দগী য়েংবা য়াবা পোৎনি। পূংচুম নৎত্রগা পূংলানগী মফম লৈবা নৎত্রি। আলোচক অমগা অমগা মোত খেন্নবতা নত্তে মী অমত্তগী মতমগী মতুংইন্না খেন্নবা মোৎসু লৈবকপা য়াই। মাধবীনা থাদোক্লিবসি ওইজবসু ওইবা যাই শাউনিংবদগী মাগী নুংশিবসু ওইবা যাই। মীৎযেংগী যুম্ফম তোঙাল্লকপা যাই। ওল্লকপসু য়াই। মোত নৎত্রগা মীৎয়েং হাযবদুনি।

শেমগৎ-শাগৎপা অমদি যাইফমিন্নবা হায়বসিনা আলোচনাগী লমথুংনি। লমথুং অসিগী মাযোক্তা লৈগদবা ব্রাফমশিং আলোচনাগী ব্রাংমদা থম্বা চুমগনি।

**লোইরবা**

# হীরম-য়েংফম (ইন্দেক্স)

[illegible] (১৯৯৪)

ৱারীলীশাং

১। শণ্ডায়শেল (১৯৯৭)

২। লাঞ্জাও মচা অচৌবা সন্ধি (১৯৯৮)

সাহিত্য নৈনবা

১। মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সাহিত্যকার (১৯৬৬)

২। খ্বাইরাকপম চাউবা (১৯৭২)

৩। ডা. কমল (১৯৭৬)

৪। ডা. কমল : পুন্সি অমসুং সাহিত্য (১৯৮২)

৫। অণ্ডাংহল :

সাহিত্য, সমাজ অমসুং সংস্কৃতি (১৯৯২)

৬। হিজম অণ্ডাংহল (ইংলিশ, মোনোগ্রাফ, ১৯৯৭)

৭। ভারতকী কাব্যশাস্ত্র (১৯৯৯, ২০০৯)

[illegible] ওইদুনা [illegible] তমি। [illegible]শিংনা নৈননি। [illegible]

[illegible] মনকপু [illegible] মতমগী হৌনা কনম্না চম্বকখিবগে হায়বদু· [illegible] অসিনা [illegible]শিংদা [illegible]। মসিগীসু মথক্তা হৌখিবা [illegible] নৈনবগী [illegible]শিং অমদি বস, মমনিগী কাঙলূপশিং কুপ্না [illegible] নৈন[illegible]লগী হৌজিক মতমগী ওইবা তোঙান তোঙানবা [illegible] তাক্নি। [illegible]ক অসিনা মহৈরোয়শিং অমদি নৈনবোয়শিংদা [illegible] [illegible] অচম্বা লোন্দা শীজিন্নদুনা ইবি। মতাং চানা চানা [illegible] পীদুনা ময়েক [illegible]। খোবীরোল অমদি ফজরোল নৈনবা, নুংশিজবা [illegible] ওইনা তাওয়মপ্রবা লাইরিক্নি।

প্রো এলাংবম দীনমনি মপূং ওইনা হিন্দীগী মহৈরোয়নি, মায়চৌনি। মণিপুরী খোবীরোলগী লৈবাক্তা শকথোকপা মশক নৈনবা খোবীরোয় অমনি। কবিনি, ৱাবীমচা, খোঙ্জেল কুন্মে, ফিল্মে কুন্মে, ৱারীলীশাং ইবনি, হন্দোক্লোয় অমসুনি। পুম্নমক্কী মথক্তা নৈনবোয় অমা ওইনসু মহাক্কী মীংথেং শাল্লি। মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী মণিপুরী মশঙদগী প্রোফেসর ওইনা থবক্কী পোথাবরবা অইবা অসি ঙসিসু লেপ্তুনা·ইরি। মহাক্কী *পিষ্টোল অমা কুন্দাম্লে অমা* কৌবা ৱারীমচাগী লাইরিক্তা সাহিত্য অকাদেমী মনা (১৯৮২), হন্দোকপগী লাইরিক *হযবদন* দা সাহিত্য অকাদেমীগী হন্দোকপগী মনা (১৯৯৪) ফংখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা প্রো এলাংবম দীনমনিবু ২০০৭তা 'সাহিত্য রত্ন' মিংথোল পীদুনা ইকায়খুম্নখি। অইবা অসিনা কমচুরেন্দ্র ফোবম মণিপুরগী খুথাংদা দিনেশ্বরী মনা কৌবা মনা অমসু ফংলি। মণিপুরগী মমিং লৈবা খোবীরোয় অমদি নাৎকী লূপশিংগা খুৎশম্না থবক তৌবি। লৈবাক্কী ওইবা সাহিত্য অকাদেমী, এন ই জেড সি সি, ই জেড সি সিনচিংবা লূপ কয়াগা লোয়নবা থবক তৌরকখি। লৈফম : শীংজমৈ লৈশাংথেম লৈকায়, ইম্ফাল।

ISBN 817087610-4
9788170876100

মূল্য ৩০০/-